# ꯁꯤꯕ ꯂꯤꯡꯒ ꯔꯍꯁ꯭ꯌ

# শিব লিঙ্গ রহস্য



নিংথৌজম খোলো সিংহ

ফোঙবা – অইবা অমসুং স্বপবিবাব

অহানবা খুৎনম ঃ মার্চ ২০১৩ ইং

কোপি মশীং ঃ ৫০০ (চামঙা)

স্বত পূম্নমক অইবগীনি।

মমল ঃ লুপা ২৫০/-

লাইবিক ফংফম ঃ অইবগী য়ুম অমসুং অতৈ লাইবিক য়োনফমশিং

Printed at RNB Offset Printers, Nagamapal RIMS Road Corner, Imphal

# কচ্চবা

মমলবা তাইবংগী
খুববা পূজিগী লম্বীদা
লৌশিং মৈবা চুখৎপীবম্বা
জ্ঞানগী মঙাল ফাওহনবিবম্বা
প্রেম ভক্তিবু তম্বীবম্বা
পলেম পম্বৌ শক্লা নাওকোনবিবম্বা
নুংশিজববা পম্বৌ পোকপা ইপুবোক
কচ্চবি পঙলবা নশুনা ঙসি
বিশ্বনাথগী শ্রীচবন্দা
হৈত হৈত ইজবা
"শিব লিঙ্গ বহস্য"
শীংঙেল লৈবাংগী লৈনম ওইনা
ফংবিয়ুকো ইপুবোক্লা
হবাও হবাওনা।

তোল্লবা নশু,
নিংথৌজম খোলো সিংহ

# "শিব লিঙ্গ রহস্য"

## লাইরিক্কী মরমদা ঐগী অভিমত্ পীজরি

'শিব লিঙ্গ বহস্য কৌবা লাইবিক অসি পাজবে। অচম্বা, অবায়বা লাইবিক নত্তে। শিবগী শক্লোন কয়া অমা, লিঙ্গগী মওং কয়া অমা ফজনা তাক্লি। শিবগা লিঙ্গগা অনিগী মবী-শিব মশাদগী লিঙ্গনা হেন্না মগুণ হেনবগী ৱাখল্লোনসু তাকই। শিবগী লিঙ্গগী পুজাগী বিধান মওং, মদুগী মতুংইনবা পোৎচং-হৈগী লৈগী মবম লোযনা উৎলি। শিবগী পূজা, লিঙ্গ পূজাদগী ফংগদবা মহৈ কবিনো তাকলি। মীওইবগী পুন্সিদা শিব পুজা লিঙ্গ পুজা থানবা যাদে হাযবসিদি মযাম্লা খণ্ডনববা যানববা ৱাফম্লি। বিধি-গী লেখন্ কর্ম্মনা ককই হায়বি। চহি ১৮ দা শিবগনি হাযনা পাঞ্জিনা তাকপিখিবা মৃকণ্ডুগী মচানুপা মার্কণ্ড দো কল্প তবেৎ পুন্সিখি, সপ্তকল্প জীবিন্ ওইখি। কনাগী কৃপাদগীনো '' মপা মৃকণ্ডুনা শিবনাম দীক্ষা পীদুনা শিবনাম মহামৃত্যুঞ্জয মন্ত্র তওনা শোঞ্জবদগী। "ঔঁ ত্র্যম্বকং যজামহে সুগন্ধি পুষ্টি বর্দ্ধনম্ উববাৰুকমিব বন্ধনান্ মৃত্যোর্মুখীয় মামৃতাত্" মন্ত্র অসি শোঞ্জবদগীনি।

মীওইবনা মৰু ওইনা কলিগী মীওইবশিংনা শিব অমদি শিব লিঙ্গ উপাসনা থাদোকপা যাদে। শিব-শিব লিঙ্গগী মবমদা লাইবিক অসিদা ফজনা নৈনবীববনিনা অতৈ অচৌ অচৌবা শিবগা মবী নৈনবা লাইবিক কয়া অমা পাকৃদ্রগসু নৈনকদ্রগসু "শিব-লিঙ্গ বহস্য" কৌবা লাইবিক অসিমত্তং পাবিবগা নৈনবীবগা হিবম অসিদা ফনা য়াম্লা খণ্ডবা শোয়দনা ঙম্লগনি হায়জনিংই। তপ্না তপ্না পাগদবা অকুবা লাইবিক্লি। অয়িবগী মফমদা

হায়জনিংবদি বিষয় অসিদা মখা তানা থিজিন্দুনা হেন্না ফজবা হেন্না লুবা বহস্য কয়া অমসু ফোঙদোক্লুনা ইবীবকখিনি হায়না আশা তৌজে। ঈশ্বরনা অয়িববু মতম কুইনা পুন্সি পীবিদুনা মঙ্গলগী মশক ওইববা শিবগী মবমদা মখা তানা ইবা ঙমহনবীয়ু হায়না শুভচিন্তা তৌজবি।

**গৌরমণি শর্ম্মা**
খোংহামপাৎ



# থাগৎচবা

চহী মতম কয়া কুইববগী মমাংদগী হৌনা ঐনা শিব মহাদেবগী মবমদা ইবা লাইবীক অমতং ফোংজগে হায়দুনা হোৎনজবকখি। অদুবু ভগবানগী কৃপা ব্রাৎপদগী ওইগদ্র কবিনো ফোংবদি ইঙম ঙমখিদে। ফোংদি ফোংনিং ফোংনবগী উপায়দি লৈজদ খুদোং চাদবা কয়া অমা মায়োক্লদুনা লৈবিঙৈদা নোংমা ঐহাক্লা ঐগী মরুপ ঐনা ওঝা, ওঝা হায়না কৌবা শ্রীলমাবম ব্রজেন্দ্র সিংহদা ঐগী খুদোংচাদবশিংদু ফোংদোকচকই। মহাক ওঝাগী শিনফমদা চঙলবা মতুংদা এম এ. (পোল সাইন্স) অমসুং বি. এড (বেসিক) পাস তৌখি। মতম অমগী বেসিক ট্রেনিং কোলেজ হৌজিক্লা ডি. আই. ই. টি., ইম্ফাল হায়বসিগী প্রিন্সিপাল ওইনা সবকাবগী থবক্তগী পোখাববনি। মদুগী মমাংদা মহাক বেসিক ট্রেনিং ইন্সটিট্যুৎকী সুপাবিন্তেন্দেন্ত অমসুং জব্রাহব নবোদয বিদ্যালয়গী প্রিন্সিপাল ওইনসু থবক তৌবন্মী। ওঝা অসি যাম্না মপুকচেল চাওই, ঈং-তম্নী। ওঝাগী শঙ্গায়সি খ্বায় নাগমপাল, শীংজুবুং লৈবক মচিন্দা লৈ। লৈখিদ্রবা কবি বত্ন ডাঃ কমল সিংহগী মচা ইবুংঙোনি। ঐগী অব্রাবা ফীভম অদু উবগা মহাক্লা য়াম্না থৌনা ফনা ঐনা হেক ঙম্বমখে মতেং পাংগনি, প্রুফগী শরুক মখে লোয়না তৌগনি হায়না তাকপীবকই। মদু তাবদা ঐগী কংলুববা থম্মোয়দা আশা অনৌবা ঈহুল অমা ফাওবকই, অনৌবা পাঙ্গল পোক্লকই, খংহৈ-হৈনিংলম্মী। মদুদগীদি লাইবীক অসি ঐনা থিজক্লবদা ফংজবকপা মচাক খবা অদু খোমজিল্লগা ইবা হৌজবকই। ওঝানা অইবা খুদিংমক প্রেসদা থাক্লববা মতুংদা প্রুফ লৌবিবগা অবোই অবোইবা শরুকশিং অদু মথং অমুক নম্ববগীদমক প্রেসতা হেক হেক থাজিনবি। চুম্নগী প্রুফ লৌবিবদা নত্তনা লাইবীক্কী ফোংগদবা মওং, সাইজ, ডিজাইননচিংবা কয়াসু পুথোকপীবম্মী। ওঝাসি হোৎনবা কল্লি, তন্দে,

ঐনা হায়জবা খুদিংমক লোয়না য়াবী, মীগী অৱাবা য়াম্না খঙবি। ওঝাগী মতেংমক নৎলমদ্রবদি ঐগী লাইবিক অসি ফোংবদা য়াম্না অৱাবা অমা ওইবমগনি। ওঝাগী মফমদা পুক্নিগী শিংবা ঙম্নবোইদবা লমন তোনশিঞ্জবে। মসিগী মথং তাবদসু লাইবীক খবসু ফোংজগে হায়না থৌবাংজবি। ওঝানা মতুংদসু মতেং পাংবিবক্কনি হায়না আশা তৌজবি।

মথংদা ঐনা শ্রীউশম ধনঞ্জয় সিংহবু থাগৎচবি। ইবুংঙোসি ঐঙোন্দগী চহী খবা নৌই। ঐঙোন্দা তামো, তামো হায়না কৌই। থাংমৈবন্দ লৌকংপুবেল লৈকাইদা লৈ। হান্নদি সবকাবগী থবক তৌবম্মী। হৌজিক্তি সবকাবগী থব ক্তগী পোত্থাদুনা লৈবে। সবকাবগী থবক তৌবিঙৈদা এঃ ডিঃ সিঃ ওইবম্মী হায়। মহৈগী থাক্তি বি. এ. বি. টি. অমসুং এল. এল. বি নি। চহি তবাবোম স্কুলগী ওঝা ওইবগী থবক তৌবম্মী। নুংত্তিগী ফোংবা চেফোং কয়াদসু কলমনিষ্ট ওই। 'চীংমী তন্মী' হায়না মিংথোনবা লাইবিক অমা ইদুনা ফোংখ্রে। পাঞ্জিসু ওই। লাইবীক হৈ, লাইবীক পাবা য়াম্না কল্লি। মৈতৈ নাৎকী ওইবা লাইবীক অমসুং পুয়া কয়াসু নৈনৈ। অসিদা নত্তনা ঐতিহাসিক ওইবা কলচবগা মবী লৈনবা লাইবীক কয়াসুনি। মৈতৈনা ঙম্লিঙৈ মতমদা শিব লাৎলম্বা, মৈতৈগী অবিবা ধর্ম্মগা মবী লৈনবা লাইনিং লাইশোলগী লাইবীকশিং হংজকখবা খুদিংদা তবাম তবাম্না ওকপীবকই, হবাও হবাওনা লাইবীকশিং অদু ফংহনবীবকই। অবৈবা লাইবীক্তা লৈতে হায়দুনা খক লোৎশিনবা তৌদে। য়াম্না পুমচেল চাওই, মিনুংশি খঙই। হংজকখবা লাইবীক খুদিংমক লোয়না ফংহনবিবক্তুনা মতেং পাংবিবকপগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচবি। ইবুংঙোবু থাগৎচবি।

অহুমশুবদা লাইবীক অসিবু কুপ্না নৈনবিবগা মশাগী ওইবা মত ফোংদোকপীবকপা ঐগী অঙাং ওইবিঙৈগী মকপ শ্রীশিজগুরুমযুম গৌবমনি শর্ম্মাগী মফমদসু লম্মন তোনশিঞ্জবে।

মতাং অসিদা ঐনা য়াম্না নিংঙমহৌদবা অমনা স্বর্গীয় ওইখ্রবা শয়াং পুখ্রি মপালগী আজ্ঞা মিং ওইনা পঞ্জবদা শ্রীফবাইলাৎপম জগদীশ শর্ম্মনা

লাইবীক অসি ফোংদ্রিবৈগী মমাংদা অমুক্তা য়েংহৌগে মহাক্কী ওইবা মতসু পীবিগে হায়না তাকপীবম্মী। অদুবু আজ্ঞাদি লৈখিদ্রে, সংসাব থাদোক্লম্লে বৃন্দাবন প্রাপ্ত ওইখ্রে। ঐনা হৈত-হৈতনা ইজবা লাইবীক অসি অসুম তাদুনা লৈহৌবে, যেংবিবমদ্রে। আজ্ঞানা অমুক্তং মিৎয়েং তাবিবম্লবদি য়াম্না নুংঙাইজবমগদবনি। অদুবু কনানা খঙবা ঙমগনি, নোংদম্বা মপু মাগী লীলানি। তাইবং লীলা লোয়বদুনা আজ্ঞা বৃন্দাবন বাস ওইখ্রে। আজ্ঞাগী সিদ্ধ দেহনা সিদ্ধমঞ্জবী ওইনা গুরুরূপা সখীগী লমজিং মখাদা শ্রীবাধা কৃষ্ণগী প্রেম সেবাদা মপুং ফানা য়াওজবা ফংহনবিয়ু হায়না শ্রীযুগলকিশোবগী মফমদা তোল্লবা ননাইনা হন্ন হন্না নিজবি।

মবিশুবদা লাইবীক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা সহযোগ পীবিবকপা মরুপ-মপাংশিংবুসু থাগৎচবি।

মঙাশুবদা ঐনা ইজবা খুৎই অদু প্রেসতা পিশিন্দ্রিবৈগী মমাংদা ইশাগী কোপী ওইহৌনবা জেবোক্স কোপী কয়া ঐগী ইচাশিংনা লৌথোকপী। লাইবীক ওইনা নমথোক্লগা পুথোক্লক্লবগীদমক অঙম্বা শেলগী মতেংসু ঐগী ইচানুপী অহল শ্রীমতি শাবদ দেবীনা পাংবিখি। মখোয় খুদিংমক ভগবান শঙ্কবনা থৌজানবিবা ওইবসনু, পূন্সি তোল্লোয়বা পীনবিবসনু। ইচাশিংগী মঙ্গলগীদমক শ্রীবিশ্বনাথদা নিজবি।

অবোইবদা লাইবীক অসিবু শিব বাত্রি নুমিত্তা ফোংবা নংননবগীদমক থবাই হকচাং য়াওনা অব্রাবা কয়া মায়োক্লবিখিবা মশক থোক্লা নমথোক্লবা হোৎনবিখিবা আবঃ এনঃ বিঃ প্রিন্টর্স, নাগমপাল বিম্স বোড কোর্নব, ইম্ফালগী ঐগী ইচানুপী নিংথৌজম ফজবী অমসুং অতৈ ইচাশিংগী মফমদা পূন্সিগী কাওবা ঙম্লবোইদবা লমন কয়া তোনশিঞ্জবে।

নিংথৌজম খোলো সিংহ



# অইবগী পূন্সি ৱারী

## মতেক অমতং



ইম্ফাল শহরদগী অরাংলোমদা কিলোমিটর নীপাল হাযগংলগা লৈবা খোঙহাম্পাৎ মন্দির লৈকাই হায়বা খুঙ্গং অদুদা শোক ১৯৩৫ গী ইঙেন থাগী শিথবকপা কৃষ্ণগী তবানিথোই পানবা ঈবাই (তাং ২৬। ৭। ১৯৩৫) নুমিত্তা নিংথৌজম শাগৈদা চংলগা পোকলুই। পম্বৌ অপোকপগী মিংনা নাগেশ্বর কৌই। অপোকপীগী মিংনা চাওবী কৌই। লাইশ্রম নিংঙোলনি। পলেম পম্বৌ অনীমক লৈখিদ্রে। ইমাদি ঙন্ন কায়নখি। ঐনা চহী অহুমলোম শুবকপা অদুরাইদা অনীশুবা লাঞ্জাও মমাংদা লৈখিদ্রে। পলেম ইমাদো পীকতক তৌই, মশম শাংই হায়বা ফাওবদি নিংশিংই, তশেংনা ইমাগী চেংলৌ শকফমদি লাকশিনবা ঙমখিদ্রে। ঐনা চহী ৭৮ শুবক্লবা ফাওবদা নোংমতসু ইমাদো ঐগী মংলালচা ফাওবদা উবা ফংখিদ্রে। মপোক লাংওন অমদা পোকত্রমাদ্রে। ইপুবোক, অবোক্লা নাওকোনবিবকই। ইপু, ইবেন্না ঐবু য়াম্না নুংশিনা য়োকপীবকই। অবোকসু অনীশুবা জপান লালগী লাল চেন্নবা মনুংদা লৈখিদ্রে। অবোক লৈখিদ্রবা মতুংদা ইপুবোক্লা নাওকোনবী। মতম অদুদা মৈতৈলোলগী লাইবীক মপী ফংদদুনা য়ুমদা ইপুবোক্লা বাংলা লাইবীক মপী শিশু শিক্ষা তম্বা হৌবীখি। লাল হঞ্জিল্লবা মতুংদা খোঙহাম্পাৎ এল পি স্কুলদা অমুক মখা তম্বা চংথবে। মণিপুর সরকারনা পাংথোকপা মঙাশুবা (ক্লাস টু) কম্পীটিটিভ পরীক্ষা থাংমৈবন্দ ইউ পি স্কুলদা থাবগা পাস তৌবম্মী। খোঙহাম্পাৎ এল পি স্কুলনা ইউ পি ওইবক্লবা কান্দা ক্লাস ফোবদগী সিক্স ফাওবা অদুদা তমলম্মী। (ক্লাস সিক্সগী কম্পীটিটিপ পরীক্ষা পাস তৌববা মতুংদা জনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সেবনদা মিং চল্লম্মী। স্কুল অসিদগী গৌহাটি ইউনিভর্সিটিগী মেট্রিক পরীক্ষা শোক ১৯৫৬ দা পাস

তৌখিবন্মী। মতম অদুদা ঐগা ক্লাস সেবনদগী হৌনা তম্মীনবকপা ছাত্রশিংদি মিং ওইনা পঞ্জববদা শ্রীকোইজম বাধাবিনোদ সিংহ (এক্স-চীফ মিনিষ্টব, মণিপুব), শ্রীবাজকুমাব যাবট বিহাবী (লেকচবব এল এম এস লো কলেজ, ইম্ফাল), লৈখিদ্রবা শ্রীএল যুগেশ্বব সিংহ (বিটায়ার্দ ডি আই জী, মণিপুব), লৈখিদ্রবা ডাঃ আই আব বাবু সিংহ (বিটায়ার্ড প্রোঃ এম ইউ, কাঞ্চিপুব) শ্রীতাকয়েঞ্জম গোকুল সিংহ (বিটাযার্ড কন্ট্রোলব ওব এগজামিনেসন, এম ইউ কাঞ্চিপুব, শ্রীয়াম্বেম পীশক সিংহ (বিটায়ার্ড ডাইবেক্টব ওব এগ্রিকলচব, মণিপুব), লৈখিদ্রবা পুখ্রম্বম শ্যামকিশ্বব সিংহ (বিটায়ার্দ প্রিন্সিপাল, এল এম এস লো কলেজ, মণিপুব), শ্রীডবলইউ অঙৌ সিংহ (এক্স এম পি), শ্রীতৌবাংবম নীলমনি সিংহ (বিটায়ার্ড এম সি এস), শ্রী শিজগুরুমযুম গৌবমনি শর্ম্মা (বিটাযার্ড হেড মাষ্টব, খোঙহাম্পাৎ হাস্কুল) অমসুং অতৈ অতোপ্পা পনবদা চিংখৈৗববা ছাত্র কয়ামকম অমগুনি। শ্রীগৌবমনি শর্ম্মাদি ঐগা য়াম্না নকশিন্নবা তিন্নবা যাম্না ৱানা লৈত লাইব কয়া খাংদুনা লাইবীক তমিন্নবকপা মরুপ্নি। বি এ বিএদ অমসুং বিশাবদ নি। হৌজিক্তি ব্রাহ্মণশিংগী মনুংদা মশক নাইবা লাইবীক তৌবা অমা হায়বদু ওইবি। খুঙ্গং অমসুং ইম্ফালগী মফম অয়াম্বদা লাইবীক তৌবা দেব কর্ম্মগী পূজা তৌবা চংলি। ঐনা ক্লাস ফাইব, সিক্স তম্বা কাল অদুৱাইদা হিন্দি খবা তম্লম্মী। বাষ্টভাষা প্রচাবক ৱার্ধাগী প্রবেশ পবীক্ষা পাস তৌববা মতুংদগীদি অমুক মখা তমথখিদ্রে। ঐনা মেট্রিক পবীক্ষা পাস হেক তৌবগা স্পেশ্যাল সব বেজিষ্ট্রাব ওফিসদা কোপিষ্ট ওইনা থবক চংই। লৈখিদ্রবা শ্রীহিজম অঙৌ সিংহনা স্পেশ্যাল সব বেজিষ্ট্রাব ওইবম্মী। খ্বায়না বি এ অঙৌ হায়না খঙনৈ। মদুদগী ফংলকপা পৈশানা ইম্ফাল কলেজদা আই এ তম্বগী ফী পীনৈ। থাগী কলেজ ফী মতম অদুদা লুপা নীপালতমক ওইবম্মী। শোক ১৯৫৭-৫৮ দা কেবানী ওইবে। থৌবালদা চত্তুনা সব বেজিষ্ট্রাবগী ওফিস হাংদোকপা য়াওকবে। ঐ মফম অদুদা ট্র্যান্সফব তৌবে। ঐনা খোঙহাম্পাত্তগী সাইকল তোংদুনা লাক্লগা শিংজমৈদা সাইকল থম্লম্লগা বস তোংলগা থৌবাল-তান্না নুংতিজাবগী চংলি।

হল্লকপদা নুমিদাংদা ইম্ফাল কলেজ কাই। ইম্ফাল কলেজসি মতম অদুদা তোম্বীসনা হায়স্কুলদা ওইবম্মী। কলেজগী ক্লাস লোয়বগা নুমিদাং পুং মাপল মখায়, তবা তাবা কান্দা যুমদা হল্লি। ঐগী অৱাবা মতৌ উবদা লৈখিদ্রবা প্রিন্সিপ্যাল থৌদামগী ওঝা নীলমনি সিংহনা মতম অদুগী ডিসি-ইউ এন শর্মাদা ঐগীদমক ইম্ফালদা থম্মনবা দরখাস্ত অমা ইবগা থাবিবম্মী। ঐগী অৱাবা কয়া মায়োক্নবদু খল্লুবগা নুংশিবা পোক্নমাল্লে, ডি সিনা নখোয়না কবিগীদমক লাইবিক তন্নীবা অণ্ডাং অমবু থবক হাপচিল্লগা লৱাইগী ওফিসতা থাবিবনো মহাক্না লাইবিক তম্বা হেক লোয়দ্রিফাওবা ইম্ফালদা থম্মু, মাগী মহুত্তা হেড ওফিসতগী সিনিযব ওইবা কেবানী অমা থৌবালদা থাও হাযনা ঐগী দবখাস্ত অদুদা হুকুম তাবিবক্লে। অদুদগী ঐ ইম্ফালদা অমুক লাক্লে। ডি সি ওফিসতা থবক তৌবসি চীংমালদা তোয় তোয়না ট্র্যান্সফব তৌগল্লি হায়বা খণ্ডবদগী ঐ অতোপ্পা ওফিসতা তৌনিংলে। স্পেশ্যাল সব বেজিষ্ট্রাবগী ওফিস অসি ঐনা থৌবালদগী হল্লকপা মতমদদি কৈশামপাত্তগী হৌজিক এ জি ওফিস লৈবিবা অসিদা হোংলম্লে। মফম অদুদা ডি সি ওফিসসু ওইবম্মী। মতম অদুদা ডাঃ যুম্নাম মোহেন্দ্র সিংহ (বিটাযার্ড কলেজ ডিভেলপমেন্ট ওফিসাব, এম ইউ) অসি এ ডি এমগী ষ্টেনোগ্রাফব ওইবম্মী। মহাক্না অশং অশংবা মতমদা শোর্টহেন্দগী ডিক্টেসন হাযবীবম্মী। ঐ মিনিট অমদা ৱাহৈ চামা ইবা ঙমলে। মতুংদা এগ্রিকলচব ডিপার্টমেন্টদা ষ্টোনোগ্রাফব পোষ্টগী ইন্টর্ভিয়ু য়াওবে। ইন্টর্ভিযুদা মকোক তাদুনা ঐবু হাপ্পীবে। ঐনা এগ্রিকলচব ডিপার্টমেন্টতা চংবসি শোক ১৯৫৯-৬০ অদুৱাইদনি। শোক ১৯৬২-৬৩ দা মণিপুব সেক্রেটবীয়েটদা চংলে অদুগা মতম অদুগী ডিভেলপমেন্ট সেক্রেটবি ওইবম্বা টি কিপগেন, আই এ এস গী পি এ ওইবম্মী। মণিপুবনা ষ্টেটহূড ফংলবা মতুংদা ইউনিয়ন টেবিটোবি ওইবম্বদু মুথংলগা ষ্টেট গোভর্ণমেন্ট ওনম্লে। লেজিসলেটিভ অ্যাস্সেম্বলি (আইন সভা) লিংখংলে। শোক ১৯৬৪ দা মোইবাং কোইবেংনা চীফ মিনিষ্টব ওইবে। অ্যাস্সেমব্লিগী প্রোসীডিংস লৌননবা

ঐবু বিপোর্টব ওইনা শিজিন্নবে। মতুংদা অ্যাস্‌সেম্ব্লিদা বিপোর্টব ওইনা হাপ্লে। শোক ১৯৬৪ দদি গৌহাটি ইউনিভবসিটিনা লৌবা বি এ পবীক্ষা পাস তৌবে। শোক ১৯৬২ দা পাস তৌফম থোকপনি। অদুবু ট্রান্সফব, পোষ্টি, কয়া তৌবদগী নুমিদাং থেংনা ওফিস কুম্বদগী কলেজ কাবা নিংথিনা ঙমখিদে। শোক ১৯৬৭ দা শ্রীসিনাম বীজয় সিংহ, ময়াম্মা জিবি বীজয় হায়না খঙনবা অদুনা ডিপিউটী মিনিষ্টব ইন চার্জ ওফ ব্বার্ক্সস ওইনা ব্বাশক লৌবে। মহাক্কী পি এ ওইনা মণিপুব সেক্রেটবীয়েটতা অমুক পুবিবে। অদুদগী মতুংদগীদি অ্যাস্‌সেম্ব্লিদা হনখিদ্রে। মতুংদা ডিপার্টমেন্টেল প্রোমোসন পবীক্ষা মিনিট অমদা ব্বাহে চামকুন শোর্ট হেন্দদা ইগদবা অদু পাস তৌবগা তলব অচৌবা ফংলে। পি এ সিনিযব ওইবে। গেজেটেড ব্যাঙ্কনি। মতুংদা প্রাইবেট সেক্রেটবী হায়ব সিলেক্টসন গ্রেডদা প্রোমেসন ফংলে। প্রাইবেট সেক্রেটবী হায়ব সিলেক্টসন গ্রেডদগী প্রিন্সিপ্যাল প্রাইবেট সেক্রেটবীগী পোষ্টদা প্রোমোসন ফংলে। পোষ্ট অসি ক্লাস ব্বান গেজেটেদনি। চহী নিফুবোম তেক্তা কায়দনা সবকাবগী থবক তৌবস্লগা শোক ১৯৯৭ গী ডিসেম্ববগী তাবিখ ৩১ দা থবক্তগী প্রিন্সিপ্যাল প্রাইবেট সেক্রেটবী ওইনা পোখাখি। শাংলবা চহী অসিগী মনুংদা মন্ত্রি মখল মখা কয়ামকুম অমসুং চীং, তমগী প্রজা কয়া লোয়নবকখি। পি আবগী মতমদনা অ্যাডভাইজব অমসুং লেফ্‌টেন্যান্ট গভর্ণবগা লৈমিন্নবম্মী।

বি এ পাস তৌববা মতুংদা সবকাবগী থবক তৌন-তৌনা এম এস লো কলেজদা নুমিদাংদা লো তম্লম্মী। লো ফাইনেল য়িয়ব ফাওবগী লেকচবদি তাহৌই। পবীক্ষা দি খুদোং চাদবদগী অমত্তা থাহৌদে।

শোক ১৯৬১-৬২ দা খুয়াথোং পোলেম লৈকাইদা ইংখোল অমা লৈবে। মতম খবা ঈ-গী য়ুমদা লৈবম্মী। মতুংদা সবকাবদগী লোন লৌবগা চেক্কী য়ুম শাবে। খুয়াথোংদা লৈত্রিঙৈগী মমাংদনা শগোলবন্দ বিজয় গোবিন্দ মবুধৌ মন্ত্রিময়ুম লৈকাইদা ঐগী ইন্দোনমচাগী মনাক্তা লৈবম্মী। ঐগী য়ুম

শাববা তুংদা কায়নথংদা শিব মন্দিব, ভজন হোলনচিংবা শাদুনা বিশ্বনাথগী সেবা চৎপা হৌজবে। শোক ১৯৮৪ গী ফাইবেল থাগী কুনমাপলনি পানবা কৃষ্ণ চতুর্দ্দশী নুমিত্তা শিব মন্দিব হোঙই। নুমিৎ অদু শিব বাত্রি তায়। অঙকপা অমা থোকখি। ইখঙ খঙহৌদনা ব্রাং চাওবা, মরু কোকপা, গেরুৱা শেৎপা যোগী অমা ঐগীদা থুংলে। হংলুবদা মহাক ঋষিকেশদগীনি, ঐহাক্কী শিব মন্দিব হোঙগনি হায়বা পাও তাদুনা লাকপনি হায়। ঐনদি য়ুম কবম্মা থিবক্লিবনো হায়না হংলম্মী। যোগী অদুনা মাগী মমিং তাকই, স্বামী শিবানন্দগী লিববা পুরুৱা অমনি হায়। ঐনদি স্বামীগী মিং অদু নিংশিংবা থোক্রে। শিব মন্দিব হোঙবা খুদিংদা শিব ভক্ত অমা হেক হেক লাকই হায়বদু চুম্লবোইবে হায়না খঞ্জহৌই। শিবগী প্রসাদ চাগে, পীয়ু হায়। শিব প্রসাদ মপুক থন্না চাখি। অঙকপনি শিবগী লীলা।

ঐনা সবকাবগী থবক তৌবিঙৈদা আজ্ঞা চন্দ্রকুমাব শর্ম্মানা লৈখিদ্রবা ওঝা পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্তগা শক খঙনহনখি। অববিন্দ সোসাইটিগী মেম্বব ওইহল্লে। অববিন্দ সোসাইটিগী থাগী সৎ-সঙ্গ খুদিংদা লৈখিদ্রবা ওঝা পদ্মশ্রী অশাংবম মীনকেতন সিংহ পদ্মশ্রী সুবচান্দ শর্ম্মা, পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, শ্রীময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ (বিটায়ার্দ এ ডি সি টু শ্রীযুৎ মহাবাজ বুদ্ধচন্দ্র সিংহ), শ্রীগুরুময়ুম চন্দ্রকুমাব শর্ম্মা (বিটায়র্দ আই এ এস) অমসুং শ্রীহৱাইবম বনবীব সিংহ (বিটায়ার্দ আই এ এস) হায়বিবা লাই গুরুজনশিং অসিনা ঐবু থন্ন-নৈনবদা শরুক য়াহল্লি। অয়াম্বা মতমদা শৈব, শাক্ত অমসুং বৈষ্ণবিজমগা মবী লৈননা বিষয়শিং নৈনহল্লি। মরু ওইনা উপনিষদশিং নৈনহল্লি। নৈনখিবা উপনিষদশিংদি ছান্দোগ্য উপনিষদ, মুণ্ডকোপনিষদ, মণ্ডকোপনিষদ, কঠোপনিষদ, কেনউপনিষদ, শ্বেতাশ্বতব উপঃ, ঈশ উপঃ বৃহদাবণ্যকোপনিষদ, প্রশ্ন উপনিষদনচিংবনি। ঐনা উপনিষদশিং অসি নৈনজবকপা মতমদা মতাং মতাংগী চান্নবা য়েংদুনা হিন্দুগী পুবাণশিং, বেদশিং, গীতা,

শ্রীমদ্ভগবতনচিংবা পুশিল্লক্কুনা নৈনজবা মতমদা গুরুজনশিংনা য়াম্না পেনবী। সবকাবগী থবক তৌন তৌন কবম্বা মতমদা নহাক্না অসুক য়াম্বা লাইবীকশিং অসি পাবগে হায়না খুড়া ইবুংঙো আনন্দ মোহননা ঐঙোন্দা হেক হেক হংবিবম্মী। ঐনা সবকাবগী থবক্তগী পোত্থাববা মতুং ইকুই কুইদনা নোংমা খুডা ইবুংঙো উন্নজকবদা খুড়া ইবুংঙোনা হায়বম্মী– নং হৌজিক্তি থবক্তগী পোত্থাববনিনা ননিং তৌনা লাইবীক পাবা ফংলবিনি।

ঐনা সবকাবগী থবক তৌবিঙেগী মনুংদা ধর্ম্মগা মবী লৈনবা সংস্থানশিংদা য়াওবম্মী। সংস্থানশিং অদুগী মেম্বরবসু ওইবম্মী। ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, ঋষিকেষ, ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, ইম্ফাল (লাইফ মেম্বর) ইসকোন, মণিপুর (লাইফ মেম্বর), শ্রীচৈতন্য সেবা মণ্ডল, ইম্ফাল, অরবিন্দ সোসাইটি, ইম্ফাল, গীতা মণ্ডল, ইম্ফাল, গীতা কেন্দ্র, ইম্ফাল, গীতা চক্র, ইম্ফালনচিংবগী মেম্বর ওইবম্মী। হৌজিকসু ওইবি। শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা বিসর্চ সেন্তর, শগোলবন্দ মৈনো লৈবক, ইম্ফালগী এক্সিকিউটিভ মেম্বরবসু ওইবম্মী। বিসর্চ সেন্তর অসিনা ইন্দিবা গান্ধি নেসনেল সেন্টর ফোর দি আর্টস, নিউ দিল্লিগী লমজিং মখাদা পাংথোকখিবা ৱার্ক-শোপ অমদা "বামায়ণ ট্র্যাডিশন ইন মণিপুর" হায়বা বিষয় অসিদা পেপর অমা পুথোকচখি। মদু ইন্টরনেটতা উবা ফংবিগনি। পাংথোকখিবা তাবিখতি ফেব্রুয়াবী ২৮, ২০০৭ নি।

ঐনা ইস্কোন, মণিপুবগী লাইফ মেম্বর ওইবকপা কান্দা ঐনা ইজখিবা মখাগী অবটিকলশিং অসি ভগবৎ পাউজেল জন্মাষ্টমী চেফোংশিং অমসুং থা-গী ভগবৎ পাউজেল চেফোংশিংদা ফোংস্ত্রে।

১। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য অবতাব বহস্য – ইস্কোন, মণিপুবগী জন্মাষ্টমীগী অহানবা চেফোং

২। শ্রীকৃষ্ণগী মুবলী গান – ভগবৎ পাউজেল জন্মাষ্টমী চেফোঙ, ১৯৯৪।

৩। যোগমায়া – ভগবৎ পাউজেল জন্মাষ্টমী চেফোঙ, ১৯৯৫।

৪। রাগানুগা ভক্তি – ভগবৎ পাউজেল ভোঃ ১ নম্বর ৪ অমসুং ৫ - ১৯৯৫।

৫। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম তত্ত্ব – ভগবৎ পাউজেল জন্মাষ্টমী চেফোঙ, ১৯৯৬।

৬। শ্রীরাধা – ভগবৎ পাউজেল জন্মাষ্টমী চেফোঙ, ১৯৯৭।

৭। বৃন্দাবণ কৃষ্ণ – ভগবৎ পাউজেল জন্মাষ্টমী চেফোঙ, ১৯৯৮।

৮। ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা – ভগবৎ পাউজেল জন্মাষ্টমী চেফোঙ, ১৯৯৯।

৯। "সর্ব্বদা দ্বি ভুজং কৃষ্ণ ন কদাপি চতুর্ভুজঃ বৃন্দাবনং পরিত্যজৎ পাদ মেকং ন গচ্ছতি -- ভগবৎ পাউজেল জন্মাষ্টমী চেফোঙ, ২০০৩।

১০। শ্রীকৃষ্ণ জয়ন্তি – ভগবৎ পাউজেল জন্মাষ্টমী চেফোঙ, ২০১২।

বিষয়শিং অসি গোস্বামি পাদশিংগী মত মতুংইন্না ইজবনি।

গীতা কেন্দ্র, ইম্ফালগী মেম্বর ওইবকপা কান্দা কেন্দ্র অসিনা ফোংবা শ্রীমদ্ভগবদ গীতাবানীদা ঐনা ইজবা মখাগী আর্টিকলশিং অসি ফোংখ্রে ঃ–

১। গীতাগী ভক্তি – গীতা কেন্দ্রগী চেফোঙ, ডিসেম্বর, ২০০২

২। "শ্রীমদ্ভগবত গীতাসূ পনিষ্যসু ব্রহ্ম বিদ্যায়াং" – গীতা কেন্দ্রগী চেফোঙ, মার্চ, ২০০৪

৩। "ধর্ম্ম ক্ষেত্র কুরু ক্ষেত্র"– গীতা কেন্দ্রগী চেফোঙ, ভোঃ ১/৫ মার্চ, ২০০৫

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা বাজার, ইম্ফালগী ৭২ শুবা চহীগী মীফম, সেমিনার, জে এন ডান্স একাডমী হোলদা মে ১২, ২০০৭ দা পাংথোকখিবদা "রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী আধ্যাত্মিক প্রভাব" হায়বা বিষয় অসিদা পেপর অমা পুথোকখি অদুগা সভাগী মাংদা পাথোকচখি।

মণিপুর সংস্কৃত, পরিষদকী মুখপত্র "নব জ্যোতিঃ" দা ঐনা ইজবা মথাগী বিষয়শিং অসি ফোংখ্রেঃ—

১। জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা -

২। প্রনব "ওঁ" -

৩। কর্ম্ম — পরিষদগী চেফোংগ ৩১। ৮। ২০০৯

৪। শক্তি — পরিষদগী চেফোংগ ৩১। ১। ২০০৯

৫। দক্ষিনা — পরিষদগী চেফোংগ ৩১। ৮। ২০১১

৬। পুরাণগী লক্ষন — পরিষদগী চেফোংগ ২৯। ২। ২০১২

৭। নাম মহিমা — পরিষদগী চেফোংগ .. ... ২০১৩

অরাং সঙ্গীৎ সভা (অরাং পোৎশংবম) না মণিপুরগী আর্ট অ্যাণ্ড কলচর ডিপার্টমেন্টকী মিৎয়েং মথাদা চহী অনী, অহুমগী মমাংদা পাংথোকখিবা সেমিনারশিংদা "হরিনাম সঙ্কীর্ত্তণগী নুংগী ওইবা মশক "অমসুং" শ্রাদ্ধদা হরিনাম সংকীর্ত্তন (নট পালা) হায়বা বিষয়শিং অসিদা ইশানা ইজবা চেশিং পাথোকচখি।

গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তননা শিনবা সেমিনারশিংদা মথাগী বিষয়শিং অসিগী মতাংদা চেশিং পাথোকচখি অমসুং মখোয়শিং অদু একাডমী অদুগী মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা অহানবা, অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা শরুক্তা ফোংখি। বিষয়শিং অদুদি—

১। মণিপুরী নট সংকীর্ত্তণগী গুরু শিষ্য পরম্পরা – মৈতৈ নট সংকীর্ত্তণ লৈনবা (অহানবা শরুক)

২। সখী মঞ্জরী নির্নয অমসুং অষ্টকাল লীলা - মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন লৈনবা (অনিশুবা শরুক)

৩। সংকীর্ত্তনদা মহাযজ্ঞ -- মৈতৈ নট সংকীর্ত্তণ লৈনবা (অহুমশুবা শরুক)

৪। বংশীতত্ত্ব – মৈতৈ নট সংকীর্ত্তণ লৈনবা (অহুমশুবা শরুক)

৫। শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দগী প্রেম বিলাস - মৈতৈ নট সংকীর্ত্তণ লৈনবা (অহুমশুবা শরুক)

"শ্রীরাধা", "শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম তত্ত্ব" অমসুং "ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা" হায়বা আর্টিকলশিং অসিদি ইস্কোনগী ভগবৎ পাউজেলদা হন্না ফোংখ্রবা মতুংদা ওঝা লাকপতি সিংহনা ইস্কোনগী অযাবা লৌবরা মতুংদা মৈতৈ নট সংকীর্ত্তণ লৈনবা অনিশুবা শরুক্তা অমুক হন্না ফোংই। গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন পাংথোকপা ১৮শুবা গুরু কীর্ত্তন সেবা (তাং ১০। ১০ ২০১১) দা "গৌড়ীয় বৈষ্ণবগী সাধনাগী মশক" হায়বা বিষয় অসিদা চে পাথোকখি। ১৯ শুবা গুরু কীর্ত্তন সেবা, ২০১২ দনা "সংকীর্ত্তন মহা যজ্ঞ" হায়বা বিষয় অসিগী মতাংদা অইবা চে পাথোকখি। ইস্কোন মণিপুরগী রুম্যান ফোরমগী চহী কুনমঙা শুবকপগী সিলবর জুবিলীগী উৎসবকা মরী লৈননা ফোংখিবা "নুপী" হায়না মিংথোনবা সুবেনীরদা "ইমা" হায়না কৌবা আর্টিকল অমা শোক ২০১২ দা ফোংখি।

চহী য়ামশিল্লক্লবা ফাওবদা ঐ লাইরীক পাবা অমসুং লৈনবা লেপচদ্রি। নট সংকীর্ত্তনগী নুংগী ওইবা ভাব/রস অমসুং বৈষ্ণবশিংগী প্রেম-ভক্তিগা মরী লৈনবা লাইরীকশিং পাজবনা ঐগী ইথৌ ওইজবি। নোংমগী লাইরীক পাহৌদ্রবদি ঐগী ইশাসি খোইবাং খোইশাওদুনতা লৈ।

নাবদুনা ফমুংদা কুন্দুনা লৈববসু লাইবীক পাবগা ঐগী অৱাবা কোকই। হোস্পিটালদা লৈববসু মোন ময়াদা লাইবীক থল্লগা পাই। ডাক্তৰ বাউগু লাকপনা ফাওবা লাইবীকশিং অদু লৌবগা পাই। সবকাবগী থবক্তগী পোথাদুনা পেন্সন লৌদুনা লৈববসু থা খুদিংগী লুপা লিশীং, অমবোমগী লাইবীকশিং মণিপুবগী মপান্দগী চেল্লগা পাই। বাম কৃষ্ণ মিসন্না ফোংবা "বেদান্ত কেসবী" অমসুং বমন মদুর্ষিগী "মাউন্টিন পাথ"গী গ্রাহক মতম কুইনা ওইদুনা জ্ঞানগী লম্বীদা চংশিঞ্জবন্মী। গৌডীয় মঠ চেন্নাযগী থাগী চেফোং "গৌডীয়" গী গ্রাহক ওইদুনা বৈষ্ণব দর্শন নৈনৈ। কল্যান কল্প তরু, গীতা প্রেস, গোবক্ষপুবগী গ্রাহক মতম কুইনা ওইবক্লে।

ঈশৈ নোংমাই সংকীর্ত্তণগী প্রভাব কবম্না ঐঙোন্দা ফাওবর্কখবগে হায়বগী মতাংদসু খবদং পঞ্জনিংই। পূঙ, ঈশৈ তৌবা ইমুং অমদা চংলগা ঐ পোকলুই। ঐগী ইপুবোকসু ঈশৈগী ওঝানি। লাইবীকযেংবম মযাই লৈকাইদগী লাক্লগা খোঙহামপাৎ মস্ত্রি লৈকাইদা লৈখিবনি। জর্মনগী লালদা য়াওকৰা মৈতৈ লান্মীগী লুচিংবা নিংথৌজম গুলাপ সিংহ মীযাম্না সুবদাব মেজব হায়না খঙনবা অসি ইপুবোক্কী মচা থোকই। শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহাবাজগী মতমদা সনা কোনুং শম্লবকই। ঐনা অঙাং ওইবিঙৈদা কনাগুম্বগা সংকীর্ত্তন বিচাবগী মতাংদা নিংঙাই শংদানবকপদা পালা লোযশং চৎপগী ৱা হেক হেক পল্লকপা তাহৌই। শগোল কাংজেগী মতাংদসু হাপ্তা কাংজেবুং অমসুং মপাল কাংজেবুংদা শান্নবগী মতাং পনবসু তাহৌই। মযাম্না কৈকংবা হায়না কৌনৈ। লাই ওইৱবা মিং ওইনা পঞ্জববদা লাইবেংবম ওঝা মনি, নট সংকীর্ত্তনগী গুৰু অসি ইপুবোক্কী মকপ্পি। খুয়াথোং পোলেম লৈকাইদা লৈবা লৈখিদ্রবা ইধৌ শ্রীশগোলশেম তোমচৌ সিংহ, ময়াম্না জুগাই শাবা হায়না খঙনবা অসি ঐগী ইপুবোক্কী মতাওনি। ঈশৈ নোংমাই তৌদুনা লৱাই থৱাইদা কোয়চং চৎপদগী খোংহামপাৎ মস্ত্রি লৈকাইদা লাকপদা ঐগী অবোক্কী যুমদা লৈখিবনি। অবোক্কী মিং বাশি কৌই। যেম্ব্রেম্বম নিংঙোলনি। ঐগী অবোকপু পোকপী অবোক অদু চুড়াচান্দ মহাৱাজগী

মতমদা লৰাইদা লৈবা য়াম্না ইনাক খুনবী লৌ পবি য়াঙ্খে চাবিনি হায়নে। ইপুবোক য়াম্না মীওই মীতৌ ফজে, চুং ফীবাল চায়, ৱাং চাওই। ঐসি ইপুবোক্কা লোয়নদুনতা লৈ, ঐবু ইপুবোক্না খক থাদোকপীদে। ঐবু অথাপ্পা মফমদা দেব কম্মগী উৎসব মেলাদা পুবি। অথাপ-অথাপ্পা খুলশিংদা ৱাবী লাইবিক তাবা পুবী/থা অমা চুপ্পা মহাভাবত বামায়নগী ৱাবী তাবা পুবী। ঐনা লেপ্তুনা পূক্লিং চংনা নুমিৎ খুদিংগী ৱাবী তাবা লাকপা অদু উবদা ৱাবী লিবনা ঐঙোন্দা কা, য়ুবী অশোয়বা হেক হেক পীজে। মেবা থাদা কথা কীর্ত্তন, শযনগী ঈনৈচিংবা তাবা পুবী। ইপুবোক্না ঐঙোন্দা অশেং প্রমংগী মবমদা থাম্না তাকপী। অযাম্বা মতমদা গৌডীয়া নিমনগনু নশক নচু থোকলোয হাযনা হেক হেক ঙাংই। ঈকজদনা চন্দন থিন্দনা চাক পীজদে। থুইগুম্বা শোক্ক পন্ন যাদবা কাংবুশিং শোক্লকববদি ঐবু মাংই হাযদুনা ঈকচথোকচল্লি। ঙীর্কলিব ঐঙোন্দা গৌডীয বৈষ্ণবগী চংনবোল হেক হেক তম্বী। ঐগী ইপুবোকসি মতম অযাম্বদা ৱাচেৎকী কলম পাযবগা ঈশৈগী কোর্কেক শুদুনতা লৈ।

ঐগী অপোকপসু গৌডলীলা, বাস লীলা, শল শেনবা, পাশ খেলা, খুবাক ঈশৈ, নুপী পালা, শাবি পালা, জগোইনচিংবগী ওঝানি। অঙাং ওইবিঙৈদা মীনা মখোল হাংপীখিবদগী ঈশৈ শকপগী থবক্তা কযা কন্না চংশিনখিদ্রে, ঈশৈ তম্বীবা, জগোই তম্বীবনচিংবগী থবক্তা ওইনা তৌগ্নে। অথাপ-অথাপ্পা মফমশিংদগী নৈশাবীশিং লাক্লগা য়ুমদা ঈশৈ, জগোইনচিংবা তম্লখি। ইচে ইবেম্মা বৃন্দা শাবী (শ্রীমতি থোকচোম ইবেতোম্বী দেবী) না ঐগী অপোকপদা ঈশৈগী অহানবা ওঝা, আদি গুরু ওইখি। ঐনা অঙাং ওইবিঙৈদা লৈখিদ্রবা পাবুং মিং ওইনা পঞ্জববদা নিংথৌজম গোপাল সিংহ, নাওবেমথোং (জবাহবলাল নেহরু ডান্স একাডমীগী জগোইগী ওঝা) অমসুং লৈখিদ্রবা পাবুং মিং ওইনা পঞ্জববদা শ্রীসোবোকখাইবম পাকা সিংহ, উবিপোক (জে এন ডান্স একাডমীগী জগোইগী ওঝা) পাবুং অনী অসি ঐখোয়গী য়ুম্মদা লেংলক্লগা জগোই ঈশৈ, চালি, ভঙ্গী মখল মখলশিং শাবা

লৈশাবীশিং অদুদা তন্বী। হৈত্রগা ফীবুন্না মখোয়গী খুবোমদা কন্না ফুদুনা মচাগুম চৈ থাংদুনা নখোঙবু অদুম্না থাংব্রা হায়না ঙাংল-ঙাংলদুনা তন্বী। অথাপ্পা মফম অৱাং পোৎশংবমনচিংবদা ঐবুসু মখোযনা জগোই তম্বদা পুবী। ঐগী অপোকপদি মতম অয়াম্বদা কছাড়, হোজাইনচিংবদা ঈশৈ, গৌউীলা, বাস লীলানচিংবা তন্বীবা চৎলম্মী। মতম শাংনা শাংনা লৈকই। কাংজাবীগী লৈখিদ্রবা মিং ওইনা পঞ্জববদা পাবুং শ্রীঙাঙোম যুগিন্দ্র সিংহ, লৈখিদ্রবা কোংপালগী পাবুং নবান সিংহ (জে এন ডান্স একাডেমীগী ওঝা), নোংমৈবুংগী খোমদোন সিংহ, জুগাই শাবা, ইকংবমগী লৈখিদ্রবা পাবুং তোলঙৌ, লিল্লাশিং খোঙনাংখোংনচিংবগা লোয়নদুনা লৈ। জগোই কন কা মবী লৈনবদা নুপীগী কাংলুপ্তা নৃসিং ইবেম্মা, মধুমতি, চন্দ্রকলা, লাংপোক পিশক, খোমদোনবী, বাধেসনা, লিকলাই, তম্পাক লৈমা, মাইবম নিংঙোল নয়নী দেবী, মনিমচা, খাম্রল তমুনচিংবনি। অতৈ অতোপ্পা ইমা নিংশিংবা থোক্তবা কয়ামশুনি।

পৃঙগী লম্বীদসু ঐগী ইনে অহল লৌবা মাম্মো অদুসু পৃঙগী ওঝানি। মমিং ইবোহল কৌই, লাইশ্রমনি। ময়াম্না পাবুং পাবুং হায়না কৌই। লৈখিদ্রবা পাবুংগী মকুপতি স্বর্গীয় শ্রীলৈচোম্বম ওঝা কোইরেং সিংহ, থাংমৈবন্দ, সনাখ্যা সনা পঞ্জাবী সিংহ, খাম্রলদগী পৃংগী ওঝা ব্রাহ্মেংবম দুলোপনচিংবনি। পাবুংগী শুমাংসি ঐগী অঙাং ওইবিঙৈগী শুমাংগা নক্লনা লৈ। পৃঙ তন্বীবগী মখোল মতম পৃম্বদা তাদুনতা লৈ। ঐগী শুমাংদুদা নুপীমচা লৈশাবীশিং ঈশৈ তন্বীবগী মখোল তায়। মসিনা ঐঙোন্দা পৃঙ, ঈশৈগী ঈহৌসি অঙাং ওইবিঙৈদা পী। ঐগী ইপুবোক্লসু ঐঙোন্দা আধ্যাত্মিক অমসুং ঈশৈ নোংমাইগী ঈহৌ ফাওহল্লি।

ঐগী পৃক্লিংদা পৃঙ, ঈশৈগী অপাম্বা অমা অঙাং ওইবিঙৈদগী লোন্ন-থুপ্লা লৈবম্বদু মতমগী য়াওল মতুংইন্না ফোংদোক্লক্লে। গৌড-নিত্যাই ইবুংঙো অনীনা ঐবু সংকীর্ত্তন্দা চিংশিনবিবে। শ্রীলৈমপোকপম ওঝা লাকপতি

সিংহ অমসুং অতৈ নট গুরুশিংগা শক খংনহনবিবে, সংকীর্ত্তনগী ঈপাক্তা ঐবু তাওহনবিবে। ঈশৈ হাযবসি ঐনা অসুক্কী মতিক পামজৈ, নুংশিজৈ। নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈদা "বাধা প্রেম বাউলিনী" হায়বা তাবদা পূক্লিংদা থুক লাওবা ফাওই, মিৎলু ঈবা চেল্লি। বসন্তগী বৃন্দাবন বর্ননদা "বসন্ত সময়ে ভ্রমব গূন গূন" হাযবা তাবদা ইশাসি ইঙাও ঙাওই, বৃন্দাবনগী ফজবদু য়েংনিংই। ঈশৈদা ঙাওকৃবদগী নোংমসু ঐ চোঙ্গমগদৌই। নুমিৎ অদু ঐগী লুহোংবা নুমিৎনি। ওঝা নিত্তাইনা লুহোংফাল মমাংদা ফম্লগা মাগী নুংশিববা সুবনা বাধা কৃষ্ণ যুগল প্রার্থনা শকলকপদা ঐ লুহোংফানদা ফমলি হাযবা কাওবম্মী। মাগী ঈশৈ অদুদা ঙাওদুনা লৈবম্মী। ব্রাফম অসি ঐনা নোংমা ওঝা লাকপতিদা লিকলা মতমদা মহাকসু ঈশৈ শকবা য়াওবমত্রা কবিনো নুমিৎ অদু নিংশিংলম্মী, নোকফেৎ তৌই।

হৌজিক সবকাবগী থবক্রুগী পোত্থাববা মতুংদগীদি হিন্দুগী সনাতন ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইবিকশিং নৈনবা অমসুং মণিপুবী নট সংকীর্ত্তনগী নুংগী ওইবা ভব/বস খঙনবা হোৎনবনা ঐগী পুন্সিগী মরু ওইবা থৌদাং ওইবি।



# ৱাহৌদোক

লাইবিক অসিগী মমিং "শিব লিঙ্গ রহস্য" হায়না থোল্লি। 'শিব' হায়বা ৱাহৈ অসি পন্দ্রবসু 'লিঙ্গ' ৱাক্ত হায়ববসু 'শিব লিঙ্গ' বুনি হায়বা অদুম তাকই। অদুবু মফম অসিদা 'শিব' পল্লুবিবগী মবমদি লাইবিক অসিদা নৈনগদৌবিবসি শিব-লিঙ্গগী মতাংদনি অতোপ্পগী মবমদা নত্তে হায়বা খঙহন্নিংলুবদগীনি। শিবগী নত্তবা অতোপ্পা লাইশিংগীসু লিঙ্গ লৈ। লিঙ্গগী অতোপ্পা লাই খরগী মমিংশিংদি- নৃসিংহ লিঙ্গ, বাম লিঙ্গ, ব্রহ্মা-হরি-হর লিঙ্গ অসিনচিংবনি। শিব লিঙ্গগী মবমদনি হায়বা তাক্লিংদুনা লাইবিক অসিগী মমিং "শিব-লিঙ্গ" হায়না থোল্লি। 'রহস্য' দি শিব লিঙ্গগী মতুংদা হাপচিল্লকপা ৱাহৈনি। 'রহস্য' গী অর্থদি মীওইবনা খঙবদা য়াবা নুংগী ওইবা অৱোনবা তত্ত্বনু খগুনৈ। অদুনা "শিব লিঙ্গ রহস্য" হায়ববদি মীওইবগী ৱাখল্লা লাপ্পা ফংদবা খঙবদা ৱাবা নুংগী ওইবা তত্ত্ব শিবনা লিঙ্গগী মশক ওইনা লৌবগা চোংথোকলকখিবা অদুবু খঙনৈ।

লাইবিক অসি ভুম্লমক্লা অধ্যায় তবানিথোইনি, লমায়না ২৭৮ পাল্লি। অহানবা অধ্যাযনা লিঙ্গগী মতাংদা নৈনৈ। লিঙ্গগী নুংগী ওইবা অর্থ, শিবনা লিঙ্গগী মশক ওইনা চোংথোকলকপা, বীর শৈবগী লিঙ্গ রহস্য, লিঙ্গগী মখলশিং, জ্যোতির লিঙ্গ, লিঙ্গ উপাসনা অমসুং লিঙ্গ উপাসনাগী মহৈ হাযবনচিংবা বিষযগী মতাংদা নৈনৈ। অহানবদা 'লিঙ্গ' গী অর্থ হল্লি। মথংদা লিঙ্গ কবিনো হায়বা তাকই। লিঙ্গ হায়বসি শিবগী শকওং তশেং তশেংনা চোংথোক্লকুনা উংপা পুরুষ বিগ্রহনি। গুণ অহুমগী ৱাংমদা লৈবা উবা ফংদবা শিবগী মশক লিঙ্গনা ওই হায়বা তাকই। লিঙ্গনা তাক্লিবদি ঐহাক ইতোমতনি, অনী শুদে হায়বা খঙহল্লি। লিঙ্গ অসি শিবগী মশক্তি।

ব্রহ্মাণ্ড অসি শিবগী রূপনি। পূম্নমক লিঙ্গদগী ওইবকই, অবোইবা প্রলয়গী মতমদসু লিঙ্গদা হনখিগনি। লিঙ্গগী মনুংদা শিব-শক্তিনা অপুনবা শকওংদা অর্ধনারীশ্বরগী শকওং হায়বদি হকচাং তঙ্খায় অমনা নুপাগী শকওং অদুগা অতোপ্পা হকচাং তঙ্খায় অমনা নুপীগী শকওং লৌদুনা লৈ। চনাগী মনুংদা অনীথোক্লা তঙ্খায় তানা লৈবগা মপান্দা মপুম ওইনা অমত্তা ওইনা উবগুম্বনি। নুপী-নুপা অনীগী অপুনবা শকওংনি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অহুমগী অপুনবা শকওং লিঙ্গনা ওই। লিঙ্গগী মশাদা অহুম থোক্লা খায়দোকই। লিঙ্গগী মখা ইথৎ থংবা অদুনা পীঠগী মনুংদা লোৎশিন্দুনা লৈ। মসিনা ব্রহ্মাবু খগুনৈ। ব্রহ্ম ভাগ কৌই। অনীশুবা শরুক যোনিনা চেংনা কোনশিল্লগা লৈবিবা অদুনা বিষ্ণুগী মশক্তি। বিষ্ণুভাগ কৌই। অনী অসি পীঠগী মনুংদা লৈ। অহুমশুবা শরুক যোনিগী মথক্তা হায়বদি পীঠগী মথক্তা থিনগৎলক্লিবা অদুনা রুদ্রনি। রুদ্রভাগ কৌই। যজ্ঞগী যুম্বী লৈবা মফমদা লাই পূম্নমক লৈবগুম্বা লিঙ্গ লৈবা মফমদা লাই পূম্নমক লৈ। লিঙ্গ হায়বসি "ॐ" গী মশক্তি। ॐ না সগুন, নির্গুন ব্রহ্মগী মশক উৎপগুম লিঙ্গনা সকাল, নিষ্কাল ব্রহ্মগী মশক লৌদুনা লৈ। বৃহাদাবন্যকউপনিষদ ৩। ৮। ৮ না ব্রহ্মগী মগুণ লৈতে হায়। অদুগা ছান্দোগ্য উপঃ ৩। ১৪। ২ নদি ব্রহ্মগী মগুণ লৈ হায়। অনীমক্কী অপুনবা শকওং লিঙ্গনা ফোংদোকই। লিঙ্গ হায়বসি ঈশ্বরগী মশক্তি। শিববু লিঙ্গ ওইনা খুরুম্মু হায়। শিবগী মন্দিরদা লিঙ্গবু প্রতিষ্ঠা তৌদনা মূর্ত্তি ঙাক্তা লাৎলবদি মহৈ য়ানবা ঙমদে। লিঙ্গ প্রতিষ্ঠা তৌবনা থোইনা হেন্না মরু ওই, মূর্ত্তি খিনবদি অদুক য়াম্না মরু ওইদে। (শিব পুরাণ, বিদেশ্বর সংহিতা অধ্যায় ৯। ৪৬)। বীর শৈব নত্রগা লিঙ্গায়তনা লৌবা লিঙ্গ রহস্যগী মতুংইন্না পরব্রহ্মসি নিষ্কাল ওই, গুণ য়াওদে। গুণ হায়বিরসি সত্ত্ব, রজ, তমঃ গুন অহুম অসিবুনি। গুণ অহুম অসি য়াওদবা ব্রহ্মবু নিষ্কাল ব্রহ্ম কৌই। অদুম ওইনমক ব্রহ্মদা 'সৎ' 'চিৎ' 'আনন্দ' হায়বা অহুম অসিদি গুণগী মশক ওইনা অদুম য়াওদুনা লৈ। 'সৎ' 'চিৎ' 'আনন্দ' হায়বদি শিবগী নুংগী ওইবা শিব তত্ত্বনি। মসিবু 'স্থূল' হায়না

খঙনৈ। 'স্থূল' গী মনুংদা য়াওবিবা 'স্থ' গী অর্থনা "স্থাল" (মফম, লৈফম) বু খঙনৈ অদুগা "ল" না "লয়" (মাংখিবা) বু খঙনৈ। খুৎশেম (ব্যাক্ত) ওইবকপা অদুগা অমুক মাংখিবা (অধ্যাক্ত) অদুগী তুংনফম, হনফম অদু "স্থাল" কৌই। মসি মহত্ত-তত্ত্বগী মশক্তি। মহত্ত-তত্ত্ব অসি ব্রহ্ম নত্রগা শিব-দা য়াওই। মসিগী অকুপ্পা মবমদি "বীব শৈবগী লিঙ্গ বহস্য" হায়বা মতাংদা নৈনবি।

লিঙ্গগী শকওং, মখল মখা য়াম্মী। লিঙ্গগী মখল খুদিংমক "লিঙ্গগী মখলশিং" হাযনা নৈনবগী বিষয় অমা য়াওবিবা অদুদা উবা ফংবিগনি।

হায়বিবা লিঙ্গশিং অসি নত্তবা অতোপ্পা লিঙ্গ তবানিথোই– জ্যোতিব লিঙ্গ হায়না খঙনবা অমসু লৈবি। মখোয়শিং অসিনা ভাবতবর্ষগী অতোপ অতোপ্পা মফমশিংদা লৈ। লিঙ্গ তবানিথোই অদুগী মমিংশিংদি– সোমনাথ, মলিকাবজুন, মহাকালেশ্বব, ওমকাবেশ্বব, কেদাবেশ্বব, ভীমা শঙ্কব, বিশবেশ্বব, ত্র্যম্বকেশব, বৈদ্যনাথেশ্বব, নাগেশ্বব, বামেশ্বব, ঘুশকনেশ্বব। জ্যোতিব লিঙ্গ তবানিথোই অসিবু অয়ুক অমসুং নুমিদাংবাইবমদা শোঞ্জববদি মপোক তবেৎতা তৌখিবা পাপ পূম্নমক লোয়না কোকপী অদুগা সিদ্ধি পূম্নমকী ফলশিং অদু ফংবা ঙম্মী। (কোটিকদ্র সংহিতা অধ্যায় ১। ২১-২৪)। যোগীশিংনা লিঙ্গগী অহৌবদগী হৌবগা অবোইবা মতোন ফাওবদা ধ্যান তৌই। শিব মশামক্লা পার্ব্বতী লুহোংবা মতমদা লিঙ্গ খুকম্মী। মসিদা কনাগুম্বনা হংলকপা য়াই– লিঙ্গগা শিব-গসি মশা অমতা নত্তব্রা, তোঙান-তোঙানবা শকওংলা। অঙনবা মতমদা লিঙ্গ খুকম্বসি অচৌবা লাই অমবু খুকম্বনি হায়না লৌনবম্মী। লিঙ্গ খুকম্বসি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা চৎনবকই। শিব লিঙ্গদি মূর্ত্তি পূজা তৌবা চৎনবা হৌদ্রিঙৈগী মমাং চহী কয়া চৎখৎলগা লৈরম্লে। (শৈবিজম থ্রু দি এজেস, লাঃ ৫০; ওবিজিন ওব জগননাথ ডীইটী, লাঃ ২১)। বাবননা মহাদেবগা লান থেংন-থেংননা সনাগী

লিঙ্গ মশাদা লোয়নবকপা অদুদা খুকুন্মী। (বামায়ণ)। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ফাওবনসু মমিত্তা মচানুপা অমা উনিংদনা শিব নিংলম্মী। (মহাভাবত অনুশান পর্ব্ব, অধ্যায় মবিশুবা)।

শিব খুকুম্বদা কৎপা য়াবা অমসুং য়াদবা লৈগী মখলশিং অমসুং অতৈ পোৎলমশিং অহানবা অধ্যায়গী মনুং চনবা– "লিঙ্গ উপাসনা" হায়বদুদা উৎলি। লৈহাও (চম্পক) অমসুং কেতক (কেতকী) হাযবা লৈ মখল অনী অসিদি শিব-দা কৎপা যাদে। রুদ্র সংহিতা ১৪। ৩৬)। কুন্দোসু শিবদা কৎনদে।

শিব উপসনাগী মহয অসি য়াম্না চাওখ্রে। থাবদা রানা থোক্লি। রাফম অমা, অনীদং পঞ্জগে। অকুপ্পদি "লিঙ্গ উপাসনাগী মহয" হায়বদুদা য়াওবি। শিব-বু ঈড়াৎ পূজা তৌবগা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ ফংহল্লি। সংসাবগী নুংঙাইবা অমসুং মোক্ষ ফংহল্লি। কনাগুম্বা অমনা যজ্ঞ তৌদুনা, তপ তৌদুনা, তীর্থ চত্তুনা অমসুং বেদশিং পাদুনা ফংলকপা পূন্যগী ফল অদুদগী লিঙ্গ প্রতিষ্ঠা তৌবদা ফংলকপা মহয়না শকক কোটি অমা হেল্লি। (অগ্নি পুরাণ ৩২৭। ১৫। ১০ বি)। লৈপাক্লা শাবা লিঙ্গ অমবু সন্ধ্যাগী মতমদা বিল্ব (হৃবি খাগোক) কত্তুনা খুকমজববদি খুকজমবিবা মহাক্কী শাগৈগী পুবোল চামা তবামাথোইমক লোযনা অব্রাবা কোকথোকপীবগা স্বর্গ ফংহল্লি। (অগ্নি পুবাণ ৩২৭। ১৫)। কনাগুম্বা অমনা মচিন্দা 'শিব' হায়না শোল্লগা মন্দিব অমা লৈপাক্লা, চেক্লা, নূঙনবু ওইববসু শাববদি লন-থুম, সম্পতি, মখল মথেল কয়াগী কান্নবা ফংবা ঙম্মী। অদুগী মথক্তা মহাক্কী শাগৈগী পুবোল কুম্মাথোইবুসু নবক্তগী পুখৎলগা স্বর্গ ফংহল্লি। শিব লিঙ্গ ঈড়াৎ পূজা তৌববদি শেংলমদবা মফমসু তীর্থগুম্না শেংলকই; অদুগা পাপ্পী ওইবা মী ফাওবনা মফম অদুদা লাক্লগা শিবববদি মহাক শিব লোক তান্না চৎলি। অসি নত্তবা কয়ামকমসুনি।

মথংদা অনীশুবা অধ্যায় "রুদ্র"গী মতাং লাক্লে। অনীশুবা অধ্যায়না কোনশিল্লিবা বিষয়শিংদি — রুদ্রগী অর্থ, রুদ্রগী তোঙানবা শকওংশিং, রুদ্রনা কপ্পগী মৰম, অষ্টমূর্ত্তি রুদ্র, প্রাণ অগ্নি রুদ্র, রুদ্র পোকপা, রুদ্রনা কপ্পা অমসুং মহাক্কী মমিং থোনবা, অগ্নিগী মবৈ তবেৎ, মৈতৈনা মৈ লাৎপা অমসুং রুদ্রগী অকুপ্পা মৰম অসিনচিংবনি।

'রুদ্র' হায়বা ৱাহৈ অসিদা য়াওবিবা "রু" শব্দনা অৱাবা মাংহনববু খঙহৈ। "রুদ্র" মন্ত্রগা বাক (শব্দ) হায়নসু খঙহৈ। জ্ঞানগী মপু ওইবা অদুবুসু রুদ্র হায়না খঙহৈ। রুদ্র জ্ঞান পীনবিবা মপুনি। রুদ্রনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মনুংদা পুরুষগী শকওং লৌবগা চংদুনা লৈ। রুদ্র অহঙ্কারনি। অহঙ্কার য়াওদনা খুৎশেম ওইবা যাদে। প্রকৃতিগী গুণ অহমগী মায়বা চাংদা লৈবিবা অদু থুগাযবনা রুদ্রগী মথৌনি। 'রুদ্র' শব্দগী অতোপ্পা অর্থনা কপ্পবু হঙহৈ। "কপ্পা" হায়বা অসিনা রুদ্রগী হৌবকফম মরু ওইবদগী "রুদ্র" হায়বগা কপ্পবু খঙহৈ। রুদ্রনা কপলিবগী মৰম অদু "রুদ্রনা কপ্পগী মৰম" হায়বা মতাং অসিগী মনুংদা নৈনৈ। অঙাং নৱাগী মশক লৌবিবা রুদ্রনা হৌজ হৌজ ঙহাক লৈতনা থাংখাং নাইনা নীপাল্লক কপখি। মহাক্লা কপ্লীবসি মপুক লাম্বদগীনি। মহাক্কী মপুক অবাম্বা অদু কোক্লনবগীদমক পেৎলম নীপালখকনা মচিঞ্জাক ওইনা মহাক্লা কপলকপা খুদিংদা অমমতা ওইনা ইনবিখি। রুদ্রদা ইনবিবা চীঞ্জাক মখল নীপাল অদুদি মখোয়শিং অসিনি— ১। মনস (মন), ২। প্রান (প্রান অগ্নি), ৩। আকাশ নত্রগা মালং, ৪। নুংশিৎ (বায়ু), ৫। মৈ (অগ্নি), ৬। ঈশিং (আপঃ), ৭। লৈপাক (পৃথিবী) অমসুং ৮। প্রাণ। প্রাণ অমসুং অপান হায়বা অসিনা প্রাণগী শকলোন অনী ওইনা লৌবগা ঙম্মমক্লা চীঞ্জাক মখল নীপাল শুবে। চীঞ্জাক মখল খুদিংগী নুংগী ওইবা ভাব অদু লৌবগা রুদ্রগী চানবা মমিং নীপাল ওইবে। মমিং অমমম্মা মূর্ত্তি অমমমগী মশক লৌবে। অদুনা চীঞ্জাক মখল নীপালগী মতুংইন্না থোনবা মমিং নীপালনা মূর্ত্তি নীপাল ওইবে। মসিবু

অষ্ট মূর্ত্তি (শকওং নীপাল) হায়না কৌবে। অদুনা অষ্টমূর্ত্তিদা পোংশক নীপান হায়বদি মন (মানস) + পঞ্চভূত মঙা + প্রাণ +অপান হায়বসি য়াওবে। নীপাল অসিনা রুদ্রগী মূর্ত্তি নীপাল ওইনা চোংথোকললকপা কান্দা মূর্ত্তি অমমমগী মমিং মখাগীসি ওইবে–

১। পৃথিবী – পৃথিবী মূর্ত্তি – সর্ব অমসুং সদযোজাত

২। ঈশিং – জল মূর্ত্তি – ভব, কামদেবনিসু হায়

৩। অগ্নি – অগ্নি মূর্ত্তি – অঘোব

৪। নুংশিৎ – বায়ু মূর্ত্তি – তৎপুরুষ

৫। মালং – আকাশ মূর্ত্তি – ভীম অমসুং অশানি (হায়বিবশিং অসি শিবগী মমায় মঙানি হায়না পুবাণশিংনা লৌই)।

৬। প্রাণ (মৈশা) – সূর্য্য মূর্ত্তি – ঈশান

৭। অপান (অমিংবা) – চন্দ্রমূর্ত্তি – মহাদেব

৮। প্রজ্ঞা (মন) – যজমান মূর্ত্তি (হোত্রি) – দিক্ষিত ব্রাহ্মণ নত্রগা ব্রাহ্মণ পশুপতি।

হায়বিবা পোংশক নীপাল (শিবগী মূর্ত্তি নীপাল) অসিনা মচং ওইবগা তাইবংপানবগী মশক অসি ওইবকই। নীপাল অসিবু বৈদিকী ব্রাখল লোন্দা বসু নীপাল অমসুং কুমার বিদ্যা হায়না খঙনৈ।

রুদ্রনা কপলকপা খুদিংগী মচিঞ্জাক ইনবী হায়বসিনা "শিব মহাদেব-দি গ্রেট গোড" হায়বা লাইরিক অদুদা পল্লি। অদুগা শতপথ ব্রাহ্মণ ৬। ১। ৩। ৮-১৬ দা হায়বনা রুদ্রনা কপ্লিবসি মমিং থোনবীদবদগীনি হায়। অদুনা ব্রহ্মানা রুদ্রনা কপ্লা অদু তোকখিনবগীদমক অকপ্লা খুদিংগী মমিং অমমম থোনবী। রুদ্রনা হৌজ-হৌজ নীপালক কপখিবদগী মমিং

ন্নীপাল খক মথং মনাও নাইনা থোনখি। অহানবা কপ্পনা রুদ্র (অগ্নি) অনীশুবনা সর্ব (ঈশিং), অহুমশুবনা পশুপতি হায়না মিং থোল্লুবগী মবমদি– পশুপতি হায়বসি পাম্বীশিংবু খঙনৈ। পুরুষ, শগোল, শল লাবা, হামেং লাবশিংনা পাম্বীশিং ফংবা মতমদা মশা মউ কল্লি নত্রগা অতোপ্পা ব্রাহৈদা মখোয় পাম্বীশিংগী মপুনি। মবিশুবনা উগ্র (বায়ু), মঙাশুবনা অসনি (নোংথাং), তরুকশুবনা ভব (নোংগী লাই), তরেৎশুবনা মহাদেব (থা) অদুগা নীপালশুবনা ঈশান (নুমিৎ)। শতপথ ব্রাহ্মণদা রুদ্রগী মমিং নীপাল থোনবা অসিগা বিষ্ণুপুরাণ, অংশ ১, অধ্যায় ৮ দা থোনবগা ইমান মান্নে।

হকচাংগী ইন্দ্রি তবামাথোইবুসু রুদ্র তবামাথোই ওইনা লৌই। ইন্দ্রি তবামাথোই অসিনা পৃক্সিগী অবোইবা খোঙচৎ লাক্লবা থরায়গা হকচাংগা কাযনবমদাই যৌবক্লবদা কপ্পী হায়বদগী রুদ্র হাযনা কৌই।

রুদ্র পোকপগী মবম অসি বায়ু পুরাণ (৫৫। ৪০-৪১) বায়বীয় সংহিতা (অধ্যায ১১। ২৪-৩২), পদ্ম পুরাণ অমসুং বিষ্ণু পুরাণদা হায়বগা খব খব খেন্নে। অকুপ্পা মবমদি লাইবিক অসিগী মনুংদা "রুদ্র পোকপা" হাযনা নৈনবিবা অদুদগী উবা ফংবিগনি।

মথক্তা রুদ্রবু অগ্নিনি হায়খ্রে। (ঋক বেদ ২। ১। ৬, শতপথ ব্রাহ্মন (৫। ২। ১৩, তানদ্য ব্রাহ্মণ ১। ১। ৫। ৮-৯, ১। ১। ৬। ৬, ১। ১। ৮। ৪, ১। ৪। ৩। ৬)। অমুকসু লিঙ্গ পুরাণ ১। ৭। ১০০ না অগ্নিবু রুদ্রগী তোঙানবা মশক্তি হায়বি। পৃথ্নমক্কী ইহাল হেক হানবদা লৈবম্বা মৈশা অদু অগ্নি-নি। মসিনা ব্রহ্ম আণ্ডাদা অশাবা মৈশা ফাওহল্লগা ব্রহ্মাণ্ড অমগী মথক্তা অতোপ্পা ব্রহ্মাণ্ড অমা মবোল মবোল নাইনা শেম্মী। (লিঙ্গ পুরাণ ২। ১২। ৩৩)।

অগ্নি হায়বসি যুম্বানবা ইমুংগী যুম লাই (গৃহস্পতি) নি। যুমথোং খুদিংগী ওইবা অতিথিনি; অতিথিশিংগী মনুংদা অথোইবনি। ইমুং অদুগী

মচাক, মবল, লন-থুম চাওখৎহল্লি। পোকপা, শিবা নাইদে। বিবাহগী যজ্ঞদা কন্যা অদুগী ফনবগীদমক মৈ কৌবা লাইবু খুকন্মী। "যুমগী লাই, হে অগ্নি কৌবা নহাক্না কন্যা অসিবু ঙাকপী শেনবীয়ু, নহাক্না মাগী মচা মশুশিংবু পূক্সি নুংশাংহনবীয়ু, মচানুপাশিং পোকপদগী মহাক্কী পূক্সিদা নুংঙাইবা ফংবা ওইজবশনু" হায়না খুকন্মী। যজ্ঞগী মৈ ওইবগনা অগ্নিনা দেবতাশিং অমসুং মীওইবশিং অনীগী মবক্তা পাও ফাওনহনবা ওই। যজ্ঞদা কৎলিবা পোৎশিং অদু দেবতাশিংগী মফমদা পুই অদুগা দেবতাশিংবুসু যজ্ঞগী মফমদা পুথবকই। মবম অসিনা অগ্নিবু পুরোহিত, জ্ঞান লৈবা, ব্রাহ্মণ, শাগেগী পুরোহিত হায়না কৌই, পুরোহিতশিংগী মবক্তগী অথোইবা "হোতব" হায়বা মিংথোল অদুসু পী। অগ্নিগী মপোক অহুম্নি, মপোক অহুমগী লৈফমসু অহুম্নি। অতিয়া থক্তা নুমিৎকী মঙাল ওইনা ঙাল্লি, মালেম পৃথিবীদনা মহাকপু মীওইবনা মৈশুৎ উ অনী তক্রবদগী থোকহল্লি, ঈশিংদনা নোংথাং ওইনা থোক্লকই। নোংদোন থক্তা ঙাল্লগা নুমিৎ হায়, মালংগী লমদনা বিদূৎ (নোংথাং) কৌই, অদুগা মালেম থক্তা তাবক্লগনা মৈ হাযনা খঙনৈ। অগ্নিবু 'শূচি' কৌই, স্বর্গদা মৈগী মৈশাগুম মঙাল ফুদোক্না ঙালবদগী "পাবক" কৌই, তক্লবগা মৈশা পোকহনবদগী 'পবমান" হায়না পৃথিবীদা খঙনৈ। (ব্রহ্ম বিদ্যা লাঃ ৩৮২)। বিষ্ণু পুরাণ, অহানবা শরুক, অধ্যায ১০ শুবদা হায়বনা অগ্নিনা স্বাহা পান্নবগা মচানুপা অহুম, পাবক, পবমান অমসুং শূচি পোকই। মচানুপা অহুম অসিনা মচানুপা নিফু মঙা পোকই। অগ্নি, মচানুপা অহুম, মশুনুপা নিফুমঙা থাবগা ওম্নমক্লা অগ্নিগী মশিং নিফুমাপল শুই। মৈগী মৈবী তবেৎ লৈ। মখোয়শিং অদুদি— ১। কালী (অমুবা মশক), ২। কবালী (অকিবা মশক), ৩। মনোজবা (পূক্লিংগুম য়াংবা), ৪। সুলোহিত (অঙাংবা মচুদা য়াকশিনবা), ৫। সুধুম্রবর্ণ (মৈখু মচু), ৬। স্ফুলিঙ্গিনি (মৈবী কাপ্পা) অমসুং বিশ্বরূপি (শকওং পূম্নমক লৈবা) নত্রগা বিশ্বরুচি (মঙাল শিথহনবা, মঙাল শান্বা)। হায়বিবা মৈবী তবেৎ অসি অগ্নিগী মবৈ তবেৎনি। (মুন্দকোপনিষদ ১। ২। ৮)।

মৈ তবেৎ অসিনা তোঙান-তোঙানবা মথৌশিং পাংথোকই। হায়বিবা মথৌশিং অসি "অগ্নিগী মৈ তবেৎ" হায়বদুদা উবা ফংবিগনি। অগ্নিগী মমিংশিংবু খায়না অসুম্না খঙনৈ। মদুদি - বহ্নি, বিতি হোত্র, ধনঞ্জয়, জীবনন, ধূম কেতু, অবজ-হস্ত, শনাল, ছাগ-বথ, সপ্তাচি অমসুং বৈশ্বনব।

মৈতৈ তাযবা ফুরুপ অসিনা নিংশিংবা ভুমদবা মতমদগী হৌনা মৈ লাংফুনা লাকই, ফুঙ্গা লাইবকই। মৈতৈনা মৈবু লাইনি নিংই, অদুগা মৈদি নুমিৎকী মচুৎ শিল্লবনি হায়না নিংই। মৈতৈনা হায, মদুদি "লাই পুম্নমক্কী ফুঙ্গানা মকতেং" হায়দুনা "ফুঙ্গা লাইরু" কৌই। মৈতৈগী ধর্ম্মদি মৈ লাংপননি। মৈতৈনা কুইরবা মতমদগী মৈ লাংলকপা অসি রুদ্র/শিব লাংলম্বগী খুদম্নি। মৈ খুরুম্বনা মৈতৈনা হায, "পোইবৈতোননা খুন্থোক মৈ, পোইনা ওতোনা খুঙ্লিং মৈ চপকপ কাপ্পুপ মৈ, মৈত্রেং অবাবনা- যোই মযাই মচুৎ শিংবা মৈ।" তাইবংপানবদা "মৈ ঔভাংপা" ধর্ম্মনা ধর্ম্ম পুম্বগী অহানবনি হায। মৈ/ অগ্নি খুরুম্বা কাংবুশিংদি লন-থুম, খৎত-পাদে অমসুং পৃশ্নি নুংশাংই হায়না মহৌশাদগী থাজনবকই।

রুদ্রগা অগ্নিগা অমতনি হায়না মথক্তা পঞ্জখ্রে। লাইয়ামশিংনা রুদ্র কনানো হায়বসি খঙলমদে। অদুনা মখোয়না রুদ্রদা মহাক কনানো হায়না হংলম্মী। মদুদা মহাক্না খুমলক্লম্মী। ঐহাক্তি ইহান হানবদা লৈবক্না অদুনি, ঐদি অসুম হিংদুনা লৈখিগনি। ঐ নত্তনা কনামত্তা লৈবমদে। মনুং হৎচিন্না চংলগা লৈবিবদু ঐনি। ঐ সনাতন ওই, সনাতনসু ওইদে, শকওং নাইবা অমসুং শকওং নাইদবসুনি। ঐনা লৈতবা, য়ৌদবা মফম অমতা লৈতে। শকওং নাইবিবসু ঐনি, অচুম্বা হায়বিবা অদুসু ঐনি।

রুদ্রনা অহানবা মকোক থোংবা মাইবনি। (ঋক বেদ ১১।৮৩-৪)। অনাবা ফহন্নবগী শক্তি রুদ্রদা লৈ। অনাবগী হীদাক লীশিং কয়া রুদ্রগী লৈ। রুদ্রনা অশিবা মীবু হিংগৎহনবা ঙম্মী। মহাকপু সংসাব বৈদ্য (জগৎকী মাইবা) হায়না কৌই। শুক্রচার্য্যনা শিব উপাসনা তৌই অদুগা

"মৃত সঞ্জিবনি" হায়বা মন্ত্র, অশিববু হিংগৎহনবা ঙম্বা মন্ত্র শিব-দগী ফংজখি। (বামন পুবাণ, অধ্যায ৬২)। অথর্ব্ব বেদনা কদ্রবু মীত্রং, পোৎশেম যাদু তৌবশিংগী মফমদগী ঙাকথোকপীনা শকওং ওইনা লৌই। কদ্রনা মনাই ভক্তশিংগী মশাদা চংই, অন্না-অনা কোকপী মচিঞ্জাক পীবিদুনা য়োকপী থাকপী, অন্না-অনা, লাইনা-তীন্না কযাদগী ঙাকথোকপী। অনাবা ফহন্নবগী শক্তি কদ্রদা লৈ। অশিবগী লাই কদ্রনি, অশিবা মহাকপু মাংহনবসু কদ্রনা ওই। (বায়ু পুবাণ ২৪। ১২৮)। কদ্রগী নুংগী ওইবা মশক কদ্রগী অকুপ্পা মবম নৈনবগী মতাংদগী খঙবা ঙম্মীগনি।

অহুমশুবা অধ্যাযদা কদ্র/শিবগী মতাংদা নৈনৈ। শিব-বু কদ্র ওইনসু লৌনৈ। শিব কদ্রনি হায। বেদগী মতমদা কদ্র হাযবখুদু পুবাণগী মতমদদি শিব হাযনা খঙনববে। বেদগী কদ্রদগী পুবাণগী শিব-না মতিক মগুণ হেন্না লৈবক্নে। কদ্র শিবগী অংশ (কলা) ওমনি। শিবমক্কী থাক্তি য়ৌদে হায়। স্বামী শিবানন্দনসু হায-শিব না ত্রিনাথগী মনুং চনবা কদ্রদগী তোঙাল্লি। ত্রিনাথ হায়বদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং কদ্রবু খঙনৈ। মহেশ্বরগী যাথং মতুংইন্না লাই অহুম অসিনা নৈশেম্বা, নৈঙাকপা অমসুং মাঙহনবগী থবক পাংথোকই। গুণ অহুমগী ব্রাংমদা লৈবিবা মহেশ্বরগী শকওং মবি লৈ। মদুদি ব্রহ্মা, কাল, কদ্র অমসুং বিষ্ণু। মবি অসিগী ঙাকলৌদি শিবনা ওই। শক্তিগী তুংনফমশু শিব-না ওই। ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং কদ্রদগী শিব-না তোপ-তোপ্পা মশক ওইনা লৈ। ভগবান শঙ্করদি মশিং থিঙমদবা ব্রহ্মাণ্ড ক্রোব কয়াগী মপুনি। ঈশ্বরদা মায়ানা তিনখিবা মতমদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং কদ্র ওইবকই। ভগবান শঙ্করগী য়াথং মতুংইন্না ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং কদ্রদগী মথংশিংনা বজ, সত্ত্ব অমসুং তমঃ গুণ অহুম অসি পোক্লকই। দেবতা অহুম অসি পুন্না থবক তৌমিন্নে, অমতনি, খেন্নদে। কদ্রনা পবমশিবগী থাক্তি য়ৌদে। (লোর্ড শিব অ্যাণ্ড হিজ ৱার্শিপ)। তোঙান-তোঙানবা থবক থৌবমগী মতুংইন্না কদ্রগী মশিং তবামাথোই শুববসু কদ্রদি অমতনি। 'শিব'

হায়বা শব্দ অসিনা পুবিবা তোঙান তোঙানবা অর্থ অদু 'রুদ্র/শিব' হায়বা বিষয় অসিগী মনুংদা কুপ্পা নৈনৈ।

খুৎশেমগী মমাংদা লৈবঙ্গসু শিব-নি, খুৎশেমগী মনুংদা লৈবিবদুসু শিব নি, অবোইবদ লেহৌগদবা অদুসু শিব-নি, শূন্য ওইববা কান্দসু সদা শিবদি অদুম লৈ। (কোটিরুদ্র সংহিতা ৪২। ২০)। শিব-বু মহাদেব কৌই। মবমদি দেবতাশিং, ঋষিশিং, অসুবশিংদা যাওবিবা তেজ অদুদগী শিবগী তেজনা পূবক্লেন লেপ্লি। (বায়ু পুবাণ ১০। ৬১-৬২)। মহাকপু লাইশিংগী লাই ("দেব দেবেশ") হায়না খঙই। (বায়ু পুবাণ ১০। ৬২, ২৩। ৯৮-৯৯)। মহাদেবনা লাই পূম্নমক্কী খ্বায়দগী অহল ওইবা লাইনি। (দেবানাম জ্যেষ্ঠঃ)। (বায়ু পুবাণ ১৫। ৯)। দেবতাশিং, পিতৃশিং, দানবশিংনা ঈশ (মহাদেব) বু খুরুম্মী। মবমদি মখোয়না কাল কৌবা লাই (মহাদেব) বু যাম্না কি। (বায়ু পুবাণ ৩২। ৩৫)। শিববু অশিবগী লাই (God of Death) "হব" বুসু খঙই। মঙোন্দগী চেতন (Consciousness) সু পোক্লকই। (অগ্নি পুবাণ ৩২৭। ১৫। ৯)। শিব-বু সত্যম, শিবম, সুভম, সুন্দবম, কান্তম হায। সৎ-চিৎ-আনন্দনি। মীযাম্না তোয়না কৌনবা শিবগী মমিং খবদি অসিনি— শঙ্কব, শম্ভু, সর্ব, মহেশ্বব, হব, নিদ্রা দেব, মৃত্যুঞ্জয, তৎপুরুষ, কপর্দী, ত্রিনেত্র, ফালনেত্র, অগ্নি লোচন, পিনাকনানি, ভূতেশ্বব, নিদ্রবেদ, যোগেশ্বব, কামেশ্বব, পশুপতি, ভূতনাথ, কৈলাশবাসী, জগৎপতি, পার্ব্বতীপতি, গঙ্গাধব, জোটাধব, চন্দ্রশেখব, কপালী, নিল ল্যোহিত, ত্রিলোচন, নিলকণ্ঠ, ত্রিশুনধবি, ডমরুধব, কাল-কাল, ভোলে বাবা, অশুতোষ, অবধয়দানী, জগৎ গুরু, উমা শঙ্কব, গৌবী শঙ্কব, গোপেশ্বব, পবম শিব, দিগম্বব, ভৈবব, দক্ষিন-মূর্ত্তি, ত্র্যম্বক, বামদেব, জ্যোতিবময়, বিশ্বনাথ, অর্ধনাবীশ্বব, চিদানন্দময়, চন্দ্রচুড অসিনচিংবনি। মিংশিং অসিগী নুংগী ওইবা ভাব অদু "রুদ্র/শিব" হায়বা বিষয়গী মতাংদা নৈনৈ।

শিব পুবাণনা হায়– শিবদি প্রকৃতি অমসুং পুরুষ অনীগী মথক থোংবা ওইনা লৈ। শিব মহেশ্বরনি। মহাক্তি সাক্ষিনি, ফনবা খনবনি জীব পূম্নমকপু য়োকপীবা মহাক্নি। গীতানা হায – "উপদ্রশুনুমন্ত চভত ভোক্ত মহেশ্বব"। (গীতা ১৩। ২২)। মহেশ্ববনা খুৎশেমগী থবক অসি মহাক্কী অনিংবা, অপাম্বগী মতুংইন্না পায়খৎলি। শ্রুতিনা হায়– "মঘমতু প্রকৃতিম বিদ্ধি ময়িনম তু মহেশ্বব"। প্রকৃতি হাযর্বসি মায়াবু খঙনৈ অদুগা মহেশ্বব হাযবনা মাযা নত্রগা প্রকৃতিবু পায়শিল্লিবদুনি। জগৎ সংসাব অসি শিবদগী থোবকই। শিব লৈবনা পূম্নমক হিংদুনা লৈবা ঙর্মী। অবোইবদা শিবদা তিনশিনখি।

ব্রহ্মাদগী হৌবগা অতৈ দেবতাশিংনা শিবগী গোত্র অমসুং শাগৈ মশক খঙদে। শিব-গী গোত্র অমসুং শাগৈ হাযর্বসি "নাদ" (অশেংবা খোন্থাং–Divine Sound) না ওই। ব্রহ্মাদগী হৌবগা মিংনা ঊর্বিবা পূম্ন অসি শিব মশামক্নি। (কোটিরুদ্র সংহিতা ১৯। ২০)। খুৎশেম হৌদ্রিভগী মমাংদসু শিব লৈ। খুৎশেমগী ময়াই চল্লকপদসু শিবলৈ, খুৎশেমগী অবোইবদসু শিব লৈ। খুৎশেম পূম্নমক লোয়না মাংখ্রগা শূন্য ওইববা কান্দা লৈহৌবিবসি সদা শিবনি। বেদশিং পুথোকপা অমসুং বেদশিংগী মপু হাযর্বসি শিব-না ওই। ("ঈশানঃ সর্ব বিদ্যা নামঃ)। (কোটিরুদ্র সংহিতা ২৩)। লাই পূম্নমক্কী কোকলেন শিবনা ওইবনা শিবনা বিদ্যা পূম্নমক্কী, কলা যোগনচিংবা অতৈ অতৈশিংগী ওঝানি। হৌখিবা মপোক্তা লাইওইখিবা ইপা ইপুশিংগী গুরুসু শিব-না ওইখি। (পাতঞ্জল-যোগ দর্শন কৈবল্য পাদ ৩৪)।

শিবদগী ঋষি তবেৎ, দেবতাশিং অমসুং পিতবশিং লোয়নমক পোক্লকই। (বায়ু পুবাণ-৩২। ৫)। শিব-বু "স্থানু" কৌই। মবমদি মহাক্না সৃষ্টিগী থবক লোইববা মতুংদা প্রলয়গী মতম য়ৌবক্লিফাওবা কবিমতা লেংদনা লৈ। (বায়ু পুবাণ ১০। ৫৯)। যোগ অমসুং কালগী শেম্নীবা মপুসু মহাক্নি। (বায়ু পুবাণ ৩২। ৭। ২৬)। শিব-না দেবতাশিং অমসুং ঋষিশিংগী

মফমদা হায়— ব্রহ্মাদি কৃত যুগ (সত্য যুগ) তা খুবস্মী, যজ্ঞনা ত্রেতা যুগত, বিষ্ণুনা দ্বাপর যুগতা খুবম্নৈ। অদুগা শিব মশামক্তি যুগ যুগ খুদিংমক্তা খুবম্নৈ। (বায়ু পুরাণ ৩২। ২১)। কল্প খুদিংদা মহাদেবনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শেম্মী। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু শেম্নীবা য়োকপীবা অমসুং মাংহনবসু মহাক্নি। অসুরশিং রাক্ষসশিং, দৈত্যশিংনা শিব-বু খুবম্মী। রাক্ষসশিংগী মপুনি হায়দুনা শিববু "রাক্ষস ধিপতি" কৌই। মুনি, ঋষিশিংতা নত্তনা পিশাচঃশিং, বিনায়কশিং, নাগশিং, যক্ষশিং, গন্ধর্বশিংনা শিব-গা লোয়নদুনতা লৈ। যক্ষশিংগী মপু কুবের হায়রসি মহাদেবগী মরুপ্নি। (মহাদেব সখা ৪১। ১ ৮)। শিব বু ঈডাং পূজা তৌবিবা যুম অদুদা বিনায়কশিং, পিশাচঃশিং, নাগশিং অমসুং যক্ষশিংদগী কিনিংঙাই ওইদে। মরমদি নাগশিং অমসুং অতোপ্পশিং অসিনা শিববু খুবম্মী। (বায়ু ৩০। ৫১১)।

শিবগী হস্মোয় অসি সিদ্ধ য়োগীশিংগী লৈফম্নি। (বায়ু পুরাণ ২৪। ১৫১)। যোগসূত্রনা হায়   শ্রীকৃষ্ণনা থম্মোয় লকানুংদা চংদুনা লৈবা মতমদা জগৎ গুরু শিবদি লাইবক্তা উবা ফংগনি। শিবদি অচৌবা ত্যাগীনি। অদুনা শিব বু ত্যাগ রাজ কৌই। অহানবা লৈশেমচৈগী মপা ওই হায়দুনা পিতামহ হায়নসু কৌই। শিববু সর্বজ্ঞ (পুখং খঙবা) অমসুং থরায় মিরেল অথোইবা পরমাত্মা হায়নসু খঙনৈ। শিব-না ধর্ম্ম পালন তৌই। শিব-বু ঘন্টা প্রিয় অমসুং ঘন্টীক কৌই। শিব-বু ধর- মালাধর (লৈ অঙৌবা পরেং থোনবা) অমসুং পঞ্চ মালার চিতাঙ্গ (লৈ পরেং মঙা থোনবা) হায়নসু কৌই। সুগন্ধিন অমসুং ক্ষীবপ (শঙোম য়াম্না পাম্বা) হায়নসু খঙনৈ। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শিব-গী মশক্তি, পূম্নমক্তা শিব নৈ।

শিব মতোমতনা পূম্নমক অসি খঙই, অদুগা কনাগুম্বা অমত্তনদি মাবু খঙদে। (কোটিরুদ্র সংহিতা ৪৪। ৩)। মহাক মথন্তনি। মহাক্কুম্বা অনীশুবা অমা লৈতে। শিব-দি মশা মতোমতা পোকচবকপা ঈশ্বরনি। (বায়বীয় সংহিতা ৬। ১৩-১৪)। পূম্নমক অমতা লৈত্রিঙৈ, অহিং, নুংথিল

লৈত্রিঙৈদা শিব মতোমতা লৈবন্মী। (বায়বীয় সংহিতা ৬। ৩৯)। শিবগী মমা, মপা লৈতে। কবিগুম্বা মফমদসু চৎলগা পোক্লুদে। (অধ্যায় ৬। ৬২)। জীবগী থম্মোয়নুংদা চংলগা মতোমতা লোত্তুনা লৈবা লাইনি। (শ্বেতশ্চত্তব উপঃ ৪। ৬। ১২)। শেংলবা যজ্ঞশিংগী মকোক ওইবা লাইনি। (বাযবীয় সংহিতা ৬। ৬৪)। শিবগী মথক থোংবা লাই অমা লৈতে, মহাক নুপাশু নত্তে, নুপীশু নত্তে, নপুংশসু নত্তে, শিব বু ব্রায়েন চৈবাক পীবিনবা লৈতে। মহাক্না কাবণশিংগী কাবণনি, লাইযামশিংগী মবুংঙোনি, লাইয়ামশিংগী খ্বায়দগী চাওবা, ব্রহ্মাগুশিংগী মপুনি। মহাক্তি কালগী রাংমদা লৈ। মতমগী মথা পোন্দে, পুন্নমকী মপুনি। মতমগী য়াওল মতুংইন্না শিবনা গুরুশিংগী গুরু ওই। (কোটিরুদ্র সংহিতা ৬। ১৯)। প্রকৃতি অমসুং পুরুষতগী হেন্না চাওই। (অধ্যায় ৬। ৫৭। ৭৬)। ব্রহ্মাগী পূন্স লোইবা কালদা শিবনীদি মিকুপ অমতমক হৌপ্ত্রি। কৃষ্ণ ঐনা গোলোক্তা, বৈকুণ্ঠদা নত্রগা বাধিকাগী থম্মোযনুংদা খক লৈরুদে। শিবগী প্রেমগী থৌবীনা চিংখিদুনা ঐনা শিবগী থম্মোয় লকানুংদা চঙলগা মতম পুন্নমক্তা লৈ। (মথক্কী অধ্যায ৩৬। ১১০) শিবগী অকুপ্পা মবমদি— "শিব-তত্তম" হাযবা বিষযগী মনুংদা নৈনখ্রে।

শিবগী খ্বায়দগী চীংলেম্বা মশক্তি অর্ধনাবীশ্ববগী শকওং অসিনি। মসি নুপা নুপী অনীগী অপুনবা মশক্লা শকওং অমত্তা ওইনা উৎপনি। বৃহনমাবদিয় পুবাণদা অর্ধনাবীশ্ববকু নুপা অমগী মশক্কুম উৎলি। নুপা অদুগী শকওংদি হকচাং তঙ্খায়না অমুবা অদুগা তঙ্খায় অমনা নাপু মচু চংবা কুচু ওইবা, তঙ্খায় অমনা ফি শেত্তবা অদুগা তঙ্খায় অমনা ফি থোংবা, হকচাং তঙ্খায় অমদনা মী অশিবগী মকোক লুকংনা লৈ পবেংগুম শিবা অদুগা অতোপ্পা তঙ্খায় অমনা থম্বালগী লৈ পবেং শিবা, য়েৎ থংবনা নুপাগী শকওং উৎপা অদুগা ওইথংবা হকচাং তঙ্খায়না নুপীগী মশক্লি হায়না খঙহনবা মশক্লি। (২। ৭৩। ৪৯)। ঋক বেদনা অসুম্না হায়— নহাক্লা ঐঙোন্দা নুপানি তাক্লিবদু তশেংবদি মদু নুপীসু ওই। (ঋক বেদ ১। ১৬৪।

১৬)। বব-কন্যা হায়দুনা বিবাহগী মতমদা নুপা-নুপীগী শকওং উৎলিবদু অর্ধনাবীশ্ববগী মশক্তি।

অর্ধনাবীশ্ববগী মশক অসি লিঙ্গ অমসুং যোনিগী অপুনবা শকওংনি। (লিঙ্গ পুবাণ ১। ৯৯। ৭-১১)। পার্ব্বতীনা যোনি ওইবে অদুগা শিবনা লিঙ্গ ওইবে। অনীনা অপুনবা শকওং অমতা ওইবা কান্দা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শেম্মী। (লিঙ্গ পুবাণ ১। ৯৯। ৬-৭)।

ভগবানগী মশাদা গুণ অহুম চেন্নে। মদুদি "সৎ-চিৎ-আনন্দ" হায়বর্সিনি। 'সৎ' অমসুং 'চিৎ' অনী অসিনা ভগবান্দা ইমাগী অমসুং ইপাগী মশকশিং যাওবিবা অদুগা মান্ননা লৌই। "আনন্দ" হায়বসিনা অহুমশুবা শকওংনি। শকওং অসিদা পী-পা অনীমক হায়বদি শিব অমসুং শক্তি অনীনা তিনাশিন্নখ্রগা অমগা ওইনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তো তা ওদুনা লৈববু অর্ধনাবীশ্বব হায়না খঙনৈ। লাইযামশিংগী মকোক ওইবা ভগবান শিবগী শকওং অসি তঙ্খায অমনা নুপা অদুগা হকচাং তঙ্খায অমনা নুপীগী শকওংনি। লৈশেম্বগী হৌবকফম মক অসি মসিনা ওই। খুৎশেম হৌবকলমদাইদা নুপাগী শকওং অসিনা নুপীগী মশক লৌবিবা হকচাং তঙ্খায অদুগী গর্ভনুংদা চংখ্রে অদুগা পীবুক্লুংদা সনাগী মরু হুনখ্রে। মরু অসি মৈগী মতৌগুম্মী; মসিদা লৈশেম্মবগী শক্তি পূম্নমক তুংশিন্দুনা লৈ।

অর্ধনাবীশ্বব ওইবা শিব-গা শক্তিগসি তঙ্খায় তাদুনা খক লৈত্তে অনীসি শেৎতোক খোতোক্লবা য়াদবা পোৎশক্তি, অনীনা অমতা ওইবনি। চনাগী মনুংদা তঙ্খায অনী তানা লৈবগা মপান্দনা অমতা ওইনা উবগুম্বনি। শিব লৈবা মফমদা শক্তি লৈ। শক্তি লৈবা মফমদা শিবসু লৈ। শঙ্গোমগা মাগী অঙৌবা মচুগা থাদোক্লদবগুম, কস্তুবীগা মাগী নুংশিবা মনমগা মতম পূম্বদা শেংনদবগুম শিব-গা পার্ব্বতীগা শেংন-খায়নদনা লৈমিন্নে। শিবনা নুপাগী ওইবা তত্ত্ব অদু খঙনৈ অদুগা দেবীনা নুপীগী ওইবা অদু খঙনৈ। তশেংনা হায়ববদি শিব নুপাসু নত্তে, নুপীসু নত্তে অদুগা নপুংশসু নত্তে।

অদগুম্না দেবীসু নুপীসু নত্তে, নুপাসু নত্তে নপুংশসু নত্তে। শিব অমসুং শক্তি হায়বসি তশেংনা হায়ববদি অমতনি, মৈশাগা মৈগা, থা-গা থা-গী মঙালগা, সমুদ্রগা ঈথকশিংগা, নুমিৎকা নুমিৎকী মঙালগা মশক অমতা ওইবগুম্বনি। "অর্ধনারীশ্বর" অমসুং "শিব শক্তি" হায়বা বিষয়শিং অসিদা মনুং হঙ্গিল্লা শিব-পার্ব্বতীগী থায়দোক্লবা যাদবা, তৎন থানবা য়াদবা মরী লৈবগী মতাংদা লৈনবি।

শিববু "ত্র্যম্বক" হায়না খঙনৈ। "ত্র্যম্বক" গী মনুংদা যাওরিবা "অম্বক" হায়বা ৱাহৈ অসিনা 'মিং' অমসুং 'ইমা' হায়বগী অর্থ পুই অদুনা শিব-গী মমিং অহুমবু খঙনৈ। ইমা হায়বদি প্রজ্ঞামাত্রা (Mind), ভূত মাত্রা (Matter) অমসুং প্রাণ মাত্রা (Life) অসিবুনি। অহুম অসি জগৎ সংসারগী শকওং উৎলকপদা চংবা লোংশকশিংনি। অদুনা মখোয় অহুম অসিবু ইমা অহুম হায়না খঙনবিবনি। "ত্র্যম্বক" না ব্রহ্মা, বিষ্ণু, রুদ্রবুসু খঙনৈ। যজ্ঞগী মৈ অহুমবুসু খঙনৈ। মৈ অহুম অদুদি গর্হিপত্য অগ্নি (নুমিৎ থোকলকপা কান্দা তৌবা যজ্ঞ), দক্ষিণ অগ্নি (নুমিৎয়ুংবকান্দা তৌবা যজ্ঞ) অমসুং আহবনীয় অগ্নি। (নুমিদাংৱাইরমদা তৌবা যজ্ঞ)। ত্রেতা যুগকী ধর্ম্মদি মৈ অহুম অসি যজ্ঞ তৌববু খঙনৈ। বেদ অহুম অমসুং গুণ অহুমবুসু খঙনৈ। শিববু "ত্র্যম্বকং" কৌরুবিবসি ইমা অহুমগী মপুং ফাবা অপুনবা শকওংনি হায়বা তাকই। নত্রগা লৈশেমলোনগী নুংগী ওইবা মরুওইবা মূলতত্ত্ব অদুনি হায়বা খঙহল্লি। বৈদিক সাহিত্যদা ইমা অহুম হায়বিবসি অম্বা, অম্বিকা অমসুং অম্বালিকাবু খঙনৈ। অদুগা পৌরানিককী ওইবদনা ইমা অহুম অসি মহা দুর্গা, মহা লক্ষ্মী অমসুং মহা সরস্বতি অহুমবু খঙনৈ। মহা দূর্গাগী কুচুনা অমুবা (কালি) নি। মহা লক্ষ্মীগী কুচুনা পুমঙৌ ঙৌবা (সর্বশুক্ল) অদুগা মহা সরস্বতিগীনা নাপু (পীতম্বর) ওই। ঋক বেদগী অহানবা মণ্ডলদা ইমা অহুম হায়বিবসি স্বর্গ, অন্তঃরিক্ষ (অহাংবা মালংগী শকক) অমসুং পৃথিবীবু খঙনৈ। সূর্য্য, বায়ু অমসুং অগ্নিনা মপা অহুম্নি

হায়না খঙনৈ। শিবগী মমিং অহুম হায়বিবসি চুমথাংগী মচু তবেংকী মশক্তি। মসিবু ইন্দ্রগী লীকং অমসুং রুদ্রগী খুত্তা পায়বিবা লীকং অদুনা মশক লেপ্পী। ঋক বেদগী ত্র্যম্বকং রুদ্রনা ইমা অহুমগী মশক্তি হায়বসি ব্রহ্মপুরাণ ২। ৯। ৪ দসু শব্দোক্তা তাকই হায়। ঋক বেদনসু ত্রি-মাতা হায়বা মিং অসিগা ত্র্যম্বকংগা অমতনি হায়। (ঋক বেদ ৩। ৫৬। ৫)। শিব মহাদেব দি গ্রেট গোড) শিবগী মশাসু শরুক অহুম থোকই। অগ্নিনা শরুক অহুম থোকপগী অমা। হায়বিবা শকওং অহুম অসি শিবগী মশক্তি হায়বিবা প্রাণ নত্রগা অগ্নিদগী ওইবকই। প্রাণ অসিদগী বৈদিক নত্রগা পৌরানিকগী ত্রিনিতি (ত্রিনাথ) অদু ওইবকই। (লিঙ্গ পুরাণ ১। ১০৬। ২৫-২৬)। জগৎ অসি অহুম্না খুজিং ওইবগা শেম্লকপা অমসুং প্রাণনা, শক্তিগী মক ওইবগা হৌবকপা অসি ত্র্যম্বকংনা ওই। শিববু মমিং অহুম পানবা ত্র্যম্বক দেব হায়না খঙনৈ। মমিং অহুম অসি নুমিৎ থা অমসুং মৈবু খঙনৈ। শিবগী মমিং অহুম অসিনা শহর অহুমগী মশক্তি হায়বা তাকই। শহর অহুম হায়বিবা অদুদি সনাগী শহর (স্বর্গ), চাত্তীগী শহর (অনীগী ভাইনবা লাংদাই), কোবীগী শহর (পৃথিবী) বু খঙনৈ। শহর অহুম হায়বিবসি অপৌবা হকচাং (স্থুল শরীর), অকুপ্পা হকচাং (সুক্ষ্ম শরীর) অমসুং হেন্না কুপ্পা হকচাং (কারণশরীর)বু খঙনৈ। হকচাংগী অবস্থা অহুম হায়বদি জগ্রত (মিকপ থোক্লুনা লৈবগী মতম), স্বপ্ন (মং মংদুনা লৈবগী মতম) অমসুং সুষুপ্তি (তুমখুল হুন্না তুম্বগী মতম) বুসু খঙনৈ।

মহেশ্বরনা কাল কৌবা লাই অদুগী মশক লৌবগা লৈ। কালগী মমায় মরি পাল্লি অদুগা তোঙানবা শকওংশিংসু চেন্নৈ। যুগ অমমম্না কালগী মমায় অমমম্লি। যুগ মরিগী মমিংদি কৃত (সত্য) যুগ, ত্রেতা যুগ, দ্বাপর যুগ অমসুং কলি যুগনি। যুগ মরি অসি কাল (শিব) গী মমায় মরিনি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং যজ্ঞ হায়বসি কালগী অঙ্গ অহুম্লি। অদুগা যুগ মরিমক্তা শকওং মরি লৌরিবা স্বায়দগী চাওবা লাই অদু কালগী মশক্তি। (বায়ু পুরাণ অধ্যায়

৩২। ২২)। কালগী হৌবকফম মপা মপু শিবনা ওই। (বায়ু পুবাণ অধ্যায় ৩২। ২৩)। কালবু কিকবদগী মন্বন্তব খুদিংদা লাইয়ামশিং, ঋষিশিং, পিতৃশিং অমসুং দানবশিংনা অচৌবা লাই শিব-বু খুকন্মী। (বায়ু পুবাণ ৩২। ৩৩)। অকিবগী মশক লৌববা কলিনা চংলক্কদৌববদা দেবতাশিংনা স্বর্গ থাদোক্লম্লগা মালেম পৃথিবী থক্তা কুমথবক্লগা তপস্যা তৌই, ঋষিশিংসু তৌই। অশেংবা যজ্ঞশিং তৌদুনা লৈ। দেবতাশিং অমসুং তাইবং জীবশিংবু কনবীনবা ভগবান শিবনা কলি যুগতা তোয়না তোয়না অবতাব তৌই। (বায়ু পুবাণ ৩২। ৩৬-৩৭)।

বেদসু পদ মবি হায়বদি শকক মবি থোক্লা খায়দোকই। যুগ হায়বসিশু পদ মবি থোক্লা খায়দোকই। যুগশিং অসিগী অপুনবা শকওংনা কাল হায়বসি ওইবকই। (বায়ু পুবাণ ৩২। ৬৪)। কাল অসি শিবনি। কাল অসি শকওং মঙাগী মশক অমুক লৌবকই। মঙা অদুদি সম্বৎসব, পবিবৎসব, ঈদবৎসব, অনুবৎসব অমসুং বৎসবনি। সম্বৎসবনা অহানবা চহীনি, পবিবৎসবনা অনীশুবা চহী, ঈদব্যসবনা অহুমশুবা, অনুবৎসবনা মবিশুবা অদুগা বৎসবনা মঙাশুবা চহীনি। মঙা অসিনা পুনশিল্লগা যুগ অমা ওই। কবম্না মঙা অসিনা যুগ অমা ওইবগে হায়বগী নুংগী ওইবা ভাব অদু বায়ু পুবাণ ৩১। ২৭-৩২ দা নৈনৈ। কৌতলীয় অর্থ শাস্ত্র ২। ২০ (দেশ-কাল-মাত্র) নসু কালগী শকলোন মঙানা যুগ অমা ওই হায়। (বায়ু পুবাণ ৩১। ২৭-২৮)।

শিব-গী মমায় মঙানা পঞ্চভূত মঙাগী মশক লৌই। মহাভূত মঙা অদুদি পৃথিবী, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং অতিয়া। সদা শিবগী পঞ্চমূখে, মমায় মঙা পাল্লি হায়বিবসি তৎপুকষ, বামদেব, অঘোব, সদ্যোজাত অমসুং ঈশানবু খঙনৈ। তৎপুকষনা নোংপোক ওনবা মায়নি, বামদেবনা অবাং ওল্লি, অঘোবনা মখা ওল্লি, সদ্যোজাতনা নোংচুপ ওল্লি অদুগা ঈশাননা নোংথকলোমদা ওনখৎলি। হায়বিবসি পঞ্চমূখে, মমায় মঙা অসিনা

পঞ্চভূত মঙা অমসুং তনমাত্রা (Subtle element) মঙাবুসু খঙনৈ। তনমাত্রা মঙা অদুদি অকাশগী তনমাত্রা-শব্দ (খোম্থাং), নুংশিংকী তনমাত্রা– শোকপা (স্পর্শ), মৈগী তনমাত্রা– শকওং (রূপ), ঈশিংগী তনমাত্রা– মহাও (রস), পৃথিবীগী তনমাত্রা– মনম (গন্ধ) নি। অসুম্না শিব-না পঞ্চভূতগী রূপ লৌবগা তাইবংপানবগী মশক পুথোবকপা অমসুং যোকপী থাকপীবদগী পঞ্চব্রহ্ম ওইনা লৌই। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি ওইবকপগী অকুপ্পা মবম অদু "পঞ্চব্রহ্ম সদাশিব" হায়বা বিষয় অদুদা নৈনৈ।

শিবগী শকওং নীপাল (অষ্টমূর্ত্তি) লৈ। শতপথ ব্রাহ্মণদা পীবা শিবগী অষ্টমূর্ত্তিগী মশক্না শতরুদ্র সংহিতাদা পীবা শকওংগা খৈন্নে। শিবগী শকওং-নীপাল হায়বিবসি মহাভূত মঙা, আত্মা, নুমিৎ অমসুং থা হায়বা মশক নীপাল অসিবু খঙনৈ। হায়বিবা নীপাল অদুদি পৃথিবী (র্সব), ঈশিং (ভব), মৈ (রুদ্র), নুংশিৎ (উগ্র), আকাশ (ভূম), থৱায (পশুপতি), নুমিৎ (ঈশান) অমসুং থা (মহাদেব) নি।

পশুপতি স্থলগী মোত মতুংইন্নদি অষ্ট মূর্ত্তিনা অষ্ট পুশপিকাগী মশক্কি হায়বা ফোংদোকই। হায়বদি শিব-দা লৈ খুজোক নীপাল থন্না কৎপা অসি শিবগী মূর্ত্তি নীপালদা ইবুংঙো মাগী মতিক মগুণবু পুক্নিং চিংশিল্লগা ধ্যান তৌদুনা লৈববু খঙনৈ। অষ্ট-পুশপিকা হায়বসিদা খুজোক মঙানা পঞ্চব্রহ্ম (মহাভূত মঙা) ওইবে অদুগা লেমহৌবা খুজোক অহুম্না সূর্য্য, চন্দ্র অমসুং মন (যজমান নত্রগা হোত্রি) ওইবে। হায়বিবা নীপাল অসিনা শিবগী মূর্ত্তি নীপালনি হায়না পুক্নিংদা লাকশিল্লগা ধ্যান তৌই। (হবশ চবিত তোঃ ১) শিবগী মূর্ত্তি নিপাল অসিনা কবম্না জীবগী মশানুংদা চংলগা তাইবং হকচাংনা মথৌ পাংথোকপগে হায়বদু "অষ্ট মূর্ত্তি শিব" হায়বা বিষয়গী মতাংদা নৈনবি।

স্বর ময়েক অমসুং ব্যঞ্জন ময়েকশিংনা শিব-গী মশাদা চংলগা লৈ। "অ" না শিবগী কোকনি, "আ" না মাগী লাইবক্কি। "ই" না মাগী য়েৎকী

মিংনি অদুগা "ঈ" না মাগী ওইগী মিংনি। "উ" না মাগী নাকোং য়েংথংবনি অদুগা "ঊ" না শিবগী ওইথংবা নাকোংনি। "ঋ" না য়েংথংবা খজাইনি, "ৠ" না ইবুংঙোগী ওইথংবা খজাইনি। "এ" না চিনবান মথক্কি, "ঐ" না চিনবান মখানি। "ও" অমসুং "ঔ" না মথংশিংনা শিব-গী য়া-পবেং অনীনি। (অনুস্বার) অমসুংঃ (বিসর্গ) অনীনা মাগী ঙৌ মপাক্কি।

'ক, খ, গ, ঘ, ঙ' হায়বা ময়েক মঙা অসিনা শিবগী য়েংথংবা পাম্বোম মঙানি। 'চ, ছ, জ, ঝ, ঞ' হায়বা ব্যঞ্জন ময়েক মঙা অসিনা শিবগী ওইথংবা পাম্বোম মঙানি। মতৌ অদুগুম্না 'ট, ঠ, ড, ঢ, ণ' অমসুং 'ত, থ, দ, ধ, ন' না শিবগী খোঙশিংনি। "প" ময়েক্না মাগী মপুক্কি অদুগা "ফ" না য়েংথংবা শকক্কি। "ব" ময়েক্না মাগী নাকন ওইথংবনি। "ভ" ময়েক্না মাগী লেংজুম্নি। "ম" না অচৌবা যোগী মহাদেবগী থম্মোয়নি। 'য, ব, ল, ৱ, শ, ষ, স, হ' না ঈশ্বরগী ধাতু (Vital Secretion) তবেংনি। "হ" না খোয়দৌনি। "ক্ষ" না মাগী নাতোননি। 'ল্, খ (ণ) না শিবগী নাতোন মখুল অনীনি। (রুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ৮। ৩১ ৩৯)।

অমুকসু লিঙ্গ পুরাণ ১। ৩। ১০ না হায়বি— অক্ষরশিংনা শিব-গী হকচাং কয়াৎশিং ওই। মহাক্কী মমায়না ঋক বেদনি, লৈ-না সাম বেদনি খৌনাওনা যজুর বেদনি অদুগা থম্মোয়না অথর্ব্ব বেদনি।

শিব 'ওঁ' নি, "ওঁ" প্রনবনি। শিবদগী "ওঁ" থোক্লকই। কবিগীদমক "ওঁ" বু প্রনব কৌবিবনো হায়বগী মরম য়ামখ্রে। মরমশিং অদু "শব্দব্রহ্ম শিব" হায়বা বিষয়দা নৈনবি।

ওঁ-কারগী মাত্রা অমমমদগী কলা তরা/তরা থোক্লকই। কলাশিং অসিনা সৃষ্টি, স্থিতি, সংহারগী হৌবকফম মক ওই। (কুলানব তন্ত্র, উল্লাস তরুকশুবা)। "ওঁ" গী অকুপ্পা মরম অমসুং "ওঁ" দা ধ্যান তৌবগা কান্নবা ফংবশিং অদু মথক্কী বিষয় অসিদা নৈনবি। শিব-গী মশাদগী করম্না "ওঁ" হৌবকখিবনো হায়বদু বিষয় অসিগী মনুংদা য়াওবি।

জীবশিংগীদমক্তা খন্দুনা শিব-না কলি যুগ চংলকপা খুদিংদা অবতাব তৌই। মহাক্তা অবতাব তৌবকপা খুদিংদা মহাক্কী মচানুপা মবি নত্রগা চেলা মবি হেক হেক লোইনবকই। শিব-না অবতাব তৌবিবসি কুননিপাললকনি। শিব-গী অহানবা তবাহুমদোইশুবা, তবামবিশুবা, তবাতবেংশুবা, কুন্নিথোইশুবা অমসুং কুনতক্কশুবা অবতাবশিংনা কলি যুগতা তৌই। কলি যুগতদা নত্তনা দ্বাপব যুগতসু অবতাব তৌই। অনীশুবা, অহুমশুবা, মবিশুবা, তবাশুবা, তবামাথোইশুবা অমসুং তবামঙাশুবদি দ্বাপব যুগতা অবতাব তৌই। কুন্নিপালশুবা মন্বন্তব চংলকপা মতমদা বাসুদেবনা দেবকী নন্দন ওইনা অবতাব তৌবা মতমদা শিব-না মোংফমদা কনামতনা য়েংশিনর্বিদনা তাদুনা লৈবিবা অশিবা অমগী মশা মনুংদা চংলুগনি। শিবনা অশিবগী মশাদা চংখিবা মফম অদুনা অশেংবা তীর্থ শিদ্ধ ক্ষেত্র কায়াবোহন হায়না খঙনৈ। (বায়ু পুবাণ ২৩। ২০৯-১১, লিঙ্গ পুবাণ ২৪। ৯২৪ বি-১৩৩)। অবতাবশিংদা কৌবা শিব-গী মমিংশিং যামগ্রে। মদু "কলি যুগতা শিবগী অবতাব" হায়বা বিষয় অদুদা মমিংশিং অদু পল্লি। মসি "শিব লিঙ্গ বহস্য" গী মনুংদা মবিশুবা অধ্যায়নি।

শিবগী মূর্ত্তি কুনমঙাখক লৈ। মদুগী মনুংদগী খ্বাযদগী নুংশিবা মূর্ত্তিদি উমা মহেশ্ববনি। অহৌবা অবোইবা লৈতবা মতমগী মনুংদা লৈবিবা পোৎশক খুদিংমক শিব-গী মূর্ত্তিনি হায়বা তাকই। শিব-গী মগুণ ফোংদোকপা মিং কয়ামকম অমসু লৈবি। খুদম ওইনা হায়ববদা কালেশ (মতম কৌবা লাই), কালনাথ (মতমগী মপু), কালাগ্নি (মৈগী মতৌগুন্নবা মতমগী শকওং), কাল ভৈবব (অকিবগী মশক ওইবা মতমগী চৈফু)। অসি নত্তবা অতৈ অতোপ্পা মমিংশিং অমসুং মথক্তা পনখিবা মূর্ত্তি কুনমঙাগী মমিংশিং অদুসু "শিবগী মূর্ত্তিশিং" হায়বা বিষয় অদুদা পল্লি।

মখল মথেল কয়ানা শিবগী লৈতেংগী মশক ওই। লৈতেংশিং অসিগী নুংগী ওইবা ভাব, ব্রাখল্লোন কয়া চেল্লি। মসি খঙবদা পুঙ্গিগী

হিংনবগী লম্বীদা য়াম্না কান্নবা মশক ঙাক্তনি। মখোয় খুদিংমক নৈনবদা মফম য়াম্না কনশিনখিনি। "শিবগী হকচাংগী লৈতেংশিংগী নুংগী ওইবা ভাব" হায়বা অদুদা কুপ্পা নৈনবি।

শিবনা জগৎকী মঙ্গলগীদমক লীলা মখল মথেল কয়া শান্নে। লীলাশিং অসি অচম্বা অমতা নত্তে। পুরানিক এনসাইক্লোপীডিয়া (আলাস্য মহাত্মা, অধ্যায় ৫) গী মতুংইন্না শিব-গী লীলা হুম্ফুমবি শান্নে হায়। অসিদসু নত্তে, শিব-গী লীলাশিংদি অবোইবা লৈতে। শিবনা মখল মখা কয়াগী লীলা শান্নবি। লীলাশিং অসিগী মথক্তা অতোপ্পা লীলা কুনমঙা অমসু শান্নে হায়। লীলাশিং অসিগী মমিংশিং অদু "শিব লীলা" হায়বা বিষয়গী মতাংদা উৎলি।

মঙাশুবা অধ্যায়না "শিব তত্ব" গী মতাংদা নৈনৈ। অধ্যায় অসিগী মনুংদা "শিবগী নুংগী ওইবা মশক" হরি-হর মূর্ত্তি (শঙ্কর-নরায়ন) অমসুং জগৎ গুরু ভগবান শঙ্কর" হায়বা বিষয়শিং অসি নৈনৈ। শিবগী নুংগী ওইবা মশক্তি হান্নসু খর নৈনবা হৌখ্রে। "শিবগী নুংগী ওইবা মশক" হায়রসিদা শিব-গী অকুপ্পা মরম নৈনবি।

হরি-হর মূর্ত্তিগী শকওংদা শিব-না য়েৎথংবা হকচাংগী শকক ওই অদুগা বিষ্ণুনা ওইথংবা হকচাংগী শকক ওই। মৎস্য পুরাণনা হায়বি য়েৎথংবনা শিব-নি, ত্রিশূল পায়বি অদুগা ওইথংবনা মাধবনি। হরি-হর ওইবা মূর্ত্তিদা থোনবা ফিজেৎ লৈতেংগী মতাংদসু পল্লি। (মৎস্য পুরাণ ২। ৬০।২১-২৭)। মীওইবগী রাখন্না লাম্বা ফংলোইদবা হরি-হরগী অপুনবা শকওং ওইবা মূর্ত্তি অসি হরি বংশ পুরাণ ২। ১২৫-২৬, ১।২৫।২৭, ২।১২৫-২৯, ২।১২৫-৩১, ২।১৩২-৩৫, ২।১২৫-৪২ দা উৎলি। (শিব মহাদেব দি গ্রেট গোড)। রাম চরিত মানসগী মনুংদা ভগবান রাম্না হায়— শঙ্কর নহাক্না ঐগী থম্মোয়দা লৈ অদুগা ঐনসু নংগী থম্মোয়নুংদা লৈ। ঐখোয় অনীগী মরক্তা খেন্নবা অমতা লৈতে। হরি-হরগী নুংগী ওইবা

মবম অদু "হবি-হব মূর্ত্তি (শঙ্কব-নাবায়ণ) হায়বা বিষয়গী মনুংদা উবা ফংবিগনি।

শিব-বু বিশ্বগুরু, জগৎকী মনুংদা খ্বায়দগী চাওবা গুরু হায়নসু খঙনৈ। তন্ত্র, যোগ সাধনবু ইহান হেক হানবদা পুথোকপীবম্বা ইবুংঙো মহাকপু আদি গুরু হায়না খঙনৈ। জীবশিংগী থম্মোয়গী অমম্ববু কোকহনবিবম্বা জ্ঞানগী মঙাল পীবিবম্বা, অচৌবা গুরু, পূম্নমক লৈত্রিঙৈগী মমাংদা লৈবম্বা মহাকপু আদি-গুরু কৌই। শিব-না ব্যাকবণগী হৌবকফম মকওই। মহাক্কী ডমরুগী খুৎখৎ তবামবিদগী থোকলকপা খোম্থাং তবামবিদগী পানিনিগী অষ্টধ্যায়ী-ব্যাকবণ হৌবক্লম্মী। মসিগী অপুনববু শিব সূত্রশিং হায়না খঙনৈ। রুদ্র শিবনা অহানবা মকোক থোংবা মাইবনি। (ঋক বেদ ১১।৮৩-৪)। "মৃতসঞ্জিবনি" হায়বা মন্ত্র, অশিবা হিংগৎহনবা ঙম্বা মন্ত্র অসি শিবনা শুক্রাচার্য্যদা তম্বীখি। বেদগী হৌবকফমসু শিবনি, বেদগী মপুসু শিবনি। ("ঈশান সর্ব বিদ্যা নাম")। (কোটি রুদ্র সংহিতা ৩২।২৩)।

শিব-না নাবদদা কৃষ্ণমন্ত্র– "শ্রীঁ হ্রীঁ ক্লীঁ কৃষ্ণায় স্বাহা" হায়বসি তম্বীখি। বেদ মবিগী হৌবকফমসু শিব-না ওই। যুমশা কৈশাবোনগী বিদ্যা অসি শিব-দগী থোকখি। শিব-না কলি যুগতা যোগচার্য্য ওইনা অবতাব তৌই। (লিঙ্গ পুবাণ ৭।৮)। শিব-না তাণ্ডব জগোই হৌদোকখি অদুগা পার্ব্বতীনা লাস্য জগোই হৌদোকখি। অকুপ্পা মবমশিংদি "জগৎ গুরু ভগবান শঙ্কব" হায়বা বিষয় অদুদা নৈনবিবা অদুদগী ফংবিগনি।

তরুকশুবা অধ্যায়দা "অবিমূক্ত ক্ষেত্র অমসুং অমসুং বাম নাম মহিমা" গী মতাংদা নৈনৈ। শিব-না কৈলাস থাদোক্লগা কবিগীদমক অবিমূক্তদা লাক্লগা লৈখ্রিবনো হায়বগী মবম বিষয় অসিদা নৈনৈ। অবিমূক্ত হায়বসি বাবানশীবু খঙনৈ। (জবল উপঃ ২)। বাবানশীবু কাশী হায়না কৌনৈ। (হবিবংশ অধ্যায় ২১)। অবিমূক্ত হায়বসি দেবতাশিংগী অশেংবা

যজ্ঞ তৌফম কুরুক্ষেত্রম অদুমক্নি। (উত্তর বাম তাপিনি উপঃ ১। ২ জবল উপঃ ২)। মসিনা মপালগী ওইবা অবিমূক্তনি। নুংগী ওইবা অবিমূক্তদি পীশুম অনীগা নাতোনগা তিন্নফম অদু অবিমূক্ত হায়না খঙনৈ। (বাম তাপিনি উপঃ ১। ২)। ব্রহ্ম মশক খঙলবশিংনা হায়বিবা মফম অসিবু মতমগী তাইনফম ওইবা সন্ধ্যাগী মশক্নি হায়না লৌদুনা খুরুম্নৈ। স্বর্গলোক অমসুং ব্রহ্মাগী খ্বায়দগী ৱাংবা লোক অনীগী তিন্নফম ওইবা মফম অদুবু অবিমূক্ত হায়না খঙনৈ। কনাগুম্বা অমনা মপুন্সি চুপ্পা মপুক্লিংদা অহোংবা লৈতনা অসুম লৈথববদি হন্দকমুক্কী মপোক্তা ফংখিবা পাপ কযাতা নত্তনা হৌখিবা মপোক্তা ব্রাহ্মণ হাৎলুবগী পাপবুসু কোকপী অদুগা শিব ফংবা ঙমজৈ। ধর্ম্ম হায়বদুনা মমায় মবি পানবগী মশক লৌবগা মফম অসিদা লৈ। অবিমূক্ত তীর্থদা লৈবিবশিংদি হন্দকমুক্কী মপোক্তা মোক্ষ ফংই। খঙদবদগী থোকখিবা পাপ খুদিংমক, অবিমূক্ত হাইফেৎ উরুবদা লোয়না কোকই। পাপী অমনা মফম অদুদা চৎলুবগা শিব থোক্লবদি মহাক নবক্তা খক চৎত্রে। (মৎস্য পুরাণ ১৮৪। ৩৮)।

কনাগুম্বা মী অমনা কাশীদবু শিববদি শিবনা শোয়দনা মোক্ষ পীবি হায়বিবসি মীওইবতবু নত্তে, তাইবংপান অসিদা লৈবিবা তীল কাংনচিংবা জীবশিংবুসু মোক্ষ পীবি। শিব-না জীবশিংগী য়েৎথংবা নাকোংদা "তারক" মন্ত্র শোনবী। তারক হায়বিবসি বাম নাম শোনববু খঙনৈ। "তারক মন্ত্র" হায়বসি ময়েক তরুক্লা শায়– "বাং বামায় নমঃ"। নাম অসিবু অশেংবা "তারক" মন্ত্রনি হায়না লৌনৈ। মসি নত্তবা মন্ত্র অনী অমসু লৈ। মদুদি– "বামচন্দ্রায় নমঃ", "বাম ভদ্রায় নমঃ"। শিব-না কবিগীদমক বাম নামবু অসুক য়াম্না পামজনা শোল্লুবিবনো? মসিগী নুংগী ওইবা মবম অমসু লৈবম্বা য়াই। বাম অসি শিব-নি, শিব-সু বামনি। বিষ্ণুগী হৃদিনা শিবনা ওই অদুগা শিবগী হৃদিনা বিষ্ণুনা ওই। (স্কন্দ পুবাণ)। অনীসি নুংদা অমতনি। অনী অসি অমতনি হায়বসিগী মতাংদা "অবিমূক্ত ক্ষেত্র অমসুং বাম নাম মহিমা"

হায়বা বিষয় অসিদা কুপ্না নৈনবি। রাফম অসি জটায়ু মোক্ষগী মতাং অমা পঙ্গুবিবা অসিদগীসু খঙবিগনি। সামবেদনা "বাম" হায়বা নাম অসিদা য়াওবিবা "ব" না অগ্নি, "আ" না সূর্য্য অদুগা "ম" না চন্দ্রমা (থা) বু খঙনৈ। "বাম" গী অর্থ তোঙান তোঙানবা মওংদা হল্লি। বাম নাম মহিমা হায়বা বিষয়গী মনুংদা বাম নামগী মতাংদা যাম্না কুপ্না নৈনবি।

তবেংশুবা অধ্যায়দা শিবগী জগোইগী মতাংদা নৈনৈ। শিবগী জগোই হায়বা বিষয় অসি যাম্না পাক চাওই। বিষয় অসি নৈনবিবগা খঙবা ওন্নীগনি। শিবগী জগোইবু তাণ্ডব হায়না খঙনৈ। তাণ্ডব হায়বদি শক্তি লৈবা নুপা থোকপা মশকবুনি। জগোই অসিনা শিবনা পাংথোক্লিবা থবক থৌওং মঙাবু খঙহল্লি। মদুদি– সৃষ্টি (খুংশেম), স্থিতি (ঙাকপী শেনবীবা অমসুং যোকপীবা), ৩। সংহার (মাংহনবা অমসুং মঙোন্দা অমুক চিংশিনবীবা), ৪। তিরোভাব (মাযাগী ফিজংনা কুপশিনবা, শকওং নাইনা পেকহনবা, মাযানা শুদ্ধহংহনবা অমসুং পোথাদুনা লৈহনবা) অমসুং অনুগ্রহ (মখোযবু পোকপা শিবগী চক্রদগী নাম্বোকহনবা)। হায়বিবা থবকশিং অসি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, রুদ্র, মহেশ্বর অমসুং সদাশিবনা পাংথোকপা মথৌশিংনি।

শিবনা খ্বাযদগী ইহান হানবা জগোই শাবদুনি হায়না হিন্দুশিংনা লৌনৈ। শিব-গী মূর্ত্তিবু রূপ মরি থোক্লা খায়দোকই। মখোয়শিং অদুদি সংহার মূর্ত্তি (মাংহন্নবগী শকওং), ২। দক্ষিন মূর্ত্তি (যোগগী শকলোন), ৩। অনুগ্রহ মূর্ত্তি (অশির্ব্বাদ পীবিবগী শকওং) অমসুং নৃত্ত মূর্ত্তি (জগোই শাবগী শকওং)। শিবনা আঙ্গিক, বাচিক, আহারং অমসুং সাত্ত্বিক মখলশিং শুনা শোকপা জগোইগী মখল ১০৮ উংলি। হৌজিক ফাওবদা শিব-গী জগোই অসি তোঙান তোঙানবা মখল তবেংনি হায়না লৌনৈ। মখোয়শিং অদুদিঃ- ১। আনন্দ তাণ্ডব নত্রগা নুংঙাইবনা শুমহংহনবা জগোই, ২। সন্ধ্যা তাণ্ডব, নুমিদাংরাইবমদা শাবা জগোই, ৩। কালিকা তাণ্ডব, ফত্তবা অমসুং অচুম অবানগী রাখল লৈতবা হিংচাববু হাৎপা, ৪। ত্রিপুর

তাণ্ডব ত্রিপুর হিংচাববু হাৎপা, ৫। সংহাব তাণ্ডব, সংহাবগী মতমদা শাবা জগোই মখল, ৬। গৌবী তাণ্ডব গৌবীণা লোয়ননা শাবা জগোই অমসুং ৭। উমা তাণ্ডব, উমাগা লোয়ননা শাবা জগোই। কনাগুম্বনদি শিবগী জগোই মখল কয়ামকম লৈবগী মনুংদগী জগোই মখল অহুম খক্তা লৌখৎলি। মদুদি– ১। হিমালয়দা নুমিদাংব্রাইবমদা শাবা জগোই, ২। তাণ্ডব জগোই অমসুং ৩। নটবাজ নদন্ত জগোই। শিবগী জগোই অসি মখল যাম্মী। সংহাব জগোই, জগোই মঙা, জগোই তরুক অমসুং জগোই নীপাল হায়দুনা লৈ। সৃষ্টি, স্থিতি, সংহাব, তিবোভাব, অনুগ্রহ, মুনি তাণ্ডব, অনবর্ত তাণ্ডব অমসুং আনন্দ তাণ্ডব হায়বিবসিনা জগোই মখল নীপাল হার্যবিবদু খঙনৈ। শিবানন্দ জগোই, সুন্দব জগোই গোল্ডন সিটি, গোল্ডন চিদম্বরম জগোই অমসুং অঙকপা জগোইগী মশক হাযবসিনা জগোই মখল মঙা হার্যবিবদুং খঙনৈ। হাযবিবা মখল মঙা অসিদা অবোইবদ আনন্দ তাণ্ডব হাপচিল্লগ মশিং তরুক হাযবদু খঙনৈ। শিবগী জগোইগী নুংগী ওইবা ব্রখল্লোন অদু "শিবগী জগোই" হায়বা বিষয়গী মনুংদা কুপ্না নৈনবি।

মতম অমদা মণিপুব অসি ঈশিংনা থুমদুনা লৈবম্মী। ঈশিং অদু কংখ্রবা মফম অদুদা শিবনা লাই নুপা, নুপীশিংগা লোয়ননা জগোই শাই। শিব-না শাখিবা জগোই অদুবু "ঔগ্রিহঙ্গেল" নি হায়না মৈতৈনা থাজনৈ। অসিগুম্বা ঔগ্রিহঙ্গেল জগোই অসি ভবত নাট্য শাস্ত্রগী মতুংইন্না তাণ্ডব কৌই। জগোই অসি খুত্তা থাংশাং পাইদুনা, তা পাইদুনা নত্রগা কবিমতা পাইদনা শাবা জগোইনি।

পার্ব্বতীনা ভবততা "লাস্য" জগোই তম্বীখি। "লাস্য" জগোই অসি মৈতৈগী "চীংখৈবোল" হায়বা অদুগী মশক্তি হায়। মসি ভাবক য়াওদনা শাবা জগোইনি। থায়নগী মৈতৈগী ইপা-ইপুশিং, সাধকশিংনা মফি-মবোল লৌথোক্লুনা মথক কুপ্তবা মফমদা "চীংখৈবোল জগোই অসি শাই। শাবা মতমদা য়েনখোংবা অমসুং লেং ওৎপগী মতৌ তমদুনা শাই। তাণ্ডব

অমসুং লাস্য জগোইগী হৌবকফমগী মতাংদা "এ শোর্ট ইন্ট্রোডক্সন টু মণিপুব ডান্স" হায়বা লাইবিক অদুদা কুপ্না নৈনবি। মদু বিষয অসিদা পুশিল্লগা উৎলি।

নীপালশুবা অধ্যায়দা শিব উপাসনাগী মতাংদা নৈনৈ। অধ্যায় অসিদা শিব উপাসনাগী মওং, ভস্মগী মগুন, শিব আবর্তি, শিব পঞ্চাক্ষব মন্ত্র, মহা মৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র অমসুং শিব বাত্রিগা মরী লৈনবা ৱারী খবা, শিববাত্রিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন অমসুং শিববাত্রি ব্রতগী মগুণগী মতাংদা নৈনৈ।

শিব উপাসনাগী মতাংদা নৈনবিবসি যাম্না পাক চাওখ্রে। মফম অসিদা অমুক পঞ্জববোই। শিব ভক্তশিংনা রুদ্রাক্ষ মালা শিগনি। শিবনা রুদ্রাক্ষ মালা শিববু যাম্না পাম্মী অমসুং থৌজানবী। পাপ কোকপীবগা পুণ্য ফংহল্লি। নুংঙাই-যাইফহনবা, লল-থুম, জ্ঞান, শক্তি অমসুং মচা-মগু পীবি। বর্ণ খেন্নবগী মওংইন্না রুদ্রাক্ষগী মচুগু খেন্ননা শিগনি। সত্য, অহিংসা, তপ, থৌজাল, নুংশিবা, পেনবা হৈবা, ঙাকপী-হৈবা, পুন্নমকপু সমতা ওইনা য়েংবা, ইন্দ্রি খুদুম চনশিনবা, শান্তি ওইবা অমসুং জ্ঞান হায়বসি শিব দা কৎনবা থম্মোয়গী লৈবাংশিংনি। ভগবান্দা শ্রদ্ধা, ভক্তি লৈত্রবদি কবিসু কান্নবা ফংবা ঙমদে। যুগ পুন্নমক্তা মরু ওইনা কলি যুগতদি ভক্তিতনা ভগবান ফংবা ঙম্মী। শিব-না নোংমা লাইয়ামশিংগী মবেম্মা দেবীদা হায়বম্মী— মবোল অহুম অসিদা ভক্তিগা মান্ননা লায়বা অমসুং পেলহনবা ঙম্বা অতোপ্পা লম্বী অমা যুগ মবি অসিদা মরু ওইনা কলি যুগতা লৈত্রে। (রুদ্র সংহিতা অধ্যায় ২৩। ৩৮)। জ্ঞান, বৈবাগ্য হায়বসি অহল ওইমনখ্রে। কলি যুগতদি মসি মমি শামলে। কলি যুগতা জ্ঞান, বৈবাগ্যগী ভাব লৌশিনবা ঙমগদবা মী তাংনা ফংলবনিনা জ্ঞান, বৈবাগ্য অসি কলি যুগতদি শিথবক্লে, চন্নবা য়াবক্লে। (রুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ২৩। ৩৯)। ভক্তি অসি যুগ অতৈদা তৌবগুম্না কলি যুগতদি মসিগী কান্নবসি খুদক্তা মিংনা উবা ফংলে। (মথক্কী সংহিতা ২৩। ৪০)।

শিবনা ত্রিপুন্ড্র (লৈয়ি অহুম) গী ঊৎ মনুংদা থুপ্লগা লৈ, অদুনা শৈবশিংনা ত্রিপুন্ড্র অসি শিজিন্নে। ত্রিপুন্ড্র তৈবিবশিং অদুদি লাইবক্তা শিব-গা লোয়ননা চৎলবনি। ত্রিপুন্ড্র অসি যজ্ঞগী মৈ অহুমগী মশক্তি। ত্রিপুন্ড্র (ভস্ম) তৈবনা পাপ পুম্বা কোকপী। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বব, পার্ব্বতী, লক্ষ্মী, সবস্বতী অমসুং অতৈ লাইয়ামশিংনা ত্রিপুন্ড্র তৈবা মহাকপু পেনবী। দান তৌবা, যজ্ঞ তৌবা, অকনবা তপ তৌবা অমসুং তীর্থ কয়াদা চৎলুবদগী ফংলকপা মহৈদগী ত্রিপুন্ড্র তৈবগী মহৈনা হেল্লি। মখোয়না ত্রিপুন্ড্র তৈবদগী ফংলকপা ফলগী শরুক তবাতরুক থোকপগী শরুক অমা ফাওবা য়ৌবা ঙমদে। (দেবী ভাগবত ১১। ১৩। ১-২০) ভস্ম তৈবগী মগুন বিষয় অসিদা নিংথিনা উবা ফংবিগনি।

শিব-বু পেনহনবা ঙম্বা মন্ত্রদি পঞ্চাক্ষব মন্ত্রনি। ময়েক মঙানা শাবা মন্ত্র অসিমক শিব মশামক্নি। মন্ত্র অসিগী আত্মান অসি শিব-না ওই। ময়েক মঙানা শাবা মন্ত্র অসি শিবগী হকচাং ওই। মন্ত্র অসি শিবগী খোম্থাংনি। "ওঁ" হায়বসি হাযবিবা মন্ত্র অসিনা ওই। "ওঁ" গী মনুংদা শিব চংলগা লৈ। প্রনব অমসুং ময়েক মঙানা শাবা মন্ত্র অসি শিবগী থম্মোয়নুংদা লৈ। প্রলয়গী মতমদা বেদশিং অমসুং শ্রুতিনচিংবসি ময়েক মঙানা শাবা পঞ্চাক্ষব মন্ত্রদা চংদুনা লৈখিবম্মী। "নমঃ শিবায়" হায়বনা পঞ্চক্ষব মন্ত্রনি। "ওঁ নমঃ শিবায়" হায়বনা ছদাক্ষব মন্ত্রনি। মন্ত্র ক্রোব তবেৎলোম লৈবগী মনুংদা পঞ্চাক্ষব মন্ত্রনা শ্বায়দগী মগুণ লৈ হায়। মন্ত্র কয়ামকম লৈববসু শিব-না শোনবা মন্ত্র অসিগা মান্নবা অমা লৈতে হায়। মন্ত্র অসি মহামন্ত্রনি, শক্তি কয়ামকম্না তুংলগা লৈ। পঞ্চাক্ষবগী মখল তরুক শুই। পঞ্চাক্ষব মন্ত্রগী নুংগী ওইবা অর্থ অমসুং মন্ত্র অসিগী মখল খুদিংমক বিষয় অসিদা নৈনবি। শিববু পেলহনবা ঙম্বা মন্ত্র অসি পঞ্চাক্ষর মন্ত্রনা ওইবি। কলি যুগতা জীবশিংবু মন্ত্র অসিনা ঙাকপী।

মহা মৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র অসি ভগবান শঙ্করগী মন্ত্রনি। অশিববু জয় তৌনবা খুৎলাইনি। মাইবশিংনা লায়েংবা ঙম্মবোই হায়না খুৎ থাববা অনাবা কয়াবুসু মন্ত্র অসি থাজবগা লোয়ননা পূক্লিং, হকচাং য়াওনা শোল্লবদি ফৈ হায। মসি লাঈনা কয়া ঙাকথোক্লবা খুৎলাইনি। মন্ত্র অসিনা পূন্সি নুংশাংনা হিংবা, শান্তি ফংবা, লন-থুম, মচাক মরল চাওখৎপা, নুংঙাই যাইফনা পানবা, অপেনবা ফাওবা অমসুং মোক্ষ ফংহল্লি। লীন্না চীকপদগী ব্রজ তাবদগী, গাডীগী খুদোংথিবা, মৈগী খুদোংথিবা, সাইকলগী খুদোং থীবা, ঈশিংগী খুদোংথীবা, নুংশিংকী খুদোংথীবা হায়দুনা লৈবিবা কয়াদগী মন্ত্র অসিনা লোয়না ঙাকথোকপা ঙম্মী। মন্ত্র অসিগী নুংগী ওইবা অর্থগী মতাংদা বিষয অসিদা কুপ্না নৈনবি।

মাপলশুবা অধ্যাযদা শিববাত্রিগা মরী লৈনবা ৱাবী, শিববাত্রিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন অমসুং শিববাত্রি ব্রতগী মগুণনচিংবগী মতাংদা নৈনৈ। শিববাত্রি ব্রতগা মান্নবা অতোপ্পা ব্রত অমা লৈতে। তোঙান তোঙানবা মখলগী ব্রতশিং কৎপা, শেংলবা তীর্থ স্থানশিং চৎলুবা, মখল মথেনগী দান তৌবা, যজ্ঞ মখল মখল পাংথোকপা, মখল মখাগী তপ তৌবা অমসুং তোঙান-তোঙানবা মওংগী জপশিং তৌরুবগা শিববাত্রি ব্রতগী মগুণগা খক মান্নদে। শিববাত্রিগী ব্রতনা শেংলবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা ঈডাৎ থৌনিগী মকোক ওই। সংসাবগী নুংঙাইবা অমসুং মুক্তি ফংবা ঙম্মী। (কোটিরুদ্র সংহিতা ৪০। ৯৯-১০২)।

তবাশুবা অধ্যাযদা "শৈব সিদ্ধান্ত দর্শন" গী মনুংদা লৈবা সিদ্ধান্ত তত্ত্ব, অষ্ট মূৰ্ত্তি, শূদ্ধ শৈব, পতি-পশু-পাশ, সাধনাগী মতাংদা নৈনৈ। বেদান্তশিংবু চুমথোক্লগা মদুদগী থোক্লকপা মচি ওইবা শরুক্লা তাশিল্লগা শৈব সিদ্ধান্তগী নুংগী ওইবা মশক ওই। শৈবসিদ্ধান্তদা তত্ত্ব কুন্থ্রাতকক লৈ। কুন্থ্রাতকক হায়বিবসিগী মনুংদগী কুনমরি অমনা আত্মা তত্ত্বগী শরুক্লি, তবেং অমনা বিদ্যা তত্ত্বনি অদুগা লেমহৌবিবা মঙানা শিবতত্ত্বনি। শৈব

সিদ্ধান্ত তত্ত্ব মবিফুত্তবাতকক লৈসু হায়বি। হায়বিবশিং অসি শৈব সিদ্ধান্ত দর্শন" হায়বা বিষয়গী মনুংদা কুপ্না নৈনবি।

তবামাথোইশুবা অধ্যায়দা শৈবগী পুরাণ, উপনিষদনচিংবগী মতাংদা নৈনৈ। শিবগী মবম অসি হিন্দুগী পুরাণশিং, বেদশিং অমসুং অতৈ অতোপ্পা লাইবিকশিংদসু নৈনদবা য়াওদে। খবদি অদুম শিবগী মবমদা লোয়না নৈনৈ। বিষয় অসিদা শিব-গা মরী লৈনবা বেদশিং, উপনিষদশিং, ইতিহাসশিং সংহিতাশিং, তন্ত্রগী লাইবিকশিং অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী মতাংদা নৈনবি। অসিদা নত্তনা মণিপুরী লোনদা ফোংবা লাইবিকশিং- 'মণিপুরগী সনাতন ধর্ম', 'মৈতৈ ধর্ম্ম অরিবা', 'হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইবিকশিং পূনশীনবা' 'মণিপুরের ইতিহাস', 'সাহিত্য ইতিহাস- পোইবৈতোন খুম্ভোকপা পুরাণ, বিজয় পঞ্চালী (শ্রীমুতুম ঝুলোন সিংহ) অসিনচিংবনি। মসি নত্তবা মণিপুরদা ফোংবা লাইবিকশিং "রেলিজিয়স অ্যাণ্ড কলচরেল ইন্টিগ্রেসন ওব ইন্দিয়া", "ইন্ট্রোডকসন টু মণিপুর" অমসুং "রিপোর্ট ওন দি আর্কিওলোজিক্যাল সটডিজ ইন মণিপুর বুলেটিন নম্বর রাননচিংবনি।

অবোইবা অধ্যায় তবানিথোইশুবদনা "ঙল্লিঙৈ মতমদা মৈতৈনা শিব নিংলম্বা" হায়বা বিষয় অসিগী মতাংদা নৈনৈ। মথক্তা পঙ্খ্রিবা মণিপুরদা ফোংবা লাইবিকশিং অসিনা মৈতৈনা ঙল্লিঙৈগী মতমদা শিব নিংলম্মী হায়। নিংথৌখোঙতেকচাগী মতমদগী হৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা শিব নিংবা হৌরে হায়বগী প্রমান ফয়েংগী কোবি কোম্পাকশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। বিষয় অসি নৈনবিবগা মৈতৈনা ঙল্লিঙৈগী মতমদগী শিব নিংলম্মী হায়বগী প্রমাণ ফংবা ঙম্মী।

অবোইবদাঐনা পঙ্জনিংবা রাফম অমনা— ঐদি কবিসু খঙজদবা মূর্খ ওইবনি। ঐনা য়াম্না থোইনা হেন্না খঙজ হৈজকবদগী লাইবিক অসি ইকজবা নত্তে। ঐনা ভগবান শঙ্করবু নুংশিজকবদগী মতম কয়াগী মমাংদগী ইবুংঙোগী নুংগী ওইবা তত্ত্ববু খঙজনিংদুনা পোত্থাবা লৈতনা থিদুনা

লাকচখি। অদুবু হৌজিক ফাওবদসু শিব মহাদেবগী মবম মুন্না খণ্ডবা ঙমজদ্রি। ঙমফমসু থোক্তে। মবমদি কোটিরুদ্র সংহিতা ৪৪। ৩ না হায-মহাক মথন্তনি; মহাক্রুম্বা অনী শুবা লৈতে। শিব মতোমতনা পূম্নমক অসি খণ্ডই অদুগা কনাগুম্বা অমতনদি মাবু খণ্ডদে। অসি হাযদুনসু থিবগী থবক্তি ঐ ঙসি ফাওবদসু লেপচদ্রি। ঐনা পাজকবা, নৈনজকবা বেদশিং, পুবাণশিং উপনিষদশিং, সংহিতাশিং, ব্রাহ্মণশিং, তন্ত্রগী লাইবিকশিং অমসুং অতৈ অতোপ্পা মখলগী লাইবিকশিংদগী শিবগী মবমদা ফংজবকপা মচাকশিং অদু খোমজিনজবগা লাইবিক্কী মওংদা ঐগী ওইনা ইথোকচবনি। মসিদা অশোয় অণ্ডাম কযা হাযগদবা য়ানা হাযহৌদা হাযবোইদবা য়ানা হাযখিবা থোংমকম যাওবমগনি, বনানগী অবানবা কযামকম অমসু চেন্নবমগনি। মসি পূম্নমক লাইবিক অসিবু পাম্বিবা অখণ্ড অহৈশিং, পণ্ডিতশিং, জ্ঞানীশিং, বিদ্বানশিংনা ভাকপীগনি, অশোয়-অবান কযাবু থিন্দুনা শেংকপীবক্কনি। পূম্নমকপু তবাম্না ওকচগনি, মথংগী অমুক ফোংলকপদা চম্থোকচনবা হোৎনজগনি।



# য়াওফম তাকপা

অহুমশুবা অধ্যায়

রুদ্র-শিব



মৰীশুবা অধ্যায

শিব অৱতাৰ



মঙাশুবা অধ্যায়

শিব-তত্ত্ব

তককশুবা অধ্যায়

অবিমুক্ত ক্ষেত্র



তবেৎশুবা অধ্যায়

শিবগী জগোই



নিপালশুবা অধ্যায়

শিব উপাসনা



মাপলশুবা অধ্যায়

শিব বাত্রি



তবাশুবা অধ্যায়

শৈব সিদ্ধান্ত দর্শন

## অহানবা অধ্যায়

# লিঙ্গ

### লিঙ্গগী নুংগী অর্থ ঃ

'লিঙ্গ' হায়বা ৱাহৈ অসি "লয়ন" হায়বা সংস্কৃত শব্দ অদুদগী ওইবকই। "লয়ন" গী অর্থদি পোৎশক অমদা তিনশিন্নখিবা, চংশিনখিবা অমতা ওইশিন্নখিববু খঙনৈ। অদুনা লিঙ্গগী অর্থদি জগৎ সংসাব অসিদা খুৎশেম হাযদুনা লৈবিবা পূম্নমক অসি মহাপ্রলয়গী মতম লাক্লবা কান্দা অচৌবা আত্মা অদুদা তিনশিনখিববু খঙনৈ। অচৎপা অমসুং চত্তবা হাযদুনা লৈবিবশিং অসিগী অবোইবা পন্থুংফম লিঙ্গনা ওইবতা নত্তনা পূম্নমক্কী হৌবকফমগী মকুসু লিঙ্গনা ওইখি। পবাশক্তি ফাওবা অবোইবা মতম লাক্লবদা লিঙ্গদা তিনশিনখি। লিঙ্গগী হৌবকফমসি অসুম্নসু অমুক হায়–"লিগ" হাযবা ধাতু (মূল) অসিদগী লিঙ্গ ওইবকই। 'লিগ' কী অর্থদি "খঙবা" হায়বনি। অদুনা লিঙ্গ হায়বা শব্দনা খ্বাযদগী অচৌবা আত্মা অদুগী জ্ঞান নত্রগা আত্মা জ্ঞানবু খঙনৈ। মিৎনা উবা শিব লিঙ্গবুনা মহালিঙ্গ কৌই। মসিগী শকক অনি থোক্লা নৈ। পিণ্ডী হায়বা অমা অদুগা অতোপ্পনা বেদী হায়বা অমা। বেদীগী শকক অনি থোকই– মূলপীঠ (খ্বায়দগী মখা থংবা শকক) অমসুং, উর্ধ্ব পীঠ (মথক থংবা শকক)। মূলপীঠ, উর্দ্ধপীঠ অমসুং পিণ্ডী অহুম অসিনা পুনশিল্লগা শকওং অমত্তা ওইনা উববু মহালিঙ্গ কৌই। শিবগী লাইনিং লম্বী চৎপশিংনা মূলপীঠনা ব্রহ্মানা ওই। বজগুন্নি হায়বা তাকই। উর্ধ্ব পীঠনা বিষ্ণুনা ওই; সত্ত্বগুনগী মশক্তি। অদুগা পিণ্ডীনা শিব-না ওই, তম:গুণগী খুদম্নি। অদুনা মহালিঙ্গ হায়বসি পবমব্রহ্ম অদুনি, ব্রহ্মা,

বিষ্ণু, মহেশগী অপুনবা শকওংনি। শিব পূজা তৌবা হায়বসি অচৌবা আত্মা অদুবু পূজা তৌবা শকই। লিঙ্গগী শকওং লৌদুনা লৈববা ভগবান অসি অনাদিনি, সনাতননি। অহৌবা, অবোইবা অমসুং ময়াই হায়বদু লৈতে। শম্ভুগী শকওংদি লিঙ্গনা ওই। লিঙ্গগী মনুংদা সদাশিব লৈ। শিবদি সকাল (মশক মমিং মগুণ লৈবা) অমসুং, নিষকাল (গুণ য়াওদবা) ব্রহ্ম অদুনি। গুণ অহুমগী ব্রাংমদা লৈবা উবা ফংদবা শিবগী মশক লিঙ্গনা ওই হায়বা তাকই। (লিঙ্গ পুরান ১। ৩। ১)। অদুবু লিঙ্গনা তাক্লিবদি মগুণ য়াওদবা নিষকাল ব্রহ্ম অদুনি হাযবা খঙহল্লি। নিষকাল ব্রহ্মনিতি হাযবগা শিবনা লিঙ্গগী শকওং লৌবগা লৈ, সকালগী মওংনি। মীওইবা অমসুং জীব অতৈগী মতৌগুম্না, মখুৎ-মখোং, মমিং-মনানচিংবা কয়াৎশিং পান্দ্রবসু কবিগুম্বা শকওং অমা লৈ হাযবসি লিঙ্গ অদুনা তাক্লি। অদুনা লিঙ্গগী শকওং নাই হাযববসু নাইদবগুম তৌবা অদুগা তশেংনা শকওং শুকলৈমক লৈত্রবা হাযববসু শকওং অমদি অদুম লৈবা উবা ফংই। লিঙ্গগী মতোন অবোইবা কোযবপ তৌনা তামখিবা অদুনা মীওইবনা খঙডুমদবা তাইবং জীবগী ব্রাখলগী ব্রাংমদা লৈ হাযবা তাকই। লিঙ্গগী মকোক লীশীঙ অমা, মমিং লীশীঙ অমা অমসুং পাম্বোম লীশীং অমা লৈ। লিঙ্গগী আত্মাদি অমতা ঙাইবা অচৌবা আত্মা অদুনি। লিঙ্গ হাযবসি শিবগী শকওং তশেং তশেংনা চোংথোক্লকুনা উংপা পুরুষ বিগ্রহনি। গুণ অহুমগী ব্রাংমদা লৈবা উবা ফংদবা শিবগী মশক লিঙ্গনা ওই হাযবা তাকই। (লিঙ্গ পুরান ১। ৩। ১)। পরম ব্রহ্মগী মতিক মগুণ থাবগী লোয়বা লৈতে। ময়াম্না শক শোন্নবিবা উৎলিবা মতিক মগুণ অদুদগী ব্রহ্মাগী মগুন্না হেন্না রাংনা লৈ। মগুন্না মহেল্লি, থাবনা মরাংহৌই। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি মতিক মগুণ চাওবা ইবুংঙো মহাক্না শেম্বীবনি। মসিবু উবদা ঙক্কবা ঙমদে। মতিক মগুণ কয়ামুক চাওবনো হায়না খল্লুবদা ইবুংঙো মহাকপু থাগত্তবা ঙমদে। খুৎশেমদা উবা ফংলিবা ইবুংঙো মাগী মতিক-মগুণ অসিদগী মশাগী মগুন্না থোয়না হেন্না চাওবা হেল্লি। (ঋক বেদ ১০। ৯০। ৩)।

লিঙ্গগী মগুণ লৈ অমসুং লৈতে হায়বা সকাল, নিষকালগী মতাংদা উপনিষদনা হায়বা মতাং খব পঙ্গনিংই। বৃহাদাবন্যক উপনিষদ ৩। ৮। ৮ দা ব্রহ্মগী মগুণ লৈতে হায়। অদুগা ছান্দোগ্য উপনিষদ ৩। ১৪। ২ নদি অমুক ব্রহ্মগী মগুণ লৈ হায়। কবশ্বনা অচুম্বনো হায়বসিগী পল্লেপফম খণ্ডদে। অনি অসিগী ৱাফম অসি আদি শঙ্করনা ব্রহ্ম সূত্র ১। ১। ১২ গী তিকা পীবকপদা অসুম্না হায় গুণ য়াওদবনা ইশাবু মশক খণ্ডনবগীনি, অদুগা গুণ য়াওবনা উপাসনা থাম্নবগীনি হায়। লিঙ্গগী অশেংবা শকওং কবিনো, কবি মানবগে হায়না হংলব্দি খুমফম খণ্ডদে, অদুগা শকওং নাইদ্রব্রা হায়ববসু শকওং অমা লৈবগুম্নসু তৌই। অদুগা লিঙ্গনা ব্রহ্মগী মশক লৈতে, মওং লৈতে, মগুণ লৈতে হায়বদু তাকই। ঈশ্বরগী মশক তশেংনমক লৈত্রব্রা হায়ববসু মওং লৈ হায়না লিঙ্গনা তাক্লি। অদুনা লিঙ্গদা সকাল, নিষকাল পূনবা ব্রহ্মগী ভাব লৈ। অাধ্যাত্মিকগী ওইবা মশক উবা ফংদবা মশক লোংশিনবা, বাইনা অসিনি হাংবা তাকপা য়াদবা শকওংনি হায়বা উংলি। উপনিষদনা লাওবিবা পূম্নমক লৈত্রিউভগী মমাংদা অমখক্তা ঙাইবম্বা, অনিশুদবা (অদ্বৈত্য) ওইবা অদু শিব লিঙ্গনা তাকই। লিঙ্গ হায়বসি কবিগুম্বা পোৎশক অমবু তাক্রবা লৈবনি। নোংচুপলোমগী মীশিংনা ইন্দুশিংনা যোনী (Phallus-sex-organ) বু লাই ওইনা নিংই হায়না নোকনৈ। মদু মখোযগী অবানবা ৱাখল্লি। লিঙ্গনা তাকলিবদি ঐহাক ইত্তোমতনি, অনি শুদে হায়বা খণ্ডহল্লি। খুদম ওইনা হায়ববদা কনাগুম্বা মী অমনা লেপ্পগা মখুৎ ওইথংবা থাদবগা য়েৎথংবা খুৎনা অতিয়াবোমদা থাঙ্গৎলগা খুদোম্বী অমখক থিনগৎলবদি অমখক্তনি, অনি শুদে হায়বা তাকই। সাঙ্খ্যগী পুরুষ গুম্মী। প্রকৃতিনা থবক খুদিংমক লোয়না পাংথোকপা অদুগা পুরুষনা কুম্মৈ য়েংদুনা লৈবগুম্মী। মহাক্কী মথবাক্তা প্রকৃতিনা জগোই শাবি। মহাকপু শিব ওইনা নত্রগা লিঙ্গ ওইনা লাৎনবি। লিঙ্গগী লাইনিং লাইশোল অসি য়াম্না কুইববা মতমদগী হৌনা চৎথবকই, ঋক বেদনসু য়াম্না কুইবে হায়না লৌনৈ। (ঋক বেদ ১। ২৪। ৫) পূম্নমক শিবদগী ওইবকই। পূম্নমক্কী হৌবকফম অমসুং অবোইফম অদুসু শিবনা ওই।

শিব লিঙ্গবু বৈদিক্কী যুপকী মশক্তি হায়। যুপ হায়বদি যজ্ঞগী যুপ্পী, চপ যুংবা কোন নীপাল নাইবা মখা হৈবকফমদনা মবাক ময়ুং মান্নবা, ময়াইদনা ময়ুংনা ওন্না শাংবা মতোন্দনা উত্তোংগী মতৌগুম্বসু খঙনৈ। হাযবিবা যজ্ঞগী যুপ্পী অসিদা বৈদিক্কী লাইয়ামশিংনা লৈ। যজ্ঞগী যুপ্পী অসিবু যুপ কৌই হায়বসি ঋক বেদগী মণ্ডল অহুমশুবদা হায়বি। যুপবু স্তনু হায়নসু খঙনৈ। (ঋক বেদ ৩। ৮। ১-১১) শিববু স্তনু হায়না খঙনৈ। বৈদিক রুদ্রগা মশা অমতনি হায। যুপ্পী অসিদা শিবগী লৈফম ওইবতা নত্তনা অতৈ বৈদিক লাইযামশিং ইন্দ্র, বায়ু, অগ্নি, নিযবহুতি অমসুং মাযকৈ ঙাকপা লাইয়ামশিংসু লৈ। বৈদিক লাইয়ামশিংসু যাওনা লিঙ্গদা লৈববনিনা যোনীগী খুদম্নি হায়বসি যানিংঙাই মবম ওইদ্রে। লিঙ্গগী মখল কযা থোক্লা লৈবিবসি শিব মহাদেবগী লৈফম্নি। লিঙ্গ হাযবসি ঈশ্বরগী শকওংনি। হাযবিবা রাফম অসি স্কন্দ পুরাননা শৌগংলি। শিববু লিঙ্গ ওইনা খুরুম্মু হায। মথক্তসু পঞ্চক্ষেত্রে, লিঙ্গগী মশাদা অহুমথোক্লা খাযদোক্লি। লিঙ্গগী মখা ইথং থংবা অদুনা মবাক ময়ুং চপ মান্নে অদুগা পীঠগী মনুংদা লোংশিন্দুনা লৈ। মসিনা ব্রহ্মাবু খঙনৈ, অবিদ্যাগী ফীকক খুমজিন্দুনা থম্মী। অনীশুবা শকক অসিনা কোন নীপালগী শকওংনা ওই, যোনিনা চেংনা কোনশিল্লগা লৈ, বিষ্ণু, খুংশেমগী হৌবকফম অদুনি। অহুমশুবা শকক যোনিগী মথক্তা থিনগংলক্লিবা অদুদি মনুং চাং মান্ননা হোবা উতোংগুম্মী। মসিনা অচৌবা দেবতা রুদ্র, মফম খুদিং শিন-থুংনা লৈবিবা শান্তি পীনবিবিবা অদুনি। শিব পীঠনি। শুদ্ধ চৈতন্য (Pure consciousness) গী মশক উৎলিবা 'ওঁ' নি। হায়বিবা মফম অসিদি প্রকৃতিগী শউম ফংদনা তোঙান্না চোংথোক্লগা লৈ। মসিগী অশাংবনা খুদোনবী তবাগী অশাংবা অদুনি। যজ্ঞগী যুপ্পী যুপ লৈবা মফমদা দেবতাশিং লৈবগুম্না লিঙ্গ লৈবা মফমদা লাই পূম্নমক লৈ। মতৌ অদুগুম্না শালিগ্রাম লৈবা মফমদা লাই পূম্নমক লৈ হায়বসি স্কন্দ পুবাণনা তাক্লি। লিঙ্গ অসি শিবগী মশক্তি। ব্রহ্মাণ্ড অসি শিবগী রূপনি। পূম্নমক লিঙ্গদগী ওইধকপা ঙাক্তনি। শিব পুবাণনা হায়– "পীঠম অম্বমায়ম সর্বম

শিব লিঙ্গশচা চিনমায়ম"– পুম্নমক্কী ঙাকলৌ ওইদুনা লৈবিবা পীঠম অদু প্রকৃতি নত্রগা পার্ব্বতীনি অদুগা লিঙ্গ অদুনা চিনমায়া পুরুষনি। প্রকৃতি নত্রগা পার্ব্বতীগা পুরুষ নত্রগা লিঙ্গগা মিলন ওইবা মতমদা সংসার অসি ওইবকই। মসিনা তাক্লিবদি লিঙ্গ অসি নুপা নুপী অনিগী অপুনবা শকওংনা অমত্তা ওইনা লৈবগী শকওং উৎপনি। পলেম-পম্বৌ অনীগী অপুনবা লৈপুলগী মশক্লি। যেৎথংবা শকক্লা যেৎকী লমদাংনি, নুপাগী শকক্লি হায়বা তাক্লি, অদুগা ওইথংবনা ওইগী লমদাংনি, নুপীনি হায়বা খঙহল্লি। মসিবু অর্ধনারীশ্বর হায়না খঙনৈ, হায়বদি তঙ্খায় অমনা নুপাগী শকওং ওইবা অদুগা অতোপ্পা তঙ্খায় অমনা নুপীগী শকওং লৌদুনা লৈববু খঙনৈ। চনাগী মনুংদা অনী থোক্লা তঙ্খায় তানা লৈবগা মপান্দা মপুম ওইনা অমত্তা ওইনা উবগুম্বনি। অর্ধনারীশ্বরগী ওইথংবা নুপীগী শকওংগী মচুনা পোহাল (Coral) গী মচু গুম্ন উাংই, অয়ুক্তা থোক্লকপা নুমিৎকী মশেক মঙালগুম লংই। হার্যাবর্বসি কলাসু নৎতে। ইমা-ইপাগী মশক লৌবিবা প্রকৃতি, পুরুষ নত্রগা উমা মহেশ্বর (পার্ব্বতী অমসুং শিব) বু খঙনৈ। শক্তি হায়বসি শিবদগী খায়নবা য়াদবা পোংশক্লি। শিবনা প্রকাশনি, দেবীনা বিমর্শনি। শিবনা 'চিৎ' নি অদুগা শক্তিনা "চিদরুপিনি-নি। শঙ্গোমগী মশাদা অঙৌবা মচু লৈবগুম, হঙ্গাম মরুনা থাও যাওবগুম, মৈদা অশাবা য়াওবগুম শিবগা পার্ব্বতীগা খায়নদনা খক লৈতে। দুর্গা, সতি, রাজ রাজেশ্বরি, ত্রিপুরা সুন্দরী, চামুণ্ডি, কালি, গৌরীনচিংবসি শিবগী লোয়নবী তালোয়নি। শক্তি অসিনা বিষ্ণুদনা লক্ষ্মী, ব্রহ্মাদা সরস্বতী, রামদা সীতা অদুগা কৃষ্ণদনা রাধানি। দেবীশিং অসি মমিং তোঙানজরুরদনি। অমত্তনি মনুংদদি। মুন্দমালা তন্ত্রগী মনুং চনবা দুর্গা গীতাদা মহেশ্বরী মশামক্লা অসুম্না হায়– "গোলোক্তা রাধিকানি হায়বিবদু ঐহাক্লি, বৈকুণ্ঠদা কমলা হায়বিবদুসু ঐনি, ব্রহ্মলোক্তা শাবিত্রী অমসুং সরস্বতী হায়বিবা শব্দগী মরেম্মা ওইবিবা অদুসু ঐনি। কৈলাসতা ঐবু পার্ব্বতী হায়না খঙনৈ। দ্বারকাদা রুক্মনি হায়না খঙনৈ, হস্তিনাপুরদা দ্রৌপদী হায়না খঙনৈ। সন্ধ্যা অমসুং গায়ত্রী হায়বা বেদগী মমা অদুসু ঐহাক্লি।"

লিঙ্গ পুবাণ ১। ৭৪। ১৯-২০ গী মতুংইন্না প্রধান হায়দুনা ময়াম্না খঙনবিবা, মশক লোংশিল্লগা অব্যাক্ত ওইনা লৈবিবা খুংশেম পূম্নমক্কী হৌবকফম ওইবা মহাক অদু লিঙ্গ কৌই। লিঙ্গগী খোঙনেৎফম লিঙ্গবু আধাব ওইনা পুবিবা পীঠ অদুনা মহামায়া, মহাশক্তি গুণ অহুমগী মমা ওইবিবা অদুনা উমা দেবীনি। ত্রিমায়া ওই। হায়বদি ব্রহ্মা বিষ্ণু অমসুং রুদ্রমায়া ওই। বজগুন্না ব্রহ্মানি, বজগী মচুনা অঙাংবনি, সত্ত্বগুন্না বিষ্ণুনি, সত্ত্বগী মচুনা অঙৌবনি অদুগা তমঃগুন্না রুদ্রনি, মচুনা অমুবনি। অদুনা প্রকৃতিগী মশক ওইবিবী ইমা মহাকপু মচু অহুমগী ফিজোন্না লৈতেংবীনি হায়। মচু অহুম অসি মতম পূম্বদা শেৎন-খায়নবা লৈতনা পুন্না লৈমিন্নৈ। লিঙ্গনা মহাদেবগী মশক্তি। লিঙ্গ অমসুং পীঠ খুকুম্বনা শিব-শক্তি (পার্ব্বতী) অনীমকপু খুকুম্বা শকই। পীঠ অমসুং লিঙ্গ লৈবা মফমদা দেবতাশিং অমসুং মখোয়গা লোয়নবী দেবীশিংসু লৈবে। অদুনা লিঙ্গ খিনবা মতমদা পীঠসু যাওগনি। লিঙ্গদা ব্রহ্মা বিষ্ণু অমসুং রুদ্র য়াওবে, অপুনবা শকওংনা সদাশিবগী মশক্তি। (লিঙ্গ পুবাণ, অধ্যায় ৪৭। ৬-১০)। লিঙ্গগী মশাদা শিব-শক্তি (যোনি নত্রগা প্রকৃতি নত্রগা মাযা) না শকওং অমত্তা ওইনা লৈববনিনা খুংশেম হায়বসি লিঙ্গদগী ওইবকই। তাইবংপান অসি লিঙ্গগী মশক্তি। অবোইবা প্রলযগী মতমদা লিঙ্গদা লোয়নমক তিনশিনখি। প্রলয়গী মতমদা প্রকৃতি অমসুং মহাক্কী গুণ অহুম অসি পবমাত্মাদা তিনশিনখি। পবমাত্মাদি লিঙ্গগী মনুংদা লৈ। অদুনা খুংশেম প্রলয়গী মতমদা লিঙ্গদা লোয়না তিনশিনখি। লিঙ্গদা গুণ অহুমমক লোয়না তিনশিনখি। অদুবু লিঙ্গদি গুণ অহুমগী বাংমদা লৈ। (স্কন্দ পুবাণ ১৮)। অদুনা কনাগুম্বনা পূম্নমক লোয়না থাদোক্লগা লিঙ্গবু প্রতিষ্ঠা তৌগনি অদুগা খুরুমগনি।

খুংশেমগী মতম লাক্লবদা পুরুষগী শকওং ওইবিবা শিবনা যোনি ওইবিবা প্রকৃতিদা চংশিল্লি। হায়বদি অর্ধনাবীশ্বরগী নুপাগী শকওংনা নুপীগী গর্ভদা চংই। মসিবু উপনিষদনা মপুবোইবনা মাগী নুপীদা চংই (The husband enters the wife) হায়। (এগুবেয় উপঃ)। মপাগী মশক

ওইবা শিবনা মমাগী শকওং লৌবিবা শক্তিদা মক হুল্লি। মক অসিদি চুম্নগী অচম্বা মক নত্তে, খুৎশেম পুথোকপা ঙম্বা শক্তিনা থল্লবা মৈগী মশক্লি। লিঙ্গ পুবানগী মতুংইন্নদি খুৎশেম পুথোক্লবগী শক্তি (creative potency) অসি ব্রহ্মানা ওই, মক অদু য়াবিবা গর্ভনা বিষ্ণুনা ওই অদুগা মক অদু হুনবনা শিবনা ওই। মক অসি চেতন ওই। মক অসিনা চেতন ওইবনা প্রকৃতিদা হেক চংলুবা মতমদা প্রকৃতিসু চেতন ওইবকই। মদুদগী ব্রহ্ম অণ্ডা (cosmic egg) থোক্লকই। অসুম তৌবদগী জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি ওইবকই। য়েকুম অসিদা তত্ত্ব তবেৎখক যাওবি। মদুদি-মন, বুদ্ধি, পঞ্চভূত মঙা হায়বদি – মৈ-ঈশিং, নুংশিৎ, পৃথিবী, অতিয়ানি। য়েকুমগী কুয়োম অসিবু ঋষি তবেৎ অঙ্গিরস তবেৎ হায়নসু খঙনৈ। তবেৎ অসিনা য়েকুমগী কুয়োম তবেৎকী মশক লৌবগা খুৎশেম পাংথোকই। (বায়ু পুবাণ ১। ৪। ৭৬, ভাগবত ৬। ১৬। ৩৭)। য়েকুমগী অহানবা কুযোম্না শর্ব (শিবগী) না ওইবে। মথংদা "ভব" না ঈশিংগী মশক ওইনা লৈবে। রুদ্রনা মৈগী মশক ওইনা মযাইদা লৈবে। মৈ অসি অমুক নুংশিৎনা য়োমশিল্লে। 'উগ্র'না নুংশিত্তা লৈবে। 'ভীম' না পৃথিবী তত্ত্বগী ময়াইদা চংদুনা লৈবে। 'মহেশ্বর' না অহঙ্কারদা চংদুনা লৈবে। 'ঈশ' না বুদ্ধিদা চংলে। পরমেশ্বরনা মফম পূম্নমক্তা লৈবে।

স্কণ্ড পুবাণগী ৬। ৭৭। ৬৮-৭০ দা হায– যজ্ঞ কুণ্ডগী মনুংদা মৈবি থোক্লা চাক্লিবদু শিব লিঙ্গনি অদুগা যজ্ঞগী কুণ্ড অদুনা প্রকৃতি, পার্ব্বতীনি। মসিগী ৱাৰীদি অসিনি-- ব্রহ্মানা শিব পার্ব্বতী অনিগী লুহোংবা য়াওবন্মী। শিবনা ব্রহ্মাদা দান কৎনিংলম্মী। মদুদা ব্রহ্মানা শিববু যজ্ঞগী কুণ্ড মনুংদা লৈবিয়ু হায়বমমী। মদুদগী শিবনা যজ্ঞগী মৈবি থোক্লা চাকপা শিব-লিঙ্গগী শকওং লৌবগা লৈখিবন্মী। লিঙ্গগী মতাংদা স্কণ্ড পুবাণনা অসুম্না হায়বি– চাংজৌ নাইদবা মালং অতিয়ানা লিঙ্গগী শকওংগী মশক্লি, পৃথিবীনা লিঙ্গগী খোঙনেৎ আধারনি। লাই পূম্নমক্না মসিদা চংলগা তিনশিনখি হায়বদগী মসিবু লিঙ্গ কৌই। লিঙ্গ হায়বসি শিব-গী লৈশেম্নবগী শক্তিনি, ব্রহ্মগী

মশক্তি। মহাকসি শকওং নাই অমসুং নাইদে। মহাকসি চাওবা, পীকপা নাই, পোকপা লৈতে, মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈ। মঙোন্দা প্রকৃতিগী মহাভূত মঙা—অতিয়া, নুংশিৎ, মৈ, ঈশিং অমসুং পৃথিবী য়াওদুনা লৈ।

শিব অমসুং লিঙ্গ অনিগী মবক্তা খেন্নবা লৈতে, অমতনি হায়বগী মতাংদা শিব পুরাণ বিদ্যেশ্বর সংহিতাগী অধ্যায মাপন অমসুং তরামাথোইদা অসুম্না অমুক হায়রি— লিঙ্গ অমসুং শিব মূর্ত্তি অনিগী মবক্তা খেন্নবা লৈতে, অনি অসি মশা অমত্তনি। লিঙ্গনা মনাই ভক্তশিংবু মাগী নাক্তা যৌহনবী। অদুনা লিঙ্গবু খুকম্নফম থোকই। (অধ্যায় ৯। ৪৩)। লিঙ্গ প্রতিষ্ঠা তৌবগী ফলনা শিব ঐগা মান্নবা রূপ ফংবা ঙম্মী। অদুগা অনিশুবা লিঙ্গ অমুক প্রতিষ্ঠা তৌবা ঙমজববদি শিব ঐঙোন্দা তিনশিনবগী মশক্ত ফংবা ঙম্মী। (অধ্যায ৯। ৪৫)। লিঙ্গ প্রতিষ্ঠা তৌবনা থোইনা হেন্না মক ওই, মূর্ত্তি খিনবদি অদুক য়াম্না মক ওইদে। শিবগী মন্দিরদা লিঙ্গবু প্রতিষ্ঠা তৌদনা মূর্ত্তি ঙাক্তা লাৎলবদি মহৈ যানবা ঙমদে। (অধ্যায ৯। ৪৬)। বিদ্যেশ্বর সংহিতা ১১। ২৫-২৯ দা হায়রিবনা ভক্তশিংনা লিঙ্গ প্রতিষ্ঠা তৌগদবনি। অদু ওইববদি মখোয শিবগী ধামদা চুমদ্রিং য়ৌবা ঙম্মী। শিব লিঙ্গবু তত্তনা দর্শন তৌজববদি কান্নবা ফংই হায়না অধ্যায ১১। ৩২-৩৩ দা হায়রি। অধ্যায ১১। ৩৮ দা হায়বনা লিঙ্গগী পীঠনা লাই নুরালক্তগী খ্বায়দগী অথোইবী ওইবিবী দেবীনা ওই, অদুগা লিঙ্গগী শকওংনা শিব মশামক্তা ওই। তাইবংগী অবোইবা খোঙচৎ লাক্লবদা জগৎব্রহ্মাণ্ড অসি লিঙ্গদা লোয়না তিনশিনখি। লিঙ্গ কৌকবগী মবম অসিনা ওইবী। শকওং নাইদবা নিষকাল রূপ্তা পূক্লিং চিংশিন্দুনা ধ্যান্দা লৈবা হায়বসি য়াম্না অরাবগী মশক্তি। অদুনা শিববু লিঙ্গ ওইনা ধ্যান তৌই।

বৃহৎ সংহিতা (অধ্যায় ৫৮। ৫৩-৫৫) না লিঙ্গগী শকওং অসুম্না ওইগনি হায়বা তাক্লি— লিঙ্গগী অৱাংবগা অকোইবগী অশাংবগা মান্নগনি। লিঙ্গগী শকক অহুম থোকপগী মখাগী শকক্তা মমায় মরি লৈগনি, ময়াইগী শকক্তা মমায় নীপাল অদুগা মতোলগী অবোইবা শরুক্তা মতুম তাগনি।

মখা ইথং থংবা শকক্কা লৈপাক্তা যুংশিল্লগনি, ময়ায থংবা শকক্কা পীঠগী অহোবা মখুল অদুদা যুংশিনগনি। মখুল অদুগী অকোইবদা লৈবিবা পীঠগী অকোইবনা লিঙ্গগী মথকথংবা শকক্কী অশাংবগা মান্নগনি। লিঙ্গ অদুনা ময়াং কংলগা তোলহাযনববদি লৈবাক অদু মাংতাক্কনি, মমায় নাকন অমদা মপুং ফাদবা অশোয়বা লৈববদি সহবশিং মাং-তাক্কনি, অদুগা লিঙ্গগী কোকথক্তা শোকপা, খোংপগী দাগফম লৈববদি অব্রাবা নংগনি।

শ্বেতাশ্বতর উপনিষদনা লিঙ্গগী মতাংদা অমুক পল্লি। রুদ্রনা কারণ পুম্নমকী মথক্তা পাল্লি। (শ্বেতাশ্বতর উপঃ ১। ৩)। মরম অসিনা মহাকপু বাখন্না লাম্বা ফংদবা, ফোংদোকপা যাদবা পোৎশক ওইনা লৌই। অদুবু মী ওইবনদি মিৎনা উবা ঙম্বা, শকওং নাইবা পূজা তৌবা য়াবা শকওং অমা পাম্মী। অদুনা অ লিঙ্গগী শকওং ওইনা কবিগুম্বা খুদম অমত্তা যাওদবা 'শবরু লিঙ্গগী' মশক ওইবে। মনুংদা শকওং কয়ামকম যাওববসু মপান্দদি রুদ্রগী শকওং লৈতে। শকওং লৈতবদদি সেবা, পূজা য়াদবনা মূর্ত্তি নাইবা অমা দরকার ওইবকই। অদুনা লিঙ্গ ওইনা থোক্লকই। তশেংবদি লিঙ্গগী মশক অসি শকওং নাইবগুম্না অমসুং নাইদবগুম্নসু তৌই। লিঙ্গগী মতোন অবোইবা অসিনা মিৎনা উবা ঙম্বগী পনখৈগী ব্রাংমদা শাংনা-লেংথনা তাম্না শন্দোখ্রিবা মালং অতিযাগী মশক্লি। শিবসি বিরাট পুরুষগী শকওংনি হায়না লৌবে। বিরাট পুরুষদি মমিৎ লীশীং অমা, মখুৎ লীশীং অমা অমসুং মখোঙ লীশীং অমা পাল্লি। অসিগুম্না বিরাট পুরুষগী শকওং অসি শিবগী ওইবা তাববদি শিবগী শকওং কবিনো হায়না লেপ্পদা লুনা থোকই। অদুনা লিঙ্গনা উতোং মখুল অহোবগী মতৌগুম্না মথকলোমদা লোইবোই লোইবোই নাইনা কাখৎপ্লবদি থেন্নবা পূন্না মাংখি। অদুনা লিঙ্গসি শকওং লৈতবসু মাল্লি। তশেংনা লৈত্রব্রা হায়ববসু শকওং লৈবগুম্নসু তৌই।

অচৌবা আত্মা অদুবু শিব অমসুং শিবা হায়নৈ। শিবনা নুপাগী খুদম্নি অদুগা শিবা-না নুপীগী শকওং উৎপনি। মসি অচৌবা আত্মাদা নীপা-নুপী অনি পুন্না লৈবগী শকওংনি। জ্ঞান লৈবশিংনা শিববু ঈশ্বর হায়না

মিংথৈনে অদুগা শিবা-বু মায়া হায়না খঙনৈ। (শিব পুরাণ অধ্যায় ১১। ৩-৪)। শিবনা যজ্ঞগী যজ্ঞেশ্বরনি অদুগা মাগী লোয়নবী দেবীনা দক্ষিনা দেবীনি। ঈশ্বরনা মপান নাইদবা মালং অতিয়াগী মশক্তি অদুগা মাগী লোয়নবীনা পৃথিবী মাতাগী স্বরূপনি। (শিবপুরাণ, অধ্যায় ১১। ৩১)। উমা দেবীনা পীঠগী মশক্তি অদুগা শিবনা লিঙ্গগী শকলোন্নি। পীঠ অমসুং লিঙ্গ প্রতিষ্ঠা তৌবিবা কালদা লাইয়ামশিং অমসুং হিংচাবশিংনা খুকল্মী। (শিব পুরাণ, অধ্যায় ১১। ৩২)। লিঙ্গগী খুদম য়াওবা পোৎ খুদিংমক ঈশ্বরগী ওইবা চীংলেম্বা অদু য়াওই। পোৎ খুদিংমক নুপীগী হকচাং ফিনুংগী শকওং অদু উৎলবদি উমা দেবীগী অথোইবা গুণ অদু যাওই। (শিব পুরাণ অধ্যায় ১১। ৩৫)। লৈপাক প্রজানা লিঙ্গ অসিবু থাদোক্লম্লগা অতোপ্পা লাইশিং অমুক লাৎলবদি মখোযবু ঙাকপীবিবা নিংথৌ অদু ফাওবা য়াওনা বৌরভ হায়বা নবক অদুদা মতম পূম্বা তাদুনা লৈ। (শিব পুরাণ, অধ্যায় ১১। ৩৬)। কন্নাগুম্বা নিংথৌ অমনা শিব ভক্ত ওইবা তোক্লগা অতোপ্পা দেবতাশিংদা পূক্লিং লুপর্শিল্লুববদি নহা ওইবিবী নুপী অমনা মপুরোইববু লংশেক্লম্লগা অতোপ্পা নীপা উপ-পতি অমগা অবোনবা মরি থম্বগা মান্নে। (শিব পুরাণ, অধ্যায় ১১। ৩৭)। ব্রহ্মা কৌবা লাই, অতৈ দেবতাশিং, মবল মথুম পৈদুনা লৈবা নিংথৌশিং, মীচম প্রজাশিং অমসুং ঋষিশিংনা লিঙ্গবু ঈবাৎ পূজা তৌই।

## শিবনা লিঙ্গগী মশক ওইনা উৎলকপাঃ

শিবনা কবম্না লিঙ্গগী মওংদা থোকখিবগে হায়বগী ৱারী অমসু লৈ। ৱারী অসিনা তাক্লিবদি শিব-সি ওমকারগী মশক্তি, শিবনা ব্রহ্মা বিষ্ণুদগী হেন্না চাওই হায়বসি শিব পুরাণগী মতুংইন্না খঙহল্লি। ৱারী অসিদি অসুম তৌই। কুইখ্রবা মতম, অহানবা কল্প হৌবকপা অদুরাইদা নোংমা ব্রহ্মাগা বিষ্ণুগা অনিগী মরক্তা অচৌবা লাঞ্জাও অমা থোক্লম্মী। ব্রহ্মানা হায়— ঐনা লৈশেম্বা মপুনি, ঐনা চাওই। বিষ্ণুনা অমুক হায়— নহাক্তি ঐহাক্তী

খোয়দৌ থম্বালদগী থোকখিবনি, ঐনা নহাকপু পোকপনি, নহাক্না চাওফম থোক্কে। অসুম্না অনিনা চীন্দান পাওদাম্নবদগী বিষ্ণুসু মশাগী শাদোং গরুড় তোংদুনা অতিয়াদা পাইখৎখ্রে। অদুগা ব্রহ্মাসু কাংও তোংদুনা পাইখৎখ্রে। লাই অনি অসিগী লোয়নবকপা খোংলোইশিংসু খুৎপু খুৎপু চোংথোক্লবক্নুনা অকনবা লাল থেংনখ্রে। বিষ্ণুনা মহাক্কী মহেশ্বর হায়বা খুৎলাই অদু ব্রহ্মাদা থাবে। অদুগা ব্রহ্মানসু মহাক্কী পশুপাত হাযবা খুৎলাই অদু বিষ্ণুগী থবাক্তা থাবে। শক্তি লৈববা খুৎলাই অনি অসিনা নুমিৎ কোটি কযাগী অবংবা মঙালগা লোয়ননা অতিযাগী মকোযদা লাও খোংনা পাইবক্লে। খুৎলাইশিং অসিদগী থোক্লকপা মৈবিতনা লোক অহুম চকথেকখে। মতম অসিদা শিবদি লাইযামশিংনা কৈলাশতগী (হিমালযগী মযাই থংবা শরুক হেমকুত চীংশাংগী মতোল শিব পর্বত, গন-পর্বত হায়বা মানসরোববগী অন্নাং থংবা শরুক) কৌরুবদগী লেংথবক্রুনা মফম অদুদা পার্ব্বতীগা লোযননা লৈবি। ইবুংঙোনা লেংথবক্লিবসি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অনিগী খৎনবা থাম্লবনি। খুৎলায় অনি অসিনা জগৎ পূম্বা মাংহন্নকপা তাববদা শিবনা অকিবগী মশক ওইববা মৈবিতনা ফ্রী-ফ্রী কাম্লবা অচৌবা মৈগী যুম্বী অমগী মশক লৌবগা লাই অনি অদুগী মবক্তা মশক খঙহন্দনা চপ হেক লেপ্লবে। ব্রহ্মা, বিষ্ণু অনিনা তৌবিবা মতৌ অদু উবদা ঙক্লদুনা অকিবগী মশক ওইবা পোংশক অসি কবিনো হায়না হংনবম্মী। যুম্বীগী মথক থংবা শরুক ন্নাংখৎখ্রিবা ন্নাখন্না লাম্বা ফংদবা অসিনা কবিনো' ঐখোয়না মসিগী মতোল অমসুং হৌবকফম থিফম থোকই। অসুম্না হায়নবগা বিষ্ণুনা ওক অমগী শকওং লৌবগা যুম্বী মখোং অদুগী হৌবকফম থিবা লৈনুংদা কুমথখ্রে। বিষ্ণুদি যুম্বীগী হৌবকফম খঙবা ঙমদনা নিংবা কায়না হল্লক্লে। অদুগা কাংঙ তোংদুনা পাইখৎখিবা ব্রহ্মানা কেটকী চবোং অমা পায়বগা কুমথবক্লে। হংনবা মতমদা ব্রহ্মানা কেটকী অদু যুম্বীগী ময়াইদা শাৎপনি, মদুগী সাক্ষী কেটকী লৈ মশানা ওই হায়বম্মী। তশেংবদি শিব মায়াদগী কেটকীনা যুম্বীগী ময়াই থংবদা শাৎলম্মী, মথক্তগী তাবকপনি

(মদু তাবদা হবিনা ব্রহ্মানা হায়বিবদু চুপ্লোই নিংদুনা ব্রহ্মাদা ষোডশোপচাব হায়বদি পূজাগী পোংচং তবাতকক্কা লোযননা পূজা কংলম্মী। ব্রহ্মাগী ওইদবা ঙাংবা অদুদা শিবনা শাওদুনা মৈগী যুম্বী অদুদগী চোংথোক্লকগা মহাক্কী অশেংবা রূপ অদু লৌবগা লেপ্লম্মী। মদু উবদা বিষ্ণুনা অকিবগা লোয়ননা থক থক নিক্কা হৌগংলগা শিবগী মখোং পাইদুনা খুকমলম্মী। মদু উবদা শিবনা পেন্দুনা বিষ্ণুবু মহাক্কা মান্নবা থাক্তা থন্নীবম্মী, অদুগা হায়বম্মী-- নহাক্কী অৱাবদা ঐহাক্কা মতেং পাংগনি অদুগা শিব ঐগী অৱাবা কালদসু বিষ্ণু নহাক্কা মতেং পাংগদবনি। কনাগুম্বা মী অমনা শিব ঐগী মন্দিবদা লাকপা মতমদা বিষ্ণু নংবু কাওফদে। অদুগা বিষ্ণু নহাক্কী মন্দিবদা লাকপা মতমদা শিব ঐবুসু কাওফদে। হাযবিবা অসি ঙাক্কা চংব্রবদি মখোয়বু নবক্তা কাওথগদবনি। ঙসিদগী নহাক্কী তোঙানবা মন্দিব লৈদুনা মূর্ত্তি লাংপা হৌবসনু, হবাও কুম্মৈ কয়া তৌবা হৌবসনু। অদুগা ব্রহ্মাবুদি অচুম্বা ঙাংদবগীদমক শিবনা শাওবম্মী। শিবগী পীশুম মযাইদগী অকিবগী মশক ওইববা ভৈবব মূর্ত্তি অমা ব্রহ্মাগী অচাওবম কাবা অদু থুদেক্লবা পুথোক্লম্মী। শিবগী যাথং মতুংইন্না ভৈববনা ব্রহ্মাগী মঙাশুবা মকোক অদু চিংথুবগা থাংনা যান্থগদবগী তৌবম্মী। মতাং অসিদা নিংশিংজবনা ব্রহ্মাগী মকোক মঙা শুই হার্যবিবসি মতুংদা মকোক মবিদা ঙাইখ্রে। মঙাশুবা মকোক অদু আকাশবু খণ্ডনৈ। আকাশদি অব্যক্তনি, লোংশিন্দুনা থম্বা পোংশক্নি। মহাক্কী নত্তে রুদ্রগীনি হাযদুনা শিবনা লৌশিনখ্রে। বিষ্ণুনা ব্রহ্মাগী ফিভম অদুদা নুংশিবা পোক্লদুনা শিবগী মখোং পায়দুনা ব্রহ্মাবু ঙাকপীয়ু তৌবিগনু হাযজবম্মী। শিবনা ব্রহ্মাবু ঙাকপীবম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা ব্রহ্মাবু কনাগুম্বা অমত্তনা খুকুম্বা য়াবোই মশাগী তোঙানবা মণ্ডিব অমসুং হবাও কুম্মৈ লৈবা য়াবোই হায়বম্মী। কনাগুম্বা অমগী যুমদা অফ-নুংঙাইগী লাই খুকুম্বা অমসুং মীযাম অপুনবগী ওইনা যজ্ঞ তৌবা মতমদা ব্রহ্মা নহাকসু মক ওইবা দেবতা অমা ওইজৌ হাযবম্মী। ব্রহ্মা খুকমদনা পূজাগী মহৈ মপুং ফানা ফংবা য়াবোই হায়বম্মী। ঙসি ফাওবদা ব্রহ্মাগী মন্দিব হায়বা

লৈতে। ব্রহ্মাগী ভক্তনি হায়বসু লৈতে। রাজস্থানদা অজমেরগী পুষ্কর মনাক্তা লাইশং অমর্থক্তি লৈ হার্যবি। কেতকীবুনা মরৈমবা চাওবগীদমক শিব-দা কৎপা যারোই, অদুম ওইনমক মন্দিরগী লৈতেং শেন্নবদদি য়াওবা য়াগনি হায়দুনা রব ওই, শাপ ওই পীরম্মী। জ্যোতির্লিঙ্গ অসি ফাওবক্কবা মতুংদা শিবনা ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণু য়েংলগা হায- হে ইচাশা, নখোয়না তৌজবা তপস্যাগী ফলনা নখোয় অনীনা লৈশেম্বা অমসুং লৈঙাকপগী থবক অনী অসি ফংজবা ওম্মী। ঐবু নখোয়না পেনহনবদগী থৌজাল অসি নখোয়না ফংলিবনি। (শিবপুরাণ, বিদ্যেশ্বর সংহিতা, অধ্যায় ১০। ১০)। মতৌ অদুগুম্না অতৈ অতোপ্পা থবক অনি মাংহনবা অমসুং লোৎশিনবগী থবক্তা রুদ্র অমসুং মহেশদা শিন্নে। মশাগুবা মখল অনুগ্রহ (মোক্ষ) হাযবিবদুদি অতৈ অতোপ্পা কনামতনা ফংহনবা ঙমদে। রুদ্র সংহিতা ৯। ৫। ৫৬ দা শিবনা মখা তানা ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণুদা হায়রম্মী - লৈশেম্বা, লৈঙাকপা, মাংহনবা লোৎশিনবা অমসুং কৃপানচিংবা হায়বদি সর্গ, স্থিতি, সংহার অমসুং তিরোভাব হায়বা মঙা অসিদি শিব ঐগীনি। লৈশেম্বগী থবক্তা ব্রহ্মাদা শিন্নে। বিষ্ণুদনা লৈঙাকপা অদুগা রুদ্রদনা মাংহনবা অমসুং লোৎশিনবগী থবক পাইখৎহল্লে। অদুগা মঙা শুবা অনুগ্রহ (কৃপা-মুক্তি) অসিদি নখোয়গী নত্তে। হায়বিবা রাম্মশিং অসি নখোয়না কবিগী খঙদে, কবিগীদমক অচাওবম কাবিবনো। বিষ্ণু নহাক্তা ঐগী হকচাং কযাৎ ওইথংবদগী পোকই; ব্রহ্মানা য়েৎথংবা কযাতগী পোকই। রুদ্রনা ঐগী থম্মোয়দগী পোকই। শিব পুরাণ বিদ্যেশ্বর সংহিতা ৯। ৬-৮। ১৮ ১৯ দা শিবনা হায়রি- নখোয়না উগদবদি সর্গ (খুৎশেম) দি পৃথিবীদগী ওইগদবনি, স্থিতি (লৈঙাকপা) না ঈশিংদা লৈবনি, সংহার (মাংহনবা) নামৈদা লৈবনি, তিরোভাব (লোৎশিনবনা) নুংশিত্তা লৈ অদুগা অনুগ্রহ (মুক্তি) না আকাশতা লৈ। লৈপাক্তগী পূম্নমক পোকপনি, ঈশিংনা পোৎ পূম্নমক চাওহনবনি, মৈনা পূম্নমক চাকথেকপনি, নুংশিৎনা পূম্নমকপু হুমদোকপনি; থৌজানবিবগী থবক্তা আকাশনা তৌবনি। হায়বিবা থবক মঙা অসি

য়েংশিন্নবগীদমক শিব ঐগী মায় অসি মঙা পাল্লি। ঐগী অরাং থংবা মায়দগী বিন্দু থোক্লকই। নাদ (মখোল) না ঐগী মায়গী ময়াইথংবা শকক্তগী থোক্লকই। পূম্নমক অসিনা পুনশিল্লগা ঐগী শকওং "ওঁ" অদু ওই। পূম্নমক শিব ঐঙোন্দগী থোক্লকপনি। পবম ওইবা ব্রহ্ম অদু শিবনি। কোটিরুদ্র সংহিতাদা শিবনা লিঙ্গ ওইনা থোকলকপগী ৱাবী কযামকম অমসু লৈখ্রে। শিবনা লিঙ্গগী মওং লৌবগা লাই অনি (ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণু) গী মবক্তা ফাওবকপা মফম অদু লিঙ্গস্থান ওইহৌবে। হায়বিবা নুমিৎ অসি শিব-বাত্রিগুম্না অশেংবা মগুণ লৈবা ওইখ্রে। শিবনা য়োংকী য়ুম্বী অচাকপগুম্না থোক্লকপা অসি আর্দ্রা হায়বা নক্ষত্র অদুনা মার্গশিবস (নভেম্বব-ডিসেম্বব) গী মতমদা অতিয়াদা ঙানবগুম্বনি। কনাগুম্বা অমনা থৱানমিচাক অসিবু হাযবিবা থা অসিদা উমা-শঙ্কব পুনবগী মওংদা যেংলগা অদুগা শিব মূর্তি পূজা তৌজববদি শিবনা মহাক্কী হেক মচা কার্তিকেয়দগী হেন্না লুনা চান্না তৌই হায়। (শিব পুবাণ বিদ্যেশ্বব সংহিতা ৯। ১৫)। লিঙ্গ প্রতিষ্ঠা তৌবা মতমদদি ওঁ-কাব মন্ত্র শোনগনি। অদুগা শিবগী মূর্ত্তি প্রতিষ্ঠা তৌবদনা পঞ্চাক্ষব মন্ত্র শোনগনি হায়দুনা ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণুদা তাকপী। (শিব পুবাণ সংহিতা ৩৮-৩৯)। থোইদোক হেন্দোক্লা ফজবনি হায়না খনবা পোৎলমশিংনা পূজাগী পোৎলমশিং ওইবগা পূকচেল শেংনা ঈবাৎ পূজা তৌগনি। মখোয়গীদমক্তি ঐগী ধাম ফংজবদা লায়না থোক্লনি। (বিদ্যেশ্বব সংহিতা, অধ্যায় ১০-৩৮-৩৯)।

## বীর শৈবগী লিঙ্গ রহস্যঃ

বীব শৈব নত্রগা লিঙ্গয়ত হায়বা কাংবু অমা লৈ। মখোয়না লৌবা লিঙ্গ বহস্যনা অসুম্না ফোংদোকই। পবব্রহ্মণ হায়বসি নিষকাল ওই, হায়বদি মঙোন্দা গুন য়াওদে। ব্রহ্মদা গুণ য়াওদে হায়বিবসি সত্ত্ব বজ অমসুং তমঃ হায়বিবা গুণ অহুম অসিবুনি। ব্রহ্মদা "সৎ" (অচুম্বা, অবেপ্পা, মাংবা নাইদবা হিংদুনতা লৈবা), "চিৎ" (জ্ঞান, চেতন) অমসুং "আনন্দ"

(নুংঙাইবা) হায়বা অহুম অসিদি গুণগী মশক ওইনা অদুম য়াওদুনা লৈ। "সৎ", "চিৎ", "আনন্দ" হায়বিবসি শিবগী নুংগী ওইবা শিব-তত্ত্বনি। মসিবু "স্থূল" হায়না খঙনৈ। কবিগীদমক মসিবু "স্থূল" হায়না খঙনবিবনো, "স্থূল" গী অর্থ কবিনো? ব্রহ্ম নত্রগা শিব-দা মহত্ত-তত্ত্ব য়াওই। খুৎশেমগী মতমদা ব্রহ্মদগী-মহত্ত থোক্লকই, মহত্তদগী অহঙ্কাব থোকলকই। অহঙ্কাবদগী সাত্ত্বিক (জ্ঞান শক্তি) বাজস (ক্রিয়া শক্তি) অমসুং তামস (দ্রব্য শক্তি) থোক্লকই। সাত্ত্বিকতগী জ্ঞান শক্তি থোক্লকই, জ্ঞান শক্তিদগী দেবতাশিং শেমহল্লি। বাজস (ক্রিয়া শক্তি) দগী ইন্দ্রি তবা পোক্লকই। তামস (দ্রব্য শক্তি) দগী অকাশ, বাযু, অগ্নি, আপ (ঈশিং) অমসুং পৃথিবী তত্ত্বদগী তনমাত্র মঙা থোক্লকই। হায়বিবশিং অসি মহাপ্রলয়গী মতমদা মথং মনাও নাইনা অচৌবা ব্রহ্ম অদুদা তিনশিনখি। অতোপ্পা ৱাহৈদা প্রকৃতি অমসুং পুরুষদগী জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি থোক্লকই, অদুগা অবোইবা মতমদা মঙোন্দা তিনশিনখি। অসুম্না অমুক থোক্লকপা (ব্যাক্ত) অমসুং অমুক থুপখিবা (অব্যাক্ত) অসিগী হৌবকপম তুংনফম, হনফম ওইবা অদুবু "স্থূল" কৌই। "স্থ" গী অর্থনা "স্থান" (মফম, লৈফম) হায়না খঙনৈ। অদুগা "ল" না "লয়" (মাংখিবা) বু খঙনৈ। মসিদা শক্তি পূম্নমক্কী, মণ্ডাল পূম্নমক্কী জীব পূম্নমক্কী তুংনফম্নি। অচৎপা অমসুং চত্তবা হায়দুনা লৈবিবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি মসিনা ঙাক্তুনা থম্মী। মসি খ্বায়দগী অৱাংবা মফম আনন্দগী মহাও তংলিবা কাওবুগী অবোইবা পন্থুংফম্নি। মসিবু "স্থূল" কৌই। ব্রহ্ম নত্রগা শিবদা মহৌশাদগী লোয়নবকপা শক্তি অদুনা ঈহৌ অমা পীবকই। অদুদগী "স্থূল" (শিবতত্ত্ব) হায়বিবসি শরুক অনি থোক্লা খায়দোক্লকই। মদুদি— লিঙ্গস্থূল অমসুং অঙ্গস্থূল। লিঙ্গস্থূল হায়বসিনা খুকম্নফম ওইবা শিব নত্রগা রুদ্রনি। অদুগা অঙ্গস্থূল হায়বসিনা ব্রহ্মবু ঈড়াংচবিবা জীব অদুনি। মতৌ অদুগুম্না শক্তিসু মশাবু শরুক অনি থোক্লা খায়দোকই। অহানবা শরুক শিবদা চংজখিবা অদুনা কাল হায়না খঙনবে। অদুগা অতোপ্পা শরুক জীবদা চঙখিবা অদুনা ভক্তি কৌই। শক্তিদা

তৌবা ঙম্বগী পাঙ্গল যাওবি। কর্ম্ম তৌহল্লি, অদুগা সংসাবগী মাযাগী লাংদা থুহল্লি। অদুগা ভক্তিনা জীববু কর্ম্মদগী অমসুং সাসাবগী অফা অপুন্দগী নাম্থোকহল্লি, ঈশ্ববগী মায়কৈদা চিংশিনবি অদুগা মুক্তি পীনবি। শক্তিনা কনাগুম্বা অমনা খুৰুম্নফম ওইবদু ওইহল্লি; অদুগা ভক্তিনা ভক্ত ওইহল্লি। ভক্তি অসিগী মতেংতনা জীবনা শিবদা তিনশিনবা ঙমহল্লি।

মফম খুদিংমক শিনবা থুংনা লৈবিবা লিঙ্গগী মশক্লা অচৌবা ঈশ্ববগী শকওং শিবনি হাযবগী খুদম অদু উৎলি। লিঙ্গস্থল অসি শৰুক অহুম থোক্লা খাযদোক্লে। মদুদিঃ— ভাব লিঙ্গ, প্রাণ লিঙ্গ অমসুং ইষ্ট লিঙ্গ। ভাব-লিঙ্গনা "সৎ" নি। প্রাণ লিঙ্গনা "চিৎ" নি অদুগা ইষ্ট লিঙ্গনা "আনন্দ" নি। মখোয় অহুম অসি মথংশিংনা থৱায, প্রান অমসুং হকচাংবু যওনৈ। কলা, নাদ অমসুং বিন্দুগী শকওংনি। ভাব-লিঙ্গগী শকওংদা মশক অনি থোক্লি। মদুদিঃ— মহালিঙ্গ অমসুং প্রসাদ লিঙ্গ। প্রান লিঙ্গনা চাৰুলিঙ্গ অমসুং শিব লিঙ্গ হাযনা শকওং অনি থোক্লা খাযদোক্লি। অদুগা ইষ্ট লিঙ্গনা অনি থোক্লা অমুক খাযদোক্লি। মদুদি— গুৰুলিঙ্গ অমসুং সাকাব লিঙ্গ হার্যবিবা তৰুক অসিদা শক্তি মখল তৰুক্লা অমমমতা ওইনা ঈথিন পীবকপা কান্দা লিঙ্গগী শকওং তোঙান-তোঙানবা ওইবকই। আদি শক্তিনা চাৰু লিঙ্গ ওইবকই, ইচ্ছা শক্তিনা তৌবগা শিব লিঙ্গ ওইবকই, জ্ঞান শক্তিনা তৌবগা গুৰু লিঙ্গ ওইবকই, ক্রিয়া শক্তিনা তৌবগা আচাব লিঙ্গ ওইবকই। বীব শৈবনা লৌবিবা লিঙ্গগী বহস্য অসি যাম্না অবোনবা অথুপ্পা মবম ওই। শিবগী তৌবা ঙম্বা মতিক মগুণ তৰুক অমা উৎলিবা অসিবু ষট স্থল কৌই। অদুগা অতোপ্পা অমনা মীওইবগী মশাদা লৈবা মফম তৰুক চক্রগী মশক ওইনা লৈববুসু ষট-স্থল হায়না খওনৈ। হঠ যোগ-গী চক্র তৰুক মীওইবগী নুংগী হকচাং সূক্ষ্মশবীবদা লৈবিবদুগা মান্নৈ। গোবক্ষনাথগী হঠ যোগ অমসুং বীব শৈবগী ভাবগী ষট-স্থলদা বাযুনা লুপ্পকপদগী থাক-থাক নাইনা শিবদা তিনশিন্নবগী লম্বী লমশাং হায়গৎলকপদগী ওইবকপা মফমশিং অদুগা চপ মান্নৈ। ষট-স্থলগী নুংগী ওইবা ৱাখললোন্দি অসিনি— ব্রহ্ম (শিব) না

স্থলনি। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী য়ুম্ফম (স্থ) না শিবনা ওই অদুগা অবোইবদা মশোন্দা তিনখি (ল)। (ভক্তি এন্দ ভক্তি মুভমেন্ট, লাঃ ২৩২-৩৩)।

## লিঙ্গগী মখলশিংঃ

শিব লিঙ্গ অসি পোৎলম কয়ামকম্না শাবা য়াই। লৈপাক্লা, উৎনা, মণথীনা, লৈঙোইনসু শানৈ। অসিগুম্বা অসি নত্তবা নৃঙনা, মনি-মুক্তানা, ধাতুনা, উনা, অতৈ অতোপ্পা মচাকশিংনা শাবা শিব লিঙ্গশিংসু লৈ। লিঙ্গ খেন্নবগী মতুংইন্না মদু লাৎলুবগী ফলসু তোঙান-তোঙান্না ফংই হায়। তোঙানবা মখলগী লিঙ্গবিন্দু লিঙ্গ নত্রগা ভাবনাময় লিঙ্গ হায়বা অমসু লৈবি। মসিবু চবা কৌই। চবাগী মখল য়াম্মী। মদুদি-বস লিঙ্গ, বান লিঙ্গ, স্বর্ন লিঙ্গ, শিলা লিঙ্গ অমসুং স্ফটিক লিঙ্গ অসিনচিংবনি। বস লিঙ্গনা ব্রাম্মনগীনি, বান লিঙ্গনা ক্ষেত্রিগী, স্বর্ন লিঙ্গনা বৈশ্যগী, শিলা লিঙ্গনা সূদ্রগীনি অদুগা স্ফটিক (crystalike) লিঙ্গনা মীশক-অমনসু হেক্তা থম্বা য়াই। অসি নত্তবা অতোপ্পা মখলগী লিঙ্গসু লৈবি। মদুদিঃ– অখণ্ড (শমজিন্নফম য়াওদবা) দ্বিখণ্ড (তায়নফম লৈবা, শক্ক অনি থোক্লা লৈবা)। কনাগুম্বা অমনা লিঙ্গ ওইনা ছনা, অতিয়া, মৈ, ঈশিংনচিংবা পোৎলমশিংদা খুকম্বা য়াই হায়। মসিনা তাক্লিবদি জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি লিঙ্গ ঙাক্তনি। (সর্বম লিঙ্গাত্মকম হ্যেতত, সর্বম লিঙ্গ প্রতিষ্টিতম – কূর্ম পুবান)। ভাবতকী সংস্কৃতিদা শিবগী মফম অসি ৱাংনা লৈ। শিববু খ্বায়না পাম্না লাৎনৈ। মহাদেববু শিব লিঙ্গগী শকওংদা মৈহৌবোন্দগী হৌনা লাৎনবকই।

লিঙ্গগী শকওং অনি শুই– অপৌবা শকওং হায়বা অমা অমসুং অকুপ্পা মিৎনা উবা ফংদবা হায়বা অমা। লাইশংদা প্রতিষ্ঠা তৌবগা ঈড়াৎপূজা তৌবিবা লিঙ্গগী শকওং অসিদি মিৎনা উবা ফংবা, অপৌবা শকওংগী মূর্ত্তিনি। শকওং নাইবা লিঙ্গ অসিদি লৈপাক, নৃঙ, উ, নৃংঙৌ, মনি-মুক্তাশি; অমসুং ধাতু মখলশিংনা শাবনি। অসিগুম্বগী মখল নত্তবা, মহৌশাগী খুৎশেম ওইবা, মতোমতা লৈপাক্তগী থিনগৎচবকপা লিঙ্গগী

মখল লৈ। মসিগী হৌবকফম থিবা ৱাই। মখোয় অসিগুম্বগী মখলবু সম্ভু লিঙ্গ কৌই। বান লিঙ্গসু মহৌশাগী ওইবগী কাংলুপ্তা চল্লি। চীংদুমগী মতোন অতুম্বশিং অসিনা স্বয়ম্ভূ লিঙ্গগী কাংলুপনি, অদুগা নর্মাদা তুবেন্দা তাবিবা মতুম-তাবা নুং মচাশিং অসিনা বান লিঙ্গগী মনুং চল্লি। অতেনবা মতমগী ওইবা লৈপাক্কী লিঙ্গ মুখ লিঙ্গশিং অসিনচিংবসিনা খুৎশেমগীনি। (বৈষ্ণব সেক্টস, শৈব সেক্টস, মাডব ৱার্শিপ, লাঃ ৫১)। পুবানশিংগী মতুংইন্না লিঙ্গ হায়বসি মশক লাকণ্ডমদ্রবা পূক্লিং ৱাখন্না লাম্বা ফংদবা অদুগী শকওংনি। লিঙ্গগী হৌবকফম মক অদু অসুক লুই হায়না লেপ্পা ঙমদে। মখোয়বু জ্যোতি লিঙ্গ হায়না খণ্ডনৈ। জ্যোতি লিঙ্গগী মতাং মখাদা নৈনজবকখিগনি। স্বয়ম্ভূ লিঙ্গশিংদি লাইশং পূজাবী হায়বা য়াওদনা মথন্তা লৈ। হায়বিবশিং অসিনা মিংনা উবা ঙম্বা লিঙ্গগী শকওংনি। অসিগুম্বা অপৌবা লিঙ্গগী মখল অসি ভক্তশিংগী থম্মোয়দা ভক্তিগী ঈনোৎ কাহল্লগা ঈডাৎ পূজা তৌজনবনি। মসি নত্তবা অকুপ্পা মিংনা উবা ফংদবা লিঙ্গগী মখল অমা লৈ। মসিদি জীবগী থম্মোয়নুংদা ফাওবকপা পোংশক্লি। মীওইবগী অবস্থা অহুম লৈ। মদুদিঃ– জগবত (মিৎ-না শিংনা জ্ঞান তানা হৌগত্নুনা লৈবগী মতম), সপ্ন (মিৎতি উইশিল্লগা তুম্বদি তুমদনা মং-মংদুনা লৈবগী থাক) অমসুং সুষুপ্তি (তুমখুল হুন্না তুমদুনা লৈবা মতম)। সুষুপ্তিগী ৱাংমদা মবিশুবা শকওং অমা লৈ। মসিবু তুবিয় কৌই। তুবিয়দা আনন্দ লৈ। জীবনা ফংগে তান্নবিবসি আনন্দ অসিনি। তুবিয়দা লৈবিবা আনন্দ অসি ফংগে হায়ববদি সুষুপ্তি লাম্থোক্তবা য়াদে। সুষুপ্তিদা জীববু থিংদুনা থমত্রবদি তুবিয়গী থাক য়ৌবা খক ঙমদে। অদুনা সুষুপ্তি পুবিবা দেবতাগী কৃপা চংই। সুষুপ্তি পুবিবদি কনানো? শিবনি। শিবগী অয়াবা য়াওদ্রবদি জীব অমত্তা তুবিয়দা চংহন্দে। তুবিয়দা চংবা ফংদ্রবদি, জীবনা আনন্দ হায়বদু ফংবা ঙমদে। অদুনা শিবগী কৃপা চংই। মবম অসি লৈবদগী শিববু খ্বায়না কিনৈ। তুবিয়দদি পবম শিব (সদা শিব) লৈগ্রে। জগবতনা ব্রহ্মানি, স্বপ্ননা বিষ্ণুনি, সুষুপ্তিনা শিবনি। মিংনা উবা ফংদবা সূক্ষ্ম লিঙ্গ হায়বদি জীবনা মরিশুবা অবস্থা তুবিয়গী

থাক্তা লৈববু খণ্ডনে। তুবিয়দা লৈববু কনাগুম্বনা কৈবল্য হায়, অতোপ্পনা শিবাবস্থা হায়। যোগ সূত্রনা "বিবেক খ্যাতি অবিপ্লব" (অ্যাফোবিজম ২-২৬) হায়। তুবিয়তিত ওইনা লৈববু শ্রীবামকৃষ্ণ পবমহংসনা "নিত্যবাধা নিত্য লীলা" হায়। সূক্ষ্ম লিঙ্গ অসিদি ধ্যান্দ চংশিল্লগা অপবোক্ষ জ্ঞান (intuitive wisdom) না ফংগে হোৎননবনি। ব্রহ্মদি মচেৎ তাদে, মপুম্নি। শিবসু মচেৎ তাদে, মপুম্নি। চাংজৌ নাইদবা মালং (আকাশ) গী মতৌগুম্বনি। শিবগী মশাদা সকাল অমসুং নিষকাল হায়না শকওং অনি নাইবগুম তৌবিবসি ঘটাকাশ অমসুং পবম আকাশ হায়না অনি থোক্লা লৈবা উবগুম্বনি। মসি মায়ানি। চফু অদুনা কবিগুম্বা কায়খিবা তাববদি চফু মনুংদা লৈবা অহাংবা আকাশগী শকক অমা অচৌবা পবম আকাশতা তিনখি, অমত্তা ওইখি, মশক খন্দোকপা ব্রাই। সকাল কপগী শকওং লৌবিবা শিব-বু মীচম্না ফংগে তান্নগনি, অদুগা নিষকাল (মগুন য়াওদবা) শিব-বুনা যোগীশিংনা ফংগে তানবিগনি।

মীনা শাবা লিঙ্গদি মশক তশেং তশেংনা উবা ফংই। হায়বিবশিং অসি সনা, লুপা, পিথ্রাই, কোবি, লীক্লাই, নূঙ, লৈপাক, কুম কুম, কস্তুবী, চন্দন, উ, গেহু, বার্লি, ফৌ, থোইদিং, মাখন, ছানা-নচিংবনসু লিঙ্গ শানে হায়। মনম নুংশিবা লৈ-শু, লৈ পবেং, অথুম-অহাও, হৈবানচিংবনা পূজাগী পোৎলমশিং ওইবগা শিব মহাদেবদা কৎলি। শিবগী লাইনিং-লাইশোলগা মবি লৈনবা লাইবিক লাইশুদগী খণ্ডবা ভুম্বদি তোঙান তোঙানবা মখলগী লিঙ্গশিংবু খুকমৈ। খুদম ওইনা লিঙ্গগী মখলশিং পঞ্জববদাঃ—

১। **লৈপাক্লা শাবা লিঙ্গ**— লৈপাক হায়বসি গঙ্গাগুম্বা অশেংবা মফমদগী লৌবা লৈপাক্লা শাবা ওই। ইঞ্চি ২" দগী ৩" ফাওবা নিল্লি। মখোঙনা ব্রাংলপ তৌবগা কোয়দানে, মতোনগী অরোইবা শকক্লা উতোংগী মতৌগুম্না চুমদ্রিং চুম্না ইনখৎলি। মতোল অবোইবদা ব্রজগী খুদম য়াওই।

২। **স্বয়ম্ভু লিঙ্গ-স্বয়ম্ভু** হায়বদি মশাগী অনিংবা মতুংইন্না ওইবকপবু খঙনৈ। মীনা শাবা নত্তে।

৩। **বান লিঙ্গ**। মসিগী মবমদা মথক্তা খব পঞ্ছ্রে।

৪। **পুথোক-পুশিন য়াবা শিব-লিঙ্গ-লিঙ্গ** মখল অসি খুৎনা শাবনি। মসিগী পীঠ গৌবীপত্ত কৌবা অমা য়াওই। মসি তাঙ্কক অহুম নাইবগী শকওংনি। মসিগী খ্বায়গী মখাথংবা শকক অদু মরাক ময়ুং মান্নে। মসিবু ব্রহ্মভাগ কৌই। ময়াইগী শকক্তা কোন নীপাল নাইবা মশক্তি। মসিবু বিষ্ণুভাগ কৌই। অদুগা মতোনগী শকক উতোংগুম লোইবোই লোইবোই হায়গৎস্ত্রিবা অদুনা রুদ্রভাগ হায়না খঙনৈ।

৫। **মূখ লিঙ্গ**— অসিগুন্না মখলগী লিঙ্গ অসিগী মায়কৈ খুদিংদা শিবগী মমায়শিং হকই। লিঙ্গ হায়রগা শিব লিঙ্গতবু খ্বায়না খঙনৈ। অদুবু মসি নত্তবা অতৈ অতোপ্পা লাইশিংগী ওইবা লিঙ্গ মখল কয়ামকম অমসু লৈবি। মখোয় অদুদি—

১। **নৃসিংহ লিঙ্গ**— মসিবু গন্ধ মাদন হায়না খঙনৈ। চীংশাং পবেং অমদা নবায়ন-না চেপ্তুনা লৈবগী মওংনি। বিনায়ক মিশ্রগী মোৎ মতুংইন্না সম্বলপুব জিলাগী মনুং চনবা পদ্মপুব হাযবা মফম অদুদগী মাইল কুন চৎলগা লৈ হায়।

২। **রাম লিঙ্গ**— বামবু লিঙ্গগী মশক ওইনা খুকয়ে।

৩। **ব্রহ্মা-হরি-হর লিঙ্গ**-ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব, লাই অহুম অসিবু লিঙ্গ অসিদা পুন্না খুকয়ে। লিঙ্গ অসি সুচিন্দ্রমগী মন্দিবদা লাৎলি হায়।

সিদ্ধান্ত সেখবনা লিঙ্গগী মখল কয়ামকম থোক্লা খায়দোক্লি। হায়বিবা লিঙ্গ মখলশিং অসি মহৌশাগী মশাগী ওইজবকপা ফিভম অমসুং খুৎশেমদগী ওইবকপা হায়দুনা কাংলুপ অনি থোকলি। মহৌশাগী ওইবা কাংলুপ্তা স্বয়ম্ভু, দৈব, গোল অমসুং মানস হায়বা মখলশিং য়াওবি।

স্বয়ম্ভু মখলগী লিঙ্গদা লিঙ্গগী কাংলুপশিং অসি য়াওবি। মদুদি-বিষ্ণু লিঙ্গ, ব্রহ্মা লিঙ্গ, অগ্নি লিঙ্গ, ইন্দ্র লিঙ্গ, যম লিঙ্গ, নিববহতি লিঙ্গ, বরুন লিঙ্গ, বায়ু লিঙ্গ, কুবেব লিঙ্গ, ঈশান লিঙ্গ। লিঙ্গশিং অসিগী শকওংশিং অসি তোঙান তোঙানলি হায়।

মানস লিঙ্গগী মনুংদা অমুক লিঙ্গ মখল অহুম য়াওবি। রুদ্র লিঙ্গ, শিবনাভি লিঙ্গ অমসুং বান লিঙ্গ।

শিবনাভি লিঙ্গনা উত্তম (খ্বায়দগী অথোইবা), মধ্যম (ময়াই ওইবা) অমসুং অধম (হনথবা) মখলগী ওই।

বান লিঙ্গগী মনুংদা ইন্দ্র, অরুন, অগ্নি, যম, রাক্ষস, বরুন, বায়ু, কুবেব, রুদ্র, বিষ্ণুনচিংবা য়াওই।

খুংশেমগী লিঙ্গগী মনুংদা দারুজ (উগী) লিঙ্গ, ধরু লিঙ্গ, মূখ লিঙ্গ, মানস লিঙ্গ, মৃন্ময় (লৈপাক) লিঙ্গ অমসুং স্ফনিক লিঙ্গগী মখলশিংনা ওই।

পঞ্চভূত মঙাগী মশক তাকপা অফাওবা শিব লিঙ্গ মঙাখকসু খা-ভাবত্তা লৈ। লিঙ্গশিং অসিগী মমিংশিংদি পৃথিবী লিঙ্গম, অপ্পু লিঙ্গম (ঈশিং) বায়ু লিঙ্গম, তেজো লিঙ্গম অমসুং অকাশ লিঙ্গম। মসি নত্তবা লিঙ্গ মখল তরুক অমগী মমিংশিংসু পল্লি। মদুদি অণ্ডা লিঙ্গ, পিণ্ড লিঙ্গ, সদা শিব লিঙ্গ, আত্মা লিঙ্গ অমসুং শিব লিঙ্গ।

## জ্যোতির লিঙ্গঃ

মথক্তা পনথ্রিবা লিঙ্গশিং অসি নত্তবা জ্যোতিব লিঙ্গ তবানিথোই অমসু লৈবি। নুমিৎকী মঙালনা মফম খুদিং শিনবা থুংনা ঙান্দুনা লৈ। অদুবু নুমিৎকী মঙাল অসি ঈশিংগী ঈমায়দদি শেংনা তাদুনা লৈ; নুমিৎকী মশক শং শংনা উবা ফংই। মতৌ অদুগুম্না শিব-না মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈববসু শিব-না শকওং তবানিথোই লৌবগা মফম তবানিথোই খক্তদা লৈ। (শিব পুবান্দা শিবনা হায়বা) হায়বিবা মফমশিং অসিদা

লৈবিবা লিঙ্গগী শকওংবু জ্যোতিব লিঙ্গ হায়না খঙনৈ। মখোয়শিং অদুদিঃ—

১। সোমনাথ— মঙ্গলগী মশক ওইববা লম, সৌবাস্ত্রগী মনুংদা লৈবা মফম অসিদা শিবনা লিঙ্গগী মশক ওইনা লৈ। থা-কৌবা লাইনা মহৌশা ঈবাৎ পূজা তৌবম্মী হায়।

২। মলিকাবজুন— জ্যোতিব লিঙ্গ অসি তামিল নাদুগী মনুং চনবা কৃষ্ণ জিলাগী চীংজাওদা লৈ। শিবনা মাগী মচানুপা কার্তিকেয়গী মফমদা থুংলগা শিবনা মফম অদুদা লিঙ্গগী মশক লৌবগা লৈ।

৩। মহাকালেশ্বব— মসি উজ্জেন সহবদা লৈ। হিংচাবা দূষান হায়বসিনা বৈদিক যজ্ঞশিংবু মাংথোকপা, ব্রাহ্মণশিংবু য়াম্না তুক্কচনা তৌবা, পোৎ-চৈশিংবু মাংহন-তাকহল্লি। বৈদিক ব্রাহ্মনশিংগী মচানুপাশিংনা শিববু ধ্যান তৌজবম্মী। হিংচাবা অসিনা উজ্জেনদা য়ৌবকপা মতমদা শিবনা ইচম চম্না হুঁকাবতনা মহাকপু উৎ ওনহল্লম্মী।

৪। ওমকাবেশ্বব— ব্রহ্মানা অনিংবগা লোয়ননা লৈপাক্না শাবা লিঙ্গ প্রতিষ্ঠা তৌবদগী শিব মশামক প্রকাশ তৌবকই। জ্যোতিব লিঙ্গ অসি মধ্য প্রদেশকী মনুং চন্না লৈবা নর্মদা তুবেলগী তোর্ব্বান্দা লৈবা মানধাতা হায়বা চীংজাও অদুগী মথক্তা ফাওবকই।

৫। কেদাবেশ্বব— কেদাব হায়বা চীংজাও অদুদা লিঙ্গ অসি ফাওবকই। বিষ্ণুগী শকওং অনিগী মশক লৌবগা অবতাব তৌবা নব অমসুং নাবায়ন হায়বা অদুনা হায়জবদগী শিবনা কেদাবদা লৈ।

৬। ভীমা শঙ্কব— জ্যোতিব লিঙ্গ অসিনা পুনেদা চেনবা ভীম হায়বা তুবেল অদুগী খোংবান্দা লৈ। ত্রিপুবাসব হাংলবা মতুংদা শিবনা মফম অসিদা পোখাদুনা লৈ। নিংথৌ ভীমক কৌবা অমগী মমাংদা শিবনা মশক ফোঙদোক্লম্মী। নিংথৌ ভীমকী মমিং লৌদুনা ভীমশঙ্কব হায়না মিংথোনখি।

৭। বিশবেশ্বব— জ্যোতিব লিঙ্গ অসি কাশীদা লৈ। কাশীবিশ্বনাথ হায়না খঙনৈ। মূক্তি-পীনবিবগীদমক য়াম্না মমিং চৎলি।

৮। ত্রয়ম্বকেশব— গৌতম অমসুং গোদাববী তুবেলনা হায়জবদগী শিবনা নাশিক্তা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিবগী মশক উৎপগী মওংগুম লিঙ্গ অহুমগী মশক লৌবগা লৈ।

৯। বৈদ্যনাথেশ্বব— মহাক্লা বৈদ্যনাথ ধামদা লৈ। বাবনবু লৌকবগী ভাবতা জ্যোতিব লিঙ্গ অসি জসিডিঃ দা লৈবা মোংফমদা লৈ। জসিডিঃ হায়বসি বিহাবদা লৈ।

১০। নাগেশ্বব— শিবনা দারুক হায়বা হিংচাবা অদুগী মথবায় লৌই। নাগেশ্বব খুরুমজবগা পাপ মপৈ মপৈ কয়া মাংখি। লিঙ্গ অসি দ্বাবকাদা লৈ।

১১। বামেশ্ববম— বাম্না শিববু সেতুবন্ধদা প্রতিষ্ঠা তৌই। মদুদা পেল্লদুনা বামদা জয় ওইনবগী বব পীনবিখি। মদুবাইদগী কিলোমিটব ১৬০ বোম চৎলগা খা-ভাবত্তা ববানশি হায়না খঙনবা অদুদা লৈ।

১২। ঘুশকনেশ্বব— কর্ণাতকগী মনুংদা লৈবা শিবালয় অমনি। ঘুশমাবু স্বদেহ্যনা হাৎলি। মাগী ভক্তি অদুদা শিবনা পেল্লম্মী; অদুগা জ্যোতিব লিঙ্গ, ঘুশনেশ্বব (দেবগিবি) না পাৎ অদুদা লৈবম্মী।

জ্যোতিব লিঙ্গ তবানিথোই অসিবু অয়ুক অমসুং নুমিদাংবাইবমদা চিন্দা শোক্লববদি মপোক তবেৎতা তৌখিবা পাপ পূম্নমক লোয়না কোকপী অদুগা সিদ্ধি পূম্নমক্কী ফলশিং অদু ফংহল্লি। (শিব পুবান, কোটিরুদ্র সংহিতা অধ্যায় ১। ২১-২৪)। অসিদা নত্তনা সংহিতা অসিগী মনুংদা জ্যোতিব লিঙ্গগী মমিংশিং অসি শোনবগী কান্নবা অদু অসুম্না পীবিঃ— হে অচৌবা ঋষিশিং! অদুগুম্না মীথোই মীহেনবশিং অদুনা মখোয়গী অপাম্বা, অনিংবা অমা থল্লগা নামশিং অসি শোল্লবদি অনিংবা অদু হেক্তা ফংবা ওম্মী। (কোটিরুদ্র সংহিতা ১। ২১-২৫)। অপাম্বা অমত্তা য়াওদনা পুকচেল

শেংনা শোঞ্জবিবা মখোয়শিং অদুসু মমাগী গর্ভদা চঙদুনা অমুক হন্না পোক্লবোই। (সংহিতা অসিগী ১। ২১-২৬)। লিঙ্গশিং অসিবু খুকমজববদি সংসাব অসিগী মনুংদা ফংলিবা অৱাবা খিবিক জাৎ বিজাৎ খায়দনা কোকপী অদুগা মতুংদসু মুক্তি ফংহনবী, হায়বিবসি শোয়দ্রবনি। (সংহিতাগী— ১। ২১-২৭)। লিঙ্গশিং অসিগী মনুংদগী লিঙ্গ অমখক্তং চাং নাইনা অতৎপা লৈতনা অসুম থা তকক খুকমজববদি ইমাগী গর্ভনুংদা চঙদুনা অমুক হন্না পোক্লবোই। কনাগুম্বা হম্বুবা মপোক্তা পোক্লববা মী মহাক অদুনা জ্যোতিব লিঙ্গবু অমুক্তং উজবা ফংখ্রবদি মহাক অশেংবা অমসুং অফবা শাগৈদা চঙদুনা পোক্লবগনি। অফবা শাগৈদা চঙদুনা পোক্লবগা ইনাক-কৈবাক খুনবা অমসুং বেদশিংগী মপু হায়বদু ওইজবা ফংলগনি। অদুদগী মঙ্গলগী মশক ওইবা যজ্ঞশিং পাঙথোকচবগা অপনবা অমত্তা চেন্নদনা মুক্তি ফংলগনি। হে অচৌবা ঋষিশিং, মী মহাক অদু সমাজনা ইঙ্গোক্লবসু ওইসনু, মীনাইসু নত্রগা নোপৃংশসু ওইসনু, ব্রাহ্মণগী মপোক্তা পোক্লবগনি অদুগা মোক্ষ ফংলগনি। মবম অসিনা মী মহাক অদুনা জ্যোতিব লিঙ্গবু দর্শন তৌগদবনি। (জ্যোটিকদ্র সংহিতা ১। ২১। ৩০-৩৩)।

শিবনা তামিল নাদুগী মনুং চনবা তিরুবন্নমলৈ হায়বা মফম অদুদা চীং অমগী মশক লৌবগা লৈ। হায়বিবা মফম অসিদা মৈগী কুম্মৈগীদমক অফাওবা মফম অমা ওইবি। মপুং ফাববা পূর্ণিমাগী অহিংদা মহাক্না স্তিলগী লিঙ্গ অমগী শকওংদা বাবা অমবনাথ হায়না মিং থোন্দুনা কাশ্মীবগী অৱাংবা চীংগী শুকং অমদা লৈবি। পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তগী ভক্তশিংনা লাক্লগা মফম অদুদা থুংলরী। শিবনা আকাশ (মালং) লিঙ্গ ওইনা চিদম্ববমদা, পৃথিবী লিঙ্গ ওইনা তিরুবলুবদা, বায়ু লিঙ্গ ওইনা জম্বু কেশ্বরমদা, মাখল লিঙ্গ ওইনা ত্রিচুরদা, সনাহীদাক লিঙ্গ ওইনা জম্মু অমসুং হরিদ্বাবদা লৈ।

অফাওবা শিবগী মন্দিব খবসু লৈ। মখোয়শিং অদুদিঃ—
১। পশুপতিনাথ। মন্দিব অসি নেপালদা লৈ। মমায় মঙা লোংবা শিব

লিঙ্গগীদমক লাইশং অসি মমিং চৎলি। মন্দিব অসি চিনা অমসুং জপানগী য়ুমশাবোনগী মওংদা শাবনি। ২। সিতি লিঙ্গ (শিব কাম্বি), ৩। তেজো লিঙ্গ (তামিল নাদু), ৪। কাল হস্তীশ্বব (অন্ধ্র), ৫। সুন্দবেশ্বব (তামিল নাদু), ৬। ত্যাগ-বাজেশ্বব (খা-ভাবত), ৭। গৌবি শঙ্কব (মধ্য প্রদেশ), ৮। দাকেশ্বব মহাদেব (কনখল), ৯। ভীম শঙ্কব (নাইনিতাল), ১০। দুগধেশ্বব মহাদেব (দেওবিয), ১১। নাগেশ্বব মহাদেব (অযোধ্যা), ১২। বিশ্বনাথ (তেঙ্কশি), ১৩। লিঙ্গ বাজ (উবিষা), ১৪। একালিঙ্গেশ্বব (বাজস্থান), ১৫। হাতকেশ্বব (গুজবাট), ১৬। তাবকেশ্বব (কোলকতা), ১৭। জগেশ্বব (অলমোবা) অমসুং ১৮। গোপেশ্বব মহাদেব (বৃন্দাবন)।

## লিঙ্গ উপাসনা

যোগীশিংনা লিঙ্গগী অহৌবদগী হৌবগা অবোইবা মতোন ফাওবদা ধ্যান তৌই। শিব মশামক্লা পার্ব্বতী লুহোংবা মতমদা লিঙ্গ খুকুম্মী। বাবণনা মহাদেবগা লাল থেংন-থেংননা সনাগী লিঙ্গ মহাক মশানা লোয়নবকপা অদুদা খুকুম্মী। (বামায়ন)। মসিদা কনাগুম্বনা হংলকপা য়াই— লিঙ্গগা শিবগসি তোঙান-তোঙানব্রা, মশা অমত্তা নত্রব্রা? অঙনবা মতমদা লিঙ্গ খুকুম্বসি অচৌবা লাই অমবু খুকুম্বনি হায়না লৌনবম্মী। শিব লিঙ্গ খুকুম্বসি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা তৌনবকই। মহৌশাগী মতমদা মহানদীগী তম্পাক পূম্বা লিঙ্গ ঈবাং পূজা তৌনবম্মী। শিব লিঙ্গদি মূর্ত্তি পূজা তৌবা চংনবা হৌদ্রিঙৈগী মমাং চহি কয়া চংখৎলগা লৈবক্লে। (শৈবিজম থ্রু দি এজেস, লাঃ ৫০, ওবিজিন ওব জগননাথ ডীইটী লাঃ ২১)। লিঙ্গ ইড়াং পূজা তৌবগী মতাংদা 'এ ক্রিটিক্যাল ষ্টডি ওফ হিন্দুইজম, লাঃ ৭৭ দা হায়— বৈদিকগী, ব্রহ্মনগী অমসুং উপনিষদকী ঋষিশিংনা লিঙ্গ খুকম্মবমদে অমসুং লিঙ্গ লাংপা কনাগুম্বা অমনা যজ্ঞগী মৈ মনাক্তা নকশিলহল্লমদে হায়। অদুবু পুবানগী মতমদদি শিববু লিঙ্গ ওইনা লাংতবা য়াবক্লে। শিববু

বেদশিংনা লৌবিবা অথোয়বা পুরুষ অদুগা মশা অমত্তা ওইনা খেন্নবা লৈতবা ওইনা লৌবক্লে। খুৎশেম পুম্নমক পুরুষদগী লোয়না ওইরকই হায়না পুরাণশিংনা লাওবি। অদুনা শিববু খুৎশেমগী মপু পশুপতি (পশু-জীবশিং অমসুং পতি, পুম্নমক্কী মপু) ওইনা লৌবি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ফাওবনসু মমিত্তা মচানিপা অমা উনিংদুনা শিব নিংবা হৌবক্লে। (মহাভারত অনুশান পর্ব্ব, অধ্যায় মবিশুবা)। লিঙ্গ পূজা তৌবা হৌবকপগী মবম অনি লৈ। মবম অমনা স্বামি বিবেকানন্দনা হায়বনি। মহাক্না হায়– লিঙ্গ হায়বসি যজ্ঞগী য়ুপ্নী, য়ুপ্নী অদুদা যজ্ঞদা কৎকদৌবিবা শা অদু পুন্দুনা থম্বা যুপ হায়না খঙনবা অদুনি। যুপগী অৱাংবা অমসুং যুপগী শকওং অসি মীওইবনা য়ৌবা ঙম্নবোইদবা যজ্ঞ অদুদা ঈড়াৎ পূজা তৌগদবা লাই অদুগী মশক্লি। মতমগী মতুংইন্না লিঙ্গগা চাংদমনিংঙাই ওইবা যুপ অসি শিব ওইনা খঙনবে। লিঙ্গগী অতোপ্পা মবম অমনা য়াম্না দর্শনীক ওইবা লিঙ্গ পুরানদগী মচেৎ মচেৎ লৌখৎলগা শাগৎলকপা ওইনা তৌই হায়।

ঐখোয় মীওইবদি লাইবদুনা দেবতাশিং ফাওবনসু ধাতু মখল তোঙান-তোঙানবনা শাবা লিঙ্গ পূজা তৌবম্মী–

বিষ্ণুনা নীলকান্ত মনি (শ্যাফাইব) না শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
বিশববসগী মচানুপানা সনানা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
বিশ্বেদেবশিংনা লুপানা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
বসুশিংনা য়োৎচাবীনা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
অশ্বিনশিংনা লৈপাক্না শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
বরুণনা সিতমনিনা শাবা লিঙ্গ পূজা তৌই।
বায়ুনা প্রিথ্রাইনা শাবা লিঙ্গ পূজা তৌই।
আদিত্যশিংনা কোরিনা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
নিংথৌ সোমনা মুক্তানা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
অনন্ত অমসুং অতে অচৌবা লিলশিংনা পোহালনা শাবা লিঙ্গ পূজা তৌই

দৈত্যশিং অমসুং ব্রাহ্মণশিংনা য়োং মপাক্লা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
গুহ্যকশিংনা ধাতু অহুম্না শাবা লিঙ্গবু পূজা তৌই।
গনশিংনা ধাতু মখল পুম্নমক্লা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
চামুণ্ড অমসুং মচাশিংনা লৈঙোইনা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
সববৃত্তিনা উনা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
যমনা অশংবা মনি (এমব্যান্ড) না শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
নীলরুদ্র অমসুং অতৈশিংনা ভসমন (উং) না শাবা লাৎলি।
গুহনা শম্থিনা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
ঋষিশিংনা কুশনা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
বামদেব অমসুং অতৈশিংনা পুস্প লিঙ্গ লাৎলি।
মনোন মনিনা মনম নুংশিবা সুগন্ধশিংনা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
উগ্রনা যজ্ঞগী শকওংদা ঘীনা শাবা লিঙ্গ পূজা তৌই।
বেদশিংনা শঙোম অফম্বগী লিঙ্গ লাৎলি।
সবস্বতীনা মণি মুক্তানা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।
পিশাচশিংনা মিশিনা শাবা লিঙ্গ লাৎলি।

ব্রহ্মানা লিঙ্গ পুবাণদা হায়বি— লিঙ্গগী মশক লৌদুনা লৈবিবা সদাশিববু মতম পুম্নমক্তা ঈড়াৎ পূজা তৌগদবনি। মবমদিঃ— দেবতাশিংনা ভগবানবু খুরুমজবদগী মথোয়গী ওইবিবা ফীবম অসি কায়দনা লৈ। লুচিংবা দেবতাশিংনা ভক্তিগা লোয়ননা শিববু খুরুমজগদবনি। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী য়ুম্ফম শিবনা ওই। পুম্নমক শিবদগী থোকপনি। মবম অসিনা মুক্তি ফংনিংবা কাংবুনা শিববু খুরুমজগনি। লিঙ্গবু ঈড়াৎপূজা তৌবদগী দেবতাশিং, দৈত্যশিং, দানবশিং, যক্ষশিং, বিদ্যাধবশিং, সিদ্ধশিং, পিশিতাশনশিং, পিতবশিং, ঋষিশিং, পিশাচশিং, কিনবশিং অমসুং অতৈশিংনা চিংননিংঙাই লৈতনা সিদ্ধি ফংখি।

শিব ভক্তশিংনা রুদ্রাক্ষ মালা শিগনি। শিবনা রুদ্রাক্ষ মালা শিববু য়াম্না পাম্মী অমসুং থৌজানবী। পাপ কোকপীরগা পূন্য ফংহল্লি। নুংঙাই,

য়াইফহনবা, লল-থুম, জ্ঞান, শক্তি অমসুং মচা-মশু পীনবী। রুদ্রাক্ষসি মমিৎ অমা পানবদগী মমিৎ তবামবি পানবা ফাওবা লৈ। মসি শিবদগী তোঙান-তোঙানবা কান্নবা মহৈ ফংই। রুদ্রাক্ষ মালাসি গ্রহনগী মতম, পূর্ণিমা, থাশি অমসুং অশেংবা নুমিৎতা শিগদবনি। ব্রহ্মননা অঙৌবা মচু, ক্ষেত্রিনা অঙাংবা মচু, বৈষ্ণবনা নাপু মচু অমসুং শূদ্রনা অমুবা মচু শিগনি। রুদ্রাক্ষদি য়াম্না পীকপা মখলগী শিবা ফত্তে। বীব শৈবশিংনা অপীকপা শিবগী মূর্ত্তি অমা সনানা শাবা উপু অমদা হাপ্লগা মশাদা শি। মসিনা মখোয়দা মতম পূম্নমক্তা শিববু নিংশিংহল্লি। খৃষ্টিয়ানশিংনা ক্রোস শিবগুম্বনি। মখোয়না কাশ্মীব শৈবীজমদগী খৈন্নে। নোট বুক অমদা শিবগী মমিংবু (পঞ্চাক্ষব) ইদুনা লিখিত জপ তৌবা য়াম্না কান্নে। সত্য, অহিংশা, তপ, থৌজাল, নুংশিবা, পেনবা হৈবা, পূম্নমকপু অমত্তা ওইনা যেংবা, ইন্দ্রি খুদুম চনশিনবা, শান্তি ওইবা অমসুং জ্ঞান হায়বসি শিবদা কৎননবা থম্মোয়গী লৈবাংশিংনি।

রুদ্র সংহিতাগী মনুংদা ভগবান শঙ্করদা কৎকদবা লৈশিংগী মখলশিং অমসুং অতৈ পোৎলমশিং মদু কৎলগা ফংলক্কদবা মহয়শিং অদুসু তাক্লি। লৈ খবগী মমিংশিং লৌখৎলবদা কনাগুম্বা অমনা লন-থুম মবাং কায়না লৈবা পাম্লবদি থম্বালশিং, হবিবাগোক মনাশিং, থম্বালগী লৈনাশিং নত্রগা শঙ্খ লৈশিং শিবদা কৎলগা খুকমগনি। (রুদ্রসংহিতা ১৪। ৪)।

হে ব্রাহ্মন ! শিবদা লৈ চাম কৎলগা খুকমজববদি মহাক্কী পাপ পূম্নমক কোকপীগনি। অদুগা ভক্ত অদু ইনাক কৈবাক খুনবা হায়বদু ওইগনি। (রুদ্রসংহিতা ১৪। ৫)।

শিবদা ঘী কৎলগা ব্রা-ঙাংবা হৈবা মী হায়বদু ওইবা ওম্মী। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ১৭)। মুক্তি পাম্বা কনাগুম্বনা শিবদা দর্ভ (কুশ)শিং কৎকনি। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ২৫)। পূক্তি নুংশাংনা হিংনিংলবদি শিব-দা দূর্বা (তিংথৌ) কৎকনি। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ২৬)। মচানুপা মমিত্তা উবা

ফংনিংলবদি শগোল হীদাক (ধূতুবা) গী মপালশিং - লৈশিং কৎকনি (রুদ্র সংহিতা ১৪। ২৬)।

অঙাংবা ধূতুবা পাম্বীনা খুকন্নদা থোয়না হেন্না মঙ্গল ওই। অগস্ত্য লৈশিং কৎলগা মিংচৎ চাওখৎলি। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ২৭)।

শিবদা লৈ তুলসী কৎলগা খুকমজববদি সংসাবগী নুংঙাই য়াইফবা অমসুং মুক্তি ফংই। নুমিৎলৈ (অর্ক) কৎলগা মথৌনা মবিংজেল হেন্না ফবা ওই। (রুদ্রসংহিতা ১৪। ২৮)।

জুবাকুশুম (China Rose) কৎলগা য়েক্লবশিং-শি। কববীব কৎলগা লাইথুং-লাইনা কোকই। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ২৯)।

বনধুক হায়বা লৈ মখল অসিগী লৈশিং শিবদা কৎলগা ভক্ত অদুনা লৈতেংগী পোৎলমশিং ফংই, জাতি পুস্প কৎলগা অফবা মখলগী গাডীশিং ফংই, তিসি (Linseed) গী মপানশিং কৎলগা বিষ্ণুনা চানবী। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৩০)।

শামি পাম্বীগী মনাশিং কৎলগা মোক্ষ ফংই। মালিকা কৌবী লৈবাংশিং কৎলগা অফবা, পূন্য চেনবী নুপী ফংই। (রুদ্র সংহিতা – ১৪। ৩১)।

যুথিকা কৌবা লৈবাংশিং কৎলগনা ময়ুম মকৈ লৈজদবা শাইদাংবা হায়বদু ওইহন্দে। কর্নিকাব হায়বা লৈ মখল অদু কৎলগা শেৎন-চানবা ফি-বোলশিং মবাং কায়না ফংই। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৩২)।

নির্গুনদি হায়বা লৈ অদু কৎলগা পূক্লিং ৱাখল পুমশেং শেংই। হবি খাগোক মনা চামা কৎলগা অপাম্বা খুদিংমক লোয়না ফংই। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৩৩)।

ফজবা লৈবাংশিংনা লৈ-পবেং ওইনা লেংলগা শিবদা কৎলবদি নুংঙাই য়াইফবা, মচাক মবন চাওখৎপা ওই। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৩৪)।

রাজিকা [Small mustard] হায়বা লৈ মখল অদু কৎলগা য়েক্লবা শি। বাজিকা লীশীং চামা কৎপদগী ফংলকপা ফল ওইনা কান্নবা ফংলকপা অদুদি হায়নিংঙাই লৈবোই। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৩৫)।

লৈহাও (চম্পক) অমসুং কেত্তক (কেত্তকী) হায়বা লৈ মখল অনি অসিদি শিবদা কৎপা য়াদে। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৩৬)। কুন্দোসু শিবদা কৎনদে।

তোয়দবা চেং (চেং মপুম) শিবদা কৎলবদি মচাক মবন চাওখৎপা ওই। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৩৮-৩৯) শিব লিঙ্গ মনাক্তা চেং মপৈ ওইনা থমগনি অদুগা মদুগী মথক্তা চেং হৈগনি। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৪০)।

মোবোক কৎলগা খুকল্লবদি য়েক্লবা মাংই। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৫৭-৫৮)।

শিব খুকম্বা মতমদা ঘী অতৎপা লৈতনা হৈবগা মহা মৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র, গায়ত্রী মন্ত্র, পুরুষ সূক্তনচিংবা লীশীংলক শোল্লবদি ইমুং অদুগী চাওখৎপা হায়বদু ওইবকই। হায়বিবা অসিদা চিংননিংঙাই লৈতে। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৭২)।

ভক্ত অদুনা বুদ্ধি লৌশিং খব খ্রাৎলি হায়না খল্লবদি শিব খুকম্বদা শঙ্গোম অনৌবদা চিনি অঙৌবা হাপ্লগা লিঙ্গদা চাইথগনি। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৭৪)।

ইমুং অদুদা তোয়না তোয়না খৎন-চৈনবা, অব্বা-অনা তাবা, মহৌশাগা মান্নদবা মওংদা খন্নুং নুংশিনবা পোকলকপা, মরম ইবৈ লৈতনা হকচাংগী জগা অমদা তেকপা খোৎপা তৌরবদি মন্ত্র লীশীং অমা শুদ্রিবা ফাওবা থাবা হৈগনি। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৭৬-৭৭)।

য়েক্লববু ওৎ-নৈগে হায়ববদি হঙ্গাম থাও শিব লিঙ্গদা হৈগনি। য়েক্লবা মাংখিগনি। হায়রিবসি শোইদবনি, চিংননিংঙাই কবিমত্তা লৈতে। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৭৮-৭৯)।

থাও মনম নুংশিবনা লিঙ্গদা হৈববদি সংসাবগী নুংঙাইবা হায়দুনা লৈবিবা অদুদগী থোয়না হেন্না নুংঙাইবগী চাং হেনগৎলগনি। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৭৯)।

খোয়হিনা শিব লিঙ্গদা চায়থববদি ভক্ত অদু কুবেবগুন্নগনি। চুগী মহিনা চায়থববদি সংসাবগী নুংঙাইবা মখল খুদিংমক ফংগনি। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৮০)।

গঙ্গাজলনা চায়থববদি সংসাবগী নুংঙাইবা অমসুং মুক্তি ফংই। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ৮১-৮২)

## লিঙ্গ উপাসনাগী মহয়

শিবনা শকওং নাইবা লিঙ্গগী মনুংদা মন্দিবগী মশক্কুম্মা লেংশিল্লগা লৈবিবসি জীবশিংদা থৌজানবিগে তৌবনি। পুরুষার্থ মবি হায়বদি ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষবু পীবিগে তৌবনি। কনাগুম্বনা শিব লিঙ্গবু ঈডাৎ পূজা তৌজদ্রবা মহাক অদুদি ধর্ম্ম, কাম, মোক্ষ ফংবদা মতিক চাদবা মী হায়বদুনি। অদুগা সংসাবগী নুংঙাইবা অমসুং মোক্ষ ফংগে হায়ববদি লিঙ্গ উপাসনা তৌগনি। মহাক্না হিংলিবা মখৈদি লিঙ্গ পূজা তৌগনি। শিব পূজা তৌদ্রিঙেগী মমাংদা কবিগুম্বা অমত্তা চাবা থকপা য়াদে। শিব পূজা তৌদনা পূঙ্গি লেনবা তাববদি থৱায় থাবনা হেন্না ফৈ। কনাগুম্বা অমনা যজ্ঞ তৌদুনা, তপ তৌদুনা, তীর্থ চত্তুনা অমসুং বেদশিং পাদুনা ফংলকপা পূন্যগী ফল অদুদগী লিঙ্গ প্রতিষ্ঠা তৌবদা ফংলকপা মহয়না শরুক কোটি অমা হেল্লি। (অগ্নি পুবাণ ৩২৭। ১৫। ১০ বি) কনাগুম্বা অমনা লৈপাক্লা শাবা লিঙ্গ অমবু সন্ধ্যাগী মতমদা বিল্ব (হবি খাগোক) কত্তুনা খুরুমজরবদি মহাক্কী শাগেগী পুরোল চামা তবামথোইমক লোয়না অৱাবা কোকথোকপীরগা স্বর্গ ফংহল্লি। (অগ্নি পুবাণ ৩২৭। ১৫)। কনাগুম্বা অমনা মচিন্দা শিব হায়না শোন্দুনা মন্দিব অমা লৈপাক্কবু ওইরবসু, চেক, নূঙনচিংবনবু ওইরবসু

শাববদি লল-থুম, সম্পতি, মখল মথেল কয়াগী কান্নবা ফংবা ঙম্মী। অদুগী মথক্তা মহাক্কী শাগৈগী পুবোল কুম্মাথোইবুসু নবক্তগী পুখৎলগা স্বর্গ ফংহল্লি। কনাগুম্বা অমনা ভগবানগী মন্দিব অসি চেক থক্তনা শাববসু স্বর্গ ফংহল্লি। চুম্নগী শান্নবগী মওংদা উফুলতনা শাবা ফাওবদা লল-থুম ফংই। কনাগুম্বা অমনা অশেংবা তীর্থগুম্বা মফমদগী লৈপাক পেক্লগা লিঙ্গ অমসুং যোনি শাবগা খুকুন্নবা অদুগুম্বা মী মহাক অদুনা ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চনশিল্লগা চৎনবী নিযম পঞ্চোপচাব মতুংইন্না মখোয়বু ঈডাং পূজা তৌববদি কৃষ্ণ ঐগা লোয়ননা মহাক গোলোক্তা চহি ক্রোব অমা লৈমিন্নগনি। মহাক্তা গোলোক্তগী খক তাবকলোয অদুগা মমৈথংদা ঐখোয়গী মতৌগুন্নগনি। (ব্রহ্ম বৈবর্ত পুবাণ, ব্রহ্ম খণ্ড, ৬। ৪৭) হায়বিবা অসিগুম্মা অশেংবা মফমদগী লৈপাক লৌবগা লিঙ্গ শাদুনা লাৎলবা মীওইশিং অদুদি মীপুম খুদিং মাগী ওই, লল-থুম, সম্পতী, ইচা-ইশু, জ্ঞান, ইনাক-কৈবাক খুনবা, দৈবীক জ্ঞান অমসুং মোক্ষপদবী ফংজবা ঙম্মী। শিব লিঙ্গ ঈডাং পূজা তৌববদি শেংলমদবা মফমসু তীর্থগুম্মা শেংলকই, অদুগা পাপ্পী ওইবা মী ফাওবনা মফম অদুদা শিবা ফংজববদি মহাক শিব লোক তান্না চৎলি। শিব নিংবা মহাক অদুদি মহাক্কী মপোক মপোক খুদিংমক্তা মশক মতৌ চংখোনবীনা মহাক্কী পতনী ওইবা ফংই। (ব্রঃ বৈঃ পুবান ৬। ৪৭)। শিব নিংবী নুপীনা মীওইবা হায়দুনা লৈবিবা অদুগী মনুংদগী খ্বায়দগী মীথোই মীহেনবা নুপা অদু মপুবোইবা ওইনা ফংজে। শিবগী ববদগী মখল মথেলগী বিদ্যাশিং, জ্ঞান ফংবা ঙম্মী। খ্বায়দগী অফবা মখলগী কবিতা ইবা ঙম্মী। মচা-মশুশিংসু য়াম্মা মথৌনা লৈবা মী ওই (ব্রহ্ম বৈবর্ত পুবাণ, ব্রহ্ম খণ্ড অধ্যায় ১৫। ৩৭ অমসুং শ্লোক ৬৪)। শ্রীকৃষ্ণনা হায় — শিব নহাক অসি ঐগী থবায়দগী হেল্লি, নহাকগুম্মা ঐনা নুংশিজবা অতৈ কনামত্তা লৈতে। পাপ চেল্লবশিং, অপংবা মঙাল ফংদ্রবশিং, নহাকপু থওইনা খন্দ্রবশিং অদুদি অকিবা ফংলবা নবক্কী কোমদা তাদুনা নুমিৎ থানা হেক লৈবিবমখৈ ৱাদুনা লৈরগনি। (ব্রহ্ম বৈবর্ত পুবাণ, প্রকৃতি খণ্ড, ৫৬। ৬৪)। জীবশিংদা পুরুষার্থ

মৰি ফংহনবতা নত্তনা জীবশিংদা মমল তাংলবা প্রেম হায়বা অদুবুসু পীনবি। খদম ওইনা হায়ববদা নাবদনা হায়জবদগী শিবনা নাবদ-দা হরি ভক্তি অমসুং প্রেম হায়বদু তম্বীখি। কৃষ্ণমন্ত্র শ্রীঁ হ্রীঁ ক্লীঁ কৃষ্ণায স্বাহা হায়বা মন্ত্র অসি তম্বীখি। (নাবদপঞ্চবাত্রম, অধ্যায ৮। ২৯, অধ্যায় ৯। ৩৪)। "মহাদেব" হায়বা নাম অসি অহমলক শোনবা নত্রগা মাগী নাম অসি শোল্লবদি মবাইবক থিবা ওইবস্বদু কোকখি। "শিব" হায়বা নাম অসি শোনবা মতমদা লপোক কয়াদগী তৈবকপা পাপশিং লোয়না কোকখি অদুগা মবানবা হৃতম ফংই। (ব্রহ্ম বৈবর্ত পুবাণ ৬। ৪৮ ৪৯)। লিঙ্গ উভাং পূজা তৌবিবা মহাক অদু ইন্দ্র, ব্রহ্মা, অগ্নি, যম, বৰুণ, কুবেব, সিদ্ধশিং, বিদ্যাধবশিং, দেবশিংগী লিংথৌ, যক্ষশিং, গন্ধর্বশিং অমসুং কিন্নবশিংনা লৈশি লৈথোক্লি, মহৈগী শোনবুংগী মখোলগা লোয়নানা লিংই। মহাক পূন্য চেনবা মী হায়বদু ওইবে। ফুদোংনা কাপথোক্লবা মঙালগা লোয়ননা লোক তবেং মথং মাং ওনাইনা কাখৎলগা লৈ। ভূঃ ভূবঃ স্বঃ মহবলোক অদুদগীদি জনলোক, জনা লোক্কী মথংদা তপ লোক অমসুং সত্য লোকশিং মথং মথং হায়গৎলক্লগা লৈ। মহাক্কী লিঙ্গ পূজা তৌবগী মহৈ অদুতনা ব্রহ্মঅণ্ডা অদু থুগায়। কনাগুম্বনা শাস্ত্রগী নিযম মতুংইন্না কুন্দোগী মচুগুম্না পুমচৌ তৌবা নত্রগা শঙ্খোমগুম তৌবা লিঙ্গ অদু স্কন্ধ অমসুং উমাগা লোয়ননা প্রতিষ্ঠা তৌববদি কদ্রনা মীওইবগী শকওংদা থোক্লক্লে হায়না লৌগনি। মহাকপু থুৎনা শোকচবা নত্রগা মিৎনা য়েংলুবতনা মপুং ফাবা আনন্দ ফংবা ঙম্মী। মহাক্লা মদুদা ফংলকপা পূন্যগী ফল অদু সৃত্ত ঐহাক্লা যুগ চামদসু থাবা ঙম্লোই। কনাগুম্বা অমনা নোংমগী মনুংদা মিৎকুপ অমত্তং ফাওবা শিববু নিংশিংলুদ্রবদি মদু মাগী অমাংবা অমনি, অচৌবা মবাল অমনি, মায়ানা কুপশিল্লবনি। ভক্তিনা লম্বী ওইবগা মঙোন্দা চংজববা, থম্মোয়গী লৈবাংবু ইবুংঙো মঙোন্দা কখোকচববা অমসুং "ভব" বু নিংশিংজববা মহাক অদুদি অয়াবা থক তাদে। শিব খুকমজবগী মহয়দি নুংঙাইবা অমসুং শুদ্ধাংনিংঙাই ওইবা লৈফমশিং, লাইবমলেনগী ওইবা লৈতেংশিং, নুপীশিং অমসুং জল-

থুমনচিংবা মহাক্না হেক পাম্লিবা মখৈ পীনবি। স্বর্গগী নুংঙাইবা পাম্লিবা কাংবুনা মহেশ্বর লিঙ্গগী শকওংদা খুকমজগনি। (লিঙ্গ পুরাণ অধ্যায় ৭৩। ২২। ২৫)।

বলিনা সুতল হায়বা নবক অদুদা কুমথদুনা লৈ। অদুবু মহাক ব্রাদে। মবমদি শ্রীহরি ঋষীকেশনা মহাকপু খক থাদোকপীদে। বলিগী থোংশংবা ওইনা শ্রীহরিনা বৈকুণ্ঠদগী লেংথবক্লগা লৈবে। ইবুংঙো মহাক্তসু নত্তে। বৈকুণ্ঠ ধামদা লৈবিবা পূম্নমক লোয়না লোযনবকই। মবোল অহুমদা লৈবিবা লম্বোই তুবোইবা, চাক্লি-ফিনিবা পূম্নমক লাক্লগা বলিগী মফমদগী মখোয মখোয়গী অনিংবা, অপাম্বা অদু নিবৈ। শ্রীহরিনা মখোযগী অনিংবা লোয়নমক পীনবি। বলিনা নবক্তা লৈববসু ভগবান্না মহাক্কী থোঙশংবা ওইনা লৈবিবসি মহাক্কী হৌখিবা মপোক্তা জুরাব শায়বা অমগী পৃক্লি ওইনা লেনখিবা অদুদা মহাক্না লৈপাক্তা ফত্ত গাওদি মথক্তা তাবা মনম নুংশিবা লৈ-শু, অগরুনচিংবা শিবদা কৎখি। অদুগী ফল ওইনা ভগবান্না ইন্দব মহাক্কী থোঙ শংলবিবনি। অদুনদি কনাগুম্বা অমনা ভক্তিগা লোযননা মনম নুংশিবা লৈ-শু, থাও, উহৈ ব্রাহৈ, জলনচিংবা কৎপা তাববদি কবি ফংফম থোকপগে হাযবদু খনফম থোকই। (স্কন্দপুরাণ বুক অমা, অহানবা সেক্সন অধ্যায় ১৯। ৬৩-৬৫)। শিবদগী হেন্না চাওবা খুকন্থদা মতিক চাবা লাই অমতা লৈতে। মীওই ফিভম চাদ্রবশিং- না পংবা, মিৎ তাংবা, খোঙতেকপা, কোন্থদুনা চৎলবা, শাগৈ-জাৎ হুম্থবদা পোক্লবা চণ্ডালশিং, হুইচাবশিং পূম্বনা ফাওবা শিব উপাসনা তৌববদি পৃক্লিগী খ্বায়দগী ব্রাংবা পম্থুংফম অদু ফংবা ঙম্মী। অদুনা সদাশিব-বু ঈডাৎ পূজানচিংবা তৌগদবনি। (স্কন্দ পুরাণ, বুক অহানবা, অহানবা সেক্সন, অধ্যায় ১৯। ৬৬-৬৮)। শিববু পূজা তৌবা হায়বিবসি লিঙ্গ পূজা তৌববুনি। শিববু ঈড়াৎ পূজা তৌদনা, থৌওইদনা তৌববদি মী মহাক অদু ব্রাহ্মণ হাৎপা ব্রহ্মহত্যাগী পাপ পুগনি। (ব্রঃ বৈঃ পুরাণ প্রকৃতি খণ্ড, অধ্যায় ৩০। ১৩৫)। কনাগুম্বা অমনা শিব লিঙ্গ পূজা তৌদ্রবদি শুল প্রোত্ত কৌবা নবক অদুদা

তাদুনা রানা খাংলগনি। মখল কয়াগী ওৎ নৈবা কয়া চহি কয়া খাঙলুবগনি। অদুগী মতুংদা শাগী মপোক্তা চংলুবগা মপোক তবেৎলক পোক্লুবগনি। অদুগী মতুংদা মশা শেংদোক্লিভৈদা মন্দিব অমগী পূজাবি ওইকবগনি। (ব্রঃ বৈঃ পূবান, প্রকৃতি খণ্ড অধ্যায় ৩১। ১৭)। কনাগুম্বা অমনা উফুলনা তাশিল্লগা লিঙ্গ শাবগা মপূন্সি চুপ্পা নিংজববদি শিব লোক্তা চহি মতম কুইনা শাংনা লৈকগনি, চহি কযামকম লৈকগদগে হায়বদু লিঙ্গ অদু শাবদা চংখিবা উফুল মবিক্কী মশিংশিং অদুমুক শাংনা লৈকগনি। অদুগী মতুংদগী অমুক হন্না মীওইবগী মপোক্তা অচৌবা নিংথৌবেল অমা ওইনা ভাবতবর্ষদা পোক্লবগনি। (ব্রঃ বৈঃ পুবাণ, প্রকৃতি খণ্ড, অধ্যায় ২৭। ১১৪)।



## অনিশুবা অধ্যায়

# রুদ্র

### রুদ্রগী অর্থ

রুদ্র হায়বা শব্দ অসিনা কবি অর্থ পুই, রুদ্রগী অর্থ কবিনো ' "রুদ্র" হায়বা ৱাহৈ অসিদা যাওবিবা "রু" শব্দনা অৱাবা কোকহনবসু খঙৈ। "রুদ্র" নত্রগা বাক (শব্দ) হায়নসু খঙৈ। জ্ঞানগী মপু ওইবা অদুবুসু রুদ্র হায়না খঙৈ। জ্ঞান পীথবিবা মপু রুদ্রনা ওই। বিৰাট পুরুষ ওইবগনা মমিৎ লীশিং অমা পানখ্রে। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিদা পুরুষগী শকওং লৌবগা চংদুনা লৈ। রুদ্র অহঙ্কারনি। অহঙ্কার যাওদনা খুৎশেম ওইবা যাদে। প্রকৃতিগী গুণ অহুমগী মান্নবা চাংদা লৈবিবা অদু থুগাযবনা রুদ্রগী মথৌনি। গুণ অহুম অসিনা লৈবিবা চাং অদুদগী হেক কায়বকপা মতমদা খুৎশেম নত্রগা প্রলয় ওইবকই।

### রুদ্রগী তোঙানবা শকওংশিং

মমিৎ অহুম পানবা রুদ্রনা হিংচাবগী মখুত্তগী দেবশিংবু কনবিনবগীদমক শিবনা সৃভি অমসুং কস্যপদগী রুদ্র তবামাথোই ওইনা থোক্লকই। রুদ্র তবামাথোই অদুদি— ১। কপালিন, ২। পিঙ্গল, ৩। ভীম, ৪। বিরুপাকস, ৫। বিলোহিত, ৬। সাস্ত্রি, ৭। অদ্রপোদ, ৮। অহিব বুধর্না, ৯। শিব, ১০। কণ্ড অমসুং ১১। ভব (সৎ-রুদ্র সংহিতা ২৬-২৭)। কবিগুম্বা পুৱাণশিংদা মিংশিং অসি খেন্ননা উই। রুদ্র তবামাথোই হায়বিবসি কর্ম্মেন্দ্রি মঙা, জ্ঞানেন্দ্রি মঙা অমসুং মনবু খঙৈ। কর্ম্মেন্দ্রি মঙা অদুদি— চিন (বাক), খোঙ, খুৎ, ঈশিং থোং অমসুং শৌচ থোংনি। জ্ঞানেন্দ্রি মঙা অদুনা – না,

উন, মিৎ, লৈ অমসুং নাতোম্নি। রুদ্র তবামাথোই হায়বিবসি শকওং অমনা থবক মখল তবামাথোই তৌবথুনি। জ্ঞানেন্দ্রি মঙানা মাগী মমায় মঙানি, কর্মেন্দ্রি মঙা অমসুং মঙা অদুগী শকফম ওইবিবা ক্ষেত্রশিং অদুগা পুনশিন্নবগা মহাক্কী মখুৎ তবানি হায়বা তাকই।

অঙাংবা নত্রগা লংনা ঙাঙবা হাযবা মচু অসিনা রুদ্রগী হৌবকফম মরু ওই। অঙাংবা (বভ্রু) মচু হাযবসি বজগুণগী ওইবা মওংনি। বজগুন্না লেংবা, ওৎপগী থবক পাংথোকই। অদুনা রুদ্রনা মরুৎশিংগী মপানি। মহাক লেংবা ওৎপগী লাইনি। অদুম ওইনমক রুদ্র হায়বা ৱাহৈ অসিগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা মোর্ৎশিং ফোংদোক্লবা লৈ। শতপদ ব্রহ্মনগী মতুংইন্নদি রুদ্রগা ইন্দ্রগা অর্থ মান্ননা শিজিন্নৈ। ইন্দ্র হাযবা ৱাহৈ অসিগী নুংগী ওইবা হৌবকফমদি– "তাহনবা" হাযবসিদগী ওইবকই। অদুনা রুদ্র/ইন্দ্রনা জীবগী হকচাং নুংদা চাক্লিবা মৈ ওইনা লৈ। মৈ অসি লৈবনা জীবনা হিংদুনা লৈবা ঙম্মীবনি। অসুম্না চাক্লুনা লৈবিবা মৈ অসিবু ইন্দ্র হাযনা খঙনবে।

## রুদ্রগী কল্পগী মবম

রুদ্র/ইন্দ্রনা হকচাং নএগা পঞ্চভুতনা শাবা দেহদগী পোক্লক্লবনিনা মহাকপু পোকপদা ঙাইবিবা মশক ওইনা লৌবে। হেক পোকপদা ঙাইবিঙৈদা কপ্পা হৌবক্লে, অদুনা রুদ্র হায়না কোলোয় মিংলেন থোক্লে। মবমদি রুদ্র শব্দগী অর্থনা কপ্পবু খঙনৈ। হকচাংদা মিহুল হুল্লিবসি অঙাং অসিনা হৌগৎলকপদগী ওইবকই। মহাকপু "চিত্র শিশু" কৌই। (ঋক বেদ ১০। ২)। অঙাং অসিনা হৌগৎলকপা মতম হায়বদি প্রান অগ্নিনা কন্না চাকখৎলকপা মতমদা অবাম খৌবাংবা ফাওবম্মী। অসুম্না মপুক লাম্বদগী কপ্পকই। 'কপ্পা' হায়বা ৱাহৈ অসিনা রুদ্রগী হৌবকফম মরু ওইবদগী "রুদ্র" হাযবগা কপ্পবু খঙনৈ। কবিগীদমক মহাক্না হেক পোকপগা কপ্লিবনো হাযবগী ৱাহং অমা লাক্লে। মহাক্না কপ্পগী মবমসি মবম অহুম থোক্লা লৈ। অহানবা মবম্না মপুক লাম্বদগীনি। জীবগী হকচাং মনুংদা মধ্য

প্রান (Central Pran) হায়বা অমা লৈ। মহাক্না অঙকপা অঙাংগী মশক ওইদুনা লৈ। “অয়ংবাব শিশুব য়োযং মধ্যমঃ প্রনবঃ” (বৃহদাবন্যক উপঃ ২। ২। ১))। রুদ্র হায়বসি কনাসু নত্তে, হকচাং মনুংদা প্রাণ শক্তি ওইনা লৈবিবা নত্রগা অঙকপা অঙাং কুমাবগী শকওং লৌদুনা লৈবিবা অদুবুনি। রুদ্র /কুমাবনা কপ্লিবসি মচিঞ্জাক্কীনি। মহাক্কী চিঞ্জাক হাযবিবসি পোংলম তবেৎনা শাই। অহানবা চীঞ্জাক মখন্না (১) মনস (মন), অনীশুবনা (২) প্রান, প্রানগী শকলোন অনি -প্রান অমসুং অপান নত্রগা অশাবা অমসুং অঙ্গংবা নত্রগা নেগেটিভ অমসুং পোসিটিভ, অহুমশুবনা (৩) আকাশ নত্রগা মালং, মবিশুবনা (৪) নুংশিৎ (বায়ু), মঙাশুবনা (৫) মৈ (অগ্নি), তরুকশুবনা (৬) ঈশিং (থাপ), তবেৎশুবনা (৭) লৈপাক (পৃথিবী)। পোংলম তবেৎ অসি অঙাং অসিনা মপুং মবৈ ফানা চাওবক্লবা য়োকপদা চংবা চীঞ্জাক্কী মচনশিংনি। প্রাণ অমসুং অপান হাযবসি মখল অনী ওইদুনা লৌবগদি অঙাংগী শকওং লৌদুনা লৈবিবা রুদ্রগী চাওনবগী চীঞ্জাক্কী মচন অসি নীপাল শুবে। হাযবিবা অসিনা য়ুম্ফম ওইবগা শকওং নাইবা লাই রুদ্রবু অষ্টমূর্ত্তি কৌই। পোংলম নীপাল অসিনা পুনশিন্নবগা মপুম ওইবা শকওংদা তাইবং মীওইবগী মশাদা য়াওই। নীপাল অসিগী মনুংদগী অমনা মথৌ পাংথোক্লবদি পুক্সিগী মমি শাল্লক্কনি।

## অষ্টমূর্ত্তি রুদ্রঃ

রুদ্রগী অষ্টমূর্ত্তি অসি মাত্র অহুম্না পূনশিল্লগা শাই। মাত্র অহুম অদুদি– ১। পঞ্চমাত্র (ব্রাখল খন্নবগী শক্তি Mind -মানস), ২। ভৌতিক মাত্র (Matter) ভূত মঙা-অতিয়া, নুংশিৎ, মৈ, ঈশিং, পৃথিবী অমসুং ৩। প্রানমাত্র (Life) -প্রান অমসুং অপাণ (শ্বব হোন্দোকপা অমসুং হোঞ্জিনবা) হায়বদি মন (মানস)+পঞ্চভূত মঙা + প্রান + অপান = নীপাল (অষ্টমূর্ত্তি)। নীপাল অসিনা রুদ্রগী মূর্ত্তি নীপাল ওইদুনা চোংথোক্লকপা কান্দা মমিংশিং অসি কৌই। মদুদিঃ–

### ১। ভূত মাত্র (মহাভূত মঙা = Matter)

১। পৃথিবী - পৃথিবী মূর্ত্তি - শর্ব অমসুং সদযোজাত

২। ঈশিং - জল মূর্ত্তি - ভব হায়নসু থোল্লি, বামদেবনিসু হায়।

৩। অগ্নি - অগ্নি মূর্ত্তি - অঘোর।

৪। নুংশিৎ - বায়ু মূর্ত্তি - তৎপুরুষ।

৫। মালং - আকাশ মূর্ত্তি-ভীম অমসুং অশানি। (হায়বিবশিং অসি শিবগী মমায় মঙানি হায়না পুবাণশিংনা লৌই)

### ২। প্রান মাত্র (Life)

১। প্রান (মৈশা) - সূর্য্যা মূর্ত্তি - ঈশান।

২। অপান (অথিংবা) - চন্দ্রমূর্ত্তি - মহাদেব।

### ৩। প্রাজ্ঞা মাত্র (Mind)

প্রজ্ঞা (ম'নস) যজমান মূর্ত্তি (হোত্রি) - দিক্ষিত ব্রাহ্মণ নত্রগা ব্রাহ্মণ পশুপতি।

হায়বিবা পোৎশক নীপান (শিবগী মূর্ত্তি নীপাল) অসিনা মচং ওইবগা তাইবংপানবগী মশক অসি ওইবকই। নীপাল অসিবু বৈদিকী ব্রাখললোন্দা বসু নীপাল অমসুং কুমাব বিদ্যা হাযনা খঙনৈ। হায়বিবা বসু নীপাল অসিনা মহাভূত মঙা, নুমিৎ, থা অমসুং নক্ষত্রবু খঙনৈ। মফম অসিদা 'নক্ষত্র' হায়বা ব্রাহৈ অমা য়াওবিবসি ক্ষত্র নত্তববু খঙনৈ হায়বদি ব্রাহ্মণবু খঙনৈ। (শতপদ ব্রাহ্মণ ১১। ৬। ৩। ৬)।

## প্রান-অগ্নি (রুদ্র)ঃ

প্রান অমসুং অপানগী মৈশানা কল্পকপা মতমদা ইশাদা অবাম যৌবাংবগী চৈথেং ফাওবকই। মপুক লাম্বদগী কপ্লকই। অসুম্না কপ্লকপা অসিবু অঙাং/কুমাবগী মশক লৌদুনা লৈবিবা কদ্রনা কপ্লনি হায়না শৈথানৈ।

("অয়ংবাব শিশুব যোঘং মধ্যম প্রাণব")। (বৃহঃ উপঃ ২। ২। ১)। মফম অসিদা কপ্পবু রুদ্রনি হায়বিবসি রুদ্রগী অর্থ কপ্পনা ওইরুবদগীনি। অগ্নিনা সোম পান্বা অদুগা অকপ্পা অশাংনা চাক চানিংবা অনি অসি অমত্তনি। অগ্নি নত্রগা মৈবু বেদনা প্রান মাত্র ওইনা লৌই। অগ্নিনা তাইবং মী ওইবা, শা-ঙাশিং, উপাল-রাপালশিং, মনা-মশিং হাংখদুনা। লৈবিবশিং অসিগী মনুংদা চংলগা প্রান অগ্নি ওইনা লৈ। প্রাননা মৈগুম্বা চাকই। (প্রশ্নোপনিষদ-২। ৫)। পোকপা শিবা নাইবা তাইবং হকচাং মনুংদা চংলগা প্রানবু অগ্নি হায়না খঙনৈ। মসিগী খুদম্দি-ঋক বেদগী ২। ১। ৬ দা অগ্নিবু রুদ্রনি হায়। ('হে অগ্নি নহাক রুদ্রনি-"ত্বম অগ্নেঃ রুদ্রঃ")। শতপদ ব্রাহ্মণ (৫। ২। ৪। ১৩) দা অসুম্না হায় "রুদ্রনি হায়বিবদু অগ্নিগা মশা অমত্তনি। তানদ্য ব্রাহ্মণ ১। ১। ৫। ৮-৯, ১। ১। ৬। ৬, ১। ১। ৮। ৪। ১। ৪। ৩। ৬ দা রুদ্রবু অগ্নিনি হায। (শিব মহাদেব দ গ্রেত গোদ, লাঃ ১)। তৈত্তিরিয় ব্রাহ্মণ ১২। ৪। ২৪ দা হায় "অগ্নি হায়বিবদু রুদ্রনি"। অগ্নিবু অচৌবা লাইনি হায়না লৌনা, মতৌদা লাইহাম হিংবিক্না চংশিল্লগা মখোয মশাগী আখাগুম্বা লৈতাদুনা লৈ। ("অগ্নিঃ সর্ব্ব দেবতাঃ) অগ্নি লৈবা মফম অদুদা লাইয়ামশিংসু শঙ্কু শঙ্কু তিলে। অসিগুম্বা অথুম্বা লাইগী ওইবা প্রাণ শক্তি অসিদা অতৈ অতোপ্পা মচং ওইবা শক্তিশিং, দেবশিং হায়না খঙনবদুসু লোযনদুনা লৈ। অমব ওইবা অগ্নিনা (অমৃত্যু দেব) শিব নাইবশিংগী মশা মনুংদা চংলগা লৈ। অশিববু জয তৌবা গুম্বা রুদ্র শিব মৃত্যুঞ্জয়বু জীবদা মঙাল ফাওহনবা অমসুং হিংহন্নবগী শক্তি পীবিবা লাইনি। মবম অসিদগী অগ্নিবু ইহান হানবা মতোমতা ঙাইবম্বা "এগ্রি" হায়না খঙনৈ। "এগ্রি" হায়বা মূল অসিদগী অগ্নি হায়বা রাহৈসি থোক্লকখি। (শতপদ ব্রাহ্মণ ৬। ১। ১। ১১)। অগ্নিনা পুম্নমক্কী হৌবকফম মক ওই। লৈশেম্বা মপু প্রজাপতি হায়না খঙনবিবদু অগ্নি হায়না খঙনৈ, যজ্ঞগী মৈগী কুণ্ড হায়বিবসি মহাক্কীদমক শাবনি। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি মৈগী কুণ্ডগী শকওংনি, মীওইবগী হকচাংসু মৈগী কুণ্ডগী মশক্কি। যজ্ঞগী মৈগী

কুণ্ডগী মশক ওইবা দেহনুংদা পূন্সিগী প্রান অগ্নিনা হিংলিঙৈগী মতাং ফাওবা চাক্লুনা লৈ।

অগ্নিগী শকওং অনি নাই, অমনা অশাবা অদুগা অতোপ্পনা অঙৈংবা, শকওংনি। অশাবা শকওংনা জগৎ অসি মাংহন তাকহন্নবগী মশক ওই, অদুগা অঙৈংবা, অমেংবা শকওংনা জগৎ অসিবু য়োকপী থাকপীনবনি। অদুনা অক্নিবগী শকওং লৌবা শিবনা ভৈববগী রুপ্তা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু মাংহন তাকহল্লি; অদুগা মহাক্কী শিব-গী রূপ ওইবদনা মহা মঙ্গলগী মশক ওই। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু য়োকপী থাকপীদুনা থম্বী। মহাক্কী ভৈববগী রূপ্তা যজ্ঞবু মাংহন তাকহনবগী মশক্লি, খুত্তা ভীক্ষাগী কমন্ডলু পাযবগা মচীঞ্জাক নিবা কোযনা চৎলি। হাযবিবসিনা রুদ্রনা অগ্নিগী রূপ্তা হকচাংদা লৈবগী ৱাফম্লি।

মথক্তা অগ্নি হায়বসি প্রান্নি হায়খ্রে। রুদ্রনা প্রানগী মশক লৌদুনা লৈবা কান্দা প্রানগী মতিক মগুণ কবিনো হায়বদু খবদং পঞ্জগে। প্রান হায়বসি জগৎপু ঙাকপীবা মপুনি; নিংথৌনি, জীবগী থৱায়নি, ব্রহ্মনি। (কৌষিতাগী ব্রাহ্মণ উপনিষদ, অধ্যায ৩ অমসুং অধ্যায় ৪)। প্রান হায়বসি পূম্নমক্কী শক্তিনি। মহাক্না মৈদা লৈরুবগা চাকই, নুমিত্তা লৈরুবগা মঙাল পী। নোং (পবজনং) দা চংলুবগা ঈশিং ওইনা খিকথবকই, নুংশিত্তা চংলুবগা লেংবা-ওৎপগী থবক তৌই। পৃথিবীদা চংলুবগা পৃথিবীনা অরুম্বা ভাব পুদুনা লৈ, থা-দা চংলুবগা থা-না পূম্নমকপু য়োকখৎপী, হিংদুনা লৈবা ঙমহল্লি, অমৃতদা চংলুবগা দেবশিংগী হিংহনবগী শক্তি পী, ইন্দ্রদা চংলুবগা নিংথৌ ওইনা পানবা ঙমহল্লি। শকওং লৈবা অমসুং শকওং লৈতবদসু চংলগা লৈ। অমব ওইবা অদুদসু চংলগা লৈ। (প্রশ্নোপনিষদ ২। ৫)। প্রানবু ব্রাত্য হায়না খঙনৈ। ব্রাত্য হায়বসি অথর্ব্ব বেদ সংহিতাগী মতুংইন্না খ্বায়দগী চাওবা অচৌবা লাই মহাদেববু খঙনৈ। (বুক ফিফটিন ওফ দি অথর্ব্ব বেদ সংহিতা, অ্যাণ্ড হিষ্টোবি ওফ ইন্দিয়ান লিটব্যাচব পেজ, ১৪৩)।

প্রান্না অগ্নি ওই, অগ্নিনা কদ্রনি হায়বসি মথক্তা নৈনখ্রে। জীবগী দেহনুংদা চংদুনা লৈবগা ইন্দ্রিগী কায়াৎশিংবু মথৌ পাংথোক্লিবা প্রান অগ্নিনা মচীঞ্জাক ফংবকান্দা ঈংথনা তপথদুনা লৈ, মচীঞ্জাক ফংদবা কান্দনা অকিবগী মশক ওইবা হিংচাবগী শকওং লৌবগা তাইবং হকচাংবু চাকথোক্কদবগী মতৌগুম্না তৌই। মচীঞ্জাক নত্রগা শীং পীদ্রবদি মৈনা মমৈথংদা মতোমতা মুৎচখি অদুগা উৎ (ভস্ম) ওন্দুনা তাখি। অদুগা হকচাং দেহনুংদা চাক্লিবা মৈদা নুমিৎ খুদিংগী পীববদি পূন্নিগী মৈ অসি মতম পূম্বদা অতৎপা লৈতনা চাক্লুনা লৈ। চীঞ্জাকপু সোম কৌই। সোমনা নুপী নত্রগা মমা ওইবগী মশক্লি। অদুগা মৈনা নুপা নত্রগা মপা ওইবগী মশক্লি হায়বা তাকই। সোমগা লোয়ননা লৈবা কান্দা অগ্নিনা অপেনবা পোক্লুনা লৈবসি যজ্ঞগী মহৌশাগী ওইবা মশক্লি। যজ্ঞদা কৎলিবা হব্য, কব্য, অসি অগ্নিনা চায়। অসুম্না অগ্নিনা সোমগা থাদোক্লদনা অমত্তা ওইবগী শকওংদা লৈবা অসিবু অর্ধনাবীশ্বব হকচাং তত্মায অমনা নুপাগী অদুগা অতোপ্পা হকচাং তত্মায অমনা নুপীগী ওইদুনা লৈববু খঙনৈ। অসুম্না পী-পা অনী পুন্দুনা লৈববু 'বোদসী' (Rodasi) হায়না খঙনৈ। বোদসী হায়বগা দ্যাবা-পৃথিবী (স্বর্গ অমসুং পৃথিবী) হাযনা খঙনৈ। স্বর্গ হায়বগনা মাংবা লৈতবা দেব লোকপু খঙনৈ অদুগা পৃথিবী হাযবনা মাংবা নাইবা জডগী লমদমবু খঙনৈ। কোকথক্তা লৈবিবা অতিয়া অমসুং খোঙ মখাদা লৈবিবা পৃথিবীনা প্রান অমসুং পঞ্চভূতবু খঙনৈ। হাযবিবা অসি বৈদিকগী ৱাখললোলগা চাননা চৎলি। বেদনা জগৎকী মপা-মমাগী শকওংবু স্বর্গ অমসুং পৃথিবী ওইনা লৌই। স্বর্গনা মপাগী কপনি, পৃথিবীনা মমাগী মশক্লি। "দ্যূপিতা, পৃথিবী মাতা"। (তানদ্যব্রাহ্মণ ৩। ৮। ৯। ১, শতপদ ব্রাহ্মণ ১৩। ১। ৬। ১)। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু শেম্লিবা শক্তি পূম্নমক্কী তুংনফম ওইবী, জগৎকী মমা ওইবী অদুনা অদিতি হায়না খঙনবে। মঙোন্দগী শকওং-অহুম, মমা, মপা অমসুং মচা হায়বদু পুথোক্লকই। স্বর্গ, অন্তঃবিক্ষ অমসুং পৃথিবীগী শকওংসু ওই। হৌত্রবা মতম, হৌজিক ওইবীবা অমসুং তুংদা লাক্কদবা মতম অহুমগী শকওংসু মহাক্লা ওই। (ঋকবেদ ১।৮৯।১০)।

প্রান হায়বসি মৈগী মশক্তি অদুগা অন্ন (চীঞ্জাক) হায়বসিনা সোমগী মশক্তি হায়দুনা মমাংদা পঞ্জখ্রে। সোম অমসুং প্রান হাযবসি রুদ্র নত্রগা কুমাবগী মশক তাকপনি। অনী অসি জীবগী পৃক্সিদা চংদবা য়াদবা পোংশকশিংনি। মসি যজ্ঞগী লোন্দা হায়বগা মৈ অমসুং মঙোন্দা কংলিবা (আহুতি) অদুনা যজ্ঞগী মপুং ফাহল্লি। যজ্ঞ হায়বসি মগুন অমনি। মসিগী তঙ্খায় অমনা মৈনা ওই অদুগা অতোপ্পা তঙ্খায অমনা সোমনা ওই। অনীসি কবিগুম্বা মতাংদা রাংনা চংপা য়াদে। মসি অর্ধনারীশ্বর নত্রগা তঙ্খায় অমনা নুপা অদুগা অতোপ্পা তঙ্খায় অমনা নুপী ওইবা শিব-গী মশক্তি। অগ্নিনা নুপাগী শকওং অদুগা সোমনা নুপীগী মশক্তি। পুবাণনা অসিগুম্বা শকওংবু অচৌবা লাইগী নব-নাবী শকওংনি হায। (মার্কণ্ডেয পুবাণ ৫০। ১০)।

## রুদ্র পোকপাঃ

অঙাংনা কপ্লগী মবম অমনা মাগী মমিং থোনবীয়ু হায়বদগীনি হায়। হেক পোকপদা ঙাইবিবৈঙেদা অঙাং অসি কপ্পা হৌই, কপ্লগা চেনখি। হাযবিবা অঙাং অসি কনাসু নত্তে, রুদ্রনি। রাবীগী মতাং চখদ্রিবৈঙেদা রুদ্র কনাগী মচানো, মপা কনানো হাযবসি থিক্ষম থোকই। পুবাণশিংনা রুদ্রগী মপা ব্রহ্মানি হায, সৃষ্টি অমসুং কস্যপদগী শিবনা রুদ্র তবামাথোই ওইনা থোক্লকপনিসু হায। (সং-রুদ্র সংহিতা ২৬-২৭)।

রুদ্র পোকপগী মতাং অসি অতোপ্পা পুবাণশিংদসু অসুম্না পীবি– প্রজাপতি কশ্যপনা অদিতিগা পান্নবগা মচা কুন্থ্রাহুমদোয় পোক্লম্মী। মখোয়শিং অদুদি– অদিত্যশিং, বসুশিং, রুদ্রশিং অমসুং অশ্বিনশিংনি। (বাল্মীকী বামায়ন, অবন্য কাণ্ড সর্গ ১৪)। ব্রহ্মাগী অশাওবদগী রুদ্র পোক্লম্মী। ব্রহ্মাগী তম্পাক্তগী নাবদ পোক্লম্মী। মাগী য়েংকী খুবীদগী দক্ষ পোক্লম্মী। মাগী মন্দগী সনক অমসুং অতৈ ঋষিশিং পোক্লম্মী। ওইথংবা খুদোঙ্গীদগী মচানুপী বীবানী পোক্লমই। (দেবী ভাগবত স্কণ্ড ৭, অধ্যায় ১। ৬-১৩)।

বিষ্ণুপুবাণ অংশ ১, অধ্যায় ৭ দা হায়বনা ব্রহ্মানা রুদ্র পোকই। প্রজাপতিশিং শেমদ্রিঙৈগী মমাংদা ব্রহ্মানা সনন্দন, সনক, সনাতন অমসুং সনতকুমাব শেমখ্রে। হায়বিবা মচানুপা মবি অসিনা মায়া সংসাবগী নুংঙাইবদা পূক্লিং লুপশিল্লমদে, মমিত্তা মচা উনবগী হোৎনবমদে। মখোয় লোয়নমক অচৌবা ঋষিশিং, পণ্ডিতশিং, ঙাক্তা ওইবম্মী। অদুনা সংসাবগী মায়াদগী লাপথোক্লগা লৈবম্মী। মখোয়গী মশাদা মচা-মশু লৈনবগী ব্রাখল পোক্তবা অসিদা ব্রহ্মানা মতিং থোক্লা শাওবম্মী; কয়ামকম শাওবগে হায়ববু লোক অহুম অসি অমুক্তদা লোয়না মাংহল্লগে খল্লম্মী। ব্রহ্মানা মমিৎ শুক্লা শাওবা অদুদগী নুমিৎনা লুত্তোন পক্লা লৈবা কালদা চাকথেকপা মৈশা ফাওহনবগুম থাংবা ঙমদবা মঙালতনা পূমলং লংবা শকওং অমা চোংথোক্লম্মী। শকওং অসি কনাসু নত্তে, রুদ্রনি। রুদ্রগী অসিগুম্বা অকিবা পোক্লবা অশাওবা শকওং- অসিগী তঙ্খায় অমনা নুপীগী শকওং ওইবে অদুগা অতোপ্পা তঙ্খায় অমনা নুপা ওইবে। ব্রহ্মানা হকচাং অদু তঙ্খায তানা খায়দোকউ হায়বল্লগা মাংব্রে। খুদক্তা রুদ্রনা মাগী মশা অসি অনি থোক্লা তঙ্খায় তানা খায়দোক্লে; তঙ্খায অমনা নুপী অদুগা অতোপ্পা তঙ্খায় অমনা নুপা। অদুগা মহাক্লা অমুক্তসু নুপাগী শকওং অদু শরুক তবামাথোই থোক্লা খায়দোক্লে। শকওং তবামাথোই অসিনা রুদ্র তবামাথোইগী মশক ওইবে।

## রুদ্রনা কপ্পা অমসুং মাগী মমিং থোনবাঃ

রুদ্র তবামাথোই অসিগী মমিংশিং অসি পুবাণশিংদা তোঙান তোঙান্না থোল্লি। মমিংশিং অসি মান্নদে। রুদ্র তবামাথোই অসি কবিগুম্বা পুবাণ অমদনা মনয়ু, মনু, মহীনস, মহান, শিব, ঋতুধ্বজ, উগ্ররেতস, ভব, কাম, কামদেব অমসুং ধৃতব্রত হায়না খঙনৈ। অদুগা অতোপ্পা পুবাণ শিংদনা রুদ্র তবামাথোই অদু একপাদ (এর্ক-পাত), অহির্ববুধন্য, ত্বস্তা, রুদ্র, হর, শম্ভু, ত্রয়ম্বক, অপরাজিত, ঈশান, ত্রিভুবন হায়না কৌই।

কল্প হৌবকপা কালদা ব্রহ্মানা মহাক্না মান্নবা মচানুপা অমা ফংনিংদুনা হীবী কোন্দুনা লৈবম্মী। মহাক্কী তম্পাক্তগী অশংবা অমসুং অঙাংবগী ওইবা অঙাং অমা থোক্লক্লম্মী। হেক পোকপগা অঙাং অদুনা মমিং থোনবীয়ু হায়দুনা কপ্লম্মী। (মার্কণ্ডেয় পুবাণ ৫২। ২-৮)।

মার্কণ্ডেয় পুবাণনা রুদ্র পোকপগী মতাং অমা য়াওবগুম বিষ্ণুপুবাণগী অংশ ১, অধ্যায় ৮ দসু রুদ্র পোক্লকপগী মতাংদা নৈনবি। বিষ্ণু পুবাণদদি খবা পাকথোক চাওথোক্লা নৈনৈ। বিষ্ণু পুবাণদনা অসুম্না হায– ব্রহ্মানা মহাক মশামক্না চপ মান্নবা মচানুপা অমা ফংনিংদুনা কল্পগী অহৌবা ওইবক্লবদা হীবী কোন্দুনা লৈবম্মী। শংবান্নবা কুচু ওইবা মচানুপা অমা মহাক্কী তম্পাক থক্তো থোবক্লম্মী। মহাক্লা মচি মচি খুদিং থুংনা কোয়চেল চেল্লগা লাও খোংনা কপ লাওবম্মী। মদুদা ব্রহ্মানা হংলম্মী– "নহাক্লা কবিগী কপ্লীবনো?" অঙাং অদুনা খুন্নক্লম্মী– "ঐগী মিং থোনবিয়ু"। মহাক্লা অসুম্না কপ্প (বোদন) হায়বদগী ব্রহ্মানা অঙাং নৱা অদুগী মমিং "রুদ্র" হায়না কোলোয় মিংলেন থোল্লে। হায়বদি কপ্পবু রুদ্র হায়না খঙনবে। মহাক্লা থাঙখাঙ থাঙখাঙ নাইনা তবেৎলক কপ্লম্মী। অকপ্লা খুদিংগী মিং অমমম থোল্লম্মী। অদুনা তবেৎলক থোক্লা কপ্পগী মিং তবেৎলক থোল্লম্মী। মমিংশিং অদুদি ভব, শর্ব, ঈশান, পশুপতি, ভিম, উগ্র অমসুং মহাদেব। অদুনা রুদ্র নীপাল ওইবে। মখোয় অমমমগী লৈফম, লোয়নবী তালোই অমসুং মচা ব্রহ্মানা লোয়না পীবম্মী। নুমিৎ, ঈশিং, পৃথিবী, নুংশিৎ, মৈ, অতিয়া, দীক্ষা লৌববা ব্রাহ্মণ অমসুং থা-নচিংবসি মথংশিংনা মখোয়গী লৈফমশিং ওইহল্লম্মী। মখোয়গী লোয়নবী তালোয়শিংনা মথংশিংনা সুবর্চলা, উষা, বিকেশী, শিবা, স্বাহা, দিশা, দিক্ষা অমসুং বোহিনিনচিংবনি। হায়বিবা লাইবেম্বীশিং অসিগী মচা-মশুতনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শিনবা থুংনা লৈ। মখোয়গী মচানুপাশিংনা মথংশিংনা শনৈশ্চব, সুক্র, লোহিতাঙ্গ, মনোজব, স্কন্ড, সর্গ, সনতান অমসুং বুদ্ধ। রুদ্রনা দক্ষ প্রজাপতিগী মচানুপী সতিবু লুহোংদুনা লৌই।

শতপথ ব্রাহ্মণ ১। ৭। ৪। ১ দা রুদ্র পোকপগী মতাংদা নৈনৈ। রাবীদি বিষ্ণুপুবাণগা ইমান মান্নে। রুদ্রগী মমিং তবেৎ কবম হায়না থোনখ্রবনো হায়বগী মতাংদদি শুগায়না তাকই। শতপথ ব্রাহ্মণগী রাবীদি অসুম্না তৌই– প্রজাপতি (ব্রহ্মা) না মাগী মচানুপী উষাগা পান্নবগা মচানুপা অমা ফংই, মমিংনা কুমাব কৌই। কুমাব হাযবসি রুদ্রমক্লি, রুদ্রগী মতিক মগুণ লোইনা মঙোন্দা চংদুনা লৈ। অসুম্না ব্রহ্মানা মচানুপীগা পান্নবা অসিদা লাইয়ামশিংনা য়াম্না শাওই। মসি লাইবমলেন্দসু চৎনদবা, মীবমলেন্দসু তৌনদবা মহাপাপগী মশক্লি হায়দুনা লাইয়ামশিংনা খল্লি। অদুনা মখোয়না ব্রহ্মাগী অসিগুম্বা শাগী লমচৎ চৎপা অসিদা লাইয়ামশিংনা রুদ্রদা হায়জকবদগী রুদ্রগী তেন্না থাবম্মী। (শতপথ ব্রাহ্মণ ১। ৭। ৪। ১)। অঙাং অদুনা হেক পোকপদা কপ্লম্মী। ব্রহ্মানা অঙাং অদু য়েংলগা হাযবম্মী– ইচানুপা নং কবিগী কপ্লি' কপ্লগী মবম হাযয়ু। অঙাংনা খুম্নরুম্মী– ঐগী মিং থোনবীদ্রি; মিং থোনদ্রবদি ফত্রবদগী ঙাকথোকপা ঙমদে। অদনা ঐখোযনা অঙাং অমা পোক্লবদি মাগী মিং থোনবীগনি, নত্রবদি অঙাং অদু ফত্রবদগী নাম্থোকপা ঙমদে। ব্রহ্মানা নরা অঙাং অদুদা হায়বম্মী– "নংদি রুদ্রনি"। অসুম্না রুদ্র হাযনা অঙাংগী কোলোয় মিংলেন থোনবা অসিগা অগ্নি হায়না লৌবগা চপ মান্নে। মবমদি-- রুদ্রনা অগ্নি ওই। অঙাং নরা অদুনা পোক্লকপা কান্দা কপ্লী হায়বদগী মাগী মমিংবু কদ্র হায়না থোল্লুবনি। মদুদা অঙাং অদুনা খুম্নরুম্মী– "ঐদি রুদ্রদগী শক্তি হেন্না লৈ, ঐগী মিং অতোপ্পা অমা থোনবীয়ু"

ব্রহ্মানা মঙোন্দা হায়বম্মী– "নংদি সর্বনি"। ব্রহ্মানা অঙাংগী অনিশুবা মিং সর্ব হায়না থোল্লুবিবসি ঈশিংগা সর্বগা মশা অমতনি খল্লুবদগীনি। ঈশিংদগী পোৎলম খুদিংমক (সর্ব) লোইনা পোক্লকই। সর্ব কৌবা অসিদা অঙাংনা পেল্লমদে। অদুনা হায়বম্মী ঐদি সর্বদগী শক্তি হেয়া লৈ অদুনা ঐগী মিং অতোপ্পা অমা থোনবিয়ু।

ব্রহ্মানা অঙাংগী অহুমশুবা কোলোয়দি পশুপতি হায়না থোনবিবে। অঙাং য়েংলগা ব্রহ্মানা হায়বম্মী– "নহাক পশুপতি" নি। পশুপতি হায়না মিং থোল্লুবীবগী মবমদি– পশুপতি হায়বসি পাম্বীশিংবু খঙনৈ। পুরুষ, শগোল, শল লাবা, য়াও লাবা, হামেং লাবশিংনা পাম্বীশিং ফংবা মতমদা মশা-মউ কল্লি নত্রগা অতোপ্পা ম্রাহৈদা মখোয় পাম্বীশিংগী মপুনি। মদুদা অঙাং নম্বা অদুনা খুম্নরুম্মী– ঐদি পশুপতিদগী হেন্না শক্তি লৈ, অদুনা ঐগী অতোপ্পা মিং অমমুক থোনবিয়ু।

ব্রহ্মানা অদুগী মতুংদা অঙাংগী মবিশুবা মমিং "উগ্র" হায়না থোনবিবে। উগ্র কৌকবিবসি বায়ুবু খঙনৈ। নুংশিংনা য়াম্না কন্না হাই হুম্না শিংলকপা কান্দা মখোয়না হায়নৈ উগ্রনা হায়হুন্নি"। মহাকপু "উগ্র" কৌবদা অঙাং অদুনা পেল্লমদে। মহাক্না হাযবরুম্মী– ঐদি উগ্রদগী শক্তি লৈবা হেল্লি, ঐগী অতোপ্পা মিং অমমুক থোনবিয়ু।

প্রজাপতি ব্রহ্মানা মথং তাবদা অঙাং নম্বাগী মঙাশুবা মিংলেন "অসনি" হায়না থোনবিবে। 'অসনি' হাযনা মিং থোল্লুবদি "নোংথাং" হায়ববু খঙনৈ। নোংথাংগুম্মী হায়বনি। নোংথাংগুম্না য়ৈ, শোকহন, নাহল্লি হায়বদগীনি। "অসনি" কৌবদা অঙাং অদুনা য়ানিংলমদে। ঐনা 'অসনি' দগী হেন্না পাঙ্গল লৈ, ঐগী মিং অতোপ্পা অমমুক থোনবিয়ু হায়বম্মী।

অসুম্না অঙাংনা ময়াবক্রুবদা ব্রহ্মানা অঙাংগী কোলোয় "ভব" হায়না অমুক থোনবিবে। "ভব" হায়বসি নোংগী লাই (rain god) নি। অঙাং অদুগী মিং পর্জন্য (নোংগী লাই) কৌকবিবগী মবমদি– নোং পুবা লৈচিন্না নোং ওইনা চুথবরুগা জগৎ সংসাব অসি হিংদুনা লৈবা ঙমহল্লিবনি। "ভবতি" ওইবিবনি। "ভব" হায়না মিং থোনববু অঙাং অদুনা য়ানিংলমদে। মাগী মমিং অতোপ্পা অমা কৌবিয়ু হায়বম্মী। মহাক্না "ভব" দগী হেন্না শক্তি লৈ হায়বম্মী।

অদুগী মতুং তাবদা ব্রহ্মানা অঙাংগী কোলোয় 'মহান দেবঃ" (অচৌবা লাই) হায়না অমুক থোনবিবে। "মহান দেব" কৌরুবগী মবমদি থা-গী মশক্লম্মী, মান্নে হায়না লৌরুবদগীনি। থা হায়বসি প্রজাপতিনি, প্রজাপতিনা অচৌবা লাই ওই। অসুম্না মিং থোনবিবদসু অঙাংনা পেল্লমদে। "মহান দেব" ওইবদগী ঐনা শক্তি হেন্না লৈ হায়বম্মী। অতৈ অতোপ্পা মিং অমমুক থোনবিয়ু হায়বম্মী।

মমৈথংদা ব্রহ্মানা মচানুপাগী মমিং "ঈশান" (লৈঙাক, শাসন তৌবা) হায়না থোল্লম্মী। "ঈশান" হায়না মিং কৌরুবগী মবমদি-- "ঈশান" না নুমিৎ ওই। নুমিৎনা ব্রায়েল কাটি পায়দুনা জগৎ সংসার অসি পালন তৌই। নব্রা অদুনা "ঈশান" হায়বা কোলোয মিংলেন অসি হেক থোনবিবদগীদি ঐগী ইতিক ইগুনদগী তাথদ্রে হায়না খন্দুনা নব্রা অঙাং অদু তুমিন্না লৈখ্রে, অতোপ্পা মিং অমমুক থোনবিয়ু হায়খিদ্রে। অসুম্না অঙাংগী মমিং নীপাল মথং মনাও নাইনা থোনবা অসি শতপথ ব্রাহ্মণ ৬। ১। ৩। ৮-১৬ গী মনুংদা উংলি।

মথক্তা উংলিবা শকওংশিং অসি অগ্নিগী শকওং নীপাললি। অগ্নিগা রুদ্রগা অমত্তনি হায়না হান্ননা পনখ্রে। কুমার (নুপামচা) হায়বসিনা মাপল শুবনি। অঙাং অসিনা শকওং মাপন অসিগী মনুংদা অমগী মথংদা অমদা চংদুনা লৈ। অদুনা মাবু ইচম চম্বা নুপামচা (কুমার) ওইনা উবা ফংদে, মাগী শকওংশিং অদুতা উবা ফংই। (শতপথ ব্রাহ্মণ ৬। ১। ৩। ১৮-১৯)।

শিব পুরাণ (বায়বীয় সংহিতা, অধ্যায় ১১। ২৪-৩২) দনা ব্রহ্মানা রুদ্র পোকই হায়বগী মতাংদা অসুম্না পল্লী। ব্রহ্মানা মহা প্রলয়গী মতুংদা লৈশেম খুৎশেম্বগী থবক পায়খৎকে তৌবম্মী। অদুনা মহাক্না তপ-তৌবম্মী। মহাক্না মতম কুইনা তপ তৌববসু কবিমত্তা কান্নবা ফংলমদে। মসিদা মহাক য়াম্না শাওখিবম্মী। হেক শাওমনখিবদগী লৈবাক্তা ব্রাম্বদুনা তাখিবম্মী।

অশাওবনা শাদোং ওইববদা ব্রহ্মানা শ্বব মবী হোন্দোক্লম্মী। ব্রহ্মানা অসুম্না শ্বব হোন্দোক্লকপদা প্রান-অগ্নি ওইবা রুদ্রনা মাগী মচিন্দগী চোংথোক্লম্মী। মহাক্না চোংথোক্লকপসি ব্রহ্মাবু থৌজানবীগে তৌবনি। ভগবান রুদ্রনা আত্মন তবামাথোই থোক্লা মশাদগী খায়দোক্লম্মী অদুগা রুপ্লগা চেনখিবম্মী। মখোয়না রুপ্লগা চেনখি হায়বদগী মখোযবু রুদ্র হায়না কৌই। ব্রহ্মাগী চিন্দগী রুদ্র থোক্লকই হায়বদগী ব্রহ্মানা রুদ্র পোকই হায়বনি। জ্ঞান থাওদনা তাদুনা লৈববা ব্রহ্মাদা রুদ্রনা প্রান হাপ্পিদুনা অমুক হিংগৎহল্লম্মী।

বায়ু পুরাণগী মতুংদা রুদ্র পোকপগী রাবীনা অসুম্না পল্লী— ব্রহ্মানা শিববু মচানুপা ওইনা ফংজগে হায়না নিজববদা শিবনা মদুদা পেনবিবদুনা ব্রহ্মাদা মহাকপু মচানুপা ওইনা ফংজৌ হায়না বব পীবিবম্মী। শিববু মচানুপা ওইনা ফংজনবগীদমক ব্রহ্মানা শিববু অকনবা তপস্য তৌদুনা নিংবা হৌজখ্রে। নিংজবা পূম্নমক কান্নবা ফংলক্রবদা ব্রহ্মাসি মমৈথংদা শাওবক্লে, মালেমথক্তা মপি চদুম চদুম তাদুনা লাও থোংনা কপ্লক্লে। মহাক্কী মপিশিং অসিনা লেম্না মাংবা যাদদুনা মহু চেনবা তাংজ লিল কযাগী মশক ওইনা চোংথোক্লক্লে। মহাক্কী তপস্যাদগী অসিগুম্বা শকওংশিং অসি পোক্লকপদগী মহাক মান্না নিংবা কায়বদুনা রানা ফৈনা মালেমথক্তা রাম্বদুনা তাখ্রে অদুগা শিবা হায়বদু ওইখ্রে। ব্রহ্মানা হেক লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কী মশাদগী মথায় পানবা জীব তবামাথোইথক চোংথোক্লক্লম্মী। হেক পোকপদা ভাইবিভৈদা মখোয়না কপ্লম্মী। কপ্পা হায়বা রাহৈসি সংস্কৃতদা "রুদ্র" হায়না খঙনৈ। অদুনা কপ্লীবা মখোয় তবামাথোই অদু রুদ্র হায়না কৌবে। রুদ্রশিং অদুনা ব্রহ্মাবু শিরুবদগী অমুক হিংগৎহল্লম্মী। বিষ্ণুপুরান অমসুং পদ্ম পুরান্দদি বায়ু পুরান্দা হায়বিবসিগা খব খেন্নবা উই। পুরান অনি অসিদা ব্রহ্মাসি শিদে। রুদ্র কৌবা জীব অমখক পোক্লম্মী। মহাক্কী মমিং অমত্তা থোনবিদবদুদা অঙাংগী মশক ওইবিবা রুদ্রনা কপ্লম্মী। মদুদা ব্রহ্মানা অঙাং অদুগী তোঙান তোঙানবা মমিং তবেৎ খক থোনবীবম্মী।

বায়ু পুবাণ ৫৫। ৪০-৪১ দা শিবনা রুদ্রশিং পোকই হায়। মখোয়শিং অসি হেক পোকপা মতমদা কপ্পগা চেল্লি। অদুনা মখোয়বু রুদ্র কৌই। (বায়ু পুবাণ ৯। ৭৫-৮০, ১৩। ৪৩-৬০)। দক্ষগী যজ্ঞ থুগায়বা কান্দা মখোয়না অচৌবা থৌদাং লৌখি। মখোয়না বীরভদ্রনা দক্ষগী যজ্ঞ থুগায়বদা মতেং পী।

রুদ্রনা কপ্পগী মবম অমনা পূন্সিগী অবোইবা মতম লাক্লবদা থরায়গা হকচাংগা কায়নবমদাইদা ইন্দ্রি তবামাথোই অসিনা মবি-মতাশিংবু উবগা কপ্পী হায়বদগী রুদ্র কৌই।

## য়ুমগী লাই— অগ্নি (রুদ্র) ঃ

অগ্নি হায়বসিসু রুদ্রগী তোঙানবা মশক্তি। (লিঙ্গ পুবাণ ১। ৭। ১০০)। পূম্নমক্কী ইহান হেক হানবদা লৈবপ্পা মৈশা অদু অগ্নিনি। মসিনা ব্রহ্ম অণ্ডাদা অশাবা মৈশা ফাওহল্লগা ব্রহ্মাণ্ড অমগী মথক্তা অতোপ্পা ব্রহ্মাণ্ড অমা মবোল মবোল নাইনা শেন্মী। (লিঙ্গ পুবণ ২। ১২। ৩৩)।

অগ্নি হায়বসি য়ুম পানবা ইমুংগী লাইনি। মহাক্না য়ুমগী নুপী-অঙাংশিংবু ঙাকপী শেনবী, ইমুং অদুগী মচাক মথুম মবল চাওখৎহল্লি। মহাক্না য়ুমলাই (গৃহস্পতি) ওই। মহাক অসি য়ুমথোং খুদিংগী ওইবা অতিথিনি, অতিথিশিংগী মনুংদা মহাক্না অথোইবনি। মহাক মশা অসি অমব ওইবা, শিবা নাইদবনা মাগী লৈফমদি পোকপা, শিবা নাইবগীদা ওই। মহাক্না ঙাকপী খোৎপীবদগী য়ুম পানবা ইমুংগী চাওখৎপা হায়বদু ওই। য়েলহৌঙেগী মতমদগী হৌনা নৌনা লুহোংদুনা য়ুম পানবগী লমদা খোঙদাবক্লিবা কন্যানা মপুবোইবগী য়ুমদা অহানবা খোঙদাবা মতমদা মৈগী অকোয়বদা চিংলগা কোযহল্লি। মবম অসিনা অগ্নি হায়বসি ময়ুম মকৈ পান্দ্রিবা কুমাবীশিংগী নুংশিজবা মহাক হায়বদু ওইবে; ময়ুম পাল্লবা নুপীশিংগী মপুবোইবা ওইবে। (ঋক বেদ ১। ৬৬। ৮)। বিবাহগা মবি লৈনবা লাইবিক্তা অগ্নি হায়বসি লৈশাবিবীশিংগী মপুবোইবনি হায়। অগ্নিদগী

বব ওইবিবা মহাক্কা কন্যাবু ফংই। লুহোংবগী মতমদা, অঙাং পোকপা মতমদা, ইমুংগী কবিগুপ্পা থৌদোক অমদা অগ্নিবু ইচম চম্মা খুকম্লে। বিবাহগী যজ্ঞদা কন্যা অদুগী ফনবগীদমক মৈ কৌবা লাইবু খুকম্মী। "যুমগী লাই, হে অগ্নি, নহাক্কা কন্যা অসিবু ঙাকপী শেনবীয়ু, নহাক্কা মাগী মচা মশুশিংবু পৃশ্নি নুংশাংহনবীয়ু। মচানুপাশিং পোকপদগী মহাক্কী পৃশ্নিদা নুংঙাইবা ফংবা ওইজবসনু"। যজ্ঞগী মৈ ওইবগা অগ্নিনা দেবতাশিং অমসুং মীওইবশিং অনীগী মবক্তা পাও ফাওহনবা ওই। কবিগুপ্পা কান্দা অসিসু হায়নৈ, মদুদি-যজ্ঞদা কৎলিবা পোৎশিংদু লাইশিংগী মফম তান্না পুই অদুগা কবিগুপ্পা মতমদা অসিমসু হায়নৈ– মদুদি মহাক্কা দেবতাশিংবু যজ্ঞগী মফমদা পুথবকই। মবম অসিনা অগ্নিবু পুরোহিত, জ্ঞান লৈবা ব্রাহ্মিন, শাগৈগী পুরোহিত হায়না লৌই। অদুগা "হোতব" পুরোহিতশিংগী মবক্তগী অথোইবা হায়বা মিংথোল অসিবু পী। অগ্নিগী মপোক অহুম্নি, মপোক অহুমগী লৈফমশু অহুম্নি। অতিয়াদা নুমিৎকী মৈঙাল ওইনা ঙাল্লি, মালেম পৃথিবীদনা মীওইবনা মহাকপু মৈশুং উ অনি তক্লবদগী থোকহল্লি, ঈশিংদনা নোংথাং ওইনা থোক্লকই। নোংদোন থক্তা ঙাল্লগা নুমিৎ হায়, মালংগী লমদা কুমথবক্লগা বিদ্যু (নোংথাং) কৌই, অদুগা মালেম থক্তা তবক্লগা মৈ হায়না খঙনৈ। মহাক্কা অবনি কৌবা মৈশুং উ মচেৎ অনি তক্লবদগী পোক্লকপা ওইবনা মহাক্কী অপোকপা মমা অনি শুবে, মমা অনি অসিবু চুপশিল্লবা কান্দা অঙাং ওইনা পোক্লে। (ঋক বেদ ১০। ৭৯। ৪)। হায়বিবসিগী মথক্তা থোইদোক হেন্দোক্লা অগ্নিবু শূচি কৌই, স্বর্গদা মৈগী মৈশাগুম মঙাল ফংদোক্লা ঙানবদগী "পাবক" কৌই, তক্লবগা মৈশা থোক্লকপদগী "পবমান" হায়না পৃথিবীদা খঙনৈ। (ব্রহ্মবিদ্যা, লাঃ ৩৮২)। বিষ্ণু পুরাণ অহানবা শকক, অধ্যায় ১০ শুবদা হায়বনা অগ্নিনা স্বাহা পান্নবগা মচানুপা অহুম– পাবক, পবমান অমসুং শুচি পোকই। মচানুপা অহুম অসিনা মচানুপা নিফুমঙা পোকই। অগ্নি, মচানুপা অহুম, মশুনুপা নিফুমঙা থাবগা ঙম্নমক্লা অগ্নিগী মশিং নিফুমাপল শুই।

## মৈতৈনা মৈ লাৎপাঃ

মৈতৈ হায়বা ফুরুপ অসিদি নিংশিংবা ঙমদবা মতমদগী হৌনা মৈ লাত্তুনা লাকই, ফুঙ্গা নাইবকই। মদুগী খুদমদি– পোইবৈতোন খুম্বোকপা মতমদগী হৌনা থৌজিক ফাওবা অন্দ্রোগী মৈ মৃৎত্রি। পুনম নিংথৌগী খুভমদা মৈ কৎলি। মৈতৈনা কুইববা মতমদগী হৌনা রুদ্র – শিব লাৎলম্বগী খুদমনি। ব্রহ্ম গায়ত্রিনা নুমিত্তা লৈবা লাই "ভর্গ" বু নিংই। ভর্গবু শ্রীভাগবতনা কৃষ্ণ কৌই। মৈতৈনা "ফুঙ্গা" কৌই। মৈতৈনা হায়, মদুদি – "লাই পুম্নমক্তগী ফুঙ্গানা মকবে" হায়দুনা "ফুঙ্গা লাইক" কৌই। মৈতৈগী ধর্ম্মদি মৈ লাৎপনি, মখোয়না অসুম্না লাৎলি, মদুদি– "যুম্বানবনা লৈগদবা গৃহবু যুম কৌই। মহাক্তি মমাং নোংপোক ওন্দুনা শাবা হৌনৈ। মদু নত্তবা অকোইবদা শাববু শংগোই কৌই। যুমগী ময়াইথংবা কাদা মযাইদা মৈ য়োক্কনি। মৈয়োকফমবু মৈতৈলোন্দা ফুঙ্গা হাঙ্গৈবগা খণ্ডনৈ। মবমদি মফম অদু মৈতৈনা ভর্গ দেববু ফুঙ্গা কৌদুনা নুত্তিগী ঈবাৎলি। নুমিৎ থোবকপা মতমদা মঙাং গুরু, য়ুংবা মতমদা লুরাং গুরু, তাবা মতমদা খুমন গুরু কৌই। অসিগুম্বা নুমিৎকী মথাং অহুমসিবু ফুঙ্গাদা সীঙ ইনফমগী মায়য়োক্লবা মফমদা চুপ অমা, মাদুগী এ্যালোমদা চুপ অমা, ওইবোমদা চুপ অমা, সমকোন ত্রিভূজদা যুংই, মাদুবু য়োৎশুবী মখোঙ অহুম কৌই। লুরাং গুরুগী চুপ মনাক্তা মৈ ইনফম মমাই ওনসিনফমদা হৈ-লৈ থাদুনা মৈদা পোৎ কৎলি। মফম অদু ফুঙ্গা লাইকুগী মফম কৌই। ভর্গ কৌবা লাইগী মফম, অকুবা হাঙ্গৈবনি। মৈ খুরুম্বদা মৈতৈনা হাঙ্গৈ, "পোইবৈতোননা খুম্বোক মৈ, পোইনাও তানা খুল্লিং মৈ, চপকপ কাগুপ মৈ, মৈত্রেং অবাবনা য়োই ময়াই মহুৎ শিন্নবা মৈ"। অসিনচিংবা মৈতৈনা মৈবু লাইনি নিংই, অদুগা মৈদি নুমিৎকী মহুৎ শিল্লবনি, অসি হাঙ্গৈনা নিংই।

তাইবং পানবা পূম্বদা "মৈ-ঈড়াৎপা" ধর্ম্মনা ধর্ম্ম পূম্বগী অহানবনি। "অগ্নিমীলে পুরোহিতং যজ্ঞস্য দেবমৃত্বিজম। হোতাবং বত্নধতমম্। "মসিদা

উবে, বেদ পূম্বগী মকোক ইথং থংবা মন্ত্র অসিগী মকোক থংবা ব্লাহৈদি "অগ্নিম ঈলি" ব্লাহৈ অসিনা মহানলে, মৈবু ঈডাংলি হাঈবনি। (পাখংবা লাঃ ২০-২১)।

## মৈগী মরৈ তরেৎ ঃ

খঙচাক চাকপা খঙঙান ঙানবা মৈগী মৈবী মবৈ তবেৎ লৈ। মখোযশিং অদুদি ১। কালী (অমুবা মশক), ২। কবালী (অকিবা মশক), ৩। মনোজবা (পূক্লিংগুম য়াংবা), ৪। সুলোহিত (অঙাংবা মচুদা থাকশিনবা), ৫। সুধুম্রবর্ণ (মৈখু মচু), ৬। স্ফুলিঙ্গিনি (মৈবী কাপ্পা) অমসুং ৭। বিশ্বরুপি (শকওং পূম্নমক লৈবা) নত্রগা বিশ্বরুচি (মঙান শিথহনবা, মঙাল হনবা)। হাযবিবা মৈবী তবেৎ অসি অগ্নিগী মবৈ তবেৎনি। (মুন্দকোপনিষদ ১। ২। ৮)। অগ্নি হোত্রদি মৈবী থোক্লা চাক্লবা কান্দা তৌগনি; মৈখু কাবা কান্দা তৌফবোই।

তক্লবগা হৌবা মৈনা পবমান কৌই; নোংথাংদগী ফংবা মৈনা পাবক কৌই। অদুগা নুমিৎগী থোক্লকপা মৈনা শুচি কৌই। (লিঙ্গ পুবাণ, অধ্যায় ৬-১-৩)। মৈগী মবৈ তবেৎ অসিনা পাংথোকপা থবক থৌবমশিং অসি খেয়ে। তবেৎ অসিনা মথাগী থবকশিং অসি পাংথোকই-

১। কালী- মতমবু খন্দুনা লৈবা (অগ্নি স্তোত্রম ৫২, অগ্নি-অ্যাণ্ড কার্তিকেয়)

২। কবালী- নহাক্কী নবৈ/কবালী হাযবসিনা প্রলয় থোকহনবা ঙম্মী। ("" ৫৩)

৩। মনোজবা- অনিংবগী মতুংইন্না খঙয়াং য়াংহনবা অমসুং খঙপীক পিকশনহনবা ঙম্মী। ("" ৫৪)

৪। সুলোহিত- সংসাবগী অপাম্বা খিবিক ফংহনবা ঙমহল্লি।("" ৫৫)

৫। সুধুম্র বর্ণ - লাঙ্গনা কয়া জীবদা পোকহল্লি। ("" ৫৬)

৬। স্ফুলিঙ্গিনি– সংসাব পুম্বগী পূক্লিং অসি তনিক-তনিকহল্লি।
(" " ৫৭)

৭। বিশ্বাসদা (বিশ্বরূপি নত্রগা বিশ্বরুচিগী মহুত্তা অগ্নি স্তোত্রম ২ (৫৮) – জীব পূম্নমক্কী চাওখৎপা, নুংঙাইহনবা ওইহল্লি। (" " ৫৯)

অগ্নিগী মমিংশিংবু খ্বায়না অসুম্না খঙনৈ। মদুদিঃ–

১। বহ্নি – যজ্ঞগী অচাকপা নত্রগা হোমবু লৌথোকপা।

২। বিতি হোত্র – পূজা কচ্চবিবা মহাকপু শেংদোকপীবা।

৩। ধনঞ্জয় – ইনাক খুনববু জয় তৌবা (মাংহনবা)।

৪। জীবলন – চাকহনবগী মথৌ পাংথোকলিবা।

৫। ধূমকেতু – মহাক্কী ফিবালদি মৈখুনা ওইবা।

৬। অবজ-হস্ত – মখুত্তা থম্বাল পায়বা।

৭। অনাল – মৈ

৮। ছাগ বথ - য়াও লাবনা মাগী শাদোং ওই।

৯। সপ্তাচি – মবৈ তবেৎ পানবা মশক

১০। বৈশ্বনব – মীপুম খুদিংমক্কী ওইবা

অগ্নি খুরুম্বা কাংবুশিংদি লন-থুম ব্রাৎত্ত পাদে অমসুং পূজি নুংঙাই হায়না মহৌশাদগী থাজনবকই।

## রুদ্র তত্ত্ব ঃ

অগ্নি হায়বসি রুদ্রগী মশক্তি, হায়না মথক্তা পঞ্জ্রে। রুদ্রগী মশকসি লাইয়ামশিংনা খঙলমদে। অদুনা মতম অমদা লাইয়ামশিংনা স্বর্গদা চৎলম্মী। মখোয়না রুদ্রদা মহাক কনানো হায়না হংলম্মী। মদুদা মহাক্না খুন্নকুম্মী– ঐহাক্তি ইহান হানবদা লৈবম্বা অদুনি, ঐদি অসুম হিংদুনা

লৈখিগনি। ঐ নত্তনা কনামত্তা লৈবমদে। মনুং হৎচিন্না চংলগা লৈবিবদু ঐনি। ঐ সনাতনসু ওই, সনাতনসু ওইদে, শকওং নাইবসু শকওং নাইদবসুনি। নোংপোক, নোংচুপ, খা, অৱাংসু ঐনি। ঐহাক্তি থক-খা অনিমক্নি। (ছন্দোগ্য উপঃ ৭। ২৫। ১)। ঐদি মায়গৈ অমসুং শুংদাই হায়দুনা লৈবিবদুসুনি। নুপা, নুপী অমসুং নপুংশ হায়দুনা লৈবিবা অদুসু ঐনি। (অর্থবন ১০। ৮। ২৭) শাবিত্রী অমসুং গায়ত্রী হায়বদুসু ঐনি। ত্রিস্তুভ, জগতি অমসুং অষ্টুভ হায়বা ছন্দ অদুসু ঐনি। শকওং নাইবিবসু ঐনি অদুগা অচুম্বা হাযবিবদুসু ঐনি। গার্হপত্য, দক্ষিন অমসুং আহবনীয় হায়বা মৈ অদুসু ঐনি। ঐ ষণবীনি অমসুং ইবোয় অমোম্নি। ঐ ঋক, যজুর অমসুং সামননি অদুগা অথর্বাঙ্গিবশ হায়বদুসু ঐনি। খ্বায়দগী লিৰবা, খ্বায়দগী চীং-লেম্বা অমসুং খ্বায়দগী ফবা হায়বদু ঐনি। (বৃহদঃ ৬। ১। ১)। ঐ ঈশিংনি, মৈনি, শীং-শিংগী মনুংদা লোত্তুনা লৈবিবা মৈ অদুসু ঐনি, অমাংবা নাইবা অমসুং অমাংবা নাইদবা হায়বা অদুসুনি। থন্বাল হায়বা লৈ অদুসু ঐনি। সোম মহিগী চুমথোক্লবা খুৎলাই অদুসুনি, শক্তি লৈবনি, মনুং, মপান অনিমক্তা লৈ। নোংপোক মাযকৈদা মঙালগী মশেক ফাওবিবা অদুসু ঐনি। (অথর্বব ৪। ১। ১)। পূম্নমক ঐনি, অবোইবা পনখৈ সীমানা লৈতে। ঐবু মশক খঙবা ঙম্লবা মহাক অদু পূম্নমকপু খঙলবনি। মহাক্না লাইয়ামশিং, বেদশিং অমসুং বেদাঙ্গশিং লোয়না খঙই। মদুসু ঐহাক্নি, ঐগী শক্তিনা ব্রহ্মবু ব্রাহ্মণশিংনা পেনহনখি, ষণবীবু ষণবীশিংনা, ব্রাহ্মণশিংবু ব্রাহ্মণ ওইবগী মওংনা, যজ্ঞগী মচিঙ্গাকপু যজ্ঞগী মচিঙ্গাক্না, পূঙ্গিবু পূঙ্গিনা, অচুম্ববু অচুম্বনা, আইনবু আইন্না পেনহল্লি।

কদ্রনা অহানবা মকোক থোংবা মাইবনি। (ঋক বেদ ১১। ৮৩-৪)। অনাবা ফহন্নবগী শক্তি কদ্রদা লৈ। অনাবগী হীদাক লীশিং কয়া কদ্রগী লৈ। অনা-অয়েক কয়া কোকহনবীবদগী মাগী ভক্তশিংনা নীংথম থা চামা (চহি চামা) পূঙ্গিগনি খল্লি। ইবুংঙো মহাকপু লাৎচবিবা মনাই ভক্তশিংগী মচা-মশুশিংবু নাদ-য়েক্তনা, তিনচং কাইজংদনা লৈনবা তাইবং মীওইবা

অমসুং শা-ষণশিংনা মাগী থৌজান ফংনবা খুকমৈ। রুদ্রনা অশিবা মীবু হিংগৎহনবা ঙম্মী। শুক্রচার্য্যনা শিব উপাসনা তৌই অদুগা "মৃতসঞ্জিবনি" হায়বা মন্ত্র-অশিববু হিংগৎহনবা ঙম্বা মন্ত্র শিবদগী ফংজখি। (বামন পুরাণ অধ্যায় ৬২)।

রুদ্রগী তোঙানবা মগুণ অনি চেল্লি। গুণ অমনা স্বাযদগী শাথি তমথিবা অদুগা অতোপ্পনা থৌজাল হৈবা। রুদ্রবু শিব হায়নসু খঙনৈ। অথর্ববা বেদদা রুদ্রনা অরাংবা থাক্তা লৈ। রুদ্রবু ভব, সর্ব, ভূতপতি (ভূতশিংগী মপু) অমসুং শা-যণশিংগী মপু হায়নসু কৌনৈ। (অথর্ব্ব বেদ ১১।২।১)। ষণ অমোমশিং, শগোল, হামেং, মী অমসুং য়াওনচিংবা খুদিংমক পশুপতিগীনি। (অথর্বব বেদ ১১।২।৯)। 'ঋক বেদগী রুদ্র' সূক্তদা মহাকপু মকুতশিংগী অপোকপা মপানি হায। ঋক বেদ ৫।৪২।১১ দা 'অসুর' হায়নসু কৌই। মহাকপু শিব অমসুং ঈশান হায়নসু কৌই। (ঋক বেদ ১০।৯২।৯)। মহাকপু উগ্র অমসুং ভীম হায়নসু পন্নৈ। মহাক্কী অকিবা শকলোন অসি অথর্বব বেদ ১১।২ ২৩, শতপদ ব্রাহ্মণ ৯।১১।১ দা উৎলি। সদাশিব, ঈশান, পশুপতি অমসুং অতৈ কয়াশিংনা রুদ্রগী মমিংশিংনি। রুদ্রসি বৈদিক্কী লাইনি। বেদশিংনা রুদ্রবু অকিবা পোকহনবা লাইনি হায়না লৌববসু রুদ্রগী লাইনিং লাইশোন্না খঙহল্লিবদি রুদ্রনা ফত্তব তৌবা খুদিংমকপু মাংহনবা অদুগা অফবা, ধর্ম্ম কায়জদবশিংদনা থৌজানবীবগী অসিগুম্বা শকওং অনি অসিদা রুদ্রবু খুকম্মী। ঋক বেদগী অয়াম্বা মতাংশিংদা রুদ্রবু অসুম্না খুকম্মী- "নংগী অশাওবনা ঐখোয়গী মীশিংবু হাত্তোকপীগনু"। (ঋক বেদ ১।৪৩।৪, ১।১৪।৮, ২।৩৩।১, ৭।৪৬।২) মহাক্কী মাংহনবগী থবক্তা নোংথক্তা নোংথাং খন্দুনা ব্রজনচিংবা তাহনবনি অদুগা মহাক্কী ঙাকপী শেনবীবা অমসুং লাইয়েংবীবগী থবক্তা অফাওবা মাইবা অমগুম্না উৎলি। তৈত্তিরীয় সংহিতাগী (৪।৫।১) শত রুদ্রীয়দা রুদ্রগী তোপ তোপ্পা শকওং অনি লৈ- নুংশি হৈবা, পুকফবা শকওং, অমসুং মাঙ তারুঙাই ওইবা মশক। মহাকপু অরাংবা চীংশিংগী লাই গিরীশ হায়না খঙনৈ। মসি কৌকবগী মবমদি মহাক্কী মখুৎনা

পায়বিবা ব্রজ অসি অৱাংবা চীংজাওশিংগী মতোন্দা নকশিন্ননা পাইবিবা অমসুং থাদোক্লদনা লৈখিবা লৈচিনগী মপুন মপুন কয়াগা মবি লৈনরুবদগী ওইবকই। মীনা লৈবা মফমদগী লাপথোক্লা চৎখ্রগা লৈরুবা প্রকৃতিগী অথুপ্পা শক্তিশিং অদুবুসু রুদ্র হায়না খঙনৈ। মহাকপু লবুক লম্ফাংশিংগী লাইনিসু হায়নৈ মবমদি— মহাক্লা শা-ষণগী মপু (পশুপতি) ওইবগা মখোযবু মফম অদুদা য়োকপী থাকপী। মসিদসু নত্তে, রুদ্রনা ঙাক্লিবা মফমশিং অসি। মহাকপু মায়গৈশিং পুৰা লাই হাযনসু খঙনৈ। শিব হায়বদি মঙ্গলগী মশক হায়বনি। থৌজান হৈবা শকওং ওইবকপা কান্দা শম্ভু হায়না কৌই। অথর্ব্ব বেদদা রুদ্রবু মীত্রং পোৎশেম থাদু তৌবশিংগী মফমদগী ঙাকথোকপীবা শকওং ওইনা লৌই। মসিনা খঙহল্লিবদি মহাক্লা মাবু নিংজবিবশিংবু কনবী, মখোয়দগী ঙাকথোকপী। অসুম্না মনাইশিংবু ঙাকপী-খোৎপীবদগী রুদ্রবু ভব অমসুং ঈশান হাযনসু খঙনৈ। রুদ্রনা লৈঙাকপা অমসুং মাংহনবগী থবকশিং পাংথোকপদগী রুদ্রবু অথোইবা লাই ওইনা লৌনবে। মবম অসিদগী রুদ্রবু মহেশ্বর, শিব, ঈশান, ভব অসিনচিংবা মিংথোন কয়া পীবে। রুদ্রনা লাইওইবগী থবক অনি হায়বদি লৈঙাকপা অমসুং মাংহনবগী থবকশিং অসি পাংথোকই। (শ্বেতাশ্বতর উপঃ ৩। ২। ৩)। রুনাগুম্বা মীচম অমনা মশাবু ঙাকপীনবা অমসুং যেক্লবশিংবু মাংহন্নবা খুরুম্মী। অদুগা থাক খবা হাযগৎলক্লবা মীওইশিংনদি মাগী থৱায়বু কনবীনবা অমসুং তৌজরুবা খুদিংদা কান্নবা ফংহন্দনবা, মাংহন তাকহন্নবা হোৎনবশিংদগী ঙাকথোকপীনবা খুরুম্মী। শিববু জাৎ বিজাৎ খায়দনা খুরুম্মী। শা-ষণশিং ফাওবসু মহাক্লী থৌজানগী মিংয়েং মখাদা লৈ। (শতপথ ব্রাহ্মণ ৫। ৩। ২। ২। মবম অসিদগী শ্বেতাশ্বতর উপনিষদনা রুদ্র-শিববু ব্রহ্মনি হায়না লৌই। পূম্নমক্লা রুদ্রবু খুরুম্মী অদুগা রুদ্রনদি রুনাবুসু খুরুমদে। অদুম ওইনমক মাগী ভক্তশিংগী ফনবা খল্লগা মহাক মশা মতোমতবু নিংজে। 'কোটিরুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ৪২। ১৫)। মসিনা তাক্লিবদি শিব মহাদেবনা মতম পূম্নমক্তা আত্মা বাম ওইদুনা লৈ হায়বনি।

অহঙ্কাবদগী জগৎ অসি ওইবকই। অহঙ্কাবগী হৌবকফমদি রুদ্রনি। অহঙ্কাবনা জীববু থৌবী কোঙ্গোয়গী মশকগুম্না পুন্দুনা থম্লী। অহঙ্কাব অসিদগী ঙাকথোকপীবদি রুদ্রনি। অদুনা রুদ্রবু প্রানগ্রন্থি হায়নসু কৌনৈ। রুদ্রনা মাগী লাই ওইবগী শকওংদা মনাই ভক্তশিংগী মশাদা চংই, অবাবা অনাবা কোপী, মচিঙ্গাক পীবিদুনা য়োকপী থাকপী, অবা-অনা, লাইনা তীন্না কয়াদগী ঙাকথোকপী। অনাবা ফহন্নবগী শক্তি রুদ্রদা লৈ। অনাবগী হীদাক মখল লীশিং কয়া রুদ্রগী লৈ।

বৈদিক শ্লোকশিংদগী ফংবা রুদ্রগী গুণদি অনুগ্রহ অমসুং সংহাবনি। মসিগী মতুংদা লাকপা পুবাণশিংদসু রুদ্রগী গুণ অনুগ্রহ ওইনা অদুম লৌনৈ। বেদগী শ্লোক অমদা অসুম্না রুদ্রবু লৈশি লৈথোক্লি— হে রুদ্র, ফজবদা নংগা মান্ননা ফজবা অমত্তা লৈতে। নহাক্না নুমিৎকী মণ্ডালগুম ঙাল্লি, সনা মচু মাল্লি। নহাক্কী নমিৎ লিশিং অমা পাল্লি, খৌবীনা শংবান্নবা মচুনা লাংই, নিলকণ্ঠ হায়না খঙনৈ। শউলনা নংগী ফিজোন্নি, লৈফম্না চীং অবাংবদনি। রুদ্রগী খুৎলায়দি নোংমৈ শীংজংনা ওই হায়না ঋক বেদনা হায়। মসিদা নত্তনা য়াম্না কনবা অয়াংবা তেনসু মাগী খুৎলায় ওই হায। রুদ্রদি অহলগী মতম ওইশিন্দে, নহাতা ওইদুনা লৈ। মহাক জগৎকী মবুঙোনি, ঈশাননি জগৎকী মপানি। মহাক্না মালেম থক্তা নোং খিকথবী অদুগা মফম খুদিং শিনবা থুংনা অঙ্গংবা মনিন ফাওহল্লি। রুদ্রদি হৈথোই শিংথোইবা, মবৌ-মশিং লৈবা অমসুং চানবী হৈবা লাইনি। রুদ্রবু পীগনবা লাইনিসু হায়।

অশিবগী লাই রুদ্রনি অদুগা অশিবা মশামকপু মাংহনবদুসু রুদ্রনা ওই। (বায়ু পুবাণ ২৪। ১২৮)। মহাকপু মতম পূম্নমক্তা অশিবা পোৎলোইফম মোংফম্না শুদ্ধংহল্লি অমসুং পোৎলোইফমগী উৎ অদু য়াম্না পাম্মী। ("চিতা-ভস্মা-প্রিয়")। (বায়ু পুবাণ ৩০। ২০১)। মফি মরোল য়াওদনা খুৎতা অশিবা মী মকোকশিং পায়দুনা কোয়চৎ চৎলি। কৃষ্ণ কল্পদদি অকিবগী মশক অদুমক ওই অদুগা মাবু খঙবা মীওইশিংদদি থৌজাল হৈবা শকওংনি। (বায়ু পুবাণ ২৩। ৭৪-৬)। রুদ্রবু লাইয়ামশিং, মূনি ঋষিশিংনা

কিনরিবা কাল হায়বদুমক্কি হায়না লৌই। সু-ঘোব, নবক, কুটিল, ভীম, উগ্র (অকিবগী মশক), ক্রূব (তমথিবা), বিকৃত, বীভ্যস, ভীষণ, কপাল মৃত্যু, দূঃসহ, দুর্ভাবণ হায়বনচিংবা অসি রুদ্রদা চেনবা মগুণ ঙাক্তনি। রুদ্রবু অকিবগী শকওংশিং লৌবা লাইনি হায়। (ঘোব-রূপ-ধৃক) (বায়ু পুবাণ ৫৫। ৫১-৫)।

রুদ্রনা কবিগীদমক শাথিবা শকওং লৌকবিবনো হায়বগী মবমসু পীবি। প্রজাপতি দক্ষনা মাগী মচানুপী উষসগা ফমদিন্নখি। মসিগী ফত্তবা ফল অসি কোক্রনবগীদমক লাইয়ামশিংনা মখোয়গী মশাদগী অকিবা শকওংশিং পুথোক্লগা জীব অমা শেমখিবন্মী। অনৌবা শকওং অসিনা ভূতবান (রুদ্র) ওইবে। লাইয়ামশিংনা রুদ্রদা প্রজাপতিবু শেগায়য়ু হায়বা পাউতাক পীবন্মী। রুদ্রনা মাবু শেম্নীবক্লিবশিংগী য়াথং ঙাক্লা চৎলন্মী।

প্রকৃতিগী গুণ অহুমগী মান্নবা চাংদা লৈবিবা অদু থুগায়বনা রুদ্রগী মথৌনি। রুদ্রগী শকওংদি অহাংবা অকাশনি। অদুনা মহাক্কী কুচুদি অতিযাগী মচুগুন্মী। তরু তরুবনা মহাক্কী শকওংনি। মহাক্কী আত্মাদি অতিয়াগুম্না মচেং তানা খায়দোকপা য়াদে। মবম অসিদগী মহাকপু আকাশ-আত্মা (Space-self) হায়নসু খঙনৈ। মহাক্লা পূম্নমক্কী আত্মা ওইবা অমসুং মফম পূম্নমক্তা শিনবা থুংনা লৈবদগী পবমাত্মা হায়নসু খ্বায়না খঙনৈ। জ্ঞানেন্দ্রি মঙানা মহাক্কী মমায় মঙানি। কর্ম্মেন্দ্রি মঙা অদুগী শুফম ক্ষেত্রশিং অদুগা পুনশিন্নগা মহাক্কী মখুৎ তবানি হায়বা তাকই। মহাক্লা চিড-আকাশ (infinite consciousness) গী মনুংদা অবেংবা ওইনা লৈ। খুৎশেমগী পোৎলমশিংগী হৌবকফম মরুনি হায়না লৌবিবা আকাশতা রুদ্রনা নুংশিংকী শকওং লৌরগা লৈ, অদুগা জীবগী হকচাংগী মনুংদা মহাক্লা লেং-ওৎতুনা লৈবিবা অদু মতমগী মতুংইন্না অবেপ্পগী থাক অমা লাকখিগনি। মতম অদুদা মহাক্লা গুণ অহুমবু চপ মান্নবা চাং অমদা লেংহনদনা থম্মী। গুণ অহুম, মতম অহুম, নুংগী কাবণ অহুম (চিং, বুদ্ধি অমসুং অহঙ্কাব), ওঁগী শকওং অহুম অমসুং বেদ অহুমনচিংবা অসি রুদ্রগী মমিং অহুম্নি হায়না খঙনৈ।

ত্রিশূলনা তাক্লিবনা সংসাব অহুম অসি রুদ্রগী মখুৎনা চেৎনা পায়শিল্লগা থম্মী হাযবা খণ্ডহল্লি। সত্ত্ব গুণতনা মহাকপু ফংবনা মহাক্লা লৈবিবসি জীবগী মঙ্গলগীদমক্লি। অদুনা রুদ্রবু অতোপ্পা ৱাহৈদা শিব হায়নসু অদুম খণ্ডনৈ। মহাক্লা মপুং ফাবা শান্তিগী মশক ওইনা লৈবনা মহাকপু কৃষ্ণ হায়নসু অদুম লৌনৈ। খুৎশেমগী থবকসু মহাক্লা তৌই অদুগা প্রলয়গী মতমদনা খুৎশেমশিং অসি মহাক্লা অমুক উমশিনখি।

## রুদ্রনা থৱায় পানবা শেম্বা হৌরকপাঃ

ব্রহ্মানা কলপ হৌবকপা খুদিংদা খুৎশেমগী থবক নিংথিজনা পায়খৎপা ঙমলক্ত্রদুনা অৱাবা ৱাখল্দা লুপ্তুনা নূংবংননা লৈববা কালদা রুদ্র ব্রহ্মাগী মনাও নুপা থোকপনা (বায়বিয় সংহিতা ১৪। ৩ ৪) ব্রহ্মাগী মচানুপা ওইববে অদুগা ব্রহ্মাবু থৌজানবিবম্মী। রুদ্রগী কৃপা ফংজবদগী কলপ খুদিংদা ব্রহ্মানা খুৎশেমগী থবক অতৎপা লৈতনা চত্থবি। নোংমা ব্রহ্মানা রুদ্রদা লৈশেম্বগী থবক খব পায়খৎপীয়ু হায়জবম্মী। মদুদা রুদ্রনা মশাদগী মহাক মশামক্কা মান্নবা মানসিক পূএশিং পুথোক্লম্মী। মখোয খুদিংমক মকোক্তা জোটানা লৈতেংই, মমিৎ অহুম পাল্লি, মখৌবিদা অশংবা মচুনা লৈতেংই, অকিবা, অৱাবা হায়বদু মখোয়গী মশাদা য়াওদে, মখোয খুদিংমক অহল ওইশিল্লকপা লৈবমদে, শিবা, নাবা য়াওবমদে, লংলবা ত্রিশূলশিংনা মখোয়গী খুৎলাইশিং ওইবম্মী। মদু উববদা ব্রহ্মানা হায়জবকই– খুরুমজবি, দেবতাশিংগী মবুংঙো ওইবা অদুগুম্বা খুৎশেমদি তৌবিগনু, শিবা নাইবা অতোপ্পা জীবশিং শেম্বীয়ু। ব্রহ্মাগী অসিগুম্বা ৱাঙাং অসি তাববদা রুদ্রনা খুন্নক্লম্মী– অদুগুম্বা খুৎশেম শিবা নাইবদি ঐগী নত্তে, মদুদি নহাক্কীনি। ঐগী মানসিকদগী পোক্লক্লিবা মথৌনা লৈবা, চীং লেম্বা জীবশিং অসিদি ঐগী লোয়নবা খোঙলোয় ওইবগনি। অসি হায়বম্লগা রুদ্রনা খুৎশেম লেপখিবম্মী অদুগা রুদ্রশিং অদুনা মাগী খোঙলোয় ওইখিবম্মী।

লৈশেম্বগী থবক অসি ব্রহ্মানা তৌই হায়বগী ৱাফমতনি, রুদ্রগী শক্তি চংদ্রবদি খক ওইথোক্তে। ব্রহ্মানা লৈশেম্বগী থবক চথবক্লবসু মশিং হেনগৎহনবদি মহাক্কা ঙম্লমদে। মবমদি কবিগীনো হায়ববু মশিং হেনগৎহনবদা নুপীগী শক্তি চংদ্রবদি নুপা ঙাক্তনা যাদে। নুপা-নুপী অনীগী হকতিন্নবগী নুংঙাইবা অসি রুদ্রনা পোকহল্লি, পী-পা অনীদগী তাইবংপান অসি ওইবকই। ব্রহ্মানা তাইবংপান অসি শেম্লকপদা নুপী য়াওদ্রবদি য়াদদুনা মহাক্কা রুদ্র উপাসনা তৌজবকই। মদুদা পেল্লদুনা হকচাং তঙ্খায় অমনা নুপী ওইবগী শকওং লৌবগা চোংথোক্লকই। নুপী ওইবা শকওং অসিনা রুদ্রানী ওইবে। পোকপা শিবা লৈত্রবা লাইয়ামশিংমক্কা খক উবা ফংজদ্রবা দেবীনা শিবগী মশাদগী শংশংনা চোংথোক্লকপা উবদা ব্রহ্মানা খুকমজবম্মী। থৌজাল হৈবী, ইমা, নুপী হায়ব জাৎ অদুদি ইমাগী শমু হকচাংদগী পুথোকপীবক্তে, করম্না ঐনা নুপী যাওদনা লৈশেম্বা ঙমগনি। ইমা নংগী অংশ, কলা মচেৎ অমতংনা ঐগী ইচানুপা দক্ষগী মমোমলোই ওইনা পোকহনবীয়ু। মদু তাববদা দেবীনা মাগী পীশুমদগী মশামক্কা মান্ননা শক্তি লৈবা অমা পুথোক্লম্মী। মদু উবদা শিবনা হায়ফেৎ খোয়কম মোমোন তৌবম্মী অদুগা হায়বম্মী - ব্রহ্মাগী অনিংবা অসি নংনা অদুক থুংহল্লুদনা। শক্তিনা শিবগী যাথং ঙাক্না চৎলম্মী। ব্রহ্মানা হায়জবদগী শক্তিনা দক্ষগী মমোমলোয় ওইনা শাযোনখ্রে অদুগা শক্তিনা শিবগী মশাদা অমুক হঞ্জিনখি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা নুপা নুপী অনীগী মশাদা ফমদিন্নবগী নুংঙাইবা, কামগী চৎহৌ পোকখিবম্মী। (শিব পুরাণ, বাযবীয় সংহিতা, অধ্যায় ১৫-১৬), (বায়বীয় সংহিতা, অধ্যায় ১৪। ১৩-২০)।

## লাইয়ামশিংগীদমক শিবনা রুদ্র তরামাথোই ওইনা পোকপাঃ

মমাংঙৈগী মতমদা হিংচাবশিংনা ইন্দ্র অমসুং লাইযামশিংবু য়াম্না ওৎ নৈবিবম্মী। মদুদা লাইযামশিংনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা মখোয়গী অপোকপা মপা কশ্যপগী মফমদা চৎলম্মী অদুগা মখোয়গী অৱাবদু কোকহনবীয়ু

হায়জবম্মী। লাইয়ামশিংবু হিংচাবশিংনা ওৎ-নৈবিবা অমসুং লাইয়ামশিংনা লৈফম চাফম খণ্ডনা কোয়চেন চেন্দুনা লৈবা অদুদা কশ্যপনা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইবমদে, মখোয়গী অৱাবদু কোকহন্নবগীদমক কাশীদা চৎলগা ভগবান শিব উপাসনা তৌজবম্মী। শিবনা পেনবীদুনা কশ্যপগী মমাংদা চোংথোক্লক্লম্মী। অদুগা মহাক্কী অনিংবা অদু থুংজবো হায়না বব পীনবীবম্মী। মদুদা কশ্যপনা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবম্মী। থুনা য়াংনা মাগী লৈফমদা হনখিবম্মী। শিবনা কশ্যপতা বব পীখিবা অদু থুংহন্নবগীদমক কশ্যপগী লোইনবী সুৰভিগী গর্ভদা শিবনা চংলগা রুদ্র তবামাথোইগী মশক লৌবগা পোক্লম্মী। রুদ্র তবামাথোই অসি শিবমক্তা মান্নে। রুদ্র তবামাথোইগী মমিংশিংদিঃ– ১) কপালিন, ২) পিঙ্গল, ৩) ভীম, ৪) বিরুপাক্ষ, ৫) বিলো হিত, ৬) শাস্ত্র, ৭) অজ-পাদ, ৮) অহিববুধন্য, ৯) শিব, ১০) চন্দ্র অমসুং ১১) ভব। মখোযশিং অসি লাইয়ামশিংগী অৱাবা মতেং পাংননবগীদমক্তি। মখোয়না হিংচাবশিংবু মাযথীবা পীবম্মী। লাইয়ামশিংনা শিবগী কৃপাদগী হান্নগী মতমগুম্না নুংঙাইনা লৈখিবম্মী। হৌজিক ফাওবদসু রুদ্রশিংনা অতিয়াদা লাইয়ামশিংবু ঙাক শেন্দুনা লৈবি হায়। (শতরুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ১৮)। রুদ্রশিংগী মমিংশিং অসি পুৰাণশিংদা খেন্ননা উবা ফংই।



## অহমশুবা অধ্যায়

# রুদ্র-শিব

### শিব কনানো ?

শিববু রুদ্র ওইনসু লৌই। শিব রুদ্রনি হায়। মহাকপু কবিগীদমক রুদ্র কৌকবিবনো'' মাগী রূপ অসি খুদক্তা বাশিংতনা লাকশিনবা (দ্রুতা) গুন্মী; অতৈ অতোপ্পনদি ঙমদে। অদুনা মাবু রুদ্র কৌবিবনি। (অথর্ব্ব শিব উপঃ) বেদগী মতমদা রুদ্র হায়বম্বদু পুবাণগী মতমদদি শিব হায়না খঙনববে। বেদগী রুদ্রদগী পুবাণগী শিবনা মতিক মগুণ হেন্না লৈবক্রে। ঋক বেদগী রুদ্রগী শকওংদি শাথি তমথীবা অকিবগী মশক্লি। লম্পাক্কী অঙাওবা শাগী পাংখক্লি। ধর্ম্মগী ব্রাখল পোকলকপদগীদি রুদ্রশি অচৌবা লাই শিবগী মশক ওইবক্রে। অদুম ওইনমক লোয়নদি মাংখিদে, খবদি অদুম মবৈহৌবি হায়। রুদ্রগা শিবগা মান্নে অমসুং মান্নদে হায়বা ব্রাফমশি বায়ু পুবাণ, কূর্ম পুবাণ, ব্রহ্ম পুবাণনচিংবদা দক্ষগা দধিচি মূনি (শিব ভক্ত) গা অনীগী মবক্তা য়াম্না কন্না য়েংনৈ। দক্ষনা রুদ্রসি শিব-গা থেন্নে হায়বসি খঙলমদে। অদুনা মহাক্লা বায়ু পুবাণদা দধিচি মূনিদা অসুম্না হায়— মায়গৈ তবামাথোইদা লৈবিবা রুদ্র তবামাথোই অসি নত্তবা অতোপ্পা শিব অমমুক ঐহাক্লা খঙবা লৈতে। রুদ্র শিবগী অংশ (কলা) অমনি। শিবমক্কী থাক্তি য়ৌদে হায়। স্বামী শিবানন্দনসু হায়— শিবনা ত্রিনাথগী মনুং চনবা রুদ্রদগী তোঙাল্লি। ত্রিনাথ হায়বদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং রুদ্রবু খঙনৈ। মহেশ্বরগী য়াথং মতুংইন্না লাই অহুম অসিনা লৈশেম্বা, লৈঙাকপা অমসুং মাংহনবগী থবক পাংথোকই। গুণ অহুমগী ব্রাংমদা লৈবিবা মহেশ্বরগী শকওং মবী লৈ।

মদুদি ব্রহ্মা, কাল, রুদ্র অমসুং বিষ্ণু। মবী অসিগী ঙাকলৌদি শিবনা ওই। শক্তিগী তুংনফমসু শিবনা ওই। ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং রুদ্রদগী শিবনা তোপ-তোপ্পা মশক ওইনা লৈ। ভাগবান শঙ্করদি মশিং থিঙমদবা ব্রহ্মাণ্ড ক্রোর কয়াগী মপুনি। ঈশ্বর মায়ানা তিনশিনখিবা মতমদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং রুদ্র ওইরকই। ভগবান শঙ্করগী য়াথং মতুংইন্না ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং রুদ্রদগী মথংশিংনা রজ, সত্ত্ব অমসুং তমঃ গুন অহুম অসি থোকলকই। দেবতা অহুম অসি পুন্না থবক তৌমিন্নৈ, অমগুনি, খেন্নদে। রুদ্রনা পরম শিবগী থাক্তি য়ৌদে। (লোর্ড শিব অ্যাণ্ড হিজ ৱার্শিপ)। তোঙান তোঙানবা থবক থৌরমগী মতুংইন্না রুদ্রগী মশিং তরামাথোই শুররসু রুদ্রদি অমগুনি।

লিঙ্গগী মনুংদা শিব লৈ হায়না হায়না পঞ্জখ্রে। শিব হায়রিবসি কনাবুনো? "শি" হায়বা শব্দ অসিগী নুংগী ওইবা অর্থ কারিনো? "শিব" হায়রবসি "বসতি" (মঙাল পীবা) হায়বা ৱাহৈ অদুদগী থোকলকই। অদুনা "শিব" হায়বা খোল্লোক অসিনা পুরিবা অর্থদি "ঐ" হায়বা ৱাখলগী ইহুন, জ্ঞানগী মঙাল অমা অহানবদা ফাওহল্লক্লিবা অদুবু খঙনৈ। অদুগা মঙাল অসিনা অমুক জগৎ সংসার অসিদা চংদুনা লৈরিবা অদুবুসু খঙনৈ। "শিব" হায়বা শব্দ অসি অমুকসু "শিন" হায়বা মূল অসিদগী থোক্লকই হায়। "শিন" গী অর্থদি তুম্বা নত্রগা মং মংবসু খঙনৈ। অদুনা মতাং অসিদা "শিব" গী অর্থনা পিরিবদি জীবদা অবিদ্যা (মায়া) না য়োমশিল্লগা অমম্বা থোকহল্লিবা অদুবু কোকহনববু খঙনৈ। মাগী নাম শোল্লগা পুম্নমক্কী থম্মোয়বু শেংদোকপীবা মহাকপু "শিব" কৌই। (বিষ্ণু সহস্রনাম ৬০০)। ব্রহ্ম বৈবর্ত পুরাণ, ব্রহ্মকাণ্ড, অধ্যায় ৬, শ্লোক ৫০ দা "শিব" হায়বা শব্দ অসিনা মঙ্গলবু খঙনৈ। মঙ্গল অদুনা মরম ওইরগা মোক্ষ ফংহল্লি। কনাগুম্বা অমনা "শিব" হায়বা নাম অসি মচিন্দা শোঞ্জবা মতমদা কল্যান ওইবা নত্রগা মোক্ষ ফংই। মরম অসিনা মহাদেববু "শিব" হায়না খঙনৈ। "শিব" হায়বা শব্দ অসিদা ময়েক অনী য়াওরি। "শি" হায়বা মযেক্না পাপশিং কোকহনববু খঙনৈ; অদুগা অতোপ্পা মযেক "ব" না মুক্তি পীরিবা মহাক

অদুবু খঙনৈ। মবম অসিনা শিববু কল্যান পীনবিবা অমসুং মুক্তি পীবিবা হায়না খঙনৈ। 'শিব' হায়বা নাম অসিবু অসুম্নসু অমুক হল্লি– 'শ' ময়েক্লা মতম পুম্বগী ওইবা নুংঙাইবা (আনন্দ) বু খঙনৈ। 'ি' ময়েক্লা পুরুষ (হৌবকপদগী লোয়নবক্লবা নুপাগী শক্তি) অদুগা 'ব' ময়েক্লা শক্তি (য়েলহৌঙেদগী লোয়নবক্লবা নুপীগী শক্তি) বু খঙনৈ। ময়েক অহুম অসিনা তিনশিন্নবগা খোইথুম্নববা খোম্লোক অমা থোক্লকপবু 'শিব' কৌই। 'শিব' অতোপ্পা অর্থ অমনা তক তকবা, পাপ নুং চেন্দববুসু খঙনৈ। (সুত ঋষিগী ব্যাখা)। "শিব" হায়বা নাম অসিবু মতম পুম্বদা শোঞ্জববদি মহাক্লা মপোক কয়াদা তৌবকপা পাপশিং লোয়না কোকই। (ব্রহ্ম বৈবর্ত পুরাণ, ব্রহ্ম কাণ্ড, অধ্যায় ৬, শ্লোক ৫৩)। কনাগুম্বা অমনা "শিব" হায়বা নাম অসি শোল্লগা হুব হোন্দোক্লকপা কান্দা মপোক কযাদা তৌখিবা পাপ পুম্নমক লোয়না কোকই, অদুগা মুক্তি ফংই। (ব্রঃ বৈঃ পুঃ, ব্রহ্ম কাণ্ড, অধ্যায় ৬। ৪৯)। কনাগুম্বা নলগৈগী মপু অমসুং, নক্লবা মবিমতা ওইবনা অৱাবগী চৈথেং নংলবা কান্দা "শিব" হাযবা নাম অসি শোল্লবদি শোইদনমক মঙ্গল ওই। (ব্রঃ বৈঃ পুঃ, ব্রহ্ম কাণ্ড, অধ্যায় ৬। ৫৩) "শিবম" অমসুং "সম" হায়বা ৱাহৈ অনি অসি ইমান মান্নে। চাকুবীবা ললকুবীববু খঙনৈ। মহাদেব হায়বা নাম অসি মচিন্দা অহুমলক শোনবা কান্দা মবাইবক ফংলমদবা পুম্বা লোয়না মাংখি। বিষ্ণু সহস্রনামদা অসুম্না হায়বি– "শিব" হায়বা নামসি কনাগুম্বা অমগী মচিন্দা হেক শোঞ্জবদা মঙ্গল ওইবা হেক্তা পীনবিবা অদুবু "শিব" হায়না খঙনৈ। পৱাশম ভত্তবগী বিষ্ণুসহস্রনামগী ভাষ্যদা "শিব" গী অর্থবু অসুম হায়না হল্লি-সংসাবগী মনুংদা লৈবগা নুংঙাই য়াইফবা তান্নবিবা অমসুং মুক্তি ফংনিংদুনা হোৎনবিবা মীওইশিংদা মঙ্গল পীনবিবা অদুবু "শিব" কৌই। মায়াগী থৌবীনা জীববু পুনশিন্দুনা থম্ববু "শিব" হায়না খঙনৈ। অদুগা মায়াগী লাংদগী জীবশিংবু নাম্থোকহনববুসু "শিব" হায়না খঙনৈ। (সংসাব মোক্ষ স্থিতি বন্ধ হেতুঃ)। কনাগুম্বা অমনা মচিন্দা ময়েক অনীনা শাবা "শি" "ব" হায়বসি শোল্লবদি মহাক মীওইবগী শকওংদা

রুদ্র ওইবে। (স্কন্দ পুরাণ ১। ১। ১৯, ২২)। "শিব" হায়বা শব্দ অসিনা অহৌবা, অবোইবা লৈতবা, মাংবা নাইদবা "সৎ-চিৎ-আনন্দ" ওইবা মহাকপু খঙনৈ। "শিব" হায়বা খোন্থোক অসি ইচম চম্মী, নুংশিবা ফাওই, শান্তি ফংই। "শিব" হায়বা শব্দ অসি শিব মশামক্তি। শিবগী শকওং অসি অচুম্বা, ফজবা, অফবা অমসুং নুংঙাইবা হায়বা অদুগী মশক্তি। শিব-বু সত্যম, শিবম, সুভম, সুন্দরম, কান্তম হায়।

খুৎশেমগী মমাংদা লৈবম্বসু শিব-নি, খুৎশেমগী মনুংদা লৈবিবদুসু শিবনি, অবোইবদা লৈহৌগদবা অদুসু শিব-নি, শূন্য ওইববা কান্দসু সদাশিব-দি অদুম লৈ। (কোটি রুদ্র সংহিতা ৪২। ২০)। শিব-বু মহাদেব কৌই। মবমদি-দেবতাশিং, ঋষিশিং, অসুরশিংদা য়াওবিবা তেজ অদুদগী শিব-গী তেজনা পূমহেন হেল্লি। (বায়ু পুরাণ ১০। ৬১)। মাগী মিংচৎ মঙালনা দেবতাশিংদগী, পাঙ্গলনা অসুরশিংদগী, জ্ঞান্না ঋষিশিংদগী, যোগনা ভুত্তশিংদগী হেল্লি। মহাকপু লাইশিংগী লৈই। ("দেব দেবেশ") হায়না খঙনৈ। (বায়ু পুরাণ ১০। ৬২, ২৩। ৯৮ ৯৯)। মহাভারতগী মনুংদা ভগবান শঙ্করনা খ্বাযদগী হেন্না চাওবা লাইগী মশক্তি হায়বদু উৎলি, অনুসাসন পর্ব্বদা শ্রীকৃষ্ণমক্না শিবগী মতিক মগুণ থাই। শ্রীমদ্ভাগবতকী স্কন্দ মরীদা লাইযামশিংনা দক্ষ মাংহনখ্রবা মতুংদা শিবগী মতিক মগুণবু শক শোল্লি। পুরুষ সূক্তেদা শিব-বু নবায়নগা মান্নবগী থাক্তা থম্মী। মসিগী মথক্তা লাই পুম্নমক্কী খ্বাযদ্গী অহল ওইবা লাই ("দেবা নাম জ্যেষ্ঠঃ) হায়বদু শিবনা ওই। (বায়ু পুরাণ ১৫। ৯)। দেবতাশিং, পিতৃশিং, দানবশিংনা ঈশ (মহাদেব)বু খুরুম্মী। মবমদি- মখোয়না "কাল" কৌবা লাই অসিবু য়াম্না কি। (বায়ু পুরান ৩২। ৩৫)। শিবগী মমিং "শঙ্কর" হায়নসু খঙনৈ। শঙ্করবু শম্ভু হায়না কৌই। মবমদি-মঙ্গল (কল্যান) হায়বসি শঙ্কর ভগবান্দগী ওইবকপা ঙাক্তেনি। কল্যান অসিনা মমৈথংদা মুক্তি ফংহল্লি। জগৎ সংসার অসি শম্ভুনা য়োমশিন্দুনা লৈ। (স্কন্দ পুরাণ ১। ১। ১০। ১৪-১৫)। জ্ঞান্নিশিংনা শঙ্করবু য়াইফ নুংঙাই পীনবিবা লাইনি হায়। পুম্নমকপু য়োকপী

থাকপী হাযদুনা মহাক্কী মমিং "সর্ব" হায়নসু খঙনৈ। "শম্ভু" হায়নসু খঙনৈ। মবমদি-- মঙোন্দগী চেতনা (Conciousness) হাযবসি পোকহল্লকই। (অগ্নি পুবাণ ৩২৭। ১৫। ৬৭)। "শিব"না মহেশ্বব হায়বা মিংথোলস ফংই। "মহেশ্বব" কৌরবগী মবমদি জগৎ সংসাব অসিদা লৈবিবা জীবশিংগী অমসুং ভ্রান্তিশিংগী মবুংঙো ওইবদগী শিববু মহেশ্বব হায়না খঙনৈ। (অগ্নি পুবান ৩২৭। ১৫। ৯)। "শিব" বু "হব" হায়নসু কৌই। "হব" হাযবসি অশিবগী লাই (God of Death) বু খঙনৈ। অশিবা মাংহনবা অরাব কোকহনববুসু খঙনৈ। জীবগী মশাদা লৈবিবা অবিদা অদুবু কোকহল্লি হাযবদগীসু "হব" কৌই। 'হব' হাযবা ৱাহৈ অসি "ক্রু" হায়বা মুল অদুদগী লৌথোক্লগা "অতি" হায়বসি "হব" দা হাপচিল্লগা "হবতি" ওইবকই হাযবদি মহাক্কা ফত্তবা পুম্বা লৌথোকই। অদুনা "হব" শব্দদা তাক্লিবদি প্রলযগী মতমদা জগৎ ব্রাহ্মণ্ড পুম্বা অসি মহাক্কা লৌশিল্লি হায়বনি। নিদ্রা দেব (তুম্বগী লাই) যোগেশ্বব (যোগ পুম্বগী মপু) হায়বসিসু শিবগী মমিংনি। মৃত্যুঞ্জয় (অশিববু জয় তৌবা) তৎপুরুষ (মালং অতিয়াদা মনিং তৌনা ফম্বাল তোংদুনা লৈবা অমসুং অচৌবা লাই)। অঙাংবা শম্লাংগী জোটানা শিবগী কোক্কী লৈতেং ওই। অদুনা শিব-বু "কর্পদ" হায়না খঙনৈ। মদুগীদমক শিববু "কপর্দী" হায়না কৌই। শিব-বু অগ্নিনিসু হায়। মহাক্কী মমিং অহুম পাল্লি, অহুমশুবা মিংনা লাইবক্তা মৈগুম্না চাক্রুনা লৈ। মসিনা মবম ওইদুনা শিব-বু "ত্রিনেত্র" হাযনা কৌই। "ফালনেত্র" সু কৌই, "অগ্নিলোচন" হাযনসু খঙনৈ। পুম্নমকপু মাংহনবগী থবক অসি শিবগী ওইবনা শিব-গা মৈগা মবি লৈফম থোকই। পুম্নমকপু মাংহল্লিবা শিব-না মখুত্তা মতম পুম্নমক্তা সূল পায়দুনা চৎলি। শিবগী অতোপ্পা খুৎলাই অমনা পিনাক কৌই। অদুনা শিব-বু "পিনাকপানি" (মতম পুম্বদা মখুৎশিংনা পিনাক পাযবা) হায়নসু খঙনৈ। মতাং অসিদা পঞ্জনিংবা অমনা শিবনা পায়বিবা পিনাকী অসি শ্রীকৃষ্ণগী মুবলী শাখিবা ৱা-গী মতাং তবেং শুবনি। ৱাবীদি অসিনি-- ব্রহ্মানা যজ্ঞ তৌই। যজ্ঞদগী বেনু বৃক্ষ ওইনা ৱা (শীংনাং) গী

শাগৈদা চংলগা পোকলকই। পোক্লকপা মতমদা মতাং কুনমঙা পাল্লকই। অদুবু ব্রহ্মানা মতাং মাপল, তবেৎ, মঙা অমসুং অহুম থোক্লা ককথংলক্ষ্মী। মতাং মাপল পানবা মকক্লা ব্রহ্মানা শাবঙ্গ ধেনু শাবে অদুগা শ্রীবিষ্ণুদা কৎলে। মতাং তবেৎ শুবনা পিনাকী শাবগা ভগবান শঙ্কবদা শিন্নখ্রে। মতাং মঙাশুবগী খুৎকক অদুনা ব্রহ্মানা কোদণ্ড শাবগা ইন্দ্রদা পীবে। মতাং অহুম শুবগী মকক্লা শাবা গান্দিব-না অর্জ্জুনা পায়বিবদু ওইবে। অদুগা লেমহৌবা মকক মতাং অমা পানবা অদুনা মোহন মুবলী শাবগা শ্রীগোবিন্দদা কৎলে। (ব্রহ্মণ্ডপুবাণ)। শিব-বু ভুতেশ্বব (ভূত, প্রেত্ত) গী মপুনি হায়নসু খঙনৈ। নিদ্রাদেব (খোমলেন ভুমখুল হুনবগী লাই) হায়নসু খঙনৈ। যোগেশ্বব (যোগশিংগী মপু) হায়নসু কৌই। অশিববু জয় তৌবা লাই (মৃত্যুঞ্জয) নি। কামগী মপু ওইবা কামেশ্ববনি। থব্রায় পানবা জীবশিংগী মবুংঙো পশুপতিনি। নুংঙাইবগী ঈথিল থম্মোযনুংদা ফাওহনবা জগোই হৈবা নটবাজনি। জ্ঞান, মঙালগী মপু মহেশ্ববনি। পূম্নমকপু পুমখঙ খঙবা (সর্বজ্ঞ) বিদ্যা তীর্থনি। অচৌবা লাই মহাদেবনি। শিবগী কুচসু ভৌই, অদুগা মাগী শাদোং শল্লাবগী মচুসু ঙৌই। অঙৌবা মচুনা ধর্ম্ম হায়বা মশক অদুনি হায়বা তাকই। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি মাংহলকপা মতমদা শিব-না ধর্ম্ম কাযদনা চখে হায়বা তাকই। শিবগী মখুৎ অনী, মবি, নীপাল অমসুং তবাসু পাল্লি। খুত্তা পিনাক পায়বতা নত্তনা খটভাঙ্গ কৌবা চৈতুপ, অজগব কৌবা লিকং, শজি, মালা, মীগী কোক্কী শক লুকং, ডমক অমসুং অতৈ অতোপ্পা অশেংবা পোৎশকশিংসু মখুত্তা লোয়নৈ। আদি গুরু নত্রগা বিজ্ঞান মখল কয়াগী গুরুনি। পল্লেপফম লৈতবা অদুগী ব্রাংমগী ব্রাংমদা লৈবনি; উপনিষদশিংনা পবাৎপব হায়না খঙনবিবদু শিবনি। অশিববু জয় তৌবা মৃত্যুঞ্জয় হায়না খঙনবা অদুমক তশেংনা ইবুংঙো মহাক্নি। ইবুংঙো মহাক্না মাগী ভক্ত মার্কণ্ডেয়বু অশিবগী খয়াত্তগী নাম্বোকহল্লি অদুগা অমর ওইবা পীনবি। মহাক্কী ভক্ত খশভগী মচা নুপাবুশু অশিবগী মখয়াত্তা তাকরবদগীসু মহাক্কী যোগ শক্তিনা অমুক হন্না হিংহল্লি।

অবোইবা নাইদবা মতমগী য়াওনগুম শিব-গীসু অরোইবা লৈতে। যুগ কয়া, চহি কয়া, পূংজা কয়া, মিনিট কয়ানা তপ্ন-তপ্না অবোইবা নাইদবা মতমগী ঈবোয়ুংদা লুপশিনখি। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু উংহন্দুনা থল্লীবা মতম কৌবা লাই অদু শিবনি। অদুনা শিব-বু কাল পুরুষ নত্রগা মহাকালি হায়না কৌই। নুংঙাইবগী হৌবকফম জ্ঞানগী হৌবকফম, তাইবংপানবগী হৌবকফম মক শিব-না ওই। তাইবং খুৎশেমগী অফ নুংঙাইনবগীদমক শিব-না তপ তৌদুনা লৈ।

ভুতশিংগী মবুংঙো, ভূতনাথ ওইনা শিবগী খোঙমী লাম্নীশিং অসি ভূত, পিশাচ অমসুং প্রেতনচিংবনা ওই। কবিগীদমক মখোয়শিং অসিনা শিব-গী খোঙলোয় ওইবিবনো হাযবগী মবমদি ধর্ম্ম কায়বা, শাথি তমথিবা কাংবুশিংবু কিহন্নবগীদমক অমসুং কিবদগী মখোয়না অচুম্বা লম্বীদা খোঙ থাংজিল্লক্লবনি। কবিগুম্বা মখোয়না অহনবা লৈত্রবদি মখোয়না তৌরুবা ফত্তবা কর্ম্মগী ফলশিং চাদুনা লৈবা তাবনি।

শিবনা রুদ্র ওইনা মাংহন-তাকহন্নবগী রুপ লৌবকপা কান্দা তাইবংপান অসি পুম্মাং মাংহল্লি অদুগা ইনৌ নৌনা জগৎ ব্রাহ্মণ্ড অসি পুথোক্লকই। অসুম্না তৌবা অসিনা অবোইবা অবেপ্পা নাইদনা চথে, শ্বব হোন্দোক হোপ্পিন তৌবগী মতৌগুম্মী। শিবগী মাংহন্নবগী শকলোন্দা নোংশানা খোংবগী মতৌগুম্না অখাক অবাওবগা লোয়ননা অতিয়াদা নিন-খোংই, মরক মবক্তা নোংথাংগী মঙাল্তনা পূমলং লংই, জীব খুদিংমকপু কিহল্লি।

শিবনা অনুগ্রহ মূর্ত্তি, সংহাব মূর্ত্তি, ভিক্ষাতন মূর্ত্তি (সন্ন্যাসী) নৃত্যমূর্ত্তি অমসুং মহেশমূর্ত্তি (ভগবান ওইবগী) লৌদুনা লৈ।

হৌঁ ময়েক্লা শিবগী বীজ অক্ষব (Seed Syllable) নি। শিবম (মঙ্গলগী মশক), সুন্দবম (ফজবা), কান্তম (মঙাল), সত্যম (অচুম্বা), সৎ-চিৎ-আনন্দ (অচুম্বা, নুংগী জ্ঞান, নুংঙাইবা) সাক্ষী (পূম্নমকপু

য়েংবা), স্বয়ং প্রকাশ (মশা মতোমতগী মঙাল্লা পুমলং লংবা), স্বয়ম্ভু (মতোমতা পোকচবা) পরি-পূর্ণ (মপুং ফাবা) জগৎ-গুরু, অভয়ম (অকিবা লৈতবা) অমসুং অমৃতম (অমর) নি।

শিবনা লাইয়ামশিংগী লাই ওইদুনা লৈ। অদুনা শিববু মহাদেব নত্রগা মহেশ্বর হায়না খঙনৈ। শিবগী মমিং লীশীং অমা লৈবগী মনুংদগী মমিং খর অসিসু লৌখৎচগে। মমিংশিং অদুদি– হরা (অরাবা কোকহনবা), কৈলাশ বাসী (কৈলাসতা লৈবা), ভূতনাথ (ভূথশিংগী মবুংঙো) জগৎপতি (তাইবংপানবগী মপু) পার্বতী পতি (পার্বতীগী মবুংঙো) গঙ্গাধর (কোক্কী জোটাদা গঙ্গা পুবা), জোটাধর (জোটা পুবা), চন্দ্রশেখর (কোক্তা থা-না লৈতেংবা) জোটা অমসুং থা-না কোক্কী লৈতেং ওইনা পুই। অসিনা মরম ওইবগা শিব-বু গঙ্গাধর অমসুং চন্দ্র চূড হায়নসু খঙনৈ। কপালী (খুত্তা মী মকোক পায়বা), নিল লোহিত (অশংবা ঈ চেনবা), ত্রিলোচন (মিৎ অহুম পানবা), নিলকন্ঠ (ঙকশমদা শংবান্নবা মচুনা লৈতেংবা), ত্রিশুলধরি (ত্রিশূল পায়বা), ডমরুধর (পুং পায়বা), কাল-কাল (অশিববু মাঙহনবা), ভোলে বাবা (ইচম চমজবা), অশুতোষ (খুদক্তা পেনহনবা ঙম্বা) অবধয়দানী (অপাম্বা খুদক্তা পীনবিবা), জগৎপতি, জগৎ গুরু, উমা শঙ্কর (উমাগী মবুংঙো), গৌরী শঙ্কর (গৌরীগী মবুংঙো); গোপেশ্বর, পরম শিব, দিগম্বর, ভৈরব, দক্ষিন মূর্ত্তি, এ্যম্বক, জ্যোতিরময়, বিশ্বনাথ, অর্ধনারীশর, চিদানন্দময়নচিংবনি। মী মকোক্কী তুম্বানা লৈ পরেংগী মশক ওইনা ঙকশমদা থোল্লি। কৈগী মউলনা ফিজোল ওই, শামুগী মউন্না কম্বলগী মতৌগুম শিজিন্নৈ। লিলশিংনা হকচাং পুম্বগী লৈতেং ওই। পোৎশকশিং অসিনা কবম্না শিব-গী মচাক মরল ওইখিবনো হায়বগী মতাংদা পুরাণগী ওইবা রারী কয়াসু লৈবি। শিব-না চাক্লিবগী শকওং লৌবগা চৎপদা ঋষিশিংগী পতনীশিংনা উকবা মতমদা থম্মোয়নুংদা কামগী চৈথেং ফাওবম্মী। মদুদা ঋষিশিংনা শিব-দা শাওবম্মী, শিব-বু হাৎলগা লোয়বে হায়না খল্লম্মী। মখোয়না লৈপাক্তা কোম অমা তৌথোক্লম্মী। মদুদগী কৈ

অমা চোংথোক্লম্মী। শিব-না কৈ অদু হাত্তোক্লম্মী অদুগা মাগী মউন্না শিব-গী ফিজোল ওইবম্মী। কৈগী মথংদা শজি অমসু কোম অদুদগী থোক্লক্লম্মী। শিব-না ফাবগা মখুৎ ওইনা পায়শিল্লম্মী। মথং তাবদা কোম অদুদগী মৈ ভাংনা ইক্রুবা মতুম তাবা যোংচৈ অমা থোক্লক্লম্মী। মদু শিব-না খুৎলায় ওইনা মখুৎশিংনা পায়বম্মী। অবোইবদা লিল-শঙ্খ শঙ্খ কোম অদুদগী থোক্লক্লম্মী। শিবনা লিলশিং অদু ফাবগা হকচাংগী লৈতেং ওইবম্মী। কবিগুম্বা থৌদোক অমদনা গয় কৌবা হিংচাবা অমনা শামু অমগী মশক লৌবগা মুনিশিংবু কোয়ভান তান্নবম্মী। মুনিশিংনা মথায় কনবিনবগীদমক শিবগী মফমদা চংজফম লৌজবম্মী। শিবনা চোংথোক্লক্লগা শামু অদুবু হাৎলম্মী অদুগা মাগী মউল অদুনা হকচাংদা থোলম্মী। শিব-না লিলশিং অদুবু না-দা লাযিন ওইনা য়ানবদগী মাগী মমিংবু "নাগকুণ্ডল" হাযনা খণ্ডনৈ। শিব-গী লৈতেংগী মশক ওইনা শিজিন্নবিবা পোৎশকশিং অসিগী নুংগী ওইবা ভাব মথংদা নৈনজবকখিনি।

তাইবং পানবগী খুৎশেম ওইবক্লবগী ওইবা মব অদু শিবনি। য়াম্না কুপ্পা শকওং লাকপা ভুমদবা মথং মথং অহোংবা থোকহল্লক্কদবা বিন্দু অদুনি। শিব-বু বামদেব ( ওইথংবা লাই নত্রগা খ্বাযদগী মশক ফজবা) হায়নসু খণ্ডনৈ। থম্বাল লৈনা লীশীং অমা পানবা সহস্রবাব চক্র হায়বা কোক্কী থোপকী শকক্তা কুণ্ডলিনিগী মবুংঙো ওইনা মতিক মঙাল চাওনা ফুদোক্কুনা লৈ। পেনবী হৈবা লাই ভোলানাথ হাযনসু খণ্ডনৈ। মতম পূম্নমক্তা নুংঙাইদুনবা অমসুং অযাম্বা মতমদা সমাধিদা লুপশিন্দুনা লৈ। খজিক্তং নিংজবা হৌবকপদা হেক্তা পেনবী। মহাক্কী ভক্তশিংনা নিংজবা খুদিং লেম্না খক মাংহনবিদে, বব হেক্তা পীনবী। মহাক্কী থম্মোয় অসি ইচম চম্মী হায়বসি মহাক্কা ভম্মা সুবদা বব পীথোক্লুবদগী খঙবা ঙম্মী। মহাক্কী ইচম চম্বা, লৌথুপ-লৌকোয় লৈতবদগী মহাকপু ভোলানাথ (ইলায় লায়না পেনহনবা য়াবা ঈশ্বব) হায়না মাগী নিংজবিবশিংনা মিংথোল্লি। মহা-তান্ত্রিক অমসুং মহা যোগীনি। শিব হায়বা শব্দসি সংস্কৃততা "নশা কান্তী" হায়বা

ধাতুদগী ওইবকই হায়। পূম্নমক্কা থৌবাংনা পান্নবা মহাকপু "শিব" হায়না খঙনৈ। পূম্নমক্কা অমাংবা নাইদবা আনন্দ অদুবু পাম্নৈ। শিবনা মাঙবা লোইবা নাইদবা হিংদুনতা লৈবগদবা আনন্দগী মশক ওইবনা "শিব" বু খায়না পাম্নৈ। আনন্দ অসি লৈববা কান্দা লোইবা নাইববোইদবা শান্তি অদুসু লৈ।

"সদা শিব" হায়বগনা কবিবু খঙনৈ ? মতম পূম্নমক্কা মঙ্গল ওইদুনতা লৈববু "সদা শিব" হায়না খঙনৈ। "সদা শিব" বু কবিগীদমক মতম পূম্নমক্কা মঙ্গল ওইদুনতা লৈ হায়বিবনো হায়না হংলকপা য়াই। জীবনা ঙহাল মপোক্কী তৌবকপা কর্ম্মগী ফল মতুংইন্না প্রলয়গী মতুংদা কবি শকওং লৌগদবগে হায়বদু ঈশ্বরনা তাকই। ঈশ্বরনা জীবগী শকওং অমা প্রলয়গী মতুংদা ওইবক্কদবা অদু হান্নবা যাত্তুনা থমখ্রবসু সদা শিবনা মাগী সাত্ত্বিক গুন্না মবম ওইবগা জীববু য়াম্না নুংশিবগা লোয়ননা প্রলয়গী মতম লোইববা মতুংদা মানা মানা পামজবা মওংদা মখোযনা অমুক পোকচবা য়ানবা হোংনবি। অদুনা মহাকপু "সদা শিব" মতম পূম্নমক্কা মঙ্গলগী মশক্তি হাযবিবনি।

হায়বিবা ব্রাফম অসি অসিনি– প্রলয় লোইববদা পূম্নমক্কী মপু ওইবা মহাক্না অমুক লৈশেমনিংলম্মী। মতম অদুদা ইবুংঙো মহাকপু "সদা শিব" হায়না খঙনবে। লৈশেম খুৎশেম্বগী হৌরকফম মক ইবুংঙো মহাক্না ওইবে। সদা শিবদগী তাইবংপানবগী শকওং থোবক্লে। মনু স্মৃতিনা "সদা শিব" বু স্বয়ম্ভু কৌই। সদা শিবনা মশাগী শকওং ফোংদোক্কনা লোৎশিল্লগা লৈ। প্রলয়দগী ওইবকপা তমসবু মাংহল্লগা মশা পূম্বসি ফুদোংলবা মঙালগী মশকুম ঙাম্থোবকই, মহাভূত মঙাবু পোকহল্লকই। শিব পুরান্না হায়– শিবদি প্রকৃতি অমসুং পুরুষ অনীগী মথক থোংবা ওইনা লৈ। শিব মহেশ্বরনি। মহাশক্তি সাক্ষিনি, ফনবা খনবনি, জীব পূম্নমকপু য়োকপীবা মহাক্নি। গীতানা হায়– "উপদ্রস্তানুমন্তা চ ভর্ত্তা ভোক্ত মহেশ্বর ঃ (গীতা ১৩।২২) মহেশ্বরনা খুৎশেমগী থবক অসি মহাক্কী অনিংবা, অপাম্বগী মতুংইন্না পায়খৎলি। শ্রুতিনা হায়– "ময়মতু প্রকৃতিম বিদ্ধি ময়িনম তুমহেশ্বরম"। প্রকৃতি

হায়বিবসি মায়াবু খণ্ডনৈ; অদুগা মহেশ্বর হায়বনা মায়া নত্রগা প্রকৃতিবু পায়শিল্লিবদুনি। শিবগী শক্তিনা তোঙান তোঙানবা মওংদা লপ্পী অনী থোক্লা য়াংথোকই– মূল প্রকৃতি অমসুং দৈবি প্রকৃতি। মূল প্রকৃতিনা অপবা প্রকৃতিনি। মঙোল্দগী ভূত মঙা অমসুং মিংনা উবিবা পোংশকশিং অমসুং অন্তঃকরণ পোকলকই। পরা প্রকৃতিনা চৈতন্য শক্তিনি; অপবা শক্তিবু মশক ওন্থোকহল্লগা মশক মমিং শকওং নাইনা পোকহল্লকই। অপবা প্রকৃতিনা অবিদ্যা কৌই অদুগা পরা প্রকৃতিনা বিদ্যা কৌই। প্রকৃতি অনী অসি শিবনা খুদুম চলশিল্লগা থম্মী। জগৎ সংসার অসি শিবদগী থোরকই। শিব লৈবনা পূম্নমক হিংদুনা লৈবা ঙম্মী। অরোইবদা শিব-দা তিনশিনখি। গ্রখম্বা নাইদবা মতমসু শিবনি।

ব্রহ্মাদগী হৌরগা অতৈ দেবতাশিংনা শিবগী গোত্র অমসুং শাগৈ মশক খণ্ডদ্রে। শিবগী গোত্র অমসুং শাগৈ হায়বসি "নাদ" (অশেংবা খোন্থাং – Divine Sound) দনা ওই। শম্ভু, "নাদ" অমত্তনি। মুণ্ড পুরাণ ১। ১। ৩১-৩৯ দা শঙ্করনা হায়– ঐহাক্না সংসার অসিদা লৈবিবা অচৎপা অমসুং চত্তবা জীবশিংগী আত্মাদা মতম পূম্বদা লেংদনা লৈ। যোগ-গী ধ্যান্দা লুপশিন্দুনা লৈববা কান্দা ঐহাক্না মখোয়গী থম্মোয়দা পূক্লিংগী ঈহুল অদু ফাওনদুনা লৈ, অতৈ অতোপ্পা অমত্তনা মরক থত্তনা লৈ। স্কন্দ পুরাণগী বুক ১। ১। ৩২, ৯৪-৯৫ দা কাল হায়বা লাই অদুনা হায়– মপোক কয়াবক হন্না হন্না পোক্লবা মতুংদা বুদ্ধি চংখোল্লবা জ্ঞান্নিশিংবু শিব-দা শ্রদ্ধা, ভক্তি পোকহল্লি। অদুনা শিব-বু মপোক লাংওন খুদিংদা ঈড়াৎ পূজা তৌগনি। কোটিরুদ্র সংহিতা ১৯। ২০ না হায়– ব্রহ্মাদগী হৌরগা মিংনা উরিবা পূম্বা অসি শিব মশামক্তি। মশক তোঙান তোঙানবা ওইনা উবিবশিদি শেংদবা শকওংনি। খুৎশেম হৌদ্রিঙৈগী মমাংদসু শিব লৈ, খুৎশেমগী মযাই শূন্য ওইববা কান্দা লৈহৌবিবসি সদা শিবনি। বায়ু পুরাণ ২৩। ৯৪ না হায়– কনাগুম্বা অমনা শিব তত্ত্ববু মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈ হায়না উবা ঙম্লবদি মহাক শোয়দনমক শিবগা মশা অমত্তা ওইগ্রগনি। মাংবা লৈত্রবা শ্রুতিনা

হায়– "ঈশানঃ সর্ব বিদ্যা নাম"। মসিনা তাক্লিবদি বেদশিংবু পুথোকপা অমসুং বেদশিংগী মপু হায়বসি শিব-না ওই। (কোটিরুদ্র সংহিতা ২৩)। লাই পুম্নমক্কী কোকলেন ওইবা শিব-না বিদ্যা পুম্নমক্কী, কলা, যোগনচিংবা অতৈ অতৈশিংগী ওঝানি। হৌখিবা মপোক্তা লাই ওইখিবা ইপা-ইপুশিংগী গুরুসু শিব-না ওইখি। (পাতঞ্জল যোগ দর্শন কৈবল্য পাদ ৩৪)।

শিবদগী ঋষি তবেৎ, দেবতাশিং অমসুং পিতরশিং লোয়নমক পোক্লকই। (বায়ু পুরাণ ৩২। ৫)। শিব-বু "স্থানু" কৌই। মরমদি– মহাক্না সৃষ্টিগী থবক লোইববা মতুংদা প্রলযগী মতম য়ৌবক্লি ফাওবা কবিমত্তা লেংদনা লেপ্লুনা লৈ। (বায়ু পুরাণ ১০। ৫৯)। যোগ অমসুং কালগী শেম্নীবা মপুসু মহাক্নি। (বায়ু পুরাণ ৩২। ৭-২৬)। শিব-না দেবতাশিং অমসুং ঋষিশিংগী মফমদা হায়– ব্রহ্মাদি কৃত্ত যুগ (সত্য যুগ) তা খুরুম্লে, যজ্ঞনা ত্রেতা যুগতা, বিষ্ণুনা দ্বাপর যুগতা খুরুম্লে। অদুগা শিব মশামক্তি যুগ যুগ খুদিংমক্তা খুরুম্লে। (বায়ু পুরান ৩২। ২১)। কল্প খুদিংদা মহাদেবনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শেম্মী। (বায়ু ৭।৭২)

জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু শেম্নীবা যোকপীবা অমসুং মাংহনবসু মহাক্নি। মমাংদসু পনখ্রে, মার্তোন্দগী ঋষি তবেৎ, ইন্দ্রশিং, দেবতাশিং অমসুং পিতরশিং পোক্লকই। (বায়ু পুরাণ ৩২। ৫) চীংজাওশিং, তুরেলশিং অমসুং সমুদ্রনচিংবগী হৌবকফম মরুসু শিবনা ওই। (বায়ু ২৪। ৯৬-১০০)। মহাকপু স্থানু কৌরুবগী মরমদি মহাক্না জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শেম্লবা মতুংদা তুমিন্না লেংবা ওৎপা তৌদনা তাইবংপান অসিগী মাংগদবগী মতম য়ৌবরুবা ফাওবা লেপ্লুনা লৈ। (বায়ু ১০। ৫৯)। মহাক মশামক্লা হায়– যুগশিং অমসুং কালবু শেম্বা মপু অদু মহাক্না ওই। (বায়ু ৩২। ৭-২৬)। শিববু জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী অমসুং মবোল অহুমগী মপুনি হায়না তোয়না পম্লে। (বায়ু ১। ১, ৩০। ২৮১, ২৮৭)। বায়ু পুরাণদা পল্লিবা লাইয়ামশিংগী মনুংদগী শিব-না ওইরিবা থাক অসি ব্রহ্মা, বিষ্ণুগা শিবগা লৈনবা মরিদগী খণ্ডবা গুন্মী। দেবতাশিং অমসুং ঋষিশিংনা মমায় মরী পানবা কাল কৌবা

লাইবু য়াম্না কিবন্মী। অদুনা মখোয়না কালগী খয়াত্তা তাদনবগীদমক শিব-দা চংজবন্মী। শিবনা মখোয়দা কালগী অশেংবা পবিচয় অদু তাক্লন্মী অদুগা হায়- ব্রহ্মাবু কৃত যুগতা নিংই, যজ্ঞনা ত্রেতা যুগতা, বিষ্ণুনা দ্বাপবদা অদুগা মহাক মশামকপুদি যুগ খুদিংদা নিংনৈ। (বায়ু ৩২। ৭-২৬)। ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণুনা পুন্না শিববু খুকমজবন্মী। মদুদা শিব-না পেল্লদুনা বব অমা পীবন্মী। শিবনা হায়বন্মী-- ব্রহ্মানা শিবগী যেৎথংবা পাম্বোমনি অদুগা বিষ্ণুনা মাগী ওইথংবা পাম্বোমনি। তশেংবা খুৎশেমগী থবক্তি শিব-না তৌবনি অদুগা ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণুনা মাগী মথৌ পাংথোক্লবগী লৈবনি। (বায়ু ৫৫। ৫১ -৬৫)। দক্ষনা শিব বু প্রার্থনা তৌবা মতমদা মহাক্লা হায়— ব্রহ্মা, গোবিন্দ অমসুং থ্যনগী ঋষিশিংনা শিবগী অচৌবা মতিক, মগুণশিং প্রসি থাবা ঙমদে। (বায়ু ৩০। ২৬-২৯)। নোংমা বিষ্ণুনা ব্রহ্মাদা মখোয় অনী পুন্না স্তোত্র অমা থিদুনা শিব-বু খুকমসি হায়না হৌবন্মী। মদুদা ব্রহ্মানা শাওনা শিব কনানো, ঐখোয় অনীদগী হেন্না অমুক চাওবা লাই অমমুক লৈবিরা হায়না খুন্নক্লন্মী। মদুদা বিষ্ণুনা ব্রহ্মাবু তপথহল্লন্মী। অদুগা ব্রহ্মাদা কবম্না শিব-না অশেংবা খুৎশেমগী লাই ওইবিবনো, বিষ্ণুনা খুৎশেমগী মফম অদুগা ব্রহ্মানা খুৎশেমগী মক ওইবিবনো হায়বদু শন্দোক্লা ফজনা তাক্লন্মী। মদু তাববদা ব্রহ্মাদু মপুক্লিং ঈংথবন্মী অদুগা মখোয় অনী পুন্না শিববু খুকমজবন্মী। প্রার্থনা অদুবু "শার্বস্তত্ত্ব" হায়না খঙনৈ। বিষ্ণুবু লাইয়ামশিংনা ঈডাং পূজা তৌববসু মহাক মশানদি শিব-বু খুকন্মী। (বায়ু ১। ১০৫)। বিষ্ণুনা বলিবু লান্দা মায়থীবা পী। মদুদা লাইয়ামশিংনা অমসুং মূনি ঋষিশিংনা হবাওবা ফোংদোকই। অদুবু বিষ্ণুনদি মাগী তৌবা ঙম্বগী শক্তি অদু শিবনা পীবনি হায়। (বায়ু ৫৫। ১ -১০)। শিববু অসুবশিং, বাক্ষসশিং, দৈত্যশিংনা খুকন্মী। বাক্ষসশিংগী মপুনি হায়দুনা শিব-বু "বাক্ষসাধিপতি" কৌই। মূনিশিংতা নত্তনা পিশাচঃশিং, বিনায়কশিং, নাগশিং, যক্ষশিং, গন্ধর্বশিংনা শিবগা লোয়নদুনা লৈ। যক্ষশিংগী মপু কুবেব হায়বসি মহাদেবগী মকপ্পি। (মহাদেব সখা ৪১। ১-৮)। শিববু ঈড়াং পূজা

তৌবিবা য়ুম অদুদা বিনায়কশিং, পিশাচঃশিং, নাগশিং অমসুং যক্ষশিংদগী কিনিংঙাই ওইদে। মবমদি— নাগশিং অমসুং অতোপ্পশিং অসিনা শিব-বু খুকম্মী। (বায়ু ৩০ (৩১১)।

শিবগী থম্মোয় অসি সিদ্ধ-যোগশিংগী লৈফম্নি। (বায়ু ২৪। ১৫১)। শিবনা সংসাবগী নুংঙাইবা পূম্নমক লোইনা থাদোক্লগা ফীদম্নিঙাই ওইবা ত্যাগী ওই। অদুনা মহাকপু ত্যাগবাজ হায়নসু খঙনৈ। মহাক্না মম্বাংদা কৈগী মউল থোক্লি, অতিয়ানা মাগী ফিজোল ওই। মহাক্না মনম নুংশিবা চেনবা লৈশিং থাদোকই, শগোই হীদাক অমুবগী লৈ, মহৈ অমসুং অতৈ অতোপ্পশিংবুদি পাম্না তৌই। শিবনা হু চেনবা পাম্বীগী লৈ-শিং পাম্মী। হু চেনবা পাম্বীশিংগী মনুংদা ধতূবা পাম্বীসু অমনি হায। শিবনা মখোয়শিং অসি পাম্নুবিবগী মবমদি মাগী যোগ শক্তিনা হু ফাওবা অমৃত ওনহনব ওম্মী হায়বা খঙহনিংবদগীনি। থাও মনম নুংশিবনা মশা পুম্না তৈবগী মহুত্তা যোগ-শক্তিনা চাকথেকহনবদগী উং ওইনা থোক্লক্লবা অদুনা মশা পূম্বা তৈ। ধাতুনা শাবা চাইশেল, তেঙ্গোংকুম্বা পাত্রগী মহুত্তা মীগী কোক্লি শকুগী তুম্বানা ওই। মসিগী নুংগী ওইবা অর্থদি-- শিবনা থম্বাল লৈনা লীশীং অমা শাংপা সহস্র চক্র হায়বা লাইবক্কী শকক্তা লৈবা অদুদা যাওদুনা লৈ, কনাগুম্বা অমনা অকনবা সাধনা তৌবগা মফম অসিদা য়ৌনবা হোংনগদবনি হায়বা খঙহল্লি। যোগ সূত্রনা হায়-- শ্রীকৃষ্ণনা থম্মোয লকানুংদা চংদুনা লৈবা মতমদা জগৎ গুরু শিব-দি লাইবক্তা উবা ফংগনি। শিবা হায়বসিনা জীবগী অবোইবা পম্মুংফম নত্তে, অনৌবা মপোক অমমুক ফংননবগীদমক্তি। শাস্ত্রদা ধর্ম্ম হায়বসি শল লাবা ওইনা লৌই। শিবনা শন্দম্বনা মাগী খোঙনেং ওই। মসিনা তাক্লিবদি শিবনা ধর্ম্ম পালন তৌই হায়বা খঙহনবনি। হায়নসু পঞ্চগ্রে শিবগী অতোপ্পা মিং অমনা মৃত্যুঞ্জয় কৌই। মৃত্যুঞ্জয় হায়বদি শিববু জয় তৌবা হায়বনি। মসিগী নুংগী ওইবা ভাবত্তি অসুম্নসু লৌনৈ— শিবগী বিদ্যা শক্তিনা (ঈশ্বরগী মণ্ডল) মাগী ভক্তগী থম্মোয়নুংদা লৈবিবা অবিদ্যা অদুবু হাংতোক্লগা মনাই ভক্তবু অমম্বনা

কুপশিন্দুনা শিববগুম্না লৈবম্নদগী মনিং-মখা তমহনববু খঙনৈ। শিবনা অবস্থা অহুম হায়বদি জাগবত, স্বপ্ন অমসুং সুশুপ্তি হায়দুনা লৈবিবা অদুগী রাংমদা লৈবিবা তুবিয়গী থাক্তা লৈ। অদুনা তুবিয় অসি শিবগী হকচাংনি। শিবগী শকওং খব অমসু লৈবি। মদুদি জ্ঞান শক্তি, ক্রিয়া শক্তি (থৌ পাংথোক্নবগী শক্তি), মাত্রিকা শক্তি (মন্ত্রগী খোঙ্খাংদা লৈবা ওস্বগী শক্তি), কুণ্ডলিনী শক্তি (তাংজ লিলগী শক্তি মীওইবগী মশাদা তুমদুনা লৈববু গুকনা হৌগৎহনবা), পবা শক্তিগী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবা শক্তিনি। শিববু পিতামহ (অহানবা লৈশেমঙৈগী মপা), সংসাব-বৈদ্য (জগৎগী মাইবা) সর্বজ্ঞ (পুমখঙ খঙবা) অমসুং পবমাত্মা (ইচাও চাওবা থব্বায় মিবেল অথোইবা) হায়নসু খঙনৈ। (শিবপুবাণ)।

শিবনা ঘণ্টাগী পবেংবু লৈ পবেংগুম্না পাম্মী। অদুনা শিববু ঘন্টা প্রিয অমসুং ঘন্টীক কৌই। (বায়ু ২৪। ১৫৭, ৩০। ২০৯-১০)। শিবনা লৈ পবেং শিবা যাম্না পাম্মী। শিবনা থম্বালগী লৈ পবেং হাই হুম্না চোঙ্গনা শি। শিববু ধব মালাধব হাযবদি লৈ অঙৌবগী পবেং থোনবা হায়নসু কৌই। অমুকসু শিববু পঞ্চ মালাব চিতাঙ্গ হাযনসু পম্নৈ। পঞ্চ-মালাব চিতাঙ্গ হায়বদি লৈ পবেং মঙা থোনবা হাযবনি। শিবনা উনসা মেং থোৎনবগীদমক মখল মথেলগী মলমশিং শিজিন্নবম্মী। শিবনা গন্ধ শিজিন্নৈ। নুংশিবা মনমনা মশাগী ওইবনা শিববু সুগন্ধিন কৌই। শিবনা মোংফমগী উৎ মশাদা তৈবা পান্নম্মী। শিবনা শঙ্খোম য়াম্না পাম্মী। মহাক ক্ষীবপ হায়নসু কৌই। শিববু অমৃতপ অমসুং অমৃতাঙ্গ কৌই। (বায়ু ৩০। ২৬৬-৭)। শিববু কবচীন হায়নসু খঙনৈ। শিবনা ব্রজ পায, অদুনা শিববু ব্রজহস্ত কৌই। লিল, নাগশিংগী মপু শিবনা ওই। (কলচবেল হিষ্টোবী ফ্রোম দি বায়ু পুবাণ লাঃ ৮৯)। শিববু "গিবীশ" কৌই। শিবনা কৈলাস চীংজাওগী মপু ওই হায়বদগী গিবীশ কৌবনি। শিবদি চীং, তুবেলগী মপুশু ওই।

শিবগী মমায় মঙা পাল্লি। অহানবা মায়না লীলা শান্নৈ, অনীশুবনা প্রায়শ্চিত্ত তৌই, অহুমশুবনা তাইবংপানবশি মাংহল্লি; মবীশুবনা মীওইববু

ঙাকপী অদুগা মঙাশুবা মায়না জ্ঞান ওইবনা তাইবংপানবা অসি মাগী শক্তিনা কুপশিন্দুনা থম্মী। শিবদি লৈশেম্বা অমসুং জীবগী ফনবা তৌবা ঈশাননি। শিবগী অহানবা শকওংনা ক্ষেত্রজ্ঞ পুরুষ ওইনা প্রকৃতিগী নুংঙাইবা মহাও চুপ্পুনা লৈ। অনীশুবনা তৎপুরুষ ওইনা শিবনা তাইবং মীওইবদা যোগ, ভক্তি, জ্ঞাননচিংবা তম্বী। শিবনা সংসাবগী মায়াদগী লানথোকপা ঙমদ্রিবা কৃপা ফংবদা মতিক চাববা মীওইশিংদা কৃপা পীনবি।

অশিবা কৌবা লাইবু হাৎপনা শিবগী শকলোন ওই। মহাক্তি থব্রাযপানবা অমসুং থব্রায় পান্দবা হায়বা অদুদগী মনিং মখা তল্লগা লৈ। শিবদি অচৌবা ব্রহ্মাণ্ড অসিদগীসু হেন্না চাওই। শিবনা পূন্নমক্তগী হেন্না চাওবা অমসুং জ্ঞান লৈবা হেনবনা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা লৈবা লাইশিংদগী মহাক্রা খ্বায়দগী হেন্না চাওই হায়না জ্ঞানগী মঙাল ফংলবশিংনা হায়রি। শিবগী শক্তিদি অমকপা পক্তে, পূন্নমক্তগী পুমহেন হেল্লি। জ্ঞানদা শিবগা চাংদম্নিংঙাই লৈতে। মহাক্কী হকচাংদি মাংবা নাইদে, নিত্য ওই, অশিবা কৌবা লাই অদুবু তেমশিংনগে হায়দুনা ওইবকপা হকচাংনি।

শিব-না হায়ঃ-সর্গ (লৈশেম্বা), স্থিতি (য়োকপীবা), সংহাব (মাংহনবা), তিবোভাব (মশক থুপচিল্লগা লোৎশিন্দুনা লৈবা) অমসুং আশীর্বাদ (জীববু নুংশিবদগী পোকপা শিবগী চক্রদগী নাম্থোকহনবা) হাযবা থবক মখল মঙা অসি শিব ঐনা তৌই। ঐনা তৌবিবা থবক মখল মঙা অসি মহাভূত মঙানা মশা মশাগী থবক অমমমতা ওইনা পাংথোকই। মসি ভক্তশিংনা উই। ভূত মঙানা পাঙথোকলিবা মথৌশিংদি— পৃথিবীনা লৈশেম্বগী থবক (সর্গ), ঈশিংনা য়োকপীবা (স্থিতি), মৈনা মাংহনবা (সংহাব), নুংশিৎনা লোৎশিনবগী থবক (তিবোভাব) অদুগা অতিয়ানা অনুগ্রহ (মোক্ষ) পী। পৃথিবীদগী পোৎ খুদিংমক পোক্লকই, ঈশিংনা পূন্নমকপু হিংহল্লি, মৈনা পূন্নমক্কী নুংগী শক্তি ওই, নুংশিৎনা পূন্নমকপু লেং ওৎহল্লি অদুগা আশীর্বাদ পীবগী থবক্লা অতিয়ানা তৌই। (শিব পুবাণ, বিদ্যেশ্বব সংহিতা, অধ্যায় ১০। ৬-৮)।

শিবদি মতম পূম্নমক্তা আনন্দ ওইদুনা নুংঙাইদুনতা লৈ। মহাক মশাগী আনন্দ অসি মতোমতা মহাও তংদুনতা লৈতে, মনাক নকপশিংদসু আনন্দ অসি য়েনবী। শিবনা যোগদা লৈ। অদুগা মহাক মতম পুম্বা ঈংনা, তপ্পা, শান্তি ওইনা সংসাবগী মপানগী অবাংবনা কবিসু তৌবা ঙমদনা লৈ। মল লাবনা শিবগী খোঙনেং শা ওই অদুগা নোংশানা পার্বতীগী ওই। মখোয় অনী অসি মহৌশানা য়েক্লবা ওইদুনা লাকলিবনি। শিবগী জোটাদা গঙ্গা মাতানা ঙাম্মোয়দুনা লৈ। মদু উবদা নুপী ওইবগী হৌনশা পার্বতীনা কল্লক্তনিংঙাই মবম লৈতে। শিবগী পাম্বোমদা লিলনা পাম্বোম ফাবীগী মতৌগুম লৈ। মখোযনা মখোযগী মহৌশাগী য়েক্লবা ব্রাহোং কার্ত্তিকেয়গী বাহনবু কিদবা নত্তে, কি। গনেষগী শাদোং ওইবিবা উতিন্না মখোয় উকবদা কিবনা মশা থক থক নিক্তবা নত্তে। মখোয়শিং অসি তিন্ন খোংনবা য়াদবা অমগা অমগা উন্নবা য়াদবা কাংবু ঙাক্তনি। অদুবু শিবগী মপুকচেন ফাজিনবা ঙশ্বা, অশাওবা লৈতবা, পুম্নমকপু নুংশিবিবা, ইমুং অমগী য়ুম্নুবেল মকোক ওইবিবা অদুনা ফিদম্লিংঙাই ওইবা মবম্না মখোয় মশাগী মহৌশাগী অমগা অমগা য়েক্লবগী ব্রাখল অদু থাদোক্তুনা নুংঙাইনা চান্ন-চিন্ননা শিবগা লৈমিন্নৈ। শিবগী ইমুং অসি যাম্না ফিদমনিংঙাইগী মশক্লি। হৌজিক্কীদমক কাংলুপ মশেল অমগা অমগা খংনবা, তিন্ননা লৈমিন্নবা য়াদবা তোখায় তাবগী ব্রাখল খনবা মতম অসিদা খেন্নবা পূম্বা থাদোক্লগা অমত্তা ওইনা লৈমিন্নবা যাবগী ব্রাখল অদু পোকহল্লি। খেন্নবা ময়াম্না নুংশিননা পুন্না অমত্তা (Unity in diversity) ওইনা লৈমিন্নবগী মশক্লি।

শিবদগী হেন্না চাওবা খুকম্বদা মতিক চাবা লাই অমা লৈতে হায়দুনা স্কন্দ পুবাণনা হায। মীওই ফীভম শুদ্রবশিংঃ– নাপংবা, মিং তাংবা, খোঙতেকপা, কোম্বদুনা চংলবা, শাগৈ জাং হম্বুবদা পোক্লবশিং, চণ্ডালশিং, হুই চাবশিং পুম্বনা শিব উপাসনা তৌববদি পুন্সিগী খ্বায়দগী চাওবা পম্মুংফম অদু ফংবা ঙম্মী। অদুনা সদা শিববু ঈড়াং পূজানচিংবা তৌগদবনি। (স্কন্দ পুবাণ, বুক ১, সেক্শন ১, অধ্যায় ১৯। ৬৬-৬৮)।

শিববু পূজা তৌবা হায়বসি লিঙ্গ পূজা তৌববুনি। শিব-লিঙ্গবু মতম পুম্বদা কাওবা লৈতনা ঈডাৎ পূজা তৌগনি। শিবদি অব্রাবা তাববা উপায় লৈজদ্রবা মীবু কনবিবা অদুগা ঙকচাও থেকপশিংগী ঙকচাও থুদেকপা, মাংবা লৈত্রবা, পুম্নমক্কী ওইবা লাইনি। (রুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ৮। ১-২)।

## অর্ধনারীশ্বর শিব

মথক্তা শিব কনানো হায়বদু নৈনৱ্রে। শিবগী স্বায়দগী চীংলেমজবা মশক্তি অর্ধনাবীশ্ববগী শকওং অসিনি। মসিগী নুংগী আধ্যাত্মীকগী ওইবা অর্থ লৈ। পুবাণ ইবশিংনা থরায় য়াওনা মসিগী মতাংদা হায়। শিবগী অসিগুম্বা শকওং অসি য়াম্না কুইববা বৈদিককী মতমগী ওইবা শকওংনি। বেদদা অর্ধনাবীশ্ববগী মশক অসি অসুম্না ফোংদোকই—অগ্নি-সোম, স্ত্রী-পুমান, কুমাব-কুমাবী, মহানগ্ন-মহানগ্নি, স্বয়ম্ভূ-বিবাজ, পিতা-মাতা, পবার্ধ-অববার্ধ (মথক তঙ্খায় মখা তঙ্খায়), কত মার্ধন-বিশ্বার্ধ (খঙবা ঙমদবা তঙ্খায়-অফোংবা তঙ্খায়) প্রান-অপান, যুবন-যুবতি, মিত্রাববুন-উর্বশি, পূর্নকুম্ভ-কুম্ভিনি, নব-নাবী, দেব-দেবী, দক্ষ-অদিতি, মনস-কাম, উপবিস্থিত্ত-অধঃস্থিত, প্রয়তি-স্বধা (শক্তি ভুত), পবস্তাত-অবসাত, বিশ্বশ্রীজ-বিশ্ব শ্রীমতি, সুপবন-সুপবনিনচিংবনি। অসিদা নত্তনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি পুথোক্লক্লবা হোৎনবদা চংবা পী-পা কয়াগী শকওংসুনি।

ঋক বেদদা অসুম্না হায়— নহাক্না ঐঙোন্দা নুপানি হায়না তাক্লিবদু তশেংবদি মদু নুপীসু ওই। (ঋক বেদ ১। ১৬৪। ১৬)। বব-কন্যা হায়দুনা বিবাহগী মতমদা নুপা-নুপীগী শকওং উৎলিবদু অর্ধনাবীশ্ববগী মশক্লি।

বৃহন-নারদিয় পুবানদা অর্ধনাবীশ্ববু নুপা অমগী মশকুম উৎলি। নুপা অদুগী শকওংদি হকচাং তঙ্খায়না অমুবা অদুগা তঙ্খায় অমনা নাপু মচু চংবা কুচু ওইবা, তঙ্খায় অমনা ফি শেত্তবা অদুগা তঙ্খায় অমনা ফি থোংবা হকচাং তঙ্খায় অমদনা মী অশিবগী মকোক লুকংনা লৈ-পবেংগুম

শিবা অদুগা ওইথংবা হকচাং তঙ্খায়না নুপীগী মশক্তি হায়না খঙহনবা (২। ৭৩। ৪৯)।

লিঙ্গ পুবানগী মনুংদা ব্রহ্মানা শিবদা মাগী হকচাং অদু শকক অনী থোক্লা তাহল্লু হায়বন্মী। (লিঙ্গ পুবাণ ২।–৪৯)। মদু তাববদা শিবনা মাগী ওইথংবা নাকনদা দেবীগী শকওং পুথোক্লে। হায়বিবসি শিব মশামক্তা মান্নে। মহাক্কী অহানবা নুপীনা শ্রদ্ধানা ওইবে। শ্রদ্ধানা সতি ওইবে অদুগা তুংদা পার্বতী ওইবে। (লিঙ্গ পুবাণ ১। ৯৯। ১৩-১৪)। তশেংনা হায়ববদি মহাক্তি পোকপা নাইদে। অদুবু শিবনা পোকই হায। (শিব পুবাণ বায়বীয় সংহিতা ১৬। ৭। ২৫)। শিবগী শকওং অসি খঙবা ঙমদবা অবোনবা মশক্তি। মাগী হকচাং তঙ্খাযনা ফি থোংদবে অদুগা অতোপ্পা হকচাং তঙ্খায় নুপীগী শকওং লৌবিবা অদুনা শতরুপা নত্রগা শকওং চামগী ফজবগী মশক্তি।

ব্রহ্মা দেবনা বিবাজ ওইনা শেন্নিবা অদু তঙ্খায় তাথোক্লে– তঙ্খায অমনা নুপা অদুগা অতোপ্পা তঙ্খায অমনা নুপী ওইবে। নুপা অদুনা মনু হাযনা খঙনবে অদুগা নুপীনা শতরুপা হায়বে। অসুম্না ইহান হানবা নুপা অদুনা নুপা-নুপী অনিগী অপুনবা শকলোন লৌবা হিংচাবা ওইবে। (মার্কন্দেয় পুবান ৫০। ১০)। মৎস্য পুবাননসু অসিগুম্বা ব্রাখল্লোন অসি পুই। (মৎস্য পুবান ২৬০।১-১০)। অর্ধনাবীশ্বরগী মশক অসি লিঙ্গ অমসুং যোনিগী অপুনবা শকওংনি। (লিঙ্গ পুবান ১। ৯৯। ৭-১১)। পার্বতীনা যোনি ওইবে অদুগা শিবনা লিঙ্গ ওইবে। অনিনা অপুনবা শকওং, অমত্তা ওইবা কান্দা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শেমলে। (লিঙ্গ পুবান ১। ৯৯। ৬-৭)। দেবী অসিনা তাইবংপানববু শেম্বীবিবা প্রকৃতিগী গুণ অহুমগী ব্রাংমদা লৈবা অদুগী অথোইবা শক্তি ওইবে। (শিব পুবান বায়বীয় সংহিতা, অধ্যায় ১৫)

শকওং অমনা অনিগী মশক ওইবসি বেদনসু মখল মথেল নাইনা লৌই। তাইবংপান অসি শেম্নবগী অহানবা হুনবা মক, ইচম চম্বা য়েকম অদু অনি থোক্লা খায়দোক্লে, অমনা প্রান ওইবে অদুগা অতোপ্পনা ভূত

ওইবে। মহাক্কী মমিংবু হিবন্যগর্ভ নত্রগা সনা অহিংবা হায়না মিংথোক্লে। হিবন্যগর্ভ অসি প্রান অমসুং গর্ভ হায়বদি ভূতগী মশক্তি। সনাগী য়েরুম অসিনা অর্ধনাবীশ্ববগী মশক লৌবগা মিংনা উবা ফংবা অমসুং ফংদবা দেবশিং ভূতশিং লোংশিন্নগা থম্মী। (বিষ্ণু পুবান ১।২।৫৬)। য়েকম অসিগী মনুংদা দেবগনশিং, অসুবশিং অমসুং তাইবং মীওইবশিং য়াওবতা নত্তনা মহাভূত মঙা, সমদ্র ঈবম তবেং অমসুং চীংজাও তবেংসু মাগী শিংলী নাওবী অমসুং নুংগী মফম কয়াদা য়াওদুনা লৈ। নিপা অমসুং নুপী অনিগী মশকপু অগ্নি অমসুং সোমগী মশক্তি হায়বা তাকই।

ভাগবানগী মশাদা গুন অহুম চেন্নৈ। মদুদি--সৎ-চিৎ-আনন্দ হায়বসিনি। "সৎ" অমসুং "চিৎ" অসিনা ভগবান্দা ইমাগী অমসুং ইপাগী মশকশিং য়াওবিবা অদুগা মান্ননা লৌই। "আনন্দ" হায়বসিনা অহুমশুবা শকওংনি। শকওং অসিদা পী-পা অনীমক হায়বদি শিব অমসুং শক্তি অনিনা তিনশিন্নথ্রগা অপুনবা শকওং আনন্দ ওইদুনা লৈববু খঙনৈ। শিব অমসুং শক্তিনা পুন্না অমত্তা ওইনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওদুনা লৈববু অর্ধনাবীশ্বব হায়না খঙনৈ।

নুপা-নুপী অপুনবগী শকওং (অর্ধনাবীশ্বব) লৌদুনা লৈবিবশি চাংদম্মিংঙাই লৈতবা ফজবা কপনি। মহাক্কী য়েৎথংবা হকচাং তম্খায়না শঙ্গোমগী মতৌগুম্না ঙৌবোক ঙৌই। শংবান্নবা কুচুনিসু হায়। অদুগা ওইথংবা হকচাং তম্খায়গী মচুনা অয়ুক্কী নুমিৎকী ফুদোংলবা মঙাল, সনা অহিংবগী মচুগুম্মী। পোহালগী ঙাঙ ঙাঙনবা মচুনিসু হায়। য়েৎথংবা হকচাংগী শরুকনা উৎ তৈশিল্লে অদুগা পাম্বোমশিংদনা লীন্না য়েৎহল্লে অদুগা ওইথংবা হকচাং, তম্খাযনা তরুবা যা-চন্দন্না তৈশিল্লে, অদুগা থম্বাল অঙাংবগী লৈশিং অমসুং কুমকুম্না লৈতেং ওইবে। য়েৎথংবা শরুক্তা মী মকোকশিংনা লৈ পবেংগী মতৌগুম লৈতেংলে, কৈগী মউন্না খাংদা থোঞ্জিল্লে, অদুগা ওইথংবা হকচাংদনা মনি মুক্তা তম্ফাগী লৈ

পবেংনা নিংথিজহল্লে অদুগা অঙাংবা মচুগী মুগাগী সাবীনা ফিজেৎ লৈতেংলি। য়েৎথংবা হকচাংনা মৈখু অমসুং মৈনা লৈতেংলে অদুগা ওইথংবা শক্তি মিত্তা মানবা মিত্তা অমুবা কাজল থাজিল্লে। মপালগী শকওংদা শকওং অনী নাইবগী মতৌগুম্বা তৌববসু নুংদদি ৱাখল, পূক্লিং অমসুং থবক অমত্তনি। মহাক্কী মমিৎ অহুমনি। য়েৎথংবা খুৎ অনীনা ত্রিশূল অমসুং মোইবুং পায়, ওইথংবগী খুৎ অনীনা থম্বাল অমসুং থৌবী কোঙ্গোয় পায়। শিব-শক্তিগী অপুনবা শকওং অসি থা-না লৈতেংই অদুগা কোক্তা নুহুপ থোল্লি।

## শিব-শক্তি

অর্ধনারীশ্বর ওইবা শিবগা শক্তিগসি তোখায়না তাদুনা থক লৈতে, অনিসি শেংতোক খোত্তোকনবা যাদবা পোৎশক্লি; অনীনা অমত্তা ওইবনি। ৮নাগী মনুংদা তম্ব্বায় অনী তানা লৈবগা মপান্দনা অমত্তা ওইনা উবগুম্বনি। শিব লৈবা মফমদা শক্তি লৈ। শক্তি লৈবা মফমদা শিবসু লৈ। শঙ্গোমগা মাগী অস্তৌবা মচুগা খায়দোক্লদবগুম, কস্তুরীগা মাগী নুংশিবা মনমগা মতম পূম্বদা শেংনদবগুম শিবগা পার্বতীগা শেংন-খায়নদনা লৈমিন্নে। তন্ত্রনা হায়— শক্তি য়াওদ্রবা শিবদি থরায় মিবেল য়াওদ্রবা হকচাং পোলাংগুম্বনি। মবমদি— জ্ঞান হায়বসি শক্তি য়াওদ্রবদি লেংবা ঙমদ্রে। অনীগী লৈনবা মবিসি অসুম্নসু হায়— শক্তিগী মপু শিবগা শক্তি মশামক্তা অমত্তনি, নাম্মা ৱাংপদা মপুং ফাদে। শিবনা নুপাগী ওইবা তত্ত্ব অদু খঙনৈ অদুগা দেবীনা নুপীগী ওইবা অদু খঙনৈ। তশেংনা হায়ববদি শিব নুপাসু নত্তে, নুপীসু নত্তে, অদুগা নপুংশসু নত্তে। অদুগুম্বা দেবীসু নুপীসু নত্তে, নুপাসু নত্তে; নপুংশসু নত্তে। শ্বায়না অচুম্বা হায়না খঙনবিবদু জ্ঞানগী শকলোন ওইনা নিংজবগনা মী মহাক অদু শৈব হায়না কৌবে অদুগা অচুম্বা শক্তিগী মশক ওইনা ঈড়াৎ পূজা তৌজবগনা মাবু সাক্ত হায়না খঙনবে। শিবনা জগৎকী পালন তৌবগী মশক ওইনা শল লাবা অমদা তোংই, হায়বদি মহাক্লা ধর্ম্মগী

মতুংইন্না পালন তৌই। শিববু পূজা তৌবা মতমদা মহাক্কী লোয়নবী দেবীসু য়াওনা পূজা তৌব্রে। মরমদি শিবগা দেবীগা শেংন-খাইনদনা লৈমিন্নে। (কলচবেল হেবিটেজ ওফ ইন্দিয়া, ভোলঃ মখি, লমায় ৬৮)।

শিব অমসুং শক্তি হায়বসি তশেংনা হায়ববদি অমত্তনি, মৈশাগা মৈগা, থা-গা থাগী মঙালগা, সমদ্রগা ঈথকশিংগা, নুমিৎকা নুমিৎকী মঙালগা পোৎশক অমত্তা ওইগুম্বনি। শক্তি পায়বিবা অমনা শক্তি যাওদনা লৈবা ঙমদে, অদুগা শক্তি অদুসু শক্তিগী মপু ওইবিবা শক্তিমান অদু য়াওদ্রবদি মতোমতা হিংদুনা লৈবা ঙমদে, শক্তিবু 'কুল' কৌই অদুগা শিববু 'অকুল' কৌই। মখোয় অনী অসি শেংতেক্কদুনা তোখায় তাদুনা লৈবা যাদে, ম্যাগনেট অমগী মশাদা পোজিটিভ অমসুং নেগ্যাটিভগী মতৌ গুম্বা। শক্তি, উমা, পার্বতী নত্রগা জগৎকী শক্তিগী মমাগী শকলোন পুংবা অসি শিবগী মতম পুম্বদা লোযনদুনতা লৈবা তালোয়নি। শিবগী হকচাং ওঙ্খায় অমগী শকক মহাক্না ওইবে অদুগা সিমানা লৈওবা শিবগী থবাক্তা জগোই শাবী। শিবগা পার্বতীগা মতম লৈবা খিবিক্তো 'তিন্নদুনত' লৈবা অসিবু "বিবস" কৌই। অদুগা শকওং তোখায তাদুনা লৈববা ফাওবদা অনী অসি অহৌবা, অবোইবা নাইদনা মপুং ফানা তিন্নদুনা লৈববু "বস" হাযনা কৌই। অসুম্না শিব-পার্বতী অনীগী লৈনবা মবিবু নুংঙাইবনা থল্লবা আনন্দময ওইবা অবোইবা লৈতবা (অনন্যত্তম), অবেপ্পা লৈতবা, মৃৎপা নাইদবা ঈচেলনি।

শক্তি হায়বগা কনাবু খঙনবগে, শক্তিগী মশক কবিনো? মসি খঙবদা লুনা থোকপা নুংগী ওইবা ৱাফম্নি। ভগবান বিষ্ণু, ব্রহ্মা, হব ফাওবনা শক্তিগী তত্ত্ব খঙবা ঙমদে হায়। (দেবী ভাগবত ৪। ৪)। "শক্তি" হায়বা শব্দ অসি অর্থ কবিনো? "শক্তি" হায়বা ৱাহৈ অসি "শক" হায়বা মূল অদুদগী থোক্লকই। "শক" গী অর্থদি ঈশ্বরগী শক্তি— লৈশেম্বা, লৈঙাকপা অমসুং মাংহনববু খঙনৈ। (দেবী ভাগবত ১। ৭৫-৭৭)। "শক্তি" হায়বা সংস্কৃত ৱাহৈ অসি স্ত্রীলিঙ্গ ওইবনা নুপীবু খঙনৈ। নুপীবু দেবী হায়না খঙনৈ। দেবী

হায়বসি অচৌবা শক্তিনি, আদ্যা শক্তিনি, ভগবতীবু খঙনৈ। রাধা, লক্ষ্মী, সরস্বতী, সাবিত্রী, দুর্গা, সীতা, রুক্মিনী অমসুং অতোপ-অতোপ্পা দেবীগী শকওং লৈবিবশিং অসি দেবীনা মহা-শক্তিগী শকফম লৌরকপা কান্দা ওইখিবা ঙাক্তেনি। পূম্নমক দেবীগী শক্তি ঙাক্তেনি। শাক্তানন্দ তরঙ্গিণীনা হায়- "পরব্রহ্ম, দেবী, শিব অদুগা অতৈ দেবী দেবতাশিং অসি অমখক্তেনি তোঙান্দে। কনাগুম্বনা মখোয়শিং অসিগী মরক্তা খেন্নবা থন্নবদি মখোয় শোয়দনমক্কী নরক তাগনি। দেবী গীতা ৩। ১৩ দা দেবীনা হায়- ঐ ব্রহ্মানি, বিষ্ণুনি, রুদ্রনি, গৌরী, ব্রাহ্মী, বৈষ্ণবী হায়বা অদুসুনি। অমুকসু দেবীগীতা ৩। ১৫ দা দেবীনা হায়রি-- "ঐ ঙশেংনা নুপীনি, অমসুং নুপানি অদুগা নপুংসকনি"। ভগবত গীতা ৯। ১৭ দা শ্রীকৃষ্ণনা হায়- "ঐ জগৎকী মপানি, মমানি" শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ্ ৪। ৩ দা হায়- "পরমেশ্বরদি নুপীনি, নুপানি, ইনখংলকপা পাখং মচানি অদুগা মথোক কাবকপী লৈশাবিসুনি। অহল ওইদে, মতম পূম্নমক্তা নহাদা ওইদুনা লৈ, অয়ুক্কী থংঙাংনবা মশেকুম মতম খিবিক্তা ঙান্দুনা লৈ। শাক্তমালা চন্দ্রীকাদা হায়- ব্রহ্মা শক্তিনি, শিব শক্তিনি, বিষ্ণুসু শক্তিনি অদুগা বাসব (ইন্দ্র) সু শক্তিনি। শক্তিনা দেবতাশিং অসিগী মূলনি। শক্তি-য়াওদনা দেবতাশিং মখোয় নতোমতা হিংঙবা ঙমদে। শক্তি অসিনা পূম্নমক্কী শক্তিনি। দেবী-ভাগবত ১। ৮। ৮ ৩৩ দা অস্মু হায় আদ্যা শক্তিনা কুর্ম (থেঙ্গু) অমসুং মকোক নাশিং অমা পানবা অনন্তদা চংলুবগা পৃথিবীগী অকঙ্বা ভাব অদু মখোয়না পুবা ঙমহল্লি, মৈদা চংলগা চাকথেক্লবগী শক্তি পী, নুংশিত্তা চংলগা লেং-ওংপা ঙমহল্লি। অসিতা নতনা জগৎ সংসারগী খুৎশেম হায়দুনা লৈরিবা অসিদা চংলুবগা তোঙান-তোঙানবা শক্তিগী শকওংশিং উৎপা ঙমহল্লি। দেবীগী শক্তি অসি লৌথোকখিবা মতমদা জগৎ অসিদা লৈরিবা খুদিংনা কবিগুপ্ত মথৌ অমত্তা পাংথোকপা ঙমহন্দে। কুল-কুণ্ডলিনী শক্তিনা শিব-দগী থাযদোকখিবা মতমদা শিব ওইদ্রে, মথায় য়াওদ্রবা হকচাং পোলাং ওইবে। পূম্নমক শক্তি য়াওদ্রবদি অবেম্বা ওই। অদুনা মফম পূম্নমক্তা শিনবা থুংনা

লৈবিবা শক্তিবু জ্ঞান লৈবশিংনা ব্রহ্ম হায়না মিংথৈনৈ। (দেবী গীতা ৬। ১৮, দেবী ভাগবত ৭। ৩০। ৮৩, মৎস্য পুবান ১৩। ৫৩ (ডী)।

"শক্তিনা মশা অসি অচৌবা ব্রহ্ম অদুনি হায়বা তাকনিংলদুনা নোংমা মপা ইবুংঙো চীং নিংথৌ হিমালয়বু য়েংলগা অসুম্না হায়বই– "হে ইপা ইবুংঙো, ঐগী অনিংবগী মতুংইন্না ঐনা লৈশেম খুৎশেম্বগী থবক তৌবগে হায়না খল্লকপা মতমদা ঐগী ইশাসি অনী থোক্লা– অমনা নুপা অদুগা অতোপ্পনা নুপী ওইনা খাযদোকই। নুপাগী ফিভম ওইনা লৌবিবা অসিনা পুরুষশিংগী মনুংদা মঙোন্দগী অমুক হেন্না চাওবা লৈত্রবা "শিব" হায়না খঙনবা অদুনি। অদুগা নুপীগী শকওং ওইনা লৌবিবা অসিনা মহাশক্তি ওইবী "শিবা" অদুনি। "হে পুকচেল চাওববা ইপা ইবুংঙো মপোক লাংওন কয়াদা দেবী ঐহাক্না বাম অমসুং অতোপ্পা কয়াগী শকওং লৌদুনা শায়ন তৌবগা দানবশিংবু মাংহল্লি অদুগা পৃথিবীবু কল্লি। হে চীংগী নিংথৌবেল, সংসাব অসিদা ঐঙোন্দা চংজদবা কনামত্তা য়াওদে। অতোপ-অতোপ্পা দেবতা নিংবা কাংবুনসু ঐতবু পূজা তৌই। মবমদি-ঐনা পোৎ পুম্নমক্কী থৱাই ওইনা লৈ। মখোয়গী মনা পিবিবসু ঐনি।" (মহাভাগবত – An Ancient Treatise on Sakticult) গী মনুং চনবা ভগবতী গীতা হায়বদুদা হিমালয়গা পার্বতীগা ৱাবী শান্নবগী মতাং (প্রিন্সিপলস ওফ তন্ত্র-রূডবোক)।

শক্তিবু ব্রহ্মনি মহাক্না য়ৌদবা মফম লৈতে হায়বসি নব শ্লোকী গীতা ৬। ১৪ না মুণ্ডকোপনিষদতা হাযবগুম অসুম্না তাকলি। মফম খুদিং য়ৌই, মাংদসু ব্রহ্ম লৈ, নাকন্দসু ব্রহ্ম লৈ, য়েৎ-ওই অনীমক্তা, লৈথক-লৈখা অনিমক্তা, ব্রহ্মগী ব্রহ্ম ঙাক্তা ওই; জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি ব্রহ্ম ঙাক্তা ওই। দেবী উপনিষদনা অমুক হায়বি– পঞ্চভূত মঙা হায়বদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, পৃথিবী, অতিয়া হায়বদু দেবীনি, অসি নত্তবা শকওং কয়াসু দেবীনি। দেবীনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি মহাক্নি হায়, বেদসু মহাক্নি, বেদ নত্তবসু মহাক্নি। পোকপা পোক্তবা, মথক, মখা অকোয়বা পুম্বা মহাক্নি। ব্রহ্মা অমসুং অতৈ দেবতাশিংনা মহাক্কী তত্ত্ব অসি খঙদে, অদুনা মহাকপু খঙবা ঙমদবা হায়না

খণ্ডনৈ। মহাকপু ৱাখলনা লামশিল্লুবা ঙমদবদগী য়েৌঙমদবা পোৎশক ওইনা লৌই। মহাক পোকই হায়বসি খঙনদে, অদুনা মহাকপু পোকপা নাইদবা হায়না খঙনৈ। মহাক মতোমতা পুম্নমক্তা শিনবা থুংনা চংদুনা লৈ। অদুনা দেবীবু মহাক নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতবা মতোমতা লৈবা হায়না খঙনৈ। মহাক্তা শকলোন কয়া লৌদুনা লৈ, অদুনা মহাকপু শকলোন য়াম্বী হায়না কৌই। মবমশিং অসি লৈবদগী মহাকপু খঙবা ঙমদবা, অবোইবা লৈতবা, ৱাখল্লা লাম্বা ফংদবা, পোকপা লৈতবা, অমত্তা ঙাইবা অমসুং শক্লোন য়াম্না পুবী হায়না খঙনৈ। (দেবী উপনিষদ, শ্লোক ২৬)।

দেবীনা শব্দ ব্রহ্মগী থৱায়নি। ঋগবেদ, যজুর্বেদ অমসুং সামবেদ হায়দুনা লৈবিবসি মথংশিংনা মহাকালী, মহালক্ষ্মী অমসুং মহাসরস্বতীগী শকওংশিংনি। (দেবী মহাত্ম্যম ৪। ১০)। দেবীগী শকওং লৈ হায়ববসু ময়ুক শকওং নাইদে। সাঙ্খ্য হৈবশিংনা দেবীবু প্রকৃতি হায়, বেদান্তীশিংনা অবিদ্যা, ব্যাকরণ হৈবশিংনা শব্দশিংগী শক্তি, শিব নিংবশিংনা শিবগী শক্তি, বৈষ্ণবশিংনা বিষ্ণুমায়া, দেবী নিংবশিংনা মহামায়া, পৌরানিকশিংনা দেবী মায়া, ন্যায়িকশিংনা আদ্যা শক্তি হায়। (দেবী মহাত্ম্যম ৪। ৭)। জীববু সংসারগী অৱাবা ঈপাক্তা লাম্থোকপীবা মতমদা দুর্গা কৌই। বিষ্ণুগী থম্মোয়নুংদা লৈরবগা "শ্রী" হায়, শিবগা শক্তিগা লৈমিন্নবা কান্দনা তশেংনমক গৌরী নত্রগা পার্বতী হায়বদু ওইখ্রে। (দেবী মহাত্ম্যম ৪। ১১)।

খুৎশেম হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা কনামত্তা লৈত্রিঙৈদা পুরুষ মতোমতা লৈরম্মী হায়ববসু মহাক্তা খুৎশেমগী থবক্তি পায়খৎপা ঙন্নমদে। শক্তি য়াওববতদা খুৎশেমগী থবক মপুং ফাহল্লি। পুরুষ অদু দেবীগী শক্তিনা অসুম অসুম নমথবককই। অদুনা শক্তি নিংবশিংনা ঈশ্বরবু নুপীগী শকওংদা পূজা তৌই। ঋগবেদগী দেবী সূক্ত, শ্রী-সূক্ত, দুর্গা-সূক্ত, ভূ-সূক্ত অমসুং নিলা-সূক্ত অমসুং শাক্ত উপনিষদ কয়াগী মমিংশিং পল্লবদা ত্রিপুরতাপিনি উপনিষদ, সিতোপনিষদ, দেবী উপনিষদ, সৌভাগ্য উপনিষদ, সরস্বতী উপনিষদ, ভাবান ভাবান উপনিষদ, বাহ্বচোপনিষদনচিংবদা ঈশ্বর অসি

ইমাগী-শকওং ওইনা লৌই হায়বা তাকই। কেনোপনিষদতা উমা (হেমাবতী) না ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংদা ব্রহ্ম জ্ঞান পী। কনাগুম্বগী মত মতুংইন্না "হাবধককলা" কৌবা অতোপ্পা তত্ত্ব অমা দেবীনা নাদগী মশক ওইবা অহানবা বিন্দু অদুদা চংলকপা মতমদা থোক্লকই হায। হাবধককলানা দেবীগী শকওং লৌই। মসিনা তাক্লিবদি গর্ভ অমা লৈবগা মদুদগী সংসাবগী খুৎশেম পূম্নমক থোকলকই হায়বসিনি। অদুনা খুৎশেমগী মমাদি দেবীনা ওই। অদুনা শক্তিবু খ্বায়দগী হেন্না চাওবী লাইবেম্বী-পবা, ললিতা, ভক্তাবিধ্যা অমসুং ত্রিপুবসুন্দবী হায়না কৌই। শিব-বু সংস্কৃতগী অহানবা ময়েক "অ" নি হায়, অদুগা শক্তিবুনা অবোইবা ময়েক - "হ" অদুনি হায়। হায়বিবা "হ" অসিবু অর্ধকলা নত্রগা হকচাং তঙ্খায় হায়না খঙনৈ। মথক্তা পঞ্জখ্রিবা গর্ভ অসি হকচাং তঙ্খায় ওইবিবা "হ" গী মওং অসিনি হায়। "হ" অসিগা শিবগী মশক লৌবিবা "অ" গা পুনশিন্নবগা "কাম-কলা" নত্রগা ত্রিপুবসুন্দবী ওইবকই। শক্তিবু অসুম্না "অহম" (ঐ) হায়না খঙনৈ। দেবীনা "অহম" ওইববনিনা মঙোন্দগী থোক্লক্লিবা জীব পূম্নমক "ঐগী" ইশাগী অমসুং "মাগী" হায়বা কুয়োম অসিনা য়োমশিল্লগা থোক্লকই। মবম অসিনা "অহম" (অবিদ্যা) হায়বসি কুইববা পোৎশক্লি পোকপদগী লোইনবক্লবনি। ত্রিপুবাসুন্দবীগী শকওংনি। জীবনা "কাম-কলা" বিদ্যাগী মবমদা থিজিল্লবা অমসুং দেবী চক্রবু তন্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না নিংলবদি ত্রিপুবাসুন্দবীদা তিনশিনখিগনি।

শাবদ তিলক তন্ত্র (শ্লোক ৫৬) না শক্তি (দেবী) বু লোক অহমগী মমানি, শব্দ-ব্রহ্মনি হায়। মাতৃকাময়ীগী ময়েক ৫০ গী নুংদা দেবীনা য়াতাদুনা লৈ। শব্দ ব্রহ্মনা কুণ্ডলীনিগী শকওং লৌবগা জীব পানবশিংগী মশাদা চংলুই অদুগা ময়েকশিংগী শকওং ওইনা ঙাল্লি, অসুম্না তৌবদগী ব্রাবেং শৈবেং কয়ামকম থোক্লকই। মসিদা নত্তনা পবদেবতা কুণ্ডলীনিনা থব্রায় পানবশিংগী হকচাংশিংদা চংলগা মন্ত্রগী জগৎ অমা ওইহল্লকই। (শাবদ তিলক তন্ত্র শ্লোক ৫৭)। আদ্যা শক্তিনা সমষ্টি (ব্রহ্মাণ্ড—

Macrocosm-Universal soul/Consciousness) অমসুং ব্যষ্টি (পিণ্ডাণ্ড— Microcosm/Individual soul) দা চংলগা লৈ। আদ্যা শক্তিনা জীবগী মশাদা চংদুনা লৈববু কুণ্ডলীনি কৌই। হায়রিবা শক্তি অসিনা জীবগী অকুপ্পা হকচাং (সুক্ষ্ম শরীর) গী মনুংদা লৈরিবা মূলাধার চক্রদা চংলগা লিম্না নিংথম থাগী মতমদা মখুল মনুংদা কোনশিল্লগা লৈবগুম মকোল অহুম থোক্লা কোনশিল্লগা অমনা মতেক তম্থায় ওইনা তারগা তুমদুনা লৈ। অসুম্না শক্তিনা কুণ্ডলীনিগী মশক ওইনা হকচাংগী মনুংদা লৈবদগী সূক্ষ্ম শরীরগী মনুংদা লৈবা চক্র তরেৎ (সৎ চক্র) দা থম্বালগী মতৌগুম্না মকোল ৫০ লৈবিবসিদগী সংস্কৃতগী ময়েক ৫০ থোকলকই। কুণ্ডলীনিনা তুম্বগী শকওং লৌদুনা লৈবিবসি সাধারণ মীচমদনি। যোগীশিংদদি মতম পূম্বদা হৌগত্তুনা লৈ। মহাক্লা তুমদুনা লৈবিঙৈদা মীওইবনা কর্ম্মেন্দ্রিয় অমসুং জ্ঞানেন্দ্রিগী মথৌ তৌদুনা লৈ। যোগনা, কর্ম্মনা, ভক্তিনা অমসুং জ্ঞান্না লম্বী ওইবগা তুমদুনা লৈবিবা কুণ্ডলীনিবু য়াকায়হল্লি। হকচাংগী মনুংদা তুমদুনা লৈবিবী জগৎকী মমা ওইবিবী কুণ্ডলীসিবু কনানা কালী, দুর্গা, আদি শক্তি, বাজ বাজেশ্বরী, ত্রিপুবসুন্দরী, মহালক্ষ্মী, মহাসবস্বতী হায়নসু খঙনৈ। শক্তিনা হকচাংদা লৈবা কান্দা তত্ত্ব মঙাগী মশক লৌরগা লৈ। তত্ত্ব মঙা অদুদি উনশা, ঈ, শাদোং, মতোং অমসুং শকনি। অদুগা শিবনা তত্ত্ব মবিগী মশক লৌবগা লৈ। তত্ত্ব মবি অদুদি— বীর্য্য, তোং, প্রান অমসুং জীব (থবাই মিরেল) নি। শক্তিগী মহুৎ শিনবা তত্ত্ব মঙা অসিগা শিবগী ওইবা তত্ত্ব মবি অসিগা পুনশিন্নবগা জীবগী দেহ ওই। অসুম্না পুনশিন্নবগা অমত্তা ওইনা লৈবসি জীবদতা নত্তে, বিশ্বগী ওইবা শকওং (ব্রহ্মাণ্ড) দসুনি। মীওইবগী মশাদা নত্তনা মথায় পানবা জীব খুদিংমক অসি নুপা-নুপীগী অপুনবা শকওং অর্ধনারীশ্বরগী মশক্লি। মীওইবগী দেহ মপুম অসিবু শক লুচাও (Spinal Cord) না ময়াইদা খায়দোক্লগা লৈ। য়েৎ থংবা মায়কৈনা নুপাগী শকক্লি ওই থংবনা নুপীগী শকওংনি। উনাশিংনাসু ময়াইদা অনি থোক্লা (Duplex) ওইনা খায়দোক্লগা অমত্তা ওইবা শকওং ওইনা উংলি।

লিলসু মরৈ অনি থোক্লা লৈ। মনামশিংসু অদুমঙাই। হায়বিবসি শিংলি, হকচাং তোংশা (Muscle), থোপ (Brain), ফীরাক, চাকখাও অমসুং থীরিল অসিসু খব কুপ্না য়েংলবদি অনী থোক্লা লৈ হায়। (The Mechanism of Man-B W Cor– প্রিন্সিপলস ওফ তন্ত্র-ঝুদ রোফে (John Wood rooffe)।

দেবীনা জীবশিংগী থম্মোয়নুংদা চেতন, বুদ্ধি, নিংশিংবা, অবাম্বা, খৌবাংবা, তুম্লিংবা, পাঙ্গল, অঙ্গৈংবা, নোল্লুকপা, ঙাকপী হৈবা, নিংথিবা, লাইবক ফবনচিংবগী শকওং লৌবগা লৈ। দেবী মহাত্ম্যগী মনুংদা "যা দেবী সর্বভূতেষু" হায়না হৌবা শ্লোক কুনগী মথক্তা হেন্না য়াওবি। পূন্য চেনবা কনাগী ময়ুম মবাং য়াইদনা ললগী মবেম্মা লক্ষ্মী ওইনা দেবীনা লেংশিল্লি। ধর্ম্ম লৈতবা পাপীশিংগী ময়ুমশিংদনা অলক্ষ্মী ওইনা লৈ, তত্ত্ব জ্ঞান ফংনিংদুনা নৈনবশিংগী থম্মোয়দনা বুদ্ধি ওইনা ঙাল্লি; পুকচেল শেংবা কনাগী থম্মোয় লকানুংদনা ভক্তিগী মশক ওইনা লৈ, অদুগা অফবা ইমুংদগী হৌবকপা মীশিংগী থম্মোয়দনা ইকায়বা খঙবগী মশক ওইনা লৈ। শকওং নাইবা তাইবংগী মশক অসি উমা নত্রগা দেবীগী মশক্তি। ("সর্ববম্ ব্যক্তম্ উমাব্দপম্"– সুত সংহিতা)। সপ্তশতীনা হায়– বিদ্যা খুদিংমক, নুপী হায়দুনা জগৎ অসিদা উবিবা খুদিংমক অসি দেবীগী শায়ন ঙাক্তনি। মুণ্ডমালা তন্ত্রনা হায– শক্তি (নুপী) লৈবা মফমদা ঐসু লৈ। মরম অদুনা নুপানা নুপীবু খুরুম্মী। নুপী হায়বসি দেবীনি, নুপীবু দেবীগী মহুত্তা খুরুমগনি।

মুণ্ডমালা তন্ত্রগী মনুং চনবা দুর্গা গীতাদা মহেশ্বরী মশামক্লা অসুম্না হায়– গোলোক্তা বাধিকানি হায়বিবদু ঐহাক্নি, বৈকুন্ঠদা কমলা হায়বিবদুসু ঐনি, ব্রহ্ম লোক্তা সাবিত্রী অমসুং সরস্বতী হায়বিবা শব্দগী মবেম্মা ওইবিবা অদুসু ঐনি। কৈলাসতা ঐবু পার্বতী হায়না খঙনৈ, মিথিলাদনা জানকী হায়না খঙনৈ। দ্বারকাদা রুক্মিনী, হস্তিনাপুরদা দ্রৌপদী হায়না খঙনৈ। ঐহাক সন্ধ্যা অমসুং গায়ত্রী হায়বা বেদগী মমা অদুনি। যোগীশিংগী মনুংদা

ঐহাক পূষানি, নৈশিংগী মনুংদা অমুবা মচুগী অপবাজিতানি, উনাশিংগী মনুংদা হৃবিখাগোক মনানি, পীঠশিংগী মনুংদা যোনী পীঠ (কামাখ্যাগী পীঠনি, হরি অমসুং হবনা পুল্লগা ওইবা মহাবিদ্যা অদুনি, ঐবু ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিবনা খুকম্মী। হে প্রভু, হে শঙ্কব, ঐগী থৌজালদগী জীবনা ঐবু মশক খঙবা ঙমজবিবনি। কবি হেন্না অমুক হায়জখো হায়বগে। হে ঐগী ইবুংঙো ! নুপী হায়বা কাংবু অদুনা নৈবা মফমদা শক্তি ঐহাক নৈ, হে মহাদেব খঙবিয়ুঃ অসিগুম্বা মওংদা ঐবু নিংবিয়ু। কনাগুম্বা মীনা হায়বিবা লম্বী অসি থাদোক্লগা লশ্ফে চৎম্রবদি মী মহাক অদুগী মখুত্তা হান্না পায়বন্নবা মনি মুক্তা অদু হুন্দোক্লন্নগা কবিসু কান্নদবা উৎ মপৈ অমা ফংগে তান্নবগুম্বনি)।

মথক্তা নৈনজখ্রিবা বিষয়-- অর্ধনাবশ্বব হায়বদি হকচাং তঙ্খায় অমনা নুপা (শিব) অদুগা অতোপ্পা হকচাং তঙ্খায় অমনা নুপী (দেবী-পার্বতী) হায়বিবা অসি শিব-শক্তিগী নুংগী ওইবা তত্ত্বনি। শিব-শক্তি হায়বসি অর্ধনাবীশ্ববগী রূপনি। অনী অসি কবিগুম্বা কান্দসু তোঙাননা তাদুনা নৈতে, অনীনা অমত্তা ওইবগা নৈ। চনাগী মনুংদা তঙ্খায় তানা নৈববসু মপানদদি মপুম ওইনা উই। শিব-শক্তি হায়বসি লিঙ্গ অমসুং পীঠগী মশক্রি। জগৎ ব্রাহ্মণ্ড অসি লিঙ্গ অমসুং পীঠ হায়বদি শিব শক্তিদগী ওইবকই। নুপা-নুপী পুন্না নৈমিন্নবগা জগৎ সংসাবগী খুৎশেমগী থবক পায়খৎনবগীনি। মসি সাঙ্খ্যগী প্রকৃতি অমসুং পুরুষগী মওং অদুগা চাংদমনিংঙাইনি। প্রকৃতি অমসুং পুরুষগী অপুনবদগী জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী খুৎশেমগী পোৎলম খুদিংমক লোয়না পুথোকলকই। শিবনা মশা তঙ্খায় অমনা নুপীগী শকওং অদুগা অতোপ্পা তঙ্খায় অমনা নুপাগী শকওং লৌকবিবসি জগৎ সংসাব অসি শেম্বী হায়বা খঙহন্নবগীনি।

শক্তিগী মগুণবু ব্রহ্মবৈবর্ত পুবান (৪। ১২৪। ১১) দা অসুম্না থায়-- রাধানা জগৎমাতানি; শ্রীকৃষ্ণনা জগৎপিতানি। ইপাগী গুরুদি ইমানি। ইমাবু অথোইবনি খন্দুনা খুকমজগনি, অমসুং ইকায় খুম্নগনি। মবোল অহুমগী

মমা ওইবী অসিনা মপাদগী শকক চাম হেন্না ব্যবহাব তৌনিংঙাই ওই। (ব্রহ্মবৈবর্ত ৪। ৫২। ৩৪-৩৫)।

বাধাবু খুকম্মু রাধাগী কৃপানা থুনা গোলোক ধাম য়ৌগনি। রাধা খুরুমদনা কৃষ্ণবু খক খুবমলোইদবনি। বিষ্ণুনা বাধাগী মখা পোন্দুনা লৈ। (রাধা তন্ত্রম ১। ৫০। ৫ -৪৪)। শ্রীবাধিকোপনিষদনা হায়বি– বাধাবু হান্না খঙদনা শ্রীকৃষ্ণবু আবাধনা তৌববদি মহাক অদু পঙবদগী ফংবা মহামুর্খ হায়বদুনি। বাধাবু উবগা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবী। অসিদা নত্তনা নাম শোনবা মতমদসু বাধানা হান্না শোল্লগা কৃষ্ণনা পেল্লি অমসুং নাম শোনবগী মহৈ য়াল্লি হায়না ভবিষ্য পুবাণদা হায়বি। নাবদ পঞ্চবাত্রম্‌দসু অদুম হায়বিবসি হায়বি। তন্ত্রগী লাইবিকশিংনসু শক্তিনা শক্তিমান অদুগী মমাং থাগনি হায়। খুদম ওইনা হায়ববদা বাধেশ্যাম, বাধে কৃষ্ণ, সিতা-বাম, লক্ষ্মী নাবায়ন, উমা-মহেশ্বব। কৃষ্ণগী নাম্না বাধাগী নামগী মমাং থানা শোল্লবদি ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ অদুগা চপ মান্ননা ফংগনি হায়দুনা নাবদ পঞ্চবাত্রমগী তরুকশুবা অধ্যায়দা হায়বি। শ্রীগোপাল সহস্রনামদসু শিবনা দুর্গা য়েংলগা অসুম্না হায়বি– "হে শিবে– হে দুর্গে" অঙৌবা বর্ণ হায়বদি বাধাবু থাদোক্লগা শ্যাম বর্ণ কৃষ্ণতবু শোল্লুবা, পূজা তৌববা, ধ্যান তৌববা মী অদুদি পাপ তৌবা ওইবে।" ("গৌবীতেজোবিনা যস্তু শামতেজঃ সমর্চ্চয়েৎ। জপেদ্ধা ধ্যায়তে বাপি সভবেৎ পাতকী শিবে")। বাধা কৃষ্ণ হায়বসি অমত্তনি। খেন্নে হায়না লৌবিবা মহাক অদু নুমিৎ থানা হেক ঙাল্লিবমখৈ কাল সুত্র কৌবা নবক অদুদা তাদুনা লৈগনি হায়না ব্রহ্মবৈবর্ত পুবাণদা হায়বি। মতৌ অদুগুম্না শিব-শক্তি হায়বসিসু মশা অমত্তনি, খায়দোক্লদনা লৈ।

রুদ্রনা নুপানি, উমানা নুপীনি। রুদ্রনা নুমিৎনি, উমানা মমিনি। রুদ্রনা থানি, উমানা থবালমিচাক্লি। রুদ্রনা অয়ুক নুংথিলগী মতমনি, উমানা অহিংনি। রুদ্রনা যজ্ঞনি, উমানা বেদিনি। রুদ্রনা মৈনি, উমানা স্বাহনি, রুদ্রনা বেদনি, উমানা শাস্ত্রনি। রুদ্রনা উপালনি উমানা উরীনি। রুদ্রনা

মনম নুংশিবনি, উমানা লৈ-নি। রুদ্রনা অর্থনি, উমানা শব্দনি। রুদ্রনা লিঙ্গনি, উমানা পিঠনি।

শিব স্বরোদয় ৫০ দা শিব-শক্তিগী মতাংদা অসুম্না হায়– থা কৌবা লাইনা ঈড়া হায়বা শীংলি অদুদা লৈ, নুমিৎনা পিঙ্গলা কৌবা শীংলিদা অদুগা হংসনা সুষুম্নাদা লৈ। হংস হায়বিবসি শম্ভু (শিব) নি। মতৌ অসুম্না হংসনা শম্ভুগী মশক লৌবগা সুষুম্নাদা লৈ। স্বর হোন্দোকলকপদা "হ" হায়বা ময়েক অসি য়াওই অদুগা স্বর চিংশিনবদনা "স" হায়বা ময়েক অসি লোয়নৈ। হ-কার (হ) না শিবগী শকওংনি অদুগা স-কার (স) না শক্তিনি। (শিব স্বরোদয় ৫১)।

ওইথংবা নাতোন্দা হোল্লিবা স্বর (ঈড়া) গী পুবিবা লাইনা থা-নি। মহাক্না শক্তিগী মশক ওইনা মফম অদুদা লৈ। অদুগা য়েৎথংবা নাতোন মখুল অহোবদা হোল্লিবা (পিঙ্গলা) স্বরগী দেবতানা নুমিৎনি। মহাক্না মফম অদুদা শম্ভু (শিব) গী মশক লৌবগা লৈ।

স্বর হায়বসিনা আত্মনগা মশা অমত্তনি। বেদশিং, শাস্ত্রশিং, ঈশৈ অমসুং মবোল অহুম হায়দুনা লৈবিবা পূম্নমক স্বরদা য়াওদুনা লৈ। (শিব স্বরোদয় ১৬)। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পূম্না অমসুং অংশ কলাসু স্বরনা পোকহনবনি। জগৎ অসিবু শেম্নীবিবা অমসুং মাংহল্লিবা অসি তশেংনমক স্বরনা মহেশ্বরগী স্বরূপতা ওইহনবনি। (শিব স্বরোদয় ২০)।

শিব-শক্তি-অনীনা তিনশিন্নবগা অর্ধনারীশ্বরগী রূপ করম হায়না ওইখিবগে হায়বদু লিঙ্গ পুরাণনা অসুম্না হায়বি– শিবনা নোংম-নোংমগী ওইনা ভিক্ষা নিবা কোয়চৎ চৎলুবগা ফংলকপা খব অদু ফংলগা শিবগী ইমুং মনুংনা লেপ্লি। অসুম থোকউ হায়দুনা নোংমদি শিবসি মহ্ময়াই কনবা মনা মশিং শিজিন্নরুবদগী ভিক্ষা নিবা চৎপা ঙমলমদে। মদুদা পার্বতীনা হায়রম্মী, ইবুংঙো ঙসিগী থোং থাক্নবা পোৎশক কবিগুম্না অমত্তা লৈত্রে, ঙবাংগী অরেম্বা মথাক খবা থম্বদুসু গনেষগী শাদোং উতিন অমসুং

কার্ত্তিকেয়গী বাহন ময়ূরহোংনা লোয়না চাথোকখ্রে। মদু তাবদা শিবনা মহৌশাগুম্না ভিক্ষা নিবা থোকখিবন্সী। মতম অসিমক্তদা পার্বতীসু মাগী মচানুপা অনী, গনেষ অমসুং কার্তিকেয় পুবগা মপামদা (হিমালয়গী য়ুম) চৎকে হায়দুনা থোবক্লন্সী। লম্বীদা নাবদ মুনি হেক থেংনকবে। নাবদনা হায়বন্সী, শিবনা ভিক্ষা নিকবদগী ফংলকপা অদু নহাক্না অন্নপুর্নগুম্না অকক্লবা মচাং অমদা শিজিন্নবা তম্মু। পার্ব্বতীনা নাবদনা হায়বদুমক তৌরে। মতম অসিদা শিবদি ভিক্ষা নিবা চৎলুবদগী কনামত্তনা হাপ্লিবক্তদুনা মখুৎ হাংনা হল্লক্লে। অদুম ওইনমক শিবনা মাগী থোঙ্গাল কানশিনগে তৌবা কালদা অন্নপুর্ন থেংনবে। মহাক্না শিবদা চানবা চীঙ্গাক মবাং কায়না পীবন্সী। মদুদা শিবনা নুংঙাইমনখ্রদুনা অন্নপুর্নবু চেৎচেৎনা থম্মোয়নুংদা কোল্লন্সী, শিবনা কয়ামুক কন্না কোনশিল্লম্বগে হায়বদা অনীমক অমত্তা ওইনা তিনশিন্নখ্রে, অর্ধনাবীশ্বব (হকচাং তঙ্খায় অমনা নুপা, অতোপ্পা তঙ্খায় অমনা নুপীগী অপুনবা শকওং) ওইখ্রে।

লাইয়ামশিংগী মকোক ওইবা ভগবান শিবগী শকওং অসি তঙ্খায় অমনা নুপা অদুগা হকচাং তঙ্খায় অমনা নুপীগী শকওংনি। লৈশেম্বগী হৌবকফম মক অসি মসিনা ওই। খুৎশেম হৌবকলমদাইদা নুপাগী শকওং অসিনা নুপীগী মশক লৌবিবা হকচাং তঙ্খায় অদুগী গর্ভনুংদা চংখ্রে, অদুগা পীবুক্লুংদা সনাগী মক্ক হুনখ্রে। মক্ক অসি মৈগী মতৌগুন্সী, মসিদা লৈশেম্লবগী শক্তি পুম্নমক তুংশিন্দুনা লৈ। লিঙ্গ পুবানগী মতুংইন্না লৈশেম্বগী শক্তি অসি ব্রহ্মানা ওই, মরূ, পুক্লুং; থবো অদু ফংলিবনা বিষ্ণুনা ওই অদুগা মক্ক অদু হল্লিবনা শিব মশামক্লা ওই। মবম অসিনা হকচাং তঙ্খায়না নুপা অদুগা অতোপ্পা তঙ্খায় নুপী ওইবসিনা খুৎশেমগী মক ওই। লৈশেম্লবগী শক্তি পুম্নমক তুংশিন্দুনা লৈবিবা অগ্নিগী শকওং ওইনা শিবগী তোঙান তোঙানবা মশকশিং উৎলি। মৈ অসিনা য়েরুম মনুংদা চংলগা অশাবা পীদুনা লৈ। শিবগী হকচাং তঙ্খায় নুপাগী ওইবা অদুদি নিষকাল (গুন চেন্দবা) ওই; অদুগা নুপীগী ওইবা হকচাং তঙ্খায় অদুমদি গুন য়াওবা সকাল মূর্ত্তিনি।

নুপীগী শরুক অসিদা সত্ত্ব বজ অমসুং তমঃ হায়বা গুণ অহুম অসি তুংশিন্দুনা লৈ। গুণ অহুম অসিনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং রুদ্র হায়না খঙনৈ। (লিঙ্গ পুরান, ভোঃ ৫ গী রাহৌদোক্কী শরুক)।

## ত্র্যম্বক শিব

শিবনা অর্ধনারীশ্বরগী রূপ লৌদুনা লৈবগী মতাংদা নৈনজস্রে। মথংদা শিবনা ত্র্যম্বক ওইনা লৈবগী মতাংদা লাকচগে। "ত্র্যম্বক" হায়বা শব্দ অসিদা য়াওবিবা "অম্বক" হায়বা ৱাহে অসিনা 'মিৎ অমসুং ইমা' হায়বগী অর্থ পুই। অদুনা 'ত্র্যম্বক' না শিবগী মমিৎ অহুম নত্রগা ইমা অহুম নত্রগা প্রজ্ঞ মাত্রা নত্রগা পৃক্লিংদা রা খঙনবা পাঙ্গল (Mind), ভূত মাত্রা, ভূত মঙা, ভৌতিক পদার্থ (Matter) অমসুং প্রান মাত্রা (প্রান অমসুং অপান-শ্বর হোন্দোকপা অমসুং শ্বর হোঙ্গিনবা) (Life) হায়বা অসিবু পোকহল্লক্লবগী শক্তি অদুবুসু খঙনৈ। ত্র্যম্বকনা ব্রহ্মা বিষ্ণু অমসুং রুদ্রবুসু খঙনৈ। যজ্ঞগী মৈ অহুমবুসু খঙনৈ। মৈ অহুম অদুদি গার্হপত্য অগ্নি (নুমিৎ থোক্লকবাকান্দা তৌবা যজ্ঞ), দক্ষিন অগ্নি (নুমিৎযুংবা কান্দা তৌবা যজ্ঞ) অমসুং আহবনীয় অগ্নি (নুমিদাংৱাইবমদা তৌবা যজ্ঞ)। ত্রেতাযুগকী ধর্ম্মদি মৈ অহুম অসি যজ্ঞ তৌববু খঙনৈ।

বেদ অহুম অমসুং গুণ অহুমবুসু খঙনৈ। প্রজ্ঞ মাত্রা (Mind), ভূত মাত্রা (Matter) অমসুং প্রান মাত্রা (Life) হায়বা অহুম অসি জগৎ সংসারগী শকওং উৎলকপদা চংবা শিবগী মমিৎ অহুম নত্রগা ইমা অহুম হায়বদুনি।

শিববু "ত্র্যম্বকং" কৌকবিবসি ইমা অহুমগী মপুং ফাবা অপুনবা শকওংনি হায়বা তাকই নত্রগা লৈশেমলোনগী নুংগী ওইবা মকওইবা মূল তত্ত্ব অদুনি হায়বা খঙহল্লি। বৈদিক সাহিত্যদা ইমা অহুম হায়বিবসি অম্বা, অম্বিকা অমসুং অম্বালিকাবু খঙনৈ। অদুগা পৌরানিককী ওইবদনা ইমা অহুম হায়রিবসি মহা দূর্গা, মহা লক্ষ্মী অমসুং মহা সরশ্বতি অহুমবু খঙনৈ।

অহ্নমসিগী মনুংদগী মহা দূর্গাগী কুচুনা অমুবনি (কালি) নি। মহা লক্ষ্মীগীনা পূমত্তৌ ত্তৌবা (সর্ব শুক্ল) অদুগা মহা সবস্বতিগীনা নাপু (পীতম্বর) ওই। ঋক বেদগী অহানবা মগুন্দা ইমা অহুম হায়রিবসি স্বর্গ, অন্তঃ বিক্ষ (অহাংবা মালংগী শকক) অমসুং পৃথিবীবু খণ্ডনৈ। সূর্য্য, বায়ু অমসুং অগ্নিনা মপা অহ্নমনি হায়না খণ্ডনৈ। শিবগী মমিং অহুম হায়বিবসি চুমথাংগী মচু তবেংগী মশক্তি। মসিবু ইন্দ্রগী লীকং অমসুং রুদ্রগী খুত্তা পায়বিবা লীকং অদুনা মশক লেপ্পী। রুদ্রগী মশিং য়াম্মী। স্বর্গ, অন্ত:বিক্ষ অমসুং পৃথিবীদা শিনবা থুংনা লৈ; অমসুং মায়কৈ মবিদসু শিনবা থুংনা লৈ। (যজুব বেদ ১৬। ৫৪। ৬৩-৬৬)। রুদ্রনা লীকংদা তেঙ্গা থোংলগা মায়কৈ খুদিং শিনবা থুংনা কাপথোক্লি। চীংগী লাইগী লীকং অমসুং তেন্দোং অসিবু জগৎকী সূমঙ্গল ওইনবা নিজবি।

ত্রয়ীবিদ্যাগী মশক উৎলিবা সূর্যগা শিবগা মশক অমত্তা ওইনা লৌই। ত্রয়ীবিদ্যা অসিগা মহাদেবগী ত্রিশুলগসু অমত্তা ওইনা লৌই। পুবানগী মতুংইন্না শিবগী কুচুসি অতিয়াগী মচু (নীলগ্রীব), মৈগী অঙাংবা মচু অমসুং অঙৌবা মচু ওই। অমত্তা ঙাইবা ব্রহ্মাবু খুৎশেমগী মতমদা শকওং অহুম থোক্লা পুথোবকই। (অথর্ব্ব বেদ ৩। ২৮)। রুদ্রগী মশক্তি হায়বিবা প্রান নত্রগা অগ্নি হায়বিবা অসিদগী অগ্নি, বায়ু অমসুং অদিত্য নত্রগা বৈদিক অমসুং পৌবানিকগী ত্রিনিতি (ত্রিনাথ) অদু ওইরকই। (লিঙ্গ পুবাণ ১। ১০৬। ২৫-২৬)। শিবগী মশা অসি শকক অহুম থোকতোকই। অগ্নিনা শরুক অহুম থোকপগী অমা, অদিত্য নত্রগা সূর্য্যনা অহুম থোকপগী অমা অদুগা বায়ুনা অহুম থোকপগী অমা। অসুম্না প্রাননা শকওং অহুমগী অপুনবা মশক ওইরকই। জগৎ অসি অহুম্না খুজিং ওইবগা শেন্নকপা অমসুং প্রান্না শক্তিগী মক ওইবগা হৌবকপা অসি ত্র্যম্বকংনা ওই। শিবনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শেমননবগীদমক ত্র্যম্বকংগী শকওং হায়বদি ইমা অহুমগী মশক নত্রগা গর্ভ অহুমগী শকওং অসি লৌবকই। ঋক বেদনসু ত্রিমাতা হায়বা মিং অসিগা ত্র্যম্বকংগা অমতনি হায়। (ঋক বেদ ৩। ৫৬। ৫)।

ত্র্যম্বকং রুদ্রনা ইমা অহুমগী মশক্তি হায়বিবসি ব্রহ্মপুরাণ ২। ৯। ৪ দসু শব্দোক্তা তাকই হায়। বৈদিক অমসুং ব্রাহ্মনিকগী চৎন পথাপকী মতুংইন্নদি মখোয়না গায়ত্রী, ত্রিশুব অমসুং জগতী হায়বা ছন্দ অহুমগী মশক ওইনা লৌই। ছন্দ অহুম অসিবু পৃথিবী অমসুং স্বর্গ অনিগী মালংগী লমদা গুমখৈ পঙ্খেং ফংগে মতাগুম পাযবিবা চেক্লা অহুম (সুপবনস) গী মশক ওইনসু লৌই। চেক্লা অহুম হাযবিবসি ঋক বেদগী সুপবন অহুম হায়বিবদুনি। ছন্দ অহুম, উচেক অহুম অমসুং প্রান অহুম হায়বিবসি পৃক্সিগী মিকুপ খুদিংদা ছন্দ নত্রগা লয অহুমগী মওংগুম এমুক স্বব হোন্দোকপা অমুক হোঞ্জিনবা অমসুং স্বব হোন্দোক হোঞ্জিন অনীগী মবক্কী লাংদাই ওইবীবা অসিবু খঙনৈ। পৃক্সিগী হিংনবগী খোঙচৎতা অসিগুম্বা ছন্দগী শৈবোন অসি চংদবা শুকযামক য়াদে। গাযত্রীনা অগ্নি, ত্রিশুবনা বায়ু, অমসুং জাগতিনা নুংশিৎ ওই। অগ্নিনা পৃথিবীদা, বাযুনা অন্তঃবিক্ষদা অদুগা সূর্য্যনা স্বর্গদা লৈ। (ঋক বেদ, অহানবা মন্ত্রন)।

ত্র্যম্বক দেব (মমিৎ অহুম পানবা লাই) শিববু মমিৎ অহুম পাল্লি হায়নৈ। মমিৎ অহুম হায়বিবসি নুমিৎ, থা অমসুং মৈবু খঙনৈ। নুমিৎনা অশাবগী তত্ত্ববু খঙনৈ, থা-না অঈংবগী মক অদুগা মৈনা অনি অসিবু য়ানশিন্নদুনা থম্মী। মৈনা নুংগী শক্তি, নুমিৎ অমসুং থা-না অশাবা, অয়িংবা, অঙানবা অমসুং অমম্বা, প্রান অমসুং অপান – স্বব হোঞ্জিনবা, স্বব হোন্দোকপা, নুংদা হোঞ্জিনবা অমসুং হোন্দোক্লবা শক্তিবু খঙহল্লি। মমিৎ অহুম হায়বিবসিনা শিবগী জ্ঞান, হৌখিবা, হৌজিক ওইবিবা, তুংদা ওইবক্কদববু খঙনৈ। পাম্বোম মবিনা মায়কৈ মবিবু খঙনৈ। যোগ-গী লোন্দদি সূর্য্য হায়বিবসিনা পিঙ্গলা কৌবা নাড়ী অদুনি, থা-না ঈড়া কৌবা শিংলীনি অদুগা, অগ্নিনা সুশুম্ন হায়বা নাড়ী অদুনি। মখোয় অসিবু মৈতেগী ৱাহৈদা খা-খোং, লাইখোং অমসুং মবোং খোং হায়না খঙনৈ। নুমিৎনা য়েৎথংবা নাকন্দা লৈ, থা-না ওইথংবদা অদুগা মৈনা ময়াইদা লৈ। হায়বিবসি মীওইবগী শিংলী পাফলগী মনুংদা লৈবনি। শিবগী মমিৎ অহুম অসিনা সহব

অহুমগী মশক্লি হায়বা তাকই। অহুম হায়বিবা অদুদি– সনাগী সহব হায়বদি স্বর্গ, চাণ্ডীগী সহব হায়বদি অনীগী তাইনবা লাংদাই অদুগা কোবীগী সহব হায়বনা পৃথিবীবু খঙনৈ। হায়বিবা সহব অহুম অসি মখোয়গী মতম অদু লাক্লবা কান্দা মাংখি। শিবগী তেনগী খুৎকাপ অমত্তনা মখোয় অসিবু মচেৎ তানা থুগাযদুনা মাংহনখি অদুগা পুন্না থল্লম্মী নত্রগা মখোয় অহুম অসি পুনশিল্লগা অপুনবা মপুম ওইনা মথৌ তৌহল্লি। সহব অহুম হায়বিবসিনা অপৌবা হকচাং (স্থূল শবীব) অকুপ্পা হকচাং (সুক্ষ্ম শবীব) অমসুং হেল্লা কুপ্পা হকচাং (কাবণ শবীব) বুসু খঙনৈ। হকচাংগী অবস্থা অহুম হায়বদি জগবত (মিকপ থোক্লুনা লৈবগী মতম), সপন (মং মংদুনা লৈবগী মতম) অমসুং সুশুপ্তি (তুমখুল হুন্না তুম্বগী মতম) বুসু ত্রাম্বকগী মশক্লি হাযব তাকই। ত্রাম্বকনা মথক্তা পঞ্জখ্রবা পূক্লিং (Mind), থবাই (Life) অমসুং ভৌতিক পদার্থ (পোৎকী মচং Matter) বুসু খঙনৈ।

## জীমূত কেতু

জীমূতকেতু হাযবসি শিববু খঙনবা ব্রাহৈ অমনি। জীমূতকেতু হাযবা মিংথোল অসি শিবনা কবম তৌবগা ফংখিবগে হাযবসি পুবানশিংনা তাকই হায়। ব্রাবীদি অসুম্না তৌই– কালেন থানা চংলক্লবদা মালেম অসি শাবনা খৌগংনবক্লবা কালদা নোংমা পার্বতীনা মবুংগো শিব য়েংলগা হায়জবকই- "ননাইবু ঙাকপী শেনবীবা ইবুংঙো, কালেন থা চংলক্লে, অশাবা নুংশাগী মৈশাদগী অমসুং অকনবা নুংশিংকী শাফুদগী ঙাকথোক্লবা লৈনবা য়ুম অমত্তং লৈত্রবদি ঐখোয়বু কবম্না লেনগদবগে"। শিবনা খুম্নক্লম্মী - "প্রিয়ে! মতম পূম্নমক্তা ঐনা বনগী মনুংদা কোয়চৎ চৎলিবসি ঐগীনি হায়বা লৈনবা য়ুম অমত্তা লৈতবদগীনি"। শিবগী অসিগুম্বা ব্রাহৈ অসি তাকবদগীদি পতি সেবা কায়জদবী সতী দেবীনা মপুবোইবগা লোয়ননা মনা পুংবা উপালশিংগী মখাদা থুপ্তুনা কালেন থাগী অশাবা মতম লেল্লম্মী। কালেন থানা হৌখ্রবদা নোংজুথা লাক্লে। নোংখোং কুংনা চুথবক্লে। মীপুম

খুদিংমক মপাল ইপাল থোক্লবক্রে। অতিযা মকোয়শিং লৈচিন্তনা কুপশিন্দুনা পূম্নমক মমম্রে। খাক লাওবগী মখোলতনা মালেম শিনবা থুংনা পূম্নিন নিনম্রে। অসুম্না নোংজু থানা চংশিল্লক্লবদা পার্বতীনা মপুবোইবদা য়েংদুনা যুম অমত্তদি ঐখোযগী লৈনবা শাসি হাযদুনা অমুক হায়জবক্রে। পার্বতীনা হায়জবিবদু তাবগা শিবনা খুম্লক্লম্মী- "যুম অমা শানবা ঐগী খুত্তা শেল অমা ফাওবা লৈতে; ঐনা কৈগী মউল শেৎলিবসি নহাক্না উবিবা অসিমগুায। শেষ্ কৌবা লিন্না ঐগী নৌগুন ওইনা শিবি। পদ্ম অমসুং পঙ্কলনা ঐগী নাগী নাম্বিন ওইবি। ঐগী পাম্বোমগী মথক থংবা শরুক্কী পাম্বোম ফাবীনা কম্বলনা ওই অদুগা অতোপ্পা অমনা নাগ (লিন) ধনঞ্জযনা ওই। ঐগী যেৎথংবা খুৎকী পাম্বোম ফাবীনা অশ্বতবনা ওই, অদুগা ওইথংবা খুৎকীনা তক্ষকনা ওই। ঐগী খ্বাংগী অকোযবদা ফাবিবা লংলি অসিনা নীল-নি"। অদুনা নোংজু থা মনুংঅসি লৈচিনগী পোমাই হাইদোক্লগা লৈচিনগী ৱাংমা অহাংবদা লৈকবসি। অদু ওইববদি নোংনা চোৎলবোই। অসি হায়বল্লগা শিবনা লৈচিনগী পোমাই হাযদোক্লগা পার্বতীগা লোয়ননা চংখিবম্মী অদুগা নোংজুথা লোযন্ত্রি ফাওবা লৈচিন মপৈ মপৈগী মথক্তা লৈবম্মী। অসুম্না তৌবসিদা নোংজু থাগী ফুইনা হৌবা নোংনা মখোযগী মশাদা খিক্লমদে। হাযবিবা লৈচিন অসি শিবগী ফিবানগা মান্নে। অদুদগী হৌদুনা শিববু জীমূতকেতু (লৈচিনগী মশক মানবা ফিবাল) হায়না খঙনখি। (বামন পুবান)। (পুবাম্নিক)

## কালরূপ শিব

মহেশ্বরনা কাল কৌবা লাই অদুগী মশক লৌবগা লৈ। কালগী মমায মবী অমসুং তোঙানবা শকওংশিং লৈ। কালবু যুগ মবী থোক্লা খায়দোকই। যুগ অমমম্না কালগী মমায় অমমম্নি। কলপ অমদা যুগ মবী লৈ। যুগ মবীগী মমিংদি– কৃত (সত্য) যুগ, ত্রেতা যুগ, দ্বাপব যুগ অমসুং কলি যুগনি। যুগ মবী অসি কাল (শিব) গী মমায় মবীনি। বাযু পুবান, অধ্যায় ৩২। ১৩-

২০ দা যুগ মবী অসিগী লক্ষন অসি অসুম্না তাকই--

কালগী মমায়গী মমিং অতোপ্পা লক্ষনশিং

১। কৃত (সত্য) যুগ – কুচু ঙৌই, মবৈ মবী পাল্লি। ব্রহ্মা অমসুং বৈবস্বত মনু ওই।

২। ত্রেতা যুগ -- কুচুনা ঈ মচুগুম্মী, ঙাংই, মবৈ অহুম পাল্লি। মবৈ অহুম হায়বিবসি যজ্ঞগী মৈ অহুমবু খঙনৈ। মৈ অহুমগী মমিংশিংদি- গর্হপত্য, আহবনিয অমসুং দক্ষিন কৌই। মৈ অহুমসি যজ্ঞ তৌবনা ত্রেতা যুগকী যুগ ধর্ম্ম ওই। হায়বদি ত্রেতা যুগতা মৈগী যজ্ঞ তৌবা হৌদোক্লে। ক্ষেত্রিগী গোত্রশিং লৈবা হৌবক্লে।

৩। দ্বাপর যুগ – কুচুনা ষণ যোংমানবীগী মচুগুম ঙাংলেনৈ, মবৈ অনী পাল্লি, মখোঙ অনী পাল্লি। ক্ষেত্রিয় মবা চেৎনা লৈবে।

৪। কলি যুগ – কুচু মুই, মমিৎশিং ঙাংই, মবৈ অমা পাল্লি।

মমিৎ ঙাংবা, মবৈ অমা পানবা, কুচুনা মুশুক মুবা ব্লাং-চাওবা লিনগী মবৈগী মতৌগুম হা, হা কাপ্পা, কালগী মবীশুবা মমায় অসি কলি যুগনি। কলিগী অসিগুম্বা শকওং অসিবু কিদবা কনাসু যাওদে। কালগী মবীশুবা মমায় কলি অসিনি খ্বাইদগী কিনিংঙাই মশক ওইবিবসি।

কৃত যুগতা ব্রহ্মাবু খুকমগনি; ত্রেতা যুগতা যজ্ঞ, দ্বাপরদা বিষ্ণু অদুগা যুগ মবীমক্তা শিব ঐবু খুকমগনি। (বায়ু পুবান, অধ্যায় ৩২। ২১)। ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং যজ্ঞ হায়বসি কালগী অঙ্গ অহুম্নি। অদুগা যুগ মবীমক্তা শকওং মরী লৌবিবা খ্বায়দগী চাওবা লাই অদু কাল মশামক্নি। (বায়ু পুবান, অধ্যায় ৩২। ২২)। শিবদি কালগী মপা-মপুনি, কালগী হৌবকফম্নি। (বায়ু পুবান,

অধ্যায় ৩২। ২৩)। শক্তি লৈববা, চংখোল্লবা, দেবতাশিং নখোয় পূন্না কলি চংলক্লগনি হায়দুনা খক নুংঙাইতবা, নুংনাংবা, কিবা তৌগনু। দেবতাশিং নখোয়বু অমসুং তাইবং জীবশিংবু কনবীনবা, মখোয়গী ফলনবগীদমক ঐহাক্না কলি যুগতা অবতাব তৌববগনি অদুগা ঐবু ঈবাৎ পূজা তৌববগনি। (বায়ু পুবান, অধ্যায় ৩২। ২৪-২৫)। কলিবু কিকুবদগী মন্বন্তব খুদিংদা লাইয়াম্শিং, ঋষিশিং, পিতৃশিং অমসুং দানবশিংনা অচৌবা লাই শিববু খুরুম্মী। (বায়ু পুবান, অধ্যায় ৩২। ৩৩)। মবম অসি লৈবনা অকিবগী শকওং লৌবা কলিনা চংলক্কদৌববদা দেবতাশিংনা স্বর্গ থাদোক্লদুগা মালেম পৃথিবী থক্তা কুমথবক্লগা তপস্যা তৌই, ঋষিশিংসু তৌই। অশেংবা যজ্ঞশিং তৌদুনা লৈ। কলি যুগতা ভগবান শিব-না তোয়না অবতাব তৌই। (বায়ু পুবান অধ্যায় ৩২। ৩৬ ৩৭)।

বেদসু পদ মবী, হায়বদি শরুক মবী থোক্লা খায়দোকই। মতৌ অদুগুম্না যুগ হায়বসিসু পদ মবী থোক্লা খায়দোকই। যুগশিং অসিগী অপুনবা শকওং অদুনা কাল হায়বসি ওইবকলিবনি। (বায়ু পুবান ৩২। ৬৪)। কাল অসি শকওং মঙাগী মশক অমুক লৌবি। মদুদি— ১। সম্বৎসব, ২। পবিবৎসব, ৩। ঈদবৎসব, ৪। অনুবৎসব অমসুং ৫। বৎসব। সম্বৎসবনা অহানবা মহিনি, পবিবৎসবনা অনীশুবা চহি, ঈদবৎসবনা অহুমশুবা, অনুবৎসবনা মবীশুবা অদুগা বৎসবনা মঙাশুবা চহিনি। মঙা অসিনা পূনশিল্লগা যুগ অমা ওই। মঙা অসিনা কবম্না যুগ অমা ওইবগে হায়বগী নুংগী ওইবা ভাব অদু বায়ু পুবানগী ৩১। ২৭-৩২ দা নৈনৈ। কৌতলীয় অর্থ শাস্ত্র ২। ২০ (দেশ কাল-মান) নসু কালগী শকলোন মঙানা যুগ অমা ওই হায়। (বায়ু পুবান ৩২। ২৭-২৮ গী টিকা)।

## পঞ্চ ব্রহ্ম সদাশিব

শিবগী মমায় মঙানা পঞ্চভূত মঙাগী মশক লৌই। মহাভূত মঙা অদুদি— পৃথিবী, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং অতিয়ানি। সদাশিবগী পঞ্চমূখে,

মমায় মঙা পাল্লি হায়বিবসি তৎপুরুষ, বামদেব, অঘোব, সদ্যোজাত অমসুং ঈশানবু খঙনৈ। তৎপুরুষনা নোংপোক ওনবা মাযনি, বামদেবনা অৱাং ওল্লি, অঘোবনা মখা ওল্লি, সদ্যোজাতনা নোংচুপ ওল্লি অদুগা ঈশাননা নোংথকলোমদা য়েংখৎলি। হায়বিবা পঞ্চমূখে, মমায় মঙা অসিনা পঞ্চভূত মঙা, মীওইবগী জাৎ মখল মঙা অমসুং ইন্দ্রি মঙাবুসু খঙনৈ। সদ্যোজাতনা পৃথিবী, বামদেবগী ফজবা মায়থোংনা ঈশিং, অঘোবগীনা মৈ, তৎপুরুষনা নুংশিৎ অদুগা ঈশান-না আকাশ (মালং) বু খঙনৈ। সর্গ (লৈশেম্বা) গী থবক্লা পৃথিবীদা লৈ, স্থিতি (পালন) না ঈশিংদা, সংহাব (থুপচিনবা) না মৈদা, তিবোভাব (লোৎশিনবা) না নুংশিত্তা, অনুগ্রহ (মোক্ষ) না আকাশদা লৈ। পূম্নমক অসি পৃথিবীদগী ওইবকই, ঈশিংনা পূম্নমকপু মপান-মউ ফাহল্লি, মৈনা পূম্নমকপু থবক্তা ইনশিনহল্লি, নুংশিংনা পূম্নমকপু লৌথোকই অদুগা আকাশনা পূম্নমকপু আশীর্ব্বাদ পীবি।

পঞ্চমূখে (মায় মঙা) না তনমাত্রা (Subtle element) মঙাবুসু খঙনৈ। আকাশগী তনমাত্রনা শব্দ (খোম্থাং) না ওই। ঈশানগী শকওংদি শব্দনা ওই। জীবগী থৱায় মিবেলগী মশক্তি। মাগী কর্ম্মেন্দ্রিনা চিন (বাক) না ওই অদুগা জ্ঞানেন্দ্রিনা নাকোং অনিনা ওই। নুংশিৎকী তনমাত্রানা শোকপা (স্পর্শ) না ওই। স্পর্শ (শোকপা) না তৎপুরুষনা ওই। শকওংনা প্রকৃতিনি। মাগী কর্ম্মেন্দ্রিনা খুৎনা ওই; জ্ঞানেন্দ্রিনা উনসানা ওই। মৈগী তনমাত্রাদি শকওং (রূপ) না ওই। শকওং (রূপ) হায়বিবসি অঘোব না ওই। মৈগী শকওংনা বুদ্ধিনা ওই। মাগী কর্ম্মেন্দ্রিনা খোঙ অনীনা ওই, জ্ঞানেন্দ্রিনা মিৎনা ওই। ঈশিংগী তনমাত্রানা মহাও (বস) না ওই। বসগী মশক্লা বামদেবনা ওই। মাগী শকওংদি অহঙ্কাবনা ওই। মাগী কর্ম্মেন্দ্রিনা অমাংথোংনা ওই, জ্ঞানেন্দ্রিনা লৈ-না ওই। পৃথিবীগী তনমাত্রাদি মনম (গন্ধ) না ওই। মনম (গন্ধ) গী দেবতাদি সদ্যোজাতনি। মানা মন-গী মশক্তি। মাগী কর্ম্মেন্দ্রিনা অথিফমদা ওই, অদুগা জ্ঞানেন্দ্রিনা নাতোননি।

ঈশান-না জীবাত্মা (ক্ষেত্রাজ্ঞ পুরুষ—ক্ষেত্রবু মশক খঙবা) ওই। তৎপুরুষনা প্রকৃতিগা মান্নে। প্রকৃতিগী অব্যাক (মশক লোৎশিনবা—Unmanifest) অমসুং ব্যাক্ত (মশক ফোংদোকপা-manifest) গী শকওংনি। পবমাত্মাগী লৈফম্নি। মখোয়না মৈগী তত্ত্বদগী পোকলকপা চেতন নত্রগা বুদ্ধিগী মশক্লি। অঘোব অমসুং ঘোব হায়বা মঙ্গল অমসুং অকিবগী শকওং মৈগী মশাদা চেন্নবিবদু খঙনৈ। জীবগী মশাদা "ঐ" হায়বা অহঙ্কাবগী ৱাখল পোকহল্লিবদু বামদেবনি। সদ্যোজাতনা পূক্লিং (মানস-তত্ত্ব) বু খঙনৈ। মনগী মশক ওইনা শকওং নাইবা জীবশিংগী মশাদা লৈ। মবম পূম্নমক অসি লৈবদগী মমায় মঙা পানবা সদা শিববু পঞ্চব্রহ্ম হায়নসু খঙনৈ। অসিগুম্বা তত্ত্বগী ওইবা ৱাফম অসি নন্দিশ্ববনা উপনিষদগী আচার্য্য সনত্কুমাবগী মফমদা লিখি।

তাইবংপানবগী খুৎশেমগী মশক অসি তত্ত্ব কুন্মাঙাদগী ওইবকই হাযবসি শিব পুবানগী মনুং চনবা শত্তরুদ্র সংহিতাগী অধ্যায় ১। ৩৯ দা তাকই। হাযবিবা খুৎশেম অসি শিব-গী শকওং মঙাদগী পুথোবকই হায়না মমাংদা পঞ্জখ্রে। তত্ত্ব কুন্মাঙা শাবিবসি অপৌবা পঞ্চ ভূত মঙা, অকুপ্পা তনমাত্র মঙা, কর্ম্মেন্দ্রি মঙা, জ্ঞানেন্দ্রি মঙা, মসিগী মথক্তা অন্তঃকবনঃ মন, বুদ্ধি, অহঙ্কাব, চিৎ, প্রকৃতি অমসুং থৱায় মিবেল য়াওবি। মসিবু অসুম্না উৎলিঃ

| | মমিং | শকওং | কর্ম্মেন্দ্রি | জ্ঞানেন্দ্রি | তনমাত্র | পঞ্চভূত |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১। | ঈশান | থৱায় | চিন | নাকোং অনি | শব্দ | আকাশ |
| ২। | তৎপুরুষ | প্রকৃতি | খুৎ | উপ্সা | শোকপা (স্পর্শ) | নুংশিৎ |
| ৩। | অঘোব | বুদ্ধি | খোঙ অনী | মিৎ | শকওং (রূপ) | মৈ |
| ৪। | বামদেব | অহঙ্কা | অমাংথোং | লৈ | মহাও (বস) | ঈশিং |
| ৫। | সদ্যোজাত | মন | অথিফম | নাতোন | মনম (গন্ধ) | পৃথিবী |

কাশ্মীব শৈবিজম ১। ৩ দা হায়বনা ঈশান্না চিৎ, তৎপুরুষনা আনন্দ, অঘোবনা জ্ঞান বামদেবনা ক্রিয়া অমসুং সদ্যোজাতনা ইচ্ছাগী মশক্লি।

অনৌবা হকচাং (মহাভূত) গা মখোয়গা লোযননা মগুন (তনমাত্র) গা পুনশিন্নবগা কবম্না খুংশেম ওইবকপগে হায়বদু অসুম্না তাকলিঃ—

ইহান হানবদা ব্রহ্মদগী আকাশ পোকলকই। ব্রহ্মদগী নাদ (মখোল) না হান্না থোক্লকই হায়না লৌনবসু লৈ। মখোলদগী নুংশিৎ থোক্লকইঃ

আকাশ + নুংশিৎ তিন্নবগা মৈ পোক্লকই।

আকাশ + নুংশিৎ + মৈ তিন্নবগা ঈশিং পোক্লকই।

আকাশ + নুংশিৎ + মৈ + ঈশিং তিন্নবগা লৈপাক পোক্লকই।

মহাভূত মঙাগী তনমাত্র (মগুন) শিং অদু মথক্তা পঙ্খ্রে। অদুবু বিষয় অসিগা মবি লৈননা অমুকসু পঙ্গে। মখোয়শিং অদুদিঃ—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | আকাশদগী | – | শব্দ, বানি, বাক থোক্লকই। |
| ২। | নুংশিত্তগী | – | সপর্শ (শোকপা) ফাওবকই। |
| ৩। | মৈদগী | – | রূপ (মওং) ওল্লকই। |
| ৪। | ঈশিংদগী | – | রস (মহাও) পোক্লকই। |
| ৫। | লৈপাক্তগী | – | গন্ধ (মনম) পোক্লকই। |

তনমাত্রশিং অসি তিনশিন্নবগা অপৌবা হকচাং ওইবকই। খুদম ওইনা হায়ববদা আকাশতগী তনমাত্র বানী (মখোল) দগী নুংশিৎ থোক্লকই।

আকাশগী (শব্দ) গা নুংশিৎকী (স্পর্শ) গা তিন্নবগা = মৈ

মৈগী মগুন (রূপ) গা আকাশগী (শব্দ) অমসুং নুংশিৎকী (স্পশ) = রূপ + শব্দ + স্পর্শ = ঈশিং

ঈশিংগী (রস) মহাও, মৈ, আকাশ অমসুং নুংশিৎকী মগুনশিং = রস + রূপ + শব্দ + সপর্শ = পৃথিবী (গুন মবি)।

পৃথিবীগী মগুন (মনম = গন্ধ) গা ঈশিং, মৈ, আকাশ অমসুং নুংশিৎকী তনমাত্রশিং তিনশিন্নবগা হায়বদি = গন্ধ + রস + রূপ + শব্দ + স্পর্শ = পৃথিবী (গুন মঙা)।

তনমাত্রশিং অসি তিনশিন্নবগা অপৌবা হকচাং ওইবকই হায়বদি তাকলে। অদুবু তনমাত্রাশিং অসিগী কবন্বা চাংদা তোংশিন্নবগা ওইবকপনো হায়বদু অমুক নৈনফম থোকই। তনমাত্রশিং অদু তিনশিন্নবগী চাংদি অসুম্না তৌই–

১। (তনমাত্রা) মৈ $\frac{১}{২}$ + ঈশিং $\frac{১}{৪}$ + পৃথিবী $\frac{১}{৪}$ = অপৌবা মৈ।

২। (তনমাত্রা) পৃথিবী $\frac{১}{২}$ + মৈ $\frac{১}{৪}$ + ঈশিং $\frac{১}{৪}$ = অপৌবা পৃথিবী।

৩। (তনমাত্রা) ঈশিং $\frac{১}{২}$ + পৃথিবী $\frac{১}{৪}$ + মৈ $\frac{১}{৪}$ = অপৌবা ঈশিং।

৪। আকাশ $\frac{১}{৮}$ + নুংশিৎ $\frac{১}{৮}$ + মৈ $\frac{১}{৮}$ + ঈশিং $\frac{১}{৮}$ + পৃথিবী $\frac{১}{৮}$ = অপৌবা আকাশ।

মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, পৃথিবী, আকাশগী লৌবিবা মচাং, অসি ছন্দোগ্য উপনিষদ ৬। ৩। ৩ দা উৎলি। পঞ্চকবণ তৌবগা অপৌবা হকচাং ওইহল্লকই হায়না পঞ্চদসি ১। ২৭-২৮ না হাযবি। দেবী ভাগবত ৩। ৭। ৪৬ নসু হায়।

## অষ্টমূর্ত্তি শিব

শতপদ ব্রাহ্মন ১১। ৬। ৩। ৬ দা কদ্রগী শকওং নীপাল (অষ্টমূর্ত্তি) লৈ হায়না কদ্রগী মতাং নৈনবদা মথক্তা পঞ্জল্লে। শিবগী অষ্টমূর্ত্তিগী মতাংদা শিব পুরাণগী মনুংদা লৈবা শতকদ্র সংহিতাদা নৈনৈ। শতপদ ব্রাহ্মনদা হায়বগা শতকদ্র সংহিতাদা তাকপগা অনীগী মবক্তা খব খেন্নবা উবা ফংই। শিবগী শকওং নীপাল (অষ্টমূর্ত্তি) হায়বিবসি কবম কবন্বা শকওংনা ওইবকপনো ? শকওং নীপাল অসি মহাভূত মঙা, আত্মা, নুমিৎ অমসুং থা হায়বিবা নীপাল অসিনা পুনশিল্লগা ওই। নীপাল অদুদি–

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | পৃথিবী | = | সর্ব |
| ২। | ঈশিং | = | ভব |
| ৩। | মৈ | = | রুদ্র |
| ৪। | নুংশিৎ | = | উগ্র |
| ৫। | আকাশ | = | ভূম |
| ৬। | থবায় | = | পশুপতি |
| ৭। | নুমিৎ | = | ঈশান |
| ৮। | থা | = | মহাদেব |

শিবগী শকওং থবায় হায়না মফম অসিদা পল্লিবসি আত্মনবু খঙনৈ। মসিদি মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈ। শিবগী অসিগুম্বা শকওং অসি তাইবংপানবদা চংদুনা লৈ। জীবশিংগী থম্মোয়নুংদা চংলগা মহাক্না অখণ্ডবা, অউবা, লমজিংবা, মথৌ পাংথোকহনবা, ইনসনবা, মায়াগী বাংমদা লৈবা, পূম্নমক্কা শন্দোক্নুনা লৈবা অমসুং লৌশিংগী মঙাল পীনবিবা ওই।

নুমিৎ অমসুং থা-না শিবগী তবেংশুবা অমসুং নীপালশুবা মূর্ত্তি ওই। নুমিৎ অমসুং থা হায়বসি জীবগী মশা মনুংদা লৈ। য়াংলেন লূচাও শকগী য়েং, ওইদা চেনবা শিংলী অনীগী মমিংনি। য়েৎথংবা শিংলীগী মমিংনা পিঙ্গলা কৌই। নুমিৎকী মশক্তি। ওইথংবা শিংলীনা ঈড়া কৌই। মসিনা থা-গী শকওংনি। শকওং অনী অসিগী অপুনবা মশক্না মতম হায়বদু শেম্মী। হায়বদি অশাবা অমসুং অঙ্গংবগী শক্তিনা কাংখোঙগী মতৌগুম উংলগা মতমগী খোঙচৎ ওইবকই। দেবী ভাগবত, বুক মবী, অধ্যায় ২১, লাঃ ৩৩৩ দা পীবা টিকানা অসুম্না হায়— য়েৎথংবা শিংলী পিঙ্গলানা দানবশিংগী লৈফম্নি। ওইথংবা শিংলী ঈড়ানা দেবতাশিংগী লৈফম্নি। অনী অসি মতম পূম্বদা খৎনদুনা লৈ। কবিগুম্বা মতমদা দেবতাশিংনা ঙম্মী অদুগা কবিগুম্বা কালদা দানবশিংনা জয় ওই। ভগবানদি থম্মোয় হৃদয় কমলদা

লৈ। মহাক্লা দানব দেবতা অনীবু লাকশিন্দুনা থম্মী। নীপালশুবা শিবগী মূর্ত্তিনা যজ্ঞ তৌবিবা যজমান নত্রগা দীক্ষিত ব্রাহ্মনবু খণ্ডনৈ। যজমান্না কবম্না শিবগী মূর্ত্তি ওইগদৌরিবনো হায়না হংলবদি যজমান হায়বিবসি মন (মনস) বু খণ্ডনৈ। বৈদিক সাহিত্যদা যজমান অমসুং ব্রাহ্মনবু মন-গী মশক্তি হায়বা তাকই। শতপদ ব্রাহ্মন (১২। ৮। ২। ৪) দা মন-বু ব্রাহ্মণনি হায়। অদুগা অমুকসু মন-বু যজ্ঞ অমা পাংথোকপদা লুচিং পুবেল ওইবিবা ব্রাহ্মণ অদুনি হায়। (শতপদ ব্রাহ্মণ ১৪। ৬। ১। ৭)।

শিবগী অষ্টমূর্ত্তি অসি সর্ভ হায়না খণ্ডনবা মখোঙ নীপাল পানবা মখল অমা, পাঙ্গলনা শামু, নোংশা অমসুং কৈদগী হেন্না কনবা, তশেংনা লৈব্রা হায়ববদি লৈতবা, ৱাবী লাইবিক্কী ওইবা শা মহাভাবত অমসুং পুবানশিংনা হায়বা অদুগা পান্দম্লে। (অবন্যক পর্বন ৩৪। ৪, শান্তি পর্বন ১১৭। ৪১-৪২)। শা অসিগী মখোঙ মবী অমদি শাশিংদা পানবগুম পাল্লি অদুগা লেমহৌবা মখোঙ মবী অমদি মনঙ্গলদা পাল্লগা নোংথকলোমদা থিনগৎলগা লৈ। হায়বিবসি কলিকা পুবাণনা যুমফম ওইবগা শব্দকল্পদ্রুমনা পিবা সর্ভগী অর্থনি। সর্ভগী মখাগী মখোঙ মবীনা পৃথিবী, ঈশিং, মৈ অমসুং, নুংশিংনি হায়বা তাকই, অদুগা মাগী মখোঙ মবী নোংথক লোমদা থিনগৎলিবা অদুনা স্বর্গবু খণ্ডনৈ। স্বর্গ হায়বিবা অসিদা আকাশ, প্রান, অপান অমসুং মন হায়বা মবী অসি য়াওবি। অপৌবা শকওং, ভূত মাত্রদগী ওইবকপা মখোঙ মবী অসিদি তাইবং মিংনা উনবিবসিনি হায়না ভাবনা লৌনৈ। অদুগা অকুপ্পা মখোঙ মবী মিংনা উবা ফংদবা অতিয়া মালংগী লমলোমদা ওনখৎলিবা অদুনা খুৎশেমগী হৌবকফম মক অদুনি। গীতাদা অচৌবা পামেল তাইবং উবেল ওইবা অমগী মশক উংলি। মসিবু অশ্বথ হায়না খণ্ডনৈ। (গীতা ১৫। ১)। উপাল অসিগী মকনা নোংথকলোমদা ওনখৎলি অদুগা মশা মবেংশিংনা মখাবোমদা ওম্বুবকই। উধমনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী হৌবকফম মক অদুনি; অদুগা অধঃনা পাক শন্না লৈবিবা প্রকৃতিগী খুৎশেমগী মশক্তি।

পাশুপাত ফুলগী মোত মতুংইন্নদি অষ্টমূর্ত্তিনা অষ্ট পুশপিকাগী মশক্লি হায়বা ফোঙদোকই। হায়বদি শিব-দা লৈ খুজোক নীপাল থন্না কৎপা অদুগা শিবগী মূর্ত্তি নীপালদা ইবুংঙো মাগী মতিক মগুণ পূক্লিংনা চিংশিল্লগা ধ্যান তৌদুনা লৈববু খঙনৈ। বাণভত্তদি অষ্ট পুশপিকাগী নিয়ম মতুংইন্না শিববু ধ্যান তৌই হায়। অষ্ট পুশপিকা হায়বসিদা খুজোক মঙানা পঞ্চব্রহ্ম (মহাভূত মঙা) ওইবে, অদুগা লেমহৌবা খুজোক অহুম্না সূর্য্য, চন্দ্র অমসুং মন (যজমান নত্রগা হোত্রি) ওইবে। হায়বিবা নীপাল অসিনা শিবগী মূর্ত্তি নীপালনি হায়না পূক্লিংদা লাকশিল্লগা ধ্যান তৌই। (হবশচবিত ভোঃ ১)।

লিঙ্গ পুবান (২। ১৩-১৭) দা শিবগী অষ্ট মূর্ত্তিগী মোত ফোঙদোকই। পশুপত্ত সমপ্রদায়গী সাধকশিংনা শিবগী মূর্ত্তি নীপালদা ঈডাৎ পূজা তৌই। নীপানগী শকওংদি মথক্তা পঙ্খ্রে। হিন্দুগী পুবানশিংনা রুদ্রগী শকলোন তবামাথোই শুই হায়না তাকই। ব্রাফম অসি মৎস্য পুবানগী ৫। ২৯-৩০, লিঙ্গপুবানগী ১। ৮২। ৪০-৪১, হবিবংশ পুবাণগী– ১। ৩। ৪৯-৫২, ভবিষ্য পুবাণ, ব্রহ্মপর্ব ১২৫। ৭, শিব পুবান, বায় বিয় সংহিতা ১২। ২৫। ৩০ দা পল্লি।

শিববু পঞ্চব্রহ্মনি হায়না মথক্তা নৈনখ্রে। হায়বিবা মঙা অসি মশক অমত্তনা ওইবা তোঙান তোঙানবা রূপনি। মঙা অসি ঈশান, তৎপুরুষ, অঘোব, বামদেব অমসুং সদ্যোজাতনা ওই। মঙা অসিনা লৈশেম্বদা চংলিবা মচাক, মহাভূত্ত মঙা আকাশ, নুংশিৎ, মৈ, ঈশিং অমসুং পৃথিবী মথংশিংনা ওই। শিবগী ইহান হানবা মশকসি ঈশাননা ওই, মসি মরু ওইবা তত্ত্বনি। সংসাবগী অবাবা, নুংঙাইবা খঙহল্লিবা থবায়গী মপুনি। থবায়দা মহাক্তা কায়দোংলগা লৈ। প্রকৃতিগী নুংঙাইবা মহাও তংদুনা লৈ। ঈশাননা তাবগী ইন্দ্রি, বা ঙাংবগী ইন্দ্রি অমসুং মফম খুদিং শিন থুংনা লৈবা আকাশগী লাইনি। (শতরুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ১। ৪০)। নুংশিংগী মশক ওইনা তাইবংপান অসিদা শিনবা থুংনা লৈ। জীবগী দেহনুংদা মনিলগী মশক

ওল্লগা লৈ। হকচাং অহাংবা লৈবিবা, তুংখোংগী মখুল অহোবা লৈবিবসি আকাশগী শকওংনি। ঈশাননা তাইবং হকচাংগী মনুংদা থবায় মিবেলগী মশক ওইনা লৈ। মাগী লৈফম্না কোক্কী অবোইবা শক অমসুং পীশুম অনীগী মবক্তা লৈ। কোক্তা থবায় (জীবাত্মা) লৈ হায়বসি যোগ-গী ওইবনি। শ্রীমদ্ভাগবতকী মতুংইন্নদি থম্মোয়গী লকানুংদা জীবাত্মা লৈ। আকাশগী ওইবা মচি (essence) দি অপাম্বা, কল্লকপা, মীহৌবা, অকিবা অমসুং অশাওবনি। (শবীবক উপনিষদ অমসুং টোক উইথ ভগবান শ্রীবমন মহর্ষি ১৯৭০, ভোল ২)। অকাশগী গুাকলৌ লৈতে, য়াম্নদুনা লৈতৈ, মবা চেংনা লৈ, মশক থুপচীন্দুনা লৈ। পঞ্চভূত পুবা অমসুং অহোংবা পুবকপা লাইগী মশক্তি। (দি গ্রেত এপিক ওব ইন্দিয়া লাঃ ১৬৩)। কাশ্মীব শৈবীজম (১। ৩) না ঈশানবু 'চিং' নি হায়।

শিবগী অনীশুবা শকওংনা তৎপুরুষনি। মসিনা নুংঙাইবা পোকহল্লিবা ইন্দ্রিগী বিষযশিংদা কায়দোংলগা লৈ। হকচাংগী মনুংদা নুংশিং ওইনা লৈবগা লেংবা-ওৎপা, খোঙকাপ থুজিনহনবা, থবক থৌশিং যাংশিনহনবা, মথৌ পাংথোকহনবা, শ্বব হোন্দোক হোঞ্জিন তৌহনবা, পাঙ্গল (শক্তি) পীবা, মিৎ পাংথোক-পাংশিন তৌবা, উইশিনহনবা, ঈ-গী মপোৎশিং মপান্দা পুথোকপা, খৃজিন্না খোৎপা, অঙাংবু মমাগী গর্ভদগী পুথোকপীবা, অতৈ অতোপ্পা মথৌ কয়া পাংথোকহল্লি। (শবীব উপঃ, শতরুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ১। ৪১, দি গ্রেত এপিক ওফ ইন্দিয়া লাঃ ১৬৩)। কাশ্মীব শৈবীজম (১/৩) না তৎপুরুষবু আনন্দগী রূপ ওইনা লৈ হায়।

শিবগী অহুমশুবা শকওংনা অঘোব ওইনা উৎলি। মহাক্না হকচাংগী মনুংদা বুদ্ধিদা কায়দোংলগা মাগী মশা মবেং কয়া শন্দোকপগা লোয়ননা ধর্ম্মগীদমক লৈ। মায়দা বুদ্ধিগী লৈফম ওই। (শবীবক উপঃ)। ভগবান বমন মহর্ষিনা হায়বনা বুদ্ধি অসি খৌনাওদগী থম্মোয় ফাওবগী মবক্তা লৈ। বুদ্ধিনা অগ্নি (মৈ) তত্ত্ব ওইবনা অবাম্বা, খৌবাংবা, তম্বহনবা, ওইবোইদবা ৱাখল, ভাবনা দোলান শাবা অমসুং হকতিন্নবগী অপাম্বা

পোকহল্লিবা, খুদোংথিনিঙাই ওইবা রূপ লৌবিবা, মৈ ফুং ফুং হৌনা মৈবী কানা চাকহল্লিবা, মচু-থোকহল্লিবা অসি অঘোবননী। (দি গ্রেত এপিক ওফ ইন্দিয়া, লাঃ ১৬৩। শতরুদ্র সংহিতা অধ্যায় ১। ৪২। ৪৬)। অখণ্ড অহৈশিংনা তাইবং হকচাং পোলাংগী ঙাকলৌ ওইদুনা লৈবিবা লাই অদু অঘোবনি হায়। কাশ্মীব শৈবীজম (১/৩) না অঘোববু জ্ঞানগী মশক্তি হায়।

বামদেবনা শিবগী মবীশুবা রূপনি। মসিনা জীবগী মশাদা ফাওবক্লিবা অহঙ্কাব হায়বা তত্ত্ব অদুদা থোঙনেংনবগা অতৎ অথম নাইদবা থবক কয়া মকম পাংথোক্লি। হকচাংগী মনুংদা অহঙ্কাবগী লৈফম অসি থোয়দৌদগী য়াংলেন শক লুচাওগী অবোইবা ফাওবগী মনুংদা লৈ। (টোক উইথ ভগবান শ্রীবমন মহর্ষি, ১৯৭০, ভো ২)। শবীবক উপনিষদনা হায়বনা অহঙ্কাবগী লৈফম থম্মোয়না ওই। মহাক্লা হকচাংগী মনুংদা লৈবগা ঈশিংগী মশক ওইনা মহি থোকহল্লি। ঈশিংদগী য়ুং, লোক-তিন, ঈ, বীর্য্য অমসুং হুমাং ওল্লকই। (শবীবক উপ)। কাশ্মীব শৈবীজম (১। ৩) না বামদেববু ক্রিয়া শক্তিনি হায়।

সদ্যোজাতনা শিবগী মঙাশুবা রূপনি। নাতোন পুবা লাইনি, পৃথিবী তত্ত্বনি। পৃথিবীদগী মনম (গন্ধ) পোকহল্লি। হকচাংগী মনুংদা অকনবা শকক ওইবিবা অদু পৃথিবীনি। শরু, উলা, শিংলীশিং, শম অমসুং শদোংনচিংবা অসি পৃথিবীদগী ওইবকই। (শবীবক উপঃ)। অসিদা নত্তনা অঙাংবা পোকহনবা, মনিনমহা কাহনবা, অমেংবা, অকনবা পোৎপু থোৎহনবা, তগৎ তগৎ তেকহনবা, য়োকখৎপা, চাওখৎহনবগী থবক খুদিংমক পাংথোকই। (দি গ্রেত্ত এপিক ওব ইন্দিয়া, লাঃ ১৬৩)। মনগী মশক্তি, মনগী লৈফম্না খৌনাওগী অবোইবদনি। (শবীরক উপঃ)। ইচ্ছা শক্তিনিসু হায়। (কাশ্মীব শৈবিজম ১। ৩)। অসুম্না শিবনা পঞ্চভূতগী রূপ লৌবগা তাইবংপানবগী মশক পুথোবকপা অমসুং য়োকপী থাকপীবদগী পঞ্চব্রহ্ম ওইনা লৌই।

লিঙ্গ পুবাণ, অধ্যায় ১২। ৩-৪ গী মতুংইন্না পৃথিবী, ঈশিং, মৈ, নুংশিং, অতিয়া, নুমিৎ, থা অমসুং হোত্রী (Sacrifices) নচিংবা শকওংশিং অসি বিশ্বজগৎকী মশক ওইবা শিবগী স্বরূপনি হায়। শিবগী মূর্ত্তি নীপাল লৈরিবগী মশক অসি অতিয়া, মৈ, ঈশিং, পৃথিবী, নুংশিং, নুমিৎ, থা অমসুং জীব (আত্মা) নচিংবনা ওই। (লিঙ্গ পুরাণ, অধ্যায় ১২। ৬)। উপালগী মকদা ঈশিং চায়বগা উপাল অদুগী মউ, মশা মরেংনচিংবনা লোয়না চুপ্নগুম শিববু পূজা তৌবা মতমদা অতে লাইয়ামশিং অমসুং শিব-দগী থোকখিবা খুদিংমক্তা লোয়না পেল্লি। (লিঙ্গ পুবাণ, অধ্যায় ১২। ১৮)। জগৎ গুরু ওইবা শঙ্কবগী মপোৎ 'সোম' হায়বসিনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি ওইবক্রুবগী মরু ওইবি। (মথক্কী অধ্যায় ১২। ১৯)। অশিববু জয় তৌবা ভগবান শঙ্কবগী থা-গী শকলোন লৌবা 'সোম' অসিনা জীবশিংগী মশাদা চংবা মতমদা বীর্য্য ওই। (অধ্যায় ১২। ২০)। জগৎ গুরু ওইবা শঙ্কবগী থাগী ওইবা রূপ্না হকচাং পোলাংদা শাদোং ওইদুনা লৈবিবা জীবশিংগী মন (পুক্কিং) দা চংলগা লৈ। (অধ্যায় ১২। ৩০)। জীবগী নুংদা লৈবিবা ঈশিং অমসুং জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মনুং অমসুং মপাল অনীমক্তা লৈবিবা ঈশিংনা শিবগী ঈশিংগী ওইবা হকচাংগী শকওংনি। (অধ্যায় ১২। ৩৩)। ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মনুং অমসুং মপান অনীমক্তা লৈবিবা মৈ অমসুং হোত্রীদা লৈবিবা মৈ অসিনা শিবগী হকচাংগী মশক্লি। (অধ্যায় ১২। ৩৭-৩৮)। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মনুং অমসুং মপান অনীমক্তা শিংলিবা নুংশিৎ অমসুং থবায় পানবশিংগী হকচাং মনুংদা লৈবিবা নুংশিৎ পুন্না শিবগী শক্তি লৈবা হকচাংগী শকওং ওই। মপান্দা লৈবগা নুংশিৎ হায়। জীবগী নুংদা চংশ্রগা প্রান কৌই। প্রান্না মথৌ পাংথোকপা ভম্নবগীদমক মশাবু প্রান মঙা- প্রান, অপান, ব্যান, উদান, সমান হায়না খায়দোকই। অদুগা উপ-প্রান মঙা হায়বদি নাগ, কূর্ম, কৃকব, দেবদত্ত, ধনঞ্জয় হায়বনচিংবসু পুথোকই। চবকসংহিতাদা অতোপ্পা প্রান মবী অমগী মমিংশিংসু পল্লি। মখোয়শিং অদুদি— বজরমভ, স্থান মুখৎ, প্রদ্যোত অমসুং প্রকৃতনি।

নুংশিংশিং অসিনা অমত্তা ওাইবা ঈশ্বব ঈশানগী তোঙান তোঙানবা শকওংশিংনি। (লিঙ্গ পুবান, অধ্যায় ১২। ৩৯-৪৩)। জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী মনুং অমসুং মপান্দা লৈবিবা মালং আকাশগী শকক অমসুং জীবশিংগী হকচাং মনুংদা লৈবিবা মালংগী শকক অসিনা, শক্তি লৈবা ভগবান শিবগী হকচাংগী মশক্তি। (অধ্যায় ২২। ৪৪-৪৬)। শিবগী শকওং আত্মন হায়বসিনা জগৎ অসিদা লৈবিবা লেংলি পাল্লিবা, অচৎপা অমসুং চত্তবা হায়দুনা লৈবিবা জীবশিংগী থম্মোয়নুংদা চংদুনা লৈ। অথোইবা ঋষিশিংনা আত্মনবু দীক্ষীত (লাইমিং লৌববা) হায়না কৌই। মসি মঙ্গল পীনবিবা শিবগী হকচাংনি; মসিবু যজমান হাযনসু খঙনৈ। অফ-নুংঙাই তাল্লিবা মীপুম খুদিংনা শিবগী শকওং নীপাল অসিবু অহুনবা লৈতনা খুকমজগদবনি। মখোয় অসি অফ-নুংঙাই ওইবরুবগী হৌবকফম মরুনি।

লিঙ্গ পুবানগী অধ্যায় ১৩ দা অষ্টমূর্ত্তি শিবগী লক্ষনবু অসুম্না উৎলি। ১। সর্ব (তাইবংপানববু য়োকপীবা), ২। ভব (ব্রহ্মাণ্ড খিবিকপু হিংহনবা অচৌবা আত্মা। জীবশিংগী হকচাংনুংদা অহোংবা নাইদবা মপংগী মশক মচাক ওইনা লৈবা)। ৩। ভীম (অকাশগী শকওং), ৪। উগ্র (শিব মহাদেবনা যজমানগী শকওংদা দেবতাশিং অমসুং পিতবশিংদা হব্য অমসুং কব্য পীদুনা লৈবগী মশক), ৫। পশুপতি, ৬। রুদ্র (নুমিৎকী শকওং লৌবা মনাই ভক্তশিংদা ভক্তি পীনবিবা), ৭। ঈশান (জীবশিংগী মশাদা মনিল পোকহনবগী শকওং), ৮। মহাদেব (জীবশিংগী মনদা থা-গী মশক ওইনা লৈবা)।

ঋষিশিংনা হায়, বামদেবদি কর্ম্মেন্দ্রিগী মশক ওইনা অমাংথোঙদা লৈ। বেদ অমসুং শাস্ত্রশিং খুৎলোয়ববশিংনা হায়-সদ্যোজাতদি অথিফমদা তোংদুনা লৈ। ঋষি অমসুং দেবশিংনা হায়— ঈশানদি জীব পানবা পৃথ্বগী ঈশ্ববনি, খোঙ্গাংগী সূক্ষ্ম ওইবা মশক্তি, মালং অকাশগী হৌবকফম্নি। অথোইবা ঋষিশিংনা হায়— তৎপুরুষদি তনমাত্র "শোকপা" হায়বদুগী শকওংনি। নুংশিংকী হৌবকফম্নি। বেদ খুৎলোয়ববশিংনা হায়— অকিবগী শকওং ওইবা অঘোব হায়বসি তনমাত্র "রূপ" হায়বদুগী মশক্তি, মৈগী

হৌরকফম্ লি। তত্ত্ব খণ্ডলবশিংনা হায়— বামদেবদি "বস" হায়বা তনমাত্রা অদু ওইবনা ঈশিংগী হৌরকফম্ লি। তত্ত্ব নিংথিনা খণ্ডলবশিংনা হায়— অচৌবা লাই সদ্যোজাতনা তনমাত্র "পৃথিবী" ওইবনা মনমগী মশক ওই। ঈশ্বর ওইবা ঈশানদি আকাশগী মশক্লি। তৎপুরুষদি ব্রহ্মাণ্ড খুদিং শিনবা থুংনা লৈবনা নুংশিং ওই। অঘোরদি মৈগী মশক ওইবনা পূম্নমক্কা খুকয়ে। বামদেবনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু মথ্বায় হিংহন্দুনা থম্মীবনা ঈশিংগী মশক্লি। সদ্যোজাতনা পৃথিবীগী মশক ওই। মহাত্তি জগৎগী গুকনি; তাইবংপানবা অসিদা লেংবা অমসুং লেংদবা হায়দুনা লৈবিবা জীবশিংবু য়োকপী। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিদা লেংবা অমসুং লেংদবা হায়দুনা লৈবিবসি পঞ্চব্রহ্মগী মশক্লি। ব্রহ্ম মণ্ডা হায়বিবসি শিবগী শকওং মণ্ডাবু খণ্ডনৈ। মণ্ডা অসিবু পঞ্চভূত হায়না খণ্ডনৈ। মণ্ডা অসিদগী জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি ওইবকই।

## শব্দ ব্রহ্ম শিব

শিবগী মশাদা ময়েকশিংনা চংলগা লৈ। ময়েকশিং হায়বিবসি স্বর ময়েক অমসুং ব্যঞ্জন ময়েকশিংনি। 'অ' না শিবগী কোকনি; 'আ' না মাগী লাইবক্লি। 'ই' না মাগী য়েৎকী মিৎনি; অদুগা 'ঈ' না মাগী ওইগী মিৎনি। 'উ' না মাগী নাকোং য়েৎথংবনি; অদুগা 'ঊ' না শিবগী ওইথংবা নাকোংনি। "ঋ" না য়েৎথংবা খজাইনি, 'ৠ' না ইবুংঙোগী ওইথংবা খজাইনি। 'এ' না চিনবান মথক্লি; 'ঐ' না চিনবান মখানি। 'ও' অমসুং 'ঔ' না মথংশিংনা শিবগী য়া পবেং অনীনি। – (অনুস্বার) অমসুং ঃ (বিসর্গ) অনীনা মাগী ডৌ মপাক্লি।

'ক, খ, গ, ঘ, ঙ' হায়বা ময়েক মণ্ডা অসিনা শিবগী য়েৎথংবা পাম্বোম মণ্ডানি। 'চ, ছ, জ, ঝ, ঞ' হায়বা ব্যঞ্জন ময়েক মণ্ডা অসিনা শিবগী ওইথংবা পাম্বোম মণ্ডানি। মতৌ অদুগুম্না 'ট, ঠ, ড, ঢ, ণ' অমসুং 'ত, থ, দ, ধ, ন' না শিবগী খোঙশিংনি। 'প' ময়েক্কা মাগী মপুক্লি অদুগা 'ফ' না য়েৎথংবা শরুক্লি। 'ব' ময়েক্কা মাগী নাকল ওইথংবনি। 'ভ' ময়েক্কা

মাগী লেংজুম্নি। 'ম' না অচৌবা যোগী মহাদেবগী থম্মোয়নি। 'য়, ব, ল, ব, শ, ষ, স, হ' না ঈশ্বরগী ধাতু (Vital Secretion) তরেংনি। 'হ' মমেক্লা খোয়দৌনি। 'ক্ষ' না মাগী নাতোননি। 'ৡ, ৠ (I) না শিবগী নাতোল মখুল অনীনি। (রুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ৮। ৩১-৩৯)।

শিবদি প্রনব ॐ নি। শিবদগী 'ॐ' থোক্লকই। রাবীদি অসুম তৌই– নোংমা ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণু অনীনা ঐনা চাওবা হেল্লি, ঐনা চাওবা হেল্লি হায়দুনা কন্না খৎনবন্মী। লাইয়ামশিংনা খান্নদা য়াবমদে। মমৈথংদা মখোয়না শিবদা খৎনবদু খান্নিনবা হায়জরুবদগী শিবনা কৈলাশতগী লেংলক্লগা মৈবী ফ্রি ফ্রি লাওনা কাপ্পা মৈগী য়ুম্বী অমগী মশক ওইনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অনীগী মবক্তা চোংথোক্লকল্মী। মদুদা মখোয় অনীনা ঙকচানদুনা তৌফম খঙদনা লৈবন্মী। মতম অসিদা দেব-বানী "ওঁম্" "ওঁম" হায়বা খোল্লোক অমা দেবতাশিংগী মনুংদগী খ্বায়দগী অথোইবা অদুদগী থোবক্লন্মী। ব্রহ্মানা খোঙ্খাং অদু কবি ওইবিগবা হায়না খন্দুনা চঙক্লনা লৈবন্মী অদুগা বিষ্ণুনা খোঙ্খাং অদুনা য়োমশিল্লগা লৈবিবা অচৌবা আত্মা অদুদা ধ্যান তৌদুনা লৈবন্মী। মতম অসিদা ঋষি অমা লাক্লন্মী অদুগা "অচুম্বা" অদুগী নুংগী ওইবা তত্ত্ব অদু তাক্লন্মী। বিষ্ণুনা লাক্লিবা ঋষি অদু কনাসু নত্তে শব্দ ব্রহ্ম (প্রনব ॐ) গী মনুংদা লৈবিবা অচৌবা আত্মা অদুনি হায়বা খঙলন্মী। হায়বিবা ব্রাহ্মন অসি কনাসু নৎলমদ্রে, রুদ্র মশামক ওইবল্লে। পূক্লিংনা, ৰাখলনা লাম্বা ফংদবা, ৰাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদবা পরম ব্রহ্ম অদুগী মশক অদু এক নাম, এক মন্ত্র "ॐ" নি হায়বা উৎলি। ॐ গী মনুংদা য়াওবিবা 'অ' মাত্রানা ব্রহ্মগী হৌবকফম ওইবে; "উ" না বিষ্ণুগী হৌবকফম ওইবে, অদুগা 'ম' না রুদ্রগী হৌবকফম ওইবে। লৈশেম্বনা 'অ' না ওইবে, শুন্ধাৎহনবনা 'উ' না ওইবে অদুগা আশীর্বাদ পীবিবনা 'ম' না ওইবে। 'ম' না মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈবা পূম্নমক্কী অপোকপা ওইবে; অদুগা 'অ' না মরূ ওইরে। 'উ' না বিষ্ণু ওইবে। বিষ্ণুনা হৌবকফম মূলপ্রকৃতিগী মশক ওইবে।

অহম অসিনা পুনশিন্নবগা শিব ওইবে। তাইবংবু পোকপীবা ইমুংগো মহাক্কী লিঙ্গদগী মরূ "অ" হায়বা শব্দ অসি থোক্লক্লে। বীজ অসিনা যোনিদা তাখিবা মতমদা 'উ' অসি মপুং ফানা চাওখৎলক্লম্মী, মসিনা সনাগী য়েকম ওইনা থোক্লক্লম্মী।

শিবনা ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণুদা হায়বম্মী— লৈশেম্বা, লৈঙাকপা, মাংহনবা, লোৎশিনবা অমসুং কৃপানচিংবা মঙা অসি শিব ঐগীনি। লৈশেম্বগী থবক্লা ব্রহ্মাদা শিন্নে, বিষ্ণুদনা লৈঙাকপা অদুগা রুদ্রদনা মাংহনবা অমসুং লোৎশিনবা (তিবোভাব) গী থবক পায়খৎহল্লি। অদুগা মঙাশুবা অনুগ্রহ (কৃপা-মুক্তি) অসিদি নখোয়গী নত্তে। (রুদ্র সংহিতা ৯। ৫। ৫৬)। হায়বিবা থবক মঙা অসি য়েংশিন্নবগীদমক শিব ঐগী মায় অসি মঙা পাল্লি। ঐগী অবাং থংবা মায়দগী আ-কার থোক্লকই, নোংচুপ থংবা মায়দগী উ-কাব, মখা থংবা মায়দগী মা-কাব নোংপোক তংবা মায়দগী বিন্দু থোক্লকই। নাদ (মখোল) না ঐগী মায়গী ময়াই থংবা শরুক্তগী থোক্লকই। পূম্নমক অসিনা পুনশিল্লগা ঐগী শকওং "ওঁ" অদু ওই। পবম ওইবা ব্রহ্ম অদু শিবনি।

শিব ওঁ নি; ওঁ প্রনবনি। কবিগীদমক ওঁ বু প্রনব কৌবিবনো? প্রনব কৌকবগী মবমদি অসিনি-প্রান পূম্নমক্লা ওঁ দা মঙক নোল্লগা (প্রানাময়তি) কোয়াং ব্রাশাং তাবগী মতৌগুম্না তাদুনা লৈ হায়বগীদমক প্রনব কৌই। বেদ দেব যোনি ওইবা ওঁ গর্ভদা বেদশিং, দেবতাশিংনা চংদুনা লৈ হায়বদগীসু ওঁ বু প্রনব কৌই। (অথর্ব শিখা উপঃ) অতোপ্পা মবম অমনা প্রান্না উন্নাগী মনুং ফাওনা চঙলগা হকচাংগী মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈবগুম ওঁ না খোঙ্খাং খুদিংদা চঙলগা লৈ। খোঙ্খাং পূম্নমক্কী হৌবকফম মমাদি ওঁ না ওই। মখোল পূম্নমক্কী অপূনবা শকওং ওঁ না ওইবনা প্রনব হায়না খঙনৈ। অৱাবা, অকিবা কয়াদগী ঙাকথোকপি হায়বদগীসু ওঁ বু প্রনব কৌই। প্রনবগী মখল য়াম্মী। প্রনবগী মশাদা নুংপান অনী থোক্লা শায়দুনা লৈবনা মখল নীপাল শুই। মদুদি— অন্তঃ প্রনব, ব্যাবসাবিক প্রনব, বাব্য প্রনব, আর্শ-প্রনব, উভয়াত্মক নত্রগা বিবাট প্রনব, সংহার প্রনব, ব্রহ্ম প্রনব অমসুং অর্ধমাত্রা

প্রনব। একাক্ষব ওইবা ওঁ গী মাত্রাসু প্রনবনি। মাণ্ডুকোপনিষদনচিংবদা ওঁ গী মাত্রা মরীনি হায়রিবসি নারদ পরিব্রজক উপনিষদনদি মাত্রা নীপালনি হায়রি। নীপাল অদুদি অ-কাব, উ-কাব, ম-কার, অর্ধমাত্রা, নাদ, বিন্দু, কলা অমসুং শক্তি অসিনি। অ-কারদগী কয়াৎ লীশীং তরা, উ-কারগী কয়াৎ লীশীং অমা, ম-কাবগী কয়াৎ চামা অদুগা অর্ধ মাত্রাগী কয়াৎ মশিং নাইদনা লৈ। (নাবদ পরিব্রজক উপঃ)

মাত্রা ১৮ না শাবা ওঁ গী থোম্বাং অমসু লৈ হায়। থোম্বাং অসিদি য়াম্না শাংনা হোন্দোকলকপদা মতম চংই হায়। ওঁ গী শকওং অসি অকুপ্পা অমসুং অপৌবা হায়দুনা অনী থোকই হায়। অকুপ্পা প্রনবগী শকওংদনা শব্দ অমখক্তা লৈ। শব্দ মণ্ডাগী থোম্বাং মদুদা চংলগা লোত্তুনা লৈ। অকুপ্পা ওঁ গী শকওং অসি জীবন মুক্তশিংগীনি হায়না শিব পবাণ, অধ্যায় ৭। ৯ দা তাকই। ওঁ গী মথক্তা ফমলিবা অনুস্বাবগী মশক অসি যোগীশিংদনা খণ্ডই; অতৈনা খণ্ডবা ওমদে হায়।

অমুকসু লিঙ্গ পুবাণ I। ৩। ১০ না হায়বি – অক্ষরশিংনা শিবগী হকচাং কয়াৎশিং ওই। মহাক্কী মমায়না ঋক বেদনি, লৈ-না সামবেদনি, খৌনাওনা যজুব বেদনি অদুগা থম্মোয়না অথর্ব্ববেদনি।

কুলার্নব তন্ত্রগী উল্লাস তবক শুবদা 'ওঁ-কাব' গী মাত্রা অমমমদগী কলা তরা/তবা থোক্লকই হায়। মাত্রশিংদগী থোক্লকপা কলাশিংদি মখাগী অসিনি–

'ওঁ' গী অংশ 'অ-কার' দগী হায়বদি ব্রহ্মাদগী পোকলকপা সৃষ্টি কলা তরাগী মমিংশিংদি অসিনি-সৃষ্টি, মেধা, স্মৃতি, ধৃদিধ, কান্তি, লক্ষ্মী, দ্যুতি, স্থিরা, স্থিতি অমসুং সিদ্ধি। হায়রিবা কলা তরা অসি ব্যঞ্জণ ময়েক 'ক' দগী "চ" ফাওবগী মনুংদা ওইবা সৃষ্টি' কলাশিংনি।

'উ-কার' দগী থোক্লকপা, বিষ্ণুদগী পোক্লকপা স্থিতি কলা তরাগী মমিংশিংদি অসিনি- জরা, পালিনী, শান্তি, ঈশ্বরী, রতি, কামিকা, বরদা,

হলাদিনী, প্রীতি অমসুং দীর্ঘনি। হায়রিবা কলা তরা অসিনা ব্যঞ্জন ময়েক 'ট' দগী 'ভ' ফাওবগী মনুংদা ওইবা 'উ' কাবদগী থোক্লকপা অদুগা বিষ্ণুদগী পোক্লকপা স্থিতি কলা-তবানি।

'ম-কাব' দগী থোক্লকপা, রুদ্রদগী পোক্লকপা সংহাব কলা তবাগী মমিংশিংদি মখোয়শিং অসিনি-তীক্ষ্ণা, রৌদ্রী, ভয়া, নিদ্রা, তন্দ্রা, ক্ষুত, ক্রোধিনি, ক্রিয়া, উৎকাবী অমসুং মৃত্যুনি। হায়রিবা সংহাব কলা তবা অসিনা ব্যঞ্জন ময়েক 'প' দগী 'ম' ফাওবগী মনুংদা ওইবা 'ম' কাবদগী থোক্লকপা অদুগা রুদ্রদগী পোক্লকপা সংহাব কলা তবানি।

তিবোধানগী কলা মরী 'বিন্দু' দগী থোক্লকপা অদুগা 'ঈশ্বর' দগী পোক্লকপা অদুগী মমিংশিং অদুদি অসিনি– পীতা, শ্বেতা, অরুনা অমসুং অসিতানি। হায়বিবা কলা মবী অসিনা "স" কাংলুপ 'বিন্দু' দগী থোক্লকপা অদুগা 'ঈশ্বব' দগী পোক্লকপনি।

অনুগ্রহগী কলা তবাতকক 'নাদ' দগী হৌবকই অদুগা সদাশিবদগী পোক্লকই। মখোয়শিং অদুদি- নিবৃতি, প্রতিষ্ঠা, বিদ্যা, শান্তি, ইন্ধিকা, দীপিকা, বেবিকা, মোচিকা, পবা, সূক্ষ্মা, সূক্ষ্মামৃত, জ্ঞান অমৃতা, অপ্যায়নি, ব্যাপিনী অমসুং ব্যোম রূপা। হায়বিবা কলা তবাতকক অসি 'অনুগ্রহ' কলা তবাতকক 'নাদ' দগী থোক্লকপা অদুগা সদাশিবদগী পোকলকপনি।

ওঁ গী পদ অহুম শুই। অহুম অদুদি জগবত, সপ্ন, যুশুপ্তি অমসুং ভূর, ভূব, স্বঃনি। অসি নত্তবা অহুম্মা খুজিং ওইবা কয়ামরুম অমসু লৈবি। ময়েক অহুম্মা পুনশিল্লগা ওইবা ওঁ অসি ফিথুপ মঙা থোক্লা তাশিল্লগা থম্মোয়গী লকানুংদা লৈ। হায়বিবা মঙা অদুদি– প্রান, অপান, ব্যান, সমান অমসুং উদাননি। উপ-প্রান মঙা- নাগ, কূর্ম, কুক্কর, দেবদত্ত অমসুং ধনঞ্জয় হায়রিবা অসিসু 'ওঁ' নি। অহানবগী মঙা অসিনা প্রান লৌই। অকোনবগী মঙা অসিনা বায়ু কৌই। কাল, নাদ, বিন্দু, ভূঃ ভুবঃ স্বঃ, মহ, জন, তপ অমসুং সত্যম হায়বিবসিসু 'ওঁ' নি। মরুনা মথক্তা যুংখত্তুনা

লৈবনা মখোং অহুম পানবা ব্রহ্মনি। (কথ উপঃ ২। ৩। ১)। অতিংঙা, নুংশিং, মৈ, ঈশিং অমসুং পৃথিবীনচিংবা (অমসুং মখোয়দগী থোক্লকপা পোংথোকশিং) না মসিগী মশাশিংনি। মসিবু অশ্বথ (সনা খোংনাং পাম্বী) কৌই। (কথা উপঃ ২। ৩। ১)। মসি ব্রহ্মনি। মাগী মঙান্না নুমিংকী মঙান্নি। হায়রিবা মঙাল অসি 'ওঁ' গী অবংবা মঙান্নি।

খুজিং অহুম/অহুম্না পুনশিল্লকপদগী ওইরকপা গুনশিংনা সগুণ ব্রহ্মগী লৈতেং ওই। খুদম ওইনা হায়ববদা অ + উ + ম গী অপুনবা খোঙ্হোক 'ওঁ' না ব্রহ্মগী খোঙ্হাংনি। মতৌ অদুগুম্না 'ওঁ' গী মাত্রা অমমম্না পুনশিন্নরগা ওইবকপা অপুনবা শকওংনা ব্রহ্মস্বরূপ ওইবি। খুদম ওইনা—

অ + উ + ম

নুপী, নুপা, নপুংসা – নুপা নত্রগা নুপী নত্রগা অনীমক নত্তবা জাৎ মশক খঙনবা লিঙ্গ।

মৈ, নুমিৎ, নুংশিৎ – মঙালগী মশক
ব্রহ্মা, বিষ্ণু, রুদ্র – লাই ওইবগী মশক
গাইত্য, দক্ষিনাগ্নি, অহবনীয় – ঈশ্বরগী চিনবানগী মশক
(অয়ুক, নুমিৎযুংবা অমসুং নুমিদাংবাইবমদা তৌবা যজ্ঞগী মশক)

ঋগবেদ, যজুরবেদ, সামবেদ – অখঙবা, জ্ঞানগী শকওং

ভূব, ভূবঃ স্বঃ – জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী মশক
হৌখ্রবা, হৌজিক ওইবিবা, – কাল (মতম) গী শকওং
তুংদা ওইবরুদবা মতম
মৈ, প্রান, নুমিৎ – অশাবা, মৈশাগী মওং
চীঙ্গাক, ঈশিং, থা – হৌ হৌ চাওখৎলকপগী মওং
বুদ্ধি, মন, অহঙ্কাব – বুদ্ধি, লৌশিংগী মশক
প্রান, অপান, ব্যান – নুংশা শ্বরগী মশক
রজ, সত্ব, তম – গুনগী শকওং

ওঁ গী মাত্রা অহুমদগী গায়ত্রীগী মখোঙ অহুম থোক্লকই। মখোঙ অহুম অসিদগী বেদ অহুম অমসুং ব্যাহৃতি অহুম– ভূর, ভুবঃ স্বঃ হায়বসি থোক্লকই। "অ" দগী "তৎ সবিতুর বরেন্যম" হায়বসি থোক্লকই। মসিনা পাক চাওথোক্লগা ঋগ বেদ অমসুং ভূঃ হায়বসি ওইবকই। "উ" দগী "ভর্গো দেবস্য ধীমহি" হায়বসি থোক্লকই। মসিনা পাক চাওথোক্লগা যজুর বেদ অমসুং ভুবঃ ওইবকই। অদুগা "ম" দগী "ধিয়ো যোনঃ প্রচোদয়া" ওইবকই। মসিনা পাকথোক চাওথোক্লক্লগা সামবেদ অমসুং স্বঃ হায়বসি ওইবকই। অহানবগী বেদ অসিনা স্তুতি-পব (ভক্তিদা লুপশিনবা) নি। অনীশুবা ক্রিয়া-পব (কর্ম্মদা লুপশিনবা) অদুগা অহুমশুবগী অসিনা জ্ঞান-পব (জ্ঞান্দা পূক্নিং লুপশিনবা) বু খঙনৈ।

"ওঁ" গী মনুংদা য়াওবিবা কলা (মাত্রা) শিংনা লৌবিবা লোকশিং, বেদশিং অমসুং মক ওইবা দেবতাশিংগী রূপশিং অদু মখাদা উৎলি–

| মাত্রা | লোকগী মশক | বেদগী মখল | মকওইবা দেবতা | লাইফমশিং | ছন্দ | মৈ মখল | মচুগী মখল |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| অ | ভূঃ (পৃথিবী) | ঋগ বেদ | ব্রহ্মা | বসুশিং | গায়ত্রী | গার্হপত্য | অঙাংবা |
| উ – | ভুবঃ (অন্তরিক্ষ) | যজুর বেদ | বিষ্ণু | রুদ্রশিং | ত্রিষ্টুভ | দাক্ষিনাগ্নি | অমুবা |
| ম – | স্বঃ (স্বর্গ) | সামবেদ | রুদ্র | আদিত্যশিং | জগতি | আহবনীয় | অঙৌবা/ফোনা মচু (অথর্বশির উপঃ) |

অর্ধমাত্রা (অনুস্বার)– অথর্ব্ববেদ একর্সিপুরুষ মারুটশিং বিবাজ জগৎ ব্রহ্মাণ্ড মচু মখল (ঈশান) শিখাগী তুমহন্নবা মৈ মখল (অর্থব উপঃ)

ঋষি পিপ্পলাদ, অঙ্গিরস অমসুং সনতকুমারনচিংবনা অথর্বনদা হংলম্মী করম্বা ধ্যান্না স্বায়দগী অথোইবা ধ্যাননি হায়না খল্লগা তৌগদগে ? "ওঁ" দা ধ্যান তৌবনা স্বায়দগী অথোইবা ধ্যাননি হায়না তৌগনি হায়না খুন্নক্লম্মী। মথক্তসু পঞ্জত্রে, "ওঁ" হায়বসি শিবনি। মোক্ষ পান্নশিংনা ওঁ বু ব্রহ্মনি হায়না খল্লগা ধ্যান তৌগনি। অসুম্না ওঁ দা ধ্যান তৌবগা মায়া সংসারগী পোকপা, শিবগী চক্রদগী নাম্থোকহল্লি। (ঋগ বেদ ৪। ৫৮। ১-২, মহা নারায়ন উপঃ ১২। ৮-৯)। ওঁ বু ব্রহ্মনি হায়না খল্লগা ধ্যান তৌ, শোয়দনা

নহাক্লা মন্নবা মায়াগী ঈপাক অদু লাল্লগা মোক্ষগী খোংবান অদু থুংবা ঙমগনি। (মুণ্ডকোপনিষদ ২। ৬)। "ওঁ" হায়বা খোঙ্গাং অসি লাওবা মতমদা কোক্তা য়েরুই। ধ্যান্দা লুপশিন্দুনা "ওঁ" দা ধ্যান তৌবগা অরোইবদা ব্রহ্মদা তিনখিনি। (মার্কণ্ডেয় পুরাণ, সর্গ ৪২)।

শ্রীকৃষ্ণনা গীতাগী ৮। ১২-১৩ দা হায়-কনাগুম্বা অমনা মন, ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চনশিল্লগা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা ধ্যান তৌদুনা লৈরগা প্রনব 'ওঁ' বু শোঙববদি মহাক্কী অথোইবা মতম য়ৌরক্লুনা থবায়না হকচাং পোলাং থাদোক্লুনা চৎথ্রবা কালদা আনন্দগী মশক ওইরবা ঐগী থাম য়ৌবা ঙম্মী; অদুগা ঐগী চরণ থম্বালবু ফংজবা ঙমগনি।

পরমাত্মাগী শকলোন লৌবিবা ওঁদা ধ্যান তৌবগা সংসার সাগর লানবা ঙমগনি অদুগা মাগী চরণ সেবা ফংজদুনা নুংঙাইবা ফংগনি। (মুণ্ডকোপনিষদ ২। ৬)।

ওঁ গী অতেনবা খোঙ্গোক্লা পাপ পুম্নমক চাকথেকই; অশাংবনা মাংবা নাইদে, লল থুম পীবা ওই। অর্ধ মাত্রাগা তিন্নবগা প্রনবনা মুক্তি পী। (ধ্যান বিন্দু উপনিষদ)। "অ" গী খোঙ্গাং থোক্লকপদা থম্মোয় লকাদা লৈবিবা থম্বাল অসি পুমলং লংলকই। 'উ' গী খোঞ্জেন ঙংলকপদা থম্বাল অসি শাকায়বকই। 'ম' গী মখোল থোক্লকপদা খোঙ্গাংনা পুমনিন নিল্লি, অর্ধমাত্রগী খোঙ্গাং তথ্বায়দদি পুমচিপ চিকপ্রে। (যোগ তত্ত্ব উপঃ)

কনাগুম্বা যোগী অমনা 'ওঁ' দা ধ্যান তৌববদি কর্মগী ফল পুম্নমক চংবা ঙমদে, পাপ ক্রোব কয়া তৌথ্রবসু চংবা ঙমদে। (বরাহ উপঃ, নাদবিন্দু উপঃ) ব্রহ্ম ফংনবগী উপায়শিংগী মনুংদা ওঁ-কারনা খ্বায়দগী অথোইবনি। (কথোপনিষদ ১। ২। ১৬-১৭)।



## মরীশুবা অধ্যায়

# শিব অবতার

### কলি যুগতা শিবগী অবতার ঃ

শিবনা কলি যুগতা অবতাব তৌই। শিব-না কবি মবমগীদমক কলি যুগতা অবতাব তৌকবিবনো হায়বগী মবম অদু লাইয়ামশিংদা খগুহল্লম্মী। শিবনা লাইয়ামশিং য়েংলগা হায়— অকি তুজুংনিংঙাই ওইবা কলিদা কনামত্তনসু নুংঙাইবা নত্রগা মোক্ষ পদবী ফংবা ঙমলোয়, মতম কৌবা লাইনা লোয়নমক য়োংশিনখ্রগনি। অদুম ওইনমক কলিনা চংলক্লবা কালদা জীবগীদমক্তা খন্দুনা ঐনা তোয়না অবতাব তৌবগনি অদুগা ঐবু ঈড়াং পূজা তৌনবগনি। অদুনা নখোয়না কিন্নিংঙাই ওইদে (বায়ু পুবাণ ৩২। ১২, ২৪-২৫, ৩৬-৩৭)। মতাং অসিদা সূতনা ঋবী তাবিবা ভাবকশিংদা ঋফম অসি অসুম্না শেংদোকই— দ্বাপব যুগ কয়াদা শিবনা অবতাব তৌববগনি হায়বসি হান্ননা পনখ্রে। কলি যুগতা শিবনা অবতাব তৌবক্কনি হায়বিবসি শিবগী অহানবা, তবাহুমদোয়শুবা, তবাতবেৎশুবা, কুন্নিথোইশুবা অমসুং কুনতরুকশুবা অবতাবশিং অদুবুনি। অদুগা অনীশুবা, অহুমশুবা, মবীশুবা, তবাশুবা, তবামাথোইশুবা অমসুং তবামঙাশুবদি দ্বাপব যুগতা অবতার তৌবগনি। শিবনা অবতাব তৌববিবসি কুননীপাল্লকনি। শিবগী অবোইবা অবতাবগী মতাংদা অসুম্না হায়— কুন্নীপালশুবা মন্বন্তবনা চংলক্লবদা ফুইনা হৌবা নোংগী কুচুবু ঙমজবা বাসুদেবনা দেবকী নন্দন ওইনা পোক্লকপা মতম অদুদা শিবনা ব্রহ্মচাবি অমা ওইনা পোক্লগনি। মোংফমদা কনাগুম্বা অমত্তনা য়েংশিনবিদনা তাদুনা

লৈবিবা অশিবা অমগী মশা মনুংদা শিবগী যোগ শক্তিনা ব্রাহ্মনশিংগী ফননবগীদমক চংলুগনি। শিবনা অশিবগী মশাদা চংখিবা মফম অদুনা অশেংবা তীর্থ শিদ্ধ ক্ষেত্র কায়া বোহন হায়না খঙনৈ। (বায়ু পুবাণ ২৩। ২০৯-২১১, লিঙ্গ পুবাণ ২৪। ১২৪ বি-১৩৩)। শিবনা বিষ্ণুগা লোয়ননা মেক চীংজাওগী শুকং মনুংদা চংদুনা কুন্নিপালশুবা দ্বাপবদা লৈকগনি। মতম অদুদা শিববু লকু লীশ নত্রগা নকুলীশ হায়না খঙনবগনি। অদুনা তবাত্তবেংশুবা অবতাবদা শিববু গুহাবাসিন হায়না খঙনৈ। গুহা প্রিয় হায়নসু খঙনৈ। (বায়ু পুবান ২৪। ১৫৪-৫৫)। শুকংদা য়াতাবা স-গুহ হায়নসু খঙনৈ। শিবনা মীওইবগী শকওং লৌবগা মালেমদা লেংথবকই। মাগী মমিং অমনা শ্রীকন্য হায়না মহাভাবত শান্তি পর্ব্বগী মনুংদা পল্লি। অদুগা অতোপ্পা অমনা লকুলীশ কৌই। নকুলীশ হায়নসু খঙনৈ। (ভক্তি অ্যাণ্ড দি ভক্তি মুভমেন্ট)।

কলচবেল হেবিটেজ ওফ ইন্দিয়া, ভোঃ মবি, লাঃ ৪১ দা হায়বনা শিবনা অশিবা অমগী হকচাং কয়াত্তা চংলগা নকুলিশ-- (নত্রগা নকুলিশা) হায়না কৌবা ব্রহ্মচাবী অমা ওইনা কয়াবতাব নত্রগা কায়া ববোহন, হৌজিক্কী মতমদনা ববোদাদা লৈবা কর্বন হায়বা মফম অদুদা অবতাব তৌখি হায়। ডাঃ গিঃ ভিঃ টগবেনা অনুবাদ তৌবা বায়ু পুবানগী অহানবা বোল্যুয়মগী ৱাহৌদোক্তা কায়াবোহন হায়বসি গুজবাটদা লৈ হায়। কলচবেল হেরিটেজ ওফ ইন্দিয়াগী মতুংইন্না শিবনা অবতাব তৌবা মতম অদুদা মহাক্কী শিষ্য মরীখক লৈবম্মী হায়। মখোয়গী মমিংদি কুসীক গর্গ, মিত্র অমসুং কৌরুষ্য (নত্রগা রুস্ত) কৌই। মখোয়না পশুপত লাইনিং লুপকী মশা মবি হৌদোকপা ওইবম্মী।

শিবনা মখল মখা কয়াগী অবতাব তৌই। অবতারশিং অদু বায়ু পুরাণ অধ্যায় ২৩, লিঙ্গ পুবাণ অধ্যায় ২৪, শিব পুবাণ (বায়বীয় সংহিতা ২, অধ্যায় ১০। ২) অমসুং কূর্ম পুবাণগী অহানবা অধ্যায়গী অকোনবা শরুক্তা

উবা ফংই। অবতাব কয়াদা লোয়নবকপা শিবগী মিংলেনশিং অদুদি মখোয়শিং অসিনি– ১। শ্বেত, ২। সুতাব, ৩। দমন (মদন-কূর্ম পুবান), ৪। সুহোত্রিন (সুহোত্র), ৫। কাঙ্গ (কনবান– কূর্ম পুবাণ), ৬। লোকক্ষি, ৭। জৈগিষব্য, ৮। সধিবাহ (কূর্মপুবান), ৯। বিশভ, ১০। ভৃগু (কূর্ম পুবাণ), ১১। উগ্র (কূর্ম পুবাণ), ১২। অত্রি,১৩। বালি, ১৪। গৌতম, ১৫। বেদ শিবস, ১৬। গোকর্ণ, ১৭। শিখনডিন, ১৮। জাতামালি, ১৯। অওহাসিন, ২০। দারুক, ২১। লঙ্গলিন, ২২। মহযম (কূর্ম পুবাণ), ২৩। মুনি, ২৪। শুলিন, ২৫। পিণ্ড (মুণ্ডী শ্বব), ২৬। সহিষ্ণু, ২৭। সোমর্শমন, ২৮। নকুলিশ্বব (নকুলিন)। পুবাণশিং অসিদা অবতাবগী মিংশিং অসি খবা খেন্ন খেন্ননা চৎলি শিবগী অবতাব খুদিংদা বেদগী জ্ঞান নিংথিনা লৈববা মচানুপাশিং নত্রগা চেলাশিং পোক্লকই। (বায়ু পুবাণ ২৩। ১০৫-২১৪)।

## শিবগী মূর্ত্তিশিং

শিবগী শ্বায়দগী নুংশিবা মূর্ত্তিদি উমা মহেশ্ববনি। শিবগী মূর্ত্তি কুম্মঙা খক লৈ। মখোয়শিং অদুদিঃ–

১। লিঙ্গ মূর্ত্তি (শকওং নাইবা অমসুং শকওং লৈতবা উৎপা, কোয়বক কোয়বা য়ুম্লীগী মতৌগুম থিনগৎপা)

২। সখসন মূর্ত্তি (ইশা ইকোম কোম্না ফম্বা যোগগী শকওং অমদা লৈবা)

৩। উমা-সক মূর্ত্তি (মাগী লোয়নবী উমাগা পুন্না লৈমিন্নবা শকওং)

৪। কল্যান সুন্দব মূর্ত্তি (লুহোংবা ববগী নিংথিবা শকওং)

৫। অর্ধনাবীশ্বব (শিবগী তালোয়না ওইথংবা শিবগী হকচাংগী শকক ওইবা)

৬। সোম স্কণ্ড (উমা অমসুং স্কণ্ডগা লোয়ননা লৈমিন্নবা)

৭। চক্রপ্রাসন মূর্ত্তি (বিষ্ণুদা চক্র খুদোন তম্বগী শকওং)

৮। ত্রিমূর্ত্তি (শিব, বিষ্ণু, ব্রহ্মা অহুমগী অপুনবা শকওং)

৯। অর্ধাঙ্গ বিষ্ণু মূর্ত্তি (শিবগী ওইথংবা হকচাংগী শকক বিষ্ণুনা শকক ওইবগী শকওং)

১০। দক্ষিন মূর্ত্তি (গুরুনা মমায় মখা ওল্লগা ব্রা ঙাংদনা লৈবগা তন্ত্রীবগী শকওং)

১১। ভিক্ষাতন মূর্ত্তি (মশক চংখোল্লবা লম্বোইবনা খুত্তা কোক্কী তুম্বা পায়বগা লৈবা শকওং)

১২। কঙ্গাল মূর্ত্তি (কোক্কী তুম্বানা লৈ পবেং ওইনা শিবগা লৈবা শিবগী শকওং)

১৩। কাম-সংহাব মূর্ত্তি (অপাম্বা মাংহনবা শকওং)

১৪। কালবি (মতমনা মঙোল্দা কবিগু তৌবা ঙমদনা লৈবগী শকওং)

১৫। জলন তাবাবি (হিংচাবা জলনতববু হাৎপা শকওং)

১৬। ত্রিপুব সংহাব মূর্ত্তি (ত্রিপুব হিংচাববু হাৎপা শকওং)

১৭। সবভ মূর্ত্তি (বিষ্ণুগী অবতাব নৃসিংগী অহঙ্কাব থুদেকপগী শকওং)

১৮। একপাদ (ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্ববগী অপুনবা মশক)

১৯। ভৈবব মূর্ত্তি (তহ্না তহানা হুই অমা তোংদুনা চৎপগী শকওং)

২০। বৃষবকধ মূর্ত্তি (ধর্ম্মগী শকওং ওইবা ষণলাবগী মনঙ্গদা তোংদুনা চৎপগী মশক)

২১। নটবাজ মূর্ত্তি (জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী ওইবা জগোই খুৎশাগী শকওং)

২২। গঙ্গাধব (গঙ্গা মাতাবু কোক্কী জটাগী লৈতেং ওইবগী মশক)

২৩। অক্রুরণ মূর্ত্তি (শাখি তমথিবগী শকওং লৌবগী মওং)

২৪। কাল কাল মূর্ত্তি (যমবু জয় তৌবগী শকওং)

২৫। চন্দ্রসেখব মূর্ত্তি (মহাক্কী জটাদা থা-মচেৎনা লৈতেংবগী মশক)

(শঙ্কর আনন্দ শনমত)

অহৌবা, অরোইবা লৈতবা মতমগী মনুংদা লৈবিবা পোৎশক খুদিংমক শিবগী মূর্তিনি হায়বা তাকই। শিবগী মগুণ ফোংদোকপা মিং কয়ামকম অমসু লৈবি। মখোয়শিং অদুদিঃ—

১। কালেশ (মতম কৌবা লাই)
২। কালনাথ (মতমগী মপু)
৩। কালাধ্যক্ষ (মতমবু খুদুম চন্দুনা থম্বা লাই)
৪। কাল নিধিঃ (সমদ্রুগী মশকুম্বা মতমগী শকওং)
৫। কাল ভৈবব (অকিবগী মশক ওইবা মতমগী চৈফু)
৬। কালাগ্নি (মৈগী মতৌগুম্লবা মতমগী শকওং)
৭। কালহব (মতমবু মাংহনবা ঙম্বা)
৮। কালক নতক (মতমবু ফাজিন্দুনা থম্বা ঙম্বা মশক)
৯। কালকন্থ (মতমগী য়াওনগী মশক)
১০। কাল যোগিনি (মতমবু য়োংশিনবা)
১১। কালাত্মন (মতমগী থরায়)
১২। অন্তাত্মক (অবোইবা পম্বুংফম)
১৩। যমান্তক (মতমগী খোঙচংকী অবোইবা খঙহনবা)
(হিন্দু কন্সেপ্ট ওফ লাইফ অ্যাণ্ড ডেথ, লাঃ ২৪)।

## শিবগী হকচাংগী লৈতেংশিংগী নুংগী ওইবা ভাব

মখল মথেল কয়ানা শিবগী লৈতেং ওই। লৈতেংশিং, অসিগী নুংগী ওইবা ভাব ৱাখললোল চেল্লি। শিবগী ত্রিশূলগী মচিন অহুম লোংবনা সত্ত্ব বজ, তম গুন অহুমবু খঙনৈ। জগৎ সংসাব অসি পালন তৌদুনা লৈ হায়বা তাকই। শিবনা তাইবং পানবা অসি গুন অহুম অসিনা লৈঙাকুনা লৈ।

মখুৎ ওই থংবনা পায়বিবা ডমৰুনা শব্দ-ব্রহ্মগী মশক্তি হায়বা উৎলি। শিবনা ডমৰুগী খোম্থাংদগী সংস্কৃতগী ময়েকশিং পুথোক্লকই।

থা মচেৎনা মাগী কোক্কী লৈতেং ওইবনা ইন্দ্রিশিং মপুং ফানা খুদুম চনশিন্দুনা থন্মী হায়বা তাকই। বুদ্ধি অমসুং চেতনগী মশক্লিং হায়বা উৎলি।

কোক্তা গঙ্গাগী ঈশিংনা ঈচেল ফাংনা লৈবনা শিবা নাইদবা অমবগী মশক ওইবা অমত্তগী ঈচেলনি হায়বা তাকই। অকনবা শাফুগা লোয়ননা লাইবমলেন্দগী মীবমলেন্দা চেঙ্থবকলিবা গঙ্গাগী ঈচেন্না পূক্সিগী তুরেলনি হায়বা তাকই। ঈচেল অসিনা লৈশিন্দুনা থক্তা লৈবিবমখৈ জীবশিংনা পূক্সি নুংশাংনা হিংদুনা লৈবা ঙন্মী। মসিনা জীবগী কামগী মৈশানা কনমনখিবগী থিংবা ঙমহৌদদুনা খাবোমদা চেঙ্থবক্লবদি চীংদা শাৎপী ইঙাল্লেগী মতৌগুম তাইবং পূক্সি লোয়শিনখি। শিবগী কোক্কী জটানা অবোইবা নাইদবা মখল মথেলগী তাইবং খুৎশেমবু খঙনৈ। শামুনা ব্রিত্তি অচাওবম কাবগী শকওংনি। শামুগী মউল থোনবনা নাপনবু ফমদেকই হায়বা তাকই।

কৈনা কল্লক মিহৌবগী শকওং অদু অসিনি হায়বা উৎলি। কৈগী মউনদা ফম্বনা কল্লক মিহৌববু নমথৈ হায়বা তাকই।

মাগী খুৎ অমদা শক্তি পায়বনা পূক্লিংগী চবাংনবা পল্লেপফম লৈতবা মাংহল্লি হায়বা উৎলি। শক্তিনা মফম অমদগী অতোপ্পা মফম অমদা থুনা য়াংনা কোয়চোং চোংদুনা চেল্লি। শক্তিনা বেদশিংগী মশক্তি হায়বা উৎলি। শক্তিগী মখোঙ মবীনা বেদ মবীনি হায়বা তাকই। ভগবান শিবনা শক্তিবু মখুৎনা পায়। বেদশিংগী মপু শিবনা ওই হায়বা খঙহল্লি।

শিবগী ঙকশমদা লিলনা লৈ পবেংগী মতৌগুম শিবনা জ্ঞান অমসুং শিবগী পূক্সি অসি অবোইবা লৈতবা মশক্তি হায়বা উৎলি। লিলনা চহি কয়া হিংদুনা লৈবা ঙন্মী। লিলনা জীবাত্মানি; মহাক্স পবমাত্মা ওইবা শিব-দা চংজদুনা লৈ হায়বা তাকই। ফন্দোক্লবা লিলগী মকোক মঙানা জ্ঞানেন্দ্রি মঙা নত্রগা তত্ত্ব মঙা হায়বদি পৃথিবী, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং অতিয়াবু খঙনৈ। লিলনা “হিস” হায়না কামদুনা লৈবগুম প্রান মঙাসু লৈ। শ্বব হোন্দোক হোঙ্গিন তৌবদা থোবক্লিবা মখোল অদু লিলনা “হিস” হায়না

কাম্বগী মখোলগুম্বনি। ভগবান শঙ্কব মশামকসু তনমাত্রা মঙা, জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্মেন্দ্রি মঙা অমসুং অতৈ কাংলুপ মঙানা খুজিং ওইবগী মশক্তি। জীবনা হায়বিবা তত্ত্বশিং অসিগী মতেংনা সংসাবগী নুংঙাইবা ফংদুনা লৈ। জীবনা জ্ঞানগী মতেংনা পূক্লিং, হকচাং, থম্মোয়বু লাকশিন্দুনা থম্বা গুন্নবা কান্দা শিব-দা তিনশিনখি। ভগবান শঙ্কবদি অকিবা, অখংবা লৈতে, অমবনি। শ্রুতিনা ব্রহ্মাদি অকিবা লৈতে হায়। মীওইবনা লিল হেক উবা মতমদা অকি তুজুং ফাওই অদুবু শিবদি লিলবু কিদে; মশাগী লৈতেংদুম ওইথোকই। লিন্না চহিচা কয়া পূল্লিদুনা লৈ। লিন্না লৈতেং ওইবনা শিবদি শিবা লৈতে, অমবনি হায়বা তাকই।

শিবগী মমিৎ অহুম পাল্লি; লাইবক্কী ময়াইদা পাল্লিবা অহুম শুবা মিৎ অদুনা জ্ঞান চক্ষুনি হাযবা তাকই। অহুমশুবা মিৎ অসিনা মাংহন-ত্রাকহনবা গুম্বগী শক্তিনি হায়বা উংলি। অহুমশুবা মিৎ অসিনা কবিগুম্বা খংপাং পাংথোকউবা থোক্লবদি জগৎ সংসাব অসি অমুক্তদা তুমখিগনি।

শিবগী মমাংদা কুল্লিবা শল্লাব নন্দিনা প্রনব (ওঁ-কাব) নি হায়বা তাকই। নন্দী হায়বসি শিবগী থৌগন চংজবিবা মবুংঙোগী সেবাগীদমক থোং শংদুনা লৈবিবনি। শিবগী শাদোং, বাহননি। মহাক্লা সৎ-সঙ্গী মশক্তি হায়বা তাকই। মুনি, ঋষিশিংগী মনাক্তা লৈবগা মখোয়দগী অফবা পাউতাক ফংই। মদুনা সংসাবগী অমম্বা কোকনবা উপায় ওই। সৎ-সঙ্গনা হি ওইবগা তাইবং ঈপাক অচৌবসি লানবা গুন্মী। নন্দি হায়বসি শিবগী থাদোক্লবা য়াদবা অচানবনি। নন্দিনা য়াম্না মিকুপ নাহুমশিংনা শিব-না সমাধিদা লৈবা অদু কায়হন্দনবা হোংনৈ। বৃষভ নত্রগা শব্দম্বনা ধর্ম্ম হায়বা লাই অদুগী মশক্তি হায়বা উংলি। শিবনা ষল লাবা অসি তোংলগা চংলি। মসিনা তাক্লিবদি শিব-না ধর্ম্ম পালন তৌই হায়বনি। অতোপ্পা অমনা জীবাত্মা নুংদা শাগী স্বভাব চেনবা অদুনা জীববু ভগবান্দগী লাপথোকহনবা অদুগী মশক তাকপনি হায়নসু লৌই। অদুবু ভগবানগী কৃপাগী থৌরীনা জীববু মঙোন্দা অমুক চিংশিনবি হায়। বৃষভনা পাঙ্গল, শক্তিবুসু খঙনৈ।

শিবগী মমায় মঙা পাল্লি, মখুৎ তবা শুই, মমিৎ তবা পাল্লি, মখোঙনা অনীনি। শিবগী মখুৎশিং অদুগী মনুংদগী মখুৎ অমনা থাঙ পায়। মসিনা তাক্লিবদি পোকপা অমসুং শিবা হায়বসি শিবনা মাংহল্লি হায়বসি খণ্ডহল্লি। মখুৎ অমনা মৈ পায়বনা শিবনা অফা-অপুন, খুবৌ চনবা কয়াবু চাকথেক্লগা জীববু ঙাকপীদুনা থম্মী হায়বা তাকই।

শিবগী কুচুদি ঙৌই। ঙৌবিবসিগী নুংগী ওইবা ভাব কবিনো? অঙৌবা কুচুনা শিবনা খণ্ডহল্লিবদি মীওইবনা পূকচেল শেংগনি, অফব' ৱাখল খনগনি, লৌথুপ লৌকোয় লৈবোই, মবৈ মবা চাওফবোই. কুটনীতিগী ৱাখল থাদোক্কনি, কল্লকপা, মীহৌবা, তুক্কচবনচিংব' লোয়নমক থাদোক্কদবনি হায়বনি।

শিবগী লাইবক্তা অঙৌবা ভস্মগী লৈয়ি অহুম নত্রগা বিভূতি চিংই। শিবনা ভস্ম তৈবিবসিনা মীওইবদা কবি খণ্ডহল্লি? শিবনা মীওইবদা তুমিন্না তাক্লি– মদুদি– মীওইবনা পূক্লিংগী অমোৎপা অহুম-অনব (অহঙ্কাব), কর্ম্ম (কর্ম্মগী ফল খল্লগা কর্ম্ম তৌবা) অমসুং মায়া অদুগা অপান্বা অহুম নত্রগা তৃষ্ণা অহুম– লমতু কবান্বা, নুপী-পান্বা, সনা পান্বা, অদুগা বাসনা অহুম হায়বদি লোক বাসনা, দেহবাসনা অমসুং শাস্ত্র বাসনা থাদোক্কদবনি অদুগা মাগী শেংলবা থম্মোয়না শিব-বু ফংজবা ঙমগনি হায়বা খণ্ডহল্লি।

শিবগী মশা পূম্বা উৎ তৈ। উৎ হায়বসি মৈনা চাকথেকখ্রগা তাহৌবা তাঙ্গোয়গী শকক অদুনি। মৈগা উৎকা মতম পূম্বদা লোয়নদুনা চৎমিন্নৈ। মতৌ অদুগুম্না গর্ভনুংদা তাববা চীঞ্জাকপু হকচাংগী মৈনা চাকথেক্লগা কান্নবা পূম্বা চুপহৌবগা কান্নদবা শকক্তা হন্দোক্লকই; অদুগা চুপশিনবগী থবক্তা চাং কায়দনা থম্মী। শিবগী মশাদা উৎনা লৈতেংই। উৎ অসি চাকথেকপদগী ওইবকপনা শিব-সি অগ্নিনি হায়বগী প্রমাননি।

তাইবংপান অসিদা লৈরিবা মশক থিবা, শোয়নাইরবা ফিভম কায়রবা য়েংবদা নোক্লিংবা, কি তুক্কচবা ফাওরবা কয়াগী মপুসু শিবনা ওই। শিবগী

খোঙলোয় ওইবিবা গনশিং হায়বদি যক্ষ, বক্ষ, দানব, প্রমথশিং অসিসু তাইবংপান অসিদা অথিবা, মীওই শুদবা, শৈনাইববা কয়া লৈবিবা অসিগী শকওংগী মশকক্লনি হায়না লৌই।

লাইবক্তা অমসুং হকচাংগী শককশিংদা লৈয়ি অহুম পবেং নাইনা চিংববু 'ত্রিপুন্দ্র' কৌই। লাইবক্তা চিংলিবা ত্রিপুন্ড্র অসি পীশুমগী ময়াইদগী হৌবগা অতোপ্পা পীশুমগী মচিন ফাওবা খুৎয়াই, খুৎনিংথৌ, খুদোনবীনা চিংববু খঙনৈ। লৈয়ি অহুম অসিগী লৈয়ি অমমমদা লাই মাপন হকচাংগী এক্ষম খুদিংদা লৈ হায়বা তাকই। ত্রিপুন্ড্র অসি প্রনব ওঁ গী মশক্তি।

অহানবা লৈয়িদা যাওবা লাই মাপন অদুদি— ১। 'অ' ময়েক, ২। গার্হপত্য (যজ্ঞগী মৈ), ৩। পৃথিবী, ৪। ধৰ্ম্ম, ৫। বজ গুন, ৬। ঋক বেদ, ৭। ক্রিয়া শক্তি (থবক তৌনবগী শক্তি), ৮। প্রাপ্ত সবন (অয়ুক্কী ধৰ্ম্ম কৰ্ম্মগী ওইবা লাইনিং লাইশোল) অমসুং ৯। মহাদেব।

অনীশুবা লৈয়িদা তিনদুনা লৈবিবা লাই মাপনগী মমিংশিং— ১। "উ" ময়েক, ২। দক্ষিন অগ্নি (যজ্ঞগী মৈ), ৩। আকাশ তত্ত্ব, ৪। সত্ত্বগুণ, ৫। যজুব বেদ, ৬। মাধ্যান্দিন সবন (নুমিৎ য়ুংবা কালদা ধৰ্ম্ম কৰ্ম্মগী ওইবা লাইনিং লাইশোন পাংথোকপা), ৭। ইচ্ছা শক্তি (নিংবগী শক্তি), ৮। অন্তবাত্মন (ইশা মনুংদা য়াওববা আত্মা) অমসুং মহেশ্বব।

অহুমশুবা লৈয়িদা য়াওবিবা লাই মাপন অদুগী মমিংশিংদি— ১। "ম", ২। আহবনীয় (যজ্ঞগী মৈ), ৩। পবাত্মা, ৪। তমগুণ, ৫। অতিয়া, ৬। জ্ঞান শক্তি, ৭। সামবেদ, ৮। অহুমশুবা সবন (নুমিদাংবাইবমগী ধৰ্ম্ম-কৰ্ম্মগী ওইবা লাইনিং লাইশোল) অমসুং ৯। শিব।

মথক্তা নৈনজপ্লিবা লাই কুনতবেৎ (৩ X ৯) গী মশকশিং অসি বিদ্যেশ্বর সংহিতা, অধ্যায় ২৪। ৮৫-৯৪ দা উৎলি।

## শিব লীলা

শিবনা জগৎ মঙ্গলগীদমক লীলা মখল মখল শান্নৈ। লীলাশিং অসি অচম্বা অমত্তা নত্তে। পুবানিক এনসাইক্লোপীডিয়া (হালাস্য মাহাত্ম্য, অধ্যায় ৫) গী মতুংইয়া শিবনা লীলা থুম্ফু মবী শাগ্নে হায়। লীলাশিং অদুদি—

১। দেবেন্দ্রবু পাপতগী লানবীবা।

২। ঐবাবতবু পাপ্তগী কোকপীবা।

৩। কদম্বা বনদা মধুপুব শেমখিবা।

৪। পার্বতী তাটাতকা ওইনা পোকখি।

৫। পাণ্ড্যদেবনা তাটাতকা লুহোংখি।

৬। পটঞ্জলি ঋষিগী মমাংদা জগোই শাই।

৭। কুণ্ডোদবদা চাক য়াম্না চাবা ঙম্বগী শক্তি পীবি।

৮। কুণ্ডোদবগী অবাম থৌবাংববু ভৈগ্য ভুবেলগী ঈশিং অমসুং চাকনচিংবনা কোকহল্লি।

৯। মাগী পতনীবু পেনহন্নবগীদমক সমদ্র তবেৎপু মনাক্তা পুবক্লম্মী।

১০। দেব লোক্তগী মলয়ধ্বজবু পৃথিবীদা পুথবকই।

১১। উগ্র কৌবা মচানুপাবু শেমলম্মী।

১২। শুলাগুম্বা খুৎলাই অহুম পীবম্মী।

১৩। মহাক্কী মনাক্তগী সমদ্রবু তকথোক্লম্মী।

১৪। ইন্দ্রগী লুহুপ থুগায়বম্মী।

১৫। উগ্রপাণ্ড্যদা মহামেরুদগী সনা পীবম্মী।

১৬। মহর্ষিশিংদা বেদশিংগী অর্থ তম্বীবম্মী।

১৭। লুহুপ শানবগী মনিশিং নিংথৌদা য়োল্লম্মী।

১৮। লৈচিলশিংবু সমদ্রগী ঈশিং থকহল্লি।

১৯। নোং হেন্না চুবা লেপহল্লম্মী।

২০। অবানবা খুভম ফংনবগী শক্তি উৎলি।

২১। নুংনা শাবা শামুবু চু চাহল্লি।

২২। বুদ্ধ সন্ন্যাসিন অমনা মীত্রং তৌবগা থাবকপা শামু অদু হাৎলম্মী।

২৩। ব্রাহ্মীন লৈশাবী অমদা আশীর্ব্বাদ পীবম্মী।

২৪। জগোই মখল মখা কয়া শাই।

২৫। মণ্ডাল অমা ফাওহল্লম্মী, ব্রাহ্মিন নুপী অমা শিবে হাযবগী প্রমান পীবম্মী।

২৬। মমাগা যর্মদিগীবা অমসুং মপা হাৎপগী পাপ কোকহল্লম্মী।

২৭। তেন কাপ্পগী বিদ্যা তম্বীবা গুরুগী নুপীবু কন্ননবগীদমক সিদ্ধবু হাৎলম্মী।

২৮। বুদ্ধ লম্বোইবশিংনা থাবকপা লীলশিংগী মহ্-ময়াই চমহল্লম্মী।

২৯। চাযবিবা লম্বোইবশিংনা থাবকপা শনবীশিং হাৎলম্মী।

৩০। পাণ্ডা লাম্মীগী নুচিংববু কন্ননবগীদমক লাম্মী কয়া পুথোক্লম্মী।

৩১। পাণ্ডাগী নিংথৌদা শেনগী অৱাৎপা লৈববোইদবা শেনগাও অমা পীবম্মী।

৩২। বৈশ্য অমগী শকওং লৌবগা খুজিশিং য়োল্লি।

৩৩। অষ্টসিদ্ধিশিং যক্ষশিংদা পীবি।

৩৪। চোল নিংথৌগীদমক লাইশংগী থোং হাংবি।

৩৫। পাণ্ড্যন লাম্মীশিংদা ঈশিং পীবি।

৩৬। মৈ চংদ্রিবা ধাতুশিংবু সনানচিংবা ওলহল্লি।

৩৭। চোলগী নিংথৌবু মায়থিবা পী।

৩৮। শূদ্র অমদা থোইদিং মকশিং থন্না য়াওবা পাত্র অমা পীবম্মী।

৩৯। বৈশ্য নুপামচা অমবু কোর্টকী কেশদা মায় পাকহল্লি।

৪০। পাণ্ড্যগী নিংথৌবু ব্রাহ্মণ হাৎলুবগী পাপ কোকহল্লি।

৪১। ভদ্র কৌবা ভক্ত অমবু মথ্বায় কন্ননবগীদমক শীং পুদুনা চৎলুই।

৪২। চেব নিংথৌ মফমদা ভদ্রগী মায়গৈদগী শাবগা চিঠি অমা ইবন্মী।

৪৩। ভদ্রনা উপাক অমা খুদোন তন্নন্মী।

৪৪। ভদ্রগী নুপীবু নাগ-বিদ্যাদা মায় পাকপা পীবিবন্মী।

৪৫। ওক্কী শকওং লৌবগা অপিকপা মচাশিংবু কনবীবন্মী।

৪৬। অপিকপা ওকপু মন্ত্রি ওইহল্লন্মী।

৪৭। ক্বাকশিংনা হাৎপা ঙমদনবগীদমক খঞ্জবীত্ত হায়বা উচেক অমদা মৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র তম্বীবন্মী।

৪৮। শবাবি কৌবা উচেক অমা মৃক্তি পীবীবন্মী।

৪৯। মধুপুবগী ঙমখৈ সীমানা লিলদা উৎলন্মী।

৫০। চোলগী নিংথৌবু মায়থীবা পীরন্মী।

৫১। দ্রাবিদানগী পণ্ডিতশিংদা সংগমগী উপাক পীবন্মী।

৫২। পাণ্ড্য নিংথৌগী ব্রাহ্মিন অমগীদমক মন্ত্র অমা ইবন্মী।

৫৩। নব কিবববু কনবীবন্মী।

৫৪। নবকিববদা সূত্রশিং তম্বীবন্মী।

৫৫। সূত্রশিং অসি চাংদম্নদুনা য়েংলন্মী।

৫৬। অৱাংথংবা হালাস্যদা খোঙ লেংলন্মী।

৫৭। ঙা-ফাবা নিংঙোল লুহোংদুনা লৌবন্মী।

৫৮। ভ্যাৎপুবেশ কৌবা মন্ত্রিদা জ্ঞান দীক্ষা পীবন্মী।

৫৯। পাণ্ডৎগী নিংথৌদা মিত্রংগী শগোলশিং য়োল্লন্মী।

৬০। তুরেল চাওথোকহল্লন্মী।

৬১। তল মখল খবা হৌনবা লৈখোম পুবক্লম্মী।

৬২। কুবজ পাণ্ড্যগী লাইহৌ হৌবা অমসুং মনম পোনবা ফহল্লম্মী।

৬৩। শুলদা মফি-মবোল থাদোক্তুনা লৈবিবশিং অদুবু জ্ঞান সম্বন্ধরবু হাংহল্লম্মী।

৬৪। উপাল, পুত্রি, শিব লিঙ্গনচিংবা মধুবদা সাক্ষীশিং ওইনা পুবক্লম্মী।

অসিদসু নত্তে; শিবগী লীলাশিংদি অবোইবা লৈতে। শিবনা মখল মথেল কয়াগী লীলা শায়বি। লীলাশিং অদুদি অসিনিঃ–

১। শিবনা মৌন ওইনা লৈবগা মখুৎনা চিন মূদ্রা উৎলগা ব্রহ্মাগী মচানুপাশিং - সনক, সনন্দন, সনাতন অমসুং সনতকুমাবদা পূক্নিং শান্তি ফংনবা অবোনবা লম্বীশিং অদু দক্ষিনমূর্ত্তিগী শকওংদা তম্বীবম্মী।

২। সনা, লুপা অমসুং কোবীনা শাবা হিংচাবগী সহব অহুম, মায়ানা শাবা অতিয়া মালংদা পায়দুনা লৈবা অদু শিবনা মাংহল্লম্মী। শিবনা অসুবশিং, ত্রিপুবশিং অমসুং ত্রিপুব হায়না খণ্ডনবা সহবশিং অসিবু মাংহন তাকহল্লি হাযবগীদমক মহাক্কী মমিং ত্রিপুবাবি হায়না খণ্ডনৈ। সহব অহুম হায়বসি নুংগী লোন্দা গুণ অহুম, অবস্থা অহুম হায়বদি জাগবত, সপন, সুষুপ্তিবু জয় তৌবা খণ্ডনৈ। য়েখায় থিনগাইবা পূম্নমকপু কোকহন্দুনা মূনি, ঋষিশিংবু তপ তৌবা ঙমহল্লি।

৩। ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণু অনীনা মখোয় মশেল মহাকপুদি ঐনা হেন্না চাওবা হেল্লি হায়দুনা নোংমা খৎনবম্মী। শিবনা মৈবি ফ্রি ফ্রি লাওনা হৌবা মৈগী য়ুম্বী (জ্যোতি লিঙ্গ) ওইনা মখোয় অনীগী মবক্তা খংফাও ফাওবক্লম্মী। মখোয় অনীনা লিঙ্গ অদুগী অহৌবা অমসুং অবোইবা খণ্ডবা ঙমলমদে। মখোয় অনীগী নাপল অদু শিবনা থুদেক্লম্মী।

৪। সমদ্র নৈবা মতমদা অকিবগী মশক ওইবা হু থোক্লকল্মী। শিবনা তাইবংপান অসি কন্নবগীদমক হূশিং অদু লোয়না থক্লল্মী। হূশিং অদুনা তাশিল্লগা শিবগী খৌনাওদা তংদুনা লৈবল্মী। মদুদগী শিব-বু নিলকন্ঠ হায়না কৌখিবল্মী।

৫। বাবন হায়বসি শিবগী মনাই ভক্ত অথোইবা অমনি। মহাক্লা লঙ্কাদগী কৈলাস তান্না নুমিৎ খুদিংগী শিবদর্শন তৌনবা চৎলল্মী। অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী চৎপসিদা মহাক বাবক্লল্মী। অদুনা মহাক্লা কৈলাসবু লঙ্কাদা পুনিংলল্মী। কৈলাস চীংজাওবু ফুক্কে লাক্লবল্মী। মদুদা কৈলাস অসি নিকপা হৌবক্লল্মী। কৈলাসনা নিক্লক্লবদা পার্ব্বতীনা কিদুনা শিবদা কোনশিল্লল্মী। শিবনা বাবননা তৌবিবদু উবদা শাওবল্মী। শিবগী খোঙনাওবীনা বাবনবু পাতাল তানা নেথবল্মী।

৬। হবিনা নুমিৎ খুদিংগী শিববু থম্বাল লীশিং কৎলগা খুরুম্লল্মী। নোংমদি থম্বাল অমা মাংখিবল্মী। থম্বাল অদু শিংগৎনবা হবিনা মাগী মমিৎ নামা কোৎথোক্লগা শিবদা কৎলল্মী। বিষ্ণুগী ভক্তি অদু উবদা শিবনা পেল্লদুনা সুদর্শন চক্র বিষ্ণুদা পীবল্মী। বিষ্ণুনা মতম পুম্বদা লোয়নবিবা সুদর্শন চক্র অসি শিবনা পীখিবদুনি। সুদর্শন অসি ভক্তিগী মশক্লি।

৭। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি মাংহনবা ওন্বা শক্তি ফংনবগীদমক বাক্ষস অমনা ব্রহ্মাবু নিংলল্মী। খবা য়ানিংগুমসু তৌ-থায়াইননা ব্রহ্মানা মতম খব ঙাইদুনা লৈয়ু হায়বল্মী। মদুদা লাইয়ামশিংনা অকি তুজুংবগা লোয়ননা শিবদা চংজবল্মী, মবম পুম্বা অদু খঙহল্লল্মী। ব্রহ্মাগী বব পীনিংবগী রাখল অদু মতম খবা কাওথোক্লনা লৈনবগীদমক শিবনা ব্রহ্মাবু শুমহৎহনবা ওন্বা জগোই শাবল্মী। অসুম্না শিবনা ব্রহ্মাগী ববদগী জগৎ পুম্বা মাংলুবগদবদগী কনখিবল্মী।

৮। তাবক কৌবা হিংচাবা অমনা দেবলোক অসি থক-খা ওলহন্দুনা লাইয়াম পুম্বসি লোয়না তাম্থোক্লল্মী। লাইয়ামশিংনা ব্রহ্মাদা

চৎলম্মী। ব্রহ্মানা হায়রম্মী— ঐনা হিংচাবা অসিদা বব হান্না পীথোক্লুবে অদুনা ঐনা হিংচাববু মাংহনবা থক ঙম্নবোই। ঐহাক না অমা হায়বগে তাবো, নখোয়না থুনা য়াংনা কৈলাসতা চৎলু শিবগী যোগদা লৈবিবদু থুগায়রুচো, শিব-পার্ব্বতী মচানুপা অমা থুনা ফংহল্লু। অঙাং অদুনা হিংচাববু মাংহনবা ঙমগনি।

ব্রহ্মাগী অসিগুম্বা ৱাঙাং অসি তাববদা ইন্দ্র দেবনা কামদেববু কৌবগা মাগী লোযনবী বতি অমসুং মাগী মরুপ বসন্তগা লোয়ননা কৈলাসতা থুনা যাংনা চৎলু হায়বম্মী। মখোয় অহুম্না কৈলাসতা চৎলম্মী। মতম নত্তনা কৈলাসতা বসন্তগী ঈশ্চুল লাকপদা ঋষিশিংনা ঙক্লম্মী। হার্যবিবা মতম অসিদি পার্ব্বতীনা শিবদা লৈ কৎলগা খুরুমদুনা লৈবা মতমনি। পার্ব্বতীগী খুৎনা শিবগী খুৎশিংদা খঙহৌদনা থেংখিবম্মী। কামগী চৈথেং অমা শিবদা ফাওবক্লম্মী, মাগী মব্দ অদু মপান্দা কাপথোক্লম্মী। কবম্না মাগী যোগ কায়বিবনো হায়না শিবনা ঙক্লুনা কোয়েং য়েংবা হৌবক্লম্মী। মতম অদুদা কামনা উপাল অমগী মকমদা কামগী তেঙ্গা থোংদুনা লৈবম্বদু উকবে। শিবনা শাওখিবদগী মহাক্কী মমিৎ অহুম শুবা অদু খঙপাং পাংথোক্লম্মী। মৈবী অমা শিবগী মিত্তগী কাপথোক্লম্মী; মদুনা কামদেববু চাকথেক্লম্মী; উৎ ওনহল্লম্মী।

লেম্না মাংবা য়াদ্রবা শিবগী মব্দ (বীর্য্য) অদু অগ্নিদা কামশিল্লম্মী। অগ্নিনা মদু পুবা ঙম্নমদে। মহাক্না গঙ্গাদা লংথবম্মী। গঙ্গানা অশাবা অদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা শীংনাং মবক্তা ওথোক্লম্মী। শীংনাং মবক্তা পোকই হায়বদগী অঙাং অদুগী মমিং সর্বনভব কৌই। কার্ত্তিক নক্ষত্রনা মমা তকক শাবগা থোন্নাং, অমৃত পীথকই হায়বদগী অঙাংগী কোলোয় মিংলেনবু কার্ত্তিকেয় হায়নসু খঙনৈ। কার্ত্তিকেয়না লাইশিংগী লালগী সেনাপতি ওইরগা অসুব অদুবু মাংহল্লি।

৯। নোংমা দক্ষনা ঋষিশিংনা তৌবা যজ্ঞ য়াওবা চৎলম্মী। যজ্ঞ অদুদা য়াওবিবা খুদিংনা দক্ষ প্রজা পতিবু ব্যবহাব তৌবম্মী। অদুম ওইনমক শিবদি দক্ষদা ব্যবহাব তৌবমদে। মদুদা দক্ষনা শিববু শাওবম্মী; মজেন্দা চৈবল্লগা যজ্ঞদগী থুনা য়াংনা থোকখিবম্মী। মদু উবদা নন্দিশ্ববনা শাওদুনা দক্ষ অমসুং ব্রাহ্মণশিংদা শাপ তৌবম্মী। শিবনা যজ্ঞ থাদোক্লগা চৎখিবম্মী। দক্ষগী মমোমলোয় সতি, দক্ষয়নি কৌবনা মপাগী যজ্ঞ (বৃহস্পতি-সব) য়াওজকগে হায়না শিবদা হায়জবম্মী। শিবনা সতিবু চৎখিনু হায়বম্মী। অদুম ওইনমক সতিনা মপুবোইবগী মায়োক্তা নম হাদুনা মপাগী যজ্ঞ য়াওবা চৎখিবম্মী। মপা দক্ষনা মহাকপু থওইবিবমদবা অমসুং মহাক্কী মপুবোইবা শিবগীনি হায়ৎ কবিগুম্বা অমত্তা যজ্ঞদা তন্নমদবদগী সতিনা ইকায নুংশি য়ান্নখিবম্মী, যোগ শক্তিনা মশা মতোমতা যজ্ঞগী কুণ্ডদা মাংহল্লম্মী।

সতি লৈখিদবগী পাউ তাববদা শিবনা শাওদুনা মহাক্কী কোক্কী জোটাদগী বীব ভদ্র পুথোক্লম্মী অদুগা দক্ষবু হাৎহল্লম্মী। দক্ষ শিবে হায়বা পাউ অসি লাইয়ামশিংগী মচিন্দগী ব্রহ্মানা তাববদা শিবপু লৈশি লৈথোঞ্জবম্মী। ব্রহ্মানা হায়জবদগী শিবনা দক্ষ হিংগৎহল্লম্মী।

শিবগী লীলা লোইবা লৈতে। লোয়নমক লিদুনা লৈববদি মফম য়াম্না কনশিনখ্রনি। লীলা কুনমঙাখক্কী মমিংশিং পঞ্জগে। লীলাশিং অদুদি মখোয়শিং অসিনি–

১। শিবগী কোক্তা থা-না লৈতেং ওইখিবগী লীলা মতাং
২। উমা দেবীগা শিবগা লৈমিন্নখিবগী মতাং
৩। ষণ লাবনা শিবগী শাদোং ওইখিবগী লীলা মতাং
৪। কালিগা লোয়ননা শিবনা তাণ্ডব জগোই শাখিবা
৫। শিব-পার্ব্বতী লুহোংবগী মতাং
৬। চাকনিবা শাবা

৭। কামদেব অমসুং মনমথবু চাকথেক্লুনা উৎ ওলহন্‌বা
৮। যম/অশিবগী লাইবু জয় তৌবা
৯। ত্রিপুর অপুম্বা মৈ থাবা
১০। কালন্দবাসুররু হাৎপা
১১। গজাসুর হাৎপা
১২। বীরভদ্র ওইনা শায়ন তৌবা
১৩। হরি-হর ওইবগী মতাং
১৪। অর্ধনারীশ্বর
১৫। কিরাট (শাদানবা) গী শকওং লৌবা
১৬। কনকলগী রূপ লৌবা
১৭। চন্দ্রশ্বরদা আশীর্ব্বাদ
১৮। শু থকপগী লীলা মতাং
১৯। ভগবান বিষ্ণুদা সুদর্শন চক্র পীবা
২০। অপনবা অথিংবা পূম্বা মাংহন্‌বা
২১। উমা দেবীনা শিবগা লোয়ননা মচানুপাশিং লৈবকপগী মতাং
২২। একপদরুদ্র ওইবকপগী মশক
২৩। ইকোম কোম্না নুংঙাইনা সুখাসন যোগদা লৈবগী মওং
২৪। দক্ষিন মূর্ত্তিগী রূপ লৌবগা লৈবা
২৫। লিঙ্গগী শকওং লৌবগা লৈবা।



## মঙাশুবা অধ্যায়

# শিব-তত্ত্ব

### শিবগী নুংগী ওইবা মশক

জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পূম্বসি শিবগী মশক্তি, পূম্নমক্তা শিব লৈ। (কোটি রুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ৪৪। ৩)। ব্রহ্মাদগী হৌবগা নাপী ফাওবা মিৎনা উবিবা খুদিংমক্না পুনশিল্লগা ওইবিবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শিবগী মশামক্তি মদুগী দেবতা-না শিব কৌই। (মথক্কী অধ্যায় ৪৪। ৪)।

মহাক্না নিংলকপা মতমদা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শেম্মী। মহাক মতোমতনা পূম্নমক অসি খণ্ডই; অদুগা কনাগুম্বা অমতনদি মাবু খণ্ডদে। (মথক্কী অধ্যায় ৪৪। ৫)। মহাক মশানা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শেম্মী অদুগা মহাক্না মদুগী মনুংদা চংলগা লৈ, অদুম ওইনমক মহাক্না মখোয়দগী লাপথোক্লগা লৈ। চিৎস্বরূপগী মশক ওইবা মহাক, অমোৎপা অমতা পক্তবা অদুদি তশেংনমক্কী ব্রহ্মাণ্ড অসিদা চংলুদে। (মথক্কী অধ্যায় ৪৪। ৬)। রাক্ষস অসি গীতাগী অধ্যায় ৯। ৪-৫ অমসুং চতুঃ শ্লোকী ভাগবত (ভাগবত অধ্যায় ২। ৯। ৩২-৩৫) দসু পল্লি। ব্রহ্মানা হায়- শিবদি অচৌবা ব্রহ্মনি। বিষ্ণু, ঐ (ব্রহ্মা) অমসুং রুদ্র হায়বিবা লাই অহুম অসি মাগী স্বরূপনি। গুণ খেন্নবনা চেল্লুবদগী অতোপ্পা ওইনা উরুবনি। (শিব পুরান, রুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ১৬। ৪৮)

বায়বীয় সংহিতা, অধ্যায় তরুককী মনুংদা শিবগী তত্ত্ববু অসুম্না ফোংদোকই- শিবদি ধর্ম্মগী, মায়াগী, প্রকৃতিগী, তাইবং বুদ্ধিগী, অহঙ্কার, মনগী, জ্ঞানেন্দ্রিশিংগী, তন-মাত্রশিং নত্রগা মহাভুতশিংগী মখা পোন্দুনা লৈতে। (অধ্যায় ৬। ১-২)।

মশাগী মঙালতনা হায়নিংঙাই লৈতনা লংলবা শিবদা কাল নত্রগা কালা, বিদ্যা নত্রগা নিয়তি, কল্লক মিহৌবা নত্রগা তুরুচবনা চংবা ঙমদে। (অধ্যায় ৬। ৩)।

থোইনা হেন্না পান্না হায়বদু শিবদা লৈতে। নুংঙাইবা, নুংঙাইতবা হায়বদু লৈতে, কর্ম্ম অমসুং কর্ম্মগী ফল চংদে; কর্ম্মনা মবম ওইবগা নুংঙাইবা, অরাবা হায়বদু শিবগী লৈতে। (অধ্যায় ৬। ৪)।

শিবদা কাল অহুম হায়বদি– হৌখিবা, হৌজিক ওইবিবা মতম অমসুং তুংদা লাক্কদবা মতম, অহুম অসিনা চংবা ঙমদে। (অধ্যায় ৬। ৫)।

শিবগী শেম্বীনবা লৈতে, মহাক্কী অহৌবা হায়বদু লৈতে, অবোইবসু লৈতে, ময়াই হায়বদুসু লৈতে। মহাক অকার্য নত্তে, কার্যসু নত্তে। (অধ্যায় ৬। ৬)।

মহাক্কী শাগে-নাতে হায়বসু লৈতে, শাগে নত্তবসু লৈতে; মঙোন্দা থিংনবা অমসুং তৌহন্নবসু লৈতে। মহাক্কী লাই লৈতে, গুরু নত্রগা ঙাকপীনবা লৈতে। মহাক্কী মথক থোংবা নত্রগা মান্নবা লৈতে। (অধ্যায় ৬। ৭)।

মহাক পোকপা, শিবা নাইদে, অনিংবা, নিংদবা লৈতে; নিয়ম অমগী মখা পোনবা নত্রগা অথিংবা হায়বদু লৈতে; মুক্তি নত্রগা বন্দি ওইবা হায়বদুসু লৈতে। (অধ্যায় ৬। ৮)।

মঙোন্দা অমঙ্গল নত্রগা ফনবা খন্দবা হায়বদু লৈতে। শিবনা অচৌবা আত্মা ওইবনা মঙ্গলগী মশক ওইদুনা লৈ। (অধ্যায় ৬। ৯)।

অমেংবা অমসুং অকিবগী শকওং অনী শিবনা ওই; কবিগুরুনা অনী অসিগী অপুনবা শকলোন শিবনা ওই, মাংবা নাইদবা, শিবা লৈতবা, অহোংবা লৈতবা মশক্তি। অশিবা কৌবা লাইবু হাংপা শিবগী অসিগুম্বা শকওংনি। মহাক্তি থবায় পানবা অমসুং থবায় পান্দবা হায়বা অদুদগী মনিং

মখা তন্নগা লৈ। চাওবদগী চাওবদা ব্রহ্মাণ্ড অসিদগীসু হেন্না চাওই। (অধ্যায় ৬। ১৫-১৬)।

শিবদি মতমগী মখা পোন্দে, পূম্নমক্কী মপুনি। মতমগী য়াওন মতুংইন্না শিবনা গুরুশিংগী গুরু ওই। (অধ্যায় ৬। ১৯)।

জ্ঞান্দা শিবগা চাংদমনিংঙাই লৈতে। মহাক্কী হকচাংদি মাংবা নাইদে, নিত্য ওই, অশিবা কৌবা লাই অদুবু তেমশিংননবা ওইবকপা শিবগী হকচাংনি। (অধ্যায় ৬। ২০)। মহাক্কা লম্বা লৈতনা পূম্নমক্কী মকোক থোংবগুম্না মহাক্কী নুংঙাইবা, মাংবা নাইদবা শক্তি, গুণ চেনবা, নুপা থোকপা মথৌনা, খাঙবা কনবা অমসুং থৌজাল লৈবদসু মপা লৈতে। (অধ্যায় ৬। ২১)।

মহাক অসি মপুং ফাবা অরাংপা লৈতবা ওইবনা মশাগী ওইজবা থিকগনি হায়বগী রাখল লৈতে। মহাক্কা তৌরুবা কর্ম্মগী ফল হাযববু আশীর্বাদ পীবিবা খক্তনা ওই। (অধ্যায় ৬। ২২)।

প্রনব হায়বসি ভগবান শিবমক্নি। শিবগী খ্বায়দগী চাওবা খুদম্নি, রুদ্র অমসুং অতৈ শব্দশিংদগীসুনি। (অধ্যায় ৬। ২৩)।

শিবগী মশক ওইবা প্রনবতা ধ্যান অমসুং জপ তৌবগা অথোইবা সিদ্ধি ফংবা ঙম্মী হায়বসিদা চিংননিংঙাই লৈতে। (অধ্যায় ৬। ২৪)।

মবম অসিনা আত্মাবু ফজনা খঙ হৈববা জ্ঞান লৈববশিং নাম অমসুং নামী অমত্তনি হায়না খঙবশিংনা ভগবানবু শব্দ অমখক্তনা ওইবা এক শব্দ, একনাম কৌই। (অধ্যায় ৬। ২৫)।

মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈরিবা পুরুষ মঙোন্দগী হেন্না চাওনিংঙাই লৈত্রবা, পীকপদা মঙোন্দগী হেন্না অমুক পীকনিংঙাই লৈত্রবা অদুনা পামেন উজাওগী মতৌগুম মরা চেৎনা হৌবগা মউনা অতিয়া পক্লা বাংনা থিনগৎলগা লৈ। (অধ্যায় ৬। ৩১)।

মথক্তা পীবিবা তত্ত্বশিং অসি উপমন্যুনা বায়বীয় সংহিতাগী অধ্যায় তকক্কী মনুংদা হায়খিবনি।

শিব পুবানগী মনুংদা হায়বিবা সংহিতা অসিগী অধ্যায় তককশুবদসু (লমায় ১৭৯৫-১৭৯৯) বায়ুনা শিব-তত্ত্ব গী মতাংদা অসুম্না হায়রিঃ—

শিবদি মশা মতোমতা পোকচবকপা ঈশ্ববনি। মহাক্না মাগী শক্তিশিং ঈশানীশিংগা লোয়নবগা ব্রহ্মাণ্ডশিং অসি শেম্মী অদুগা পালন তৌই। (বায়বীয়-সংহিতা অধ্যায় ৬। ১৩)।

মহাক মথন্তনি। মহাকুম্বা অনীশুবা অমা লৈতে। মহাক্না লোকশিং অসি শেম্নবা মতুংদা মখোয়বু ঙাক শেনবী অদুগা অমুক থুপচিল্লি। (অধ্যায় ৬। ১৪)।

মহাক্কী মমিৎশিং, মমায়শিং অমসুং মখোঙশিং মফম খুদিংদা লৈ। (অধ্যায় ৬। ১৫)। স্বর্গ অমসুং পৃথিবীবু শেম্বীবা অমসুং অমত্তা ঙাইববা ঈশ্বব অদু মহেশ্ববনি। হৌবকফমগী মকসু মহাক্নি, দেবতাশিংগী অবোইবা মতমগী তিনফমসু মহাক্নি। (অধ্যায় ৬। ১৬)।

শ্রুতিনা হায, মদুদি অচৌবা ঋষি রুদ্রনা পুম্নমক্তগী অথোইবা মকোক থোংবনি; মহাক্না লাইয়ামশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী ইহন হনবা হিবণ্যগর্ভবু শেম্মী। (মহানাবায়নোপনিষদ ১০। ৬)। (অধ্যায় ৬। ১৭)।

ঐনা (বায়ুনা) অচৌবা পুরুষ, শিবা লৈতবা, মাংবা নাইদবা, সনাগী কুচুনা ফুদোংবা, অমম্বগী বাংমদা লৈবা মহাকপু খঙই। (অধ্যায় ৬। ১৮), (মহানাবায়নোপনিষদ (৩১। ১৮)। মঙোন্দগী হেন্না চাওবা, কুপ্পা অমসুং অপৌবা কনামত্তা লৈতে। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি মহাক্না শিনবা থুংনা লৈ। (অধ্যায় ৬। ১৯)।

মহাক্কী মমায়শিং, মকোকশিং, ওকশিং লৈ। পুম্নমক্কী থম্মোয় লকানুংদা চংলগা লৈ। মহাক্না মফম খুদিংমক শিনবা থুংনা লৈ।

(অধ্যায় ৬। ২০)। মহাক্কী মখুৎশিং, মখোঙশিং, মমিৎশিং, মকোকশিং, মনাশিং অমসুং মমায়শিং লোয়না পাল্লি। মালেম অসিদা লৈবিবা খুদিংমক অসি মহাক্না কুপশিল্লগা থম্মী। (অধ্যায় ৬। ২১)।

গুণ খুদিংনা লৈতেংই, অদুবু জ্ঞানেন্দ্রিয়দি য়াওদে। ভগবান মহাক্তি পূম্নমক্কী মরুপ্নি, মঙোন্দা পূম্নমক্কী চংজফম্নি। (অধ্যায় ৬। ২২)

মিৎশিং য়াওদ্রবসু উবা ঙম্বা, নাকোংশিং য়াওদ্রবসু তাবা ঙম্বা, পূম্নমকপু লোয়না খঙবা, অদুগা কনামত্তনদি মাবু খঙবা ঙমদবা মহাকপু খ্বায়না অথোইবা পুরুষ হায়না খঙনৈ। (অধ্যায় ৬। ২৩)।

মহাক্না কূপ্নদগী মনু অমদগী হেন্না কুপ্পী, চাওবদগী চাওবদা মঙোন্দগী হেন্না চাওবা লৈতে। (মহানাবায়নোপনিষদ ৮। ৩)। মহাক্তি অহোংবা নাইদে। মহাক্না পশু (জীব) গী থর্ম্মোনুংদা চংলগা লৈ। (অধ্যায় ৬। ২৪)।

য়েলহৌঙেগী মতমদগী মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈবক্লবা ঈশ্বব, অহল ওইবা লৈতবা, মহাক্না পোকই হায়বসিদা ব্রহ্ম জ্ঞান লৈবিবশিংনা য়াদবা মহাকপু ঐনা (বায়ুনা) খঙই। (শুক্ল যজুববেদ বাজসনেয়ি সংহিতা ৩১। ১৮)। (অধ্যায় ৬। ২৬)।

তাইবংগী অবোইবা মতম লাক্লবদা ভগবান্না জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু মাগী মখল মখাগী শক্তিশিংগা লোয়ননা অমুক ইনৌ নৌনা মকোক্তগী হৌনা শেম্মী। (অধ্যায় ৬। ২৭)। শিবগী মায়াদি পোকপা লৈতবা জগৎকী মমানি; মচু মখল মখানা লৈতেংবী শকলোন কয়া পুবিবীনি। অঙৌবা, অঙাংবা অমসুং অমুবা মচুনা ইমাগী কুচু ওইবিবনি। পোকপা নাইদবা মহাক্না মীওইববু পোকই। (অধ্যায় ৬। ২৮-২৯)।

শিবগী অংশ (কলা) না জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিদা চংলগা লৈ। জীব জগৎপু শেম্বীবা ব্রহ্মাণ্ড অসিবু মায়খুম খুমজিন্দুনা থম্বীবা, কুপ্নদগী কুপ্নদা হায়নিংঙাই লৈতনা কুপ্না শিববু খঙবা মতমদা অবোইবা নাইদবা শান্তি ফংদুনা ঈংনা তপ্না লেল্লি। (অধ্যায় ৬। ৩৪-৩৫)।

কাল হায়বসি শিবনা ওই; জগৎপু ভাকপী শেনবীবসু মহাক্তি। শিববু খঙবা মতমদা শিবগী থৌবী কোঙ্গোয়দগী নাম্বোকই। (অধ্যায় ৬। ৩৬)।

ঘীগী মশাদা মপাল য়াওদুনা লৈবগুম থবায় পানবা জীবশিং মশাদা শিব চংদুনা লৈ। শিববু খঙবা মতমদা পাপ পূম্নমকপু কোকপী। (অধ্যায় ৬। ৩৭)। জগৎপু শেম্বীবা অচৌবা লাই হায়বদু শিবনি। শিব অচৌবা ব্রহ্মনি। শিবগী অশেংবা মশক খঙবা মতমদা মুক্তি ফংই। (অধ্যায় ৬। ৩৮)।

পূম্নমক অমত্তা লৈত্রিবঙে, অহিং, নুংথিল লৈত্রিবঙেদা শিবা মতোমদা লৈবম্মী। মঙোন্দগী নুংগী ওইবা জ্ঞান, যোগীশিংনা ধ্যান্দগী ফংলকপশিং অদু শিবদগী থোক্লকম্মী। (অধ্যায় ৬। ৩৯)।

কনাগুম্বা অমত্তনা মাগী অবোইবা মতোন, মথাই লাম্বা ফংদে। মহাক্না মান্নবা অমত্তা লৈতে। মিংচৎ, কীর্তি চাওই। (অধ্যায় ৬। ৪০)

বিদ্যা অমসুং অবিদ্যা হায়বসি মাংবা কৌবা লৈতবা শিবগী মনুংদা লোত্তুনা লৈ। অবিদ্যানা মাংবা নাই; অদুগা বিদ্যানা মাংবা লৈতে। শিবনা বিদ্যা, অবিদ্যা অনীমক্কী মথক্তা লৈ। শিবনা হায়বিবা অনী অসিগী ৱাংমদা থোইদোক হেন্দোকপা শকওং অমা ওইনা লৈ। (অধ্যায় ৬। ৪২-৪৩)।

শিবনা মাগী লাং অসি তোঙান তোঙানবা মওংদা শন্দোক্লগা থম্মী, মহাক্না পূম্নমকপু শেম্বী অদুগা পালনসু তৌই। (অধ্যায় ৬। ৪৪)।

শিবগী মশাগী মঙালতনা মায়গে পূম্বা, থক, খা অমসুং অকোয়বগী মফম খুদিংমক শিনবা থুংনা লোয়না ঙালহল্লি। পূম্নমক্তগী ইহান হান্না লৈবম্লিবসি শিবনি, মহাক্না পূম্নমক্কী মথক্তা ফম্বাল তোংদুনা লৈ। (অধ্যায় ৬। ৪৫)।

লাইয়ামশিং ঋষিশিংনা অবোনবা উপনিষদকী মনুংদা লোত্তুনা লৈ; মহাক ব্রহ্মনি, খ্বায়দগী চাওই হায়বিবদুদগী হেন্না চাওবা, ব্রহ্মাবু পোকপা, জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী হৌরকফমগী মকনি হায়বসি খঙই। (অধ্যায় ৬। ৪৭)।

শিবদি মতম অহুমগী বাংমদা লৈ। মহাক্কী মগুণ লৈতে, পূম্নমকপু খণ্ডই, গুণ অহুমগী মপুনি। মহাক ব্রহ্মনি; খ্বায়দগী চাওই হায়বদুদগী হেন্না চাওবা মহাক্নি। (অধ্যায় ৬। ৫৫)।

জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী ধ্যান তৌফম, খুকয়্নফম ওইবা, পোকপা লৈতবা, শকলোন কয়া লৌবা, জীবগী থম্মোয়নুংদা লৈবা মহাক্নি। (অধ্যায় ৬। ৫৬)।

মহাক্তি কালগী বাংমদা লৈ। মঙোন্দগী ব্রহ্মাণ্ড পূম্বা থোক্লকই। ব্রহ্মাণ্ড অসিবু য়োকপীবা, ধর্ম্ম পালন তৌবা, পাপপু কোকহনবিবা মহাক্নি। নুংঙাইবগী মশক ওইবা ঈশ্বরনি। (অধ্যায় ৬। ৫৭)।

চাওই হায়বিবা লাইশিং অদুদগী লাইয়ামশিংদগী খ্বায়দগী চাওবা, ব্রহ্মাণ্ডশিংগী মপু শিবনি। (অধ্যায় ৬। ৫৮)।

মহাক্কী কর্ম্ম, কার্য্য লৈতে। জগৎকী কবিগুম্বা মফমদসু মহাক্কা মান্নবা অমসুং মঙোন্দগী হেন্না চাওবা অমতা লৈতে। (অধ্যায় ৬। ৫৯)।

শিবগী মথক থোংবা লাই অমা লৈতে; মহাক নুপাসু নত্তে, নুপীসু নত্তে; শিববু বায়েল চৈবাক পীবিনবা লৈতে। মহাক্না কাবণশিংগী কাবণনি, লাইয়ামশিংগী মবুংঙোনি। (অধ্যায় ৬। ৬১)।

শিবগী মমা, মপা লৈতে। কবিগুম্বা মফমদসু শিবনা চংলগা পোক্লুদে। অমুক পোক্লুনবগী মবম মায়ানচিংবা অমোংপা অমত্তা শিবদা য়াওদে। (অধ্যায় ৬। ৬২) শেংলবা যজ্ঞশিংগী মকোক ওইবা লাইনি। (অধ্যায় ৬। ৬৩)।

শিবদি মথ্বায় পানবা খিবিক্কী তুংনফম্নি। জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী সাক্ষীনি, জীবদা বাখলশিং পোকহনবনি, গুণ য়াওদবনি, মশাবু খুদুম চনশিন্দুনা লৈবা লাইনি; মশাদা কর্ম্ম য়াওদে, মহাক্কী মতেং পাংবিনিংঙাই লৈতে। (অধ্যায় ৬। ৬৪)।

মহাকশি তুংকোইবগী মনুংদা খ্বায়দগী তুংকোইবনি। মথ্বায় পানবশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবা মথ্বায় পানবনি। (অধ্যায় ৬। ৬৫)।

জগৎপু শেম্বিবা জগৎপু মশক খণ্ডবা মহাক্নি। মশাগী হৌবকফম মহাক্না খণ্ডই, মতমবু শেম্বিবসু মহাক্নি। মহাক্কী মগুণশিং লৈ, থব্রায় পানবা জীবশিংগী অমসুং প্রকৃতিগী মবুঙোনি, গুণশিংগী মথক থোংবনি, মায়াদগী নাম্থোকহনবীবা ইবুংঙোনি। (অধ্যায ৬। ৬৭)।

ইহান হানবদা শিবনা ব্রহ্মাবু শেমখি অদুগা মঙোন্দা বেদশিং তন্নীখি। (অধ্যায ৬। ৬৮-৬৯)।

শিবনা প্রকৃতি অমসুং পুরুষদগী হেন্না চাওই, মখোয়গী মথক্তা লৈ। খুৎশেমগী মতমদা জগৎ অসি মহাক্না শেম্মী অদুগা প্রলযগী মতমদনা শিবনা অমুক খুৎশেম পূম্নমকসি লোয়না লৌশিল্লি। (অধ্যায় ৬। ৭৬)।

শিবদি নুপীসু নত্তে, নুপাসু নত্তে, নপুংশসু নত্তে। থক্তসু লৈতে, খাদসু লৈতে, যেৎথংবা, ওইথংবা মায়কৈদসু লৈতে। মফম হায়বা লৈতে। (অধ্যায় ৫। ৪৮)।

অবোই অখম লৈতবা মতম, ঙমখৈ পল্লেপ লৈতবা, পোকপা শিবা লৈতবা, মাংবা নাইদবা শিবনি। সিবদা অব্রাবা, নুংঙাইবা, অফবা, ফত্তবনা শোকপা ঙমদে। শিবগী মগুণ কযাশিং লৈবগী মনুংদগী মখাগী মগুণ খবসিসু লৌখৎচবি।

শিবদি অদ্বৈত (অনীশুদবা) অখণ্ড (মচেৎ তাদবা), অকর্তা (থবক তৌদবা), অভোক (ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা লৈতবা) অসঙ্গ, (ইন্দ্রিগী বিষয়শিংদা লুপ্তুনা লৈতবা) অশক্ত, নির্গুণ (মগুম য়াওদবা), নির্লিপ্ত (নপশিন্দুনা লৈতবা), অব্যাক্ত (মশক উত্তবা), অনন্ত (অবোইবা লৈতবা), অমৃত (অমব ওইবা), আনন্দ (নুংঙাইবা), অচল (তয়াং তশোয়দবা), অমল (অমোৎপা পক্তবা), অক্ষব (মাংবা নাইদবা), অধ্যয় (চোকথবা লৈতবা), অশব্দ (খোম্থাং য়াওদবা) অস্পর্স (শোক্ন খোৎনবা লৈতবা), অরূপ (শকওং লৈতবা), অগন্ধ (মনম য়াওদবা), সত্যম (অচুম্বা), শিবম (মঙ্গলগী মশক), সুভম (অফবা), সুন্দবম (ফজবা), কান্তম (ফুদোংলবা

মঙালনা লংবা), সৎ-চিদ-আনন্দ (অবেঙ্গা, জ্ঞান, নুংঙাইবা), সম্পুর্ন (মপুং ফাবা), সুখ (অমকপা পক্তবা, নুংঙাইবা) শান্তম (শান্তি লৈবা), অমম (শেংবা) বিমল (অমোংপা পক্তবা), নিশ্চল (লেংদবা), নিত্য (অহৌবা, অবোইবা লৈতবা), নিরুপাধিক (মাগুন যাওদবা), নিবতিশয় (অথোইবা, অহেনবা), আনন্দ (চাংদমনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা), নিবাকাব (শকওং নাইদবা) হ্রীকাব, ওমকাব, কুটস্থ (চীংগুম্বা লেংদনা লৈবা আত্মা), পূর্ণ (অথনবা), পবব্রহ্মণ (পবাত্মক্ষ), প্রজ্ঞ-আনন্দ (নুংঙাইবা), সাক্ষী (মশানা উহৌবা), দ্রষ্টা (যেংদুনা লৈবা), তুবীব (মবিশুবা অবস্থা), বিজ্ঞান (আত্মাজ্ঞান) আনন্দ (লাইবমলেনগী ওইব নুংঙাইবা মখল), স্বয়ং জ্যোতি প্রকাসম (মশাগী মঙান্না পূমলং-লংদুন লৈবা), নিবোদ (লোইনাইদবা), নির্মল (শেংবা), বিমল (অমকপ পক্তবা), নিবঞ্জন (অমকপা য়াওদবা) নির্বিকল্প (পবমাত্মাদা পূক্লিং লুপশিন্দুন লৈবদা খেন্নবা অমত্তা ফাওদবা) (লোর্ড শিব অ্যাণ্ড হিজ ৱার্সিপ)।

শিবনা অচৌবা সন্ন্যাসী, ত্যাগবাজ, সংসাব পূম্বা থাদোকপগী মশক লৌদুনা লৈবনা ধর্ম্ম হায়বদু খঙই, অচুম্বগী লম্বীদা লমজীংদুনা লৈ। স্বযংরূপ ওইবনা চাওগে হাযবসু মনিংনি, পীকশনগে হাযবসু মনিংনি। চাওবে হায়বিবদুদগী খ্বাযদগী চাওবা, কুপ্পা কুপ্লে হায়বিবা অদুদগীসু অমুক্তা হেন্না কুপ্পা, য়াংবদা পূক্লিংদগী হেন্না য়াংবা, অহৌবা লৈতবা, অবোইবা লৈতবা পনখৈ নাইদবা, অহোংবা লৈতবা, অপাম্বা লৈতবা, অকিবা লৈতবা, শকওং নাইদবা, অব্রাবা লৈতবা, চিংনবা লৈতবা অমসুং পক্লুংফম নাইদবনি।

অশেংবা, অচুম্বা হায়বা অমখক্তমক লৈ। মহাক অদু শিব, পবম প্রহ্ম, শকওং লৈতবা, পূণ্ডখণ্ড খণ্ডবা, পূমণ্ডম ণ্ডম্বা, পূম্নমক্তগী ইরাং ৱাঙবা, অমোংপা অমত্তা পক্তবা, অনীশুদবা অমখক্তা ঙাইবা মহাক অদুনি।

শিব-দি মশা মতোমতগী মঙান্না পূমঙাল ঙানজে, অহৌবা নত্রগা অবোইবা নাইদে, গুণশিং অমত্তা চেন্দে, অহোংবা নাইদে, খ্বায়দগী ৱাংই

হায়বিবদুদগীসু হেন্না ৱাংই, মহাক সচ্চিদানন্দনি। তাইবং পানবদা লৈবিবা মশিং লাকঙমদ্রবা জীবশিং অসি মাগী অংশ অমনি। জীবগী মশাদা এলহৌঙৈদগী লোয়নবক্কবা অবিদ্যা মায়ানা জীববু শিবদগী মচেৎ তাহল্লকই, মৈবুন্দগী মৈবিক থোকখিবগী পান্দমগুম্বনি। (কুলার্নব তন্ত্র-। অহানবা উল্লাস, ৭ ১১)।

শিবদি যোগগী মপু যোগেশ্বরনি। শিবনা মতম পূম্বদা মশাগী আত্মাদা লুপশিল্লগা সমাধিদা লৈ। মহাক্তি যোগ-গী গুরুনি। যোগীশিংনা যোগ সাধনগী মতেংনা শিবদা ধ্যান তৌদুনা লৈ। শিবনা আত্মাদা ধ্যান্দা লুপ্তুনা লৈবগী শকওংনা স্থানু নত্রগা লিঙ্গগী শকওং লৌবকই।

বিশ্ব আত্মা নত্রগা অনুগী মশক ওইনা লৈবা অসি পরম শিবনি। 'বিশ্বজ্ঞান হায়বা আত্মা হায়নসু খঙনবা, ব্রহ্মণ, পরম শিব হায়না খঙনবা অদুনা জীবগী মনুংদা পীশক পীকশিল্লগা তাশিন্দুনা লৈ। পরম শিবনা মাগী মায়া শক্তিনা মরম ওইবগা অসিগুম্বা শকওংদা লৈ। অদুগা মাগী অশেংবা শকওং অদুদি মাযানা কুপশিল্লগা জীবগী মনুংদা লৈ। অভিনব গুপ্তগী মোৎ মতুংইন্নদি শিব মশামক্লা মাযানা পুনশিল্লবা জীবগী মশক ওইনা লৈবগা মাগী হকচাং অমসুং জ্ঞানেন্দ্রিশিংনা মপালগী পোৎশকশিংবু পুমখঙ খঙবা ওইনা লৈ। ক্ষেমরাজগী মতুংইন্নদি শিবনা জ্ঞানগী মশক ওইনা জীবগী মনদা চংলুবগা জীবগী জ্ঞান, অখঙবা হায়বদু ওইবগা তোঙানবা পোৎশকশিংবু খঙবা ঙমহল্লি। জীবগী মশাদা "ঐ" হায়বা ৱাখল পোকহল্লিবসি শিবগী মাযাননি। জীবনা পরমাত্মাদা ধ্যান্দা লুপশিন্দুনা লৈবরা কান্দা মশাবু মশক খঙলকই। মতম অদুদা জীবগী মশাদা চেন্নবিবা "ঐ" হায়বা ৱাখল অসি মতোমতা মাংখি। বসুগুপ্তগী মোৎ মতুংইন্নদি শিবনা তাইবং লীলা ফম্বাক্তা কুন্নগা জগৎ লীলা শান্নে। মহাক্লা জীববু মায়াগী মায়খুম উপশিনবিবগা মপান্দা মাগী তাইবং লীলা শান্নে। উৎপল দেবগী ৱাহৈদনা শিব-না জীবশিংগী নুংগী অন্তর আত্মা ওইনা চংদুনা লৈ, জগৎ

ব্রহ্মাণ্ড অসিদা শিনবা থুংনা লৈ অদুগা জীবদা "ঐ" হায়বা রাখল অসি পোকহল্লগা মসি ঐনি" হায়। মহাক অসি বিশ্বরূপগী শকওংনি, জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিদা লৈবিবা তোঙান-তোঙানবা শকওংশিংগী রূপ লৌবগা লৈ। লৈবিবা ব্রহ্মাণ্ড অসিগী শকওংদগীসু থোইদোক হেন্দোকপা শকওংনি। (ভক্তি অ্যাণ্ড দি ভক্তি মুভমেন্ট, লাঃ ২১৭-১৯)।

শিব গীতাদা শিববু রাখল্লা লাম্বা ফংদবা, খণ্ডলুবা ভুমদবা, শকওং উৎতবা, অহৌবা লৈতবা, মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈবা, শিবা লৈতবা ব্রহ্ম, সৎ-চিৎ- আনন্দগী মশক্তি হায়। শিব ব্রহ্মনি। শকওং নাই অমসুং শকওং নাইদে। শকওং নাইববসু মহাভূত মঙানা শাবগা ওইখিবা মূর্তি নত্তে। শিবদা গুন চেল্লবসু প্রকৃতিগী গুণ অহুমদগী ওইবকপা নত্তে। উপনিষদশিং অমসুং বেদশিংদা ব্রহ্মাগী মগুণশিং থাবিবা অদুগুম্না শিবগী মগুণবু শিব পুরাণদা থাই। শিব পুরাণগী মনুংদা ওইবা বায়বীয় সংহিতাগী হৌগৎলকপা শকক্তা ভগবান শিবগী মতাং থাবকপদা বাসুদেব পরমেশ্বর ভগবান্না হায়– জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শেম্লকপা মতমদা রুদ্র দেব নত্রনা কনাগুম্বা অমত্তা লৈবমদে। জগৎ অসিবু শেম্বীবসু, ঙাকপীবসু মহাক্নি, প্রলয়গী মতমদা পুম্নমকপু লোয়না মাংহনবসু মহাক্নি। মহাক্কী মচিন, মমিৎশিং, পাম্বোমশিং মখোঙশিং মাযগৈ পুম্নমক্তা পাল্লি। মসি কনাসু নত্তে, পৃথিবী অমসুং স্বর্গবু শেম্বীবা মহাক অদুনি। দেবতা পুম্নমক মহাক্না পুথোকলকই অদুগা যোকপী। লাই পুম্নমক পুথোক্লিঙৈগী মমাংদা মহাক্না ব্রহ্মাবু হান্না পুথোকই। মহাক অসি অথোইবা রুদ্র দেব, অচৌবা ঋষি অদুনি। মহাক্কী মশাদগী কাপথোক্লকপা মঙালনা কোবৌহনবা নুমিৎকী মঙালগুম্মী। ঈশ্বরদি অমমম্বা অবিদ্যাগী রাংমদা লৈ। জগৎকী মবুংঙো ওইবা মঙোন্দগী হেন্দোকপা কনামত্তা লৈতে। মহাক্না শিনবা থুংনা লৈবনা মঙোন্দগী হেন্না চাওনিংঙাই অমসুং পীকনিংঙাই ওইবা পোৎশক অমা খুৎশেমগী মনুংদা লৈত্রে। ইবুংঙো মাগী হকচাংগী মায়কৈ খুদিংদা মচিনশিং অমসুং মকোকশিং পাল্লি, জগৎ শিনবা থুংনা লৈ। মহাক্কী জ্ঞানেন্দ্রিশিং

লৈতে, অদুবু মহাক্না লোযনা নৌশিনবা ঙম্মী। পূম্নমকপু শেম্বীবা য়োকপীবা, লৈফম পীবিবসু মহাক্নি। পূম্নমক্কী মকপ্নি। মমিংশিং পান্দ্রবসু উবা ঙম্মী; নাকোংশিং যাওদ্রবসু লোযনা তাবা ঙম্মী। পূম্নমক্কী জ্ঞান পূম্বা মঙোন্দা তুংশিন্দুনা লৈ অদুগা কনাগুম্বা অমনদি মাবু খঙবা ঙমদে। মহাকপু অচৌবা আত্মানি হায়না খঙনৈ। পীকপদসু অনু অমগী মানদগী হেন্না কুপ্পী, চাওবদগী চাওববসু হায়নিংঙাই লৈতনা চাওই। জীবশিংগী থম্মোয়গী লকানুংদা মতিক মগুণ চাওবা, মাংবা নাইদবা ইবুংঙো মহাক্না লোংশিন্নগা লৈ। ইবুংঙো মাগী কৃপাদগী কনাগুম্বা অমনা মহাকপু খঙবা ঙম্নবদি সংসারগী অরা-অনা চৎবদু মঙোন্দা লৈত্রে। ঐনা পোকপা, শিবা, অহল ওইবা লৈত্রবা, মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈবিবা লিববা লাই মহাকপু খঙই। (দেবী পুরাণ, অধ্যায় ৮৩)।

ব্রহ্ম বৈবর্ত পুরাণ, কৃষ্ণজন্ম খণ্ড, অধ্যায ৩৬, শ্লোক ১১০ দা হায় কৃষ্ণ ঐনা গোলোক বৈকুণ্ঠদা নত্রগা বাধিকাগী থম্মোযনুংদা খক লৈকদে। শিবগী প্রেমগী হৌবি না চিংখিদুনা ঐনা শিবগী থম্মোয লকানুংদা চংলগা মতম পুম্বদা লৈ।

ব্রহ্মাগী পন্সি লোযবা কালদা শিবগীদি মিকুপ অমতমক হৌগ্রি। কৃষ্ণ ঐনা শিবগী চহী অসুক শুবে লেপ্পা ঙমদে; অদুনা কবম্না শ্রুতিনা শিবগী চহী খঙগদৌবিবনো" (মথক্কী শ্লোক ১০৬)।

শিবনা মশাদা ফি অমত্তা পক্লনা লৈ; মবমদি মহাক্না মতম পূম্বদা যোগিক ধ্যান্দা লুপ্তনা লৈ। পোকপা শিবা লৈতবা ইবুংঙো অসি মশাদা অপাম্বা হায়বদু যাওদে। (মথক্কী শ্লোক ৯৮)।

শিবগী মমিংশিং অসি শিবনা ব্রহ্মাগী স্বরূপ লৌবকপা কান্দা সত্ত্ব, বজ অমসুং তমঃ হায়বা গুণ অসি লোয়নবকই। হায়বিবসিগী মবম অসিনি-সত্ত্বিক গুণ চেনবা মীওইশিংদনা ঐনা ঐগী সত্ত্বিক মিংশিংনা য়েংই; বাজসিক মীওইশিংদনা বাজসিক মিংশিংনা অদুগা তামসিক গুণ চেনবা

কাওবুদনা তামসিক্কী মিংশিংনা য়েংই। মহাক্লা মখোযবু নিংথিনা ওাক শেনবী। (মথক্কী শ্লোক ৮৮-৮৯)।

শিব হায়বসি অচৌবা লাইনি, ঐনা (কৃষ্ণ ঐনা) মহাকপু ঐগী থব্রায়দগী হেন্না নুংশিজৈ। ত্রয়ম্বকগী রূপ লৌদুনা লৈবিবা শিববু কৃষ্ণ ঐনা থম্মোয়নুংদা নিংদুনা লৈ। ঐনা শিবদগী হেন্না নুংশিবা অতোপ্পা কনামত্তা লৈতে। (মথক্কী শ্লোক ১০৯)।

কৃষ্ণ ঐসে শিবগী শাদোং ওইবগা শিববু ঐগী নংগন্দা পুবগা চংলি; মবমদি, মবোল অহুম অসিদা শিবদগী হেন্না নুংশিজবা অতৈ কনামত্তা কৃষ্ণ ঐগী লৈজদে। (মথক্কী শ্লোক ৫৭)।

শিবনা লৈশেম্বা, লৈঙাকপা অমসুং মাংহনবগী থবক তৌবনা মহাকপু জগৎপতি, তাইবং মপু হায়না খঙনৈ। (শ্বেতাশ্বতাব উপঃ ৩। ২, ৩। ৪)। শিববু খ্বায়দগী চাওবা লাই মহেশ্বব হাযনসু কৌই। (শ্বেতশ্বতাব উপঃ ৪। ১০, ৬। ৭)। লমজিং মৈবা থানবিযু, ঙাকপীযু হায়না তাইবংনা খুরুম্নে। (শ্বেতশ্বতাব ৩। ৪, ৪। ২২)। কৈলাশগী চিংদোন্দা লৈবগা নুংঙাই য়াইফবা পীনবী হায। (শ্বেতশ্বতাব ৩। ৫-৬)। শিবদি বেদগী মমাংদা লৈবন্নবা লাইনি। লিঙ্গ উপাসনা তৌবা অমসুং শিবগী লাইনিং লম্বী অসিসু বেদগী মমাংদগী হৌনা চংনবক্লে হায়। খক বেদদা সিশ্র দেবশিং হায়বিবদু শিব ওইনা লৌই; মবমদি বেদগী লাই রুদ্রগা শিবগা মশা অমত্তা ওইনা লৌনবনা শিবসু বেদগী চংনবকপা লাইশিংগী মনুং চল্লে। রাফম অসি শ্বেতশ্বতাব উপনিষদগী মনুংদদি নিংথিনা উবা ফংলে। উপনিষদ অসিদা শিব অমসুং রুদ্র মশক অমতা ওইনা লৌই। রুদ্রবু অচৌবা ব্রহ্ম ওইনা লৌই। উপনিষদ অসিদা রুদ্র অমসুং শিবগী মমিংশিং অসি পল্লি। কবিগুম্বা মতাংদা শিব হায় অদুগা কবিগুম্বা মফমদনা রুদ্র হায়।

শিব পুবাণদা অসুম্না হায়– ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বব হায়বা লাই অহুম অসি পবম ব্রহ্ম, শিবদগী থোক্লকই। ব্রহ্মানা শিবগী য়েংথংবা

শকক্তগী, বিষ্ণুনা ওইথংবদগী অদুগা রুদ্রনা শিবগী থম্মোয়দগী থোক্লকই। শিবগী য়াথং মতুংইন্না ব্রহ্মানা বিষ্ণুগী খোইদৌ থম্বালদগী চোংথোকলকই অদুগা রুদ্রনা ব্রহ্মাগী লাইবক্তগী চোংথোকলকই। দেবীক শক্তিনা মশা মতোমতা সদা শিবদগী থোক্লকই। পবম শক্তি ওইবা অদুদগী লাইগী শক্তি পূর্ণা লোযনা থোক্লকই। দেবী ভাগবত অমসুং ব্রহ্ম বৈবর্ত পুবাণগী মতুংইন্না বিষ্ণুনা পবমেশ্বব ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী য়েৎথংবা শকক্তগী থোক্লকই অদুগা আদ্যা শক্তিসু শ্রীকৃষ্ণদগী পোক্লকই। হায়বিবা পূম্নমক অসি অঙকপা ভগবানগী লীলা ঙাক্তেনি। অদুগা অচুম্বদি অমত্তনি, অহোংবা নাইদে। শিব পুবাণগী মতুংইন্না শকওং নাইদবা পবম শিবগী শকওংবু 'মহেশ্বব' হায়না কৌই। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড শেম্লিবা অদুবুনা "ব্রহ্মা" হায অদুগা জগৎপু পালন তৌবিবা মহাকপুনা 'বিষ্ণু' হায়না খঙনৈ অদুগা খুৎশেম পূম্নমক অদুবু অমুক মাংহল্লিবা মহাকপুনা 'রুদ্র' হায়না খঙনবে।

শ্রীমদ্ভাগবতদা ভাগবান বিষ্ণু মশানা দক্ষদা অসুম্না হায- "ঐসি ব্রহ্মানি, জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি ওইবক্লবগী অমত্তা ঙাইবা মবম শিব অদুসুনি। ঐসি জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী থব্রায়নি, ঈশ্ববনি, পূম্নমকপু য়েংশিল্লিবা সাক্ষীনি, মশা মতোমতগী মঙানতনা খুমঙান-ঙাঞ্জবা, অহোংবা নাইদ্রবা মহাক অদুনি। গুণ অহুমগী মবেম্মা ওইবা ঐগী মায়াগী মতেংনা ঐনা জগৎকী লীলা শান্নবিবনি; লৈশেম্বা লৈঙাকপা অমসুং মাংহনবগী থবক খুদিংমক ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্ববগী স্বরূপতা ঐনা পাংথোকলিবনি। কনাগুম্বা অমনা মাগী মকোক, মখুৎশিং অমসুং মখোঙশিংনা মশাদগী খেন্নদনা উবগুম ঐঙোন্দা পূক্লিং লুপচবিবা ঐগী ইনায় ভক্তনা জীবনা ঐঙোন্দগী তোঙানবনি হায়না লৌদে। হে ব্রহ্মা' ঐগী শকলোন অহুম, ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বব হায়বিবসি অমত্তনি। অদুনা কনাগুম্বা অমনা অহুম অসি অমত্তনি, খেন্নবা লৈতে হায়না লৌববদি শান্তি ফংগনি। পদ্ম পুবানগী পাতাল খণ্ডগী অধ্যায় ২৬ শুবদা ভগবান শিবনা বামগী শকওং লৌবগা পবব্রহ্মদা

অসুম্না হায– মহাক্লা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, রুদ্রগী মশক লৌবগা লৈশেম্বা, লৈঙাকপা অমসুং মাংহনবগী থবক তৌই। জগৎ লীলা শান্নবা মতমদা নহাক্লা ব্রহ্মা ওই, লৈঙাকপা মতমদা নশাগী তেজনা পৃমলং লংলবা নহাক্লা বিষ্ণুগী শকওং লৌই অদুগা তাইবং খুংশেম অসি মাংহল্লগে হাযনা খল্লকপা কান্দা শিব ঐগী মশক অসি নহাক্লা লৌই।

ব্রহ্মদা প্রার্থনা তৌবা মতমদা অসুম্না হায– প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈবা পবমেশ্বব নহাক্কী মঙাল মচেৎ অমনা নহাক্লা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং রুদ্র ওইনা লৈশেম্বা, লৈঙাকপা অমসুং মাংহনবগী থবক তৌই হাযনা শোয়্নে। নহাক্কী শকওং লৈতে হায়ববসু লৈশেম্বা, লৈঙাকপা অমসুং মাংহনবগী থবক্তি নহাক্লা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব ওইনা লাংওল্লগা তৌই। (দেবী পুবাণ, অধ্যায় ৮৩)।

শিব পুবাণ অধ্যায় তবাহুমদোই শুবদা অসুম্না হায– তোঙান তোঙানবা কলপদা লাই অহুম অসি প্রকৃতিগী গুণ অহুমগী ৱাংমদা লৈখ্রব পবমেশ্বব ভগবান মহেশ্ববগী তোঙানবা শকওং ওইবা অদুদগী চোংথোকলকই অদুগা অতোপ্পা থৌদোক কযাদা মখোয মশেল অসি অমগা অমগা লৈশি লৈথোয়্নে, খুকয়্নে। অমনা অমদগী পীকই অমসুং চাওই হায়বগী ৱাফম থমদে। য়েলহৌঙেগী মতমদা পুম্নমকপু পোকপীবা মহেশ্ববনা লাই অহুম অসিদা থবক মখল অহুমখক পাংথোক্লবা শিন্নে। ব্রহ্মা দেবদনা লৈশেম্বগী থবক, বিষ্ণুদনা লৈঙাকপগী অদুগা রুদ্রদনা মাংহনবগী থবক অসি তোঙান্না মচা খায়না শিন্নবম্মী। অহানবদা লৈবম্বসি শিব ঐ খক্তনি। ঐ নত্তবা অতে অতোপ্পা অমা কবিগুম্বা মফমদা লৈবমদে। (বায়বীয় সংহিতা ১৩। ২২-২৩)।

ঐগী (শিবগী) শক্তিনা ঙাক্তুনা থম্বদগী মখোয় অমত্তা মাংলমদে। ঐগী প্রকৃতি অমসুং আত্মাগী খুথাংদা মখল মথেন কয়াগী খুংশেম অসি ঐঙোন্দগী থোকখি (মথক্কী সংহিতা ১৩। ২৪)।

থোইদিং মৱাদা থাও য়াওবগুম লৈগী নুংশিবা মনম লোত্তুনা লৈবগুম শিবনা জীবগী মনুংদা লৈবগা হকচাংগী মনুং মপান অনীদা থবক পাংথোকই। ব্রহ্মাগী লৈফম্মা থম্মোই, বিষ্ণুগীনা ঙক, রুদ্রগীনা যৌনাওগী ময়াই, মহেশ্বরগীনা লাইবক অদুগা শিবগীনা প্রাণগী মচিন্দা লৈ। (অগ্নি পুরাণ অধ্যায় ২৪৪)।

দশুি পীনবগী নিয়ম জগৎ অসিদা লৈবিবসি শিবগী থৌশিনদগীনি। (মহাভারত শান্তি পর্ব্ব, অধ্যায় ৪৯। ৮০)।

শিবদি অচৌবা ব্রহ্মনি। লাই অহুম বিষ্ণু, ঐ (ব্রহ্মা) অমসুং রুদ্র হায়রিবসি মগী শকওং ঙাক্তনি। গুণ খেন্নবগী মতুংইন্না মমিংশিং অসি থোল্লি। (রুদ্র সংহিতা অধ্যায় ১৬। ৪৮)। ব্রহ্মানা হায– বিষ্ণু, রুদ্র অমসুং ঐনা গুণ অহুমগী মশক্লি। শিবদি গুণ অহুমগী রাংমদা লৈ। শিবদি মাংবা নাইদবা অচৌবা ব্রহ্মনি। (রুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ১৬। ৩৭)। অমুকসু ব্রহ্মানা হায়রি-- বিষ্ণুগী নুংদা তমঃ গুণ যাওই, মপান্দা সত্ত্বগুণ চেল্লি, ব্রহ্মাগী মনুং অমসুং মপান অনীমক্তা রজ গুণ চেল্লি। রুদ্রদি নুংদা সত্ত্বিক গুণ চেল্লি, মপান্দনা তমগুন চেল্লি। (রুদ্র সংহিতা ১৬। ৩৯)।

শিবদি প্রধান অমসুং পুরুষগী রাংমদা লৈ, পোকপা শিবা নাইদে। তম গুন্না লৈতেংবা মতমদা মহাকপু কালরুদ্র হায়না খঙনৈ, রজ গুণগী মশক ওইবা কান্দা ব্রহ্মা হায়, সত্ত্বগুন ওইবা কান্দা বিষ্ণু হায়, অদুগা গুণ অমত্তা চেন্দনা লৈবা কান্দা মহেশ্বর হায়না খঙনৈ। প্রধানগী মশক ওইনা অহানবদা শকওং তরেৎ লৌবগা লৈ। তরেৎ অদুদি বুদ্ধি, অহঙ্কার অমসুং তনমাত্রা মঙা। মথংদা শকওং তরাতরুক হায়রদি কর্ম্মেন্দ্রি মঙা, জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, মহাভূত মঙা অমসুং মন অদুগা অকোনবদা শকওং কুনতরুক হায়রদি বুদ্ধি, অহঙ্কার, তনমাত্র মঙা, কর্ম্মেন্দ্রি মঙা, জ্ঞানেন্দ্রি মঙা, মহাভূত মঙা, মন, প্রধান, জীব অমসুং পুরুষ লৌবগা ব্রহ্মাগী হৌবকফম অমসুং লিঙ্গগী মশক লৌবগা লৈশেন্না, লৈঙাকপা অমসুং মাংহনবগী লীলাশিং

শান্নদুনা লৈ। (লিঙ্গ পুবানগী ব্রাহ্মোদোক লাঃ ৩)। মহেশ্বরনা পূন্নমক্কী মথক্তা লৈবনা মহাকপু শিব, সদাশিব, ভব, বিষ্ণু অমসুং ব্রহ্মা হায়না খণ্ডনৈ। রুদ্র, ব্রহ্মা, বিষ্ণুবু শিব হাযনা কৌই। (লিঙ্গ পুবাণ ১। ৩। ১০)।

শিবনা ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণুদা হায়– অচৌবা শকওং বৃহত্ত্ব ওইবদগী অমসুং পোক্লক্লবগী ব্রহ্মতত্ত্ব ওইবগী ঐ ব্রহ্মনি। মতৌ অদুগুম্না সমত্ব (মান্নবা) অমসুং ব্যাপকত্ব (পূন্নমক্তা শিন থুংনা লৈবদগী) ওইবদগী ঐ আত্মানি। (বিদ্যেশ্বব সংহিতা, অধ্যায় ৯। ৩৭।)।

প্রলয়গী মতুংদা লৈশেম্বগী মতম অমুক লাক্লবদা প্রকৃতি অমসুং আত্মনগী মশক লৌবগা লৈ। ভগবান বিষ্ণুনা প্রকৃতিগী শকওং লৌবগা যোগগী ফম্মুংদা ঈশিংগী মযাইদা যোগনিদ্রা ওইনা যাতাদুনা লৈখ্রে। ব্রহ্মান বিষ্ণুগী খোযদৌ থম্বালদগী চোংথোক্লক্লে অদুগা ব্রহ্মানা শিবদা লৈশেম্বগী শক্তি পীনবিযু হায়জবম্মী। শৈব পুবাণশিংনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং রুদ্র হাযবা লাই অহুম অসি মহেশ্ববদগী থোক্লকই অদুগা লৈশেম্বা, লৈঙাকপা অমসুং প্রলযগী থবকশিং পাংথোকহল্লি হায।

হবি পেলহনববুদি শিব পেলহনবনা লায। প্রেম অমসুং ভক্তি খিত্তং তৌবনা, পঞ্চাক্ষব মন্ত্র খিত্তং শোনবনা শিবনা হেক্তা পেনবী। মহাক্ত দক্ষিন মূর্ত্তিগী রূপ লৌবগা ব্রহ্মচাবী নহা মবী, সনক, সনন্দন, সনাতন অমসুং সনতকুমাববু অথুপ্পা জ্ঞানগী লম্বীদা দীক্ষা পীবি। মহাক্তি জ্ঞানগী পুকৈনি। শিবদগী পার্ব্বতি, কালি নত্রগা দুর্গা খায়দোকখিবা মতমদা শিবসি নির্গুণ প্রহ্মাগী মশক ওই। মহাক্কী মপুকচেল শেংবা ভক্তশিংগীদমক খল্লগা শিবনা মাগী মায়া (পার্ব্বতী) গা লোয়ননা লৈবকপা মতমদা সগুন ব্রহ্মগী রূপ লৌবকই। অহাংবা মালংনা মাগী ফিজোল ওইবা, দিগম্ববগী শকওং লৌবা ভগবান শিবদি যোগী ঋষিশিংগী ওইবা লাইনি। বাম্না শিববু মমিং চংলবা বামেশ্ববদা খুকম্মী। বাম ভক্তশিংনসু শিব-বু খুকমগনি।

## হরি-হর মূর্ত্তি (শঙ্কর-নারায়ন)
## (বিষ্ণু-শিবগী অপুনবা মশক)

হবি-হব মূৰ্ত্তিগী শকওংদা শিবনা য়েংথংবা হকচাংগী শকক ওই, অদুগা বিষ্ণুনা ওইথংবা হকচাংগী শকক ওই। মৎস্য পুবান্দা শিব-নাবায়নগী অপুনবা মশক্কী মতাংদা খব উবা ফংই। য়েংথংবনা শিবনি, ত্রিশূল পায়বি অদুগা ওইথংবনা মাধবনি। বিষ্ণুগী পাম্বোম অনি অদু মনি মুক্তাতনা হংলবা পাম্বোম ফাবীনা লৈতেংই অমসুং চক্র পায। খ্বাংদা খ্বাংলি লাকই অদুগা নাপু মচুগী ফিজোল থোল্লি। য়েংথংবা হকচাং তঙ্খায শিবগী ওইবনা কোক্তা জটা পুবী, লাইবক্তো থা না লৈতেং ওইবি, লিলনা পাম্বোম ফাবীগী মতৌগুম য়েংলি, য়েংথংবা খুংনা মুদ্রাগী মশক্কি অদুগা ওইথংবা খুংনা ত্রিশূল পাইবি। ভকশমদা শেংলবা নগুণগী মতৌগুম লিল্লা থাওন ওল্লি, খোঙদনা নাগ-গী খোংজি শি, নীংদনা শাউল থোল্লি। শিব-নাবাযন-না অসিগুম্বা নিংথিবা শকওং অসি লৌবগা লৈ। (মৎসৎ পুবাণ ২। ৬০। ২১-২৭)।

মীওইবগী খ্বাখল্লা লাম্বা ফংলোইদবা হবি-হবগী অপুনবা শকওং ওইবা মূৰ্ত্তি অসি হবিবংশ পুবাণগী মনুংদসু উংলি। মদুদনা অসুম্না হায়— ব্রহ্মানা শিবগা বিষ্ণুগ-গী অপুনবা শকওং অমা উই, মহাক্না কুপশিন্না য়েংশিল্লুবা মতমদদি শিবসি বিষ্ণুগী মশক ওইনা উবে অদুগা বিষ্ণুনা শিবগী মশক ওইনা উবে। (হবি বংশ ২। ১২৫-২৬)। (শিব মহাদেব দি গ্রেত গোদ)। মসি অঙকপগী মশক হায়বদু ওইবে। শিব-সি নাপু মচুগী ফিজোল থোনখ্রে, মখুত্তা শঙ্খ, চক্র, গদা পায়খ্রে অদুগা বিষ্ণুনা কৈগী মউলনা খা-ওন ওনখ্রে, ত্রিশূল অমসুং তা পায়বে। শিবনা গকডনা মাগী শাদোং ওইবে অদুগা বিষ্ণুনা শন্দম্বনা ওইবে। ফিবাল পায়বে। (হবিবংশ ১। ২৫। ২৭)। ব্রহ্মানা লাওবক্লম্মী— ব্রহ্মাণদি অমত্তনি (একম ব্রহ্ম), অদুগা শিবগা বিষ্ণুগসি অমত্তনি, অনিনা অমত্তগী অপুনবা শকওং লৌবনি। মতৌ অদু উবদা ব্রহ্মানা ওকত্রদুনা মার্কণ্ডেয় মূনিদা মসিবু কবম্না তৌবিবনো হায়না হংলম্মী।

ব্রহ্মাগী অণ্ডকপা, চমম্লবা পোক্লিবা অদু কোক্লবগীদমক মার্কণ্ডেয়না খুন্নক্লম্মী। "ঐদি বিষ্ণুনা লৌবিবা শকওং অমসুং শিবনা লৌবিবা শকওং অনীগী মবক্তা খেন্নবা অমত্তা উবা ফংদে। (হবিবংশ ২। ১২৫-২৯)। মখোয় অনীমক অসি নিত্য ওইবা অক্ষব ব্রহ্ম অদুগী তোঙানবা শকলোন্নি। (হবিবংশ ২। ১২৫-৩১)। তশেংনা হায়ববদি বিষ্ণুসি রুদ্রনি অদুগা রুদ্রনা ব্রহ্মনি। অমখক্তা ঙাইবা মহাক্লা শকলোন অহুম-ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বব হায়না পুথোকপনি। (হবিবংশ ২। ১২৫-৩১)। মখোয় অহুম অসি শেন্নবা লৈতনা মতোমতা ওইজবকপা লৈশেম মপু ঙাক্তনি, তোঙান তোঙানবা ব্রহ্মাণ্ডশিংগী মপুনি, হায়বিবা অহুম অসি অর্ধনাবীশ্ববনি। "ঈশিংনা ঈশিংদা তিনখিবগুম বিষ্ণুনা মাগী অপুনবা মশক্লা মৈবী অমা ওইনা ঙাল্লকপগুম রুদ্রনা বিষ্ণুদা তিনখ্রগা বিষ্ণুময ওই। ঐখোযনা রুদ্রবু মৈশাগী মশক্লুম্না লৌগনি অদুগা বিষ্ণুনা সোম ওইনা খনগনি। অসি গুম্না রুদ্র, বিষ্ণুগী অপুনবা শকওংনা অগ্নি অমসুং সোম ওইবগা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি ওইবকই। (হবিবংশ ২। ১৩২-৩৫)। মখোয় অনী পুন্না ব্রহ্মাণ্ড অসি শেম্মী; অদুগা মখোয় অনী পুন্না অমুক ব্রহ্মাণ্ড অসি থুগায। মখোয় অনীমক অসি খ্বাইদগী চাওবা লাই, মহেশ্বব হায়বদুনি। শেন্নিবা খুৎশেম অসিবু কন্নবগীদমক রুদ্রনা বিষ্ণুবু অচৌবা লাইনি হায়না লৌই অদুগা বিষ্ণুনসু শিববু অসুম্না খল্লি (হবি বংশ ২। ১৩২-৩৫)। নিত্য ওইবা অমখক্তা ঙাইবা মহাক্লা দেবতা অনিগী মশক ওইনা উৎপনি। বিষ্ণু লৈতবা মতমদা শিব লৈতে, মতৌ অদুগুম্না শঙ্কব য়াওদবা মতমদা বিষ্ণুসু লৈতে। মবম অসিনা রুদ্র অমসুং বিষ্ণুনা অপুনবা শকওংদা হবি-হবগী রূপ লৌদুনা লৈবিবনি। (হবি বংশ ২। ১২৫-৪২)। (শিব মহাদেব দি গ্রেত গোদ) হবিবংশগী মনুংদা কৈলাস যাত্রাগী মতাংদা মহেশ্বরনা হায়– "নহাক অসি খুৎশেমগী হৌবকফম মক অদুনি। মতৌ অদুগুম্না মযাই অমসুং অবোইবগুনি হায়বদি সৃষ্টি, পালন, সংহাবগুনি। নঙোন্দগী সংসাব পুম্নমকসি লোয়না থোক্লকই, অবোইবা মতমদসু নঙোন্দা তিনখিগনি। হে মতিক মগুণ চাওবা লাইও, ঐহাক

অসি নংনি। হে জনার্দন নং নতোমতনি। নহাক অমসুং ঐগী মবক্তা নুংদা খেন্নবা অমত্তা লৈতে। হে গোবিন্দ! নহাক্কী নামশিং জগৎনা শোন্নবিবদু ঐগী মিং ওাক্তনি। মশক, মওং উত্তবা লাই মহাক অদুনা জগৎ অসিদা লেংথোক্লক্নুনা শকওং নাইবকপা মতমদা ত্রি মূর্ত্তি ওইনা চোংথোক্লকই"। ভাবিষৎ পুবান্দা ভগবান মহেশ্বরনা হায়– "ঐগা ব্রহ্মাগা অনি অসি বিষ্ণুদগী তোঙাল্লি হায়না খল্লিবশিংদু মখোয়না শিববা মতমদা নবক্তা ওৎ-নৈবিবগনি।

শ্রীমদ্ভাগবতগী মনুংদা ভগবান বিষ্ণুনা দক্ষ প্রজাপতিদা হায়– "হে ব্রাহ্মিন! ঐখোয অহুম অসি চপ মান্নে, অমত্তনি, জীবশিংগী হৃদয় কমলদা লেংশিন্দুনা লৈবিবা পবমাত্মা মহাক অদুসু ঐখোয়নি। অহুমগী মনুংদা খেন্নবা থমদবা মহাক অদু মুক্তি ফংদুনা শান্তি ওইনা লৈখ্রে হায়বসিদা চিংনমিংঙাই লৈত্রে। (শ্রীমদ্ভাগবত ৪। ৭। ৫৪)।

বাম চবিত মানসগী মনুংদা ভগবান বাম্না হায– অসিগুম্বা মবম অসি লৈবনা কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা নিংজবিবা দেবতা অদুবু ইকাযবা পীববা উগীৎ-থওইদবা উৎলবদি মহাক অদুনা লাৎলিবা লাই অদুদা মহাক মশামক্লা ইকাযবা পীববনি, নৈহৎলবদি। ভগবান বামনা শ্রীশিবদা হায শঙ্কব নহাক্লা ঐগী থম্মোযনুংদা লৈ অদুগা ঐনসু নংগী থম্মোযনুংদা লৈ। ঐখোয অনীগী মবক্তা খেন্নবা অমত্তা লৈতে। অপংবা জ্ঞান য়াওদবা কনাগুম্বনদি ঐখোয অনী অসি মান্নদে, খেন্নে হায। ঐখোয় অনী অসি অমওনি, চপ মান্নে। কনাগুম্বনা ঐখোয় অনি অসি খেন্নে হায়ববদি কুম্ভীপাক হায়বা নবক অদুদা কলপ লীশীং কয়া তাদুনা লৈবগনি। নহাক্কী ভক্তশিং অদুসু ঐগী ভক্তশিংনি অদুগা ঐগী ভক্তশিংসু নহাক্কী ভক্ত ওাক্তনি। (পদ্ম পুবাণ, পাতাল খণ্ড ৪৬। ২০-২২)।

মতৌ অসিগুম্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীশিবদা হায়– তশেং তশেংনা হায়ববদা নঙোন্দগী হেন্না নুংশিবা ঐগী কনামত্তা লৈতে; নহাক অসি কৃষ্ণ ঐগী থবায়দগীসু হেন্না নুংশিজে। পাপ চেন্লবা, অপংবা জ্ঞান য়াওদবা মীশিংনা

নহাক্কী মবমদা থিনা ঙাংনবিবশিংদু কাল সূত্র হায়বা নবক অদুদা নুমিৎ থা-না হেক লৈবিবা মতম অদু ফাওবা ওৎ-নৈবগী অবাবা খাংদুনা লৈবগনি। কনাগুম্বা অমনা শিব লিঙ্গ শাবগা অমুক্তং খুকমজবা ফংজত্রবদি স্বৰ্গগী নুংঙাইবদু চহি কলপ লীশীংতবা ফংলগনি। শিব লিঙ্গবু খুকমজবিবা মহাক অদুদি চাবোল শুবোল, লমতু, জ্ঞান, মচানুপা, মকপ-মপীজা, মিংচৎ, কীর্তি, মহৈ মশিং, অবানবা খুভম অমসুং অতৈ মখল কয়াসু ফংগনি। কনাগুম্বা অমনা মাগী অবোইবা মতম লাক্লদুনা থৱায়গা হকচাংগা কায়নবমদাইগী মতমদা মচিন্দা 'শিব' হায়বা নাম অসি শোনবা ফংজখ্রবদি মহাক্কী মপোক কোটি কয়াদগী তুংশিন্দুনা লাক্লবা পাপশিং অদু লোয়নমক কোকখিগনি। (ব্রহ্ম বৈর্বত পুবাণ ৬। ৩১-৩২, ৩৭, ৪৫)।

লাই অনি অসিগী মনুংদা লাই অমনা হেন্না চাওই, লাই অসিনা পীকই হায়না খল্লিবা মখোয় অদু বাক্কস নত্রগা পিশাচঃ ওইনা মথংগী মপোক্তা পোক্কনি। হায়বিবা অসিদা কবিমত্তা চিংননিংঙাই লৈতে। (শিব পুবাণ)। ভগবান শিব মশামক্তা শ্রীবিষ্ণু ভগবান্দা হায়– কনাগুম্বা অমনা ঐগী মঙালদগী কবিগুম্বা খব ফংলিবদু বিষ্ণু নংগী নঙান্দগী ফংবনি। নহাক্তা ঐগী থম্মোয় লকানুংদা লৈ অদুগা ঐনা নংগী থম্মোয়নুংদা লৈ। অনীসি অমত্তনি হায়না খল্লিবা মহাক অদু শিব ঐনা য়াই। (শিব জ্ঞান ৪। ৬১-৬২, কল্যান কলপ তক-শিব নম্বব)।

রুদ্র সংহিতা (শিব পুবাণ), অধ্যায় ৪। ৪৬ দা হায়– কনাগুম্বা অমনা শিবগা বিষ্ণুগা অনীগী মবত্তা খেন্নবা থম্নবদি মহাক্তা ঐগী পূক্রিং অসি খঙবা ঙমদ্রি। বিষ্ণুনা ঐগী ওইথংবা হকচাং কয়াত্তগী থোবকই অদুগা ব্রহ্মানা ঐগী য়েৎথংবা হকচাংগী কয়াৎতগী থোক্লকই। বিষ্ণুনা ঐগী থম্মোয়নি অদুগা ঐনা বিষ্ণুগী থম্মোয়নি। (রুদ্র সংহিতা ৪। ৫৪-৫৫)। বিষ্ণু নহাকপুনা রুদ্রনা নিংগনি অদুগা রুদ্র ঐবুনা বিষ্ণু নহাকনা নিংগনি। নহাক অমসুং রুদ্র অনিগী মবত্তা খেন্নবা লৈতে। (রুদ্র সংহিতা ১০। ৬)।

রুদ্র ভক্ত অমনা বিষ্ণু নহাকপু ফত্তনা খল্লবদি মহাক থুনা উৎকী মপৈ ওল্লগনি। (রুদ্র সংহিতা ১০। ৮)। হে বিষ্ণু, পূম্নমক্তগী খ্বায়দগী অথোইবা ওইবিবা নহাকপু তুরুচনা তৌবিবা মহাক অদু নবক্তা তাবগনি। মসি ঐগী থৌশিন্নি। অচুম্বনি, তশেংনমক মসি চুম্নবনি। (রুদ্র সংহিতা ১০। ৮)। হে হবি! অৱাবা তাববা মতমদা ঐগী শকওং রুদ্রবু খুকমগনি। (মথক্কী ১০। ১৩)। বিষ্ণু নঙোন্দা চংজবক্লবা মহাক অদু শিব ঐঙোন্দসু চংজবক্লবনি। খেন্নবা থন্নীবা মহাক অদু শোয়দনমক্কী নবক্তা তাবগনি। (মথক্কী ১০। ১৪)। রুদ্র সংহিতা ১০। ৪৮ দা ব্রহ্মানা হায়– "শিবদি পবম ব্রহ্মনি। লাই অহুম, বিষ্ণু, ঐ অমসুং রুদ্র হায়বসি মাগী স্বরূপ ওক্তনি, গুণ খেন্ননা লৈরুবতনি।" কৈবল্য উপনিষদ ১। ৮ দা শিবগা ব্রহ্মাগা খেন্নবা লৈতে, অমত্তনি হায়।

শ্রীবাম চবিত মানস (লঙ্কা কাণ্ড) গী মনুংদা শ্রীবাম্না হায়– ঐনা শিব নুংশিবগুম অতৈদা নুংশিদে। শিববু মাগী য়েক্লবা ওইনা লৌবিবা মহাক অদুদি মহাক্না ঐগী ভক্তনি হায়না খঙ্গববসু মহাক্না ঐবু মাগী মমং ফাওবদসু উবা ফংজবোই। শঙ্কববুদি থওইনা তৌদ্রগা ঐবুতা নিংলিবা মহাক অদু পূম্নমক মাংজববনি, মূর্খ ওইববনি, অপংবশিংদা চল্লবনি। শিববু নিংলগা বাম ঐবুনা য়েক্লবা ওইনা লৌবিবা অদুগা বাম ঐবু নিংলগা শিববু য়েক্লবা ওইনা খল্লিবা মহাক অদু খ্বাযদগী অকিবগী মশক ওইববা নবক্তা খুৎশেমগী অবোইবা মতম য়ৌদ্রিফাওবা লৈগনি।

পদ্ম পুবাণগী মনুংদা পবমেশ্বব ভগবাননা শ্রীবামগী স্বরূপ্তা শিবগী মবমদা অসুম্না হায়– হে শিব, নহাক্না ঐগী থম্মোয় ইন্দ্রিনুংদা লৈ অদুগা ঐনসু নংগী থম্মোয়নুংদা লৈ। ঐখোয় অনীগী মবক্তা খেন্নবা লৈতে। জ্ঞান য়াওদবা অমসুং ফত্তবা ৱাখল চেনবশিংনা ঐকোয় অনীবু খেন্নবা ওইনা লৌই। তশেংবদি ঐখোয় অনী অসি অমত্তনি। ঐখোয় অনীগী মবক্তা খেন্নবা থন্নবীশিং অদু নবক্তা মৈগী কুণ্ডদা তাবগা ওনথোয়না মহাপ্রলয়গী মতম ফাওবা অৱাবা খাঙগনি। (পদ্ম পুবান, পাতাল খণ্ড ২৮। ২১-২৩)।

শিব পুরানগী মনুংদা খ্বাইদগী অরাংবা থাক্তা লৈবা অথোয়বা ব্রহ্ম অদুনা শিবগী স্বরূপ্তা অসুম্না হায়– "বিষ্ণুনা ঐগী থম্মোয়নুংদা লৈ, ঐনসু বিষ্ণুগী থম্মোয় নুংদা লৈ। ঐখোয় অনীগী মবক্তা খেন্নবা থমদবা মহাকপু ঐনা খ্বায়দগী হেন্না নুংশিজে। হে বিষ্ণু, নহাক অসি রুদ্রনা ধ্যান তৌবিবা অদুনি অদুগা বিষ্ণু নহাক্না ধ্যান তৌবিবা অদুনা রুদ্র ঐনি। বিষ্ণু নহাক অমসুং ঐহাক্কী মবক্তা খেন্নবা মিৎয়েং থম্লিংঙাই অমত্তা লৈতে। রুদ্র নিঙবা কনাগুম্বা অমনা বিষ্ণু নহাকপু লায়া লৌববদি মহাক্না তাঞ্জকবা পূণ্য কম্মগী মহৈ পূম্বা খুদক্তা উৎ ওন্দুনা মাংলগনি। হে অথোইবা লাই বিষ্ণু, নহাকপু থওইদবগীদমক ঐনা মহাকপু নবক্কী কুণ্ডশিংদা লংথবগনি। হায়বিবসি ইচুম চুম্নবা অমুক ককনিংঙাই লৈত্রবা রাফম্নি। হায়বিবসিদা কবিসু চিংনিংঙাই লৈতে। বিষ্ণু নঙোন্দা চংজবক্লবা মহাক অদু ওশেংনা রুদ্র ঐঙোন্দা চংজবক্লবনি। নহাক্না ঐগগী মবক্তা খেন্নবা থম্লবা মহাক অদু শোযদনমক নবক্কী কুণ্ডশিংদা তাবগনি।

তোঙান-তোঙানবা কল্পদা লাই অহুম অসি প্রকৃতিগী গুণ অহুমগী রাংমদা লৈখ্রবা পরমেশ্বর ভগবান মহেশ্বরগী তোঙানবা শকওং ওইবা অদুদগী চোংথোক্লকই অদুগা অতোপ্পা থৌদোক কযাদা মখোয় মশেল অসি অমগা অমগা লৈশি লৈথোন্নে, খুকন্নে। অমনা অমদগী পীকই অমসুং চাওই হায়বগী রাফম থমদে। হায়বিবসি শিব পুরাণগী অধ্যায় তরাহুমদোইশুবদা তশেং তশেংনা উৎলি। য়েলহৌঙৈগী মতমদা পূম্নমকপু পোকপীবা মহেশ্বরনা লাই অহুম অসিদা থবক মখল অহুমথক পাংথোক্লবা শিন্নে। ব্রহ্মা দেবদনা লৈশেম্বগী থবক, বিষ্ণুদনা লৈঙাকপগী থবক অদুগা রুদ্রদনা মাংহনবগী থবক অসি তোঙান্না মচা খায়না শিন্নবম্মী। অতোপ্পা কলপদনা ভগবান শিবগী কৃপাদগী রুদ্র দেবনা ব্রহ্মা অমসুং নারায়ন পুথোক্লম্মী। মতৌ অসুম্না অতোপ্পা কল্প অমদনা ব্রহ্মানা মাগী বিশ্বরূপগী শকওংদা নারায়ন অমসুং রুদ্র পুথোক্লম্মী। অসুম্না তোঙান তোঙানবা কল্পশিংদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বরনা মখোয় মশেল অমগা অমগা তোঙান তোঙান পুথোক্লবম্মী অদুগা মখোয় মশেন অমগা অমগা মতেং পাংনরম্মী।

শিবগা বিষ্ণুগদি যেলহৌভৈগী মতমদদি লাই অমত্তগুম্না খেন্নবা লৈতনা লৈবম্মী হায। কবিগুম্না মতাং অমদা লাই মশেলগী মবক্তা লাই অমনা লাই অমদগী হেন্না চাওই হায়নবকপা য়াওই। বিষ্ণু অমসুং শিব লাই অনীগী মবক্তা যেংথিনবগী ব্রাখল লাক্লিবসি কৌষীতিকী ব্রাহ্মণগী মন্ত্র ২৫। ১৩ দগীনি হায। মন্ত্র অসিনা হায– "রুদ্র হায়বসি খ্বায়দগী লিববা অহল ওইববা, লাই পুন্নমক্তগী অথোইবা লাইনি হায। অসুম্না হায়বদগী লাইযামশিংগী মনুংদা রুদ্র নিংবগা বিষ্ণু নিংবগা অনীগী মবক্তা অচৌবা ওয়াবদগী যেংথিনবা হৈবকই। মতাং অসিদা খুদম ওইনা পন্নিংবা অমনা তামিল নাদুগী মনুংদা লৈবা শঙ্করনোব কোইল হায়বা মফম অদুদা দেবতা হরি-হরগী মন্দির অমা লৈ। হরি-হরগী মূর্ত্তি অসি তঙ্খায় অমা বিষ্ণুনি অদুগা অতোপ্পা তঙ্খায় অমনা শিবনি। বিষ্ণু নিংবা ভক্তশিংনা লাই খুরুম্না লাক্লগা বিষ্ণুগী নাতোন্দা পকপা অমোংপা অদুতমক শেংদোকই; হরগী মাযগৈদা য়েংলুদে। মতৌ অদুগুম্না শিব ভক্তশিংনসু শিবগী নাতোন্দা পকপা অমোংপা অদুতমক শেংদোকই, বিষ্ণুগীদি য়েংলমদে। মসি খল্লুবদা কযাদা নোংক্লিংথ্রবনো।"

ব্রহ্ম বৈবর্ত মহাপুরাণ, কৃষ্ণ জন্ম খণ্ড, অধ্যায ৩৬। ১৫-১৬ দা শ্রীকৃষ্ণনা হায, ভগবান শিব হায়বসি কৃষ্ণ ঐ ইশামক্কী অংশমক্নি, মহাক্না মবোল অহুমমকপু মাংতাকহল্লি, মতিক মঙান্দা, গুণদা বুদ্ধি লৌশিংদা কৃষ্ণ ঐগা মহাক্কা চপ মান্নৈ, যোগীশিংনা মহাকপু ধ্যান তৌই। যোগী পুম্নগী গুরুনি, জ্ঞানগী পুক্কে ওইদুনা লৈবগী মথক্তা শিবনা নুংঙাইদুনা লৈ।

শিব-বু বলভদ্র হায়না খঙনৈ। (দি ফোরমেসন ওফ জগন্নাথ টাইয়্যাভ", TCOJATRTOO, লা ১৮৫)।

কালিকা পুরাণনা তশেং তশেংনা জগন্নাথবু ভৈরবনি অদুগা কত্যাযনিবু ভৈরবিনি হায। উরিষা (উদ্দিযান)।

পদ্ম পুরাণ (অধ্যায় ৭০, শ্লোক অমা) দা মহেশ্বরু জগন্নাথ হায়না কৌই। বিষ্ণু অমসুং শিববু চপ মান্নবা বেদী (প্লেট ফোর্ম) দা মান্নবা থাক্তা থম্মী; অদুদগী হরি-হরগী ধর্মমত (কল্ট) অসি পাকথোক চাওথোবকই। (দি অ্যাডভেন্ট ওব বৈষ্ণবিজম ইন উরিষা অ্যাণ্ড শৈব কম্পোনেন্ট ইন দি আর্লি ইভোলুশন ওফ জগন্নাথ, TCOJATRTOO, 1978, লাঃ ১৫ অমসুং লাঃ ১২২)।

বিষ্ণুগী থম্মোয়না শিবনি। শিবগী থম্মোয়না বিষ্ণুনি। বিষ্ণুগা শিবগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা অমত্তা লৈতে। (স্কন্দ উপনিষদ)।

স্বামী শিবানন্দ সরস্বতীনা তাং কম্ভু চার্যাগী শৈব-সিদ্ধান্তনা খ্রীঃ সদগী চহি ৫০০ থর হেল্লবগী মমাংদনি হায়, অদুগা বৈষ্ণব ধর্ম্ম হৌদোক্লম্ম মাধবচার্য্য অমসুং রামানুজগীনা চহি ৬০০ অমসুং চহি ৭০০ রোম থর হেনবগী অদুরাইদনি। অদুগী মমাংদা শিব অমসুং বিষ্ণুগী মরক্তা খেন্নব লৈরমদে। (লোর্ড শিব অণ্ড হিজ রার্শিপ)। অমখক্তা খ্রাইব, নিংগদব লাই অদু কনানো, লাইযাম'শংগী মনুংদা করম্বা লাইনা খ্বাযদগী হেং চাওবগে হায়বগী মতাংদা নোংমা যুধিষ্ঠিরনা পিতামহ ভীষ্মদা হাংহং অম হংলম্মী। ভীষ্মনা বিষ্ণুগী নাম লীশিং অমবু পল্লকই। অদুগী মনুংদগী লোযবমদাইদা পুরুষোত্তম ওইবা ভগবান্দি দেবকী নন্দন শ্রীকৃষ্ণনি হাযরম্মী। হিন্দুগী অচার্য্যশিংগী মনুংদা রামানুজনা বিষ্ণু পুরাণ চংলি, বিষ্ণুনা খ্বাযদগী চাওবা লাইনি হাযনা লৌই। মাধবচার্যনা শ্রীমদ্ভাগবত চংলি। শ্রীমদ্ভাগবত-তা "কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ম" হাযরি। ভগবান হায়রবা শ্রীকৃষ্ণনি। শ্রীকৃষ্ণদি অবতারিননি, মত্স্যন্দগী অবতার পুম্নমক লোয়নমক থোকখি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসু মাধব চার্য্যগী মতুংইন্না চংলি। মাধবচার্যগা লোয়নমক মান্ননদি চৱে, খেন্নবা খরদি অদুম লাকই। ঐখোয় মণিপুরগী গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংদি মাধবচার্য্য সম্প্রদাযগী মনুং চনবা নরোত্তম পরিবারদা য়াওই। দ্বীভূজ ওইবা গোপালদেব, ব্রজেন্দ্র নন্দন-শ্যামসুন্দর মুরলীধরনা খ্বায়দগী চাওবা লাইনি হাযনা নিংই।

হিন্দুগী পুবাণ হায়দুনা লৈবিবসি ভগবানগী শ্রীমুখমত্তদগী থোক্লকপনি হায়। (ভাগবত ৩। ১২। ৩৯)। পুবাণশিং অসিবু মঙাশুবা বেদনি হায়। (ভাগঃ পুঃ ১। ৪। ২০) খুৎশেমগী মমাংদা ঈশ্বব অমসুং বেদ পুন্না লৈমিন্নবম্মী। বৃহদঃ উপনিষদগী ২। ৪। ১০ দা ঋক, যজুব, সাম অমসুং অথর্ব্ববেদ হাযদুনা লৈবিবসি ঈশ্বব মশামত্তগী হোন্দোক্লকপা স্বব (নিশ্বসিতম্) নি হায। অদুনা বেদ অনাদীনি। মবম অসিনা বেদশিং অসিনা [illegible]ক্কিবশি চম্মী হাযনা লৌখম থোকই। হিন্দুগী পুবাণশিং অসি বেদগী তাযানি। সত্য যুগদা বেদ, ত্রেতা যুগতা স্মৃতি অমসুং উপনিষদ, দ্বাপব যুগতা পুবাণ অমসুং সংহিতা অদুগা কলি যুগতা তন্ত্র থোক্লকই হায। অদুবু [illegible] দ্বাপব যুগতা পুবাণশিং [illegible] লৈখ্রবনি হায। অনৌবা [illegible] দ্বাপব যুগ [illegible] পুবাণশিং অসি থোক্লরম্মী। হিন্দুগী [illegible] পুবাণশিংগী মশিং অসি তবানীপান শুই। অসি নত্তবা উপ-পুবাণ কয়া মরুম অমসু লৈখ্রে। শ্লোক লাক্ষ মবিনা অথোই অহেন নাইনা পুবাণ তবানীপানদা যেংহৌকই অসি নত্তবা শ্লোক কোটি চামা অমসু ঐজিক মাওবা উবা মংদনা দেবশিংগী লোক্তা লৈবি হায। (মৎস্য পুবাণ (৩। ৯ ১১)। পুবাণশিং অসিবু কাংলুপ অহুম খোক্লা খাযদোকই। মদুদি—সাত্ত্বিক, বাজস অমসুং তমস। সাত্ত্বিক কাংলুপ্তা বিষ্ণু পুবাণ, নাবদ পুবাণ, শ্রীমদ্ভাগবত, গকড পুবাণ, পদ্ম পুবাণ অমসুং ববহ পুবাণশিং য়াওই। বাজসিক কাংলুপ্তা ব্রহ্মাণ্ড পুবাণ, ব্রহ্মবৈবর্ত পুবাণ, ব্রহ্মা পুবাণ, বামন পুবাণ অমসুং ভবিষ্য পুবাণশিং যাওই। তামসিকগী শরুক্তনা মৎস্য পুবাণ, কূর্ম পুবাণ, লিঙ্গ পুবাণ, শিব পুবাণ, অগ্নি অমসুং স্কন্দ পুবাণশিং য়াওই। (পদ্ম পুবাণ উত্তব খণ্ড ২৬৩। ৮১। ৪)। পুবাণ তবানীপান অসিগী মনুংদগী পুবাণ তবানা শিবগীনি হায় অদুগা লেমহৌবিবা পুবাণশিংনা বিষ্ণুগীনি হায়। পুবাণশিং অসিনা মানা মানা নিংজবা ইষ্টদেবতা অদুগী অবাংবা থাক্তা থম্বগী মতুংইন্না মহাপুবাণগী থাক যৌবকই। বৈষ্ণবশিংগীনা শ্রীমদ্ভাগবত

পুরাণনা অতৈদগী রাংবা হেল্লি। শিব পুরান্দনা শিবনা লাই পূম্নমক্তগী হেন্না চাওই, আদি দেব ওই। দেবী ভাগবতনা দেবীনা লাই পূম্নমক্তগী খ্বায়দগী হেন্না অমুক চাওই। অদুগা ভাগবত পুরান্দনা শ্রীকৃষ্ণদগী হেন্না চাওবা লাই অমমুক লৈত্রে। গোপালতাপিগী শ্রুতিনা কৃষ্ণনা অথোইবা লাইনি হায়। ("কৃষ্ণবৈ পরমং দেবতম")। ব্রহ্ম সংহিতানা অমুক হায়রি– "ঈশ্বর পরমঃ কৃষ্ণ সচ্চিদানন্দ– বিগ্রহ। অনাদিবাদি গোবিন্দঃ সর্বকারণ কারনম"। পূম্নমক অসি য়েংলুবগদি শিবনা হৃম্বুবা থাক্তা লৈ। তোঙান-তোঙানবা পুরাণশিংদা অতোপ-অতোপ্পা লাইশিংগী তৌবা ঙম্বা মতিক মগুণশিং নৈনবিবসি লাই অমনা লাই অমদগী হেন্না চাওই হায়বগী রাফম নদে। মহাকপু নিংর্জবিবা মনাই ভক্তশিংগী মফমদা অহানবদা থাঙবা হায়বা পোৎশক অদু পোকহল্লগা মতুংদা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা প্রেমগী ঈথক ঈপোম হৌহল্লগা ঈশ্বর মহাক্তবু মতম পূম্নমক্তা কাওহন্দনবা হোৎনবিবগা কৃপাগী থৌবীনা মনাইভক্তবু মতুংদা ইবুংঙো মঙোন্দা চিংশিনবিগে থৌবাংবনি। গুণ অহুমগী মতুংইন্না খায়দোকপা পুরাণশিং অসিগী অপুনবা কলপ (পুরাণ) দদি অমুক সরস্বতীনা চাওই হায়রি। মসিনা তাক্লিবদি "সরশ্বতী" হায়বা শব্দ অসিদগী থোক্লকপা দেবতাশিং অদুনা চাওই হায়বনি। অসুম্না লাই অমনা লাই অমদগী হেন্না চাওই হায়না লৌবা যাদ্রি। হরি ভক্তি বিলাসনা অমুক শিবগা বিষ্ণুগা অমত্তনি খেৎনবা লৈতে, অমনা অমদগী হেন্না চাওদে হায়। কবিগুম্বা খেন্নে হায়না খল্লবদি মী মহাক অদু ভূত প্রেতগী কাংবুনি হায়। স্কণ্ডোপনিষদতা শিবগা বিষ্ণুগা অমত্তনি হায়বসি অসুম্না তাকই– "যথা শিবময়ো বিষ্ণুর এবং বিষ্ণু ময়ঃ শিবঃ"। অমুকসু অসিমশু হায়রি– "শিবস্য হৃদয়ম বিষ্ণুর বিষ্ণোশ্চ হৃদয়ম শিবঃ (শিবগী থম্মোয়না বিষ্ণুনি, বিষ্ণুগী থম্মোয়না শিবনি)। পরম শিব, পরম ব্রহ্ম, মহাবিষ্ণু অমত্তনি। বিষ্ণু সহস্রনামদা বিষ্ণুবু "শিব" হায়না কৌই। (নাম ২৭ অমসুং ৬০০)। শঙ্করাচার্য্যগী ভাষ্য মতুংইন্না মফম অসিদা 'শিব' গী অর্থ অসি য়াম্না শেংবা পোৎশক্ গুণ অহুমগী রাংমদা লৈববু খঙনে। অদুগা "শিব" হায়না হেক শোনবদা পূক্লিংগী অমোৎপা লোইনমক হেক কোকহনববুসু

খঙনৈ। মসিনা তাক্লিবদি– "শিব" অচৌবা ব্রহ্ম অদুনি। শিবগা ব্রহ্মগা মশক অমত্তনি হায়বসি কৈবল্য উপনিষদ ১। ৪ না তাকই। ("স ব্রহ্ম স শিবঃ")। অমুক নুমিৎকী মকোয় মনুংদা মঙাল পীবিবা অদু নাবায়ণনি হায়না লৌবা মতমদা নুমিৎপু "সূর্য্য নাবায়ণ" কৌই। অদুগা মঙাল অদু শিবনি হায়বা কান্দ শিববু "শিব-অদিত্য মিশ্র" হায়না খঙনৈ। লাইবিক্লা হায়বা ঐনা খিজকবদা ফংজবকপা খবদং পঞ্জকবগী য়াফমতনি। অচুম অবানদি পাবিবিবশিংনা লেপ্পীগনি। কনাগুম্বা পণ্ডিতনা হায়বনা বেদ ব্যাসনা ইবা পুবাণশিংগী মনুংদা শ্রীমদ্ভাগবতনা ইবোয লোয়বনি, অদুনা ভাগবতনা হাযবা য়াংম্না অবেপ্পনিসু হায। অদু ওইববদি শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান ওইবে। ব্রহ্মাণ্ড পুবাণনসু হাযবি– মদুদি বিষ্ণুসহস্র নাম অহুমলক হন্না পায় তৌবগা বাম, বাম, বাম হাযবা নাম অহুমলক শোনবগা মান্নে। বাম নাম অহুমলক শোনবগা কৃষ্ণ হাযনা অমুক শোনবগা মান্নে। (শ্রীগোপাল সহস্রনাম - শ্রীঅতোম্বাবু শর্ম্মা)।

কৃষ্ণ ঐনা শিববু ষলনাবা অমগী কপ্পা পুবগা চৎলি। মবমদি– শিব-বু থাংদুনা পুবিনবা মী কনামত্রা লৈতে। মমাংঙৈগী মতমশিং ত্রিপুবাসুব হাৎপা কান্দা ষণলাবা অমা কৃষ্ণ ঐগী অংশনা শাবম্মী। (মথক্কী শ্লোক ১০১)।

বাধিকানা হাযবম্মী– শিবনা জ্ঞান পূম্নমক্কী মপু ওইবে, তত্ত্ব পূম্বা নিংথিনা খঙলে, অশিববু জয তৌবা, তুংদা ওইবক্কদবা অশিবা পূম্ববুসু জয তৌবা কৃষ্ণ নহাকগুম্না অচৌবা হাযবদু ওইবে। (মথক্কী অধ্যায়, শ্লোক ৫৭)।

## জগৎ গুরু ভগবান শঙ্কর

তন্ত্র যোগ সাধনবু ইহান হেক হানবদা পুথোকপীবম্বা ইবুংঙো মহাকপু আদি-গুরু হাযনা খঙনৈ। জীবশিংগী থম্মোয়গী অমম্ববু কোকহনবিবম্বা, জ্ঞানগী মঙাল পীবিবম্বা, অচৌবা গুরু, পূম্নমক লৈত্রিঙৈগী মমাংদা লৈবম্লবা

মহাকপু আদি গুরু কৌই। মহাকপু জগৎ গুরু হায়নসু কৌই। শিব পুরাণগী মনুং চনবা বায়বীয় সংহিতাদা শিববু বিশ্ব-গুরু, জগৎকী মনুংদা স্বায়দগী চাওবা গুরু হায়নসু খঙনৈ।

শিবনা ব্যাকরণগী হৌবকফম মরু ওই। ব্যাকরণগী নিয়ম, হৌনবী পূম্না শিবগী ডমরুদগী থোক্লকই। পানিনিনা প্রযাগতা অক্ষর পাম্বীগী মকম মথাদা ফমদুনা অকনবা তপঃ তৌবিরঙদা ভগবান শিবনা তংশেংনা পানিনি অমসুং সিদ্ধ কযাগী মমাংদা লেংথোক্লম্মী। অদুগা মাগী লাইগী জগোই, তাণ্ডব জগোই শাবক্লম্মী। অসুম্না হায— শিবনা মাগী জগোই অদুদা নুংঙাইমনখ্রদুনা ঙাওদুনা লৈবিরঙদা মাগী ডমরুদগী খুংখৎ তরামরিবক খঙহৌদনা মতোমতা থোকখিবম্মী। মদুনা পানিনিদা ব্যাকরণ হৌরক্লবগী মরু অদু খুলহল্লম্মী। মদুদগী মহাক্লা যাম্না হৈশিংনা ব্যাকরণগী নিযম পুথোক্লম্মী। ডমরুগী খোম্থাং তরামরিদগী ব্যাকরণ হৌরক্লবগী মরু ওইবা নিযম তরামরি পানিনিনা পুথোক্লম্মী। মসিবু পানিনিগী অষ্টধ্যাযী হায়না খঙনৈ। হাযরিবা নিযমশিং, অসিবু শিব সূত্র হাযনা কৌই। হাযবদি শিবদগী থোকখিবা ব্যাকরণগী নিযমশিংনি।

ডমরুগী খোম্থাং তরামরিগী মরমদা পানিনিনা যাম্না নোল্লুক্লনা নন্দিদা হংলম্মী— খোম্থাং তরামরি অসিনা মঙোন্দা করি খঙহল্লিরনো ?" নন্দিনা খুম্লক্লম্মী— মযেক তোঙানবা তিনশিন্নবগী খোম্থোক্লি, মসিদা নহাক্লা ধ্যান তৌবগা সংস্কৃত লোলগী ব্যাকরণ থোকহল্লকপা ঙমগনি। পানিনিনা মদুমক তৌবে অদুগা তরামরিদু পাক চাওথোকহল্লগা সংস্কৃত ব্যাকরণগী মরু ওইবা চংনবী নিযমশিং অদু পুথোক্লে। বিজ্ঞান দর্শন পূম্নমক শিবদগী থোক্লকই। মহাক অসি মঙাল অমসুং জ্ঞানগী মশক্লি।

জগোই, ঈশৈদা মপান নাইদ্রবা ঈশৈ শকপা (নট) শিংগী নিংথৌ ওইবিবা শিবনা হরাও মথোয় কানা নুংঙাইনা জগোই শাবিরঙদা সনক অমসুং ঋষিশিংবু পেলহন্নবা মাগী ডমরু অসি খুংখৎ তরামরিবক খক্তুনা পুংখোল থোকহল্লম্মী। মসিগী অপুনববু শিব সূত্রশিং হায়না খঙনৈ।

(হিষ্টোবি ওফ ইন্দিয়ান মুজিক-পিঙ্গলে-লাঃ ৮৪)। শিবগী জগোই অসিবু গুপ্তিগৈগী হিন্দুশিংনা অসুক্কী মতিক ইকাই খুম্নখ্রে মদুদি মখোযগী সূত্রশিং অসি শিবগী জগোইদগী ওইবকই। (মথক্কী লাইবিক্কী লামায় ২১)। হিন্দুশিংগী সূত্রশিং অমসুং শ্রুতিশিং অসি শিব, ঈশৈগী নমদা নিংথৌশিংগী নিংথৌ ওইবা অদুগী ঈশৈদগী ওইবকই। (শিব সূত্র জালুম) (হিষ্টোবি ওফ ইন্দিয়ান মুজিক-পিঙ্গলে, লামায ৭১)।

ডমরু অমসুং নাদ ঙ যবসি ইপা ওইবা শিবনা নাদ (মখোল) গী মশক্তি অদুগা ইমা শক্তি পার্বতীনা হোৎনবা অদুদা যাওবিবা শক্তিগী মশক্তি। ডমরু মতুংগা মমথ মুনি পানবা পৃঙ্ড অসি শিবগী স্বযম্ভু ওইবা মশক্তি। নাদ অমসুং হোৎনবগী মশক ডমরুনা ওই।

মহাভারতকী নাবাযনী সেকশন (ভাষ্কক) দা পাশুপত হাযনা খঙনবা লাইনিংলুপ অদুগী ধর্ম্মগী লাইবিক অসি শিব মশামক্না ভাকপনি হায।

রুদ্র শিবনা অহানবা মকোক থোংবা মাইবনি (ঋক বেদ ১১। ৮৩-৪) হাযদুনা রুদ্রগী মতাং নৈনবকপদা পঙথ্রে। অনাবগী হীদাক লীশিং কয়া শিবগী নৈ। "মৃত সঞ্জিবনি" হাযবা অশিববু হিংগৎহনবা ভুম্বা মন্ত্র অসি শুক্রাচার্য্যনা শিবদগী ফংজখি। (বামন পুবাণ, অধ্যায় ৬২)।

শ্রুতিনা হায- "ঈশান সর্ববিদ্যানাম"। বেদশিংগী হৌবকফমসু শিবনি, বেদকী মপুসু শিবনি (কোটিরুদ্র সংহিতা ৪২। ২৩)।

ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষবু জীবদা পীবিবতা নত্তনা জীবদা প্রেম ভক্তিবুসু তম্বী। নাবদনা হাযবদগী শিবনা নাবদ-দা হবি ভক্তি অমসুং প্রেম হায়বদু তম্বীখি। কৃষ্ণমন্ত্র "শ্রী হ্রী ক্লী কৃষ্ণায় স্বাহা" হাযবা মন্ত্র অসি তম্বীখি। (নাবদ পঞ্চবাত্রম, অধ্যায় ৮। ২৯, ৯। ৩৪)।

শিব তন্ত্রগী মনুংদা শিবনা হায়- "ধর্ম্মগ্রন্থ হায়দুনা লৈবিবশিং হায়বদি বেদ মবী অমসুং পুবানশিং অসি ঐগী চিন মঙা, নোংপোক, নোংচুপ, মখা, অন্নাং অমসুং নোংথকলোমদা ওনবদগী লোয়না থোক্লকই। হায়বিবা

মঙা অসি মৃক্তি ফংনবগী লম্বী ঙাক্তনি। ধর্ম্ম গ্রন্থ কয়ামকম লৈ, অদুবু মখোয়শিং অদু মথক থোংবা গ্রন্থ (তন্ত্রশিং) গদি চাংদম্নকব্বা য়াদে। মখোয়না থাক হন্থে। (বুক মাপল, অধ্যায় ৫০ শুবা)

শিব মশামক অসি য়ুমশা কৈশাবা হৈবা ওইবনা য়ুমশা কৈশাবোনগী বিদ্যা অসি মঙোন্দগী থোকখি। সিদ্ধশিংসু লাইযামশিংগী ময়ুম মকৈ শাবা কাংলুপনি হায়নৈ।

ত্রেতা যুগতা মৈ পূজা তৌবা হৌই। যজ্ঞ-তৌবনা ত্রেতা যুগকী যুগ ধর্ম্মনি। যজ্ঞ হায়বসি শিব-দগী থোকখি (বায়ু পুরাণ ৩২। ১৬)। মৈ মখল অহুম পূজা তৌবম্মী। মৈ মখল অহুম হায়বিবসি মৈগী মবৈ অহুমবু খণ্ডনৈ। অহুম অদুগী মমিংশিংদি -- ১) গাইপতৎ (অযুক্তা তৌবা যজ্ঞ) (প্রনব ওঁ গী 'অ'-কাব-ঋগ বেদ, ক্রিয়া শক্তি)। ২) দক্ষিণ অগ্নি (নুমিৎ য়ুংবা কালদা তৌবা যজ্ঞ (উ-কাব-যজুব বেদ, ইচ্ছা শক্তি) অমসুং ৩) আহ্নবনিয অগ্নি (নুমিদাংব্রাইবমদা তৌবা যজ্ঞ) ('ম'-কাব-সাম বেদ, জ্ঞান শক্তি)। (কালাগ্নিকদ্র উপনিষদ)।

খুৎশেম অমুক হৌবমদাযগী মতমদা পোকপা ব্রাহ্মণশিংগী ধর্ম্ম গন্থশিংগী ইহান হেক হানবা গুরু শিবনি। শিবদি মতমগী মখা পোন্দে, পূম্নমক্কী মপুনি। মতমগী যাওন মতুংইন্না শিবনা গুরুশিংগী গুরু ওই। (বাযবীয সংহিতা, অধ্যায় ৬। ১৮)।

কুলার্নব তন্ত্রগী মনুংদা শিবনা পার্বতীদা হায়-- হে ঐগী নুংশিজববী। শিব ঐসি শেংনা হায়ববদা মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈ, কুপ্পী, মিংনা উবা ঙমদে, পূক্লিংনা লাকশিনবা ঙমদে, শকওং নাইদে, মাংবা নাইদে, মালংগী মতৌগুম্মী, অহৌবা অবোইবা লৈতে, ঙমখে নাইদে অদুনা শিব ঐবু কনানা কবম্না ঈডাৎ পূজা তৌগনি। মবম অসি লৈবদগী শিব ঐনা জীবশিংবু নুংশিবদুনা গুরুকী শকওং লৌবে। গুরু অসিবু কনাগুম্বনা ভক্তিগা লোয়ননা খুরুমজববদি, হে দেবী, মঙোন্দা মৃক্তি পীনবি, মখোয়গী অনিংবা থুংহল্লি।

শিবগী তাং তাংবা মূর্ত্তি লৈতে, মীওইবগী মিংনা লাকশিনবা ঙমদে, মরম অদুনা শিবনা ধর্ম্ম ঙাক্লা চৎচবিবা মাগী শিষ্যবু গুরুগী শকওংদা ঙাক শেনবী। গুরু হায়বিবসি থোইদোকপা অতোপ্পা কনা অমা নত্তে, পবম শিবনা মশাগী শকওংবু লোৎশিল্লগা মীওইবগী শকওং লৌবগা মাগী শিষ্যশিং ধর্ম্ম কাযজদবশিংদা কৃপা পীনবিনবগীদমক মালেমগী মফম খুদিং শিনবা থুংনা কোয়চৎ চৎলিবদুনি। শিবগী শকওং লৈতে হায়ববসু নুংশিবগী ভান্ডাব শিবনা ওইবনা ধর্ম্ম কায়জদবা মনাইশিংবু ঙাকপীনবগীদমক মহাক্লা শকওং লৌবে অদুগা য়ুম পানবা অমগী মতৌগুম তৌববে। মহাক্লা মাগী লাইবক্তা পানবা মিং লোৎশিনখ্রে, অসিদা নত্তনা জোটাগী লৈতেং ওইবা পানখৎলকপা থা-গী মশক ওইবা মচেৎ তাবা থাজগী শকওংসু লোৎশিনখ্রে, মখুৎ অনী অমসু লোৎশিনখ্রে অদুগা গুরুগী মশক ওইনা মালেমদা মথৌ পাংথোক্লবি।

গুরু হায়বসি কনাসু নত্তে; মমিং অহুম য়াওদবা শিববুনি। ফত্তবা কর্ম্মনা মপোৎ ফাববা মাগী মফমদদি গুরুনা মীওইনা উহল্লি; অদুগা অফবা কর্ম্ম তৌবা, পূন্য চেনবা মাগী মফমদদি গুরুনা শিব ওইনা চোংথোকলকই। মবাইবক থিববা কনাগুম্বা থবদি অচুমবগী শকওং লৌববা গুরুগা মায়গা-মায়গা ওনশিন্নববা ফাওবদা মমিং তাংবা মীনা থোবক্লিবা নুমিংপু উদবগুম গুরুনি হায়বা খঙবা ঙমদে। তশেংনা হায়ববদা গুরু কনাসু নত্তে, সদা শিবনি হায়বিবসিদা কবিসু চিংননিংঙাই ওইদে। শিব মশামক্লা গুরুগী মশক ওইনা থোবক্তবা তাববদি জীববু কনানা লানবিগনি, জীবগী অনিংবা কনানা থুংহনবিগনি। গুরুগা সদা শিবগা কবিমত্তা খেন্নদে। খেন্নবা মিংয়েং য়েংলবদি পাপ পুগনি। শিব গুরুনি, মবমদি— মহাক্লা গুরুগী মশক লৌবগা পশুদা পুল্লিবা মায়াগী থৌবী কোঙ্গোয় অদু ককথৎপীবগা জীববু অবানবা খুভম পীনবি। নুংশিবগী ভান্ডাব ওইবা, কৃপাগী ঈফুৎ ওইবা ঈশ্বরনা গুরু ওইবগা পশু ওইবা মহাকপু দীক্ষা পীবিবগা মায়াগী লাংদগী নাম্থোকহল্লি। (কুলার্নব তন্ত্র তবাহুমদোইগুবা উল্লাস ৫১-৬৩)। শিবনা কলি যুগতা

যোগাচার্য্য ওইনা অবতাব তৌই। (লিঙ্গ পুবাণ ৭। ৮)। গুরুদগী হেন্না য়াংবা অচুম্বা অমমুক লৈত্রে; শিবদগী হেন্না চাওবা দেবতা অমা লৈত্রে, বেদদগী হেনবা বিজ্ঞান (Science) অমা লৈত্রে। (কুলার্নব তন্ত্র, অহুমশুবা উল্লাস, মন্ত্র ১১৮) নুংঙাইবনা মাগী মশক ওইবা, থৌজাল হৈবা শিব-না বেদশিংবু বিষ্ণুদা কামশিল্লি অদুগা বিষ্ণুবু ব্রহ্মজ্ঞানগী অবোনবা মপুং ফাবা জ্ঞান অদু ফংহল্লম্মী। (রুদ্র সংহিতা, অধ্যায ৯। ৫-৬)।

শিবদি মীয়ামগী মপু লাইনি। ইবুংঙো মহাক্না মীওইবা সমাজগী নুংঙাইনবগীদমক জগোই হৌদোকপীবম্মী। নৃত্য, নাট্য অমসুং নৃত্তবু ভগবান শিবনা পুথোকপনি হায়না প্রাচিন শাস্ত্রকাবশিংনা মত পী।

শিবনা 'তাণ্ডব' জগোই হৌদোকখি, অদুগা পার্ব্বতীনা 'লাস্য' জগোই হৌদোকখি। শিবগী তাণ্ডবগী 'তা' গা পার্ব্বতীগী লাস্যগী "ল" গা তিনশিন্নবগা "তাল" ওইখি। তাণ্ডব জগোই অমসুং লাস্য জগোই কবম হায়না হৌবকখি হায়বগী মতাংদসু মথংদা নৈনবকখিনি।

তাণ্ডব হায়বসি শিবগী জগোই "ঔগ্রঙ্গহাব" বু খঙনৈ। "ঔগ্রঙ্গহাব" বু মৈতৈনা "ঔগ্রিহঙ্গেল" কৌই। "ঔগ্রিহঙ্গেল" হায়বা মিং অসি "ঔগ্রি অঙ্গহাব" হাযবদি ঔগ্রি (শিবগী) অঙ্গহাব (জগোই) হায়বনি। মৈতৈনা মসিবু শিবগী জগোইনি হায়না থাজনৈ। "ঔগ্রিহঙ্গেল" অসিবু ভাবত নাট্য শাস্ত্রনা "তাণ্ডব" কৌই। (এ শোর্ট ইন্ট্রোডক্সন টু মণিপুব ডান্স)।

বেদ মরী লৈবগুম উপবেদসু মখল মরী লৈ। মরী অদুগী মবক্তগী গন্ধর্ব বেদবু শিব-না ব্রহ্মাদা তম্বী। ব্রহ্মাদগী ভাবত মুনিনা তম্মী। ভাবত মুনিনা মসিবু মীওইবা লোক্তা প্রচাব তৌই।

পার্ব্বতীনা "লাস্য" জগোই উষাদা তম্বী। 'লাস্য' হায়বিবসি মৈতৈগী "চীংখৈবোল" হায়বা অদুগী মশক্তি হায়বা তাকই। উষাগী মতৌ তমদুনা শাবা জগোইবু 'চীংখৈবোল" কৌই। মসি ভাবক য়াওদনা শাবা

জগোইনি। থাইনগী মৈতৈগী ইপা ইপুশিং লাইনিংবশিংনা মফি-মবোল লৌথোক্লুনা মথক কুপ্তুবা মফমদা "চীংখৈবোল" জগোই অসি শাই। শাবা মতমদা উষাগী মতৌ তমদুনা শানবা হায়। (ঋগবেদ ১। ৯২। ৪)। মৈতৈনা উষাগী মতৌ তমদুনা জগোই শাই। নাট্য বেদগী মতুংইন্না অসিগুম্বা জগোই অসিবু "লাস্য" কৌই। (এ শোর্ট ইন্ট্রোডক্সন টু মণিপুর ডান্স)।

শিবনা ব্যাসগী মচানুপা শুকগী নগুণ থাংবগী যজ্ঞ অদু পাংথোকই। (শান্তি পর্ব্ব, অধ্যায ২৪৮। ১৯)।

অহৌবমক্তদা শিবনা "ঊ" হায়বগা জগৎ-শেম্বা হৌই। শিবসি প্রনবনি, প্রনবসু শিবনি। (বাযবীয সংহিতা, অধ্যায ৩৫। ৪৩)।

শিব মতোমতনা গুরু ওই, শিব মতোমতনা বেদশিং ওই, শিব মহাক্তনা ঈশ্বর ওই, শিব নত্তবা অতোপ্পা অমা লৈতে। (ববাহ উপনিষদ)।

বিষ্ণুবু শিবগী অথোইবা ভক্তনি হায়না ব্রহ্মানা রুদ্র সংহিতা ১৮। ১৯ দা হায। শিব মহাক্তনা পূর্ন্নমক ওই।



## তরুকণ্ডবা অধ্যায়

# অবিমূক্ত ক্ষেত্র

### অবিমূক্ত ক্ষেত্র (অবিমুক্ত) কদায়দনো?

শিবনা মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা অবিমূক্ত ক্ষেত্রদা লৈখিবম্মী। শিবনা কবিগীদমক মাগী লৈফম থাদোক্লগা অবিমূক্তদা লৈববিবনো? শিবনা অভিমূক্তদা লাক্লগা লৈববগী ৱাবীদি অসুম্না তৌই– শিবনা হিমবানগী মচানুপী পার্ব্বতীবু লুহোংদুনা লৌখিবম্মী। লুহোংলবা মতুংদা শিবনা মাগী তালোয়গী মোংবা মবালযাইদা মতম খব লৈখিবম্মী। শিবনা জগৎ কল্যানগী থবক খুদিংমক যেংশিন্দুনা লৈবনা অযাম্বা মতমদা চিন্দুনতা লৈ। অদুনা মহাক মশাগী লম কৈলাসতা লৈনবগী তাঞ্জা ফংলমদে। শিবনা মতম শাংনা কৈলাস থাদোক্লুনা লৈথ্রবনা লাইয়ামশিংনা তৌফম চাফম খংলমদ্রে। অদুনা মখোয়না পার্ব্বতীগী মমা ইবেম্মা মেনাদা শিববু কবিগুম্বা উপায অমা তৌবিদুনা মাগী লৈফম কৈলাসতা হলহলবিবক্লবা হায়জবম্মী। মদুদা মেনানা মচানুপী কৌবগা নোক্ল-ৱাহৈনা হায়বম্মী– পার্ব্বতী নহাক্কী নপুবোইবসিবু মহাক্কীনি হাযবা কবিগুম্বা ভুস্ফম চাফম মফম অমা ফাওবা লৈজদ্রবা জংলা। মদু তাবদা পার্ব্বতীনা ইকায় নুংশি য়ান্নবম্মী, মপুবোইববু ইকায়বা পীবদা খাঙবা ঙম্লমদে। মমাগী অসিগুম্বা ইকায় মিনোক পীবগী ৱাহৈ অসিনা থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম খাঙঙমদে; অসিগুম্বা ৱাহৈ অসি দেবলোক তানা য়ৌখিবম্মী। মফম অসিদা লৈগদবগী শক্কপুদি মালেমগী কবিগুম্বা মফম অমদা চৎলগা লৈব্বসি ইবুংঙো হায়না পার্ব্বতীনা শিবদা হায়জবম্মী। পার্ব্বতীনা হায়বদুদা শিবসু য়াবম্মী; মখোয়গী লৈফম কাশীনা ওইবগনি হায়না পার্ব্বতীদা তাকপীবম্মী।

শিব অমসুং পার্ব্বতীনা বাবানশীদা লাক্লগা লৈবম্মী। মতম খব মফম অদুদা লেল্লবা মতুংদা পার্ব্বতীনা মফম অদু থাদোক্লগা অতোপ্পা মফম অমদা হোংলগা লৈকনবা শিবদা তক্লবম্মী। শিবনা পার্ব্বতীনা হায়বিবা অদুদা য়াবমদে। শিবনা হায়বম্মী মফম অসি "অবিমুক্ত" হায়বা মফম অদুনি, অদুনা ঐনা মফম অসিবু থাদোক্লগা অতোপ্পা মফম অমদা চৎলবোই। হায়বিবা নুমিৎ অদুদগী বাবানশী (কাশী)বু "অবিমূক্ত" হায়না খঙনখি। (জবল উপনিষদ ২) অবিমুক্তম হায়বসি দেবতাশিংগী অশেংবা যজ্ঞ তৌফম কুরুক্ষেত্রম অদুমক্নি। (উত্তববমিতাপনি উপঃখণ্ড ৯। ২)

বাবানশীবু কবম্না কাশী হায়না কৌখি? কাশী কৌখিবগী ব্রাবীদি মতম অমদা দিবোদাস কৌবা নিংথৌ অমা কাশীদা পাল্লম্মী। দিবোদাসগী মপা পোকপা মপুবোককী অপোকপা মবুধৌগী মমিং কাশ কৌই। কাশগী মচানুপা কযামকম পোক্লম্মী। মখোয খুদিংগী মমিং কাশী হায়না লোয়না কৌবম্মী। কাশনা নিংথৌ ওইনা পানবদগী বাবানশীবু কাশী হায়না কৌখি। (হবিবংশ, অধ্যায ২১)।

. বাবানশীবু – "বেনাবস" হাযনা খঙনৈ। "বেনাবস" হায়বা ব্রাহৈ গ্রসি সংস্কৃত শব্দ "ববনা" অমসুং. "নাসী" হায়বদগী ওইবকই। "ববনা" গ্রমসুং "নাসী" হাযবসি গ্রপীকপা তুবেলগী ঈচেল অনীগী মমিংনি। তুবেল অনী অসি বেনাবসকী নাক্তা লাক্লুনা চেল্লবগা গঙ্গাদা তাখি। "নাসী" হাযবসিনা "বনাবস" গী মথক থংবা শকক্তা চেল্লি; অয়াম্বা মতমদা ঈশিং কংগল্লি: অদুগা "ববনা" হায়বসিনা বেনাবসগী মখাথংবা শবক্তা চেল্লি; মসিগুম "নাসী" গী মতৌগুম্মী। তুবেল অনী অসিনা চপশিল্লগা থমলীবা লমগী মমিংবু বেনাবস হায়না কৌই। ববনা অমসুং নাসীগী নুংগী ওইবা অর্থনা কবি ওইবগে ? হকচাংগী কয়াৎশিংনা নত্তবা থবক তৌকবা খিবিকপু কোকহনবীববু (বাবযতি) "ববনা" হায়না খঙনৈ। অদুগা "নাসী" হায়বনা হকচাংগী কয়াৎশিংনা তৌখিবা পাপকী মশক ওইবা মবাল খিবিকপু মাংহনবিববু খঙনৈ। শিব মহাদেবনা লৈবিবসি

বেনাবসকী মনুংদনি। হায়বিবা মফম অসিবু "অবিমূক্তম" হায়না খঙনৈ। অবিমূক্তম হায়বসি দেবতাশিংনা যজ্ঞ তৌফম ওইবিবা শেংলবা তীর্থগী স্থাল কুরুক্ষেত্র হায়না খঙনবা অমসুং জীবশিংগী নুংদা লৈবিবা ব্রহ্মগী কায়দোংফম ওইবা মফম অদুনি। অসিনা অবিমূক্তগী মপালগী ওইবা শকওংনি। নুংগী ওইবা অবিমূক্তদি পবিত্রাজক হায়না খঙনবা সন্ন্যাসিগী কাংলুপ্না মশাদা লোয়নবগা চৎলি হায়। অদু ওইববদি অবিমূক্ত হায়বসি হকচাংগী কবন্না মফমদা লৈ ? পীশুম অনীগা নাতোনগা তিন্নফম ওইবা মফম অদুবু অবিমূক্তম কৌই। স্বর্গ লোক অমসুং ব্রহ্মগী শ্বায়দগী ম্রাংবা লোক অনীগী তিন্নফম অদু অভিমূক্তম হায়না খঙনৈ। (বামউওবতাপিনি উপঃ ১। ২) ব্রহ্ম মশক খঙলবশিংনা হায়বিবা মফম অসিবু মতমগী তাইনফম সন্ধ্যাগী মশক্তি হায়না লৌদুনা খুরুম্নে। জীবগী অবোইবা মতম লাক্লদুনা থরায় মিবেন্না হকচাং পোলাংবু থাদোক্লবদা রুদ্রনা জীববু মূক্তি ফংনবগী উপায় অদু পীনবি। অদুনা ইশাদা লোয়নবিবা বেনাবসকী মশক ওইবা অবিমূক্তমবু অশেংবা তীর্থনি খন্দুনা লুনা তৌফম থোকই।

শিবনা অবিমূক্ত ক্ষেত্রদা মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা লৈ। অদুনা মবম ওইবগা পূন্সিগী অরাংবা থাক অমসুং মূক্তি ফংই। কনাগুম্বনা অবিমূক্তদা খোঙদাদুনা লৈশ্রবদি মহাক মোক্ষ ফংলগনি, অমুক হন্না পোক্লবোই। কবিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বা অমনা মফম অদুদা চৎলুবা থোক্লবদি পাপ পূম্বা কোকই; ব্রাহ্মণ হাৎলুবদগী ফংলকপা পাপ ফাওবা কোকই। কনাগুম্বা অমনা মপূন্সি চুপ্পা মপুক্লিংদা অহোংবা লৈতনা অসুম লৈথববদি হন্দকমুক্কী মপোক্তা ফংখিবা পাপ কয়াতা নত্তনা হৌখিবা মপোক্তা ব্রাহ্মণ হাৎলুবগী পাপবুসু কোকপী অদুগা শিব ফংবা ঙমজৈ, অমুক হন্না পোক্লবোই। শিবগী থৌজাল ফংজরে, অনিংবা পূম্বা লোয়না থুংজবে। কবিগুম্বা মফম অমদা চত্তুনা তপস্য তৌরুরবদি পূন্সিগী অরাংবা থাক্কী পম্মুংফম অদু য়ৌবা ঙমদে অদুগা অবিমূক্তদা লৈরবদি স্বর্গ হায়বসি মতম পূম্বগী ওইনা অদুম ফংদুনা লৈ। (মৎস্য পুরাণ অধ্যায় ১৮২। ৩৪)। ঐগী

(শিবগী) ইনায় ভক্তশিং অবিমুক্ত তীর্থদা লৈবিবশিংদি হন্দকমুক্কী মপোক্তা মোক্ষ ফংই, হায়বিবসি চীংননিংঙাই ওইদে। ধর্ম্ম হায়বদুনা মমায় মবী পানবগী মশক লৌবগা মফম অসিদা লৈ। জাৎ কাংলুপ মবীগী মীওই খুদিংমক মোক্ষ ফংহল্লি। অবিমুক্তগী পাক চাওবসি ভগবান শঙ্কবনা অসুম্না হায়– লম অসি নোংপোক-নোংচুপ্তা যোজন অনী পাকশন্না শন্দোকই। হাযবিবসিগী মনুংদা অবিমুক্তনা মবাক্তা যোজন মখায় অমা ওইবগা খা-অৱাংদা শন্দোক্লগা লৈ। (অবিমুক্ত ক্ষেত্রগী মতাং অসি মৎস্য পুবান অধ্যায় ১৮২। ৬, ১৫-২৪ দা নৈনৈ। শিবনা মফম অসি খক থাদোক্তবনা মসিবু অবিমুক্ত তীর্থ হাযনা খঙনৈ। কনাগুম্বা পাপী অমনা মফম অদুদা চৎলুবগা শিব থোক্লবদি মহাক নবক্তা খক চৎত্রে। (মৎস্যপুবান ১৮৪। ৩৮)। হৌখিব অমসুং হৌজিক্কী মতমদা খঙদবদগী থোকখিবা পাপ খুদিংমক অবিমুক্তবু হাইফেৎতং উরুবদা লোয়না কোকই। (মৎস্য পুবান ১৮৫। ৫২-৫৩)। শেংলবা কাশীনা দেবশিংগী স্বর্গদগীসু হেল্লি অদুগা ব্রহ্মলোক্তগীসু হেল্লি। (মৎস্য পুবাণ ১৮৫। ৪৯)। অবিমুক্তগী মগুণ অসি মৎস্য পুবাণগী মনুং শিবনা পার্বতীগী মফমদা লিখিবনি।

## রাম নাম মহিমা

কনাগুম্বা মী অমনা কাশীদবু শিববদি শিবনা শোয়দনা মোক্ষ পীবি হায়বিবসি মীওইবতবু নত্তে, তাইবংপান অসিদা লৈবিবা তীল-কাংনচিংবা জীবশিংবুসু মোক্ষ পীবি। শিবনা জীবশিংগী য়েৎথংবা নাকোংদা “তাবক” মন্ত্র শোনবী। মতাং অসিদা “তাবক” হায়বিবসি বাম নাম শোনববু খঙনৈ। শিবনা কাশীদা লৈবগা চহি মন্বন্তব লীশিং অমা বামগী “তাবক” নামবু শোল্লি; অদুগা জীবশিংবু অবানবা খুভম পীনবি। “তাবক” মন্ত্র হায়বসি ময়েক তকক্লা শায় “বাং বামায় নমঃ”। নাম অসিবু অশেংবা “তাবক” মন্ত্রনি হায়না লৌই। অসি নত্তবা মন্ত্র অনী অমসু লৈ। মদুদিঃ– “বামচন্দ্রায় নমঃ”, “বাম ভদ্রায় নমঃ”। শিবনা কাশীদা লৈবগা জীবশিংবু অবানবা

খুভম পীনবি হায়বা ৱাৰী অসি শিবনা অহানবদা পার্ব্বতীদা লিবী। মতুংদা যজ্ঞবল্ক্য ঋষিনা ভবদ্বাজ ঋষিদা লী। যজ্ঞাবলক্যনা অমুকসু অত্রি মুণিদা ৱাৰী অসি লী। শিবনা কবিগীদমক বাম নামবু অসুক য়াম্না পামজনা শোল্লবিবনো ? মসিগী নুংগী ওইবা মবম অমসু লৈবম্না য়াই। বাম অসি শিবনি, শিবসু বামনি। বিষ্ণুগী হৃদিনা শিবনা ওই, অদুগা শিবগী হৃদিনা বিষ্ণুনা ওই। (স্কন্দ পুবাণ)। অনী অসি নুংদা অমত্তনি। মমিং অহুম পানবা, থা-মচেৎনা লৈতেংবা, খুত্তা ত্রিশূল পায়বা অচৌবা লাই মশা পূম্না শিনবা থুংনা উৎ তৈবা কোক্তা জটা পুবা শিব-বু বাম হাযনা লৈশি লৈথোল্লি। (বামবহস্য উপঃ অধ্যায় ২। ৩২)। শ্রীগোপাল সহশ্রনামদা পার্ব্বতীনা শিবদা হংজে। ইবুংঙো, নহাক্না মতম পূম্বদা তুম্না হিপ্না চাবা খন্তদনা নশা পূম্বা উৎ তৈশিল্লগা, উকু শেৎ জটা পুদুনা লৈবগা নতোমতা উ অমগী মখাদা ফম্লগা অঙাওবগী মতৌগুম্না ধ্যান্দা লুপশিন্দুনা লৈবিবদু কনাগীদমকনো" শিবনা খুম্লক্লম্মী– হে শিবা, ঐনা গোপাল দেববু নিংলিবনি। অদুগা শিৎ পুবাণগী মনুংদা লৈবা কোটিরুদ্র সংহিতা ৪২। ১৫ দদি শিবনা অমুক হায়বি– ঐনা অতোপ্পা লাই অমবু নিংদে। ঐগী আত্মাদা লুপশিল্লগা আত্মাবাম ওইনা লৈ। (দেবী ভাগবত, বুক ৬, অধ্যায ১৮, শ্লোক ২৫-৬২) দা ভগবান নাবাযণনা অমুক লক্ষ্মী দেবীগী মফমদা অসুম্না হায়– "ঐনা মতম পূম্বদা ঐগী থম্মোয়গী অচিকপা লকানুংদা ধ্যান তৌদুনা লৈবিবসি মহাদেব মহেশ্ববরবুনি। ঐনসু কবিগুম্না মফমদা দেবতা পূম্নমক্কী মবুংঙো ওইবা শঙ্কববু নিংই অদুগা শঙ্কবনসু ঐবু ধ্যান তৌই। ঐখোয অনীসি য়াম্না নুংশিনৈ, তৎন-খোৎনবা লৈতনা লৈমিন্নে। ঐগী ভক্তশিংনা ভগবাণ শঙ্কববু তুকচনা খল্লবদি মখোয় শোয়দনমক্কী নবক তাগনি।"

শিবগা বিষ্ণুগা অমত্তনি হাযবসিগী মতাংদা বামাযনগী মনুংদা য়াওবিবা জটায়ু মোক্ষগী মতাংদা ৱাহে অমা অনীদং পঞ্জগে। জটায়ুনা শিবগী খুৎলায়না থাবগা বিষ্ণুগী মখুত্তা মোক্ষ ফংনিংলম্মী। শিবনা জটায়ুগী ৱাঙাং অদু তাবগা নোকফেৎ তৌবম্মী; অদুগা শঙ্কব-নাবায়ণগী কপ্তা

চংজৌ হায়বম্মী। অদুগা অবোইবদা গোমতী দেবীবু শক্তিগী কুপ্তা ঈবাই খুদিংদা লৈপাকহন্নায় (কাবদি) কৎলু অদুগা শঙ্কব-নাবায়নগী নুংগী ওইবা তত্ত্ব খঙবা ঙমগনি হাযবম্মী। অসি হায়বল্লগা শঙ্কব ভগবান মাংখ্রে। জটায়ুনা নুমিৎ অদুদগী হৌবগা ঈবাই খুদিংগী মহাক্লা লৈক লৈকবা মফমশিংদা গোমতী উপাসনা তৌবক্লম্মী। খা-ভাবতকী মনুংদা লৈবা গোমতী মন্দিবগী যুম্বীশিংদা লংজাগী মশক য়েক্লুনা থম্বা উগনি। কনাগুম্বনা মসি উবা ফংলবদি অফবা মঙ্গলগী মশক্লি হায়না লৌনৈ। তৌক-তৌকবা খুদিংদা মায়পাকই, মঙ্গল ওই। শিদ্ধশিংনা গোমতী মন্দিবদা ঈবাই নুমিত্তা "কাবদি" কৎপগী কান্নবা তাক্লি। জটায়ু অমসুং সম্পাতি মচিন-মনাওনা চহি কল্প কযা পুনশিবম্মী। গোমতী দেবীনা জটায়ুদা দর্শন পীনবিবম্মী অদুগা হায়বম্মী— "জটায়ু"। সর্বেশ্ববনা নহাক্কী অনিংবা অদু শ্রীবামনা ত্রেতা যুগতা অবতাব তৌবক্লবা কান্দা থুংবা ঙমজগনি। শঙ্কব-নাবাযন্না বামগী "তাবক" মন্ত্রবু পীবিববগনি। বামগী শকওং লৌদুনা অবতাব তৌবক্লিবা বিষ্ণুনা শিব-লিঙ্গ কযা অমা লিংখৎলবগনি; অদুগা শিব পূজাগী কান্নবা অদু তাক্লবগনি। শিবনা কাশীদা পার্ব্বতীগা লোয়ননা লৈবগা শিগদৌবিবা জীবশিংগী নাকোংদা বামগী "তাবক" নামবু শোনবিদুনা মোক্ষ পীববগনি। হবি অমসুং শিব তশেংনমক মশা অমত্তনি। শিব অমসুং বাম হায়দুনা মপান্দা শকওং অনী থোক্লা উহল্লিবসি মনুংদদি অমত্তনি হায়না নহাক্লা মীপুম খুদিংদা খঙহনবা ঙম্নবদি নহাক্কী পূক্নিদা ঈশ্বববু নিংজবা, সেবা তৌবা হায়বদু শক্লবগনি। অসুম্না গোমতী দেবীনা জটায়ুদা কৃপা পীনবিবম্মী।

বাম নামগী মগুণ শন্দোকপা হৌবকপশি হিন্দুগী শাস্ত্র মতুংইন্না শিবনা তৌবকই হায়। শিবনা বামগী নাম অসি শ্লোক ক্রোব চামদা শন্দোকই। শিবনা শ্লোকশিং অদু দেবশিং, দানবশিং অমসুং মানবশিংদা চপ মান্ননা য়েন্থোকপী, অদুগা নাম অমদি লেমহন্দুনা থমহৌই। দেব, দানব, মানবশিং হায়রিবা অহুম অসিনা লেমহৌবিবা অমদু পান্নম্মী। শ্লোক অসি ময়েক ৩২ না শাবা অনুস্তুপ ছন্দদা ই। শিবনা ময়েক তবা তবাখক কাংলুপ খুদিংদা

য়েল্লি; অদুগা লেমহৌবিবা মযেক অনি অদুনা মহাক্কী ওইনা থন্নম্মী। লেমহৌবিবা ময়েক অনি হায়বিবসি 'বা' অমসুং 'ম' নি। শিবনা বাম নাম অসি অসুক্কী মতিক পামজৈ; মদুদি অশিবগী মশা মোংফম তান্না পুবদা "বাম নাম সত্য হৈ", "বাম নাম সত্য হৈ" হায়না শোল্ল-শোল্লগা চৎপদু মহাক্না তাবম্মী। বামগী নাম্না শুমহৎখ্রদুনা শিবসু বাম নাম শোনবা ময়াম অদুগী মবক্তা চৎলগা য়াওকই।

শিবনা বাম নামবু অসুক য়াম্না মথ্বায় তানা পান্নুবিবা কবিগীনো ? বাম নামদা কবি য়াওবগে ? সামবেদনা "বাম" হায়বা নাম অসিদা যাওবিবা "ব" না অগ্নি, "আ" না সূর্য্য অদুগা "ম" না চন্দ্রমা (থা) বু খঙনৈ। সাম বেদগী আগোৎ – কাণ্ড ১। ২। ১০, ১। ৮। ৫, উত্তরবাচিক ১১। ৩। ৩, ১৪। ৪। ৪ দা "ব" মযেক্তা সূর্য্যগী মকোযনুংদা চংলগা নুমিৎকী মঙালগুম্না থোক্লক্লগা জগৎ অসিবু পালন তৌবিবি। অচুম, অবান বিচাব তৌবিবি। মহাক্কী মঙান্না জীববু হিংহল্লি। "ব" দগী নুমিৎ, পৃথিবী, মঙাল, নোংথাং, লেংবা ওৎপা, মখোল অমসুং বুদ্ধিনচিংবা পুম্না হৌবকই হায়বা তাক্লি। "আ" না জ্ঞানগী মপু শক্তিগী হৌবকফম, নুংগী বুদ্ধি পীনবা ওই। "আ" না সূর্য্যনাডী ওইবনা মণিপুর চক্রদা শক্তি পী। "ম" না থা ওইবগা অইং অশা খায়বি। পাম্বী, শিংবী মনা-মশিংনচিংববু পোকহল্লি। জীবগী মৃত্যুসঞ্জিবনি ওইবি। পাম্বীশিংনচিংববু হীদাক ওইনা শিজিন্নবগী শক্তি অদু থা-না পীবি। অহিংগী অইংবা মতমদা বানসপতি হায়বা হীদাক পাম্বীশিং অদুদা থা-গী মঙাল তাবগা পাম্বীনা অনৌবা শক্তি ফংই। হীদাক অদু শিজিন্নকবা মতমদা জীবশিংবু শিবনচিংবদগী কনবী। সোমবস হায়বসি ঋষিশিংনা অমব ওইনবা, মপান নাইদবা নুংঙাইবা ফংনবদা শিজিন্নৈ। গীতাগী অধ্যায় ১৫। ৩ দসু শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না হায়– ঐনা থা ("ম") গী মশক লৌবগা পৃথিবীগী মনুংদা চংলগা জীবশিংগী থন্নায় পী। ঐনা "সোম" হায়বদু ওইবগা হিদাক পাম্বীশিংদা জীব সঞ্জিবনি শক্তি অদু পী। ঐনা "ম" (থা) গী মশক লৌবগা জীববু মাংহনবা অমসুং লৈঙাকপগী থবক পুম্না

তৌই। ঐনা চন্দ্র নাউী ওইনা জীবগী মশা মনুংদা লৈবগা শান্তি অমসুং অধ্যাত্মীক জ্ঞান পীবি।

শিবনা পার্ব্বতীদা অসুম্না হায়রিবি— বাম হায়বা নাম অসি অহুমলক হায়বদি "শ্রীবাম, শ্রীবাম, শ্রীবাম" হায়না শোনবগা বিষ্ণুগী নাম লীশিং অমা শোনবগা চপ মান্নে। সংস্কৃতগী লাইরিক "কতপযাদি" হায়বা অদুদা বাম হায়বা নাম অসিদা যাওরিবা "বা" গী মূল্য ( Value ) না অনি ওই, অদুগা "ম" গী মূল্যনা মঙা ওই। অদুনা বাম হায়বা নাম অসি অমুক শোনবদা বিষ্ণুগী নাম তরাগা মান্নে। এবম অসিনা "বাম" নাম অহুমলক শোনবা তাববদি বিষ্ণুগী নাম লীশিং অমগা মান্নে। হায়বদি বাম নাম অমুক্তং শোনবা তাববদি বিষ্ণুগী নাম তরা শোনবগা মান্নে। অদুনা অহুমলক শোনবা তাববদি হায়রবদি ১০x১০x১০ = বিষ্ণুগী নাম লীশিং অমগা মান্নে। বাম নামগী অরোনবা তত্ত্ব অসি অঙকপনি। শিবনা বাম নামগী মগুণ অমুকসু অসুম্না হায়রিবি "বাম" হায়বা নাম অসি শোনবা মতমদা অহানবগী "ব" মায়েক্লা মৈগী বীজ (মক) ওইবনা অফবা অমসুং ফত্তবা কর্ম্মশিংগী ফল মদুনা জীবশিংবু স্বর্গ অমসুং নরকগী লম্বীদা চিংলগা পুগদবদু লোয়না চাকথেক্লগা উং ওইনা মাংহল্লি। অপাম্বা পূম্নমক মৈনা লশিং মফোল চকপগুম চাক্লগা মাংহল্লি। "আ" কাব ময়েক্লা নুমিংকী বীজ ওইবনা জ্ঞানগী মঙাল পীবি, অদুগা জীবগী মশাদা অজ্ঞান ওইবদগী পোক্লকপা অমম্ববু কোকহনবী। "ম" না থা-গী বীজ ওইবনা ত্রিতাপ (আধ্যাত্মীক, অদি ভৌতিক, অদি দৈবীক) গী অৱাবদগী কোকহনবী, জীবদা শান্তি পী, লৈচিন নোংফাই থাংদবা অতিয়াদা থা-গী মঙান্না ঙানবগুম ঙালহল্লি। মসিদগী খঙবা ঙমলে, মদুদি— "বাম" হায়বা নাম অসি অমুক্তং চীন্দা শোনবদা মখল মরীগী কান্নবা ফংহল্লি। (১) অফ-ফত্ত কর্ম্মগী ফল মাংহনবা, (২) অপাম্বা খিবিক মাংহনবা, (৩) অজ্ঞান্দগী ওইবকপা অমম্বা পূম্বা কোকহনবা, (৪) ত্রিতাপ কোইনবা অদুগা জীবদা শান্তি পীবিবা অসিনি। বাম নামদা ৱাহৈ অনী য়াওই। "ব" অমসুং "ম" নি। ৱাহৈ অনী অসিগী

তোঙান-তোঙানবা মওংদা অর্থ তৌনে। "ব" না পুরুষনি, হায়বা খঙনে. অদুগা "ম" না প্রকৃতিনি হায়না লৌনে। পূর্ব রাম তাপিন্য উপনিষদ (২।৩) দা রামগী অর্থ অসুম্না হল্লি– "র" না ব্রহ্মানি, "আ" না বিষ্ণুনি; অদুগা "ম" না শিবনি। রাম হায়বা নাম অসিদা দেবী অহুমগী শক্তিশিং– হায়বদি সরস্বতীগী জ্ঞান শক্তি, লক্ষ্মীগী ক্রিয়া শক্তি অমসুং গৌরীগী ইচ্ছা শক্তি য়াওরি। (পূর্ব রাম তাপিন্য উপ ২।৩)।

রাম নাম শোনবদা হৈনদুনা লৈবক্লবা বাল্মীকীনা অচৌবা ঋষি ওইখি। বিষ্ণু সহস্রনামগী মতুংইন্নসু রাম নামগী মহিমা অসি অসুম্না তাকই। কনা গুম্বা অমনা "রা" হায়না হোন্দোক্লকপা মতমদা চিন অসি কাথোক্লকই, অদুগা মনুংদা লৈবক্বা ফত্তবা পাপ পুম্নমক কামথোরকই। অদুগা "ম" হায়ব কান্দা চিন অসি উমশিন্লি, ফত্তবা পুম্বা অমুক হন্না চংবা যাহন্দে। "রা" দা শক্তিগী শরুক য়াওই, "ম" দা শান্তি লৈ।ময়েক অহুম্না শাবা নাম, রাম হায়বসি মশক উবা ফংদনা অনু (Atom) খুদিংদা অমসুং জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিদা চংদুনা লৈ। রাম নামদা য়াওরিবা "র" না "রক্ষতি" হায়বদু খঙনে। হায়বদি সংসারগী মায়া ঈপাক্তা তাদুনা লুপ্লগদবা জীবশিংবু কনবি হায়বা খঙহল্লি। "আ" না "অতি সৌখ্যম" হায়বা খঙনে। অর্থদি মহাকপু নুংশিনা নিংজরিবশিংদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা পীনবী হাযবা খঙহল্লি। "ম" না "মনোরথস" হায়বদু খঙনে। অর্থদি ভক্তশিংনা মানা মানা নিংলিবা খুদিংবু থুংহনবিবা অমসুং অন্না-অনা, অশি-অনা নংগদবা কয়াদগী ঙাকথোকপীরবু খঙনে। ত্যাগরাজ কৌবা ঋষি, রাম ভক্ত অদুনা হায়– "রাম" হায়বা নাম অসি বিষ্ণুগী ওইবা শক্তি, শিবগী ওইবা শক্তি পুল্লপ্না য়াওই। "রাম" হায়বা নাম অসিগী মনুংদা য়াওরিবা "রা" হায়বা ময়েক অসি অষ্টাক্ষর মন্ত্র "ওঁ নমো নারায়নায়" হায়বা নারায়নগী মন্ত্র অসিদা য়াওবা "রা" ময়েক অদুনি। অদুগা "ম" ময়েক্তা শিবগী পঞ্চাক্ষরী মন্ত্রী "নমঃ শি বায়" হায়বসিদা য়াওবা "ম" অদুনি। মসি খঙলদুনা বশিষ্ঠ মুনিনা দশরথগী অহানবা পোকপা মচানুপাদা "রা+ম" হায়বা মিং অসি

থোনখি। বামগী অর্থদি মতম পূম্বদা আত্মাবাম ওইদুনা মশা মতোমতা নুংঙাইদুনতা লৈবা ("বামন্তে ইতি বামাঃ) অদুগা অতৈ অতোপ্পা মীবুসু নুংঙাইহনবা ঙম্বা ("বাম য়াতি ইতি বামাঃ) অদুবু খঙনৈ। অদুগী মথক্তা পূক্লিং শুক্কাৎনবগী মশক ওইবা অমসুং নুংশিবা লক্ষন চেনবা অদুবুসু বাম কৌই। (পদ্ম পুবান) উপনিষদনসু পুবষোত্তম ওইবা ভগবানবু "বসো বৈ সঃ" হায়বি।

গনেষনা মালেম লৈখোং কোযবগী মতাংদা নাবদনা গনেষদা হায়বম্মী— "বাম" হায়বা নাম অসি লৈবাক্তা য়েকউ, অদুগা মসিগী অকোংযবদা কোয়যু। মসিনা মালেম লৈখোং কোইবা শক্লে হায়বম্মী। মবমদি - "বাম" হায়বা নাম অসিগী মনুংদা জগৎ পূম্নমক লোয়না য়াওদুনা লৈবে। গনেষনা হায়বিবা অসিমক তৌবে। মহাক্তা মালেম লৈখোং কোইবা ঙম্বা শক্তনা ইহান-হানবা অচৌবা লাই হায়বদু ওইখ্রে। ব্রহ্মানা মসিদা পেল্লদুনা লাই পূম্নমক্কী মকোক গনেষবু ওইহনখ্রে। নুমিৎ অদুদগী হৌবদুনা গনেষনা কবিগুম্বা পূজা অমা হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা লাই পূম্নমক্কী পূজা তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা মহাকপু হান্না পূজা তৌবগী অধিকাব ফংবা ঙমখিবম্মী। গনেষনা মালেম লৈখোং কোইবগী ব্রাবীসি পুবাণশিংদা খেন্ন-খেন্ননা চৎপা উই। মদুগী মতাংদদি নিংশিংজববোই।

বাম নামগী মহিমা অসি উত্তব বামতাপিনী উপনিষদ, খণ্ড ৫ শুবা অমসুং বাম বহস্য উপনিষদ-দা বর্ণন তৌবি। পূম্নমক অদু মফম অসিদা পঞ্জদ্রে।

কাশীদা লৈবা শিবগী মূর্তিবু পাঞ্চায়তন কৌই। হায়বিবা বিগ্রহ (মূর্তি) অসিবু ঙ্ক-কাবসু কৌই। ভগবান শিবনা পাঞ্চায়তন হায়না খঙনবা মূর্তি অসিগী মনুংদা লৈবগা কাশীদা লৈবা মীপুম খুদিংদা মোক্ষ পীবী। শিবগী থবায় মঙাদি আয়তন মঙানা ওই। মঙা অদুদি— শান্তি (অয়ীংবা), অতীত শান্তি (শান্তিগী ব্রাংমদা লৈবা), পবাপব বিদ্যা (অৱাংবা অমসুং অনেম্বা মখলগী জ্ঞান), প্রাতিষ্ঠ (মিংচৎ লৈবা অফাওবা) অমসুং নিবৃত্তি

(তুংহনবা)। হায়বিবা আয়তন মঙা অসি কাশীদা লৈবা শিবগী বিগ্রহদা য়াওই। অদুনা মূর্ত্তি অসিবু পাঞ্চায়তন হায়না কৌই। (পদ্ম পুবাণ, অধ্যায় ৩৪-পুবানিক এনসাইক্লোপীডিয়া, লাঃ ৫৬২)।



## তরেৎশুবা অধ্যায়

# শিবগী জগোই

### শিবগী জগোই মখলশিং

শিবগী জগোইবু তাণ্ডব হায়না খঙনৈ। তাণ্ডব হায়বদি শক্তি লৈবা অমসুং নুপা থোকপা মওংনি। জগোই অসিনা শিবনা পাংথোক্লিবা থবক থৌওং মঙাবু খঙহল্লি। মদুদিঃ– ১। সৃষ্টি (খুৎশেম), ২। স্থিতি (ঙাকপী শেনবীবা অমসুং যোকপীবা), ৩। সংহাব (মাংহনবা অমসুং মঙোন্দা অমুক চিংশিনবীবা), ৪। তিবোভাব (মায়াগী ফিজংনা জীববু কুপশিনবা, শকওং নাইনা পোকহনবা, মাযানা শুমহৎহনবা অমসুং পোত্থাদুনা লৈহনবা) অমসুং ৫। অনুগ্রহ (মখোযবু পোকপা শিবগী চক্রদগী নাম্থোকহনবা)। হাযবিবা থবকশিং অসি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, রুদ্র, মহেশ্বব অমসুং সদাশিবনা পাংথোকপা মথৌশিংনি।

শিবনা খ্বায়দগী ইহান হানবা জগোই শাবদুনি হায়না হিন্দুশিংনা লৌনৈ শিবগী-মূর্ত্তিবু রূপ মবী থোক্লা খায়দোকই। মখোয়শিং অদুদি– ১। সংহাব মূর্ত্তি (মাংহন্নবগী শকওং), ২। দক্ষিনা মূর্ত্তি (যোগী-গী শকলোন), ৩। অনুগ্রহ মূর্ত্তি (আশীর্ব্বাদ পীবিবগী শকওং) অমসুং ৪। নৃত্ত মূর্ত্তি (জগোই শাবগী শকওং)। শিবনা আঙ্গিক, বাচিক, আহাবৎ অমসুং সাত্ত্বিক মখলশিং শুনা শোকপা জগোইগী মখল ১০৮ উৎলি। মহাক্কী হকচাংগী লেংবা ওৎপনা জগৎগী লৈশেম লোম্নি, ঙাংথোক্লকপা রাহৈনা লোলগী মশক্তি, ফিজোন্না নুমিৎ অমসুং থবানমিচাকশিংগী মশক্লি। ঈশৈ অমসুং তালগা লোয়নদুনা লৈবা শকওংনি। শিববু নটবাজ হায়না

খঙনৈ। নটবাজ হায়বদি লীলাগী ফম্বাক্তা কুম্লিবা অমসুং জগোই শাবিবশিংগী নিংথৌনি হায়না খঙনৈ। ইউঃ পীঃ দা শিববু যোগী ওইনা অমসুং দর্শন-শাস্ত্র হৈবা মী (ফিলোসোফব) অমগুম্না লৌই, বেঙ্গলদনা মাংহন তাকহনবগী স্বরূপ ওইনা উই অদুগা খা-ভাবত্তনা নটবাজ ওইনা নিংনৈ। নটবাজগী কুচুদি ভৌই। হৌজিক ফাওবদা শিবগী জগোই অসি তোঙান তোঙানবা মখল তবেৎনি হায়না লৌনৈ। মখোয়শিং অদুদি- ১। আনন্দ তাণ্ডব নত্রগা নুংঙাইবনা শুদ্ধংহম্লবা জগোই, ২। সন্ধ্যা তাণ্ডব, নুমিদাংব্রাইবমদা শাবা জগোই, ৩। কালিকা তাণ্ডব, ফত্তবা অমসুং অচৌম অবানগী ব্রাখল লৈত্তবা হিংচাববু হাৎপা, ৪। ত্রিপুব তাণ্ডব, ত্রিপুব হিংচাবব হাৎপা, ৫। সংহাব তাণ্ডব, সংহাবগী মতমদা শাবা জগোই মখল, ৬। গৌবী তাণ্ডব, গৌবীগা লোযননা শাবা জগোই অমসুং ৭। উমা তাণ্ডব, উমাগা লোযননা শাবা জগোই। কনাগুম্বনদি শিবগী জগোই মখল কথামকম লৈবগী মনুংদগী জগোই মখল অহুম খক্তা লৌখৎলি। মদুদিঃ- ১। হিমালয়দ নুমিদাংব্রাইবমদা শাবা জগোই, ২। তাণ্ডব জগোই অমসুং ৩। নটবাজ নদন্ত জগোই। শিবগী জগোই অসি মখল মথা যাম্মী। সংহাব জগোই, জগোই মণ্ড, জগোই তকক অমসুং জগোই নীপাল হাযদুনা লৈ। সৃষ্টি, স্থিতি, সংহাব, তিবোভাব, অনুগ্রহ, মুনি তাণ্ডব, অনবর্ত তাণ্ডব অমসুং আনন্দ তাণ্ডবনা জগোই মখল নীপাল হায়বিবদু খঙনৈ। শিবানন্দ জগোই, সুন্দব জগোই, গোলদন সিতি জগোই, গোল্ডন চিদম্ববম জগোই অমসুং অঙকপা জগোইগী মশা হায়বসিনা জগোই মখল মণ্ডা হাযবিবদু খঙনি। হায়বিবা মখল মণ্ডা অসিদা অবোইবদা আনন্দ তাণ্ডব হাপচিল্লগা জগোই মখল তকক হায়বদু খঙনৈ। (লোর্ড শিব অণ্ড হিজ ব্রার্শিপ)।

হিমালয়দা শিবনা নুমিদাংব্রাইবমগী মতমদা লাইয়ামশিংগা লোয়নননা জগোই শাবগী মতাংদা শিব প্রদোষ স্তোত্রনা অসুম্না হায়– "মবোল অহুমগী মমা ওইবী দেবীনা মমল যাম্লবা মনি মৃক্তানা হৎলবা সনাগী তাংবল থক্তা লেংখৎলে, শূলপানিনা কৈলাসগী চীংদোন থক্তা জগোই শাই, অদুগা

লাইয়ামশিংনা মহাকপু ইকোয় কোয়শিল্লগা লৈ (দি ডান্স ওফ শিব)। "সবস্বতিনা বিনা খোংই, ইন্দ্রনা বাঁশী খোংই, ব্রহ্মানা ঝাল পায়বগা তাল থায়। লক্ষ্মীনা ঈশৈ শকই, বিষ্ণুনা পুংয়ৈ অদুগা লাইয়ামশিংনা অকোয়বদা লেপ্পী। গন্ধর্বশিং, যক্ষশিং, পতাঙ্গশিং, উর্গশিং, সিদ্ধশিং, সাধ্যশিং, বীদ্যাধর্বশিং, অমর্বশিং, অপসবাশিং অমসুং মবোল অহুমগী মনুংদা লৈবিবা জীবশিংনা লাইবমলেনগী ওইবা জগোই অঙানবগা অমম্বগা অনীগী তাইনবা মতমদা শাবা অদু যেংনিংদুনা অমসুং লাইয়ামশিংনা শকপা ঈশৈ অদু তানিংদুনা মফম অদুদা লাক্লগা তিল্লে। হায়বিবা জগোই মখল অসিদা শিবসি পাম্বোম অনী পাল্লি অদুগা অসুব অমা শিবগী খোঙপাক মখাদা নৈহত্রুনা তাদুনা লৈবগী মওং অদু যাওদে।

অকংবা উগী মনুংদা মৈনা লোত্তুনা লৈবগুম শিবনা তাইবংপানবগী পোৎশক খুদিংমক্তা চংলগা লৈ। জগোই হৈবা শিবনা জগোইগী শাথেক হৌবকপা মতমদা থরায পানবা পূম্বসু লোয়না জগোই শাবকই। মৈ, ঈশিং, নুংশিং অমসুং অতিংঙানচিংবসু লোয়নমক শিবনা জগোই শাবদা য়াওবকই। তাইবংপানবদা লৈবিবা পোৎ খুদিংমক লোয়না লেংওল্লকই, হাইহুমলকই।

শিবনা গৌবী নত্রগা উমাগা পুন্না শামিন্নববা জগোইগী মওংনা মহাক্কী তামশিক গুণগী শকওং ওইবা ভৈবব নত্রগা বিব-ভদ্রনি। হায়বিবা জগোই অসিদি মী! পোৎলোইফম মোংফমদা শাবা জগোইনি। জগোই অসিদদি শিবগী পাম্বোম লৈতেংই অদুগা শিবগী খোঙলোয় ভূত-প্রেতশিংনা হবাওনা চোংফম্দুনা জগোই শাই। অসুম্না শিবনা নত্রগা অতোপ্পনা পার্ব্বতীনা শাবা জগোইনা পূক্লিংদা নুংশিবা, থুক লাওবা পোকহল্লি হায়নৈ।

কলপগী অবোইবা মতম লাক্লবদা শিবনা স্বর্গলোকশিং অমসুং ইহলোক অসিবু মাংহনবতা নত্তনা মশিং লাকঙমদনা লৈবিবা জীবশিংগী মশাদা পুল্লিবা মায়াগী থৌবী অদুসু ককথৎপী। চীংজাও কয়া নিংখাইদুনা তাখি, সমদ্রগী ঈমায়সু খঙহায় হায়গৎলক্ষ্মী, থব্বানমিচাকশিংসু মফম মবাং

খণ্ডদনা কোয়চায় চায়খায়বগা উরু-উরু উংহল্লগা অহোংবা পুবকই। পূন্নমক তৌবিবসি অনৌবা খুৎশেম অমা ওইবক্লবগীনি। শিবগী তাইবং জগোই (Cosmic Dance) দগী জগৎকী খুৎশেমগী অহৌবা পুবকই। কল্পগী অবোইবা লাক্লবদা নটবাজগী রূপ্তা শাবা জগোইগী খুৎথেক্লা জগৎ অসিদা লৈবিবা মশক, মমিং, শকওং নাইবা পূন্নমকপু মাংহনবা ঙম্মী হায়বদু উংলি। নটবাজ (জগোইগী লাই) দগী ঈশ্বরগী ওইবা থবক থৌওং মঙা থোক্লকই। মঙা অদুদি— লৈশেম্বা, লৈঙাকপা, মাংহনবা, মায়না য়োমশিন্দুনা থম্বা অমসুং মায়াগী থৌবীবু ককথৎপীবগা জীববু মনিং মখা তমহনব' অসিনি। তাইবংপান অসিদা কবিমত্তা লৈত্রিভৈদা মৈবী থোক্লা নীক নীক লাওবা, মখোল "ওঁ" হায়বসিমত্তা লৈবম্মী। খুৎশেম্না য়েৎথংবা খুৎন পায়বিবা ডমরুগী তাল-লয়দগী ওইবকই' ডমরুদগী নাদ (খোন্থাং) থোবকই। লৈঙাকপনা মঙ্গল পীনবিগে খন্দুনা থাঙ্গৎলকপা খুৎকী অভিনয়দগী ওইবকই। খুৎ ওইনা পায়বিবা মৈনা মাংহন- তাকহনবা শকওং ওম্থোক ওনশিন তৌবগী থবক পাংথোকই। আভয় মুদ্রাগী মশক লৌবিব' খুৎ (পত্তাক) না বব, শান্তি, অপেনবা, য়োকপী-থাকপীনবগী মশক্কি। খোঙ নকশিন্নদনা থাঙ্গত্তুনা লৈবনা মায়াগী মনুংদা বন্দি ওইনা লৈবদগী থাদোকপী হায়বা খঙহনবী। অবোইবা লৈতবা শান্তি পীনবিবগী খুদম্না থাঙ্গৎলিবা খোঙদা মখুৎনা থিন্দুনা তাকপনা খঙহল্লি। অবিদ্যাগী মশক লৌবিবা হিংচাবা অদুনা শিবগী খোঙয়াদা তাদুনা লৈ। অহানবা লেংলকপনা খুৎশেম ওইবক্লবগী মকনি। অহানবগী তাল-লয়না তাইবংপান অসি পুথোকই। অনিশুবা জগোই খুৎথেক্কী লয়না জগৎ অসিবু মাংখি তাখিগদবদগী ঙাকপীদুনা থম্মী। মাগী জগোইগী খোঙথাংনা জগৎ অসি মান্নবা থোং অমদা লেংদনা থম্মী। অহুমশুবা লয়না মাংহন-তাকহনবা থোকহল্লি। মহাক্কী জগোইগী খোঙনেত্তা জীব পানবা পূন্নমকসি লোয়না মাংহল্লি অদুগা তাইবং মংফাওনদ্রিবা জীবশিংবুসু তাইবং লীলা য়াওনবা পুথোবকই। মবীশুবা জগোইগী লয়না শকওং শাবান নাইবা পোংশকশিং

ওইহল্লকই। জগোই অসিনা অশেংবা, শেংদবা (মায়াগী মশকুম্বা) হৌখিবা, হৌজিক ওইবিবা অমসুং তুংদা ওইবক্কদবা পোৎলম খুদিংমকগী শকওং নাইহল্লি। মগুণ্শুবা অকোনবগী জগোইগী খোঙথাং অসিনা জীববু মায়ানা কুপ্পনা থম্নম্বদগী থাদোকপী। অকোনবগী জগোইনা জীব খুদিংমকপু লোয়না মুক্তি ফংহল্লি। ঈশৈগী সূব হায়বসি শিবগী ডমরুদগী থোক্লকই অদুগা জগোই হায়বসিনা ব্রহ্মাণ্ডগী শকওং লৌবিবা শিবগী হকচাংনা লেংবা খোৎপদগী ওইবকই। (বেসিক কোনসেপস ওফ ইন্দিয়ান ডান্স)। মৈ হায়বসি শক্তিনি। শিবনা মৈবা পায়বগা জগোই শাবিবসিনা পোকহনবা অমসুং মাংহনবগী থবক তৌই। জীবগী থম্মোয় লকানুংদা জ্ঞানগী মঙাল ফাওহনবগী শকওংনি। শিবনা থীক নেম্বা মী নত্রগা হিংচাবা, অপসমব পুরুষগী মথক্তে তোংলগা জগোই শাই। থীক নেম্বা অসি কনাসু নত্তে, অবিদ্যাবু খঙনৈ, নটবাজ জগোই হায়বসি খ্বায়দগী চীংলেম্বা নুংদা অর্থ যাম্না চেনবা শকওংনি। মসিদা নৈনবদা অচৌবা শরুক অমা ওইগনি। (বস-প্যাবফোর্মিং দি ডিভাইন ইন ইন্দিযা, লা ৩২)। নুমিৎ হায়বসি রুদ্র শিবগী শংশংবা শকওংনি। নুমিৎকী মঙাল ফুদোক্লকপনা শিবগী জগোইদগী ছন্দগী তালথানি। নুমিৎকী মঙাল কাপথোকপা অসি শিবগী তাণ্ডব জগোইগী খোঙথাংশিংনি। খ্বায়দগী অচৌবা দেবী মহাশক্তি অমসুং লাইয়ামশিংনা য়েংই। শিবগী খোঙনেৎ জগোই অসিনা মখোয়বু শিবা নাইদবা হায়বদু ওইহল্লি (মহাদেব, দি গ্রেত গোদ শিব)।

জগোইগী নিংথৌ নটবাজ ওইবা শিব-না লৈশেম্বা, লৈঙাকপা অমসুং মাংহনবগী থবক তৌই। তোঙান-তোঙানবা জগোইগী শাথেক্তা অর্থনা থন্না য়াওবি। কোয়বক কোয়বা মৈগী মশক্না জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী মশক্তি হায়বা তাকই; মকওইনা জ্ঞানগী মশক্তি হায়বা ফোংদোকই। মখুৎ নামনা পূং পায়। মসিদগী খুৎশেম থোক্লকই। অনীশুবা খুৎনা ব্রাংনা থাঙ্গৎলগা খুৎশেমবু পূঙ্গি নুংশাংনা নৈনবা বব পীবি, ঙাক শেনবিবি হায়বা ইঙ্গিৎ পীবি। অহুমশুবা খুৎনা মৈবুল অমা পায়বি, মসিনা মাংহন তাকহনবগী

ইঙ্গিৎ পীবি। মখোঙ অমনা থীক নেম্বা অমগী মথক্তা লেপ্পী। থীক নেম্বা অসিনা অহঙ্কাবনা চুববা মায়াগী মনুংদা লৈবিবা মুক্তি ফংদ্রিবা অমগী মহুৎ শিল্লি। অদুগা খোঙ অসিনা মশক লোৎশিল্লগা লৈবা কৃপাগী মশক্তি। থাংগৎলিবা খোঙনা বন্দি ওইনা লৈবিবা জীবশিংবু মায়াগী কোঙ্গোইদগী থাদোকপী হায়বা তাকই। থীক নেম্বা অদুনা শিবগী মবীশুবা খুৎ মখোঙ থম্বাললোমদা লৈথবকলিবা অদুনা শিব-দা চংজবা নত্তনা সংসাবগী মায়াদগী নাঙ্খোক্রবা উপায় লৈতে হায়বা খঙহল্লি। হিংচাবগী শকওং লৌববা মতমগী খয়াত্তা পূম্নমকপু য়োৎশিল্লিবা মহাকাল ওইবা শক্তম অদু শিবনি। খাবৌনা কুণ্ডলিনি শক্তি, বিশ্ব শক্তি, জ্ঞানগী শক্তি অদুনি। শিবগী জগোই অসি ইচম চম্বা অমা ওইনা লৌবা য়াদে। মীওইবগী মশাদা মিকুপ খুদিংগী তশেংনা থোক্লিবা অদু ঙাক্তনি।

শিবগী জগোই অসি শকওং নাইনা চোংথোক্লনা উৎলিবা প্রকৃতিগী খুৎশেমগী খুদম্নি। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি অবোইবা নাযদনা লেংদুনা অহোংবা নাইবা ঈবৈগী ঈপাক্তা লৈদুনা লৈবি। অবেপ্পা লৈতনা শক্তিগী ঈচেয়া অকুপ্পা পবমানুশিংনা অচৌবা মপুমদা তিনশিনখিবনি। শ্রীনটবাজনা মোংফমদা জগোই শাই হায়বিবসি কবম্বা মোংফমদনো, কদায়বু মোংফম হাযনা লৌবিবনো? পঞ্চভূতনা শাবা হকচাং পোলাংবু মৈ থাদোক্লনা উৎকী মপৈ মপৈনা পৈদুনা লৈবা মফম অদুবু খ্বায়না মোংফম হায়না খঙনৈ। অসি নত্তবা নুংগী ওইবা অতোপ্পা মোংফম অমসু লৈবি। হায়বিবা মোংফম অসিদি কদায়দা লৈবগে? মনাই ভক্তশিংগী থম্মোয়নুংদা অহঙ্কাবনা মোংহল্লিবা থম্মোয় লায়ুম অদু মোংফম্নি। চিত্তাগী মৈনা চাক্লকপা মতমদা তাইবং হকচাং পোলাংনা উৎ ওন্দুনা তায়। শিবনা জগোই শাবকপা মতমদা জীবগী মশাদা য়েলহৌঙৈদগী চেন্নবকপা অহঙ্কাব, ঐগী মাগী হায়বা বাখল অসি মৈবি থোক্লা চাকথেকহল্লি। অহঙ্কাবনা চাকত্তবদা মাগা লোয়নবম্বা মায়াগী মপৈ-মপৈ, জীবগী কর্ম্ম খুদিংমক লোয়না মৈনা চাকথেক্লনা উৎকী মপৈগুম্না তাহল্লি। মসি থম্মোয়নুংগী মোংফম্নি। শিবনা মনাই ভক্তশিংগী অমোৎপবু

নিংথিনা শেংদোক চামথোকপীবগা তক তহেন্না থন্নী। থম্মোয়নুংগী মোংফম অসি শ্রীনটবাজগী জগোই শাফম্নি। মবম অসি নৈবদগী শিব-বু সুদলৈয়দি (মোংফমদা জগোই শাবা) হায়না খঙনৈ। পূম্নমকপু পূঙখঙ খঙবা ইবুংঙো মহাক্না জীবগী থম্মোয লকানুংদা চংলগা জগোই শায় অদুগা পাপশিংবু মাংহন্নবি। জীবগী থম্মোয়নুংদা লৈবিবা মল, অনব, অবিদ্যা অসি মাংহনখ্রবা মতুংদা ভগবানগী কৃপা ফংহনবী। মতম অদুদা জীবনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওদুনা লৈ। মতুংদা ইমাগী গর্ভদা অমুক চংদুনা পোক্লদ্রে।

শিবনা মোংফমদা সন্ধ্যাগী মতমদা "অগদ বম, অগদ বম" হায়না ঊংশ শক্লগা জগোই শায়। জীব কয়াবু কদ্রগী তণ্ডব জগোইনা মাংহল্লি, জীব কয়ামকম অমনা মোংফমদগী অমুক পোকহল্লকই। কল্লা জগোই শাবগা প্রলয় থোকখিগনি কিবদগী তপ্ন-তপ্না শাই। জগোই শাবা মতমদসু মমিৎ উইশিল্লগা শাই। কবিগুম্না মমিৎ পাংথোক্লুবা তাববদি মমিত্তগী থোক্লকপা মণ্ডাল্লা ব্রাহ্মাণ্ড অসি চাকখিগনি হায়না চেকশিন্না হোৎনৈ।

শিবগী নৃত্যদা ভাব তরুক খক হায়বদি সৃষ্টি, সংহাব, বিদ্যা, অবিদ্যা, গতি অমসুং অগতি উৎলি। শিবগী জগোই খবগী মমিংশিং, মমাংদা পনখ্রে। অদু নত্তবা জগোই খবগী মমিংশিং পনবা য়াই। জগোইশিং অদুদি প্রলয় তৌববা মতুংদা শাবা জগোই (কোদু কোত্তি), সহব অহুম মাংহনখ্রবা মতুংদা মদুদগী থোবকপা উৎনা হকচাংদা তৈশিল্লগা শাবা জগোই (পণ্ডম) ব্রহ্মাগী মকোক শিবনা মখুৎনা পাযশিল্লগা শাবা জগোই। (কোদু নত্রগা কপালম)। অসি নত্তবা মুনি-তাণ্ডব, অনবর্ত্ত তাণ্ডব, শিবানন্দ জগোই, সুন্দব জগোই, সনাগী সহবগী জগোই (Golden City Dance) অসিনচিংবা কয়ামগুনি।

শিবগী জগোই অসি পঞ্চাক্ষবগা মশক অমত্তনি হায়নৈ। পঞ্চাক্ষব– "ন-ম-শি-ব-য়" দা ধ্যান তৌজবগা নুমিৎ অমসুং থাগী মণ্ডালনা য়ৌদবা অমন্নসু লৈতবা মফম অদু য়ৌবা ফংজগনি। শক্তিনা মহাকপু শিবগী মশাদা অমত্তা ওইনা তিনশিনহনখিগনি।

পঞ্চাক্ষব অমসুং জগোই অনী অসি "প্রনব ॐ" গা মান্নৈ হায়না অমুক লৌনৈ। লিকুংদৌনা কোনবা খিলোন (arch) শ্রীনটবাজগী মথক্তা লৈবিবদু ॐ-কাবগী মশক্তি অদুগা ॐ-কাবদগী শেৎন-খায়নবা লৈতনা লৈবিবা অক্ষবনা মদুদা চেন্নবা অবংবা শকক্তি। মসি চিদম্বরমগী ভগবান্না শাবা জগোইনি।

ব্রহ্মাগী অহিংগী মতমদা প্রকৃতিনা নৃংবগুননা লেঙ-খোৎনীংদনা লৈ; শিবগী অনিংবা ঈহ্লনা মঙোন্দা হেক ফাওদ্রিমখৈ মহাক্না জগোই শাবা ওমদে। নটবাজগী জগোইনা মথৌ তৌদনা নৃত্তবগুননা তাদুনা লৈবিব প্রকৃতিবু য়াকাযহল্লে অদুগা প্রকৃতিসু জগোই শাবে। নটবাজগী জগোইনা মখল মখা কয়ামকম লৈবিবা পোৎশকশিংবু যোকপী-থাকপী অদুগা মতমগী খোঙলোয় মতুংইন্না মশক মওং, মমিং নাইবা পোৎশক কয়াবু চাকথেকহল্লি অদুগা নৌনা পোখাহল্লি। (ডান্স ওব শিব)।

শিবগী জগোই হায়বসি নুমিৎনা অতিয়াগী মকোয়দা তাল-লয় চান্ননা লেংবগী পাওখক্তি। সূর্য্য হায়বসি নটবাজ শিবগী ফীদমনিংঙাই ওইবা শকওংনি হায়না লৌই। শিবনা মাগী জগোইগী খোঙলৈ অসি মৈবি ফ্রী ফ্রী লাওনা কামলিবা মৈগী মণ্ডল অমগী ময়াইদা লৈবগা শায়। মতৌ অদুগুম্না সূর্য্য দেবসু মাগী মণ্ডাল লীশীঙ কয়াগী মনুংদা লৈবগা চৎলি। যজুব বেদনা হায়– নুমিৎ হায়বসি ব্রহ্মমক্কী মশক্তি, ব্রহ্মগী মণ্ডাল নুমিত্তা তুংশিল্লগা লৈ। হায়বিবা ব্রহ্ম অদু অচৌবা লাই শিব-নি। শিবগী তাণ্ডব জগোইগী শক্তি অসি অসুক্কী মতিক কল্লি, মদুদি ব্রাহৈনা ফোংদোকপা ওমদে। শিবনা চোংফন্দুনা জগোই শাবদা অতিয়াগী মকোয়দা থোকলিবা থব্রানমিচাক্কী মপৈশিং অসি মচেৎ মচেৎ তাদুনা উফুল ওনহল্লি। শিবগী জগোইগী খোঙনেৎ তাম্বা মতুংইন্না চোংবা ফনবদগী থোবক্লিবা শক্তি অসি বিজ্ঞান অমসুং দর্শননা শিংথাবা ওম্বগী ব্রাংমদনি হায়। মাগী জটানা চবুল চবুল চায়থবক্তুনা হাই হুন্নগা অহোয়নদুম নুংগী শক্তি ঈহৌবকই।

জগোই হৈবশি শিব, পার্ব্বতী অমসুং কৃষ্ণনি। লাইগী ওইবা রাবী লাইবিক্লা অসুম্না হায়— নোংমগী নুমিত্তা শিব-পার্বতী অনিগী মবক্তা রাবী শাংদানবম্মী— শিবনা ঐনা জগোই শাবা হৈবা হেল্লি অদুগা পার্ব্বতীনা অমুক হায়— জগোই শাবা হৈবিবদি ঐনি। অসুম্না মখোয় অনি অহেনবা তান্নবদা ভাব তান্নদবা অমা থোক্লম্মী। শিবনা পার্ব্বতীবু মায়থীবা পীনবা জগোই খুৎশাবোল কয়া পুথোক্লুনা উৎলম্মী। অদুম ওইনমক পার্ব্বতীবু মায়থীবা পীবা ঙম্নমদে। মমৈথংদা শিবনা মসিনদি কান্নবোই খন্দুনা উর্ধ্বতাণ্ডব শাবম্মী। জগোইগী ফিবেপতি ওইথংবগী খোঙ থাংগৎলগা খোংবীনা অত্তিযাদা যুংখৎলগা শাবা জগোইনি। কালীদি য়াম্না নোল্লুকপী ওইবনা মপুবোইবগী মতুংইন্না শাবা জগোই খুৎশা অদু শাবা লেপখি। অদুদগী শিবনা লাইযামশিংগী মবক্তা খ্বায়দগী জগোই হৈবা হায়বদু ওইখিবম্মী। অসি গুম্না তোপ-তোপ্পা মখলগী জগোই অসিবু উর্ধ্ব তাণ্ডব হায়না খঙনৈ। মমাংদসু হান্না পঞ্জখ্রে। শিবনা শাবা জগোই অসি ইচম চম্বা নত্রি। তাল-লয় নাইনা শাবা জগোইনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মনুংদা লৈবিবা লেংলি পাম্লিবশিংগী হৌবকফমগী মক ওই। অনীশুবা মবম্না জীবশিংবু মায়াগী লাংদগী নাম্থোকপী। অহুমশুবনা শিবগী জগোই শাফম মফম চিদম্ববম পৃথিবীগী মযাইনি হায়বিবসি মীওইবা জীবগী থম্মোযনুংদা লৈ হাযবা তাকই। শিবনা মহাক্কী য়েৎথংবা খোঙ মথকলোমদা থাঙ্গৎলগা জগোই শাই। মসিবু জগোইদা গজহস্ত ফিথুপ কৌই। মখোং অদু অহোংবা লৈতনা অদুম লেপ্পুনা শাদুনা লৈ। অতোপ্পা মওং অমনা শিবনা শামুগী মকোক্তা তোংলগা জগোই শায়। মসিবু গজাসন মূর্ত্তি হায়না খঙনৈ।

শিবনা জগোই অমসুং ঈশৈ য়াম্না পাম্মী হায়বসি পুবানশিংদা উৎলি। ঈশৈ শকপা হায়বসি শিবগী মহৌশানি। অদুনা মহাকপু গীত শীল হায়না খঙনৈ। (বায়ু ২৪। ১৪২-৪৩)। চীন্না কামদুনা খোংবা যন্ত্র মখলশিং শিবনা শাই হায়বদগী 'শিববু মৃখবাদি একাবিন' হায়না খঙনৈ। তুম্বা বীনা হায়বসি শিবনা য়াম্না পামজবা যন্ত্র মখল অমনি। (তুম্বা বীনা প্রিয়)। শিবনা জগোই

অমসুং ঈশৈদা মমল য়ামদবা পোৎশকশিংনা লৈতেং ওইনা শিজিন্নে হায়বদগী শিববু 'কিনকিনীক' হায়না কৌই। ঘন্টাবুসু অসিগুম্বা মখল য়ামদবা যন্ত্রশিংগী মনুংদা শিবনা শিজিন্নে। শিবগা লোয়নবিবা ভূতশিংনা বীনা খোংই। মূনিশিং অমসুং ভূতশিংনা জগোই শাদুনা অমসুং ঈশৈ শক্রুনা শিববু খুকস্মী। (কলচবেল হিষ্টোবি ফ্রোম দি বায়ু পুবাণ)। (বায়ু পুবাণ ৪০। ২৪-২৫)। সিদ্ধশিংনা সমগিত শক্রুনা সেবা তৌই। বথন্তব সাসন শক্রুনা শিববু লৈশি লৈথোল্লি। (বায়ু ৩০। ১১৯)। শিব অমসুং উমানা ভূতশিংগা লোয়ননা নুংঙাইনা উমাবনদা লৈ। (বায়ু ৪১। ৩২-৬)। ভূতশিংনা যন্ত্র মখল মখলশিং খোংদুনা, ঈশৈ শক্রুনা অমসুং জগোই শাদুনা শিবগী নুংঙাইনবা হোৎনবস্মী। শিবগী লৈফম ভূত-বত হায়বদুদা লৈবিব' ভূতশিং অসি শা মখল কযাগী মমাযশিং পাল্লি অদুগা উনশা মতুনা পুমযোম য়োস্মী। তোঙান-তোঙানবা শকওংদা মখোয়না শিব-বু খুকস্মী। রুদ্র/ শিবগী খোঙলোয় ওইবিবা ভূতশিং অসি কশ্যপগী নুপী ভূতী (নত্রগা ভূত্তা) হায়বদুনা পোকই। মখোয়গী শকওং কয়ামকম লৈ, বাক্ষসশিংগী মতৌগুম্ন' অকিবগী মশক্লি, মখুত্তা অশিবগী মকোকশিং পায়, অকি-তুজুংবগী মশক অমসুং মবৈ মবা চাওবগী মশক্লি। মখোয়গী নুপী-লৈতে, মচা লৈতে। মতম পুম্নমক্তা ঊর্ধ্ববেত্তস ওইনা লৈ। (বায়ু ৬৯। ২৪২-৫৬)। শিববু ভূতশিং অমসুং পিশাচঃশিংগী ভক্তি তৌফম, ঈবাৎফম ওইবা লাইনি।

শিব- পার্ব্বতীনা তন্ত্র শাস্ত্রগী হৌবকফম মক ওইবগুম ঈশৈ জগোইগী বাগ-বাগিনি হায়বসিসু শিব-পার্ব্বতীদগী পোক্লকই। বাগ-গী হৌবকফম ৱাবী অসি শেংনা উবা ফংদে। ইতিহাসনা মসিগী মবমদা পল্লমদ্রে। হিন্দুগী লাইগী মবি লৈনবা ৱাবীশিংনদি মসিগী মবমদা পল্লি। দামোদব (সেবনটিনথ সেঞ্চুবী এঃ দিঃ) না হায়বদি শিব-পার্ব্বতীনা মিলন ওইবদগী বাগ থোক্লকই। শিবগী মমায় মঙা পাল্লি। মমায় অমমমদগী বাগ অমমম থোক্লকই। তককশুবা রাগনা পার্ব্বতীগী মচিন্দগী থোক্লকই। ৱাফম অসি এ কোম্পেনিয়ন টু ইন্দিয়ান ম্যুজিক অণ্ড ডান্স হায়বা লাইবিক্লসু অদুম পল্লি। শিববু নাদ-গী

মশক ওইনা লৌই। শিবদগী থোক্লকপা বাগশিংদি শকওং নাইদে (অমূর্ত)। মখোয় লীলাবপু ওই, হায়বদি শকওং অদু লীলাগী মশক ওই।

ঈশৈদা শিবগা মান্ননা চাংদমনিংঙাই ওইবা জগৎতা লৈতে। গোলোক্তা বাস লীলা শান্নবা মতমদা শিব মহাদেবনা নিংথিবা সুবদা ঈশৈ শকখি। ইবুংঙোগী ঈশৈ অদু তাবদা অনন্ত দেব, লাইয়ামশিং গন্ধর্বশিং, মুনি, ঋষিনচিংবা পুম্নমক অসি লোইনা য়াম্বদুনা লৈখি। বাস মণ্ডলদা লৈবিবা মীপুম পুম্নমক শিবগী ঈশৈ তাবদা জ্ঞান য়াওদনা চেদা য়েকপা লাইগী মতৌগুম্না লৈখি। ইবুংঙোগী ঈশৈ অদু তাবদা শ্রীকৃষ্ণসু রাধাগা লোযননা মওম অমতদা ঈশিংগী মতৌগুম্না মহি চেনখিরম্মী। গোলোক ধাম অসি ঈশিংতনা পুমথুম থুমখিবম্মী। (ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ)। মথক্তা পঞ্জিবা তাণ্ডব জগোই, নুপাগী ওইবা অসি নত্তবা নুপীগী ওইবা, অমেংবা, অথোংপা মণিপুরী জগোই লাস্যগী চৎনবী মওংদা শাবা অমসুং শিবনা পার্বতীগা লোয়ননা মণিপুরদা নুমিৎ তবেৎনি চুপ্না লেপ্না লৈতনা শাখি হায। য়াবী অসিগী হৌবকফমগী মতাংদদি চংশিঞ্জবরোই। তাণ্ডব অমসুং লাস্য জগোইগী মতাংদা মথংদা নৈনবকখিনি।

রুদ্র শিবগী লাইনিং লাইশোল অসিনা হিন্দুগী অবিবা মতমদগী মীয়াম্না য়াম্না পাম্না, নুংশিনা চত্থবকপা ফোক কল্টগী মশক অমা ওই। হিন্দুগী লাইশিংগী হবাও কুম্মৈ, উৎসব পাংথোকপগুম রুদ্র-শিবগীসু রুদ্র মহ অমসুং শিবমহ হাযদুনা তোঙান-তোঙান্না পাংথোকপশিনা ফোক কল্টগী শকক অমা ওই। রুদ্রবু মীয়াম্না য়াম্না পাম্না ঈডাৎ পূজা তৌনবকপসি অবিবা মতমদগী হৌনা ভাবতকী সংস্কৃতিদা মবা লুনা তাদুনা লাকখ্রে। লাৎনবিবা লাইয়ামশিংগী মনুংদা রুদ্র শিবনা মক ওইনা মফম কনশিন্দুনা লৈ। রুদ্র শিবগী হবাও কুম্মৈ তৌবা মতমদা অচৌবা মেলাসু পাংথোকই। মী য়াম্না তিল্লি। হায়বিবা মেলা অসি ফাল্গুন মাসগী কৃষ্ণচতুর্দশীগী অহিংদা তৌই। কুম্মৈ অসিবু রুদ্র-মহ উৎসব হায়না খঙনৈ। (অন্স্যান্ট ইন্দিয়ান ফোক কল্ট)।

## তাণ্ডব অমসুং লাস্য জগোইগী হৌরকফম

থাজনবা ৱাবী অমা লৈ। মদুদি মণিপুর অসি মতম অমদা সমুদ্রগী ঈশিং, মতুপ অমগী মখাদা চীংনা ইকোই কোইশিন্না মীওইবগী খোইগী মওং মান্না লৈবম্মী। শিবনা ঈশিং অদু মহাক্কী ত্রিশূলনা চীংদা হুত্তুনা চিংথোক্লম্মী। ঈশিং অদু কংথ্রগা মফম অদুদা শিবনা লাই নুপা, নুপীশিংগা লোইননা জগোই শাখি। অসিগুম্বা জগোই অসিদা শিবনা শাখিবা জগোই অদুবু 'ঔগ্রিহঙ্গেল' নি হায়না মৈতৈনা থাজনৈ। মসি খুত্তা থাংশাং পাইদুনা পাইদুনা নত্রগা কবিমতা পাইদনা শাবা জগোইনি। জগোই অসি মখল অনী শুই। মখল অনী অসিগী মনুংদা অমনা চাউখৎপা ফল ওই, অতোপ্পা অমনা মাংন-তাক্লবা ওই। অসিগুম্বা ঔগ্রিহঙ্গেল জগোই অসি ভরত নাট্য শাস্ত্রগী মতুংইন্না তাণ্ডব কৌই।

তাণ্ডব কবম হায়না কৌখিবগে হায়বদু অসুম্না হায়বি— মহাদেবনা তণ্ডু (পার্সদ) বু ভাবত্তা মহাক্কী 'ঔগ্রি-অঙ্গহাব' তম্বিহনলি, মবম অসিদগী ঔগ্রিহাববু তণ্ডুগী মমিং লৌদুনা "তাণ্ডব" হায়না কৌনখি। মসিগী মতাংদা ভরত নাট্য শাস্ত্রনাহায়— ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ামশিংনা হায়জবদগী ব্রহ্মানা নাট্য বেদ পুথোকই অদুগা ভরত্তা তম্বী। ব্রহ্মাগী য়াথং মতুংইন্না ভরতনা চহী হৌবগী চৈথাবা নুমিৎতা খ্বায়দগী ইহান হান্না নাট্য প্রয়োগ তৌই। য়াম্না নুংঙাইবে, মতুংদা ব্রহ্মানা লাইয়ামশিংগা লোয়নদুনা ভরতনচিংববু পুদুনা শিবগী নাক্তা চত্তুনা নাট্য শান্নকই; মদুদা সদাশিবনা পেল্লে। মদু উবদা ব্রহ্মানা শিবদা হায়জে, নংনা পেনবিববদি ভরত্তা নহাক্কী অঙ্গহারশিং অদু থৌজানবিদুনা তম্বীয়ু। মদু তারবদা শিবনা মহাক্কী পার্ষদ তণ্ডুবু ভরত্তা অঙ্গহার ময়াম তম্বিহল্লি। মসিদগী হৌদুনা "ঔগ্রঙ্গহাব"বু তাণ্ডব কৌনখি। মতুংদদি উদ্ধত ওইবা জগোইগী মপৈবু ভাবতীয় ভাষাদা তাণ্ডব কৌদুনা চৎনবকই।

মসিগী মবমদা আচার্য্যশিংনা তাকই, মদুদি— মহাদেবনা মাগী অঙ্গহাব শাববদি তাইবংপানবনা পুবা ঙমদে, ঔগ্রাঙ্গ হায়বদি ফননবা শাবা

অমসুং মাংন তাক্লবা শাবা অসুম্না অঙ্গাবদা মখল অনী থোকই। অদুনা ঔগ্রাঙ্গহাবত্তবু শাববদি ফনবসু, ফত্তনবসু মাংবা তাকপতদি মলৈবে। অসিগুম্বা ঔগ্রঙ্গহাবগী মহ ফত্তবা মহি ময়াই অকনবা অদু কোক্লবগীদমক শিবনা মহাক্কী পার্ষদ তণ্ডুবু ভবত্তা তম্বিহনখি। অদুনা ঈশ্বরগী ঈচ্ছানা তাণ্ডবদি মহ কোক্লবা জগোইনি। মসিদগী খণ্ডলে, মদুদি ভাবত্তা ভবতনা ঔগ্রঙ্গহাববু তাণ্ডব কৌদুনা শব্দোক্তবিঙৈদা মৈতৈনা ঔগ্রাঙ্গহাব শাবে, হৈবে। মৈতৈ জগোইদি ভবত নাট্য বেদ লৈত্রিঙৈ, ভাবতীয় জাতিনা মার্গ জগোই শাবা হৈত্রিংঙগী মমাংদগী হৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা মৈতৈনা মার্গ জগোই- ক্ল্যাসিকেল ডান্স শাবে হায়বগী কোকপা য়াদবা সাক্ষীনি। মণিপুরীয় নৃত্যদি ভবতনা লৈত্রিঙৈগী মমাংদগীনা তাণ্ডবপু ঔগ্রিঅঙ্গহাব (ঔগ্রিহঙ্গল) হাযনা লৈবম্লে। ভবতকী মমাং চহী লীশীং কয়ামকম হান্না মৈতৈনা জগোই শাবে অমসুং মৈতৈ নুপীনা জগোই শাবদা ফজবগীদমক ফাওবে। মৈতৈ জগোইদি ভবত নাট্য বেদ অসিগী মমাংদা চহী লীশীং কয়ামুক্কী মমাংদগী হৌনা লৈবে। অদুগা ভবত নাট্য অসিনা কুইগে হায়না কুইববদা খৃষ্টগী মমাং চহী চাতকক/চাতবেংৱাইদগী হৌবকপনি। মদুগী সাক্ষীদি বঙ্গগী মমাংদা ইন্দ্রধ্বজ জর্জব প্রতিষ্ঠা তৌবা অসিনা তাকই।

মহাদেবগী য়াথং মতুংইন্না তণ্ডুনা ভবত্তা তম্বীখিবা তাণ্ডবগী নৃত্ত কবণ ১০৮ নি অদুগা তাণ্ডবগী জগোই শাবদা চোংবা মচোং কুম্থ্রাতকক্লি, অদুনা ১০৮X৩৬ অদুনা জগোই মখল মশিং নাইদনা থোক্লকই। মৈতৈ জগোইনা কয়ামকম য়াওপ্রবগে হায়বদু থিফম থোকই।

ভবত নাট্য শাস্ত্রদগী খণ্ডবা ওল্মী, মদুদি– "জগোই শাবা" হায়বসি নোংপোক্তা লৈবা আদিম জাতিশিং অসিদগী হৌদোকপনি। শাস্ত্রনা হায়, মদুদি– ত্রিপুব হিংচাবা হাৎলিঙৈদা শিবনা পেন্দুনা তাণ্ডব জগোই শাই, মদুদা পার্ব্বতীনা লাস্য জগোই শাই, জগোই অদুদা ব্রহ্মানা ত্রিপুব হিংচাবগী ঈ তোৎপা লৈখোম্না পূং মক শাবগা হিংচাবগী মউন্না পূং তিংই, অদুগা

শিবগী তাণ্ডবগী "তা", পার্ব্বতীগী লাইস্যগী 'ল' গা অনীনা 'তাল' শেমদুনা গনেষপু পুণ্ড য়েহন্দুনা জগোই অদুদা গনেষবু তাল থাহল্লি।

ভবত নাট্য শাস্ত্রনচিংবনা হায়, মদুদি– ভগবান শিবনা জগোই উৎপদু হিমালয়দা উৎপনি, মহাক্তি নোংপোক হাবমগী লাইনি, অদুনা শিববু মীতৈনা নোংপোক নিংথৌ কৌই। শিবদি চীংলক্তা মালক্তা, উনুংদা লৈবা উমং লাইনি। মসিদগী খণ্ডলে, মদুদি জগোই অসি অহানবদা লোক নৃত্য ওইনা থোক্লকই, মতুংদা ক্লাসিকেল ওইবকই। ("এ শোর্ট ইন্ট্রোডক্সন টু মণিপুব ডান্স" হাযবা লাইবিক অদুদগী ফংবা)।

## "লাস্য" জগোই

"লাস্য" জগোই অসি মীতৈগী 'চীংখৈবোল' হায়বা অদুগী মশক্লি হায়। উষাগী মতৌ তমদুনা শাবা জগোইবু 'চীংখৈবোল' কৌই। মসি ভাবক যাওদনা শাবা জগোইনি। থাইনগী মৈতৈগী ইপা ইপুশিং সাধকশিংনা মফি-মবোল লৌথোক্লুনা মথক কুপ্তবা মফমদা 'চীংখৈবোল' জগোই অসি শাই। শাবা মতমদা য়েনখোংবা অমসুং লেং ওৎপগী মতৌ তমদুনা শাই। বেদনা জগোই শাবা মতমদা উষাগী মতৌ তমদুনা জগোই শাই। নাট্য বেদগী মতুংইন্না অসিগুম্বা জগোই অসিবু "লাস্য" কৌই।

মহাদেবনা তণ্ডুবু ভবত্তা মহাক্কী ঔগ্রি অঙ্গহাব তম্বিহনখি, মবম অসিদগী 'ঔগ্রিঅঙ্গহাব' তণ্ডুগী মমিং লৌদুনা "তাণ্ডব" হায়না কৌনখি। অসুম তৌদুনা ভবত্তা পার্ব্বতীনা "লাস্য" তম্বী। মসিদগী তাণ্ডব অমসুং লাস্য অনী অসি মীওইবা লোকতা শন্দোকখি।

"লাস্য" গী মবমদসু দন্তকথা অমা লৈরি, মদুদি– পার্ব্বতীনা উষাদা 'লাস্য' তম্বী। উষানা দ্বাবকাদা শ্রীকৃষ্ণগী মশু কামদেবগী মচা অনিরুদ্ধদা ওংদুনা দ্বারকাদা লৈববদা দ্বাবকাগী গোপী কৌবী ষঙ্গোম য়োনবীদা লাস্য অসিবু তম্বী। গোপীনা সৌবাষ্ট্র নৃপীদা অমুক তম্বী; অদুদগী সৌবাষ্ট্র নৃপীনা

অতোপ-অতোপ্পা লৈবাক্কী নুপীদা তম্বীদুনা লাস্য জগোই অসি পৃথিবীদা শন্দোকখি। অসুম্না দন্তকথা অমা মখা থংবা ভাবত্তগী থোবক্কুনা মী খ্বায়না লাস্য জগোইবু সৌবাষ্ট্র নুপীনা শন্দোকপনি, অদুগা তাণ্ডবপুনা তণ্ডুদগী তমদুনা ভবতনা শন্দোকপনি হায়না চৎনবে।

সঙ্গীত শাস্ত্রনা হায়বা মখল অমসু লৈবি। মদুদি— থাইনা কুইশ্রবা মমাংঙৈদা ইন্দ্রনা হাযজবদগী ব্রহ্মানা মহাক্কী পেন্নবগীদমক বেদ মবীদগী লৌথোক্কুনা নাট্য বেদ কৌবা মঙাশুবা বেদ অমা শেমদোকই। ঋগ বেদদগী রাঙাংনবা, সামবেদদগী সঙ্গীত, যজুর্ব্বেদগী অভিনয় অমসুং অথর্ব্ব বেদদগী বস লৌই। বেদশুম্না উপ বেদদসু মখল মবী শুই। উপবেদ মবী অসিগী মবক্তা গন্ধর্ব বেদবু ব্রহ্মানা মহাদেবদগী তমই। ব্রহ্মাদগী ভবত মুনিনা তমই। ভবত মুনিনা মদুবু মীওইবা লোকতা প্রচাব তৌই। মবম অসিদগী শিব, ব্রহ্মা অমসুং ভবত অহুম অসিবু নাট্য গুরুনি হায়নৈ। মসিগী হৌবকফম মরুদি শিবনি। ("এ শোর্ট ইন্ট্রোডক্সন টু মণিপুব ডান্স" হায়বা লাইবিক অদদগী ফংবা)।



## নিপালগুবা অধ্যায়
# শিব উপাসনা

### উপাসনা অমসুং অভিষেক্কী থৌরম

উপাসনা হায়বগা খুকন্থা নত্রগা ভগবানগী মনাক্তা নকশিল্লগা ফম্ববু খঙনৈ। উপাসনা তৌবিবা মীদুনা "উপাসক" কৌই। শিব-বু মাগী থম্মোয়নুংদা নুংশিনা নিংজববু শৈব কৌই। শক্তি নিংববুনা শাক্ত কৌই। উপাসনা, উপাসক, ভক্তি, ভক্ত, শৈব-শিব, শক্তি-শাক্ত, নাম-নামী, ভক্তি মুক্তি-অমতনি। শিব পূজাগী মবম অমসুং পূজা অদুদা চংগদবা পোৎচং (সামগ্রী) শিং য়াম্না কুপশ্রে। মসিগী মবমদা চত্থকববদি য়াম্না শাংশ্নগনি। চাওবাক চাওবাকপা পূজাগী মবম, অশেংবা তিথি, পূজাগী বিধিনচিংবগী মতাংদা খবা নিংশিংজগে। শিবগী অশেংবা নুমিত্তি নিংথৌকাবা, সোমবাবনি। থা অমগী শিথবকপা অমসুং পানখৎলকপগী ত্রয়োদশী (তবাহুমদোয়নি পানবা) অমসুং নীপান (অষ্টমী) নি পানবা শিবগী অশেংবা নুমিৎনি। নিংথৌকাবা অমসুং থাখায়গী ওইবা ত্রয়োদশীগী পুদোষকাল হায়বদি নুমিদাংবাইবম নুমিৎ তাগদবগী মাংজৌননা মশক নাইবা পূজা তৌগনি। পূর্ণিমা মতুং, থা শিথবকপা (ন্যু মুন) গী ত্রয়োদশীগী প্রদোষনা মহাপ্রদোষ কৌই। লাইশিংনা নুমিৎ অসিদা শিব মন্দিরদা শিব খুবম্না লাকই। হায়বিবা নুমিৎ অসিদা তোপ-তোপ্না মশক নাইবা পূজা তৌববদি লাই পুম্নমক দর্শন তৌবগী খুদোংচাবদু ফংবা শুম্মী। প্রদোষ তাবা নুমিৎ অসিগী নুমিৎ তাত্রিঙৈ মমাংদা পঞ্চাক্ষর মন্ত্র জপ তৌগনি। শিব ভক্তশিংনা প্রদোষ তাবা নুমিৎতা ব্রত তৌনৈ। কাল মুখ সম্প্রাদায়নদি চতুর্দশীবু অশেংবা নুমিৎনি হায়না লৌনৈ। নুমিৎ অসিদসু পূজা তৌনৈ। মসি ঐখোয়গী

হৌজিক চংনবিবা গোস্বামীশিংগী মোংকসু মান্নবগুম তৌই। শিবরাত্রি ফাইবেন থাগী শিথবকপা তবাহুমদোইনি পানবা ত্রয়োদশী নুমিত্তা তায় হায়না লৌনে। মসি অস্মার্তগী মত মতুংইন্ননি। শিব ভক্তশিংনা নুমিং অসিগী অহিং চুপ্পা তুমদনা অমসুং নুমিং চুপ্পা চবা হেল্লগা শিব পূজা তৌই। শঙ্গোম, শঙ্গোম অফম্বা, ঘী অমসুং খোইহীনা মথংশিংনা অহানবা প্রহব, অনীশুবা প্রহব, অহুমশুবা প্রহব অমসুং মরীশুবা প্রহবদা অভিষেক তৌই। প্রহব অমদা পূঙ অহুম্মা শাই। মহৌশানা অভিষেক তৌবদা গঙ্গাগী ঈশিং, মুবী মহি, পঞ্চামৃত, যা-চন্দনগী অনংবা মহিনচিংবা শিজিন্নে।

গঙ্গাগী ঈশিংনা অভিষেক তৌবগা মোক্ষ ফংই। অকবা ঈশিংনা তৌবগা নোং তাই। শঙ্গোম্মা তৌবগা লাইনা কোকই। মচা পোক্তবা মচা পোকই। শ: ষণ মবাং কায়না ফংই। ঘীনা অভিষেক তৌবগা ব্রা ঙাংবা ঙম্বগী শক্তি হেনগংহল্লি। কুশগী ঈশিংনা তৌবগা লাইনা কোকই। ঘী, খোইহী, চু অপ্তৌবগী মহিনা তৌবগনা লল ফংই। শঙ্গোমদা চিনি অপ্তৌবা হাপ্লগা শিব লিঙ্গদা চাযবদি বুদ্ধি হেনগংলি। থাও মনম নুংশিবনা হৈবগা সংসারগী নুংঙাইবা ফংহল্লি। হঙ্গাম থাওনা হৈবগা য়েক্লবা মরু ফংনা মাংহল্লি। (রুদ্র সংহিতা ৭৯)। খোইহীনা চায়থবগা কুবেবগুম্না লল লৈ।

অভিষেক হায়বসি লিঙ্গগী মথক্তা শঙ্গোম ঘী, খোইহী, মুবী মহিনচিংবনা অতংপা লৈতনা হৈথববু খঙনৈ। অভিষেক অসি বেদগী বিধি মতুংইন্না তৌগনি। অভিষেক অমসুং লৈ কংপা মতমদা রুদ্র মন্ত্র, নীলরুদ্র মন্ত্র, শুক্লা যজুর বেদ মন্ত্রশিং, হোত্রীয় মন্ত্রশিং অথর্ব্ব শির্ষ মন্ত্রশিং, শান্তি মন্ত্রশিং, মরুট মন্ত্রশিং, সামবেদ মন্ত্রশিং, দেব ব্রত মন্ত্রশিং, বথন্তর মন্ত্রশিং, পূসপ সূক্ত, মৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র, পঞ্চঅক্ষর মন্ত্র অমসুং গায়ত্রী মন্ত্রনচিংবা শোনগনি। অদুগা লিঙ্গ থুকম্বদদি প্রনব মন্ত্র ঙাক্তা শোনগনি। ঈশিং চায়থবা মতমদা লীশীং অমা নত্রগা চামনীপাল হৈগনি। চায়থবা মতমদা বেদগী নিয়ম য়াম্না চেকশিন্না ঙাক্লা চংকনি নত্রগা দেবতা অদুগী নাম শোল্লগা তৌগনি। (রুদ্র সংহিতা ১১। ৬১-৬৫, ৬৭-৭২)। বিষ্ণুদি ফজবা

ফীজোন্নচিংবনা লৈতেংবা য়াম্না পান্মী। অদুগা শিবদি অভিষেকনা হেন্না পান্মী। শিবনা সমূদ্র নৈবদগী থোক্লকপা হ্-অদু থকই। অদুনা গঙ্গা অমসুং থা-না মাগী কোক্কী লৈতেং ওই। মবীনি পানবা থা না শিবগী কোক্কী লৈতেং ওইবগী অতোপ্পা ৱাবী অমসু লৈখ্রে। মদুগী মবমদদি চংশিঞ্জববোই। হায়বিবা ৱাফমশিং অসিনা মপানগী ওইবা ৱাফম্লি। অভিষেক্লা লাইবক্তা অহুমশুবা মিং মৈ শ্রী-শ্রী কাপ্লিবদু ইংহল্লি। অভিষেক যাওদ্রবদি শিব পূজা তৌবা কৌবা য়াদে। মসিনা মপালগী ওইবা অভিষেকনি। মসিদগী হেন্না ৱাংবা অভিষেক্তি থম্মোয়গী আত্মা লিঙ্গদা প্রেম্না অশেংবা গঙ্গাগী ঈশিং ওইবগা তত্তনা হৈথবা অদুনি। শিবদি দিগম্ববনি; মায়কৈ তবানা মাগী ফিজোন্নি। অদুনা অলংকাবদগী অভিষেক্লা হেন্না পান্লিবনি। পূজা হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা ধূপ, দীপ, কর্পূব, অগূব্দ, অশেংবা ঈশিংশিং লৈ-শু কয়া প্রসাদ ওইনবা পোৎলমশিং, আসন অমা, মোইবুংনচিংবা হান্না তৈযাবী তৌদুনা থমগনি। পূজা তৌগদৌবিবা মফম অদু ফজনা লৈতেংগনি। ইশা শেংদোক্লগা অশেংবা ফীজোল শেত্তুনা লাই খুকমফম নুংঙাইগদবা ফমফম মওং অমদা ফমগনি অদুগা পূজা তৌগনি। পূজা হৌনবগীদমক চংনবী নিয়ম মতুংইন্না সংকল্প তৌগনি, কা অদুদা শিবগী নাম শোল্লগা খোঙ য়েংনা হান্না থাংজিল্লগা চংগনি (অভিষেক লোয়ববা মতুংদা ফজনা লৈ-শু অমসুং ফীজোন্না লৈতেংবিগনি। থিত্তুনা থল্লবা মনম নুংশিবা চন্দন মায়দা তৈগনি। মতুংদা "ওঁ মহেশ্ববয় নমঃনচিংবগা লোয়ননা অর্চন তৌগনি। য়ামদ্রবদা ১০৮ দগী ১০০৮ ফাওবা অর্চন তৌগনি। বেল পত্র শিবদা কৎকনি। কৎপা মতমদা মনা উপশিল্লগা কৎকনি। তুলসী কৎপদি মনা লোংথোক্লগা কৎকনি। ঈশিংদা বেল পত্র চান্বা মতমদা মতোন অবোইবা অদুদা পায়বগা লুপথোক্কনি। হেকপা মতমদা মপুং মবৈ ফাববা, মহৈ পাল্লবা পান্বীদগী হেক্কনি। নুমিৎ য়ুংবা, নুমিদাংৱাইবম, থাশি, পূর্ণিমা অমসুং দ্বাদশী নুমিত্তা হেকপা য়াদে। বেল পত্র অমা কৎপনা ইচানুপী অমা কন্যা দান তৌবদগী শিবনা হেন্না পেনবী হায়। শিবদা লৈ কৎপা মতমদা কুন্দো,

থবো, লৈহাও, বক্ত কববীব, কেতকী, জাতি যুঠিকা, শফলী অমসুং মনম কা হেন্না চেনবা লৈশু কৎনদে। অঙৌবা মচুগী লৈ কৎপা যাম্না ফৈ। থম্বাল কৎপনা শিবনা পেনবী। থম্বাল মখল মখল, বেল পত্রশিং, থম্বালগী লৈনাশিং শিবদা কৎলগা লল পীনবি। শিব-দা তুলসী কৎলগা সংসাবগী নুঙাইবা অমসুং মোক্ষ ফংবা ঙমহল্লি। (রুদ্র সংহিতা ১৪। ২৮)। তিংথৌ কৎলগা পূক্নি তোল্লোয়বা ফংই। তিংথৌ কৎপা মতমদা ময়োন শৎলগা মনা অহুম পানবা ত্রিশুল শাবা কৎকনি। মচানুপা ফংগে হাযবগা ধত্তুব হাযবা লৈ মখল অদু কৎকনি। শিবনা ইংখোলদা হৌবা লৈ কৎপবুদি জঙ্গলদা শাৎপা লৈ কৎপনা হেন্না পাম্মী। শিব ভক্তশিংনা পঞ্চদেবতা হায়বদি শিব, গনেশ, পাববতী (দেবী), শালগ্রাম অমসুং সূর্য্য নবায়ণবু পূজা তৌই। পঞ্চযতন পূজাদা শিবনা মযাইদা, বিষ্ণুনা অৱাং নোংপোক্তা, সূর্য্যনা খা-নোংপোক্তা গনপতিনা খা-নোংচুপ্তা অদুগা দেবীনা অৱাং নোংচুপ্তা থমগনি। বিষ্ণু অমসুং অতৈ দেবতাশিং প্রধান দেবতা ওইববদি লাইগী লৈফমদা অহোংবা লৈগনি। শিব পবিবাবদা য়াওবিবা নন্দীশ্বব, কার্ত্তিকেয়, কুবেব, কৃত্তিমূখ অমসুং লিলবুসু পূজা তৌগনি। ষোডশোপচাব, উপাচাব তবাতকক্কা মবম ওইবগা শিব-বু উপাসনা তৌগনি। ভস্ম (অশেংবা উৎ) না চন্দনগুম্না শিবগী মায়দা তৈগনি। মখল মখেলগী উহৈ-ৱাহৈ শঙ্গোম্না শাবা পোৎলমশিং অমসুং নৈবেদ্য কৎকনি। তাম্বুল অমসুং দক্ষিনা কৎকনি। আবতি তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা পঞ্চঅক্ষব মন্ত্র ওইববসু, শিব সহস্রনাম ওইববসু শোনগনি। অদুগা আবতি কৎকনি। পদদা মবীবক হাইগনি, থবাক্কী মপাদা অনীবক হাইগনি। মায় মপাদা অমুকলক হাইগনি অদুগা হকচাং পুম্বদা তবেৎলক হাইগনি। হাইবা মতমদা থা-মচেৎ শানা হাইগনি, মপুম হাইবোই। তোঙান তোঙানবা মৈ মখলগী আবতি– মৈ অমত্তা হাইবা, মৈ অহুম হাইবা, মৈ মঙা (পঞ্চ আবতি) হাইবা অমসুং কর্পুব আবতি তৌগনি। ফী অচোংপা মচা অমনা মূখদা হৌজিক্তা হাখিবগী পকহৌ খোংহৌবা অদু তৈথোকপগী ভাবতা হাইগনি। কনানা পঞ্চভূত মঙা

কৎপনিশু হায়নৈ। আবতি মনুংদা য়ৈগান মোইবুংনচিংবা খোংগনি। অষ্টাঙ্গ দণ্ডবৎ কৎকনি। "ওঁ নমঃ শিবায়" হায়না শোনগনি। মমৈদা শিববু যেৎওইননা থা মচেৎ শানা কোয়গনি। মপুম ফানা কোয়বা য়াদে। মহিম্ন স্তোত্র, পঞ্চ অক্ষব স্তোত্রনচিংবা শক শোনগনি। চামব হাইবগা শোনগনি। শিব খুকম্বা মতমদা অৱাং ওন্দুনা খুকমগনি। লাইশংদগী থোক্লকপা মতমদসু শিব নাম শোন্দুনা থোক্লক্কনি। অবোইবদা "কায়েন বাচ", "আত্মা ত্বম গিবিজ মতিঃ" অমসুং "কবচবন-কৃত্তম" হায়না শোনগনি। প্রসাদনচিংবা য়েম্থোক্কনি। শিবগী প্রসাদীবু য়াম্না বেব্যহাব তৌগনি। সূত সংহিতাদা শিবগী প্রসাদীনা শ্বায়দগী মগুণ লৈ হায়। মন্দিব চংলকপা মতমদা ঘন্টা খিংগনি। নোংমাইজিং, শ্রাদ্ধগী নুমিৎ, সংক্রান্তি তাবা নুমিৎ, গ্রহন তৌবা নুমিৎ, দান তৌবা, চবা হেনবা নুমিৎ, তীর্থদা লৈবা মতম, য়ুম মাংবা মতমদা ঈশিং অশাবনা ঈকজবা য়াদে। নুমিদাং ঈকজবসু যাদে।

## রুদ্রাক্ষ

শিব ভক্তশিংনা রুদ্রাক্ষ মালা শিগনি। শিবনা রুদাক্ষ মালা শিববু য়াম্না পাম্মী অমসুং থৌজানবী। পাপ কোকপীবগা পূন্য ফংহল্লি। নুংঙাই য়াইফহনবা, লল-থুম, জ্ঞান, শক্তি অমসুং মচা-মশু পিবি। রুদ্রাক্ষসি মমিৎ অমা পানবদগী মমিৎ তবামবী পানবা ফাওবা লৈ। মসি শিবগী তোঙান তোঙানবা কান্নবা অমসুং মহৈ ফংই। রুদ্রাক্ষ মালাসি গ্রহনগী মতম, পূর্ণিমা, থাশি অমসুং অশেংবা নুমিত্তা শিগনি। ব্রাহ্মন্না অঙৌবা মচু, ক্ষেত্রিনা অঙাংবা মচু, বৈশ্যনা নাপু মচু অমসুং শূদ্রনা অমুবা মচু শিগনি। রুদ্রাক্ষদি য়াম্না পীকপা মখলগী শিবা ফত্তে। বীব শৈবশিংনা অপীকপা শিবগী মূর্ত্তি অমা সনানা শাবা উপু অমদা হাপ্লগা মশাদা শি। মসিনা মখোয়দা মতম পূম্নমক্তা শিববু নিংশিংহল্লি। খৃষ্টানশিংনা ক্রোস শিবগুম্বনি। মখোয়না কাশ্মীব শৈবিজমদগী খেন্নে। নোট বুক অমদা শিবগী নামবু (পঞ্চ অক্ষব) ইদুনা লিখিত জপ তৌবা য়াম্না কান্নে। সত্য, অহিংশা,

তপ, থৌজাল, নুংশিবা, পেনবা হৈবা, ঙাকপী হৈবা, পূম্নমকপু অমত্তা ওইনা যেংবা, ইন্দ্রি খুদুম চনশিনবা, শান্তি ওইবা অমসুং জ্ঞান হায়বসি শিবদা কৎননবা থম্মোয়গী লৈবাংশিংনি। ভগবান্দা শ্রদ্ধা ভক্তি লৈত্রবদি কবিসু কান্নবা ফংবা ঙমদে। যুগ পূম্নমক্তা মক ওইনা কলি যুগতদি ভক্তিতনা ভগবান ফংবা ঙম্মী। শিবনা নোংমা লাইয়ামশিংগী মবেম্মা দেবীদা হায়বম্মী– মবোল অহুম অসিদা ভক্তিগা মান্ননা লায়বা অমসুং পেনহনবা ঙম্না অতোপ্পা লম্বী অমা যুগ মবী অসিদা মক ওইনা কলি যুগতা লৈত্রে। (রুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ২৩। ৩৮)।

জ্ঞান, বৈরাগ্য হায়বসি অহল ওইমনখ্রে, কলি যুগতদি মসি মমি শামলে। কলি যুগতা জ্ঞান, বৈরাগ্যগী ভাব লৌশিনবা ঙমগদবা মী তাংনা ফংলবনিনা জ্ঞান, বৈরাগ্য অসি কলি যুগতদি শিথবক্লে, চন্নবা যাবক্লে। (রুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ২৩। ৩৯)। ভক্তি অসি যুগ অতৈদা তৌবগুম্না কলি যুগতদি খুদক্তা মসিগী কান্নবা মিংনা উবা ফংলে। ভক্তিগী লিচিংনা কনখিবনা ঐনা ভক্তশিংগী মথা পোল্লি। (মথক্কী সংহিতা ২৩। ৪০)।

ভক্তিনা লৈ পবেং ওইবিবা মশাগী অথিংববু মাংহল্লিবা মহাকপু ঐনা মতেং পাংই। ভক্তি য়াওদবা মী মহাক অদুদি দণ্ডি তৌবদা মতিক চায়। হায়বিবা অসিদা কবিমতা চিংননিংঙাই লৈতে। (মথক্কী সংহিতা ২৩। ৪১)।

ঐগী ভক্তশিংবু ঐনা ঙাক্নুনা লৈ। ঐগী ভক্তশিংবু ঙাকথোকপদা ঐগী মিত্তগী থোবকপা মৈনা অশিবগী লাইবু চাকথেকহল্লি। (মথক্কী সংহিতা ২৩। ৪২)।

ঐগী ভক্তশিংবু কন্ননবগীদমক মমাংঙৈদা ঐনা নুমিৎপু শাওবম্মী। ঐগী ত্রিশূলনা মাবু খুদুম চনশিল্লম্মী। (রুদ্র সংহিতা ২৩। ৪৩)।

বাবন অসি ঐগী ইনায় ভক্ত ওইববসু মহাক্না তৌবিবা ফত্তবা কর্ম্ম অদুদদি ঐ য়াওকদে। অতোপ্পা ঐগী ভক্ত অমগীদমক ঐনা বাবনবু মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা লংথোকই। (রুদ্র সংহিতা ২৩। ৪৪)।

রুদ্রগী শকওং লীশীং কয়ামরুম লৈ। রুদ্রগী তমথিবা অকিবা শকওংবুনা হ্বানবশিং, লম্বী লমখাংদা লুমদুনা লৈবা কাংবুশিং, জঙ্গলদা লৈবশিং, লমহাং তুহাংদা লৈবশিং, মীহাৎপা কাংবুশিং, অমম্বদা শাথি তমথিনা লৈবা কাংবুশিংনা ঈড়াৎ পূজা তৌই। রুদ্র হায়বসি শাদানবশিংনা, শা-হুই পান্নবশিং, শজি লাং থাকপশিং, জঙ্গলদা লৈবশিং, হুই, শা পুদুনা লমহাং তুহাংদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈবশিংগী লাইনিসু হায়। (অন্স্যান্ট ইন্দিযান ফোক কল্ট)। তশেংবদি রুদ্রদি থৌজাল হৈবা, জীববু নুংশিবীবা লাইনি। রুদ্রনা জীবগী ফননবা তৌই। বেদদা রুদ্র খুরুম্বগী বা য়াওবি। শ্রুতিনা রুদ্রবু সন্ন্যাসী ওইনা খুত্তা কমণ্ডলু পাযবা লাই ওইনা লৌই।

## ভস্মগী মশুণ

ত্রিপুণড্র তৈবগী মতাংদা জাবাল ঋষিনা হায– ব্রাহ্মণগী ধর্ম্মদি লাইবক্তা ত্রিপুনড্র (লৈই অহুম) তৈবা অসিনি। গ্রহস্থশিংনসু "ওঁ ত্র্যম্বক" হায়না মন্ত্র অসি শোল্লগা লাইবক্তা ত্রিপুনড্র তৈগনি। ভিক্ষু (সন্ন্যাসীগী থাক য়ৌবক্লবশিংনা "ওঁ হংস" হায়বা মন্ত্র অসি অহুম্লক শোল্লগা লাইবক্তা ত্রিপুনড্র চৈগনি। গৃহস্থ অমসুং বানবাস্থশিংনা শিবগী প্রনব "হৌঁ" হায়বসি শোল্লগা ত্রিপুনড্র অসি লাইবক্তা তৈগনি। ব্রহ্মচাবিশিংনা "মেধাবি" হায়বা মন্ত্রনচিংবা শোল্লগা লাইবক্তা ত্রিপুনড্র তৈগনি। ভগবান শিবনা উৎ অসিগী মনুংদা থুপ্লগা লৈ; অদুনা শৈবশিংনা ত্রিপুনড্র অসি শিজিন্নৈ। সন্ন্যাসীশিংনসু ত্রিপুনড্র অসি মখোয়গী লাইবক্তা, পাম্বোমশিংদা, থবাক্তা ত্র্যম্বকং মন্ত্রগী মমাংদা "ওঁ" হাপ্লগা অমসুং শিবগী পঞ্চ অক্ষব মন্ত্রগী মমাংদা "ওঁ" হাপ্লগা "ওঁ নমঃ শিবায়" হায়বসি শোল্লগা ত্রিপুনড্র তৈগনি। ত্রিপুনড্র অসি মায়দা তৈবা মতমদা খুৎনিংথৌ, খুৎয়াই অমসুং খুদোনবীনা ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদা চিংগনি হায়বদি লাইবক্কী ওইবোমদগী য়েৎলোমদা তৈরক্কনি। খুৎনিংথৌনা ব্রহ্মানি, খুৎয়াইনা বিষ্ণুনি অদুগা খুদোনবীনা মহেশনি। ত্রিপুনড্রগী মখা থংবনা ব্রহ্মানি, ময়াইনা বিষ্ণু অদুগা মকোক ইথং থংবনা শিবনি। মসি

গুণ অহুমগী অপুনবা মশক্তি। প্রনব "ওঁ" গী মাত্রা অহুমগী মশক্তি। 'অ-কাব' না খুৎনিংথৌ, 'উ-কাব" না খুৎয়াই, "ম-কাব" না খুদোনবীনি। ত্রিপুনড্র অসি যজ্ঞগী মৈ অহুমগী মশক্তি। "অ-কাব" না দক্ষিনাগ্নি 'উ-কাব" না গার্হপত্য অগ্নি অমসুং "ম-কাব" না আহবনীয় অগ্নিনি। স্বর্গ পৃথিবী অমসুং পাতালনি। (দেবী ভাগবত বুক তবামাথোই অধ্যায় তবামঙা, শ্লোক কুম্মাথোইদগী কুন্থ্রামাথোই ফাওবা)। লাইবক্তা ত্রিপুনড্র তৈবিবশিং অদুদি লাইবক্তা শিবগা লোয়ননা চৎলবনি।

ত্রিপুনড্র (ভস্ম) তৈবনা পাপ পুম্বা কোকপী। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বব পার্ব্বতী, লক্ষ্মী, সবস্বতী অমসুং অতৈ লাইযামশিংনা ত্রিপুনড্র তৈবা মহাকপু পেনবী। দান তৌবা, যজ্ঞ তৌবা, অকনবা তপ তৌবা অমসুং তীর্থ কযাদা চৎলুবদগী ফংলকপা মহৈদগী ত্রিপুনড্র তৈবগী মহৈনা হেল্লি। মখোয়না ত্রিপুণ্ড্র তৈবদগী ফংলকপা ফলগী শকক তবাতকক থোকপগী শকক অমা ফাওবা যৌবা ঙমদে। (দেবী ভাগবত ১১। ১৩। ১-২০)।

ত্রিপুনড্র তৈবিবশিংগী মশাদা পাপ চংবা ঙমদে। হকচাংদা ভস্ম তৈবশিগী মতিক মগুণ অসি কয়ামকম চাওবগে হায়বদু দেবী ভাগবতগী মনুংদা উবা ফংলি। নোংমা সন্ন্যাসীশিংগী লুচিংবা দুর্বাসা হায়বদুনা মশা পুম্বা ভস্মা তৈশিল্লগা রুদ্রাক্ষমালা শিজিল্লগা ভগবান শঙ্কব অমসুং জগদম্বেগী নামশিং শোল্লগা পিতৃ লোকতা চৎলম্মী। পিতৃশিংনা মহাকপু ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা ওক্লম্মী অদুগা ৱাবী শাবম্মী। মখোয়না ৱাবী শাবিঙৈদা অনকপা মফমদগী "হো! ঐখোয় হাৎলে, ঐখোয়বু হাৎকদৌবে; ও! ঐখোয়বু মৈ থাবিবে, ও! ঐখোয়বু মতৎ-মতৎ ককথৎলে হায়বা মখোলশিংতনা কোয়নিন নিল্লম্মী। মখোয়গী অসিগুম্বা উপায় লৈজদ্রবা খোঞ্জেলশিং অদু তাবদা দুর্বাসানা পিতৃশিংদা হংলম্মী– কদায়দগী খোঞ্জেলশিংনো ? পিতৃশিংনা খুন্নক্লম্মী– ঐখোয়না লৈবিবসিগী হেক মনাক্তা যম নিংথৌগী সহব "সময়মনী" কৌবা অমা লৈ। মফম অদুদা

পাপীশিংবু লাক্লে। যমনা অকিবগী মশক ওইবা কাল হায়বা লাই অদুগী মশক লৌবগা মাগী মনাইশিংগা লোয়ননা লৈ। পাপ চেনবশিংবু যমগী দূতশিংনা ওৎ-নৈ। পাপীশিংবু দণ্ডি পীননবগীদমক মফম অদুদা নবক্কী কুণ্ড মবীফুতকক লৈ। যমগী দূতশিংনা যাম্না চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা লৈ। নবকশিং অদুগী মনুংদগী কুম্ভীপাক হাযবসিনা খ্বায়দগী হেন্না চাওই। হে মুনি! শিব-বু তুক্কচনা তৌবা, বিষ্ণুবু তুক্কচবা কাংবুশিং অমসুং দেবী বু তুক্কচবশিং কুম্ভীপাক হায়বা নবক অসিদা লংথৈ। অদুদসু নত্তে; বেদশিংগী মবাল থিবা কাংবুশিং, নুমিৎ, গনেশবু নিন্দা তৌবশিং অমসুং ব্রাহ্মণশিংবু তাথি তাওইনা তৌবশিংসু নবক অসিদা তাহল্লি। মখোয়গী অরা-অনা খাংবগী মখোলশিং অসি ঐখোয়না তত্তনা তাদুনতা লৈ। মখোয়গী বার্শিং অদু তাকুবদগী দুর্বাসানা খণ্ডযেং যেংনিংলম্মী। নবক্তা চংলগা মঙক নোঙ্কদুনা নবক্কী কুণ্ডদা লাক্লিববশিং অদুগী মশক য়েংলম্মী। খুদক্তা পাপীশিং অদুনা স্বগগী নুংঙাইবা হায়বা অদুদগী থোয়না হেন্না নুংঙাইবা ফংদুনা হবা ও মথোই কাদুনা চোংফন্দুনা জগোই শাবম্মী, ঈশৈ শক্লম্মী, মৃদঙ্গ, দুনদুভিনচিংবা যন্ত্র মখল মখল খোংলম্মী। মফম খুদিং বাসন্তি হাযবা লৈ অদুগী লৈনমতনা হা হা লাওবম্মী। মদু উবদা দুর্বাসানা পুমঙক ঙক্লম্মী। যমগী মনাইশিংনা কিতুজুংবগা লোয়ননা যমগী মনাক্তা চংলগা ব্রাবী পূম্নমক লিবম্মী। যমনা মাগী শাদোং ইবোয অচৌবা তোংলগা মফম অদুদা লাক্লম্মী অদুগা থৌদোক অদুগী মতাংদা স্বর্গদা পাও পীবম্মী। পাও অদু হেক তাবগা ইন্দ্র, ব্রহ্মা, নাবাযণ, মায়কৈ ঙাকপা লাইয়ামশিং অমসুং স্বগগী লাইয়াম খিবিক্কা লোয়ননা মফম অদুদা থুংলবম্মী। থৌদোক অদু উবদা মখোয়না পুংঙক ঙক্লম্মী। পাপীশিংগী দণ্ডি তৌনবগীদমক শেন্না মফম অসিনা স্বর্গদগী থোয়না হেন্না নুংঙাইবা মফম ওইব্রে; মতুংদদি কনানসু পাপগী থবকশিং তৌবদা হালেংবা লৈববোই, ব্রাবকপা য়াববোই হায়না নুংনাংলম্মী। পাপীশিংনা পাপ কোক্তুনা নুংঙাইবা ফংলিবসিগী মবম মখোয়না খঙলমদে। অদুনা মখোয়না মদুগী মবম খঙনবগীদমক কৈলাশতা ভগবান শঙ্কবগী মনাক

য়ৌনবা চংলম্মী। মতম অদুদা শিবদি পার্ব্বতীগা ৱাবী শাদুনা নুংঙাইনা লৈবম্মী। নারায়ণনা শিবদা খুকম্নগা মবম পূম্নমক শুগায়না লিবম্মী। শিবদা মদুগী মবম তাকপীয়ু হায়জবম্মী। শিবনা মদু তাবগা য়াম্না চীংলেম্না অথোংপা ৱাহৈনা ভস্মগী মগুণ থাবক্লম্মী। দুর্বাসানা নবক্তা মাগী মঙক নোঙ্গদুনা পাপ্পীশিং অদু য়েংবা মতমদা মাগী মৱাইবক্তগী উংগী মবিকশিং, নুংশিংনা হুমদুনা পুথ্রগা নবক্তা লৈবিবা পাপ্পীশিং অসিগী মশাশিংদা তাকই। অদুনা মবম ওইবগা মখোয়না পাপ পূম্না কোক্লগা অসুক্কী মতিক নুংঙাইবিবনি। হৌজিক্তি কুম্ভীপাক অসি নবক ওইববোই, অশেংবা তীর্থ ওইবগনি। পিতৃশিংগী তীর্থ চংফম ওইবগনি। মফম অদুদা মখোয়না চায়থকবগা নুংঙাইবা ফংলগনি। হায়বিবা অসিদা চিংননিংঙাই কবিমত্তা লৈতে। তীর্থ অসিগী মমিং 'পিতৃতীর্থ হায়না কৌবগনি। মসিনি ত্রিপুনড্র ভস্মগী মগুণ। (দেখই ভাগবত ১১।১৫।২১-৭৩)।

শিব রাত্রিগী অহিং চুপ্পা চাদ-থক্তনা তুমদনা, ঈশৈ মখল মথেল শক শোন্দুনা, জগোই মখল মথা শাদুনা লেনগনি। হায়বিবসি নুমিংকী কিবণনা নোংপোক মায়কৈদা ফুদোকলক্তি ফাওবা তৌগনি। শিব পূজা অসি ঈশৈ শক্তনা, জগোই শাদুনা লোয়শিনগনি। (জ্ঞান সংহিতা, বাযবীয সংহিতা)।

শিব পূজা অসি শুক্লপক্ষ অমসুং কৃষ্ণপক্ষগী অষ্টমী, একাদশী, শুক্ল পক্ষগী ত্রয়োদশী, পক্ষ অনীমক্কী নিংথৌকাবদসু তৌনৈ। অষ্টমী নুমিত্তা নিংথৌকাবা তাবা অমসুং কৃষ্ণপক্ষগী চতুর্দশীনা শিববু পেনহল্লি।

শুক্লাপক্ষগী অষ্টমী খুদিংদা নুমিদাংখক্তদা চাক চাগনি। কৃষ্ণ অষ্টমীদদি চবা অনীমক পুংহেন হেনগনি।

শুক্লাপক্ষগী তবামাথোইনি পানবা নুমিত্তা চবা হেনগনি। কৃষ্ণাপক্ষগী তবামাথোইনি পানবগী নুমিদাংগী মতমদা শিব পূজা তৌববা মতুংদা প্রসাদী ফংগনি।

শুক্লাপক্ষগী ত্রয়োদশী নুমিত্তা অয়ুক চবা হেনগনি অদুগা নুমিদাং চাগনি। পক্ষ অনীমক্কী নিংথৌকাবা খুদিংগী চবা হেনগনি। নুমিদাংগী মতমদা চাগনি। (কোটিরুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ৩৮। ১১-১৯)।

চৈত্র (মার্চ-এপ্রিল) মাসদা চবা হেল্লগা পূক্লিং অনী লোংদনা শিব পূজা তৌজবিবা মীশিংগী মবক্তগী অথোইবা ওইবা মহাক অদুদি শেলথুম, মচাক মবল পীনবী। মশক মতৌ ফজবা ওইনা অফবা মপোক্তা পোক্লই।

বৈশাখ (এপ্রিল-মে) মাসদা চবা হেল্লগা শিব পূজা তৌজববদি মপোক অফবদা পোক্লই, লল-থুম, মচাক মবল অমসুং সন্মান ফংজে। (সনতকুমাব সংহিতা-দি এলিমেন্ট ইন হিন্দু কলচব)। চৈত্র থাগী হবাও কুম্মৈ, চড়ক পূজা হায়না খঙনবা অসিসু শিবগী পূজানি।

## শিব আরতি

জয় শিব ওঁ কাবা প্রভু ভজ শিব ওঁ-কাব।
ব্রহ্মা, বিষ্ণু সদাশিব অর্ধগী ধাবা॥ টেক॥
একানন, চতুবানন, পঞ্চানন বাজে।
হংসানন, গরুড়াসন, বৃষবাহন সাজে॥ জয়॥
দোভুজ চাব চতুর্ভুজ, দস ভুজ তে সোহে।
তীনোং রূপ নিবখতা ত্রিভুবন মন মোহে॥ জয়॥
অক্ষমালা, বনমালা, মুণ্ডমালা ধাবী।
চন্দন মৃগ মদ চন্দা, ভালে শুভকাবী॥ জয়॥
শ্বেতাম্বব, পীতাম্বব, বাঘম্বব অঙ্গে।
সনকাদিক, প্রভুতাদিক, ভুতাদিক সঙ্গে॥ জয়॥
কবমধ্যে কমণ্ডল, চক্র, ত্রিশূলধাবী।
সুখকাবী, দুঃখহাবী, জগ পালনহাবী॥ জয়॥
ব্রহ্মা, বিষ্ণু, সদাশিব, জানত অবিবেকা।

প্রনবাক্ষব কে মধ্যে, যে তীনোং একা॥ জয়॥
কাশী মেং বিশ্বনাথ বিবাজত, নন্দী ব্রহ্মচাবী।
নিত উঠ ভোগ লগাবত, সেবক নব-নাবী॥ জয়॥
ত্রিগুণ শিবজী কী আবতী, জো কোই নব গাবে।
ভগত শিবানন্দ স্বামী, মনবাঞ্ছিত ফল পাবে॥ জয়॥

## শিব পঞ্চাক্ষর মন্ত্র (নমঃ শিবায়)

নোংমা পার্ব্বতীনা ভগবান শিবদা কলি জীবগী লান্নবগী পাম্বে কবিনা ওইগদবগে হায়না হংলম্মী। মদুদা শিবনা খুন্নম্মী-কলিগী মীওইশিংগী লান্নবগী শোয়দ্রবা উপাযদি ঐবু পেলহলবা ওন্বা পঞ্চাক্ষব মন্ত্র শোল্লগা মখোয়গী থম্মোযগী অমোংপা অদু শেংদোক্লবা কান্দা ফাওবকপা ভক্তিনা ওই। (বাযবীয় সংহিতা, অধ্যায় ১৩। ৪)।

ঐগী খোম্লোক মওানা শাবা মন্ত্রনা কলিগী অচুম্বা ওাংদবা, মীনম শোবিবা, শাথি তমথিবা, মীনুংশি খওদবা, কল্লক মীহৌগনবা মীওইশিং, চিন্না পলহৈদবা ব্লাখলনা খলহৈদবা, হকচাংনা তৌহৈদবশিং তৌদুনা মপুক্রিং মোংহল্লবশিংবু মায়া সংসাবগী হিংনবগী লানফমদা থেংনবিবা অকিবা কয়ামকমবু ওাকথোকপী। (বায়বীয় সংহিতা ১৩। ৫-৬)।

হে-দেবী, ঐনা তোয়না ব্লাশকত্রবদুনি, সংসাব অসিদা মীওইবগী মপোক্তি ফংলগা লৈখা তাব্রবা মহাক অদু ফাওবা ঐগী ভক্ত ওইদুনা মন্ত্র অসি শোঞ্জবর্বদি অরানবা খুভম ফংগনি। (বায়বীয় সংহিতা ১৩। ৭)।

লিঙ্গ পুবাণগী অধ্যায় ৮৫। ৪-৫৪ গী মনুংদা পঞ্চাক্ষব মন্ত্রগী মবমদা অসুম্না অমুক হায়বি– নোংমা ঋষিশিংনা ময়েক মওানা শাবা পঞ্চাক্ষব মন্ত্রগী মগুণ অসি খওনিংলদুনা সূতগী মফমদা মগুণশিং অদু খব লিবিয়ু হায়জবম্মী। শিবনা পার্ব্বতীগী মফমদা শন্নপ্না হায়খিবা পঞ্চাক্ষব মন্ত্রগী মগুণশিং অদু সূতনা ঋষিশিংগী মফমদা লিবি - শিব-না হায়, চহী ক্রোব

কয়া চংনা লিববসু পঞ্চাক্ষবগী মতিক মগুন্দি থাবদা লোয়বা নাইববোই। প্রলয়গী মতম লাক্কুনা অবেংবা, লেংদবা হায়দুনা লৈবিবা জীব পূম্বা, দেবতাশিং, অসুবশিং, লিলশিং অমসুং বাক্ষসশিং লোয়না মাংখ্রবা, পূম্নমক নহাক নশামক য়াওনা লোয়না প্রকৃতিদা তিনখ্রবা, প্রকৃতি মশাসু শিব ঐঙোন্দা তিনখ্রবা মতমদা হিংদুনা লৈহৌবা হায়বদু শিব, ঐ ইতোমতা ঙাইহৌই, অতোপ্পা কনাগুম্বা অমা ফাওবা লৈহৌদ্রে। মতম অদুদা বেদশিং অমসুং শ্রুতিনচিংবসি ময়েক মঙানা শাবা পঞ্চাক্ষব মন্ত্রদা চংদুনা লৈখিবম্মী, মখোয়দি মাংবা লৈতে। ঐগী শক্তিনা মখোয়বু ঙাক্কুনা থম্লম্মী। ব্রহ্মানা প্রলয়গী মতুংদা লোক অহুম অসি অমুক শেম্লিংলম্মী। মহাক্কী শক্তিনা লৈশেম খুংশেম্বগী থবক অসি পায়খৎপা ঙম্লক্রবা কালদা হে মহাদেব, হে মহেশ্বব শক্তি পীনবিয়ু হায়না ঐবু কৌবক্লম্মী। মহাক্না অসুম্না হাযজবক্লবদা ঐহাক্না ঐগী ইমায মঙা অসিনা ব্রহ্মাদা পঞ্চাক্ষব মন্ত্র অসি কামশিল্লম্মী। ব্রহ্মানা মাগী মমায় মঙানা মন্ত্র অদু লৌশিল্লম্মী। মন্ত্র মশামক শিবমক্নি হায়বসি ব্রহ্মানা খঙলম্মী। হে নিংথিবী লেমজববী ইবেম্মা, লোক অহুম্না খুকম্নবিবা শিব অদু ব্বাহৈ মঙাগী মনুংদ য়াওবিবা আত্মা অদুমক্নি। ময়েক মঙানা শাবা মন্ত্র অসিমক শিব মশামক্নি। মন্ত্র অসিগী আত্মন অসি শিব-না ওই। মন্ত্র অসিদা যাওবিবা ব্বাহৈ খব অসি চংখোল্লবা অর্থনা থল্লা যাওই। মসি বেদশিংগী মচি ওইবা শকক্না তাশিল্লগা ওইবনি। মসিবু বীজমন্ত্র কৌই। বিদ্যাশিংগী হৌবকফম মকনি। মন্ত্র অসি চিন্না ইবায় লায়না শোনবা য়াবা চীং লেম্বা অহানবা মন্ত্রনি। মন্ত্র অসি শোল্লগা অনিংবা পূম্বা লোয়না ফংগনি। য়াম্না কুপ্পা অর্থনা থল্লা য়াওবা শেংলবা সনা খোংনাং পাম্বীগী মব্দগুম্বনি। গুন অহুমগী ব্বাংমদা লৈবা বেদগী মশকগুম্বনি। পুমখঙ খঙবা ভগবান, পূম্নমকপু তৌবিবা মহাক অদুনি। 'ওঁ' হায়বসি হায়বিবা মন্ত্র অসিনা ওই। 'ওঁ' গী মনুংদা মফম খুদিং শিনবা থুংনা শিব-না চংলগা লৈ। ময়েক মঙানা শাবা মন্ত্র অসিনা শিব-গী হকচাং ওই। মন্ত্র অসি শিব-গী খোম্থাংনি। ভগবানগী মচিন্দগী ইহান হান্না খোক্লকপা ব্বাহৈ নত্রগা

খোম্বাংনি। মসিদগী খুৎশেমগী শকওংসি চোংথোক্লকই। বেদশিং অমসুং শিব আগমনচিংবদদি মন্ত্র অসি ছদাক্ষব ওই। অদুবু অশেংবা থবক থৌবমগীদমক মন্ত্র অসি পঞ্চাক্ষব ওই। কনাগুম্বা অমনা মন্ত্র অসিবু মাগী থম্মোয়নুংদা থম্লবদি মহাক্না বেদ পূম্নমক নৈনববা, অশেংবা ব্রাবী কয়ামকম তাববা, থবক খুদিংমক পাংথোক্লবা হায়বদু ওইবে। প্রনব অমসুং ময়েক মঙানা শাবা মন্ত্র অসি ঐগী থম্মোয়নুংদা লৈ। অবোনবা হায়দুনা লৈবিবা অদুদগী খ্বায়দগী অবোনবা অচৌবা হায়বদু মন্ত্র অসিনা ওই। মসিনা অথোইব' জ্ঞান মুক্তি ফংনবা ওইবি। মন্ত্র কযামকম লৈববসু শিব-না শোনবা অশেংবা মন্ত্র অসিগা মান্নবা অমা লৈতে হায। মন্ত্র অসি মহামন্ত্রনি; শক্তি ময়াম্না তুংলগা লৈ।

মন্ত্র অসিগী ঋষিনা বামদেবনি, ছন্দনা পঙ্কতিনি। মন্ত্র অসিগী দেবতানা শিব ঐনা ওই, হে মাযথোং চংখোল্লবী ইবেম্ম, "ন" নচিংবনা বীজশিং ওই, মখোয়না ভূত মঙাগী শকওংনি, নহাক্না মন্ত্র অসিগী শক্তিনি।

"নমঃ শিবায়" গী মনুংদা য়াওবিবা "ন" গী মচুনা নাপুনি, মসিগী হৌবকফম্না নোংপোক থংবা মায়দগীনি। ইন্দ্রনা দেবতানি, গায়ত্রীনা ছন্দনি অদুগা গৌতম্না ঋষিনি।

"মঃ" ময়েকগী মচুনা অমুবনি, মসিগী হৌবকফম্না মখা থংবা মায়দগীনি, ছন্দনা অনুষ্টুপনি, ঋষিনা অত্রি, রুদ্রনা দেবতানি।

"শি" গী মচুনা মৈখু মচুনি; মসিগী হৌবকফম্না নোংচুপ থংবা মায়নি, ঋষিনা বিশ্বামিত্রনি, ছন্দনা "ত্রিষ্টুপ" অদুগা দেবতানা বিষ্ণুনি।

"ব" গী মচুনা সনা মচুনি, হৌবকপনা অব্রাংথংবা মায়দগীনি, দেবতানা ব্রহ্মানি, ছন্দনা বৃহতী, অদুগা ঋষিনা অঙ্গিবসনি।

"য়" ময়েক্কী মচুনা অঙাংবনি, মাগী হৌবকফম্না নোংথক লোমদা ওনখৎপা মায়দগীনি, ছন্দনা বিবাটনি, ঋষিনা ভবদ্বাজ, স্কন্দনা দেবতানি।

অতোপ্পা লাইবিক্তা পঞ্চাক্ষব মন্ত্রগী মতাংদা অসুম্না হায়বি– যজুব বেদগী মনুংদা "নমশ শিবায়ঃ" অমসুং শিব পঞ্চাক্ষব মন্ত্রনা অৱাংবা থাক্তা লৈ। মন্ত্র ক্রোব তবেংলোম লৈবগী মনুংদা পঞ্চাক্ষব মন্ত্রনা খ্বায়দগী মগুণ লৈ হায়। পঞ্চাক্ষব অসি ভগবান নটবাজগী হকচাংনি। মন্ত্র অসিগী মনুংদা ভগবান শঙ্কব লৈ। "নমঃ শিবায়গী মমাংদা "ওঁ" হাপচিল্লবদি ছদাক্ষব (ময়েক তকল্লা শাবা) মন্ত্র ওইবকই। "ওঁ নমো মহাদেবায়" অসিনা ময়েক নীপান্না শাবা অষ্টাক্ষব মন্ত্রনি। পঞ্চাক্ষব মখল তকক শুই। মদুদিঃ– স্থূল পঞ্চাক্ষব (নমশ শিবায়ঃ), সুক্ষ্ম পঞ্চাক্ষব (শিবায় নমঃ), কাবণ পঞ্চাক্ষব (শিবায় শিব) মহা কাবণ পঞ্চাক্ষব (শিবায়), মহা মনু নত্রগা মৃক্তি পঞ্চাক্ষব (শি)। "নমঃ" হায়বনা ঙকনোনবা খুকল্পবু খঙনৈ। "শিবায নমঃ" হায়বগনা ভগবান শঙ্কবদা খুকমজববু খঙনৈ। জীবনা হকচাং কয়াৎ অমা মাগী ওইনা হেক ফংজবকপদগী হৌবগা ভগবান শিব-গী মনাই ওইবকই। "নমঃ" না জীবাত্মা খঙনৈ। "শিব" না পবমাত্মা খঙনৈ। "অয" না "এক্যম" খঙনৈ হায়বদি জীবাত্মাসি পবমাত্মাগী মশক্লি হায়বা তাকই। অদুনা "শিবায় নমঃ" হায়বসি মহাবাক্য "তৎত্বম অসি" হায়বা জীবাত্মাগা পবমাত্মাগা মশক অমত্তনি হায়না খঙনবা অদুগা চপ মান্নৈ। প্রনব "ওঁ" হায়বসিনা ফৌগী মপালগী কুয়োম অদুনি অদুগা পঞ্চাক্ষবনা মনুংদা ওইবিবা চেংগী মশক্লি। প্রনব, পঞ্চাক্ষব অমত্তনি। ময়েক মঙা অসিনা শিবগী পঞ্চকৃত্যশিং হায়বদি সৃষ্টি, সংহাব, তিবোধান অমসুং অনুগ্রহবু খঙনৈ। অদুগা পঞ্চভূত মঙাবুসু খঙনৈ। "ন" না তিবোধান, "ম" না মালা (শেংদবা), "শি" না ভগবান শঙ্কব, "ব" না অকন শক্তি অদুগা "য়" না জীবাত্মাবু মথং-মনাও নাইনা খঙনৈ। অদুগা "ন" না অমুক পৃথিবীগা ব্রহ্মগা তিনশিন্নবা; "ম" না ঈশিংগা বিষ্ণুগা তিনশিন্নবা, "শি" না মৈগা কদ্রগা তিনশিন্নবা, "ব" না বায়ুগা মহেশ্ববগা তিনশিন্নবা, "য়" না অতিয়াগা সদা শিবগা তিনশিন্নববু খঙনৈ।

"নমশ শিবায়ঃ" অমসুং পঞ্চাক্ষব মন্ত্রনা শিবগী হকচাংগী মশক্তি হায়দুনা মথক্তা পঞ্জখ্রে। মন্ত্র অসিদা য়াওবিবা অক্ষবশিং অসিনা শিবগী হকচাংগী কয়াৎশিং ওই হায়বদি অসুম্না উৎলিঃ–

১। "ন" – শিবগী মৈ পায়বিবা খুৎ পৃথিবীগা ব্রহ্মাগা তিন্নবগী মশক্তি হায়বা তাকই। "ন" না ভগবানগী অফ-ফত্ত খন্দোক খঞ্জিন তৌনবগী শক্তিনি, জীববু তাইবংপানগী মায়কৈদা মায় ওনহল্লি।

২। "ম" – মুয়লক কৌবা হিংচাববু নেৎশিন্দুনা থল্লিবা মখোং অদু ওই। ঈশিংগা বিষ্ণুগা পুনশিন্নদুনা লৈবগী শকওংনি। "ম" না সংসাবগী পোকপা শিবগী চক্রগী মনুংদা জীববু পুন্দুনা থল্লীবা অদু খঙনৈ।

৩। "শি" – ডমরু পায়বিবা খুৎ অদুনি। "শি" না মৈগা রুদ্রগা পুন্না লৈবগী মশক অদুনি। "শি" না ভগবান শঙ্কবগী স্বরূপনি।

৪। "ব" – খুৎ য়েৎ অমসুং ওই হাই-হুল্লিবদুনি হায়বা তাকই। বায়ু অমসুং মহেশ্বব অনীগী অপুনবা শকওংনি। "ব" না শিবগী থৌজালবু খঙনৈ।

৫। "য়" – শিবগী অভয় মূদ্রা উৎলিবা খুৎ অদুবু খঙনৈ। অকাশগা সদা শিবগা তিনশিন্নবগী শকওং অদুবু খঙনৈ; জীববুসু খঙনৈ। "য়" না থবায়বু খঙনৈ।

থবায়না "ন" অমসুং "ম" দা লুপশিন্দুনা লৈকববদি মহাক মায়া সংসাবগী ঈপাক্তা লুপ্তুনা লৈ। অদুগা থবায় মহাক্লা "ব" দা মায় ওনশিল্লবদি শিব-বোমদা খোঙ থাংশিল্লি। (লোর্ড শিব অ্যাণ্ড হিজ বার্শিপ-স্বামী শিবানন্দ)।

## মহা মৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র

ওঁ ত্র্যম্বকং যজামহে সুগন্ধিং পুষ্টিবর্দ্ধনম্।
উর্ব্বারুকমিব বন্ধনান্মৃ ত্যোর্মুক্ষীয় মাহমৃতাৎ।

হায়বা মহা মৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র অসি ভগবান শঙ্করগী মন্ত্রনি। অশিববু জয় তৌনবা খুৎলাইনি। মন্ত্র অসিগী অর্থ অসুম্না হল্লি—

ঐখোয়না মমিৎ অহুম পানবা (ভগবান শঙ্কর), নুংশিবা মনম্না হাববা, জীবশিংবু নিংথিনা য়োকপী থাকপিবিবা মহাকপু খুরুমজবি, থবীনা মাগী মবিদা নপশিল্লগা লৈবন্নদগী তত্তনা তাবকপগুম সংসাবগী অপুনবদগী অমসুং অশিবদগী নাম্থোকপিহল্লকউ, শিদবা পীনবিয়ু।

মন্ত্র অসি শোনবনা মীওইবদা অসুক্কী মতিক কান্নবা ফংহল্লি। অশি-অনা নংদনা হিংদুনা লৈহল্লি। হৌজিক্কী মতম হিংবদা যাম্না লুববা মীশি মীনাগী থৌদোক নুমিৎ খুদিংগী থোক্লবা মতম অসিদা অচৌবা খুৎলাই অমা ওইবি। লীম্না চিকপদগী, ব্রজ তাবদগী, গাড়ীগী খুদোংথিবা, মৈগী খুদোংথিবা, সাইকলগী খুদোংথিবা, ঈশিংগী খুদোংথিবা, নুংশিৎকী খুদোংথিবা, খুদোংথিবা হায়দুনা লৈবিবা কয়াদগী মন্ত্র অসিনা ঙাকথোকপা ঙম্মী। মসিদসু নত্তনা মন্ত্র অসিনা লাইনা তিলনা কয়াদগীসু কনবা ঙম্মী। মাইবশিংনা লায়েংবা ঙম্মবোই হায়না খুৎ থাববা অনাবা কয়াবুসু মন্ত্র অসি থাজবগা লোয়নবা পূক্লিং হকচাং য়াওনা শোল্লবদি ফৈ হায়। মসি লাইনা কয়া ঙাকথোক্লবা খুৎলাইনি। হায়বিবা অসিদা নত্তনা মোক্ষ ফংননবগী মন্ত্র অমসুনি। মন্ত্র অসিনা পূক্নি নুংশাংনা হিংবা, শান্তি ফংবা, লন-থুম, মচাক-মবল চাওখৎপা, নুংঙাই য়াইফনা পানবা, অপেনবা ফাওবা অমসুং মোক্ষ ফংহল্লি।

ঐগী ইপোক নুমিৎ জন্ম তিথি তাবদা মন্ত্র অসি লাখ অমা, ঙমদ্রগনা লীশীং য়াঙ্খ্রে শোনগনি, হবন পাঙথোক্কনি। সাধুশিং, লাইববশিং অমসুং

অশোন-অনাশিংবু পীজ পীথক্কনি। মসিনা পৃঙ্গি তোলোয়বা, লন-থুম চাওখৎপা ফংহল্লি।

মহা মৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র কবিনো হায়বগী মতাংদা খবা নৈনজখ্রে। মন্ত্র অসিদা য়াওবিবা শব্দশিংগী নুংগী ওইবা মতাংদা খবা অমুক নৈনজগে। মন্ত্রগী অসিগী অহৌবদা য়াওবিবা প্রনব "ওঁ" গী মবমদা অখঙবা খবদং পঞ্জগে। "ওঁ" গী মতাংদা মথক্কী হৌখিবা অধ্যায়শিংদা খবা নৈনজখ্রে। খব অমসু অমুক নিংশিংজগে। "ওঁ" গী মবমদা ঙাংবা হায়বসি অবাইবা নত্তে। অৰুবা বিষযনি। লাই অমসুং ঋষিশিং ফাওবনসু 'ওঁ' কবিনো হায়বা খঙবা ঙমদে। আদিশেষ, উমানচিংবনা ফাওবা ওঁ গী মশক মুন্না খঙদে হায়। মমাংঙৈদা ব্রহ্মা কৌব লাই, মহাক্কী মচিন্দগী 'ওঁ' থোক্লকই হায়বিবা অদুসু "ওঁ" গী অর্থ চুম্না হনবা ঙমদে হায়দুনা কার্ত্তিকেয়না মঙোন্দা ইকায়বা পিখি। কার্ত্তিকেয়না ব্রহ্মাবু মাগী-আশ্রমদা পুন্দুনা থমখি। বিষ্ণুনা খান্না ফাওবা য়াখিদে। শিবনা কৈলাশদগী লেংলক্লগা ব্রহ্মাবু থাদোকহনখি। শিবনা হঙুদা ব্রহ্মানা লৌবিবা ওঁ গী অর্থ অদু হংলম্মী। মদুদা কার্ত্তিকেযনা নোক্রেম হাইগেম্লগা শিবদা হাযবম্মী— ঐহাকপু গুরুনি হায়না লৌববদি 'ওঁ' গী অর্থ তাক্কনি। শিবনা মচানা হাযবিবা অদুদা য়াবম্মী। নুমিৎ অদুদগী কার্ত্তিকেযনা স্বামীনাথন হায়বা মিংথোল অদু ফংখিবম্মী। মপাদা 'ওঁ' গী অর্থ তাক্লম্মী। কার্ত্তিকেযবু শিবনা মহাক্কী গুরুনি হায়না লৌবম্মী।

ওঁ অসি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অমসুং দেবীগী শকওং উৎপা অমসুং খোম্বাং লোয়নবা মন্ত্রনি। 'ওঁ' পরব্রহ্মনি। সচ্চিদানন্দনি; একনামনি, এক অক্ষরনি। 'ওঁ' মাংবা লৈত্রবা অক্ষরনি। 'ওঁ' দা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি তুংদুনা লৈ। 'ওঁ' দা জীবনা লেংলি, 'ওঁ' দা জীবনা পোত্থাবি। 'ওঁ' দা জীবনা হিংলি। শিববা কান্দসু 'ওঁ' দা হনখিগনি। 'ওঁ' দা সংসারগী শকওং মীওইবনা থিবি। 'ওঁ' শব্দগী শক্তিনি; থরায় পানবশিংগী থরায়নি; ব্রহ্মনি, নির্গুণ, নিরাকারনি, অমরনি, পূম্নমক্কী হৌবকফম্নি। বেদশিংগী যোনিনি,

লোল পূন্নমক্কী মমানি। ত্রিগুণ ব্রহ্মাণ্ড 'ওঁ' দা থুপখিগনি। পোৎশক পূন্নমক 'ওঁ' দা চংদুনা লৈ। জীবগী থম্মোয় লকানুংদা লোৎতুনা লৈবিবা ব্রহ্ম অদু 'ওঁ' নি। 'ওঁ' ধর্ম্ম পূন্নমক্কী অমসুং শাস্ত্র পূন্নমক্কী হৌবকফম্নি। বিষ্ণুগী খোঙ্থাংশিং, ঋক, সাম অমসুং যজুব মন্ত্রশিংনা পুনশিন্নবা 'ওঁ' গী মশক্তি। (বায়ু পুবাণ ২০। ১৬। ৭)। ওঁ-কাব হায়বসি লোক অহুমগী অপুনবা শকওংনি। 'ওঁ' গী কোক্লা স্বর্গনা ওই। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পুম্বসি "ওঁ" নি। মসি ব্রহ্মাগী লোকনি। (বায়ু ২০। ১৬। ১০)। মাত্রাশিংগী লোকনা রুদ্র লোকনি। অদুম ওইনমক "অ" মতোমতনা শিব লোক ওই। (বায়ু ২০। ১৬। ১১)।

মথংদা মন্ত্র অসিগী মনুংদা য়াওবিবা 'ত্র্যম্বকং" গী অর্থদা লাকচগে। "এ্যম্বকং" গী অকুপ্পা অর্থদি হৌখিবা অধ্যায়গী মনুং চনবা "ত্র্যম্বকং শিব" হায়বদুদা পীজখ্রে। হৌজিক অমুক কনাগুম্বনা "ত্র্যম্বকং" গী অর্থবু অসুম্না হল্লি– "ত্রয়নং অম্বকং" হায়বদি মবোল অহুমগী মপু; "ত্রয়নং" হায়বদি মবোল অহুম, অদুগা "অম্বকং" হায়বনা মবোল অহুমগী মপুবুসু খঙনৈ। মবোল অহুম হায়বদি ঐখোয়না লৈবিবা পৃথিবী, পৃথিবী অমসুং নুমিৎকা অনীগী মবক্তা লৈবা অহাংবা মালাং (অন্তরিক্ষ) গী শকক অমসুং স্বর্গবু খঙনৈ। অসি নত্তবা পৃথিবী, স্বর্গ অমসুং পাতাল হায়বা লোক অহুম অসিবুসু খঙনৈ। মথংদা "যজামহে" গী অর্থদা লাকচগে। "যাজমহে" হায়বসি "সেবামহে" হায়নসু খঙনৈ। "সেবা মহে" হায়বদি ঈশ্বরগী সেবা তৌজবা, খুরুমজববুসু খঙনৈ। ব্রাহ্মে অসিদা য়াওবিবা "মহে" অসিনা মৃত্যুঞ্জয় নত্রগা অশিববু মাংহনববুসু খঙনৈ। অদুনা "যজামহে" হায়বা ব্রাহ্মে অসি মফম অসিদা য়াম্না মকওইবা ব্রাহ্মে ওই। মথংদা "সুগন্ধিং" গী অর্থ তৌজগে। "সুগন্ধিং" হায়বা ব্রাহ্মে অসি লৈগী লৈনম নুংশিবা অদুবু খঙনৈ। কবিগীদমক ভগবানবু "সুগন্ধিং" হায়কবিবনো? লাইবমল্লেনগী ওইবা নুংশিবা মনম চেল্লি হায়কবগী মবমদি ইবুংঙো মঙোল্দা মপুং ফাববা গুণ অমসুং বস কয়ানা তিন্দুনা লৈ হায়বা তাকপনি হায়না মহীধর কৌবা

অমনা মহাক্কী মতৌ পী। অতোপ্পা মবম অমনা লৈগী নুংশিবা মনমগা ঈশ্বরগী কৃপাগা পাংথক্কি হায়বা প্রমাণ পিবি। অথাপ্পা মফমদা লৈশাং তন্নিবা নুংশিবা লৈগী লৈনম মালংবনা মফম খুদিং, শিনবা থুংনা হুমদুনা পুই। জীবশিংদা নুংশিবা মনম যেন্‌বী। অশোংবা জঙ্গলগী মনুংদা হৌবিবা যা-চন্দন পাম্বীগী নুংশিবা মনম মফম খুদিং শিনবা থুংনা য়ৌই। ঈশ্বরগী কৃপাদি ইবুংঙো মহাকপু মতম পুম্বদা নির্দ্দিষ্টশিংদা, তুম্বা হিপ্পা, চবা থাক্তনা নিংজবিবা ভক্তগী লৈব, খুত্তোক কম্পবর এনাইগী মফমদা অথাপ্পা, অনাকপগী হিংবা লৈতবা পকপা অদু মশাইগী মথক্তা অদুম ফংহনবি। অথাপ্পদা শাংপা লৈবা লৈনম মফম খুদিং শিনবা থুংনা য়ৌবগুম ইবুংঙো মহাক্কী কৃপাসু মশাইগী খরবা লৈইরবা ... শাংলবা থবো, থম্বালনা অথাপ্পদা লৈতুরবসু মহুৎকী মবুংঙোগী অমসুং নুমিত্তগী থক মখোয়না লাপথোক্তুনা লৈরাংই। মতম পুম্নমক্তা মখোয়না মবুংঙোতকী নিংদুনা লৈ। অদুতনা মবম ওইবগী থৌনা, থম্বালনা মবুংঙোগী কৃপা মতম পুম্নমক্তা ফংদুনতা লৈ। মবম ত্র্যম্বকসনগী ''সুগন্ধিং'' গা ভগবানগী কৃপাগা অমত্তনি হায়বা তাক্লি। ''পুষ্টিবর্দ্ধনম'' হায়বনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু শেম্বীবা, পালনসু তৌবিবা, মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈবিবা অমসুং জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিদা লৈবিবা জীবশিংবু অবাংবা খুঙম পিবিবা অদুবু তাকই। ''বন্ধনাত'' হায়বনা ''মহৈ-ত্রুলী'' হায়বা খঙনৈ। মখোক হায়বিবসি থবীগী মখোক অমসুং মায়াগী খৌরিবনি হায়বা তাকই। ''উর্ব্বারুকম'' হায়বা ব্রাহৈ অসিনা থবীবু খঙনৈ। ''ইব'' না 'মায়না' খঙনৈ। ''মৃত্যুব'' হায়বগা ''অশিবদগী'' হায়বা তাকই। ''মুক্ষীয'' হায়বগা নাপ্পোকপা, মনিং মথা তম্বা খঙনৈ। ''অমৃতাৎ'' হায়বনা ''অমর'' ওইবদগী; অদুগা ''মা'' না ''নত্তে'' হায়বদি থাযদোকপিগনু হায়বনি। ব্রাহৈ অপুনবা ''উর্ব্বারুকমিব বন্ধনান্মৃত্যোর্মুক্ষীয মাহমৃতাৎ'' গী অপুনবা অর্থনা অসিবু খঙনৈ— থবী অমবু মবিনা ফাজিন্দুনা থম্মী। মতৌ অদুগুম্না মীওইবা অমসুং অতৈ জীবশিংসু মায়া সংসারগী থৌবীনা পূর্ণশিন্দুনা থম্মী। থবীনা মখোক্তগী তত্তুনা তাবগা মনিং তম্বা

ফংই। মতৌ অদুগুম্না জগৎ সংসাব অসিদা লৈবিবা জীবশিংনা মায়াগী থৌবীদগী নাম্থোক্লগা অবানবা খুভম ফংদুনা ব্রহ্মানন্দগী নুংঙাইবদু ফংজবা ওন্মী। মায়াগী থৌবী হায়বদি অপাম্বগী থৌবীবু খঙনৈ। সংসাবিক ওইবা অপাম্বা অসি লৈতবা কান্দা মহাক মায়াগী থৌবীদগী তৎলে, মনিং মখা তম্বা ওমলে। মৃত্যু লোক অসিদা অমুক হয়া লাক্লনা পোক্লববোই। মহাক্কী মমিংবু "মূক্ত' হায়না খঙনবে। মন্ত্র অসিদা থবীগা মীওইবগা চাংদমুবি। থবীবু তৎহন্দনা থল্লিবা মহাক্কী মবি অদুগা সংসাবগী মাযাগী থৌবীগা অমুক চাংদমুবি। মীওইববু সংসাবগী মাযাগী থৌবীনা পুন্দুনা থন্মী। মতম পূম্নমক্তা 'ঐগী', 'মাগী' হায়বা ব্রাখল গ্রাওদুনা লৈ। মহাক্কী পুন্সিগী লোযবমদাই মতম য়ৌবক্লবা ফাওবদা 'ঐগী' হায়বা ব্রাখল অসি থাদোকপা ওমদে। কনাগুম্বনা ঈশ্বরদা বতি লৈজবা কাংবুনা কর্ম্মজ্ঞান অমসুং প্রেম ভক্তিনা অপাম্ববু মাংহল্লগা মাযাগী থৌবী অসিদগী নাম্থোক্লবা হোংনৈ। গুরু কৃপা লাক্লবা কান্দতা মখোয়না সংসাবগী মায়াগী থৌবী অসি থদংলগা নাম্থোকপা ওমখি। মখোয়গী হৌবকফম অদুদা অমুক হনখি। মতম অদুদা মশাবু অমসুং ভগবানবু মশক খঙবা হায়বদু ওইখি। মবিদগী থবীনা তৎলগা লৈবাক্তা তাবা হায়বসি জীবনা মাযাগী থৌবীদগী নাম্থোক্লগা অবানবা খুভম ফংখিবা, পামজবা লোক অদুদা লৈখিববুনি। পিল্লিবা থবীদি তক্তুনা লৈবাক্তা মতোমতা কয়া তাগন্দে। কনাগুম্বনা শোকলুববা কান্দতা মবিদগী তক্তুনা লৈবাক্তা তাগল্লি। অদুম ওইনমক থবী অদু মপুং মবৈ ফাবক্লবা, মশাগী অকম্বগী চাংনা হেল্লক্লবা কান্দতা মবিদগী তক্তুনা মতোমতা লৈবাক্তা তাজবকই। মপুং ফানা লিববা থবী অসিগা ঈশ্বরগী কৃপা ফংজববা, সিদ্ধ ওইববা কাংবুশিং অদুগা মান্নে হায়না চাংদমুবি। ভগবানগী কৃপা ফংলবা কাংবুশিং অসিদি মায়া সংসাবগী মনুংদা বন্দিগী শকওংগুম্না লৈববসু নাম্থোক্তুনা চৎখিবা ওন্মী। নুংগী ওইবা ব্রাখল অসিদা লাক্লগদি অশিবদগী নাম্থোকহনবিয়ু হায়না মহাদেবগী মফমদা খুকমজবগী ব্রাফম য়াওবিবা অসি সংসাবিক ওইবা পুন্সিদগী নাম্থোকহনবীয়ু হায়না খুরুম্বনি হায়না লৌগনি।

অশিবদগী নাম্বোকখিববু অমব ওইবা কৌই। মোক্ষ অমসুং অমব নুংগী অর্থদদি অমত্তনি।

মন্ত্র অসি অশিবদগী ঙাকথোক্নবা অমসুং মোক্ষ ফংনবা হোৎনবদা চংবা মন্ত্রনি। মন্ত্র অসি শোল্লগা নুংঙাই-য়াইফবা, মবন-মথুম লৈবা, ব্রাৎত-পাদবা অমসুং সংসাবগী ওইবা নুংঙাইবদু ফংবা ঙম্মী। পোকপা, শিবগী চক্রদগী নাম্বোক্নবা হোৎনবিবা, সংসাব অসিদা জীব ওইনা অমুক হন্না পোকচনবোই হায়না নিংবা কাংবুশিংনা মন্ত্র অসি শোল্লি। হিংনবগী পৃক্সিদা পোৎশক মরী থক ফংনা মথেয়গী পম্বুংর্ফম্লি হায়না খনবা কাংবুশিংনসু পোৎশকশিং অদু ফংনবা হোৎনবদা মন্ত্র অসি অদুম জপ তৌই। মথোয়না ফংগে তাক্লিবা পোৎশক মরী অদুদি অসিনি - ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ। 'ধর্ম্মগী অর্থ য়াম্না পাক চাওই। নৈনবদা মফম য়াম্না চাওনা কনশিনখ্রগনি। শাস্ত্রগী, চৎনবীগী নিযম ঙাক্না চৎপা অদুসু ধর্ম্মনি। ইশাগী ইথৌ পাংথোকপা অসিশু ধর্ম্মনি। 'অর্থ' হায়বগা লন তানশিনববু খঙনৈ। লন তানাশিনবা হাযবসিদা নত্তবা উপায় শিজিন্নদুনা ধর্ম্ম অমসুং চৎনবোম্না যাদবা মওংদা লন তানশিনববুদি খঙনদে। 'কাম' হায়বগা কবিবু খঙনবগে ') অপাম্ব পোৎশক অদু ফংলগা মদুদগী নুংঙাইবা ফংববু 'কাম' নি হায়না লৌনৈ। 'মোক্ষ' না নির্বান পোকপা, শিবদগী মনিং মথা তম্ববু খঙনৈ। ধর্ম্মগী সম্প্রদায খেন্নবগী মতুংইন্না মোক্ষগী নুংগী ওইবা অর্থসু অদুম তোঙান-তোঙাল্লি। পোৎশক মরী অসিবু শাস্ত্রনা "পুরুষার্থ" হায়না খঙনৈ। গৌডীয় বৈষ্ণবশিংনা পোৎশক মরী অসিগী মথক্তা অতোপ্পা পোৎশক অমা অমুক হাপচিল্লগা পোৎশক মঙানা পূনশিল্লগা মথোয়গী হিংনবগী পৃক্সিগী পম্বুংফম ওইহল্লে। অতোপ্পা পোৎশক অমা হাপচিল্লকলিবা অদুদি "প্রেম" হাযনা খঙনৈ। "প্রেম" হায়বদি ঈশ্ববু নুংশিবা হায়বনি। অসুম্না "পুরুষার্থ" বু গৌডীয় বৈষ্ণবশিংগী মত মতুংইন্না পোৎশক মঙানা শাহল্লি। মঙা অসিবু মীওইবনা ফংগে তান্নবিবনি। (জীব গোস্বামীগী তত্ত্ব সন্দর্ভ)। পবব্রহ্মগী মশক ওইবা শিববু ভক্তগী অনিংবা

থুংহনবিবা, পূজি তোল্লোয়বা পীবিবা, মচাক-মবল পীনবিবা অমসুং আধ্যাত্মিকগী মঙাল পীবিবা ওইনসু ধ্যান তৌনৈ।

মন্ত্র অসি বাজসনেয়ি সংহিতা ৩। ৬ দগীনি। যজ্ঞগী মতমদা অশিবগী হকচাং পোলাংনা শীংথক্তা তাদুনা লৈববা কান্দা ইমুংগী অরা মৈশা লাংলিবা, খায়না মৈখু খুবিবশিংনা মৈকোয়বা মতমদা মন্ত্র অসি শোল্লবদি হকচাং পোলাং থাদোক্লন্নগা চৎখ্রবা জীবশিংদা অবানবা খুভম ফংহল্লি। আহবনিয় যজ্ঞগী শীংনা পৈখত্তুনা লৈববা কান্দা যজমান অদুনা যজ্ঞগী অকোয়বদা পবিক্রম চৎলগা মন্ত্র অসি হন্না হন্না শোনগনি হায়। যজমান অদুগী হেক মথংদা ইমুং অদুগী নৌনা ইনখৎলকলিবী, ময়ুম মকৈ পাঙ্গন্দ্রিবী কুমাবীশিংনা মন্ত্র অসি হন্না হন্না শোনগনি হায়। মন্ত্র অদু শোনবা কান্দা মখোয়না পুষ্টি বর্দ্ধনম হায়বগী মহুত্তা পতি দেবনম হায়না শোনগনি হায়। অর্থদি ইপুবোয়বা অফবা ফংহনবিয়ু হায়বনি। মতাং অসিদা থবীনা মবিদগী তত্তুনা তাখিবা অদু প্রমাণগী মশক ওইনা রাফম অসিদা অমুক পুশিল্লকই। শুভ বিবাহগী মতমদা কন্যাদান ফংজখ্রবী কনাগুম্বী নুপীমচানা মপা-মমা, মবুং মৌপ্বা, শাগৈ-নাতৈ, কৈবোয লৈকায় পুম্নমকপু হুন্দোক্লন্নগা মপুবোইবগী ময়ুমদা চৎকিবসি থবীনা মখোক্তগী তৎলগা লৈবাক্তা তাখিবগা পাংখক্লি হায়না প্রমাণ পীবি। মমা, মপা অমসুং মবুং মৌপ্বাদগী মখোয়না খায়নবা তাববসু নৌনা ফংজবীবা অফবা মপুবোইবা অদুদগীদি অমুক খায়নহনবিগনু হায়না শিবগী মফমদা খুকমজবিবনি হায়বা খঙহল্লি। (মহানাবায়নোপনিষদ সেকশন য়াৎথ্রে তক্কশুবা)। কনাগুম্বা মী অমনা নাবিবা ফমুংদা য়াতাদুনা লৈবিবা অমগী মনাক্তা ফন্নগা মন্ত্র অসি হন্না হন্না শোল্লবদি অশিববু জয় তৌবা ঙম্মী, অনাবদগী থুনা ফগৎলকপা ঙম্মী হায়। মন্ত্র অসি লম্বী লমখাং চৎপদা শোল্লবদি লমহাং-তুহাংদা শিদে। স্বামীশিংনা রেলগাড়ী অমসুং এরোপ্লেননচিংবা তোংদুনা চৎপা মতমদা মহামৃত্যুঞ্জয় মন্ত্র অসি শোল্লি হায়। মন্ত্র অসি যজ্ঞগী হোম পীবা মতমদসু শোন্নে। পূজা সামগ্রীনচিংবা তোৎলগা চেং থোইদিংগা লোয়নানা

বিল্বপত্রশিং অদু মৈদা ১০৮ লক মহাম্যৃঞ্জয় মন্ত্র অসিগা লোয়ননা শোল্লগা কংকনি। অসিদা নত্তনা শিবগী অভিষেকমগী মতমদসু মন্ত্র অসি অদুম শোন্নৈ। মন্ত্রশিংগী মনুংদা মহামৃত্যুঞ্জয় মন্ত্রগুম শক্তি লৈবা য়াওদে হায়।



## মাপলগুবা অধ্যায়

# শিব রাত্রি

### শিব রাত্রিগা মরী লৈনবা ৱারী খরা

শিব রাত্রি হায়বগা শিবগী অহিংবু খঙনৈ। মহাশিববাত্রি হায়বগা শিবগী খ্বায়দগী শেংলবা নুমিৎপু খঙনৈ। মহা শিববাত্রি অসি মহৌশানা ফাইবেল (ফেব্রুযাবী মার্চ) থাগী শিথবকপা তবাহুমদোইনি পানবা কৃষ্ণ ত্রয়োদশীদা তাই। অদুবু গোস্বামীগী মোৎ চৎপা মণিপুবদদি ফাইবেনগী শিগদৌবা নোংমা ৱাৎলিঙৈ, কৃষ্ণ চতুর্দশীদা তাই। নুমিৎ অসিবু শিব চতুর্দশী হায়না খঙনৈ। শিব বাত্রিদা শিব ভক্তশিংনা পূং কুনমবী চুপ্পা চবা হেন্দুনা চাদ-থক্তনা অহিং চুপ্পা তুমদনা শিবদা ধ্যান তৌদুনা লৈ। শিব বাত্রি নুমিত্তঃ ব্রত তৌবগা কবি কান্নগদৌবিবনো; শিব বাত্রিগী মগুণ কবিনো হায়বসিগী মতাংদনি ঐনা খজিক্তং নিংশিংজনিংলিবসি। ৱাবী অসিগা মবি লৈনবিবদি মহাভারতকী মনুংদা শান্তি পর্ব্বগী মতাংদা তেলগী শৈজাদা য়াতাবিবা ভীষ্মনা ধর্ম্মগী মতাং ঙাংলকপদা নিংথৌ চিত্রভানুনা কবিগীদমক মহা শিব বাত্রি পালন তৌবিবনো হায়বগী ৱাফম নিংশিংলকই। নোংমগী নুমিৎ মহাশিব রাত্রি তাবা অমদা ঋষি অষ্টবক্রনা ইক্ষ্বাকু শাগৈদা পোকপা জম্বুদীপগী নিংথৌ চিত্রভানুগী কোনুংদা লাক্লম্মী। নুমিৎ অদু মহাশিববাত্রি ওইবনা নিংথৌ চিত্রভানু অমসুং মাগী মহাবানীদি চবা হেন্দুনা লৈবম্মী। ঋষি অষ্টবক্রনা চিত্রভানুদা কবিগীদমক নুমিৎ অদুদা চবা হেল্লিবনো হায়দুনা হংলম্মী। মতম অদুদা চিত্রভানুনা মাগী হৌখিবা পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোকশিং অদু নিংশিংলম্মী অদুগা ঋষিদা নুমিৎ অদুদা মহাক্লা কবিগীদমক চবা হেল্লিবনো হায়বগী মরম তাক্লম্মী। চিত্রভানুনা হায়বম্মী "হৌখিবা

ঐগী পূন্সিদা সুম্বব কৌবা শাদানবা অমা ওইনা পোক্লম্মী। উচেক ব্রায়া অমসুং শা-ঙা হাংলগা মদু য়োনবদগী ফংলকপা লিকোল খুজিংনা ঐগী জীবিকা ওইবম্মী। নোংমদি ঐনা জঙ্গলদা শা তানবা চংলম্মী। খঙহৌদনা মমশিল্লকম্মী। ঐহাক য়ুমলোমদা হনবা ঙম্লমদ্রে, উপায় লৈত্রদুনা অহিং অদু হবিখাগোক মথক্তা কাখৎলগা লেপ্লম্মী। নুমিৎ অদুদা শজি অমা ঐনা হাংলম্মী। অদুবু অমম্বদা পুবদি ঙম্লমদ্রে। অহিং অদু অবাম খৌবাংবনা কনমনখ্রদুনা তুম্বা য়াবমদে। য়ুমদা লৈহৌবিবা অঙাংশিং অমসুং ঐগী নুপীনা ঐনা হল্লকপা ঙাইবমগনি অমসুং চাল্লিংঙাই থকনিংঙাই লৈবন্নবোই খনবদা ঐনা কপ্লম্মী। তৌনিংঙাই উপায় লৈত্রদুনা অসুম্মা খল্ল খল্লগা ঐহাক্তা হবি খাগোক মনা তেক্ল-হেক্লগা মখাদা থাদবম্মী। নোংদম্বনা অসুম থোকউ হায়বনা হবিখাগোক অদুগী মখোঙদা শিব লিঙ্গ অমা ফাওবম্মী; লিঙ্গগী কোকথক্তা ঐগী মিৎকী পি মবীক মবীক অমসুং হবিখাগোক মনাশিং তাখিবম্মী। নোংঙাল্লে, ঐ য়ুমদা হল্লম্মী। শজি অদু য়োম্থোক্লম্মী। মদুদগী ফংলকপা পযশানা ঐগী ইমুং মনুংগী চানবা চীঞাক লৈবম্মী। অসুম্মা নোংমগী চবা ফংলদুনা চাগদবগী থৌবাং তৌবিঙে মতমদা শক খঙদবা মীওই অমা লাক্লগা চানবা নিবম্মী। ঐনা অহানবদা মহাকপু পীজবম্মী অমসুং সেবা তৌবম্মী; অদুগী তুংদা ঐনা চাবম্মী। ঐগী শিবমদায় মতমদা ভগবান শঙ্করনা মনাই অনীখক থাবক্লম্মী। ঐবু কৈলাশতা পুবীবম্মী। মতম কুইনা কৈলাশতা লৈবম্মী। মতুংদা চিত্রভানু ওইনা পোক্লকই। ঐনা শিব বাত্রি নুমিত্তা চবা হেন্দুনা, অহিং তুমদনা লৈবা, বেল পত্র অমসুং ঐগী মিৎকী পীনা শিব লিঙ্গগী কোকথক্তা তাখিবগী মহৈনা ঐনা শিব লোক ফংবা ঙমখ্রিবনি। শিব বাত্রি ব্রতগী মহৈ অসুক্কী মতিক চাওখ্রে। তশেংবদি ঐ নুমিৎ অদু শিব বাত্রিগী নুমিৎনি হায়বা খঙলমদে। (লোর্ড শিব অ্যাণ্ড হিজ ৱার্শিপ)

ৱাবী অসিগা য়াম্না মান্নবা অমসু লৈবি। মালেম অসি লৈশেম খুৎশেম্বা লোইববদা শিব অমসুং পার্ব্বতীনা কৈলাশ চীংজাওগী মথক্তা লৈরম্মী।

পার্ব্বতীনা খঙনিংবনা হেল্লদুনা শিবদা নোংমা হংলম্মী। নগুণ চাওবা, ইকায় খুম্নবগী মশক ওইববা হে ইবুংঙো, সংসাব অসিদা লৈবিবা জীবশিংনা ইবুংঙোগী পেন্নবগীদমকনি হায়দুনা ঈড়াৎ পূজা কয়া তৌবিবসিগী মনুংদা কবস্বা মখলগী ঈড়াৎ থৌনিনা ইবুংঙোনা খ্বায়দগী হেন্না পাম্না নৌবিবগে অমসুং মদু তৌবগা পেনবিবগে হায়বদু ননাইদা তাকপীয়ু। শিবনা পার্ব্বতী য়েংদুনা হাযবম্মী– ইবেম্মা, কনাগুম্বা অমনা শিব বাত্রিগী নুমিত্তা (ফালগুন থাগী কৃষ্ণ ত্রয়োদশীগী অহিং) পূঙ কুনমবী চুপ্পা চাদ থঞনা, অহিং তুমদনা অহানবা প্রহব (পূঙ অহুম/অহুম কান্নবগা শাবা) দা শঙ্গোম অনৌবা, অনীশুবা প্রহবদা শঙ্গোম অফম্বা, অহুমশুবা প্রহবদা ঘী অমসুং মবীশুবা প্রহবদা খোইহীনা শিব লিঙ্গবু অভিষেক তৌবা অমসুং বেল পত্রনা কোকথক্তা কৎপা অসিদগী হেন্না ঐনা নুংশিজবা অমসুং পামজবা সংসাব অসিদা লৈতে। শিব বাত্রিগী নোংঙাল্লগা উৎসব কৎতুনা ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণবনচিংবা প্রসাদী ফংহনগনি অমসুং অঙম্বা দান তৌগনি। ঐহাক ব্রাবী অমা লীগে মুন্না তাও। মমাংঙৈদা বাবানসী হায়বা মফম অদুদা শাদানবা অমা লৈবম্মী। মহাক্লা নোংমা বন্দা শাদানবা চৎলম্মী। খঙহৌদনা মমশিল্লক্লম্মী। মমশিল্লকপদগী মযুমদা হনবা ঙম্মমদে। উপায় লৈত্রদুনা মহাক্লা উ অমগী মথক্তা কাখৎলগা মহাক্লা ফাবকপা উচেক-ব্রায়াশিং অদু উ অদুদা পুনশিল্লগা অহিং অদু উথক্তা লেক্লম্মী। মহাক্লা উ অদুগী মথক্তা ফম্নগা মশা মবেং অদু লেংবদা মনা কেল্লম্মী। মনাশিং অদুনা উখোং অদুগী মখাদা লৈবিবা শিব লিঙ্গদা তাবম্মী। অহিংগী লিক্লানা মশাদগী চেন্থখিদুনা লিঙ্গগী মথক্তা তপ তপ তাবম্মী। শাদানবনদি খঙম্নমদে, অহিং অদু শিব রাত্রিগী অহিংনি অদুগা উপাল অদুনা হবি খাগোক পাম্বী ওইরম্মী।

শাদানবা অদু নোংঙাল্লগা মযুমদা হনখিরম্মী। মতম খব লৈবগা মহাক নাবম্মী। মহাক্কী থরায়দু লৌননবগীদমক যম্না মনাই অনীখক থারক্লম্মী। মখোয়না শাদানবগী থরায় অদু যমালয়দা পুগদবগী কন্না লাক্লরম্মী। মতম অদুদা শিবগী মনাইনা শাদানবগী থরায় অদু পীযু হায়বা

য়াবমদে। শিবগী মনাইগা যমগী মনাইগা কন্না লাক্ল ফানবন্মী। মমৈথংদা শিবগী মনাইনা ঙমদুনা শাদানবগী থৱায় অদু শিবগী নাক্তা য়ৌহল্লন্মী। মদুদা যমনা কৈলাসতা লাক্লুনা শিবদা অশিবগী থৱায় পীয়ু হায়না নিবন্মী। নন্দিনা শিব রাত্রিগী মহিমা যমদা লিবন্মী— কনাগুম্বা অমনা শিব রাত্রি নুমিত্তা চবা হেল্লগা অহিং তুমদনা শিবগী কোকথক্তা বেল কৎলবদি মহাক যমগী লৈবাক্তা চৎপগী দবকাব লৈত্রে। শিব লোক্তা অশিবগী থৱায় অদু শোয়দনমক চৎকনি, অশিবদগী নাহোক্কনি। শাদানবা নুপা অসিনা নুমিৎ অদু শিব রাত্রিনি হাযবা খঙলমদে। অদুবু মহাক্না তুমদ হিগুনা নুমিৎ অদু চবা হেল্লন্মী অদুগা মহাক্না শিবগী লিঙ্গ মথক্তা হবি থাগোক মনা কৎলন্মী। অদুনা মহাক্না যমগী লৈবাক্তা চৎত্রিবনি। মসিনি শিব রাত্রিগী মগুণ। পার্ব্বতীনা ৱাৰী অদু তাবদা য়াম্না নুঙাইবন্মী অমসুং শিব রাত্রিগী মগুণ পার্ব্বতীনা দেবশিং অমসুং ঋষিশিংদা লিবন্মী। মথংদা মখোয়না অমুক শিব রাত্রিগী মহিমা অদু দেশ দেশশিংদা শন্দোক্লন্মী। শিব রাত্রি নুমিত্তা শিবনা পার্ব্বতী লুহোংই হায়। (হিন্দু ফাষ্ট অ্যাণ্ড ফেষ্টিভেল) শিব রাত্রিগী তিথি অসি ফাল্গুণগী কৃষ্ণ ত্রয়োদশীদা তাবগী ৱাফম "লোর্ড শিব অ্যাণ্ড হিজ ৱার্শিপ" দা উবা ফংই। অদুগা "হিন্দু ফাষ্ট অ্যাণ্ড ফেষ্টিভেল" দদি কৃষ্ণ ত্রয়োদশী নত্রগা কৃষ্ণ চতুর্দশী হায়। অগ্নি পুৰাণ ১৯৩। ১-৬, কোটিরুদ্র সংহিতা ৩৯। ৩ অমসুং স্কণ্ড পুৰাণ ৩৩। ৮২।-৮৩ দদি শিব রাত্রি অসি ফাল্গুণ (ফেব্রয়ারী/মার্চ) গী কৃষ্ণপক্ষগী চর্তুদশীগী অহিংদা পালন তৌবগী ৱাফম পল্লি।

শিব রাত্রি ব্রতগী ৱাৰী অসি পুৰাণ অমদা হায়বগা অতোপ্পা পুরাণ অমদা হায়বগা থৱ থর খেন্নবা চৎলি। শিব পুৰানগী মনুংদা ওইবা শিবরাত্রিগী ৱারীদি য়াম্না কুপ্পী, মপুং ফায়।

ৱাৰীদি অসিনি— শাদানবা অদুগী মপা-মমা অমসুং মাগী নুপীনা মপুক লাম্বনা লোয়রে মখোয়গী অৱাম খৌবাংবদগী কোক্লবা উপায় থিবিয়ু

হায়ববদা শাদানবনা লীকং তেন্দোং য়ান্দুনা জঙ্গলদা শা তানবা চংখিবন্মী। নুমিং অদু শিব বাত্রিগী অহিংনি। মহাক্তি শিব বাত্রি নুমিংনি হায়বা খঙলমদে। মহাক্লা জঙ্গলগী মনুংদা মফম শিনবা থুংনা শা থিবা কোয়চং চংলন্মী। অদুবু মহাক্কী লাইবক্লা অসুম থোকউ হায়বনা নুমিং অদুদদি মহাক্লা শা অমা ফাওবা থেংনদ্রে। মতম্না থেংজিল্লকপনা নুমিং তাগ্রে। মহাক তৌফম খঙলমদে, ব্রাবন্মী। মহাক্লা ব্রাবগী মবমদি অসিনি— নুমিংসু খঙতা তাশিনগ্রে, মমশিনগ্রে। হৌজিকপু ঐনা শা অমা ফাওবা ফাদনা য়ুমদা হল্লগা ঐগী মপুক লামহৌববা নোংমগী চবা নামা চাবা ফংদদুনা লৈহৌরবা ইপা-ইমা অমসুং ঐগী নুপীনা কবি খল্লমগনি, মখোয়গী মতৌ ঐনা কবম্না য়েংগনি। অসুম্না খল খল্লদুনা মহাক্লা পৃত্রি অমগী মনাক তান্না লাক্লন্মী। পৃত্রি অদু তাবা লম্বী অমদা লেপ্লগা ব্রাখল তৌবক্লন্মী— মফম অসিদদি শোয়দনা শা পুত্রিদা ঈশিং থকপা লাক্লনি। অসি খন্ন খন্ন অসুম লাক্লগা পুত্রি মপান্দা হৌবা হবিখাগোক পাম্বী অমগী মথক্তা ঈশিং খবগা লোয়নবগা কাখংলন্মী। অদুগা উশা অমগী মথক্তা ফন্নন্মী। ফঙ পুবাণদা হায়বনা ঈশিং অদু করম্না মহাক্লা তেন্দোংদা হাপ্লগা পুখংলন্মী হায়। মহাক্লা উথক্তা ফন্নগা শা লাকপা ঙাইদুনা লৈবন্মী।

অহিং অদুগী অহানবা প্রহবদা মপুক লাম্নবা শক্তি অমোম অমা কিথি কিরুম্না চোংল-ফম্নদুনা পৃত্রি অদুগী মনাক তম্না লাক্লন্মী। মদু উবদা শাদানবা অদুনা লীবিদা তেঙ্গা থোংলগা শক্তি অদুদা নিশান তমদুনা লৈবন্মী। মহাক্লা অসুম্না তৌবদা মখুত্তগী ঈশিং খবা নিকথোক্লনা বিল্ব মনাগা লোয়ননা মখাদা তাখিবন্মী। উ অদুগী মখাদা শিব লিঙ্গ অমা ফাওদুনা লৈবন্মী। মসিনা মহাক্কী অহানবা প্রহবগী শিব পূজা তৌবা হায়বদু ওইবন্মী। মসিগী ফলনা মহাক্কী পাপ কোকখিবন্মী। শাদানবগী লেংবা খোংপগী মখোল অদু তাবদা শক্তি অমোম অদু অসুক্কী মতিক কিখিবন্মী। শাদানবা অদু উবদা পাখংলন্মী। মহাক্লা অসুম্না হায়রন্মী— হে শাদানবা, নংনা ঐবু হাংকদবগী তৌরিবদু করিগীনো? ঐঙোন্দা অচুম্বা অদু হায়বিয়ু। শক্তি অমোমগী মবা অদু তারগা

শাদানবনা হায়বম্মী— ঐগী ইমুংশিং ঙসিদি লোয়না চবা হেল্লে, নহাক হাংলগা মখোয়গী অবাম খৌবাংবদু কোক্লগদৌবিবনি। অসিগুম্বা মিনুংশি খঙদবা ব্রা শাদানবগী মচিন্দগী তাবদা শক্তি অমোম্না খল্লম্মী হৌজিক অসি ঐগী কবি তৌনিংঙাই উপায় লৈবি, কদায়দা চেল্লগা ঐ হিংগনি। অসুম্না খল্লুবগা মমৈথংদা শাদানববু নমথাক তৌগে হায়না খল্লদুনা অসুম্না হায়বক্লম্মী— নহাক্লা হায়বিবিবশি ঐগীদি য়াম্না লাইবক ফবনি। ঐগী পাপ চেল্লবা শাদোং অসি নঙোন্দা কংথোক্লগা ঐনা পূণ্যগী মহৈ কয়ামযুম ফংলকনি? কনাগুম্বা উপায় লৈজদ্রবা অমদা মতেং পাংলুবদগী ফংলকপা পূণ্যগী মগুণদি চহী চামা চংনা থাদুনসু লোয়বা নাইবোই। অদুবু ঐগী অপিকপা ইচাশিং বন্দা লৈহৌবি। মখোয় ঐগী ইনাও নুপীদা, ইপুবোইবদা শিন্নবল্লগা ঐ অমুক শোয়দনা লাক্কে, ঐ মিনম্বা ব্রা ঙাংদে, তশেংনা অচুম্বা হায়বনি। অচুম্বনা পৃথিবীনা মবা চেংনা লৈ, অচুম্বনা সমূদ্রনা ফীভম চেংনা তাহাদনা লৈ; অচুম্বনা ঈশিংগী ঈচেন্না ঈংনা তপ্না চেল্লি; অচুম্বনা যুমফম ওইবগা পূম্নমক লৈবি। শক্তি অমোম্না অসুম্না হায়জববা ফাওবদা শাদানবনা ময়াবিবক্লবদা শক্তি অমোম্না মখা তানা অসুম্না অমুক হায়বকই— হে শাদানবা তাও, ঐ ব্রা হায়গে। ঐনা ব্রাশক্লনা হায়বিবসিনি, ঐনা যুম য়ৌকবগা শোয়দনা অমুক থুনা হল্লক্কনি। ঐনা কবিগুম্বা হল্লক্তবা খোক্লবদি অসিগুম্বা মীশিং অসিনা ফংখিবা পাপকী মপৈনা ইশা পূম্বা থুংনা তৈবা ওইসনু। মীশিং অদুদি বেদশিং য়োনবা ব্রাহ্মিণ, সন্ধ্যা খুকমদবা মহাক, মপুবোইবশিংগী য়াথংশিং হিক্তোক্লনা চংপী অমসুং মশাগী অনিংবা মতুংইন্না মখল মখাগী পূজানচিংবা তৌবা নুপীশিং, খৌজাল হৈতবা মী, শিব-বু তাথি তাওইনা তৌবা, অতোপ্পবু থিনা লাক্লবিবা মহাক, ধর্ম্ম কায়বা মী, থাজবা মাংহল্লবা মী, অতোপ্পবু নমথাক তৌবা মী। শাদানবা অদুনা শক্তি অমোম্না হায়বিবদু থাজবম্মী অদুনা মহাকপু মযুমদা হল্লো হায়রম্মী। শক্তি অমোম অদুনা নুংঙাইবম্মী। মহাক্লা ঈশিং থক্লগা মাগী অচিকপা মফমদা লৈবা মযুম তান্না চংখিরম্মী। মতাং অসিদা আইংগী অহানবা প্রহরগী

অবোইবা মতম ওইরম্মী। শাদানবা অদুদি মীৎনা কুপ্না অমগী মতম ফাওবা মমিং উইশিনখিবমদে।

শক্তি অমোম অদুনা মহল্লক্ত্রবদা মাগা পোকমিন্নবী মচে, মচল থোকপী শক্তি অদুনা কবি থোক্লমগদবনো নিংজিং মাংজিননা মহাকপু থীবা লাক্লম্মী। মহাকসু য়াম্না থৌবাংবা পোক্লম্মী। শক্তি অমোম অদু হেক উবদা শাদানবা অদু লিবিদা তেঙ্গা থোংলগা শক্তি অদু কাপকে হায়দুনা নিশান তম্লম্মী। মমাংগী মতৌগুম্না ঈশিং অমসুং বিল্ব মনাশিং শিব লিঙ্গগী মথক্তা তাখিবম্মী। অসুম্না থোকউ হায়না তমখিবদগী মদুনা শিব বাত্রিগী অনীশুবা প্রহবগী শিব পূজা তৌবা ওইখ্রে। শাদানবা অদু মশাদা নুংঙাইবা ফাওবক্লম্মী। শক্তি অমোম অদুনা শাদানবা অদুদা হংলম্মী— নহাক কবি তৌবিবনো ” শাদানবা অদুনা মহৌশাগী মতৌগুম খুম্লম্মী। মদু তাবদা শক্তি অমোম অদুনা হায়বক্লম্মী— হে শাদানবা তাও, ঐগীদি লাইবক ফববনি; পোকচমনগী মহৈ য়াম্লবনি। ঐগী মাংখ্রগদবা হকচাং অসি নঙোন্দা কৎথোক্লগা সেবা ফংজবা হায়বসি ঐগীদি য়াম্না ফববনি। অদুবু য়ুমদা ঐগী অপীকপা শক্তি মচাশিং লৈহৌবি। মখোয়বু ঐগী ইপুবোইবদা শিন্নবন্নগা ঐ থুনা য়াংনা অমুক লাক্কে। শাদানবা অদুনা হায়বম্মী, নহাক্লা হায়বদুদা ঐহাক য়াবা ঙমদে, চিংনগনু, ঐনা নংবু হৌজিকমক শোয়দনা হাৎলগনি। শাদানবগী অসিগুম্বা ৱাঙাং অসি তাবগা শক্তি অমোম অদুনা শিব পম্না ৱাশক্লদুনা হায়বম্মী— হে শাদানবা তাও, ঐ ৱা হায়গে। কনাগুম্বা অমনা মহাক্লা হায়খিবা জবান অদু শোয়ববদি মহাক্লা তৌখিবা অফবা কম্মগী মহৈ পূম্বা মাংই। ঐনা কবিগুম্না হল্লক্তবা থোক্লবদি অসিগুম্বা মীওইশিং অদুনা ফংগদবা পাপশিং অদু ঐ ফংগে। কবম কবম্না মীওইগী মশকনো হায়বা তাক্লকপদা মখোয়শিং অসিবু পল্লি। মদুদি চৎনবী নিয়ম, বিধিগী মতুংইন্না লুহোংদুনা লৌরবা নুপীবু হন্দোক্লন্নগা অতোপ্পা নুপীগা পান্নদুনা লৈববা, বেদনা হায়বা ৱা অদু লৌদ্রগা মহাক্লা থোকপা অমা তৌদুনা মাগী অনিংবা অমগী মতুংইন্না চৎলবা, বিষ্ণুবু লূনা খল্লগা শিববুনা থওইদ্রবা, শূন্য তিঠি তাবদা মমা-

মপাগী ক্ষয়াঃ বিধিশিং পাংথোকপা অমসুং অশোকপগী চৈথেং ফংদুনা লৈববা ফাওবদা ইকায়বা অমুক পীবিবা হায়বিবা মীওইশিং অসিনা ফংগদবা পাপশিং অদু মহাক লোয়না পুজগে হায়দুনা শাদানবদা হায়জরম্মী। মদু তাববদা শাদানবা অদুনা শজি অমোম অদুদা চংলো হায়রম্মী। শজি অমোম্না য়াম্না নুংঙাইনা ঈশিং থক্লগা ময়ুমদা হনখিবম্মী। হায়বিবা মতম অসিদা অনীশুবা প্রহবগী মতম লোয়ম্রে। শাদানবনা অনীশুবা প্রহরগী মতম ফাওবা শুকতুম তুমদনা লৈবম্মী।

অহুমশুবা প্রহব চংলক্লবা মতমদা শজি লাবা অদুনা পৃত্রি তম্না লাকপা লম্বী অদুদা অসুম লাক্লম্মী। পৃক্লিংদা নুংশা থিবগা লোয়ননা শজি অমোম অদুবু থিবা লাক্লম্মী। মদু উবদা শাদানবনা নুংঙাইবম্মী। মহাক্লা তেন কাপকে হায়দুনা শজিদা নিশান তম্নম্মী। মহাক্লা অসুম্না লিবিদা তেঙ্গা থোংদুনা কাপকে তৌবশিদা মহাক্কী ঙহাল মপোক্কী প্রাববধ কম্মগী ফলনা বিল্ব মনাশিং শিব লিঙ্গগী মথক্তা তাবম্মী। অসুম্না তৌবা অসিনা মবম ওইবগা অহিং অদুগী অহুমশুবা প্রহবগী শিব পূজা তৌবা ওইম্রে। শিবগী থৌজালগী মবিক্লা খিকপিবে। শাদানবগী লেংবা খোংপগী মখোল অদু তাবদা শজি লাবা অদুনা শাদানবদা য়েংলগা নহাক্লা তৌবিবদু কবিনো হায়না হংলম্মী। মদুদা শাদানবনা খুন্নম্মী— ঐগী চবা নামা চাবা ফংহৌদ্রবা ইমুং-মনুংগী অবাম্বা অদু কোকনবা নহাকপু হাংকে থৌবাংলিবনি। মদু তাবদা শজি লাবা অদু নুংঙাইবম্মী অদুগা শাদানবা অদুদা অসুম্না হায়বম্মী— ঐসি নোয় পেল্লবনি, নহাক্কী ইমুং মনুংগী অবাম থৌবাংবা খিবিক মতিক চানা কোকহনবা ঙন্নগনি। মী মহাক অদুগী মশানা কনাগুম্বা অমগী কান্নবা মতেং পাংবা ঙমদ্রবদি মহাক্কী থবক খুদিংমক অবেম্বা ওই। কনাগুম্বা অমনা মহাক্লা তৌবা ঙম্বা থবক্তা অতোপ্পগী মতেং পাংবিদ্রবদি মহাক্লা তৌরুবা অফবা থবক্কী মহৈ পূম্বা অবেম্বদা মাংই। শিববা মতুংদা মহাক নবক্তা তাগনি। ঐনা ঐগী পিক্লিবা ইচাশিং অদু মমাদা শিন্নকখিগে, মখোয়বু থেমজিল্লুখিগে অদুগা শোয়দনা ঐ অমুক লাকে। শজি লাবা অদুনা অসুম্না

হায়জবক্লবদা শাদানবা অদু পুমঙক ঙক্লম্মী। মহাক্কী পাপকী অকম্বা পোংলুম অদু কোক্লদুনা অমসুং অমোংপা পূক্লিং অদু শেংলক্লদুনা মহাক্লা শক্তি লাবদা হায়বম্মী— কবম্না তৌবিবনো অবাকপা শক্তি খুদিংমক লৌনম নমথাক তৌদুনা ৱাশক্লন্নগা অমত্তা হল্লকপদি লৈতে। নহাকসু হৌজিক ৱাবে; ওইদবা হায়বল্লগা নহাক হৌজিক নয়ুমদা চৎনিংলে। ঐগী ইমুংদি কবি চাদুনা হিংউ হায়বগে ? মদু তাবগা শক্তি লাবা অদুনা হায়বম্মী— তাও, হে শাদানবা, ঐ শুগায়না হায়গে। ঐ মিনম্বা ৱা খক ঙাংখিদ্রি। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পূম্বসি অচৎপা, চত্তবা হায়দুনা লৈবিবা খিবিক্লা মবা তপ্পা লৈবিবসি অচুম্বা হায়বা অদুননি। চুমদবা মহাক্কী পুণ্য ফলদি খুদক্তা শৌদোক্লুনা মাঙখি। হে শাদানবা! অমুক্তা তপথকো, ঐগী থম্মোয় শেংনা ৱাশকলিবা অসি তাখো। ঐনা কবিগুম্বা মফম অসিদা হল্লক্তবা তাববদি অসিগুম্বা মখলগী পাপকী থবকশিং তৌকবগী মহৈশিং অদু ঐ ফংজগে। মখোয়শিং অদুদি— অমম-অঙান শিন্নবা সন্ধ্যাগী মতমদা নুপা-নুপী হকতিন্নবা, শিব বাত্রি নুমিত্তা চাক চাবা, মিনমদুনা ৱাশকপা, মকপকী ফগুবু মরলগুম শিজিন্নথোকপা, সন্ধ্যা খুকম্বা থৌওইদবা, মচিন্দা শিবগী নাম শোন্দবা, মতেং পাংবা ঙম্বা মতেং পাংদবা, পর্ব তাবা নুমিৎশিংদা যুবী খায়বা, চাহৈদবা চীঞ্জাক চাবা, শিব পূজা তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা নত্রগা ভস্ম তৈদ্রিঙৈগী মমাংদা চাক চাবা। মসি তাববা মতুংদা শাদানবা অদুনা শক্তি লাবা অদুবু মযুমদা হনখ্রো, অদুগা থুনা য়াংনা অমুক হল্লকউ হায়রম্মী। শক্তি লাবা অদুনা ঈশিং থক্লগা চৎখিবম্মী।

শাদানবগী মফমদা থাজবা থমদুনা ৱাশকলুববা শা পূম্নমক লোয়না হল্লক্লুনা মযুমদা লৈববে। মখোয় মশেল ৱারী পূম্নমক লিনদুনা লোয়না খণ্ডনরে। মখোয়না শক্লবা ৱাশকশিং অদু ঙাক্তবা য়াদে হায়দুনা শাদানবগী মফমদা মখোয় অমুক চৎপা হায়না লেপ্পরে। মখোয়না শক্তি মচাশিং অদুবু নখোয় নুংঙাইতবা তৌগনু হায়না থেমজিল্লম্মী। মখোয়না চৎপা তারবদা শক্তি অমোম অহল ওইববী অদুনা মপুরোইবদা য়েংলগা হায়বম্মী— হে

ইবুংঙো; নহাক য়াওদনা করম্না পিক্লিবা শক্তি মচাশিং অসিনা হিংদুনা লৈবা ঙমগনি। অহানবদা ব্রাশকলুবিবদি ঐহাক্তি, ঐহাক্না হান্না চংফম থোকই নহাক নচাশিং অসিগা লৈমিন্নহৌ। শক্তি অমোমগী ব্রা অদু তারগা শক্তি লাবা অদুনা হায়বম্মী— মচা য়োকপা অমসুং মখোয়বু য়েংশিন খোংচিনবীবা হায়বসি মমাগী থবকনি। অদুনা নমা নচা নখোয় লৈহৌ, ঐ চংলগে হায়রম্মী। মদু তাববদা খব নহা ওইবা শক্তি অমোম অদুনা হায়বম্মী— ঐদি নংগী ননাইনি। অদুনা ঐ চংকে। নহাক মফম অসিদা লৈহৌ। শক্তি অমোম অনী অদুনা মপুবোইবনা হায়রিবদু অচুম্বা নত্তে, য়াফম থোক্তে হায়না খল্লদুনা মপুবোইবদা হায়বম্মী— লুখ্রাবী ওইববগী পূক্তি মবেল অসি মীংচং-থীনঙাইগী মশক্তি। মখোয় পূম্নমক্না মচাশিংবু থেমজিল্লম্মী। মখোয়বু যুমলোয়বশিংদা শিন্নবল্লগা শাদানবগী মনাক তান্না চংখিবম্মী। মদু উবদা শক্তি মচাশিং অদুসু লাইবক্না অসুম থোকউ হায়বদু ফবে হায়না খল্লগা মমা-মপাগী মতুংইল্লক্লম্মী। মদু উবদা শাদানবা অদুনা হবাওবদুনা লীকংদা তেঙ্গা থোংলম্মী। ঈশিং অমসুং বেল পত্রশিং শিবগী মথক্তা অমুক তাবম্মী। শিব বাত্রিগী মবীশুবা প্রহবগী পূজা অদু পাঙথোকপ্রে। মিংনা কুপ্পা অমগী মনুংদা শাদানবগী মশাদা পক্লম্বা পাপকী মপৈ অদু উং ওনখিবম্মী। অহল ওইববী শক্তি অমোম, নহা ওইবিবী শক্তি অমসুং শক্তি লাবনচিংবনা পুন্না হায়বম্মী— হে মতিক চাওববা শাদানবা, ঐখোয়গী দেহ অসি মথৌ মপুং ফাহল্লু। ঐখোয়বু থৌজানবিয়ু। মখোযগী মব্রা মখোল তাবদা শাদানবা অদু পুংঙক ঙক্লম্মী। শিব খুকমজবগী শক্তিনা মী অতৈনা ফংদবা জ্ঞান শাদানবনা ফংখিবম্মী। শক্তিশিং অসিসু কৃপা ফংলবা কাংবু মখোয়গী মশাদা জ্ঞান হায়বদু ব্রাংলবসু মখোয়না মখোয়গী হকচাংশিংবু মীগী কান্নবগীদমক কংথোকপা ঙম্মী। মীওইনা পোকপগী ঐ কবি কান্নবিবগে; ঐগী ইশা নোয় পেন্নবগীদমক ঐনা অতোপ্পবু ওং নৈবী। ঐনা পাপকী কম্মশিং তৌবগা ইমুং মনুং থাকলি। ওঙ্কোকপনি। ঐনা তৌরিবা পাপকী থবকশিং অসিনা মরম ওইরগা কবি হায়না লাইবক্না তন্নমগদবগে। ঐনা হেক

পোক্লকপদগী হৌবদুনা পাপগী থবক ঙাক্তা তৌদুনা লাকই। ঐগী পম্ভুংফম কবিনা ওইগদৌবিবনো? পৃস্নি অসি খল্লুবগা নুংঙাইতে। চিন্তা তৌনিংঙাই মশক্লি। মপুং ফাবা জ্ঞান ফংলদুনা শাদানবা অদুনা চিংথোক্লুববা তেঙ্গে অদু তেন্দোংদা অমুক হঞ্জিনখিবন্মী অদুগা শজিশিং অদুদা হায়বন্মী— হে মতিক চাওববা শজিশা! নখোয় লোয়না থৌজাল ফংলবনি, নয়ুমদা তেক্ত-কায়দনা যৌরো। শাদানবা অদুনা অসি হায়বা মতমদা শিবনা নুংঙাইবন্মী। মহাক্কী রূপ পূন্য চেনবশিংনা খুকয়ফম ওইবা অদু লৌবগা চোংথোক্লন্মী। থৌজানবীবগা লোয়ননা শাদানববু নানবিবগা শিবনা নুংশিনা অসুম্না হায়বন্মী- হে শাদানবা! নহাক্কী অসিগুম্বা ব্রত অসিদা ঐ পেল্লে। নহাক্লা করি বব পাম্বগে ঐঙোন্দগী নিজহৌবো। শিবগী মূর্ত্তি অদু উবদা শাদানবদু মিংনা কুপ্পদা মুক্তি ফংলন্মী। মহাক্লা শিবগী চবন থম্বালদা তুবগা হায়জবন্মী— ইবুংঙো, ঐ কবিসু নিজনিংঙাই লৈত্রে, পূম্নমক লোযনা হৌজিক ফংজবে। শিবনা থম্মোয় পেল্লদুনা 'গুহ' হায়বা মিং অসি থোনবীবন্মী। থৌজালগী মিংয়েং য়েংবিবগা লাইগী ওইবা বব অমা পীবিবন্মী। নহাক্কী কোনুং শৃঙ্গবেবপুবদা ওইয়ু। নুংঙাইনা মফম অদুদা লৈবগা অনিংবা খুদিং থুংজক। নহাক্কী শাগৈ নাতৈ পূম্বা নুংঙাই য়াইফনা, অৱা-অনা নংদনা লৈবা ওইয়ু। হে শাদানবা! ভগবান রামনা নংবু থাগৎলগনি, লাইয়াম পূম্নমক নংগী য়ুমদা লাক্লগনি। মহাক্লা নংগা চাবৌ যৌবৌনগনি। ঐগী ভক্তশিংগা তিন্নবগা নহাক্লা ঐগী সেবাদা পূক্লিং লুপলবগনি অদুগা মী অতৈনা ফংবা ঙমদবা তাংলবা মুক্তিগী মখল অদু ফংবা ঙমলগনি।

সৃত্তনা মতাং অসিদা হায়বন্মী— শাদানবদা নত্তনা শজিশিং অদুসু শিববু দর্শন হেক ফংজবা মতমদা শিববু খুকমজবন্মী অদুগা মখোয়গী শক্তি ওইনা পোকপা মপোক্তগী অরানবা খুভম ফংখিরন্মী। মখোয়না দৈবীক ওইবা শকওংশিং ফংলগা নুংশিংবকী দোলায় তোংলগা কাখৎখিরন্মী। শিবদর্শন হেক ফংজরুবদা শাপ্তগী কোকখিরন্মী অদুগা মখোয়না স্বর্গ য়ৌখিরন্মী।

শিবনা অর্বুদ চীংজাওদা ব্যাঘেশ্বর ওইনা লৈম্লে। হায়রিবা লিঙ্গ অসি দর্শন তৌবা অমসুং খুকমজবদা সংসারগী নুংঙাই য়াইফবা অমসুং মুক্তি ফংবা পীনবি। নুমিৎ অদুদগী হৌবদুনা শাদানবা অদুনা দেবতাগী নুংঙাইবা ফংলে, ঈশ্বরগী থৌজাল্দগী সায়ুজ্য হায়বা মুক্তি অদু ফংদুনা শিব-দা তিনশিনবা ঙমখ্রে। শাদানবা অদুনা শিব রাত্রি নুমিৎনি হায়বা শুকখঙ খঙলদুনা ফিতম্না য়াদবদগী শিব রাত্রিগী নুমিত্তা চবা হেল্লুবদগী সায়ুজ্য হায়বা অথোইবা মুক্তি মখল অদু ফংখি। ভক্তিগা লোয়ননা শিবদা চংজরক্লিবশিং অদুদি শিব-গা মশক থেন্নবা লৈবরোই। (কোটিরুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ৪০। ৯৭)।

(খঙজিনগদবা– শৃঙ্গবেরপুর হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা খঙনবিবা সিঙ্গরৌর হায়বা এলাহাবাদগী অৱাং নোংচুপ্তা মাইল ২২ লাপ্না চংলগা গঙ্গাগী ওইথংবা তোর্ব্বাল্দা লৈবা সহর, কোসল অমসুং ভিল দেশগী ঙমখৈ তাইনবদা লৈবদু খঙনৈ। –কোটিরুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ৪০)

অর্বুদ হায়বসিনা হৌজিক্কী মতমগী অবু হায়না খঙনবা ভারতকী নোংচুপ থংবা সমুদ্র খোংবান্দা লৈবা অশেংবা চীং রাজপুতনাগী মনুংদা লৈবা সিরোহি হায়বা লম অদুগী মনাক্তা লৈবদু খঙনৈ। (শতরুদ্র সংহিতা, অধ্যায় ২৮)।

## শিব রাত্রিগী নুংগী ওইবা য়াখল

শিব রাত্রি হায়রগা শিবগী অহিং হায়ববু খঙনৈ। শিবগী অহিং হায়বদি থা খুদিংগী থানা লোংমা নোংমগী অসুম শিথরক্লনা থাশি (অমাবস্যা) ওইগদৌবা নোংমা রাংলিঙৈ কুনমাপন পানবা কৃষ্ণ চতুর্দশীগী অহিংবু শিব চতুর্দশি হায়না খঙনৈ। থা খুদিংগী হায়রিবা কৃষ্ণ চতুর্দশী অসি শিব রাত্রিনি। অহিং অসিদসু শিব রাত্রি পূজা তৌনৈ। খ্বায়না খঙনবা অথোইবা শিব রাত্রি মহা শিব রাত্রি ওইবা অদুদি ফাইরেনগী কুনমাপন্নি পানবা কৃষ্ণ

চর্তুদশীগী অহিং অসিবু খঙনৈ। (অগ্নিপুরাণ ১৯৩। ১-৬, কোটিরুদ্র সংহিতা ৩৯। ৩ স্কন্দ পুরাণ ৩৩। ৮২-৮৩) করিগীদমক নুমিৎ অসিদা শিব রাত্রি তারিবনো হায়বগী নুংগী অমসুং মপালগী ওইবা মরম অনী লৈরি।

নুংগী ওইবা মরমদি মীওইবগী পূক্লিংগা থা-গা য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈ। মবমদি পূক্লিং পুরিবা দেবতাসি থা-না ওই। থাগী শকওং অসি অহোংবা নাই, অবেম্না লৈতে। থাগী মশাদা অমুক শিথবকপা অমুক পানখৎলকপা নাই। মীওইবগী পূক্লিংসু থা-গী মতৌগুম্না অবেম্না লৈতে, অহোংবা নাই। পূর্ণিমা মতুং থা-না শিথরকপা মঙাল শামলকপা মতমদা মীওইবগী পূক্লিং রাখলসু শোম্বুবকই। কৃষ্ণপক্ষগী থা-মন্থ অহিংদা থাগী মঙান্না শামখিবগুম মীওইবগী পূক্লিংগী মহৌশা হৈনবিসু অসুম শামখি। পূক্লিংনা তাইবং রাখন্দা ঙাওবমবদু নেমথবকই। অদুনা শিথবকপা থা-গী তবামবীনি পানবা কৃষ্ণ চতুর্দশীগী অহিংদা সাধনা তৌদুনা লুপশিন্দুনা লৈববদি অবাংবা পূক্লিংবু নমথবগা যোগী-গী থাক্তা লৈবা ঙম্মী। অদুনা শিথবকপা থা-গী তবামবীনি পানবগী অহিং অসি আধ্যাত্মীকগী সাধনাদা য়াম্না মক ওই। ফেব্রুয়াবী/ মার্চ দা তাবা কৃষ্ণচতুর্দশী অসি য়াম্না শেংলবা অহিংনি। নুমিৎ অসিবু মহাশিব বাত্রি হায়না খঙনৈ। অহিং অসিদা জীবসি মায়াগী থৌরীনা পুন্দুনা থম্বদগী নাম্বোকপী। শা-ষণ (পশু) দা পাশ (থৌবী কোঙ্গোয়না) পুনবগুম মীওইবসু পশুগী মতৌগুম্না পাপ নীপালখক্লা পুন্দুনা থম্মী। (শিব মহাদেব দি গ্রেত গোড) কুলাবনব তন্ত্রগী মতুংইন্না পাপ নীপাল অদু অপাম্বা মখল নীপালবু খঙনৈ। মখোয়শিং অদুদি ঘৃনা (তুক্কচবা), লজ্জা (ইকায়বা), ভয় (কিবা), শঙ্কা (চিংনবা), জুগুপসা (হন্দুনা ঙাংবা) কুল (শাগৈ জাংপু হম্ভুনা য়েংবা), শিল (অচাওরম কাবা অমসুং জাতি মশেল য়েংথিনবা)। হায়রিবা অষ্ট পাশ, পাশ নীপাল অসিনা জীবগী য়েক্লবা ওইরগা জীববু অরেম্না লৈতনা মোংফমলোমদা খোঙ থাংজিলহল্লি। হায়রিবা কৃষ্ণ চতুর্দশীগী অহিং হায়বদি ফাল্গুণ (ফেব্রুয়ারী। মার্চ) গী শিথরকপা থাগী তরামরীনি পানবগী অহিং মহাশিব রাত্রিদা শিবদা পূক্লিং লুপশিন্দুনা লৈরবদি য়োংহ্লিং ফলাং

চনশিন্দুনা থন্নীবা অসিদগী নাম্ছোক্লগা জীবনা পশুশিংগী মপু (পতি) ওইবা শিব (পশুপতি) দা তিনশিনবা ঙম্মী। অদুনা তন্ত্রনা অসুম্না লাওরি– "পাশ মুক্তঃ স্বয়ং শিবঃ"।

মসিনা তন্ত্রগী ওইবা ৱাফম ওইবসনু। প্রকৃতিগী তত্ত্ব কুনমবীনসু জীববু পুন্দুনা থম্মী। মসিবুসু পাশ হায়না খঙনৈ। মখোয়শিং অদুদি– (১) কর্মেন্দ্রি মঙা-খোঙ, খুৎ, চিন, অমাং থোঙ অমসুং ঈশিং থোং, (২) জ্ঞানেন্দ্রি মঙা উম্না, লৈ, মিৎ, নাকোং অমসুং নাতোন, (৩) অন্তঃকরণ মরী-মন, বুদ্ধি, অহঙ্কাৱ অমসুং চিত্ত, (৪) মহাভূত মঙা– অকাশ, নুংশিৎ, মৈ, ঈশিং অমসুং পৃথিবী অমসুং মখোয়গী লোয়নবা তনমাত্র মঙা– শব্দ, স্পর্শ, ৰূপ অমসুং গন্ধ মথংশিংনা। তত্ত্ব কুনমরী অসিনা মায়াগী কুয়োম ওইবগা জীববু য়োমশিন্দুনা থম্মী। জীবনা অসুম্না থাববা মায়াগী কুয়োম মনুংদা তাদুনা লৈবসি মহুম তীলনা মহুম মনুংদা লৈবগা পাংখক্লি। পশুপতিনাথনা মায়াগী কুয়োম অসিবু হাংদোকপীরগা জীববু অবান খুভম ফংহল্লি। মহা শিব বাত্রিগী অহিংদা শিবনা শংশংনা তাইবংপানবদা মশক ফোংদোকই হায়। চহি তবামরী চুপ্না মহাক মঙ্গলগী মশক ওইববা শিব বাত্রিবু পালন তৌগনি। ত্রয়োদশী নুমিত্তা চরা নামতা চাগনি অদুগা চতুর্দশী নুমিত্তনা চরা অনী পুন্না হেনগনি। (কোটিরুদ্র সংহিতা ৩৯। ৩) মথক্কী অসি নত্তবা অতোপ্পা পাশ মখল মরী অমসু লৈরি। মখোয়শিং অদুদি ১। মল (অমোংপা), ২। কর্ম্মন (কর্ম্মগী মমি তাহৌবা সংস্কাৱ), ৩। মায়া, ৪। বোধ শক্তি নত্রগা অথিংবা পীবা শক্তি। মল হায়বদি জীবগী খঙনবগী অমসুং থবক তৌনবগী শক্তিবু লোৎশিন্দুনা থম্ববু খঙনৈ। ফৌগী মনুংদা লৈবিবা চেংবু মপানগী কুয়োম্না য়োমশিন্দুনা থম্বগুম্মি। কর্ম্মন হায়বদি মহৈগী খন্দুনা তৌকবা কর্ম্মগী মমি তাববু খঙনৈ। কর্ম্ম হায়বসিদা পাপ অমসুং পুন্য কর্ম্ম অনীমকপু খঙনৈ। মায়া হায়বদি অহৌবা নাইদনা অসুম উহৈগী মরুদগী পাম্বী ওল্লগা মথং মথং চত্থবগুম্বনি। মায়া হায়বদি প্রলয়গী মতমদা খুংশেম পুম্নমক লোয়না তিনশিনখিবা অদুগা অনৌবা

খুৎশেমগী মতম লাকপা কান্দা অমুক মঙোন্দগী লোয়না থোরকপদু খঙনৈ। অপান্না মখল অহুম-লমতু কারান্না, নুপী কাবান্না অমসুং সনা পাম্ববুসু খঙনৈ। থিংবগী শক্তি হায়বসিনা শিবগী শক্তিবু খঙনৈ। মরমদি– শিবনা পাশ অহুম অসিবু নিয়ম ঙাক্লা চৎহল্লি অদুগা জীবগী অশেংবা মশকপু লোৎশিন্দুনা থম্মী। মসিবু পাশ হায়না খঙনৈ। (বৈষ্ণবিজম, শৈবিজম অ্যাণ্ড মাইনর রিলিজিওস সিষ্টিমস – সার আরঃ জিঃ ভান্দারকর, লাঃ ১২৫-২৬)।

শিব রাত্রি ব্রতগী কথা তারগা নুংগী ওইবা ভাব খরসু অমুক ফোংদোক্লি। শাদানবনা চৎশিল্লুবিবা জঙ্গল অসি অতৈ মফম অমা নত্তে, পূক্লিংগী অমন্না জঙ্গলনি। পূক্লিংগী জঙ্গল হায়বদি মন, বুদ্ধি, অহঙ্কার অমসুং চিত্তবু খঙনৈ। কল্লকপা, মিহৌবা, হেন্না পামশিনবা, অশাওবা, অপংবনা পুঙপঙ পঙথহনবা অমসুং তুক্কচবা হায়বিবশিং অসি পূক্লিংগী জঙ্গলদা লৈবা শাশিংনি। মখোয়শিং অসিবুনি শাদানবনা মায়োক্লবিবসি। মফম অসিদা শাদানবা হায়রিবসি চুম্না জঙ্গলদা শা ফাবা চৎলিবা মহাক অদুতবু খঙনদ্রি, মনগী মনুংদা লৈরিবা জীবগী য়েক্লবা তকক অসিবু খুদুম চনশিন্দুনা থল্লীবা যোগী ওইবা মহাকপু খঙনৈ। কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ অমসুং মাৎসর্য্য হায়বিবা তকক অসিনা লমলকী শাশিংগী মশক লৌবগা পূক্লিংগী জঙ্গলদা কোয়চেন চেন্দুনা লৈ। মসিবু শাদানবনা ফাগে তান্নবি। শাদানবগী মমিংনা 'সুস্বর' কৌই। 'সুস্বর' গী অর্থদি খোঞ্জেল নুংশিবা, মেংবা খোংপবু খঙনৈ। শাদানবগী মশাদা নুংশিবা, অমেংবা খোঞ্জেল চেল্লি। কনাগুম্বা নুগা অমনা যম, নিয়ম ঙাক্লা চত্তুনা পূক্লিংগী ফত্তবা রাখলগী ঈহনবু কাহন্দনা থল্লবদি মঙোন্দা যোগী ওইবগী শকওং উৎলকই। মশাদু য়াংলকই, হকচাং ফগৎলকই, মপূক্লিং, তহা তহাদে, মায়থোং মকা লাল্লকই, ঙাংথোক শক্তোক্লকপদা নুংশি, মীনা তানিংই। শাদানবা (যোগী) অসিদি মতম কুইনা যোগ সাধন তৌদুনা লাকপনা যোগ-গী অহানবগী থাক অসি য়ৌরক্লে। অদুনা মাগী খোঞ্জেল অসি মেং-থোংলে। অদুনা 'সুস্বর' কৌরে।

শাদানবা অসিগী পোক্লফম লমদম্মা বারানসীনি। বাবানসীবু যোগীশিংনা অবিমূক্ত কৌই। মসি পীশুম অনীগী মরক্তা লৈ। যোগীশিংনা অজ্ঞ চক্র কৌই। হকচাংগী মনুংদা চেল্লিবা শিংলী অহুম-ঈড়া, পিঙ্গলা অমসুং সুশুম্না হায়বা শিংলী অহুম অসি মফম অসিদা লাক্লগা তিন্নরৈ। অদুনা সাধক অমনা মফম অসিদা ধ্যান তৌগনি। সাধক অদুগী মশাদা ফাওরক্লিবা অপাম্বা, কন্নকপা, মিহৌবা, শাওনিংবনচিংবা পূম্নমক অসি অজ্ঞ চক্রদা ধ্যান তৌবগা তপ্প তপ্পা মাংখি। মমৈথংদা ঈশ্বরগী মঙাল মঙোন্দা ফাওবকই।

শাদানবনা কাবিবা বিল্ব পাম্বী অসিনা কবি ওইনা লৌনৈ। মসি হকচাংগী শক য়াংলেন অচৌবনি। মসিগী মখোক অমদা মনা অহুম পাল্লিবসিনা ইডা, পিঙ্গলা অমসুং সুশুম্ন হায়বা শিংলী অহুম অসিগী মশক্তি। হায়বিবা সুশুম্ন হায়বা মফম অহুম অসিদা থা, নুমিৎ অমসুং মৈগী মথৌ পাংথোকফম ওই। হায়বিবা অহুম অসি শিবগী মমিৎশিংনি। হবিখাগোক পাম্বীদা কাখৎলি হায়বনা কুণ্ডলিনিনা সুক্ষ্মা শরীবগী মনুংদা লৈবা খ্বায়গী মখা ইথং থংবা মূলাধব চক্রদগী অজ্ঞচক্র তান্না কাখৎলকপা অদুগী মশক্তি। মসি যোগীশিংদা ফাওবকই। যোগীনা ধ্যান্দা লৈবা কান্দা জাগ্রতগী অবস্থাদা লৈ। মহাক্লা হাৎলবা শা-উচেকশিং অদু পুল্লপ খোমজিল্লগা উপাল অদুদা পুনশিল্লগা থম্মী অদুগা মহাক্লা পোখাদুনা লৈ। মসিনা তাকপদি মহাক্লা বাখল পূম্নমক লোয়না লাকশিন্দুনা থন্নগা মখোয়বু মথৌ তৌহন্দনা থম্মী। মহাক্লা যম, নিয়র্ম, প্রত্যাহাবনচিংবা ঙাক্লা চৎলি। উথক্তা মহাক্লা ধবনা অমসুং ধ্যান তৌদুনা লৈ। মঙোন্দা তুমনিংবা ফাওবকপা হায়বসিনা মহাক্লা জ্ঞান মাংলক্তুনা তুমখুল হন্না তুমগে তৌবকপবু খঙনৈ, মসি স্বপ্নগী অবস্থানি। অদুনা মহাক্লা তুমদনা অহিং মিশেল খাংদুনা লৈরিবনি।

মহাক্কী নুপী অমসুং মচাশিং হায়রিবসিনা অতে অতোপ্পা কনাবু খঙনদে, সংসারবু খঙনৈ। ঈশ্বরগী কৃপা থিরিবা কনাগুম্বা মহাক অদুদি

মশাদা প্রেম পোক্লকই। মদুনা মরম ওইবগা মহাক্লা তাইবং পানবা পুম্নমক্তা থৌজাল হৈবা মতৌ উংলি। মিংলুদগী শিবাং শিঙ্খবনা বিশ্বপ্রেমগী মশক উংপনি। যোগদসু ভগবানগী কৃপা ফংদ্রিমখৈ মঙাল ফংবা ঙমদে। জগৎকী নুংশিবা ফাওদ্রিবা মখৈ ঈশ্বরগী কৃপা হায়বদু ফংবা ঙমদে। পুম্নমক্তা লৈরিবা থবায় অদু মহাক্কী থবায়গা অমত্তনি হায়না লৌগনি। অদু ওইরগা নুংশিনবা পোক্কনি, ঐগী হায়বা য়াখল অসি মাংখিগনি অদুগা পবমাত্মাগা তিনশিনখিগনি। হায়রিবসি সমাধিদা লৈবা কালদা ওইবকই।

মহাক্লা বেল প্রত্রশিং (মনাশিং) হেক্লগা লংথৈ হায়বিবসিনা তাকপদি মহাক ইড়া, পিঙ্গলা অমসুং সুশুম্না হায়বা শিংলী অহুম অসিগী থবক্তা লুপশিন্দুনা লৈদ্রে, মপানগী ওইবা য়াখল মঙোন্দা ফাওদ্রে হায়বা তাকই। মসিনা অনীশুবা থাক, মং মংবগী থাক্তা লৈ। স্বপ্নগী অবস্থানি।

মহাক্লা অহিং চুপ্পা মমিৎ পাংদুনা লৈবনা মপুং ফানা খোন্নেন তুমখুল তাদুনা লৈবে হায়বা তাকই। মসিনা অহুমশুবা থাক সুষুপ্তদা লৈবগী মওংনি। নুমিৎকী মঙাল ফাওরকপা, ইম্নুং ঙাল্লকপনা মবীশুবা অবস্থা তুবিয়গী থাক্তা লৈবে হায়বা খঙহল্লি।

মহাক্লা বিল্ব মথক্তগী কুমথরক্লগা শিব লিঙ্গ উবে হায়বনা তুবিয়গী থাক্তা লৈরগা ঈশ্বব উবা ফংলে হায়বা খঙহল্লি। মসিনা মঙোন্দা নিত্য ওইবা ভগবান শঙ্করগী ধাম অদু ফংলগনি হায়বা তাকই।

মহাক্লা ময়ুমদা থুংলরবা মতমদা অমুক্তা উখিদ্রিবা মশক খঙদবা অমদা চাক পীজৈ। মশক খঙদবা মীওই অদু কনাসু নত্তে, শাদানবা নুপা অদুনা অতোপ্পা রূপ লৌবগা লাকপনি। চীঙ্গাক অদুনা শাদানবা নুপা অদুনা হৌখিবা অহিংদা অপাম পামদা খাক্তনা হাংখিবা শাগী মহৈশিংনি। মহাক্লা লোয়নমক মাংতাকহনখিদে খবদি লৈহৌই। খরা অদুনা মবম ওইরগা মহাক্লা নিংথৌ চিত্রভানু ওইনা পোক্লরি। মহাক্লা য়ৌরুবিবসি শিবগী ধাম ফাওবদনি। মসি সলোক্যনি। মসি নত্তবা মুক্তি সমিপ্য, সরূপ্য, সযুজ্যনচিংবা মখল

কয়ামরুম লৈরি। সলোক্যনা অরোইবা নত্তে। অদুনা মহাক্না অমুক হন্না ইহলোক্তা লাক্লগা পোক্লরিবনি। (হিন্দু ফাষ্ট অ্যাণ্ড ফেষ্টিভ্যালস)।

## শিব রাত্রি ব্রতগী মশুগ

শিব বাত্রি ব্রতগা মান্নবা অতোপ্পা ব্রত অমা লৈতে। তোঙান তোঙানবা মখলগী ব্রতশিং কৎপা, শেংলবা তীর্থ স্থানশিং চৎলুবা, মখল মথেলগী দান তৌবা, যজ্ঞ মখল মখল পাংথোকপা, মখল মখাগী তপ তৌবা অমসুং তোঙান তোঙানবা মওংগী জপশিং তৌকবনা শিব বাত্রি ব্রতগী মগুণগা থক মান্নদে। শিব বাত্রিগী ব্রতনা শেংলবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা ঈড়াং থৌনি পূম্নমক্কী মকোক ওই। অসিগুম্বা মঙ্গলগী মশক ওইববা ব্রত অসিবু সংসাবগী নুংঙাইবা অমসুং মুক্তি ফংনবা পালন তৌগনি। (কোটিরুদ্র সংহিতা ৪০। ৯৯-১০২)। সংহিতা অসিগী মনুংদা সূতনা ঋষিশিংদা হায়– শিব থক্তনা মুক্তি পীবা ঙম্মী। ব্রহ্মা অমসুং অতৈ অতোপ্পশিংনা ধর্ম্ম, অর্থ অমসুং কাম পী। (কোটিরুদ্র সংহিতা ৪১। ৪)। হে বিষ্ণু, শিব বাত্রি ব্রতনা অথোইবনি। মবম অসিনা সংসাবগী নুংঙাইবা অমসুং মুক্তি পাম্বশিংনা শিব বাত্রি পালন তৌগনি। মীওইবদা খ্বায়দগী কান্নবা ফংহনবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা অতোপ্পা ঈড়াং পূজা অমা লৈত্রে। পূন্য তান্নবগী খ্বায়দগী ফবা লম্বীদি শিব বাত্রি পালন তৌবা অসিনি। (কোটিরুদ্র সংহিতা ৩৮। ২০-২১)। জীবাত্মাগা শিবগা হায়বদি (Individual consciousness গা Universal consciousness) গা তিনশিন্নখিবা মিকুপ অদু অরোইবা নাইদবা মহা শিব বাত্রিগী মতম অদু ওই। শিব বাত্রি ব্রতনা বজ অমসুং তমঃ গুনবু লাকশিন্দুনা থম্মী।

কনাগুম্বা অমনা ভাবতবর্ষদা শিব বাত্রি ব্রত্ত তৌববদি মহাক নুংঙাইনা শিব লোক্তা মন্বন্তব তবেং লৈ। শিব বাত্রিগী মতমদা কনাগুম্বা অমনা শিবদা হরিখাগোক মনাশিং কৎলবদি শিবগী লোক্তা নুংঙাইনা যুগ কয়া হায়বদি কৎলিবা হবি খাগোক মনাশিং অদুগা চপ মান্নবা যুগ মশিং শিব লোকতা

লৈরুগনি। মহাক্লা ইহলোক অসিদা অমুক লাক্কুনা অফবা মপোক্তা পোক্লগনি, শিব-বু নিংলবগনি, জ্ঞান লৈবা ওইরগনি, লন-থুম, সম্পতি, মচা-মনাই কয়া লৈবগনি। (দেবী ভাগবত, লাঃ ৯২১-২৩)।

শিববু চহি অমা চুপ্লা খুরুমজক্কবদগী ফংলকপা মহৈ অদু শুপ্লতগী নোংমতং, শিবরাত্রি নুমিত্তা শিব খুরুমজক্কবদা ফংবা ঙম্মী। মসি কবি মবমগীনো হায়ববু থা-না ঈংনা তপ্লা থোকলকপা মতমদা সমূদ্রগী ঈথক্লা ঈপোম নাইনা কাবকপগুম ভক্তগী থম্মোয়নুংদা প্রেম-ভক্তিগী ঈথক ঈপোমসু অতংপা লৈতনা শিব বাত্রি নুমিত্তা কাবকই। হয়াও কুম্ভোশিং শিবগী মূর্ত্তিনচিংবা শিব রাত্রি নুমিত্তা প্রতিষ্টা তৌবা য়াম্লা ফৈ, মঙ্গলগী মশক্লি (সেয়িংস ওফ লোর্ড শিব)।



## তরাশুবা অধ্যায়

# শৈব সিদ্ধান্ত দর্শন

### শৈব সিদ্ধান্ত তত্ত্ব

বেদান্তশিংবু চুমথোক্লগা মদুদগী থোক্লকপা মচি ওইবা শরুক্না তাশিল্লগা শৈব সিদ্ধান্তগী নুংগী ওইবা মশক ওই। শৈব সিদ্ধান্তদা তত্ত্ব কুন্থ্রাতকক লৈ। কুন্থ্রাতকক হায়বিবসিগী মনুংদগী কুনমবী অমনা আত্মা তত্ত্বগী শরুক্নি; তবেং অমনা বিদ্যা তত্ত্বনি অদুগা লেমহৌবিবা মণ্ডানা শিবতত্ত্বনি। আত্মা তত্ত্ব কুনমবীনী হায়বিবসি মখাগী তত্ত্বশিং অসিনা ওই। মখোয়শিং অদুদি—

১। ভূত মণ্ডা— আকাশ, নুংশিং, মৈ, ঈশিং অমসুং পৃথিবী।

২। তনমাত্র মণ্ডা – শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস অমসুং গন্ধ।

৩। জ্ঞানেন্দ্রি মণ্ডা – না, উনশা, মিৎ, জৌ অমসুং নাতোন।

৪। কার্মেন্দ্রি মণ্ডা – লৈ, খুৎ, খোঙ, অমাংথোং অমসুং ঈশিংথোং।

৫। অন্তঃ করণ – মন, বুদ্ধি, অহঙ্কার, চিত্ত।

বিদ্যা তত্ত্ব তবেং— পুরুষ, রাগ (প্রেম), বিদ্যা (জ্ঞান), কলা (অংশ), নিয়তি, কাল (মতম) অমসুং অশূদ্ধ (শেংদবা) মায়া।

শিব তত্ত্ব মণ্ডা – শূদ্ধ বিদ্যা, ঈশ্বর, সদা শিব, শক্তি অমসুং শিব।

শৈব সিদ্ধান্ত দর্শনদা তত্ত্ব মরিফুতরাতকক লৈসু হায়রি। মখোয়শিং অদুদি—

১। আত্মা তত্ত্ব কুনমরী
২। নাড়ী তবা
৩। অবস্থা মঙা
৪। মল (৴মোংপা) অহুম
৫। গুণ অহুম (সত্ত্ব, রজ, তমঃ)
৬। মন্দল অহুম (সূর্য্য, অগ্নি, চন্দ্র)
৭। হকচাং নুংগী মহী অহুম (বাত, পিও, শ্লেষ্মা)
৮। বিকার নীপাল (কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, মাৎসর্য্য, দম্ভ অমসুং অসূয়া)
৯। আধার তরুক
১০। ধাতু তরেৎ
১১। বায়ু তরা
১২। কোষ মঙা
১৩। থোং মাপন

## অষ্ট মূর্ত্তি

শিবগী শকওং নীপাল লৈ হায়না মাংজৌননা 'অষ্টমূর্ত্তি শিব" গী মতাংদা নৈনম্রে। শিবগী শকওং নীপাল লৈ হায়বিবসি পঞ্চভূত মঙা, নুমিৎ, থা অমসুং পুরোহিত, যজ্ঞ তৌরিবা মহাক হায়বিবা মখোয়শিং অসিবু খঙনৈ।

সমূদ্র নৈরুরবা তুংদা বিষ্ণুনা মোহিনি রূপ্তা চোংথোক্লম্মী। শিবনা মোহিনি রূপ লৌরিবা বিষ্ণুবু চেজেৎনা মথাদা কোনশিল্লম্মী। অসিগুম্বা শিব, মোহিনিগী অপুনবা শকওংদগী সাস্ত থোরক্লম্মী। সাস্তবু হরি-হর পূত্র নত্রগা হরি অমসুং হরগী মচানুপা হায়না খঙনৈ।

অম্লরনা বিষ্ণুবু শিবগী অতোপ্পা শকওং অমা ওইনা শৈব পূম্নমকপু লৌহম্নিংই। অম্লরগী মোৎ মতুংইন্না শিবগী শকলোন অহুম লৈ। মখোয়শিং

অদুদি– ১। হম্বুবা মখলগী শিব, সংসার অসিবু মাংহনবা অদুগা জীবশিংবু মায়াগী লাংদগী নাম্বোকহনবা; ২। অৱাংবা থাক্কী শিব, পৱাৎপৱ হায়না খঙনবা। হায়রিবা শকওং অসিদনা শিব অমসুং শক্তি (অর্ধনারীশ্বর) গী অপুনবা মশক ওইনা শিবনা উৎলি। মসিগী মমিংবু পরম জ্যোতি কৌই। ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণুনা জ্যোতি অসিগী মশক খঙবা ঙমদে। হায়রিবা শকওং অনী অসিগী মথক্তা পৱম হায়বা মশক অমা লৈ। পৱমদগী ব্রহ্মা, বিষ্ণু, রুদ্র থোক্লকই। শৈব সিদ্ধান্তনা লৌবিবা অশেংবা মশক অদু অসিনি। পৱমদি শকওং নাইদে। শকওং নাইদবা পৱমবু শৈব সিদ্ধান্তনা শিবম হায়না খঙনৈ। উপনিষদশিং অমসুং বেদান্তিনশিংনা পৱব্রহ্ম হায়না খঙনবিবদু পৱম ওইবা অসিবুনি। বিষ্ণুপুৱানগী মহাবিষ্ণু হায়বদুগা শৈব সিদ্ধান্তগী পৱম হায়বসিগা অমত্তা ওই। নাৱায়ণ নত্রগা অৱাংবা মখলগী বিষ্ণুগা অপ্লব নত্রগা শৈব সিদ্ধান্তগী পৱম জ্যোতিগা অমত্তা ওই। হম্বুবা মখলগী বিষ্ণুনা পালনগী থবক তৌই। মহাক্তা হম্বুবা মখলগী শিব-গা মান্নে।

বিষ্ণুনা শিববু খুকম্মী হায়না শৈবশিংনা লৌবিবা অদুগা অমুক শিবনা বিষ্ণুবু খুকম্মী হায়না বৈষ্ণবশিংনা খল্লিবসিগী নুংগী ওইবা অর্থ কবিনো? হম্বুবা থাক্তা লৈবা শিবনা নাৱায়ণ পৱাৎপৱ নত্রগা পৱম জ্যোতিবু মহাক্কী মথক্তা লৈবা ওইনা খল্লি। মতৌ অদুগুম্না হম্বুবা বিষ্ণুনা পৱম জ্যোতি নত্রগা পরাৎপৱবু মহাক্কী মথক থোংবা ওইনা লৌই। অৱাংবা থাক্তা লৈবা বিষ্ণুগা অৱাংবা থাক্তা লৈবা সিবগা মান্নে। মখোয়না পৱম শ্বায়দগী ৱাংবা অদুদগীদি হম্বে।

শ্বায়দগী ৱাংবা মখলগী মূর্তি, শিব মূর্তি হায়বদুদদি শকওং অনী নাইনা লৈবগী মওং অদু মাংখ্রে। অমখক্তা ওইনা উবে। শিবম নত্রগা শ্বায়দগী ৱাংবা অদুদা তিনশিন্নখ্রে। শিব মূর্তিনা শকওং লৈতবা অশেংবা শিবম অদুদগী হম্বে।

## শুদ্ধ শৈব

পূন্সিগী অবোইবা পম্বুংফম মূক্তি হায়বদু শুদ্ধ শৈবনা ক্রিয়া (কিবি-য়াই) খক্তনা ফংবা ঙমদে ক্রিয়ানা সলোক্য ফাওবদি ফংবা ঙম্মী হায়। ক্রিয়াদা জ্ঞান য়াওশিনবনা শিবগী ধাম সলোজ্য য়ৌই। চর্যা (চবিয়াই) দা জ্ঞান য়াওবনা সমিপ্য (শিবগা নকশিন্নবা) হায়বা মূক্তিগী থাক অদু লাম্বা ফংই। যোগদা জ্ঞান তিনশিন্নবগা শিবগা মান্নবা শকওং সারূপ্য হায়বা মূক্তি মখল অদু ফংবা ঙম্মী। জ্ঞানদা জ্ঞান চংবনা সাযুজ্য হায়বা অরাংবা মখলগী মূক্তি শিবদা তিনশিনবা  অদু ফংবা ঙম্মী।

"অম্বলম" হায়বনা থম্মোয় লকাগী অহাংবা নত্রগা চিদ আকাশ নত্রগা চিদম্ববমবু খঙনৈ।

লিঙ্গমনা বিশ্বরূপ নত্রগা সংসাবগী শকওং লৌবা ঈশ্ববগী মূর্তিবু খঙনৈ। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু মাংহন তাকহল্লিবা মহাকপু শিব নত্রগা রুদ্র হায়না খঙনৈ।

সিদ্ধান্তিনশিংনা জীবশিং নত্রগা পশুশিংবু মখল অহুম থোক্লা খায়দোকই। মখল অহুম অদুদি— বিজ্ঞান কলব (Kalar), প্রলয় কলব অমসুং সকলব (Sakalar)। বিজ্ঞান কলবদা অনবমল (অহঙ্কাব) দমক য়াওই। প্রলয় কলবদা অনব অমসুং মায়া পুন্না য়াওই। সকলবদদি মলশিং— অনব, কর্ম্ম অমসুং মায়া য়াওই। মলশিং অসিনা জীবতদা চংই, শিবদদি চংদে। মলশিং নত্রগা অমোৎপশিং অসি পক্কবা কান্দা শিবগা মান্নে। অদুম ওইনমক মখোয়না লৈশেম্বা, লৈঙাকপা অমসুং প্রলয়গী থবকশিংদি তৌবা ঙমদে। মখোয়শিং অসিদি সিদ্ধ নত্রগা মপুং ফাববা মীশকশিং ওইবে।

## পতি-পশু-পাশ

"পতি" না ভগবান শিবনি, মায়াগী মনুংদা লৈরিবা জীবশিংনা পশুনি অদুগা মায়াগী থৌরীনা পুল্লিবা অদুনা পাশনি। পশুশিং অসিনা

মখোয় মখোয়না তৌরকপা কর্ম্মশিং অদুগী মতুংইন্না চুনবা শকওংশিং লৌবগা অফবা মপোক নত্রগা ফত্তবা মপোক ওইনা পোক্লুই। "পাশ" হায়বনা য়োংহ্লৌ কোহ্লৌবু খঙনৈ। পশু (জীব) বু পুনশিন্দুনা থম্লীবা থৌবী অসিগী শকওং অহুম থোক্লা খায়দোকলি। মদুদি– অবিদ্যা নত্রগা অনবমল, কর্ম্ম অমসুং মায়া। জীবনা অবিদ্যাগী মায়খুম্না উপশিনখিবদগী মশাগী অশেংবা মশক খঙবা ঙমদে। মাংবা নাইবা পঞ্চভূতনা শাবা হকচাং পোলাংবু থব্রায় মহাক্রি হায়না লৌই। খাম্বী মৈব্রাইনদুনা হকচাং পোলাংনা চাকখিবা মতমদা থব্রায় মাসু চাকখ্রে হায়না মখোয়না খল্লি। তাইবং হকচাংবু থব্রায়নি হায়না লায়া লৌই। থব্রায়গা হকচাংগা মশক তোঙাল্লি হায়বদু কাওথোকই।

কর্ম্মনা মবম ওইবগা জীবনা পোক্ল শিব তৌদুনা লৈ। কর্ম্মনা মবম ওইবগা চেতন ওইবা থব্রাযবু অচেতন ওইবা পঞ্চবৃতগী দেহনুংদা চংহল্লি। কর্ম্ম হায়বসি মহৌশাগী মতমদগী হৌদুনা জীবগী মশাদা লোয়নদুনা লাকই। জীবনা কবম্বা মতমদগী কর্ম্ম তৌবা হৌখিবগে হায়বসি খঙবা ঙমদনা অসুম লাকই। কর্ম্মদা অপাম্বা "ঐগী" হায়বা য়াওবী। জীবগী মশাদা অপাম্বা হায়বসিসু কবম্বা মতমদগী চংবা হৌখিবগে হায়বদুসু খঙবা ঙমদ্রি। কর্ম্ম অহৌবা লৈতে, অবোইবসু লৈতে। জীবগী মশাদা অপাম্বা হায়বা অদু লৈত্রবা কালদতা কর্ম্ম মাংখি। কর্ম্ম হেক লৈবিবমখে জীবনা পোকপা শিবগী চক্রগী মনুংদা উংদুনা লৈখিগনি। কর্ম্ম অসি প্রলয়গী মতমদসু জীবগী মশাদা চংলগা লৈখি অদুগা খুৎশেমগী মতমদা অমুক নৌনা য়েম্লিং হুল্লকই।

জগৎ সংসাব অসি ওইবক্লবগী মব্বদি মায়ানা ওই। মায়াগী মশাগী মঙাল লৈতে; অচেতন ওই, মাংবা নাইদে, মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈ। কাংলুপ মখল মবী-তনু (হকচাং), কাবন (থবক তৌবা), ভুবন (পৃথিবী) অমসুং ভোগ (নুংঙাইবা মহে চাবা) হায়বসি মায়াদগী হৌরকপা ঙাক্তনি। প্রলয়গী মতমদা মায়াদা পুম্নমক তিনশিনখি। মায়া হায়বসি জীবগী কোঙ্গোয়

লাংনি। মায়ানা মথৌ পাংথোকপা হৌরকলিবসি শিবগী ঈহুল ফংলকপা কালদতনি।

খোঞ্জেলগী হৌরকফম মক্ন, অশেংবা নাদ হায়বসি শিবগী অনিংবা মতুংইন্না শূদ্ধ মায়াদগী পোক্লকই। নাদ-দগী অশেংবা বিন্দু হৌরকই। নাদ-দগী সদাশিব থোকলকই অদুগা ঈশ্বর ওইনা পোকলকই। ঈশ্বরদগী শূদ্ধ অবিদ্যা ওইরকই। তাইবং পানবা অসি বিন্দুদগী পোক্লকই অদুগা শকওং তোঙান তোঙানবা লৌরকই।

## সাধনা

অহঙ্কারনা ঈশ্বরদা প্রেম-ভক্তি পোকহন্দে। অহঙ্কার য়াওদ্রবদি জীবনা ঈশ্বরবু নুংশিবা ঙম্মী। অহঙ্কার মাংহন্নবা অমসুং ভগবান শিব ফংননবগী সাধনাগী মওং মরীখক লৈ। মরী অদুদি – চরিয়ৈ (Chariyai), কিরিয়ৈ (Kiriyai), যোগ অমসুং জ্ঞান। লাইগী মন্দির শাবা, মদুবু শিত্তোক নাম্থোক্নুনা, অকোয়বা শেংদোক্নুনা নান্না থম্বা, লৈ মখল মথেলগী লৈকোল শেম্বা, ঈশ্বরগী মতিক মগুণশিং, কোলোয় মিংলেনশিং থাদুনা শকশোনবা, লাইশংদা মৈ-নুং থাদ্দুনা ঙান্না থম্বনা চরিয়ৈগী মশক্নি। পূজা, অর্চননচিংবনা কিরিয়ৈনি। হকচাংগী ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চনশিন্দুনা থল্লগা থম্মোয়নুংগী মঙাল অদুদা পূক্নিং হকচাং লুপশিন্দুনা লৈবদু যোগনি। পতি, পশু অমসুং পাশগী নুংগী মশক খঙবা অদুগা লোয়ননা মল (অমোংপা) মখল অহুম হায়বদি অনব (অহঙ্কার), কর্ম্ম অমসুং মায়াবু লৌথোক্লগা পূক্নিং অনী লোংদনা শিবদা ধ্যান তৌদুনা লৈরগা ইবুংঙো মহাকপু ফংনবা হোৎনবসি জ্ঞানগী ওইবা মওংনি। মফম পূম্নমক শিনবা থুংনা লৈবা, নিত্য ওইবা পরম ব্রহ্মবু মপালগী ওইবা শকওং নাইবশিংদা ঈড়াংপূজা তৌববু চরিয়ৈ কৌই। মসিগীদমক দরকার ওইবা লাইমিং লৌববু সময় (সামায়) দীক্ষা কৌই। পূম্নমক্তা চংদুনা লৈরিবা পরব্রহ্মবু মনুং মপাল অনীমক্তা পূজা তৌববু

কিরিয়ে কৌই। শকওং নাইদবা ওইনা নুংদা খুকম্ববু যোগ কৌই। কিবিয়ে অমসুং যোগগী ওইবা লাইনিং লাইশোলগীদমক লাইমিং লৌববু বিশেষ দীক্ষা কৌই। জ্ঞান গুরু অমগী মতেংনা হকথেংননা শিব ফংবা ওমজববু জ্ঞান কৌই। মসি য়ৌননবগী লাইমিং লৌবনা নির্বান দীক্ষা কৌই। সাধকশিংনা পূক্লিংগী অমোংপা অহুম-অনব, কর্ম্ম অমসুং মায়াদগী নাম্থোক্লবা হোৎনগনি। অদুদগীদি মহাক শিবগা অমতা ওইগ্রে, 'শিবানন্দম' নুংঙাইবদু মঙোন্দা ফাওবগনি। মঙোন্দা ফাওবিবা অহঙ্কার অদু মপুং ফানা মাংহনগনি, কর্ম্মদগী মনিং মখা তম্লবা হোৎনগনি, অমোংপা পূম্নমক্কী হৌবকফম মকওইবা মায়াবু মাংহনগনি।

সংসাব সাগব লান্নবগী অমত্তা ওাইবা উপায়দি গুরুনা ওই। গুরুগী কৃপা ফংলবা কালদতা হায়বিবসি ওয়থোকপা ওম্মী। গুরু হায়বসি শিবনি। শিবনা গুরুগী মশক লৌবগা মীবত্তা কোয়চৎ চৎলি অদুগা মাগী ভক্তশিংদা কৃপা পীনবি। ভক্তগা শিবগা মবি থম্নবা ওন্নবা কালদা প্রেম, ভক্তি হায়বদু পোক্লকই। মহাক্লা মপু মনাইগী ওইবা দাস্য ভাবতা ভগবান্দা চংজবা য়াই। তিরুনববাবসবনা দাস্য ভাবতা শিববু নিংজখি। তিরুনজ্ঞানসম্বন্ধরনা বাৎসল্য ভাবতা শিবনা মপা ওইবগা সাধকনা মচা ওইবগা মপা-মচা অনীগী নুংশিনবা মবি অদু থম্মী। সুন্দববনা শিবদা মরুপ-মপাংগী ওইবা সাখ্য ভাবতা মবি থমজবগা শিববু নিংজখি। মনিক্কবসাগবনা সনমার্গনা লম্বী ওইরগা শিবদা চংজবগুম চংজবা য়াই। সনমার্গ হায়বসি বৈষ্ণবগী মাধুর্য্য ভাব নত্রগা আত্মা নিবেদন হায়বগী ভাব অদুনি।

পূক্লিংগী অমোংপা অহুম অসি কোকহল্লবা মতুংদা ভক্ত অদুনা শঙ্গোমনা শঙ্গোমদা, থুম্না ঈশিংদা তিনশিনখিবগুম শিবদা তিনশিনবা ওম্মী। শিবগা মশক অমত্তা ওইখি। অদুম্নদি ওইবগা মহাক্লা ভগবান্না তৌবা শিবগা মশক অমত্তা ওইখি। অদুম্নদি ওইবগা মহাক্লা ভগবান্না তৌবা লৈশেম্না, লৈঙাকপা অমসুং মাংহনবগী থবক্তি তৌবা ওমদে। (লোর্ড শিব অ্যাণ্ড হিজ ব্রার্শিপ)।

### তরামাথোইশুবা অধ্যায়

## শৈবগী পুরান, উপনিষদনচিংবা

ঐখোয়গী হিন্দুগী পুরাণ হায়দুনা লৈবিবশিং অসি ভগবানগী শ্রীমুখমক্তগী থোক্লকপনি। (ভাগবত পুরাণ ৩। ১২। ৩৯)। পুরাণশিং অসিবু মঙাশুবা বেদনি হায়। (ভাগঃ পুরাণ ১। ৪। ২০)। ছন্দোগ্য উপনিষদ (৭। ১। ২) নসু ইতিহাস অমসুং পুরাণশিংবু মঙাশুবা বেদগী মশক্কি তাক্লি। ইতিহাসপু মঙাশুবা বেদনি হায়বসি ভাগবত পুরাণ ১।৪।২০ নসু অদুম হায়বি। ভগবান্না মহাভারতপু মঙাশুবা বেদগী মশক ওইনা বেদশিংগা লোয়নননা তম্বীবী। (মহাভারত মোক্ষ ধর্ম্ম ৩৪০। ১১)। কৃষ্ণ দ্বৈপায়ন (ব্যাস) না লেংবা মহাভারত অদুতবু মঙাশুবা বেদগী মশক ওইনা লৌগনি হায়। (ভবিষ্য পুরাণ)। খুৎশেমগী মমাংদা ঈশ্বর অমসুং বেদ পুন্না লৈমিন্নরম্মী। ঋক, যজুর, সাম অমসুং অথর্ব্ব বেদ হায়দুনা লৈবিবসি ঈশ্বরগী মশাদগী হোন্দোক্লকপা শ্বরনি হায়। অদুনা বেদ অনাদিনি। মরম অসিনা বেদশিং অসিনা তাকলিবসি চুম্মী হায়না লৌফম থোকই। হিন্দুগী পুরাণশিং অসি বেদগী ভাষ্যনি। সত্য যুগতা বেদ, ত্রেতা যুগতা স্মৃতি অমসুং উপনিষদ, দ্বাপর যুগতা পুরাণ অমসুং সংহিতা অদুগা কলি যুগতা তন্ত্র থোক্লকই হায়। অদুবু জীব গোস্বামীনা মহাক্কী তত্ত্ব সর্দ্দভদা তাকলিবদি দ্বাপর যুগতা পুরাণশিং ইবম্মী হায়না লৌবগসু পুরাণশিংদি হান্নানা ইদুনা লৈম্লবনি হায়। অনৌবা কল্পগী দ্বাপর যুগ খুদিং লাকপদা পুরাণশিং অসি থোক্লকম্মী। হিন্দুগী মরুওইবা পুরাণশিংগী মশিং অসি ১৮ শুই। অসি নত্তবা উপ-পুরাণ কয়ামরুম অমসু লৈশ্রে। শ্লোক লাক্ষ মরীনা অথোই অহেন নাইনা পুরাণ তরানীপালদা য়েংশ্লোকই। অসি নত্তবা শ্লোক

কোটি চামা অমসু হৌজিক ফাওবা উবা ফংদনা দেবতাশিংগী লোকতা লৈবি হায়। (মৎস্য পুবাণ ৫৩। ৯-১১)। পুবাণশিং অসিবু কাংলুপ অহুম থোক্লা খায়দোকই। মদুদি সাত্বিক, বাজসিক অমসুং তামসিক। সাত্বিক কাংলুপ্তা বিষ্ণু, নাবদ, ভাগবত, গৰুড, পদ্ম অমসুং ববাহ পুবাণশিং য়াওই। বাজসিক কাংলুপ্তা ব্রহ্মাণ্ড, ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত, ব্রহ্ম, বামন অমসুং ভবিষৎ পুবাণ। তামসিকগী শৰুক্তনা মৎস্য, কূর্ম, লিঙ্গ, শিব, অগ্নি অমসুং স্কন্দ পুবাণশিং য়াওই। (পদ্ম পুবাণ-উত্তব খণ্ড ২৬৩-৮১-৪)। অদুবু অতোপ্পা পুবাণশিংদদি মমিংশিং অসি খব খব খেন্ননা উৎপা উই। শিব-গা মবী লৈনবা পুবাণশিংগী মশিং অসি তবা শুই হায়। মবীনা ব্রহ্মাগী অদুগা পুবাণ অনী অনীনা দেবী অমসুং হবিগী মতিক মগুণ থাই। (কেদাব খণ্ড ১)। মৎস্য পুবাণ ৫৩। ৬৮৯ নদি অগ্নি পুবাণ অসি বাজসগী কাংলুপ্তা চলহল্লি। পুবাণশিং অসিনা মানা মানা নিংজবা ইষ্ট দেবতা অদুগী অৱাংবা থাক্তা থম্বগী মতুংইন্না মহা পুবাণগী থাক য়ৌবকই। বৈষ্ণবশিংগীনা শ্রীমদ্ভাগবতনা মহা পুবাণগী থাক্তা লৈ। শৈব্যশিংনা শিব পুবাণনা অৱাংবা মহাপুবাণগী থাক্তা থম্মী। শাক্তশিংগীনা দেবী ভাগবতনা পুবাণ অতৈদগী থাক ৱাংবা হেল্লি। শিব পুবাণদা শিবনা লাই পূম্নমক্তগী হেন্না চাওই; আদি দেব ওই। দেবী ভাগবততনা দেবীনা লাই পূম্নমক্তগী খ্বায়দগী হেন্না অমুক চাওই। বিষ্ণু পুবাণদনা বিষ্ণুনা খ্বাযদগী হেন্না চাওবা লাই ওই। মসিনা তাক্লিবদি তোঙান-তোঙানবা পুবাণশিংদা অতোপ-অতোপ্পা লাইশিংগী তৌবা ওন্বা মতিক মগুণ লৈনবিবসি লাই অমনা লাই অমদগী হেন্না চাওই হায়বগী ৱাফম নত্তে। মহাকপু নিংজবিবা মনাই ভক্তশিংগী মফমদা অহানবদা থাজবা হায়বা পোৎশক অদু পোকহল্লগা মতুংদা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা প্রেমগী ঈথক ঈপোম হৌহল্লগা ঈশ্বব মহাক্তবু মতম পূম্নমক্তা কাওহন্দনবা হোৎনবিবগা কৃপাগী থৌরীনা মনাই ভক্তবু মতুংদা ইবুংঙো মঙোন্দা চিংশিনবিগে থৌরাংবনি।

শিবগী মবম অসি হিন্দুগী পুবাণশিং, বেদশিং, উপনিষদশিং সংহিতাশিং, ইতিহাসশিং, তন্ত্রশিং, ব্রাহ্মণশিং অমসুং অতৈ অতোপ্পা লাইবিকশিংদসু নৈনদবা য়াওদে। খবদি অদুম শিবগী মবমদা লোয়না নৈনৈ। ঐনা শিবগী তত্ত্ব থিজবগী মতমদা শিবগী মবমদা নৈনবপ্পা লাইবিকশিংগী মখলশিং মখাদা উৎচবিঃ—

| বেদ | উপনিষদ | পুরাণ | ইতিহাস সংহিতা | তন্ত্র | ব্রাহ্মণ |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। ঋক বেদ | ১। মহা নারায়ণ উপনিষদ | ১ শিব পুরাণ | ১। রামায়ণ (তুলসী) | ১। শারদা তিলক তন্ত্র | ১। শতপথ ব্রাহ্মণ |
| ২। যজুর বেদ | ২। রাম উত্তর তাপনীয় উপ: | ২। লিঙ্গ পুরাণ | ২। মহাভারত | ২। কুলার্ণব তন্ত্র | |
| | | | ৩। শিব সংহিতা | | |
| ৩। সাম বেদ | ৩। ছান্দোগ্য উপনিষদ | ৩। স্কন্দ পুরাণ | ৪। বৃহৎ সংহিতা | ৩ নারদ পঞ্চরাত্র | |
| ৪। অথর্ব | ৪। [illegible] উপ: | ৪। মৎস্য পুরাণ | | | |
| | ৫। নারদ পরিব্রাজক উপ: | ৫ কূর্ম পুরাণ | | | |
| | ৬ বরাহ উপ: | ৬ বামন পুরাণ | | | |
| | ৭। ধ্যান বিন্দু উপ: | ৭। বায়ু পুরাণ | | | |
| | ৮ অথর্ব শির উপ: | ৮ ব্রহ্মবৈবর্ত পুরাণ | | | |
| | ৯ যোগ তত্ত্ব উপ: | ৯ অগ্নি পুরাণ | | | |
| | ১০ শ্বেতাশ্বতর উপ: | ১০। মার্কণ্ডেয় পুরাণ | | | |
| | ১১। জবাল উপ: | ১১। দেবী ভাগবত | | | |
| | ১২। নীলরুদ্র উপ | ১২। শ্রীমদ্ভাগবত | | | |
| | ১৩। কালাগ্নিরুদ্র উপ: | ১৩। পদ্ম পুরাণ | | | |
| | ১৪। বৃহদারণ্যকোপনিষদ | ১৪। হরিবংশ | | | |
| | ১৫। ত্রিপুর-তাপিনি উপ: | | | | |
| | ১৬। রুদ্র উপনিষদ | | | | |
| | ১৭। অথর্ব শিরস উপ: | | | | |
| | ১৮। অথর্বশিখা উপ: | | | | |
| | ১৯। কৈবল্য উপ: | | | | |

শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা (বিদ্যাবত্ন) গী 'মণিপুবগী সনাতন ধর্ম্ম', 'মৈতৈ ধর্ম্ম অবিবা', 'হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইবিকশিং পুনশিনবা মণিপুরের ইতিহাস', 'সাহিত্য ইতিহাস-পোইবৈতোন খুম্বোকপা পুবাণ', 'সাহিত্য ইতিহাস', 'বিজয় পঞ্চালী' (শ্রীমুতুম ঝুলোন সিংহ), বেলিজিওস অ্যাণ্ড কলচবেল ইন্টিগ্রেসন ওফ ইন্দিয়া (সুনিতিকুমাব চেটর্জী), 'ইন্ট্রোডকসন টু মণিপুব' (শ্রীলাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ), 'বিপোর্ট ওন দি আর্কিওলোজিক্যাল ষ্টদিজ ইন মণিপুব, বুলেটিন নম্বব ৱান (শ্রীৱাহেংবম য়ুমজাও সিংহ) নচিংবা লাইবিকশিংদসু মৈতৈনা শিব পার্ব্বতী ঈডাং পূজা তৌবন্নগী ৱাফমশিং পল্লি। থিবা ৱাংপননি, অসি নত্তবা লাইবিক কয়া অমসু লৈবমখিগনি। শিবগী লাইনিং লাইশোন অমসুং দর্শনদি য়াম্না পাক চাওপ্লে। নৈনবদা লোয়বা নাইদে।



## তরানিথোইশুবা অধ্যায়

# ওল্লিঙৈ মতমদা মৈতৈনা শিব নিংলম্বা

পণ্ডিতবাজ শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মানা ইবা "মণিপুবগী সনাতন ধর্ম্ম" হায়বা অদুদা মৈতৈনা পার্ব্বতী, পবমেশ্বববু কুইববা মতমদগী হৌনা উপাসনা তৌবকই হায়বগী ব্রাফম পল্লি। মৈতৈনা দেব লীলাদা সদা শিববু 'চীব, শিব, মহাদেব' অসিনচিংবা মীং কৌই। পার্ব্বতীবু 'তমবা, লাইরেমা' অসিনচিংবা মীং কৌই। মীওইবগী (নব) লীলাদনা সদাশিববু 'নোংপোক নিংথৌ' কৌই, পার্ব্বতীবু 'নোংপোক পান্থোইবী' কৌই। (মণিপুবগী সনাতন ধর্ম্ম, লাঃ ১৭)। সদা শিবজীনা নোংপোক নিংথৌ কৌদুনা মীওইনা অবতাব তৌদুনা শাদানবা লাকপদা পার্ব্বতীনা অবতাব তৌবী পান্থোইবীবু পামদা উনখি। মতম অদুদা পান্থোইবীগী মপানা অমসুং মহাক্কী মী পুন্নমক্না পান্থোইবী নোংপোক নিংথৌগী ফিভম অদু উবগা খল্লি, মদুদি— 'মকোক্তা জাতাপুবা কৈ মউন শেংপা মশা পুম্বা উংতৈবা মঙক্না লীল খাওন্নবা লীকং তেন অমসুং তা মতোন অহূম লোংবা পাইবা নিপা অসি কনানো লাইবা, হিংচাকোংচাববা নত্রগা তমনববা ওম্থোকপা উথোক্তবা নুপা অসি উবদগী ঐগী ইচানুপীনা কিদুনা কপ্লম্বদগী ব্রাম্থখবে। "(লাঃ ১৬)। হায়বিবা নোংপোক নিংথৌনা লৌবিবা রূপ অসি তশেংনমক শিবগী রূপনি। মসিনা নোংপোক নিংথৌ অসি শিবনি হায়বা উংলি। মহাকপু সংসংবা সদাশিবগী অবতারনি হায় (লাঃ ১৫)। নোংপোক নিংথৌ হায়বসি 'চিব'গী মিংনি। মহাক্কী অর্থদি ঙৌচ্রোক ঙৌবা হায়বনি। মহাদেববু মৈতৈরোন্দা অঙৌবা লাই কৌই। (লাঃ ১৪)। মৈতৈগী অবিবা লাইবিক

অমসুং মৈতৈ লোল লোন্নবা মতমদসু 'শিব' ৱাহৈ অসিবু 'চিব, শিব অমসুং অশিব" কৌই। (লাঃ ৬) মৈতৈনা য়েলহৌঙেদগী হৌদুনা পার্ব্বতী, পবমেশ্বৰগী পেন্নবগীদমক লাই হবাউবা কৌবা কুম্মৈদা জগোই শাবকই। মসি মৈতৈশিংগী লাইনিংগী হৌনবীনি। (লাঃ ১)। শিববু তোঙান তোঙানবা মিংখৈবোনদা ঈডাৎ পূজা তৌই। মিংশিং অদুদি– নোংপোক নিংথৌ, মহাবাবা, ঈঙৌবা, অশিবা, পাংগনবা, লাইনিংথৌ, পোইবৈতোন, অৱাং কৌব্রু অসুপ্পা। (রেলিজওস ডিভেলপমেন্ট ইন মণিপুর ইন দি এইটিন্থ অ্যাণ্ড নাইনটিন্থ সেঞ্চিউরিস, (লাঃ ২৮৩)।

"হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পুনশিনবা মণিপুরের ইতিহাস"গী মতুংইন্না শিব পার্ব্বতীনা উমং ৱামংগী লৈবাক (জঙ্গলী দেশ) মণিপুরদা ঙল্লিংঙেগী মতমদগী হৌনা লৈবকই। চিঙনা পল ওইনা কোইদুনা লৈবীবা ঋতু তকক্লা থৌগল্লিবা লাঈবৈবাক্কা চপ মান্ননা নুংঙাইবীবা লৈবাক অসিবু খক থাদোক্লুনা চৎখিদে। চিত্রসেন গন্ধর্ব্বগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদা অমসুং মকোক লিসিঙ অমা পানবা অনন্তগী মচানুপী উল্লুপী কৌবী ২ মকপু মহাদেবনা কুম্মৈ থোক্লগা জগোই সাহল্লি। কবিগুম্বা লাইগী নোংদমদগী অসুম থোকউ হায়দুনা জগোই খোঙলৈঃ কাইবেঃ অদুদা মহাদেবনা সাওবদুনা মবিঙঙা অনীমকপু মিচৈ পিবেঃ ঙসিদগী হৌদুনা লাঈবেন ওইবোঃ হাইববদা মখোয় ২ মক্লা কপ্লদুনা মহাদেবদা লৈসি লৈথোন্দুনা য়াম্না হাইজবেঃ অদুদা মহাদেবনা নুংশিবদুনা অমাবক হাইফবেঃ নবিঙঙা ২ ঐগী মিচৈদগী হৌজিক্তি অসুম্না মওঈবোঃ দ্বাপর কৌবা যোকতা মমিং অর্জ্জুন কৌবা অমা লাকক্লী মাঃ না তীর্থ কোইবকপদা মণিপুর লৈপাক অসি য়ৌবকক্লী অদুদা নবিঙঙাঃ না লৈবা বিন্দুসরুবর (নুংজেং পুখ্রি) কৌবা পুকখরি অসিদা মাঃনা ইকজবগ্নী অদুদা নবিঙঙানা মাবু চিকলদুনা মহাক্লা ইসিংদগী কংফান্দা হনগৎলগ্নী অদুদা ঐগী মিচৈ অসি কোক্লুনা হৌজিক্কী মিওঈ নসক ফজবা অসি ওঈয়ু অদুদা নবিঙঙাবু অর্জ্জুন্না লুহোঙবা

ওঈসনু অদুগী মতুংদা অর্জ্জুনগী মচচাঃনিপা অমমমদং নবিগুঙাগী গর্ভদগী পোকপা ওইসনু অমসুং নবিগুঙাগী নচানিপাঃ ২ মক অদু মসক মচু খুংকন পাংগন মহৈ মলিং মতিক মগুন য়াম্না চাওবা ওঈসনু ১ ষুং মণিপুব লৈপাক অসিগী নিংথৌ ওঈদুনা পানবা ওঈসনু অসি হাইবম্লগা মহাদেবনচিংবা লাই সভাঃ পূম্নমক মহৈ মহৈ মফমদা চংনখবে। (লাঃ ৪-৫ মথক্তী লাইবিক্তা ইবা অদুমক লৌথোকপনি)। মসিদগী খঙবা ঙম্লীবদি অনন্তগী মচানুপী উল্লপীনা মচানিপা ইবাবন্ত পোকপা অমসুং চিত্রাঙ্গদানা বব্রুবাহন পোক্ত্রিঙৈগী মমাংদগী হৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা শিববু ঈড়াং পূজা তৌনবম্লে।

পোইবৈতোন খুম্হোকপা পুবাণদা শিবনা পোইবৈ চিংদা (নোংমাইজিংদা) ইহান হাননা খুনতায় হায়। নোংমাইজিংবু বিন্দা গিবি কৌই। মসি কৌখিবগী মবমদি— মমাংঙৈদা ভষ্মাসুব হিংচাবনা তাম্নবক্লবদা মহাদেবনা কামাখ্যা দেবীনা লৈবা মেখলে দেশ অসিদা চেম্লকই অমসুং চীংগী শুকং মনুংদা চংদুনা লোংখি। শ্রীকৃষ্ণনা মহাদেববু থোক্লকউ হায়না য়াথং পিববদা মহাদেবনা কিদুনা য়াদ্রে। মমৈদা শ্রীকৃষ্ণনা মোহিনী রূপ শুকং মপানদা পুথোকখি। মবম অসিদগী চীং অদুগী মমিং বিন্দা গিবি কৌখি। শিব কপচ পুবান্দা মণিপুবেব মহাকদ্র ঋবিখন্দ মহাবৈদ্য হায়। মসি মবম অসিদগীনি হায়। মহাদেবদি চীং অদুমক্তা খুন্দাবা হৌবে অমসুং চীং অসি মহাদেবগী মিংদগী লৌদুনা নিলকন্ঠ গিরি হায়নসু কৌনখি। (সাহিত্য ইতিহাস, লাঃ ১০) নোংমাইজিংদা শিবনা খুল তাখিবা মফম অদু হৌজিক সঙ্গাই য়ুম্ফম হায়না খঙনবি। (বিজয় পঞ্চালী, লাঃ ১)।

শিব মহাদেববু পোইবৈতোন কৌই। পোইরৈতোন হায়বদি অনৌবা মফম অমদা থুংলবিবা মহাকপু খঙনৈ। শিবনা স্বর্গদগী মণিপুবদা নোংগুম্লকপা মতমদা মাগী অনৌবা মম্বিংবু পোইরৈতোন হায়না কৌবরিবনি। শিবনা মাম্লেমদা লৈতারকপা মতমদা পার্ব্বতীসু লোয়নরক্ই। মখোয়না অহানবদা নোংমাইজিং (নীলকন্ঠ গিরি) দা

থুংলুই। শিবনা স্বর্গদগী লাইয়াম তবেৎ মালেমদা খোঙদাহল্লকই। মখোয়শিং অদুদি— ১। নোংমাইজিং নত্রগা নুমিৎ, ২। নিংথৌকাবা নত্রগা থা, ৩। লৈপাকপোকপা নত্রগা মাবস, ৪। য়ুমশকৈশ নত্রগা মাবক্যুবি, ৫। শগোলশেন নত্রগা জুপিটব, ৬। ঈবাই নত্রগা ভেনস, ৭। থাংজ নত্রগা স্যাটর্ন। গ্রহদেবতাশিং অসি খবনা শাগী মকোকশিং পাল্লি। মাবসনা ইবোইগী মকোক পাল্লি, মাবক্যুবিনা শামু মকোক পাল্লি, জুপিটবনা শজি মকোক পাল্লি অদুগা ভেনসনা কৈগী মকোক পাল্লি। মথংদা মখোয়না কৌব্রু চীং (কুমাব পর্বত) দা থুংলুই। (বেলিজিওস অ্যাণ্ড কলচবেল ইন্টিগ্রেসন ওব ইন্দিয়া, লাঃ ৪২)।

শ্রীলাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহগী "ইন্ট্রোডকসন টু মণিপুব" হায়বা লাইবিক অদুদসু মহাদেববু পোইবৈতোন কৌই। অকোনবা কাংলুপগী পোইবৈতোনবু মহাদেব কৌই হায়। শিবনা নোংমাইজিং চীংদা ইহান হান্না খুনতাখি হায়। (লাঃ ১১)।

মহাদেবনা নিলকণ্ঠ গিবি (নোংমাইজিং) দা অহানবা খুন্দাবকপা অসিদা মৈ হৌগত্তুনা শিজিন্নবা তশ্বীবম্মী। মতম অসিবু পুবাণদা মৈহৌবোন পুবাণ হায়না খঙনৈ। অহানবা হৌগৎপিবম্বা মৈ অদু হুজিক ফাওবা মুত্তনা অন্দ্রোগী উমং লাই পনম নিংথৌগী মফমদা লৈবি। অসিদসু নত্তনা লৌ-ইংখোল কোইবসু হৌদোকপিবম্মী। চাহাও জাৎ অমা পুবক্কুনা লিংবিবমই হায়। মদুবুঃ— পোইবৈতোন মহাদেবনা পুবকপা চাহাওনি হায়দুনা হৌজিক ফাওবা চাহাও পোইবৈতোন হায়না খংনবি। (সাহিত্য ইতিহাস, লাঃ ১১)।

খুন্দা অনী শুবকপদা মহাদেবনা ভগ্নেশ্বব গিবি (হৈবোক চীং) দা দেবীগা লোয়ননা লৈবে। মণিপুবগী মীশিংনা "বিন্দ পর্ব্বতে কামাখ্যা" হায়বা ব্রাহে অসি হায়দুনা খুবম্নবি। মণিপুব অসি দেবীগী খ্বাং তাফমনি হায়দুনা অহানবদা মেখলে দেশ হায়না কৌবম্মী। মতম অসিদদি শিবগী

মিংদগী লৌদুনা শিবনগব থোনখি। শিববু পোইবৈতোন্দগী লৌদুনা পোইরৈতোন হায়নসু খণ্ডনবম্মী। অদুগা কোন্থৌবা বাজগী হাক্তক্তা চহী মণ্ডা লৈপাক কাঙবা মতমদা নোংচুপলোমদগী নিপা অমা লাকখিবা অদুবুসু পোইবৈতোন হায়না মিংচৎলি। (বিজয় পঞ্চালী, লাঃ ২)।

মহাদেবগী খুন্দা অহুমশুবদি কৌমাব পর্ব্বত (কৌব্রু চীং) দনি। মতম অসিদা মহাদেবনা মহাবাস শান্নখি অমসুং লৈপাক অসিগী মমিং মণিপুব থোনখি।

শিবায়ন অমসুং শিব গীতাদা শিবনা খালৈ লৌউবগী মতাং যাওখি হায়। পার্ব্বতিগী অনিংবা মতুংইন্না শিবনা মাগী শন্দমবগা যমগী ইবোই থবোবীগা পোৎপু পাদুনা য়োৎচিন্না মালেম লৈশা কাংলগা লাঙ্গোল য়োৎলম ফাত্তুনা লোইমোম মক ভানবা খোইবম্মী। লোইমোম ফৌগী মন্দনা কুবেবদগী লৌবম্মী। লোইমোম ফৌবাল চাউনবা মহৈ মবোং চুম্নবা শিবনা লৌতা ঈশৈ শক্লম্মী। ইন্দ্রনা শিবনা খালৈ লৌ পান্নবগীদমক পাকশন্না চাওববা লৌবুক লমজাও পীবম্মী। বিশ্বকর্ম্মনা লৌউবদা চংবা খুৎলায়শিং পীবম্মী। ভীমনা লৌ লোক্লম্মী। ফৌগী ফৌথোক য়াম্না হুম্বুবম্মী, সুপ্নগী হাল অনীখক্তমক (খজিক্তমক) থোক্লম্মী। শিবনা লৌউবসি শুন্য পুবানগী মনুংদা য়াওবা মহাদেবনা লৌউবা হায়বা অদুমক্কী মশক্তি হায়। হাল অনীখক্তমক থোকই হায়বসি তাববদা শিবনা ভীমদা ফৌশিং অদু মৈদা লংশিল্লু হায়না য়াথং পীবম্মী। শিবগী অজ্ঞা মতুংইন্না ভীম্না ফৌশিং অদু মৈদা লংশিল্লম্মী অদুগা মচিন্না কান্নম্মী। ফৌশিং অদু অবোম্না লৈতনা চাক্লম্মী। মদুদগী মচু মখল-মথেল কয়াগী ওইবা ফৌশিং হৌবক্লম্মী। (দি ফোল্ক ইলিমেন্ট ইন হিন্দু কলচব লাঃ ৮১-৮৪)।

মৈতৈ লৈপাক্তদি শিবগী অহানবা লৌফম অসি শিবা লৌ লময়াই (শেবৌ লময়াই) না ওই। মণিপুবদা হৌবা ফৌগী মখলশিংদি অসিনি— ১। চহাও পোইরৈতোন, ২। চহাও শেম্পাক, ৩। চহাও অঙৌবা,

৪। ফৌবেন ফৌজাও, ৫। ফৌগাকচাও, ৬। দুমাই, ৭। শংশংবা, ৮। তাওথবী, ৯। শগোল য়াংবা, ১০। শজিখোঙ, ১১। মোইবাংফৌ, ১২। কুম্বী ফৌ, ১৩। ফৌদুম, ১৪। ইরোয়া, ১৫। ফৌবেল অমুবী, ১৬। ককচেং ফৌ, ১৭। কৃষ্ণ ভোগ, ১৮। নোইনিং য়াংগোনবি, ১৯। ফৌঙাং, ২০। বাইনু চবা, ২১। য়েম্বিক, ২২। নোইনিং, ২৩। ফৌবেল চহাও, ২৪। কবোক ফৌ, ২৫। ফৌগাক, ২৬। ময়াংখাং, ২৭। মর্শি লাইফৌ, ২৮। ফৌবেল নাকুপ্পী, ২৯। কুলি মরা, ৩০। দুমাই অঙৌবা, ৩১। লাং মানবি, ৩২। তাওথবী অঙৌবা, ৩৩। হৈতুপ ফৌ, ৩৪। লাইখুবাম ফৌ, ৩৫। শজিয়া। (সাহিত্য-ইতিহাস, লাঃ ১৯-২০)। অশিবনা লৌউবা তম্বিবকপা মতম অসিদা নুপী-নুপা লৌ লিংঙিঙৈদা হায়রকপা পাওবৌ লোনচৎঃ হে হে হে ই তৌ। হে হে ই তৌ য়াবৌ কাবসে হে ইতৌ য়োইবু লাইবু ওক্লবগা, ইবুং ইপ্পা ওক্লবগা কৌখা কৌথুম তানজমমে পিজনবা।

কাবমদাইদা হায়বকপা লোনচৎঃ—

"হো ইতৌ খুলং লোইনা চৎসিদি হৈয়ানগেদা
হো ইতৌ হো হৈয়ানগেদা হো খোইনৌ ইতাসা
হৈয়ানগেদা," মতৌ অসুম শকুনা খুলং চৎনবকই। মবম অসিদগী

মহাদেববু অসুম হায়না পুবম্নবি হায়। মাদুদিঃ—

"অঙাং কৌব্রু অসুপ্পা লোইনাই খুত্তা অহানবা,

চারিক মপাল থাবিবা নোংপ্রে মউ লিংবিবা।" (সাহিত্য ইতিহাস) পোইরৈতোন খুন্থোক পুবান, লাঃ ১১, বিজয় পঞ্চালী, লাঃ ১৩)।

মহাদেবনা চিংনুং হুত্তা লেংঙকপা মতম অসিদা মখা মাইকৈগী মীনা অসুম হায়নসু খুরুম্নরি। মদুদি—

"শেম্নোই তগুপ পোইবৈ চিং,

সেজিং চিংনুংপোক,

খোইয়ুম নোংপোক অবিবা।।" (বিজয় পঞ্চালী, লাঃ ১৪)।

বৈদিক অমসুং তান্ত্রিক ধর্ম্ম হৌদোক্লুনা চৎনহল্লম্মি। "ওঁ গুরু" হায়না খুরুম্নসি মহাদেবনা মতম অসিদা তম্বিবমই। (বিজয় পঞ্চালী, লাঃ ১২)। অশিবনা মক ওইবা লাইরিক অনীখক তম্বীবম্মী হায়। ব্রহ্মনিরাকার জ্যোতির্ম্ময় অমসুং শবজ্ঞা (শিবকা)। শিবীকা অসি হেক ফাক্লুনা য়েঙবদা অফ-ফত্তা পুম্নমক খঙবা ঙম্মী হায়। ব্রহ্মনিরাকার জ্যোতির্ম্ময় অসি মুন্না খঙবনা পুক শুদুনা অনাবা লাইয়েংবদা য়াম্না কুপশিন্না খঙদনা হৌজিক ফাওবা চৎনবক্লী। (সাহিত্য– ইতিহাস– পোইরৈতোন খুম্বোকপা পুরাণ, লাঃ ২০-২১)।

নিংথৌ খোঙতেকচাগী মতমদগী মৈতৈ লৈপাক্তা শিব নিংবা হৌরে হায়বগী প্রমাণ ফয়েংগী কোরি কোম্পাকশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। কোম্পাকশিং অসিদা ইবম্না খরদং লৌখৎলগা উৎচগে। "শ্রীহরি কুমশিং চা ৭২১ সুপত লাইয়িংথৌ খোঙতেকচা য়োইয়েনবন নিংথৌ ওইবপত লাইপু নিংচত্তুন লাইকি থৌচানতাকি লাইবিক পুরাণ অমা ফঙে হে লাইয়িংথৌ খোঙতেকচা য়োইবেনবগী বানে খঙ-ও নিংথৌ ঐনা পুরাণ অসিকি য়াথংতাকি মতম কুইন শিবপু দেবীপু পুচা তৌবপত শিবকি দেবীকি থৌচানতকি শিতা য়াই নাত য়াই অনিমপু ফংচরে। পুরাণ অসিবু মতম নতন নমু মিওইপন ফাকলপতি ঈ-ওদন শি-ও অখাক অলাও তাতন শি-ও নহাক নিববংশ ওইও সাকে কুল পুম্নমক থাংত চৎপা ওইসনো নিংথৌ ঐকি য়াথংনে পুরাণ অসিপু নমু মিওইপন ফঙলপত লৈম নিংথৌ ফাওতন ঐকি ওইকে নিঙলপতি ঐন মমাঙত হাইষ্ক্রিপ শাব অসি লেপন ফঙ-ও নিংথৌ ঐগি য়াথঙনে পুরাণ অসিপু ফাকপত ইরাৎতি ঙমু অহমনে অথুম অহাওনে সনা খোঙনাঙ মনা ৭-নে চিং হৈক্রু মনা-৭ নে হনুপ লৈ মতোন ৭-নে অসিনা অহিং নোংয়াইত রাৎ-ও মি অনি সুষতে অসিপু

ইবাংচরপতি মি অতুন নিংপ থুং-এ অসিপু ইবাংনপ বিচ-তি !!! সোহা সোহা সোহা ময়েক তরুকম অসিনা লাং-ও লাইবিক অসিনা ফাওলকতপতি কুমশিং ১৭০২ সুপত ফাওলকতনে হে মি-ও লেপন খঙ-ও শ্রীশিপপু খুরমন হাইকে লাইবিক। অসি ফঙলকতপ নিংথৌতি শিব তেবী অনিমক্কী থৌচান লৈপ নিংথৌনা ফঙচবপতনে। ................

হে মি-ও নিংথৌ ঐনা হাইপ নত্তে। শিবকি য়াথংনে লেপন খঙ-ও ইসুং হাইকে শিপপু ফঙনপ লাইমিং ॐ শ্রীং খোগা অসিবমা বিং সোহা লাইমিং অসিপু থা ১২ সোনকনি পোং য়াওতি হৈখাগোক মনা ১২ নে সকোল হিতাক মপান ১২ নে সল অঙাঙপি অমুপি অঙৌপি ৩ গী মখোমনে চেঙনে থোইদিংনে মেঙক্রুকনে থাওমৈনে অসি খিপিক লোইনন পুচা তৌকনি-এ বা অসিতি তেপিপু ফঙচপ বানে বা অসিপু সোনজবপ নিঙচবপতি থাঙ-ত মৈ ইশিং নোঙশিং অসি খিপিকত সিলোই-এ নিঙপ থুঙ-এ ঐ সুঙ হাইকে শিপপু নিঙকে হাইপসুঙ ময়েক অসিপু হানন ফঙচপ নিংথৌ অতুতি লাইপক ফব নিংথৌনে কুরু অতুকি নিংথৌ অতুন পেননপ ইবাংচরে হাইবপক কুমশিং লিশিং অম নহা ওইন পানমনকতনে ইসুঙ নিংথৌ অতুক ক্রু অতুক লোইনতুন নোংকা খিকতনে শিপকি তেপিকি খুয়া ফংখিকতনে শিপ তেবি ২ মকি খুয়া য়ৌবপক অতুতগি হবিকি মনাই ওইখিকতনে মিকি মপোক পোকলবোইতপনে হে মিওইপশিং ও নিংথৌ ঐকি য়াথংনে লাইবিক নঙতি ঐ মকতন শিপকি মনাইমকত ওইবপতি মাঙকনো পুরান অসিকি বা অসিপু নিংথৌ অতুন থাচন ইবাংলপতি লাকৌ গ্রাম হিতাক ৩ মপু তেবিন পিকতনে, নিংথৌ ঐকি য়াথংনে খঙ-ও। (রিপোর্ট ওন দি আর্কিওলোজিক্যাল ষ্টডিজ ইন মণিপুব বুলেটিন নম্বব বান, লাঃ ৩১-৪৩)

নিংথৌ খোঙতেকচা অসি শিব ভক্ত অমনি। মহাক্না শিব নিংথৌগী মহৈনা ঈশ্বরগী কৃপাদগী পুবাণ অমখক ফংখিবম্মী। পুরাণ অদুনা হবি,

শিব অমসুং দুর্গাগী লাইনিং লাইশোনগী মরমদা ই শিবগা মরি লৈনবা লাইবিক খরদি মহাদেব লৈহ্‌কলোন, পুদিল লৈথক-লৈখাবোল, ধবনী সংহিতা অমসুং শিবাজ্ঞনচিংবনি। হায়রিবা অসিগী মনুংদগী অকোনবগী অনী অসিমদি সংস্কৃত লোলদা ই হায়। (বেলিজিওস ডিভেলপমেন্টস ইন মণিপুর ইন দি এইটিন্থ এণ্ড নাইনটিন্থ সেঞ্চুরিস, লাঃ ২৮৩)।

মৈতৈনা দেবতাবু লাই কৌই। সংস্কৃত ভাষানদি "লিঙ্গ" হায়। সংস্কৃত ভাষাদা শিজিন্নরিবা "লিঙ্গ" হায়বা বাহৈ অসি বেদগী বাহৈ নত্তে; বেদদদি লিঙ্গবু "শিশ্ন" অসুম্না শিজিন্নৈ, দেবতা হায়বা চংনদেঃ তৌইগুম্বসুং শাস্ত্রদদি চৎনৈ। বৈদিক যুগতা লিঙ্গোপাসনা লৈবে। (মৈতৈ ধর্ম্ম অরিবা, লাঃ ৯, ১৬)। মৈতৈগী ধর্ম্মদি লিঙ্গোপাসনানি। অদুমনদি ওইবগা ভাবত্তা লিঙ্গায়ৎ সম্প্রদায়শিংনা তৌবিবা লিঙ্গোপসনা অসিদি মৈতৈনা তৌদে। মৈতৈগী ধর্ম্মগা মান্নদে। ভারত্তা হৃজিক উবিবা লিঙ্গোপাসনা তৌবা সম্প্রদায় পুম্নমক বৌদ্ধ যুগকী মতুংদা তৌবা গাক্কনি। মৈতৈগী ধর্ম্মদি বেদমূলকনি, বৌদ্ধ যুগকী মমাংদগীনি। মবম অসিনা মৈতৈগী ধর্ম্মগা ভাবতকী অতৈ ধর্ম্মগা মান্নদে। (মৈতৈ ধর্ম্ম অরিবা, লাঃ ২৩)। বৈদিক যুগকী মমাংদগীনা ভাবত্তা নুংনচিংবনা লিঙ্গ, যোনিবু সাবগা মহাদেব, দুর্গাগী মূর্ত্তি ওইনা ঈবাংগা অসি চংনরকই। ধর্ম্ম অসি নোংপোক্তগী মফম অতৈদা কোম্না শন্দোকখিবনি। মদুগী মরমদা মৈতৈ লৈপাক্তা চীঙদা তমদা অমসুং লৈনুংদা লৈরম্বা মহাদেব অমসুং লাই খুদেং মদুগুম্না ফৌওই লৈমা ময়াম অসিনা মরোন লোনবা শাক্কীনি। অমসু ঙামৈ হাঙবদি আঙ্গামী জাতিশিংগী অমসুং খামিয়াশিংগী মংদা খিল্লিবা চাওর চাওরবা নুঙশিং অসিনি। (মৈতৈ ধর্ম্ম অরিবা, লাঃ ১০)।

শিব হাঙবদি বেদদা নুংঙাইবা হাঙবগী মিংনি। লৌকিক সংস্কৃতনা মহাদেবগী মিংনি। মসিসু মৈতৈরোন অরিবদা শিব কৌবা লাইমিং অসি চৎনৈ। মৈতৈ লৈবাক্কী অকোইবদা লৈবা ঙামৈ, কপুইশিংনা মচা মগুগী

মমিং থোন্নে অমসুং মখোয়গী লমবুসু শিব লোঙ্গ হায়না থোল্লমই। অদুনা ধর্ম্ম অসি নোংপোক্তগী হৌখিবনি হায়বগী মুৎথৎপা য়াদ্রবা শাক্ষীনি। (মৈতৈ ধর্ম্ম অয়িবা, লাঃ ১১)।

লাই হায়বা ৱাহৈ অসি "লঙ্গ" ধাতুদগী থোকপনি হায়। বেদদা দেব ৱাহৈ অসিনা খংনববু মৈতৈবোনদা লাই কৌই। মবম অসিনা হৃজিক চৎনবিবা দেববু লাই অসুম্না মৈতৈবোন্দা চৎনৈ।

লাইগা মবি লৈনবা মতাংদা মৈতৈনা 'লাই' হায়বা ৱাহৈ অসি মকোক্তা হাপনৈ। মদুদিঃ– লাইনিং লম্বী, লাইফম, লাইফি, লাইপোৎ, লাইপোক, লাইমিং, লাইলুক, লাইকোল, লাই কোয়েৎ, লাই খুদেং, লাইবোল, লাই লেংবা অসিনচিংবা ৱাহৈ কয়া কয়ানি।



# লাইরিক অসি ইনবা হোৎনবদা নৈনজখিবা লাইরীকশিং

## পুরাণ

১। শিব পুবাণ – ট্র্যানজলেটেদ বাই এ বোর্ড ওব স্কোলাবস বাবানসী।

২। লিঙ্গ পুবাণ – ট্র্যানজলেটেদ বাই এ বোর্ড ওব স্কোলাবস বারানসী।

৩। মৎস্য পুবাণ – ইংলিস ট্র্যানজলেসন বাই এ বোর্ড ওব স্কোলাবস বাবানসী।

৪। অগ্নি পুবাণ – ইংলিস ট্র্যানজলেসন বাই এন গঙ্গাধবণ।

৫। দি স্কণ্ড পুবাণ – ট্র্যানজলেটেদ বাই ডাঃ জিঃ ভিঃ টেগবে (পার্ট বান)

৬। পদ্ম পুবাণ – ট্র্যানজলেটেদ বাই ডাঃ জিঃ ভিঃ টেগবে।

৮। বিষ্ণু পুবাণ – ঐচঃ ঐচঃ বিলসন।

৯। হবিবংশ পুবাণ – চৌখম্বা, বাবানসী।

১০। ব্রহ্ম বৈবর্ত পুবাণ – ট্র্যানজলেটেদ বাই শান্তিলাল নাগব।

১১। শ্রীমদ্ভাগবত – গৌড়ীয়মঠ, চেন্নায় অমসুং অতৈ অতোপ্পনা হন্দোকপা ভাগবতশিং।

১২। দেবী ভাগবত – ট্র্যানজলেটেদ বাই স্বামী বিজ্ঞানন্দ।

১৩। কলচবেল হিষ্টবি ফ্রোম দি বায়ু পুবাণ – দেবেন্দ্র কুমাব বাজবস পটিল।

১৪। দি স্কন্ড পুবাণ – বিবেক দে ব্রোয় অ্যাণ্ড দিপবল্লি দেব্রোয়।

১৫। দি বায়ু পুবাণ – বিবেক দে ব্রোয় অ্যাণ্ড দিপবল্লি দেব্রোয়।

১৬। দি বামন পুবাণ – বিবেক দে ব্রোয় অ্যাণ্ড দিপবল্লি দেব্রোয়।

১৭। দি কূর্ম পুবাণ – বিবেক দে ব্রোয় অ্যাণ্ড দিপবল্লি দেব্রোয়।

১৮। পুবানিক এনসাইক্লোপীডিয়া ওব ইন্দিয়া – বেত্তম মনি, মোটিলাল বনাবসিদাস।

১৯। মার্কণ্ডেয় পুবাণ ট্র্যানজলেটেদ উইথ নোটস – এফঃ ইডেন পবজিটব, বিঃএঃ, আইঃ সি এসঃ।

২০। কলিকা পুবাণ (Trans into English) – ডাঃ বিশ্বনাবায়ণ শাস্ত্রী

## ইতিহাস

২১। বামায়ন (তুলসী)

২২। দি গ্রেট এপিক ওব ইন্দিয়া – ঈ ৱাশববণ হোপকিনস

## বেদ

২৩। ঋগবেদ – বিবেক দেব্রোয় অ্যাণ্ড দিপবল্লি দেব্রোয়।

২৪। দি যজুর বেদ – বিবেক দেব্রোয় অ্যাণ্ড দিপবল্লি দেব্রোয়।

২৫। দি সাম বেদ – বিবেক দেব্রোয় অ্যাণ্ড দিপবল্লি দেব্রোয়।

২৬। দি অথর্ব্ব বেদ – বিবেক দেব্রোয় অ্যাণ্ড দিপবল্লি দেব্রোয়।

২৭। অথর্ব্ব বেদ – দেবী চান্দ।

## উপনিষদ

২৮। মহা নারায়ন উপনিষদ – স্বামী বিমলানন্দ।

২৯। সিক্সটি উপনিষদ ওব দি বেদ – ভিঃ এমঃ বেদকব অ্যাণ্ড গিঃ বিঃ।

৩০। দি প্রিন্সিপাল উপনিষদ – স্বামী শিবনন্দ।

৩১। রাম উত্তব তাপনীয় উপনিষদ (সিকসটি উপনিষদস ওব দি বেদ)- ভিঃ এমঃ বেদকাব অ্যাণ্ড গিঃ বিঃ পৈসুল।

৩২। ছন্দোগ্য উপনিষদ – গৌড়ীয় মঠ, চেন্নায় অমসুং অতৈ অতোপ্পনা ফোংবশিং।

৩৩। শরীরক উপনিষদ – (থাটি মাইনব উপঃ)– কেঃ নবায়ন স্বামী ঐয়ব।

৩৪। নারদ পবিব্রজক উপনিষদ – (থার্টি মাইনব উপঃ) – কেঃ নবায়ন স্বামী ঐয়র

৩৫। বাবহ্ উপনিষদ – (থার্টি মাইনব উপঃ)– কেঃ নরায়ন স্বামী ঐয়র।

৩৬। ধ্যান বিন্দু উপনিষদ– (থার্টি মাইনর উপঃ)– কেঃ নবায়ন স্বামী ঐয়র।

৩৭। যোগ তত্ত্ব উপনিষদ– (থার্টি মাইনর উপঃ)– কেঃ নরায়ন স্বামী ঐয়র।

৩৮। মুণ্ডকোপনিষদ – (দি প্রিনসিপাল উপনিষদস– স্বামী শিবানন্দ) অমসুং অতৈ অতোপ্পশিং।

৩৯। কঠোপনিষদ – স্বামী শিবানন্দ অমসুং অতৈ অতোপ্পনা ফোংবশিং।

৪০। অর্থব শিক্ষা উপনিষদ – (সিক্সটি উপনিষদ ওব দি বেদ)– ভিঃ এমঃ বেদেকর অ্যাণ্ড গিঃ বিঃ পৈসুল।

৪১। শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ – স্বামী শিবানন্দ অমসুং অতৈ অতোপ্পনা ফোংবশিং

৪২। কেন উপনিষদ – স্বামী শিবানন্দ অমসুং অতৈ অতোপ্পনা ফোংবশিং

৪৩। দি জাবাল উপনিষদ– দি সিক্সটি উপনিষদস ওব দি বেদ– বাই ভিঃ এমঃ বেদেকর অ্যাণ্ড গিঃ বিঃ পৈসুল অমসুং অতৈ অতোপ্পনা ফোংবশিং।

৪৪। দি নিলরুদ্র উপনিষদ– দি সিক্সটি উপনিষদস ওব দি বেদ– বাই ভিঃ এমঃ বেদেকর অ্যাণ্ড গিঃ বিঃ পৈসুল অমসুং অতৈ অতোপ্পনা ফোংবশিং।

৪৫। দি কালরুদ্র উপনিষদ– দি সিক্সটি উপনিষদস ওব দি বেদ– বাই ভিঃ এমঃ বেদেকর অ্যাণ্ড গিঃ বিঃ পৈসুল অমসুং অতৈ অতোপ্পনা ফোংবশিং।

৪৬। বৃহদাবন্যকোপনিষদ– ইংলিস ট্র্যানজলেসন বাই রায় বহাদুর শ্রীসচন্দ্র বসু বিদ্যানব (উইথ কমেন্টরি ওব মাধ্বাচার্য্য অমসুং অতৈ অতোপ্পনা ইরশিং।

## তন্ত্র

৪৭। শারদা তিলক তন্ত্র – ইংলিস ট্র্যানিজলেসন বাই এ বোর্ড ওব স্কোলারস।

৪৮। কুলাবনভ তন্ত্র – রামকুমার বায়।

৪৯। নাবদ পঞ্চবাত্রম – ইংলিস ট্রানজলেসন বাই স্বামি. বিজ্ঞানন্দ।

৫০। গোড শিব, দেবী অ্যাণ্ড তান্ত্রিক কলট – পিঃ কেঃ গোগাই।

## সংহিতা

৫১। বৃহ্য সংহিতা – ইংলিস ট্র্যানজলেসন– এনঃ সিঃ এযব।

৫২। দি শিব সংহিতা – বায় বহাদুব সৃসচন্দ্র বসু।

৫৩। শিব পুবাণগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা সংহিতাশিং।

## ডান্স

৫৪। বেসিক কন্সেপ্টস ওব ইন্দিয়ান ডান্স – প্রোজেশ বেনার্জি।

৫৫। রস – পাবফোরর্মিং দি ডিভাইন ইন ইন্দিয়া-সুসন এল সচব্রাটজ।

৫৬। হিষ্টোরি ওব ইন্দিয়ান মিউজিক – পিঙ্গলে।

৫৭। এ কম্প্যানিয়ণ ইন্দিয়ান মিউজিক অ্যাণ্ড ডান্স – সুরেস চন্দ্র বেনার্জি

৫৮। দি ডান্স ওফ শিব – আনন্দে কুমাব স্বামী।

৫৯। এ শোর্ট ইন্ট্রোডক্সন – পণ্ডিত বাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা।
টু মণিপুব ডান্স

৬০। ডান্সেস ওব ইন্দিয়া – বাগিনী দেবী

## অতৈ অতোম্বা মথলগী লাইরিকশিং

৬১। এ হিষ্টবি ওব – কৌবিক ব্রিন্টব নিটজ।
ইন্দিয়ান লিটব্যাচব
ভোলঃ ১

৬২। দি কলচবেল – দি বামকৃষ্ণ মিসন ইন্সটিট্যুট ওব কলচব–
হেবিটিজ ওফ কোলকতা।
ইন্দিয়া (ভোলঃ ৪)

৬৩। এ ক্রিটিকাল স্টদি – সবস্বতি চেন্নকেসবন
ওব হিন্দুইজম

৬৪। শঙ্কব অ্যাণ্ড শনমর্ট – পব্লিশদ বাই এনঃ বামবতনম ওন বিহাফ
ওব দি শনমর্ট কনফবেন্স কমিটি।

৬৫। ওবিজিন ওব – জিতেমিত্র প্রসাদ সিংহ ডেও
জগন্নাথ ডীইটি

৬৬। কল্ট ওব জগন্নাথ – কেঃ সিঃ মিশ্রা।

৬৭। শিব স্ববোদয় – বাম কুমাব বায়।

৬৮। হিন্দু কন্সেপ্ট ওব – শ্যাম ঘোষ।
লাইফ অ্যাণ্ড ডেথ

৬৯। ট্রেডিসন্স ইন – এমঃ পিঃ পণ্ডিত।
মিসটিসিজম

৭০। এন্সেন্ট ইন্দিয়ান ফোক কল্ট – ডাঃ বসুদেব এসঃ অগ্রবাল।

৭১। শিব মহাদেব দি গ্রেট গোড – ডাঃ বসুদেব এসঃ অগ্রবাল।

৭২। প্রিন্সিপাল সিম্বোল ওব ৱার্ল্ড বিজিজন – স্বামী হর্শ নন্দ।

৭৩। লোর্ড শিব – ডাঃ বিঃ বিঃ কিশোব।

৭৪। দেবী মহাত্যম – ইংলিশ ট্র্যানজলেটসন- বাই স্বামী জগদীস্ববানন্দ।

৭৫। হিন্দু ফাষ্ট অ্যাণ্ড ফেষ্টিভ্যালস – স্বামী শিবানন্দ।

৭৬। দি ফোক এলিমেন্ট ইন হিন্দু কলচব – বিনোয় কুমার সবকাব

৭৭। শতপথ ব্রাহ্মণ – ট্র্যানজলেটেদ বাই জুলিউস এগ্গেলিঙ।

৭৮। ভক্তি অ্যাণ্ড দি ভক্তি মুভমেন্ট – কৃষ্ণ শর্ম্মা

৭৯। বৈষ্ণবিজম শৈবিজম অ্যাণ্ড মাইনব রিলিজিওস সিস্টেম – সাবঃ আবঃ জিঃ ভান্দরকব।

৮০। ওব্‌স্‌কিউর রিলিজন কল্টস – চত্তোপাধ্যায়।

৮১। কাশ্মির শৈবিজম – জেঃ সিঃ চটার্জি।

৮২। শিব পূজন বিধিঃ – কৃষ্ণদাস একাদমী, বারানসী।

৮৩। দ্বাদশ জ্যোতির লিঙ্গ— ডাঃ সবল জগমোহন।

৮৪। ওঁ নমঃ শিবায় — প্রকাশ পব্লিকেশন, কৈলাস নগর, দিল্লী।

৮৫। বিষ্ণু সহস্রনাম — ইংলিশ ট্র্যানজলেসন বাই স্বামী তপস্যানন্দ।

৮৬। শ্রীমদ্ভাগবত গীতা — স্বামী শিবানন্দ অমসুং অতোপ্পনা অনুবাদ তৌবশিং।

৮৭। বৈষ্ণব সেক্টস — স্বামী তত্ত্বনন্দ।
শৈব সেক্টস
মাদব বার্শিপ

৮৮। সেয়িংস ওব লোর্ড — হার্শকদ্র কোট্যম।
শিব

৮৯। মেডিটেসন ওন — শ্রীকৃষ্ণদাস।
শিব শক্তি

৯০। দি ব্রাত্যস ইন — রাধাকৃষ্ণ চৌধুরী।
এন্সেন্ট ইন্দিয়া

৯১। লোর্ড শিব অ্যাণ্ড — স্বামী শিবানন্দ
হিজ বার্শিপ

৯২। শিব নম্বর (ভোলঃ — দি কল্যান কল্পতরু।
৩৬ ওক্টোবর)

৯৩। পঞ্চদশি — ইংলিস ট্র্যানজলেসন বাই স্বামী স্বহানন্দ।

৯৪। অগ্নি অ্যাণ্ড — বিঃ কেঃ চতুরবেদি।
কার্ত্তিকেয়

## মৈতৈগী কলচর অমসুং লাইনিং লাইশোনগা মরি লৈনবা লাইরিকশিং:–

| | | |
|---|---|---|
| ৯৫। | মণিপুরগী সনাতন ধর্ম্ম | – পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা |
| ৯৬। | মৈতৈ ধর্ম্মা অরিবা | – পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা |
| ৯৭। | মৈতৈ সিদবুং | – পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা |
| ৯৮। | রেলিজিওস অ্যাণ্ড কলচরেল ইন্টিগ্রেসন ওব ইন্দিয়া (অতোম্বাপু) | – এসঃ কেঃ চট্টর্জী |
| ৯৯। | সাহিত্য ইতিহাস | – শ্রীমুতুম ঝুলন সিংহ |
| ১০০। | বিজয় পঞ্চালী | – শ্রীমুতুম ঝুলন সিংহ |
| ১০১। | রিপোর্ট ওন দি আর্কিওলোজিক্যাল ষ্টডিস ইন মণিপুর, বুলেটিন নম্বর রান | – শ্রীডব্লিউঃ য়ুমজাও সিংহ |
| ১০২। | ইন্ট্রোডকসন টু মণিপুর | – শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ |
| ১০৩। | রেলিজিয়স ডিভেলপমেন্টস ইন মণিপুর ইন দি এইটিন্থ অ্যাণ্ড নাইনটিন্থ সেঞ্চুরিস | – ডাঃ এমঃ কীর্ত্তি সিংহ |
| ১০৪। | হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পুনশিনবা | – রাজকুমার শ্রীম্নাহল সিংহ |

মথংদা ফোংগে থৌরাংজরিবা লাইরিকশিং ঃ

১। তাইবং তোর্ব্বান ব্রাংমদা (ব্রারেং)

২। ভগবৎ ধর্ম্ম (ব্রারেং)